"ꯄꯤꯔꯥꯡꯂꯛꯀꯥ ꯑꯉꯥꯡꯕ ꯂꯩ"

# "পিরাংলক্কা অঙাংবা লৈ"


ꯗꯥ: ꯕ꯭ꯔꯖꯃꯅꯤ ꯃꯉꯥꯡ

ডাঃ ব্রজমনি মঙাং






মনিপুরি লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল।

"ꯄꯤꯔꯥꯡꯂꯛꯀꯥ ꯑꯉꯥꯡꯕ ꯂꯩ"

# "পিরাংলক্কা অঙাংবা লৈ"



ꯗꯥ: ꯕ꯭ꯔꯖꯃꯅꯤ ꯃꯉꯥꯡ

ডাঃ ব্রজমনি মঙাং




মনিপুরি লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল।

*Dr. Mayanglambam Brajamani Mangang asserts the moral right to be identified as the auther of this work.*

**Published by :**

**The Manipuri Literary Soceity, Imphal.**

**ISBN No. 978-93-81800-33-1**

Designed by · **Naorem Printers, Uripok**



অহানবা নম্বা ২০১৩

লাইবিক মশিং ৫০১

Price· Rs 200/-

Special Hard Binding Price· Rs 230/-



---

Printed at :- NAOREM PRINTERS

Uripok near oil pump.

# "ꯑꯍꯕꯒꯤ ꯋꯥꯍꯩꯁꯤꯡꯒꯤ"

"ꯍꯤꯖꯤꯡꯅꯥꯎꯒꯤ ꯑꯆꯨꯝꯕ ꯇꯩ" ꯍꯧꯕ ꯁꯍꯤꯠꯔꯤꯜ ꯑꯂꯤ ꯌꯥꯌꯄ ꯱꯹꯸꯰ ꯗꯒꯤ ꯍꯧꯕ ꯊꯣꯛꯂꯕꯅꯤ। ꯀꯌꯥ ꯂꯩꯔꯦ ꯍꯧꯔꯛꯈꯤꯔꯦ ꯀꯌꯥ ꯀꯌꯥꯒꯤ ꯍꯩꯇꯣꯒꯤ ꯑꯍꯥꯅꯕ ꯃꯇꯝꯗꯥ ꯀꯌꯥ ꯑꯆꯧꯕ ꯋꯥꯌꯦ ꯍꯥꯅꯕꯗꯥ ꯁꯍꯤꯠꯔꯤꯜ ꯑꯂꯤꯕꯨ ꯄꯥꯎꯕ ꯇꯥꯍꯦ ꯍꯧꯗꯨꯅ ꯍꯧꯍꯅꯗꯨꯅꯇꯕ ꯍꯤꯡꯃ ꯑꯥꯎ ꯃꯔꯝꯗꯥ ꯅꯥꯎꯍꯧꯇꯨꯅꯕꯅꯤ। ꯀꯔꯝ ꯀꯔꯝꯒꯤ ꯑꯕꯤꯇꯤꯕꯂꯤꯁꯦ ꯑꯆꯨꯝꯕ ꯇꯩꯒꯤ ꯇꯩꯖꯤ ꯑꯅꯤꯃꯥꯔꯦ ꯁꯕꯤꯇꯃꯕ ꯇꯃ। ꯇꯩꯖ ꯑꯂꯥꯎꯕ ꯀꯀꯤꯎꯅꯤ, ꯑꯆꯨꯝꯕ ꯇꯩꯖ ꯂꯨꯎꯂꯤ ꯀꯤꯎꯒꯤꯅꯤ। ꯇꯦꯃꯥꯎꯌꯇꯤ ꯑꯣꯒꯤ "ꯍꯤꯖꯤꯡꯅꯥꯎꯒꯤ ꯑꯆꯨꯝꯕ ꯇꯩ" ꯃꯤꯖ ꯃꯤꯖ।

ꯂꯍꯤꯄꯨꯒꯤ ꯑꯃꯕ ꯌꯍꯧ ꯃꯇꯝꯗꯥ ꯂꯤꯇꯤꯃꯅꯅꯕ ꯍꯥꯌꯅꯇꯦ। ꯃꯥꯌ ꯑꯦꯖ ꯃꯔꯦ ꯍꯇꯕ ꯑꯂꯤ ꯑꯣꯒꯤ ꯍꯤꯃꯇꯕꯅꯤ। ꯂꯩꯃꯥꯎꯒꯤ ꯑꯂꯥꯃ ꯍꯇꯕ ꯍꯤꯃꯇꯕꯖ ꯂꯩꯃꯥꯎ ꯀꯃꯕ ꯌꯍꯧ ꯍꯤꯃꯥꯎ ꯃꯇꯝꯗꯥꯃꯂ ꯇꯃꯁꯍꯧ।

ꯕꯖꯃꯒꯤ ꯀꯌꯥꯎꯒꯤ ꯕꯥꯒꯤꯇꯤ ꯀꯇꯥꯎꯃꯤ ꯍꯧꯅꯕꯤ ꯍꯃꯥꯎꯍꯤ ꯀꯌꯥꯎꯒꯤ ꯁꯃꯦ ꯅꯖ ꯃꯥꯎꯍ।

ꯑꯃꯨꯃꯖꯍꯤ ꯃꯥꯍꯦ ꯍꯇꯤꯂꯍꯨ ꯀꯀꯤꯃꯥꯅꯂ ꯂꯌꯖ ꯌꯃꯖ ꯃꯃꯒꯤꯌꯇꯃꯕꯒꯤ ꯕꯨꯃꯃꯒꯤ ꯀꯖ ꯑꯃꯁꯤ। ꯑꯣꯂ ꯌꯍꯧ ꯃꯇ ꯍꯨꯃꯂꯤꯃꯨꯖ ꯑꯅꯩꯕ ꯀꯅꯤꯍꯨꯃꯤ ꯇꯥꯅ ꯃꯇ ꯂꯪꯃꯇꯦ। ꯑꯃꯤꯕ ꯇꯥꯅ ꯃꯇꯂ ꯇꯪꯃꯖꯦ ꯃꯃꯅꯕ ꯍꯥꯌꯅꯇꯦ। ꯀꯅꯤꯍꯨꯃꯤ ꯇꯥꯅꯕ ꯂꯨꯎꯂꯤꯇꯕꯖ।

ꯁꯆꯥꯅ ꯌꯃꯇꯃꯤꯕ ꯑꯣꯒꯤ "ꯍꯤꯖꯤꯡꯅꯥꯎꯒꯤ ꯑꯆꯨꯝꯕ ꯇꯩ" ꯃꯩꯕ ꯁꯍꯤꯠꯔꯤꯜ ꯑꯂꯤꯆ ꯑꯃꯦ-ꯑꯍꯧ ꯃꯇ ꯇꯃꯕꯂ ꯍꯤꯕꯤꯕꯂꯤꯎꯅ ꯑꯥꯎꯍꯤꯒꯤꯅꯤ ꯑꯀꯂꯎ ꯍꯃꯥꯎꯍꯤꯃꯥꯎꯍꯤ ꯑꯂꯍꯕꯂꯤꯎ ꯍꯃꯁꯅ ꯇꯥꯇꯒꯤꯅꯤ।

ꯑꯦ: ꯕꯃꯇꯀꯅꯤ ꯀꯆꯤꯝ

# সেক্রেটরিগী ৱাহৈল

মনিপুরী লেটবেৰী সোসাইটি, ইম্ফাল, নহা ওইৰিবা অইবা - অইবী কযাগী খোর্জেলোল (সহিত্য)গী লুপ (সংস্থান) অমনি। মসি নহা ওইৰিবা অইবা অইবী কযানা খৃঃ ১৯৮৫ ইংদা লিংখৎখিবনি। ঙসিদি সোসাইটি অসি, মনিপুৰগী মনুংদা অমদি মপালগী অইবা অইবী কযাগী তুংনফম ওইবে। সাহিত্য একাদেমী নই দেল্লিনা শকখঙলবা খোর্জেলোলগী লুপ অমা ওইবতা নত্তনা লুপ অসিগী অইবা অইবীশিংনা ইবা খোর্জেলোলগী ফজবা লাইরিকশিংনা মনিপুৰী লোনগী পুক্কৈদতা নত্তনা ভাবতকী খোর্জেলোলগী লৈকোলশিংদা ফাওবা মকা ফন্না লৈশাৎ তম্লে।

সোসাইতি অসিগী অইবশিংনা ইবা তোঙান - তোঙানবা লাইবিকশিংদা লমদমসিগী খোর্জেলোলগী লুপ কযানা পীবা মনা কয়া ফংখ্রে। 'সাহিত্য একাদেমী' না পীবা খোর্জেলোলগী মনা কযা সোসাইটি অসিগী অইবশিংগী লাইবিকশিংদা ফংলে।

খৃঃ ২০০১ ইংদগী হৌনা মনিপুরী লোল অমদি খোর্জেলোল অসিবু যোকখৎলিবা অইবা অইবীশিংগী অফবা, ফজবা লাইবিক খনগৎতুনা সোসাইটি অসিনা অইবা- অইবীশিবু পূক্লিং থৌগৎপা অমদি ইকায়খুম্নবা, উৎতুনা চহী ২/২ কান্নবগা 'সেবাম মুক্তা মনা' পীদুনা লাক্লি। অসিদসু নত্তনা থা ৬/৬ কী ওইনা খোর্জেলোলগী চেফোঙ 'সাহিত্য লৈচল' পুথোক্লুনা খোর্জেলোলগী লৈচল শেম্বদা থৌদাং কযা লৌদুনা লাক্লি। লোযননা মতম মতমগী ওইবা খোর্জেলোলগী সেমিনাব, ৱার্কশোপ, সিমপোজিজম কযা কযা পাংথোক্লুনা লাক্লি।

ঙসি পুথোকচবিবা সোসাইটি অসিগী মেম্বর ডাঃ এম. ব্রজমনি মঙাঙনা ইবা শাগৎৱাবী (নোবেল) 'পিবাংলক্তা অঙাংবা লৈ" কৌবা লাইরিক অসিনা সোসাইটি অসিগী ওইনদি ৮৩ শুবা লাইবিক্লি। লাইবিক অসি পাবিবদা অনৌবা মহাও অমদি অপাবশিংনা ফংবিগনি খল্লি। শাগৎৱাবী অসি পাবিদুনা ফজবা মশক অসি য়েংবিননবগীদমক খ্বাই তবাগী খুত্তা শিন্নজবি। অইবা অসিনা শৈবেং লাইবিক অনি হান্ন ফোংখ্রেঃ (১) শীঙেল ইনুঙ- ঙানবী (২) ইবম লৈশিনযা।

শামুঙৌ থোকচোম
জেনবেল সেক্রেটবী
মনিপুৰী লিটবেৰী সোসাইটি, ইম্ফাল।।

# (১) নুংশি ঈশৈ

অঙাংবা লৈগী থুম্লবা লৈহীদু চুপ্লিংদবা কনা য়াওবগে! নুমিৎ খুদিংগী মাঙদা লেন্নদুনা লৈকা ফন্না শাৎলি।

নকশিনগে খল্লি, নকশিনবদি ইঙম- ঙমদে, খুনাইগী মীনোক কিজবনা। পাম্না পাম্না তিল্লাং খযোৎননা য়েংজদুনা মতম লেল্লি। অঙাংবা চীন্বাল অদুনা নুংতিগী থম্মোয়দা তাশোননা থিন্দুনা শান্নবগুম তৌবি।

নোংমতং উদবদা মহাকপু, লৈফম খণ্ডদ্রবা পুক্সি, খাঙফম খণ্ডদ্রবা থম্মোয়, ওইবক্লে।

কেরগনা তাইবঙ পুন্বা শুমহৎনিংঙাই ওইনা ফজবী, কেদ্রগসু মফজবী মহাক অসে - ঐগী ওইবগুমসু তৌই, ওইদবগুমসু তৌই। থম্মোয়দদি খঞ্জে - ঐগীনি, ঐগীনি, ঐগীনি...........।

নানবীগে খঞ্জে মাগী নিংদু যৈনা ফজববা শন্নাংশিংদু ঐগী ময়াই কারবা খুৎশাশিংসিনা, নকশিনবদি ইঙম ঙম্লমদে। নক্না ফম্মিন্নৈ, অদুবু লাপ্না লৈবগুম্লম্মী।

কোয়বাওনবী মিৎস্না থম্বাল অনিদুনা হুরান হুরান তুমীন তুমীন য়েংলকখি। নুংশি- নুংওল্লবা ঐগী থম্মোয়গী লাইমন হেনগৎখি।

নুংশিবা ঈশৈ, নুংশিবা যন্ত্রশিংগী খোঞ্জেল, সহরগী নিলখোংবা পুম্নমক নাকোং শীঙজা য়ৈবগুম থোক্লি।

পামজবা লৈরাংমানবী মাবু উজবদা, মতম কুইরবগী তুংদা, তাখিদবে নাপসিদা কনাগী খোঞ্জেল - মহাক্কী খোয়থুম্লবী খোঞ্জেল নত্তনা।

চুম্না ফজবতা নত্তে অঙাংবা লৈসে, থম্মোয় ফুক্না লৈনম চেল্লবীনি। মহাক্কী নুংশিবা মনম অদু লমলানবা তাইবঙ কনাগুম্বনা খণ্ডখিনি খনবদা, ঐগী থম্মোয়না পাখৎচৈ। নকশিল্লিবমখৈ নুংশিবা মনম হেনগৎলকই। য়াম্না নকশিন্না নমজনিংই, নুংশিবা মনমদো মহাক্কী - থম্মোয় অসি মচেৎ মচেৎ কায়নবা, নকশিনবদি ইঙম ঙমদে।

থাজনা ইকাইনিংঙাই ওইরবা ঙৌরোক ঙৌবা খজাই অদু য়েংলিবা মখৈ পেনবা নাইরমদে। নোংদোনথক্কী লৈচীলনা থাজগী মায়থোঙ লোৎখিবগুম, পাখৎচৈ থম্মোয়না, খুমজিনখিদরা ঙৌরবা খজাই অদু, মহাক্কী মুরবা শন্নাংশিং অদুনা।

অমুক অমুক নোক্লকই - থীক থীক লাউনা। নোক্কনু হাযনা চৈবগা হেন্নদুম মনোক্লকই। নোক্কে হায়রগা চুম্না নোকউ, থম্মোয ফুক্না নোক্লিবা কবিগীনো - হংনিংলুই, হংবদি ঙমলমদে।

মাযথোঙ থম্বাল অদু যেংদুনা পুঙশীঙ খঙদবমখৈ লৈথোকলুই। "কবিগীনো ঐবু অদুক কুইনা যেংলিবা, নুংতিগী উদুনতা লৈববা ঐসিবু হন্না হন্না যেংনিংলিবা কবিগীনো?" হংলকখি মহাক্না। পীবা ঙমখিদে পাউখুম। "যেংনিংই, যেংনিংই, যেংখিনি"- হাযনা পুক্লিংদা নীঙজবা নত্তনা।

তাবগুম তৌখি "ঐগী থম্মোযগী নুংশিবা" হাযনা। "কবি হাযবনো" - ঐনা হংলুই মঙোন্দা। " ঐদি কৈশু হাযদেনা" - শূন্নকই মানা। তাযোন্নবা ওইবা তাবে নাকোংসে, - ইতোমতা খঞ্জখি।

"মানখ্রেদা মাযথোঙসে, মানখ্রেদা খোঞ্জেলসে," - পুক্লিংদা নিঙউজে, হাযদোকপদি ঙমখিদে, ইতোমতা ভুমিন লৈবা নত্তে।"

নুংতিগী যেংই, নুংতিগী যেংনিংই। উদবগা লৈবা ঙমদে। শোযদনা [illegible] মহাক্কী থোৎলবা পুকচেপ্পা ঐগী খুৎশিনা। কোলোম অদু খুৎনা পাযবিবা, তাখি খঙহৌদনা লৈমাযদা। তু চুংখি হকচাং পুম্নমক খঙহৌদনা, মিহুল কাংখি নুংশিবগী। মিকুপ অদু ঙাইহাক পুমচিক চিকখি। নিল্ললম্না খোঞ্জেল পুম্নমক লেপখিবগুম তৌবম্মী। মিৎস্না থম্বাল অনিদবু মুন্না যেংলাগা। হান্না ঙংদনা লৈবম্লবা [illegible] লৈদা, অঙাংবগী ঈচেল অমুক [illegible] ভাংশল্লম্মা। ফজদুনতা লৈববা মাযথোঙ, ফজবগী ঙমখে লৈবমদে।

নহানমখৈদি ঐনা যেংলুবা যেংলুবা খ্যাদংদা, লৈথোকখিবনি মহাক্কী মাযথোংসে। অদুবু লৈথোকখিদবে, মহাক্কী নংাশববা মাযথোঙদো, নামিৎ অদুদাদি। ঐনা মুন্না যেংদুনা লৈবদুদা, অয়েকপা লাইগুম ঐঙোন্দা মামৎ কুপতবমখৈ যেংদুনা লৈখ্রে। যেংনবিবা মিৎশিংদা চোল্লবা ঈচেলাশংদ্ থম্মোয থম্মোয যৌখিবম্মী। তাবকখি খঙহৌদনা ঐগী মিৎলু নাপোমদগী পিবাংশিং। হংলকখি - মানা "কপ্পিববা?" পাউখুম পীখি ঐনা "কপতেদা....ই অৱাবগী পিবাং নত্তে, নুংঙাইবগী পিবাংনি।" মহাক্না অমুক হাযবক্লম্মী, - "কমান অসি লৌবীবো, অমুক্তা তৈথোকপীযু পিবাংশিংদু। মীনা উখ্রগা ফজবোইয়ে। কোলোম অদু ঐ খুনগৎচবক্কে।" কোলোম অদু খুনগৎনবা মানা নোম্থবকপদা, মহাক্কী পিবাংশিং অদুসু লৈমাযদা পোপ পোপ তাবকপা উবকখি। ঐনা খোঞ্জেল শোম্থাংননা

হায়রম্মী- "নংসু কপ্লিববা?" মহাক্না কোলোম অদু খুনগৎলগা ঐগী টেবলদা থম্লম্মী। শিন্থরিবা পিরাংশিং অদু তৈথোক্লি। তনিক তনিকপা খোঞ্জেলনা খুমলকখি, - " কপতেদা, পি সুম তারকপনি "

নুমিৎ ফনা যাম্না থেঙজিল্লক্লে। নুমিদাঙগী পুং নিপান তাবে।

মহাক ঐগী হোসপিতালগী কাদগী থোকখিবম্মী।

মহাক্কী অশেংবা মমিংদি ডাক্তর লৈনা কৌই। ঐনা নুংশিদুনা মহাকপু অঙাংব' লৈ হায়না কৌবনি।

ঙাইহাক লৈবগা লৈনা, মমান্নবী অনিগা লোয়ননা ঐগী কাদা চংলকলম্মী। মখোয় অনিমক্কী মশক মমিং খঙনবা হংলুদে। ঐসু মতম থেঙলে, হোসপিতালগী কা মনুংশিদা অসুম ফমদুনা লৈবকপা হায়দুনা, লৈনাগা হনমিন্ননবা থৌবাং তৌদুনা লৈবমলিবনি। মহাক্কী ময়ুমদা নোংমতা চঙ্লদ্রবসু, হোসপিতালগী লবক্তা খরা থেংলবদি লৈনাবু ঐনা ঐগী গাড়ীদা হেক তেক মখোয়গী কোম্প্লেংফাওবা থানবাবম্মী। ঙসিসু মহাকপু ময়ুমদা হান্না থাদবীবম্লগা যুমদ হল্লগে হায়দুনা থৌবাং তৌদনা লৌরিবানি। মহাক্না হেক হায়বক্লম্মী।

ঐগী মমান্নবী অনিসি যুম খরা থাপ্লী। ঐখোয় অনি থিনবীকসি হায়ববু, কাব খনবীবগে"

- কাব লমদনো"

- লমশাংদনি, মখোয় অনিমক নৌনা জোইন তৌবা ডাক্টর [illegible] যুদোংচাদবা অমদগী গাড়ী ফংহৌদ্রে।

ফবে, ফবে চৎলসি হায়দুনা ঐখোয় মরিমক ঐগী কাব তম্না চৎলম্মী।

হায়নকবা তৌদনা অনৌবা ডাক্টর অনিদু কাবগী মানংগী ফমফমদা [illegible]। ঐগী লৈনাগনা মমাঙদা - ঐনা ড্রাইভরগী ফমফমদা, মানা ঐগী ওইদা। লৈনানা মমান্নবী অনিদুদা হায়বম্মী,

- "ঐখোয়গী সাবদি, সবজবিগী মকোক ওইজববসু ইচম চম্বনি।"

মখোয় অনিনা পুন্না অমুক খুম্লক্লম্মী, "সাববুদি ঐখোয় হান্না খঙজে, মিংসু যাম্না তাজবে।"

মখোয় অহুম্না ৱারী শান্নবিবা অদু ইথৌ থৌওইদনা কার অদু অদুম থৌবম্মী।

কাব অদুনা লম্বী অতোঙবা অমদা হেক থৌজিল্লুবদা খংচোং হেক

চোংলম্মী। লৈনাগী নৌরবা থোৎলবা হকচাংগা ঐগা হেক থেংনরম্মী। হৌনা অমুক্তং নোকমি রম্মী। তুংদা মী অনি ফম্লি হায়বা কাউথোকলুরে।

তাংলৌ লৈনা থেঙলে। মমান্নবী অনিদুসু ময়ুম ময়ুমদা চংনখ্রে। ইবান্নিদা ঙাযহৌবে লমজাউ- লমহাং অদুদা।

পাক্লবা লৌবুক লমহাং কযা মুৎশি মুৎশি শন্দোক্নুনা লৈখ্রি। পামেল কয়া মুশুক মুশুক মুনা তুমিন তুমিন লেপলি। তাইবঙ কনাগী খোঞ্জেল তাখিদবে, মবক মবক্তা তাউবা হুইনা খোংলকপগী মখোল নত্তনা। তুমিন তুমিন লেপ্লি, লৈনাগা ঐগা খারি লৌবুক মপান্দা। চৎলসি হায়না হৌদোক্লবসু তৌরমদে, ঙাইহাক ফমখিসি হায়বসু হাযনবমদে। অসুম্না ৱাংলেন ঙাইহাক তুমিন্না লৈরবা মতুংদা, নোংপোক থংবা চীংশাং পবেং মকুম অদুদা, মঙাল খরা খরা ফাওবা উবক্লম্মী। কেকু লোৎলম্বদগী ফোংলকপগুম, নুমিদাংদুদা থাজনা চীঙগী মকুমদগী তুমিন্না ফাওগৎলক্লম্মী। ইবান্নিগী মতৌদুদা থাজনা নোকফেৎ তৌবগা হাযবগুম তৌবম্মী।

- "কবিগীনো নবান্নিনা তুমিন, তুমিন লেপ্লিবা? অসিগুম্বা তাঞ্জা লাকখিগদবা পুন্সিদা? ঙাইহাক ফমখোদনা খাবি লৌবুক ময়াদা। ঐসু তাখিগে নবান্নিনা নাপচিক্লা শানবা নুংশি ৱারীদো।

থা থোক্লকএনা, ফজদরা যেংউ চীঙগী মরুমদগী ফাওগৎলক্লিবসে হাযবগা ঐনা লৈনাগী খুদাং অদু পায়দুনা চিংশিল্লম্মী। লৌবুক ময়া অদুদা ফমিন্নবি।

থাজনা থোকত্রিঙৈদা, নুমিদাংগী অমম্বা মরক অদদি, হান্না নিংথীনা উবমদবা মায়থোঙ অদু লৈনাগী,থাজগী মঙাল ফাওরক্লবা অদুদা মযেক শেংনা উবা ফংলমই। ঙৌরবী মায়থোঙদুদা, নুমিৎকী মঙালনা য়েবগা, ঈংলবা থাজগী মঙালনা য়েবগা- অনিগী খেন্নবসু লৈবা জাৎনি। ঈংনা ফজবী মায়থোঙদু মুন্না য়েংদুনা লৈবম্মী। লৈনানা হায়রক্লম্মী,

- "ৱাবীসু শাদনা সুম ফমদুনা লৈগদরা! নংদি ৱা যাম্না ঙাংগনবদাই, তুমিন্না অসুম ফমদুনা লৈরিবা করিগীনো?"

ঐনা- খল্লিবনি ঐসু, করি ৱারী শাশিগে হায়না ঙসাইমখৈ। অদুবু ৱাখল ইথোক থোকউ হায়বা য়াদে।

লৈনা- "অদো......, ঙসাইমখৈ নিঙথীনা উরমদবা লৌবুক - লমহাং, উপাল ৱাপাল, মযেক শেংনা উরক্তরনে থাজগী মঙালসিদা?"

ঐনা- "উম...."

লৈনা- অঙ্গৈংবা নুংশিৎ শিংলিবসি থম্মোয়দা নুংওন্দরা?"

ঐনা- "উম........"

লৈনা- "কবিনো উম উম। ৱা ঙাংগনখ্রবা নংনা উমদগী হেন্দ্রিবা করিগীনো? কবি লাইনা লৌখ্রবা জাৎনো?"

ঐনা- "কবি লাইনা ওইগনি, অঙাংবা লৈননিদনা।"

খুবাম্না চিম্বাল খুমজিল্লগা, ইবান্নি থীক থীক নোকমিন্নবম্মী, নুমিদাং অসিদা মী তাখিনি হাযবগী মতাগুম। মালং ঈচিক থেম, থাজ ইপাক লাং, অসুম ফমিন্নবস্নদগী, নর্কাশন্নবম্মী থম্মোয থম্মোয অনিগী মিছুন ফাওনবম্মী। অঙাংবা লৈগী লৈন্থা পেন্না থক্লম্মী। মানা খঙহায হাযবক্লম্মী,

- "ওকএ. . .. থাদোকওসে, যুমদা চৎলসি, থেঙখ্রে .... ঙাওবর নংরো।"

মহাক্না নাকোশ, অদ তাবদা খোয়থম্না নুংশিবম্মী। অমুক হন্না হন্না মাগী কংবা নাইদ্রবা লৈঙ্গা অদ খাক্ক। ইবান্নগী মতৌদু উবদা থাজসু ইকাইদুনা লৈচিল মকুমদা ঙাইহাক লোংখিবম্মী।

নুমিদাংগী পুং ১১ তারে। লৈনাগা ইবান্নি কাবদা তোংখৎলগা মাগী মযুম পাংনা থৌবম্মী। মহাকপু কোম্লোংদা থাদবীবস্লগা, ঐ, ঐগী যুম পাংনা গাড়ী থৌবক্লম্মী।

## (২) অমনবা এরোদ্রোম

ৱাকচিংগী ঈংলবা উনখা তাবা মতমনি। হৈপাল- লৈপাল খুদিংমক মক কেক্তুনা খাঙলি। মচি মচিদা চরু ইকু খুদিংমক্তা অঙৌবা উনতনা কুপ্পা মতমনি। শাৎলিবা লৈ হায়বসু - অঙাংবা লৈ অহাক্তা মঙাযবে। ঈংথ্রবা অহীঙদু, লুমথ্রবা ফৈজুপ শুপতুনসু, তুম্বা শুকযা য়াবমদে। হযেংদি শুতিনি। অঙাংবা লৈগা ঐগা কোযমিন্নবা চৎকনি খনবদা।

ইনুংগী পুং ১ বোম তারম্লগনি। তুম্বা যাদ্রবা ঐ, উইশিল্লু যাদ্রবা ঐগী মিৎ, তৌফম খঙদদুনা হৌগৎলগা, মপান্দা থোক্তুনা শুমাঙদা ঙাইহাক কোযচৎ চৎতুনা ঙাইঙমদনা মতম লেল্লি।

থা থোক্তবা অহীঙ ওইবন্মী। অতিযা মকোয শিনবা থুংনা থৱানমিচাকশিং ঈরং লংনা থোল্কি। ওকপুরোই তাউহুইবোই অনিনা কোকতোন্দা থোল্লন্মী। নোংপোক থংবা অতিযাদা খবা ৱাংলপ্পা খোংজোম নুবী তবেৎ লৈবন্মী। চযোল তবেৎনা অৱাং মেকুদা কোযনা কোযনা লৈবদু অদুম লৈবন্মী। ঐগীশি থৱামিচাক মশিং থীদুনা শান্নবিবনি। তযান মানবী থৱানমিচাক্তি, ঙসাইমখৈ ঐনা অতিযামকোয শিনবা থুংনা যেংলিঙৈ মতমদুদা হুবান হুবান তুমিন তুমিন ঐঙোন্দা যেংলিবা জাৎনি। তযানবুনি ঐনা থীবিবসু। মহাকসু চাউথোকচনিবগ থৱানমিচাক মনামগী মবক্তা, অঙাংবসি মতোমতনি খঞ্জদুনা। মহাক্না হাযবকপ শুম তৌবি,

- “নহাক্কী অঙাংবা লৈ অদুসু, নংগুম্না শুমাংদা থোক্তুনা অতিযাদা থোকপা লৈমবেন সনা চফু থিবি। নোংপোক চিংখৈ অতিযাদা যেংলি। নংদি খঙলমলোইদো, ঐদি লোইনমক উইদো। ৱাগনু, ৱাগনু, ৱাংলেন খবদা ঙাযবে উন্নগদৌবা।”

তযানগী হৌনবীনি। ঐনা অহীঙদা থোক্তুনা থৱানমিচাকশিংগা ৱাবী শান্নবা পামজববসু- মমিৎ কুপ্পা, মমিৎ কুপ্তবা থৱামিচাকশিং কনা’মত্তনা খুন্নীরক্তে। তযানদি ঐঙোন্দা হেক হেক লক্লবগুম তৌবন্মী।

শুমাংদা কোয়চৎ চৎতুনা লৈরিঙৈদা, মতম হৌখিবা খঙহৌদে। নোংপোক মৈবম চিদাইদা শজিক খোঙদোয় হুল্লক্লে। থেঙথ্রগনি খন্দুনা ইমুংদা চঙলক্লে। ঈক- মাইথজবা লোইদুনা ফিবোল শেৎচিনবা লোইবে।

নোংঙানবা ঙাইঙমদনা, লৈচীল মরক্তা কার থৌদোক্তুনা, লৈনাগা ঐগা উন্নসি হায়নখিবা মফম অদু তান্না চৎলম্মী। লৈচীল কুঙনা থামনখিবনা লম্বী অদু নিংথীনা উবা ঙম্লমদে। হেড লাইট থাল্লগা কাব অদু থৌরম্মী।

মফম অদু য়ৌরে। ব্রারক্কী তয়াল মানবী অঙাংবা লৈসু, অয়ুক্কী ঈংথ্রবা উনখা তাবা মতম, অদুদা, কেবনা মচুম তাবমখৈ ঐবু ঙাইদুনা লৈবম্লে।

ইবন্নি হাইফেৎ য়েংনরগা নোকমিন্নবম্মী। মহাক কাবদা কাখৎলক্লে। থোঙ অদু থিংজিল্লগা ফমিন্নবে। গাডী থৌবা হৌবম্মী।

গাডী থৌনা থৌনা ঐনা লৈনাবু অমুক অমুক যেংলি। মহাক্কী কোয়বাওনবী মিৎস্না থম্বাল অনিমক অসুক্কী মতীক ফজখ্রে, য়েংবগী পেনবা নাইবমদে। করম্বা খোইয়ুম নত্রগা কোইমোমগী খুৎশেম ওইবমগদৌবনো খঙদে। ঐগী থম্মোয়গী মমি, মহাক্কী মমিৎতা তাবগুম উরম্মী। নিংথমথা ওইবনা শামতুগী ফুবিৎ অমসু লির্লি। মদুসু অঙাংবা মচুগীনি। ঐনা পামজবা মচু হায়বদু থোক্লে।

তুমিন তুমিন গাডী তোংদুনা চৎমিন্নবম্বদগী অচিকপা অদু থুগাইদুনা লৈনানা হায়বক্লম্মী, - "ঙসিগী অয়ুকসি ঈংখ্রেবো, উনসু যাম্না তাই। নংদি ঈংবা ফাউদ্রা।"

ফনা যাম্না ঈংবা অয়ুক ওইজববসু, থম্মোযদা চাক্লিবা নুংশিবগী মৈচাক মসিনা হুকচাংদা অঈংবা অমত্তা ফা ওদ্রবা ঐঙোন্দা, হংলক্লিবা মাগী ব্রাহংগী পাউখুম পীদনা, তুমিন্না অদুম গাডীদু তপ্না তপ্না থৌদুনা লৈবম্মী।

ঙাইহাক থৌরবা মতুংদা মহাক্না অমুক হায়বকই, "ঐনা গাডী থৌবা হৈরম্লবদি, অদোমনা তোংলগা, ঐনা থৌজবমগদবনি। হৈতবনিনা উপাই লৈতে। নহান মখৈ গাডী থৌবা খরা তম্বীয়ু হায়বসু শুকয়া যাবীদে। থবক যাম্না চিল্লি হায়দুনতা মবৈ। অদুম থৌবীবো, ড্রাইভব ওইবগী ওইবা, অদুম ওইবীবো।"

ঙাংথোক্লিবা ব্রাঙাং খুদিংমক লৈহীগুম্না থুম্লম্মী। অমুক ঙাংথোক্লগা মতোমতা থীক থীকসু নোক্লম্মী। লৈনানা নোক্লকপগী খোঞ্জেল তাবদা ঐগী থম্মোযসে তনিক তনিকলম্মী। মহাকপু অমুক য়েংলুবি। মহাক্কী কংদ্রিবা লিক্লা ব্রাইরবা শন্নাংশিং ফজবগী ঙমখৈ লৈবমদে। ঐনা হংলম্মী,

- "কদোমদা হান্না চৎসিগে?"

- "লাংগোন নিংথৌ অমসুং লাইরেম্বী খুরুম্বা হান্না চৎশি। মদু লোইববদি অদোমনা পুবিনিংবা মফমদা পুবিবদা য়েৎচররোই"।

লম্ফেল তাবা লম্বী অদুদা কাব অদু থৌরম্মী, লাঙ্গোল নিংথৌ অমসুং লাঙ্গোল লাইবেম্বীগী মশাইকোন যৌনবা।

মতম অমদা চাউববা লমজাউ - লমহাং ওইরম্বা, চরোৎ হাবুং হাবুং হৌবম্বা, চাউখোং পাম্বী কযানা লৈতেংলম্বা - লম্ফেল পাৎনি। কোম্বীবৈ কৌবী লৈবাংনা পাক শন্না হৌবম্মী। শজিবু চৈরাউবা মতমদা মচি মচি খুদিং ফুগাইনা লৈশাৎ তন্নম্মী। অশৈবশিংনা লৈবাংগী মিংবু "লম্ফেল নাৱা কোম্বীবৈ" কৌদুনা শৈশক্লবি।

হৌজিক্তি মহৌশাগী ফজবা শক্তম লোইনা মাঙখ্রে। কোইলাস থাবা লম্বা, অচৌ অচৌবা দোলালশিং সবকারগী লোযশঙ কয়ানা পীক থনখ্রে। অহাঙবা লৌবুক লমহাং অমত্তা লৈশিল্লক্তবে।

অযুক্কী অঙ্গংবা নুংশিৎনা হুম্লকপদা লৈনাগী শন্নাংগী নুংশিবা মনম অদ ফাওবম্মী। মহাক্কী নৌববা খুৎশাশিং অদুনা ঐগী নংগন্দা নানবীবা হৌবক্লম্মী অদগ হাযবম্মী,

- "ফজদবা নাশিক পাম্বীশিংসে, লম্বীগী যেৎলোমদা হৌবিবশিংস।
  গাডীদো ঙাইহাক খাম্বীখো, লেপ্তুনা অমুক্তো যেংখিশি।

গাডী অদু খাল্লগা, ইবান্নিমক কুমথবগা, সোবোক চিদাইদা লেপমিন্নবম্মী নোংচুপ হাবম পাংবদা মাযওনশিন্দুনা লেপমি বম্মী।

লাংগোল চীঙগোল, মহৌশাগুম নিংথীদ্রবসু অদুম মফজবি। অশুকপা উমং ওইবম্বা, উজাউ কযানা লৈতেংলম্বা, লী- ৱা কয়া হৌরম্বা - মদুগী শক্তম অদুদি হোংখ্রে, লোইনা কোকখ্রে। চীঙখোঙদা, চীঙমায়দা চেক্কী যুম মচা কযা কযা শাজিন্দুনা মফম অদু সহব মচা অমা ওনখবে - লাংগোল হাউশিং কমপ্লেক্স হাযনা খঙনখ্রে। খুৎশেমগী ফজবা অমসুং মহৌশাগী ফজবা অনি খুৎশম্নদুনা লৈতেংলি। নুমিদাংদা যেংবা মতমদদি মফম অদু ইলেকত্রিক্কী মৈঙান্না পুমলং লংলম্মী।

গাড়ীদা অমুক কাখৎমি বম্মী। থৌবা হৌবম্মী। খঙহৌদনা লাংগোল নিংথৌ অমসুং লাইবেম্বী অনিগী মশাইকোন য়ৌবম্মী। সোবোক মতাইদা গাড়ী খাল্লমলগা ইবান্নি খুৎশম্নদুনা চীঙমায অদু কাখৎমিন্নরম্মী।

লৈনাগা ঐগা লাইশঙ তম্না চংশিল্লি। খোইনিং কৌবী চেক্লা মতৈ- মনাওনা নুংশিনা খোংলকপগী মখোল তারি। অযুক ওইজরবসু হযি নোংনাংনা লেপ্পা লৈতনা

চীঙগোল মনুংদগী খোংলকপগী মখোল তারি।

লাংগোল নিংথৌ অমসুং লাইরেম্বীগী লাইশঙ তাম্না চংশিলম্মী। লাইশঙ থোঙ লোন্দুনা লৈরম্লে। ইবান্নি খুৎ শম্নবা থাদোক্লগা লেপমিন্নরম্মী। লৈনানা ঐঙোন্দা হায়রক্লম্মী।

- "ঐ মখাদা কুমলুখিগে, ঐনা ঙসাই পুরকপা হৈ- লৈশিং অদু কার মনুংদা য়াওহৌবে, অমুক্তা লৌখৎলুখিগে।

খুদক্তা কুমথখিদুনা, কার মনুংদগী লাইগী পোৎশিং অদু পুরক্লম্মী। হৈ- লৈশিং অদু পাযবদুনা মহাক্লা হংলক্লম্মী, "কবম হায়না থমগদৌরিবনো, ঐদি হৈথা পোথাদি হৈদি হৈতনা, অদোম্না অমুক্তা তাকপীয়ুবা।" ঐনা লৈনাদা হায়বম্মী,- "লা লাতোন অদু মতোন্না লাইমাঙদা ওনশিল্লগা, হৈ- লৈ পুন্না পুল্লপ হাপচিল্লো, করিসু কাযদে। অদুগা ধুপ থাউমৈ থাগৎলো।

খুক খুদক কুল্লগা, লাইথোঙলোমদা ওনশিল্লগা, থরায় য়াম্না য়াওনা, হৈবাং লৈবাংশিং অদু লা লাতোন অদুগী মথক্তা শিন্দোকপা হোৎনরি। ঐ লাইমাংদা লেপ্না লেপ্না মহাক্লা শিনজবিবশিং অদু যেংলি। মহাক্কী তুংয়ানগী ফজবশিং অদু উবক্লম্মী। চোৎলম্বা শল্লাংশিং অদু কংলদুনা নিংদু যৈনা জ্বাই জ্বাই হাইথরি। ঈপা ইবুংঙো লাংগোল নিংথৌ অমসুং ইমা ইবেম্মা লাংগোল লাইরেম্বীদা মখুৎ লোন্নদুনা খুকমলি। ঐসু মহাক্কী মনাক্তা চংশিন্দুনা লাই খুকম্বা অদু য়াওরম্মী। লাংগোল নিংথৌ অমসুং লাইরেম্বীদা থৌনিজবা লোইববা মতুংদা ইবান্নি মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা ফমিন্নরি। মাগী মায়থোঙদু যেংলুবদা, মিৎম্না থম্বাল অনিদা চেম্থরক্লিবা পিরাংশিং অদু উরক্লম্মী।

কবিগী শিম্থরিবা পিবাংনো হংনিংলুবনি, হংলুদ্রে।

"থম্মোয়দা নুংশিবতনা থুমহৎলবী, নংতবু নিংজরিবী, নহাক্কী অঙাংবা লৈ ঐবু, পুন্সি চুপ্পা থাদোকপীগনুকো। নং য়াওদনদি হিংবা ঙমগনি হায়্নবা থাজদে, ঐগী পুন্সিসে।" পিরাং শিম্থবগী মরম ওইবমগদ্র, খঞ্জরুই ইতোমতা পুক্লিংদা।

লাই খুকম্বা লোইবে। লাইমাঙদগী হৌগৎলগা খুৎ অমুক শম্নদুনা সোরোকলোমদা কুমথরক্লম্মী। গাড়ীদা অমুক কাখৎলক্লম্মী।

কার অদু মমাঙ পাংনা হাইগৎলগা অৱাং পাংনা থৌরম্মী। থম্মোয় থম্মোয়দা নিংজবা থুংবগুম তৌরম্মী। কদায়দা চৎকদৌরিবনো, কদোমদা চৎকদৌরিবনো, অমত্তা হংনদে। খরা থৌরগা ঐনা লৈনাদা হংলম্মী, "কদোমদা

চৎসিগে ইবান্নিবু?” মানা ইচম চম্না খুন্নকপন্মী, “ঙসিদি ঐগী থম্মোয়গী নিংবা থুংজরে, অদোম্না পুবীনিংবা মফমদা গাডী অদুম থৌবীয়ু, ঐগী ৱাকৎ লৈজদবে। অদুগনে, আশানা নিক নিক লাউরবা ঐগী থম্মোয় অসিতদি কায়হনবীগনু।

ঐনা খল্লম্বা ৱাখলদু চুম্বা জাৎনি। “কবিগীনো নংনা নিংজবা থুংলে, থম্মোয় কাযহনবীগনু হায়বিববু?” হংনিংলুবনি। অদুবু হংদ্রবসু য়াবে খন্দুনা ঐনা অমুক হায়রম্মী, - “য়াম্না হৈরম্লেনা ৱা ঙাংবা।” মহাক্না নোকফেৎ তৌরগা খুন্নকলম্মী,” ঐনা কবি হৈজবদনা, অঙাংবা লৈগী মচু হাপ্পীবদি অদোম্না নত্রা।

ৱারী শানা শানা গাড়ী থৌবকপনা কোইবেঙ্গে য়ৌখিবা খঙহৌদে। অমনবা এরোড্রোম অদু তম্না কাব অদু থৌজিল্লম্মী। লৈনানা কবিগীনো এরোপ্লেন তাফম অসিদা থৌজিল্লিবা হাযদুনা হংলক্লম্মী। পাউখুম অমত্তা পীদনা কাব অদু থৌজিল্লগা অপাকপা এয়াবপোর্ট অদুগী মযাযদা খাম্লম্মী।

কোইরেঙ্গে এরোড্রোম, পৃথীবীগী অনিশুবা লানজাওগী এবোপ্লেন তাফমনি। হৌজিক্তি মল্লবা, মচেৎ মচেৎ কাযববা অহাঙবা লমহাং অমা ওইবে। ঐনা অঙাং নাৱা ওইবিঙে মতম ফাওবা, মফম অসিদা মী পুথোক পুসিন তৌবা এরোপ্লেন তাবা খঙহৌই। চঙাংগৈদা এবোপ্লেন তাফম হোংখ্রবা মতুংদদি, মফম অসি ময়ামগী গাড়ী থৌবা তম্ফম ওইনা লৈবি।

এবোড্রোম মযাযদা, কাব মনুংদা, ইবান্নিতা ঙাযববদা, ঐনা হৌদোক্লম্মী, - “নংনা কাব থৌবা শুক্তম তম্বীদে হাযবদো, ঙসিদি তম্বীরগে খল্লদুনা মফম অসিদা পুরক্লিবনি। কুমথবক্লোদনা, ইবান্নি ফমফম ওহ্লোকনবসি।” লৈনানা ইপা পাখৎনা হায়বক্লম্মী,
- “ইমা কমাই তৌদোইনো - - - - ঐদি যাম্না কিজেবো।”
ঐনা- কবিমত্তা পাখৎকনু ইবেম্মা। য়াম্না লাযবা জাৎনি, থুনা হৈগনি। নংনা ঙসাই হাযখিবদো ......, নংদি গাডী থৌবা হৈতবনিনা, ঐনা ড্রাইভব ওইবা তাবে হায়না। হৌজিক্তি নংনা ড্রাইভব ওইবা তারে, ঐনা অমুক তোংবা তারেদনা।”

লৈনা ড্রাইভরগী ফমফমদা পাক কাখৎলু যাবমদে। ঐনা নমদনা মখুৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা ফমহল্লম্মী। ষ্টাবিং অদু মখুৎনা পায়হল্লমই। লৈনাগী মনাক য়াম্না নকশিন্না ঐসু ফল্লম্মী, তাইবঙ কনা উবরোই হায়বগী মতাগুম। মহাক্কী হকচাংগী ঈৱায়- ঈনিল ফাওরম্মী। এসেলরেটর, ক্লটচ, ব্রেক.... মথং মথং লোইনা মশক তাকপীরম্মী।

মায়থোঙ অদু খংলৈ লৈথোরকপদা ইবান্নিগী খজাইগা খজাইগা থেংজিন্নরম্মী। য়াম্না নকশিন্না মুন্না য়েংনরম্মী। তুমিন তুমিন নোক্লরম্মী। মহাক্কী ঙৌরোক ঙৌবা খুৎশাশিং অদু তনিক তনিক্লমই।ওইথংবা খুৎশাশিং অদু পায়দুনা গ্যাব তম্না পুশিল্লি। ফ্রি গ্যারদা থমলম্মী, পায়মিন্নদুনা ইবান্নি। ছো অদু মাগী য়েৎথংবা খুৎতুনা পায়রি, কাব হৌহনবদি লৈবমদে। ঐগী যেৎথংবা খুৎশিনা মহাক্কী লেংবানলোমদা কোনশিল্লগা ষ্টার্ট তৌবা তম্বীবম্মী। কাবদু অহানবা গ্যাব পাল্লগা থৌবা হৌরম্মী। অনিশুবা গ্যারদা অমুক ওম্থোক্লম্মী। মমায চুম্বা হৈবমদে। মমাঙদা খুৎ লামশিল্লগা মমায চুম্বা তম্বীবি। লৈনাগী থবক্কী মিহুল, ঐগী যেৎথংবা পাম্বোমদা ফাওবম্মী অহুমশুবা গ্যার, মবিশুবা গ্যার, মথং - মথং মহাক ঙাইহাক্কী মনুংদা ফনা য়াম্না হৈবে। পুং অমবোম তম্লবা মতুংদা মহাক ব্রারমাল্লে, ব্রেক কাওরগা ষ্টার্ট মুথৎলগা তুমিন্না ফমদুনা লৈথোকখ্রে। লৈনানা স্বব হোন্দোক্লগা হাযরক্লম্মী, ‘‘অসুৱাইদা অসুম লেপ্পসি, নিংথমথাসিদা হুমাং কাংলে।’’

ইবান্নি ফমফম ওম্থোক্লরগা কাব অদু ঐনা তপ্পা থৌদোক্লগা নাশিক পাম্বী পবেং পবেং হৌবিবা মফম অদুগী মযাদা খাল্লম্মী। ঐনা লৈনাদা, করি খল্লিবনো, কদোমদা, অমুক চৎসিগে?’’ মানা হাযবক্লম্মী, - ‘‘হুম, কবিশু খন্দেদা, ৱাদুনা পোখারিবনি। হৌজিক হনবসু ঙনমনখিবনি, কদাইদনো অমা চৎলুসিবা।’’ ঐনা ফবে অদুদি সেকমাই য়ৌথোকলবসি হাযবম্মী।

কাব অদু অৱাং সেকমাই তম্না থৌবম্মী।

ফৈদিঙ্গা চীঙগোল য়ৌরকপদা খুমন পোকপবু পুক্লিংদা চেৎনা নিংজবি। খুৎশেম অমসুং মহৌশা লাইবেম্বী অনি পুন্না খুৎশম্নদুনা শেমলিবা খোঙ্গংমেল্লে অমসুং উতাংবী লৈ কযাগী লৈকোল মপা অদু যৌরকপদা গাডী অদু সোবোক মপান্দা থৈদোক্লগা ঙাইহাক খাল্লম্মী।

চীঙমায় অদু কাখৎতুনা লৈকোল অদু য়েংমিন্নবম্মী। নিংথমথা ওইবনা খোংগমমেল্লে, ক্বাকলৈ, শমজিবৈ অমত্তা শাৎলমদবে। নিংবা কাযদুনা লৈনাগা ইবান্নি অমুক কুমথরক্লুনা গাডীদা তোংখৎলম্মী।

সেকমাই য়ৌরদুনা ঈপা ইবুংঙো কৌব্রু, ইমা ইবেম্মা কৌজেংলৈমগী লাইশঙশিং চঙদুনা খুরুমজরম্মী। লাই খুরুম্বা লোইববা মতুংদা সেকমাই কৈথেলদা গাড়ী অদু ঙাইহাক খাল্লগা কৈথেল কামিন্নরম্মী।

মতম থেঙজিল্লক্লবদা লৈনাগা ইবান্নি কার থৌদুনা ইম্ফাল তম্না লাক্লম্মী।

কোইরেংগৈ য়ৌরকপদা ঙসাই ঐনা লৈনাবু কার থৌবা তম্বীখিবা অমসুং নশিক মখোঙদা নাপচিক্লা নুংশি ব্রাতানখিবা - ঐগী থম্মোয়দা মমি তাদুনা লৈহৌরিবশিং অদু, অমুক নৌহৌননা নিংশিংহল্লি। ইতোমতা পুক্লিংদা শোঞ্জরি

- অমনবা এবোদ্রোম, নহাক লৈবিবমখৈ লৈনাগা ঐগগী নুংশি ব্রারী মুৎপা নাইরবোই।

অমনবা এবোদ্রোম তুংকোইনা থনম্লগা য়ুমদা হল্লকখি।

## (৩) শিলোংগী কনফরেন্স

হয়েংদি শিলোংদা ফনফরেন্স চৎকনি। লৈনাসু ঐগা চৎমিন্নগনি। নুমিদাং যৌশিল্লকলবদা ফমুংদা তুমগে হায়দুনা চঙলমই। মিং অসি উইশিনবা শুকয়া য়াবমদে। অহিং ফনা য়াম্না থেঙলবা ফাওবা তুম্বা শুকয়া যাবমদে। মীশেল খাঙদুনা লেল্লম্মী, ৱাখল মওন মওন খন্দুনা। ৱাখল খন্না খন্না ঙাইহাক তুমথবম্মী।

নোংঙানখিবা খঙহৌদে। ঐগী এসিস্টেন ডাক্তর লোবহোনা চংলক্তুনা কৌরক্লম্মী,

-" সাব, লোইশিনবীবো, শিলোংদা লেঙনবা তৌরসি। কোম্হোংদা জীপ খামদুনা লৈহৌরে। ঐখোযদি পোৎ চৈ য়োম্লগা হাপচিন্দুনা সারবু হৌবা লাক্লবনি।"

ঐনা- " ফবে, ফবে, নহাক ফমফম কাদা ঙাইহাক ঙাইরম্মু, ঐ লোইশিল্লখিগে।"

ইমুংদা চঙলগা ফিবোল লোইশিনবা হোৎনরি। সুতকেশ মনুংদা হাপচিনবা লোইবে। চে- চাং পুম্নমকসু ব্রীফকেশ মনুংদা হাপচিল্লম্মী। ডাক্তর লোরহোনা সাব ঐসু মতেং পাংজগে হায়দুনা ইমুংদা চংলক্লম্মী। ঐগী পোৎচৈশিং অদু পুথোক্তুনা কোম্হোংদা থোকখ্রে। ঐসু মাগা তুংথা মাংথা থোক্লম্মী।

মহাক্লা পুরকপা জীপ অদুদা ডাক্তব অঙমলাসু যাওরম্লে। ঐঙোন্দা "গুড মোরনিং" হায়দুনা নোকফেৎ তৌনা হায়রক্লম্মী। ঐনা ডাক্তর অঙমলা নহাক্তি কবিগী ঐগী য়ুমদা চংলকত্রিবনো হংলুবদা মহাক্লা খুম্লকখি, - "ডাক্তর সাহেব, ঐনা নংগী য়ুমদা অমুক চংলক্লবদি য়াম্না থেঙখ্রগনি খন্দুনা ড্রাইভরগা অদুম গাডীদা ঙাইদুনা লৈজরমলিবনি, কাখৎপীবো লেঙঙসি। নহাক্কী অঙাংবা লৈসু বসষ্টেন্দা শোইদনা ঙাইদুনা লৈরম্লগনি।"

অৱাং বিওসি য়ৌবে। লৈনাসু বস থাফমদা লেপ্তুনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্লে। জিপতগী কুমথরগা মহাক্কী মনাক্তা চংশিন্দুনা ৱারী শারম্মী। মহাক্লা নোকফেৎ তৌরগা হায়রক্লম্মী,

- "ঙাইবদা শিগদৌরে, অশুক য়াম্না থেঙলক্লিবা করিগীনো?"

- "অসুক ঙন্না লাক্লিবসিদি। বস থাগদৌবসু পুং অমরোম ৱাৎলি।

ঙাইঙমদবা হাইদুনি নংসে, চৎমি গদবা লৈরবসিমক্তদা।"

- "ঐদি থাবু থাজরুদ্রে, নহাক লাক্কনি হায়বা করিগুম্বা লাক্লমদ্রবদি য়ুমদা অদুম হলমগনি।"

- "অদুবুদি অমহানিদা, নং লেপ্লমদ্রবা ইলেকত্রিক পোষ্ট মখোঙ অসিদা, ঐবু ঙাইদুনা, ঐসু অদুম হল্লমগনি য়ুমলোমদা।"

মুন্না য়েংনবগা লৈনাগা ইবান্নি,থম্মোয পেন্না নোকমিন্নবা, যাম্না খৌবাংননা ৱারী শাবিবা অদু ডাক্তব অঙল্লা অমসুং ডাক্তব লোরহোদি ঙসাইমখৈ তাবল্লিবা জাৎনি। পবপ- পবপ চঙশিল্লক্লগা ডাক্তব অঙমলানা হাযরক্লম্মী, "বস থাগদৌবসু খরা ৱাৎলি। নিকেল বেষ্টোবেন্টতা ব্রেকফাষ্ট চাকশি।"

ঐখোয মরি ব্রেকফাষ্ট চাবা লোইবদুনা বাজধানি এক্সপ্রেস তম্না চৎলম্মী। বস অদু মীনা পীক থল্লম্লে। ডাক্তব অঙমলা অমসুং ডাক্তব লোবহো থংননা ফমিন্নখ্রে। লৈনাগা ঐগদি মনিং ইথং থংবা ফমফম অনিশক ফংদুনা পুন্না ফমি বম্মী। ঐনা বোসনি চহী নিফু শুববা। মহাক্লা মথোক কাবক্লিবী ঐগী এসিষ্টেননি।

বস থৌবা হৌবম্মী।

খোংনাং অনি কাবক, সঙাকফম, খাবন, লমখাই, কোইবেঙ্গৈগী অমনবা এরোদ্রোম পুন্সিগী নিংশিংদুনা লৈবগদবা, খোংঙামপাৎ চীঙ্গোল অমসুং ফৈদিঙ্গা যৌবম্মী। বসকি থোমনাউদা যেংথোকখিবদা শল মকম শাবা কৌব্রুগী চীঙদোল উবা ফংলম্মী। ঐনা লৈনাদা হাযবম্মী,

-য়েংউ ফজদবা কৌব্রু চীঙদোলসে। মফম অসিদা লাইনিংথৌ সলাইলেন সিদবা অমসুং ইমা লৈমবেন সিদবী অনি ঙাম্ভোইদুনা লৈ হায়নবিবনি। পুখ্রি অমা লৈ পুখ্রি অদুদা থম্বাল অনি শাৎলি। অমনা সনাগী থম্বালনি অমনা লুপাগী। পুখ্রি অদুদি তশেংনা লৈবনি। থম্বাল অনি অদুদি মবাইবক ফবা, লাইনিংবা পরৈ চেৎপা মী খরতনা উবা ফংই হাযনৈ।"

- যাম্না খঙইজাৎনিনা অদোমদি, কৌব্রুবু কাবীকবব্রা?

- কাদ্রি, অমুক্তা কাদ্রি। নোংমদি শোইদনা কাগে খল্লি। শিলোংদগী হল্লকলগা কাকসিবা

- (য়াম্না থৱায যাওনা) কাকশিবা.....। ঐসু অমুক্তা কাদ্রি, ইস্পাং লৈতদুনা।

- (ৱাখল খবা তৌবগা) কাববদি লাইবিক লাইশু খরা পুবা তাই। অদুগা নোংমা নিনিসু য়াবেক্কুনা লৈবা তাবনি।

- (য়াম্না হরাউনা) মদুদি য়াম্না নুংঙাইনি। অদোমগীদি হীরম খুদিংমক্তা রিছার্চকী ৱা ঙাক্তা।

- করিনো নংনা হায়রিসিবো লৈনা, মৈতৈ ওইনা পোল্লবদি মৈতৈ ঐখোয়গী নাৎ অমসুং ঈপা ঈপুগী লীখুল খঙদ্রবদি, পোকপগী মহৈ য়ানগদ্রা?

- (ৱাখল ঙাইহাক খল্লগা) মদুসু চুল্লিবা ৱাফমনি।

ৱাবী শানা শানা লাকপনা, সেকমাই মোটবুং কলাপহার, সপরমৈনা তুং কোইনা লৈহৌবে। কাংপোকপী যৌবল্লম্মী। কাংপোকপীদা ঙাইহাক খাল্লম্মী। মযাম - চাক ঈশিং চাগদবা, মপান-ঈপান থোক্কদবা লোইনা হোৎনবীবো হাযদুনা লাউথোবকপদগী, ঐখোয় লোইনা বসতগী কুমথবম্মী।

ডাক্তর অঙমলা, ডাক্তর লোবহো, লৈনা ঐখোয মরি পুন্না মৈতৈ হোটেল অমদা চাক চামিন্নবম্মী। নিংথম মতম ওইবনা চাবিমখৈ ইহাউতা হাউরম্মী। ডাক্তব লোবহোনা চাক চানা চানা ফাগী তৌবল্লম্মী।

- "সাব, ৱাদি ৱাবৌবীনু কবিগুম্বা অমত্তা হাযজগে। ঐনা তুং হন্না সাবগা অঙাংবা লৈগদবু কমদৌবি হাযনা যেংজবদা, বস মনুং অদুদা কনামত্তা য়াওদবা, সাবগা অঙাংবা লৈতগা তোংবা মাল্লিকো।"

- "হেবা ডাক্তব, লৈনাদা ঐনা মৈতৈ ঐখোযগী লাইনিং চৎপগী, ঈপা ঈপুগী খোঙ্গুল লীবগী ৱাবী তৌবনিদা।"

- " অঙাংবা লৈদু সাবনা বেপটাইজ তৌবীদৌবেনে। মখোয়গী ইমুংদি কৃষ্ণ নিংলমগনি।"

ঐখোয মবি পুন্না নোকমিন্নবম্মী। চাক ঈশিং চাবা লোইবদুনা বসতা অমুক কাখৎলম্মী। ঐখোয় ঐখোযগী ফমফমদা ফল্লম্মী।

বস অদু থৌরম্মী।

নুংথিল মতম য়ৌবকপা কান্দা কোহিমা সহব যৌবম্মী। কোহিমাসি মহৌশা গম্ভীবসিং নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদদি থীবোম্মে হাযনা খঙনবম্মী। মফম অসিফাওবা মৈত্রবাক্কী ঙমখৈ ওইরম্মী।

কোহিমা চীঙলৈবাক্কী য়াম্না ফজখ্রবা সহব অমনি। চীঙমায়দা, চীঙদুমদা, চীঙখোঙদা- অচৌ অচৌবা, অৱাংবা বিল্ডিং কযামকম শাদুনা লৈরি। লম্বী কয়ানা থেক্লা খোয়না বিল্ডিংশিং অদুগী মরক্তা শন্দোক্তুনা লৈরি।

কোহিমাদা লৈবা হোটেল অমখক্কী ৱারী নিংশিংলকলম্মী। নাগালেন্দা

লৈবা চীঙমীশিংগী চীঙ্গাক তোংঙাল্লি। চাইনা অমসুং জপানলোমগী চীঙ্গাক্তা হাইফেং মান্নবা জাৎনি। তৌবদবু থোংবা থাকপগী মওং খেন্নবতনি।

খুবীমুক চাউবা হঙোই মখল অমা ফংই হায়। হঙোই অপিকপশিং অসি ফাবগা হিংনা থুমোক অমদা কুপশিল্লগা, হোটেল অদুগী মচি অমদা থম্মী। কনাগুম্বা হঙোই অতাউবা চানিংবশিংনা হোটেলদা লাক্লগা হঙোই অতাউবা পীয়ু হাযবরবা মতমদা, হান্না শাহন্দুনা থল্লবা অচৌবা খাং অমগী মনুংদা য়াওবা থাউ অদুদা মপাম্বা হঙোই মশিং অদু অমুক থাদবম্মী। মথংদা হাও মোরোক অশাংবশিং অদু অমু থাদে। ঈবাক্লুরক্লুববা মীনা ইকা অমফাও লাম্মী হাযবগী মতৌগুম, হঙোইশিং অদুনা শামনবনা খাঙবা ঙমদদুনা মোরোক অশাংবা অমমম কোন্দুনা শিরম্মী। হাযবীবা ফিভম অদুদা হঙোইশিং অদু মুলহল্লম্মী। মোবোক অশাংবা অমমম কোলহল্লগা মুলহল্লবা হঙোইশিং অদু প্লেট অমমমদা খবা খবা হাপ্লগা চানবগীদমক পীরম্মী। প্লেটশিং অদুগী মচিদা থুম খবা খবসু হাপ্লম্মী।

কোহিমা তুংকোইনা লৈহৌবে।

নুমিদাংৱাইবম ওইশিল্লক্লে। দিমাপুব যৌখিবা খঙহৌদে। দিমাপুবদা গাড়ী অদু অমুক লমদনদবে। লীশাঙশিংনা অদুম থৌবম্মী।

অসামগী মনুংদা যৌশিল্লকপা মতম নুমিৎনা ৱাতোন উতোন লোনবা অদু উবম্মী। কোবৌহনবা অদু ঙাংশং ঙাংনা কোবোক কোয়না উরম্মী। মহৌশানা নুমিৎপু ঐখোযনা মিৎচানবা ঙমদে, মিৎ থক্লুনা যেংবা ঙমদে। মরক মবক্তা নুমিৎনা মশা নাববা কান্দা, মাগী মমায অদু ঙাংশং ঙাংই। মিৎকা নুমিৎকা মিৎচানবা ঙম্মী। লৈনানা খঙহৌদনা হাযবক্লম্মী,

- "ফজদবা যেংউ, নুমিৎসে কৈনোমা তৌই ঙসিদি, ঙাংশং ঙাংলদনা। ৱাতোন- উতোন ফাওবদুনা ঐখোযবু কোইতান তান্নদুনা চেল্লি। বসনা চেল্লিবা মখৈ মহকসু তান্নবি, বসনা লেপ্পদা কোবৌহনবা মহাকসু লেপ্লি।

- "হোয়নে যাম্না ফজৈ, মচুসে ঐগী অঙাংবা লৈ মাল্লি। নুমিৎনা ঐখোয়বু তান্নদুনা চৎপসে, যেংবদা য়াম্না নুংশি।

ঙাইহাক লৈরগদি তান্নখিদ্রে নুমিৎনা ঐখোয়বু ! ঐখোয়গী অচেনবা বসতুদগী নুমিৎকী মশক উবা ফমখিদরে। খরা খরা ঙাল্লম্বদগী তাইবঙপান অসি অমম্বনা কুপখ্রে। ঝাখরাবন্দ হায়রিবা মফম অদু য়ৌরম্মী। বস অদু অমুক খাল্লম্মী, নুমিদাংগী চাক ঈশিং চানবা।

বস ময়াম পরেং পরেং শানা খাল্লি। থাউমৈ পবেং পরেং থাল্লি। চাক্কী হোটেল কয়ামকম লৈবা উরক্লম্মী। অঙমলা, লোরহো, লৈনা অমসুং ঐ - ঐখোয় মবিসু বসতগী কুমথরক্লম্মী। বসতা তোংলকপা মীয়ামশিং অদুসু মানা মানা পামজবা হোটেলদা চঙনখ্রি। ঐখোয় মরিসু মনিপুব হোটেলদা চঙদুনা মাযমিৎ তাথোক্তুনা খুৎ- শা হামদোকপা লোইববা মতুংদা, চাকচা টেবল অমগী অকোযবদা ফল্লম্মী। অঙমলানা হৌদোবক্লম্মী,

- "কবি চাসিগে মযাম, শা চাগদ্রা, ঙা চাগদ্রা?"

ঐনা - "ইয়া যাইদা, অমা হেক্তা চাবগা লোইবে।"

অঙল্লা- "হুম, ঐনা হংবদি নখোয মৈতৈদি শা কয়া পামদে, অদুননি।"

ঐনা- "ফবে চিক্কন ওইনা তৌরসি।"

ৱারী শানা চাক মবি, চিক্কন মরি, সলাড মবি পুথোবক্লবা যাথং পীখ্রে। ঙাইহাক লৈবগা ৱেটব অদুনা ঐখোযনা হাযখিবশিং অদু পুরক্তুনা টেবলদা থল্লবে।

ঐখোয মরি ৱাবী শানা শানা চাক চাবা লোইখিবা খঙহৌদে। বস থাগদৌবে হাযনা লাউরকপগা চপ মান্নে। খুৎ- শা হামদোক্লগা বস মনুংদা কাখৎতুনা ডাক্তব অঙল্লা ডাক্তব লোবহো মাগী মাগী ফমফমদা ফমখ্রে।

নুমিদাংগী পুং ৯.০০ তাবে।

বসতা তোংলিবা মীপুম খুদিংমক ৱারী ৱাতাই ঙাইহাক শানবল্লগা, উইবযাও তুম্বযাও তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। বস মনুংদা থাল্লম্বা থাউমৈ অদুসু মুথৎখ্রে। অচিকপা নুমিদাং অদুদা চেল্লিবা বসগী 'উই' লাউবা মখোল নত্তনা তাইবঙ কনাগী খোঞ্জেল তাখিদবে।

অচিকপা অদু থুগাইদুনা ঐনা, লৈনাদা

- "তুম্লিংলব্রা, তুমিন্না অসুম লৈরিবা করিগীনো?"

- "হুম তুমনিংদে, ৱাখল তৌরিবনি।"

- "কবি ৱাখল তৌরিবা?"

মহাক ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পীরমদে। মাগী অমোনবা খুৎ অদুনা ঐগী ফৈগন্দা থল্লিবা খুৎ লাম্লকলম্মী। ইবান্নিগী খুশাশিং অদু চীল্লোক্লরগা চেৎনা পায়শিন্নরম্মী - মাগীনা য়েৎ, ঐগীনা ওই। থম্মোয় মিহুন কাঙলম্মী। ইবান্নিগী থম্মোয় অনিমক অমত্তা ওইখিবগুম তৌরম্মী। চীল্লোক্লরিবা খুৎশাশিং অদু মাগী অমোনবা ফৈগল মথক্তা অমুক থম, ঐগী অকনবা ফৈগল মথক্তা অমুক থম,

থাংদোক থাংজিন শান্নরি। শুকথা থাদোক্লরোইদবদৌনা মানা কন্না পায়শিনখিরম্মী। ঐনা লৈনাবু অমুক্তুং লৈদুনা য়েংলগা হায়বম্মী,

- "থাদোক্লগে..............?"

- "থাদোক্কনু, শুমাইনা অসুম লৈসি.........., থাদোক্কনু কৈদৌবগে।"

- "ফরে, অদুদি ঐ ব্রা অমা হংগে, উম......., নং শুক্তুম তুম্মিংদ্রবা,"

- "(মহাক্না তুমিন্না নোক্লগা)" হুম নংগীসে ব্রা থৈবা মাল্লিকো.......,

কৈনোমা হাযগে তৌবল্লগা তুম্বরোমদা ওনশিল্লকপা মাল্লিকো.......।"

- " নত্তেদা, শুক্তুম তুম্মরোইদ্রা হায়বা ব্রানিদা"

- "নংদি.............?"

- "ঐবুদি তুম্লবোইদা, হোরেন গৌৱাহাটি য়ৌরগা ফজনা পোত্থবগে হোটেলদা।" ঐসু তুম্মিংদে। ব্রারী শাদুনা অদুম লেনসি, কৈদৌবগে অহীং চুপ্পা।"

অহীং তাংলৌ থেঙল- থেঙলগা ঈংবা অসুম হেনগৎলক্লম্মী। অপাবা সাবী অমগা অপাবা ফুরিৎ অমখক্তগনা কুপ্তুনা হকচাংগী নিংথীববা কয়াৎ খুদিংমক লোৎলিবা লৈনাদি থক থক নীক্তুনা খাঙবা উবম্মী। ঐনা ওইথংবা খুৎনা কোনশিনবীবগা, ঐগী থবাক মপা ফাওবা চিংশিল্লগা মাগী অঈংবা অদু ফনবা হোনবম্মী। লৈনানা নিক্লা নিক্লা হাযবক্লম্মী,

- "ইস ঈংখ্রেদা,....... কমাই তৌনি......।

- (মাবু চেজেৎ কোনশিল্লগা) "খবা ফবব্রা ঈংবা ?"

- "উম খববুদি ফবে, নংগী ফোং ফোং শাবা মনিল অসিদা। অদো.....,

ইবানিনা তৌবিবসি মীনা উখ্রগা করি হায়নগনি,"

- "অমম্বা অসিদা কনাগী মিৎয়েং চঙলক্কদৌবিবা...। বসতা তোংলিবা মীপুম খুদিংমক লোইনা তুমখুন তানখ্রে। খবনা নখোকপসু যাওবি।"

তুম্বক তাশিন্দুনা, ঐগী থবাক্তা মায়থোঙ অদু নৈশিন্দুনা ঙাইহাক লৈবম্মী লৈনা। মহাক্কী হকচাংগী অশাবগী মনিল ফাওরম্মী। শল্লাংগী নুংশিবা মনম অদুসু নল্লম্মী। ঙাওহলম্মী ঐবু নুংশিবা মনম অদুনা। মবক মবক্তা মাযথোঙ অদু ঐগী থবাক্তা উপশিল্লগা শুক শুক নৈদুনা খাঙলি। মমায ওনখৎলগা হংহৎনা যেংখৎলগা লৈনানা ঐঙোন্দা হাযবক্লম্মী,

- "তারিব্রা..... ঈংমনখ্রেদা। নঙোন্দগী অশাবা ফনা যাম্না লৌববফাওবা, ঈংবসে শুকফৎ ফৎতে। বেগ মনুংদা শামতুগী ফি অথাবা অমা য়াজওবনি। অমুক্তা লৌথোকপীরকউবা।"

লৈনানা হায়বদু নিংথীনা তাহৌরমদে। ৱাখল অমদা ঐ উংদুনা লৈরুরি। ঐনা মঙ মঙদুনা লৈবদু উবদা লৈনানা অমুকসু হায়রক্লম্মী,

- "করি তৌরবগে, বেগতু হাংদোক্লগা ফিদু অমুক্তা লৌথোকপীবকউ।"

- "ইহে, অদু ঙসাইনা হায়বা য়াদ্রা। ঐদি ঈংবদি লায়বদুনা হুমাংদুম কাংলবনি।"

- "অঙাওবনি নংসে, ঙসাইনা হাযজখ্রমক্তদা।"

ৱা ঙাংদনা বেগ মনুংদগী শামতুগী ফি অদু লৌথোক্লগা মঙোন্দা পীরম্মী। ফি অদু তিংথোক্লগা ঐঙোন্দসু কোযশিল্লগা ইমিন্নবম্মী। ফি মচিন অদু ইবান্নিগী মাঙদা তাবম্মী। ফি অমনা মী অনি ইনমিন্নবা অসিদা ইথুং থুংলমদে, মমাঙদু ইহো হোদুনা নুংশিৎ চঙলম্মী। কান্নররোই খন্দুনা হান্নগুম্না ঐনা মাবু চেজেৎ কোনশিল্লম্মী। মবক মরক্তা মাগী থুন্নবা লৈহীশিং অদু পেন্না থক্লি - চিল্লোক্লদুনা লৈনাগা ঐগা।

গুৱাহাতি যৌগদৌরম্লে।

ডাক্তব লোবহোনা ঐখোযগী ফমফম তান্না লাক্লগা হৌদোক্লম্মী। লৈনাগা ঐগা কন্না কোন্নবগা ৱাবী অসুম শাবম্বদগী অদুম তুমখ্রবা জাৎনি। ঐখোযনিনা কোনশিন্নবগা তুল্লমলিবা মতৌদু উবদা ডাক্তর লোবহোনা মতোমতা শোল্লকলম্মী- "ওস্থোক্লা নুংশিনখ্রবা জাৎনি, ঐখোযগী সাবগা লৈনাগশি...।"

ঐখোযবু হৌদোক্লল্লগা চৎখিদুনা ডাক্তব লোরহো মাগী ফমফমদা ফমখ্রে। ঘড়ী যেংলুবদা নোংযাই মতুং পুং ২ তাবম্লে। লৈনা ঐগী থবাক্তা ঙাথদুনা তুল্লম্বদগী অফিং অফাই ওইনা মিকপ থোবক্লম্মী। মফি মরোল শেমজিল্লি। নিংথীনা মাগী ফমফমদা ফল্লগা হাযবকলম্মী,

- "গুৱাহাটি যৌগদৌবব্রা? মপান্দদি ইমম মল্লি।"

- "উম যৌগদৌরে নশম নশা ফজনা শেমজিল্লো।"

বসকী হোবোন হৌনা খোঙলক্লম্মী। বস মনুংগী থাউমৈ অদু থানগৎলক্লম্মী। যাত্রিক খুদিংমক লাংবা হৌবম্মী। লৈনানা মশম মনা শেম্না শেম্না, ঐগী মায়দা অমুক য়েং, থবাক্তা অমুক য়েং তৌরগা থীক থীক নোক্লম্মী। কমাল অমা মাগী বেগতগী লৌথোরক্লগা ঐগী মায়দা অমুক, থবাক্তা অমুক তৈথোক তৈথোক্লা মানা হায়বক্লম্মী,

- "মাঙলোমদনা সিদি, মী উখ্রবদি কমদৌনি। মায়সে অঙাংবা মচু ঙাক্তা

পক্কে। ফুরিৎ অঙৌবা অসিসু অঙাংবা মচু ঙাক্তা মচি মচিদা তৈরে। কমহাই তৌনি ঐদি.......।"

- (ইথৌ থৌশাদনা) "কৈদৌই হাযবগে, ঙাইহাক্তা ঙায়রে হোটেল যৌগদৌবা। অনৌবা ফি অমা হোংদোক্লগা লোইবেদনা। সিবু ঐনরা.....।"

- "মাই তল্লি.....। অদুদি ঐনরা..?"

- (নোকফেৎ তৌরগা) "নংনা নত্তদি কনাননো? নংগী অথোৎপা চিম্বালদগী অঙাংবা মচু শংবীবিবা নত্রা......?"

- "হুম তোকঅসি, নং ঙমজবো.....।"

গুৱাহাতি সহব যৌবে। অহীংগী অঙৈংবা নুংশিৎকী মহুৎতা, খবা খবা শাবা নুংশিৎকী শাহুম ফংলম্মী। ঐখোয অনি পুন্না অহীং চুপ্পা ইমিন্নবকপা ফি অদু থুপচিল্লগা বেগ মনুংদা হাপচিনখ্রে।

নোংঙাল্লমদাই পুং ৩ তাবে।

বস অদু পল্টন বজাবগী বস থাফমদা খাল্লম্মী। বসতগী কুমথবগা ঐখোয ঐখোযগী বেগশিং অদু লৌথোক্লম্মী। বেগশিং অদু বিক্সো অনিদা হাপচিল্লগা 'হোটেল ইন্দিবা' তম্না খোঙনা ঐখোয় মবি চৎলম্মী।

হোটেল ইন্দিবাগী মেনেজব কেবলা মচানি। ঐনা গুৱাহাটিদা থুংলবা খুদিংদা মাগী হোটেলদা অদুম লৈবনা মরম ওইদুনা ইবান্নিসি যাম্না মুন্না খঙনখিবনি। মবক মবক্তা কেবলা অমসুং মনিপুরগী চৎনরোল, ফিজেৎ চাকচাগী মবমদা শাবী শাই। হোটেল ইন্দিবাগী মেনেজর অসিগী মমিং ভিন্সি জোবজ কৌবম্মী। কেবলা মচাগী হৌনবী, মীগী মতেং পাংবদা চিংনবা লৈতবা মীনি। ভিন্সি জোবজ কেবলাগী পীকখ্রবা খুঙ্গং ওৱাচিবাদগী হৌবকপনি। ভিন্সিদা নত্তনা হোটেল অদুদা থবক তৌরিবা মীওই খুদিংমক্লা ঐবু মশক খঙবী, ঐনা তোয়না তোযনা গুৱাহাটিদা লাকমনবা মবমনা।

ইন্দিরা হোটেল থোং লোন্দুনা লৈরম্লে। অহীং মমৈ ওইবননি। ঐনা থোঙ থীন্দুনা "ভিন্সি ভিন্সি হায়না কৌবম্মী। ভিন্সিনা মনুংদগী "হেল্লো সার" হায়না খুন্নক্লম্মী। মহাক ঐগী খোঞ্জেল খঙবা জাৎনি। মহাক্লা মাগী মীশিং অদুদা খুদক্তা থোঙ হাংদোক্লগা ঐখোয়বু তরাম্না ওক্লবা য়াথং পীবগী মখোল তারম্মী।

হোটেলগী থোঙ হাংদোক্লম্মী। মী অনি থোবক্কুনা ঐখোয়গী পোৎচৈশিং অদু পুশিনবীবম্মী। অচৌবা কা অনি পীরম্লগা, ঐখোয়গী অৱাৎ- অপা হাংলমলগা

ৱেটব অনিদু চৎখ্রে। কা অমদনা ঐগা ডাক্তর লোরহোগা চংলম্মী অমসুং অতোপ্পা কা অমদুদনা ডাক্তর অঙমলাগা লৈনাগা। ঐদি হকচাং শেংদোকপা, মায়- মিং তাথোকপা লোইরগা ফম্মুংদা ঙাইহাক পোথারম্মী। লোরহোদি, মায়- মিং তাথোক্তনা, ফিরোল হোংদোক্তনা য়াম্না তুম্নিংলে সার হায়রম্লগা মাগী ফমুংদা অদুম তুমশিনখ্রে।

অয়ুক ফনা য়াম্না থেঙলফাওবা কনামত্তা হৌগৎনবমদে। ঐদি মিং উইশিল্লু হাযবা শুকযা য়ারমদে। অয়ুক্কী পুং ৮ তারফাওবা কনফরেন্সকী চে- চাং খরা য়েং, খবব খবা পাদুনা মতম লেল্লম্মী। লোবহো নিঙঙায়দনা তুমখুন তাল্লি। মখোয অনিদুসু মখোল - মৱাগা অমত্তা তারমদে।

কাদগী থোক্লকলগা অৱাংলোমথংবা য়েনখা অদুদা লেপ্লগা পল্টন বাজাব য়েংদুনা মতম ঙাইহাক লেল্লম্মী। মথোন ৭ শুবগী য়েনখা অদুদা লেপ্লগা, খুৎনা খাবিবা বেল্লিংশিং অদু পাযবগা য়েংলকপদা, মায়কৈ অদোমদা লৈবা পল্টন বাজাবগী দৃশ্যা মখৈ উবা ফংলম্মী। নুমিৎ অদু নোংমাইজিংনি। লম্বীশিং অদু ইতাক তাক্লা উবি।

গুৱাহাটিগী পল্টন বাজাব, মহৌশানা মী চিনবা মফমনি। বেলৱে ষ্টেসন মনাক্তা লৈবা মবম্না, মবক মরক্তা ট্রেন থুংলবগী অমসুং চৎখিবগী 'টু' লাউবা মখোল তাবম্মী। অহীং নুংথিল নাইদবা গুৱাহাটিগী রেলৱে ষ্টেসননি। ইন্দিরা হোটেলগী তবেৎশুবা মথোন্দগী য়েংখিবদা, যাত্রিক ময়াম চেনবোই লাকপোই চৎপা, তাম্না উবা ফংলম্মী। মখাদা অসুম য়েংথখিবদা, লম্বী ময়াদা টেক্সি পবেং পবেং, ওটো রিক্সো পরেং পরেং থাদুনা লৈবা উবম্মী।

অসুম থেঙজিল্লক্লবদুদা ঐ কাদা অমুক চঙলক্লম্মী। ইলেক্ট্রিক বেল অদু নমদুনা হোটেলগী ৱেটর কৌরম্মী। থোঙ থীল্লকপগী মখোল তাবম্মী। থোঙ হাংদোক্লগা য়েংবদা ৱেটব লৈরম্লে। ঐবু উবদা মানা নোকফেৎ তৌবগা আসামী মবোলদা হায়রক্লম্মী।

- "সার অমুক য়ৌবীরক্লেদনা, হন্দক্তি কদোমদা লেঙবীগদৌরিবনো, করি থবক লৈবীবগে?"

- "হোরেন শিলোংদা চৎকদবনি। নং কমদৌরি? নুংঙাইরিব্রা?"

-"নুংঙাইজরি সার, অদোমগী কৃপাদগী।"

- "ফরে অদু ফোং ফোং শাবা চা কপ অমত্তা য়াম্না থুনা পুরকউ।"

- "ফনি সার, য়াম্না থুনা পুজরক্কে।

ঙাইহাক লৈরগা অশাবা চা কপ অমা ৱেটরনা পুদুনা লাক্কে। চা কপ অদু সাইড টেবলদা থম্লগা মানা অমুক মখুৎ অনিদু শুরু শুরু নৈরদুনা ব্যাবাহার য়াম্না তৌনা হায়রক্লম্মী,

- "অৱাৎ অপা লৈববসু হেক্তা হাযবীরকউ। ৱেক ফাষ্টতি সার।"

- "(চা অদু থক্লা থক্লা) ঙাইহাক ঙাইখো। ঐগী মকুপশিং লোইনা তুন্লি। মখোয় হৌগৎলক্লগা ঐ নঙোন্দা হাযবক্কে।"

- "(লেপ্লা লেপ্লা) সাব ফ্লাইটতা লাকপীব্রা?"

- "হুম .... বসতা লাকপনি। ঙসাই নোংঙালমদাইদা থুংলবনি। নহানমখৈদি ফ্লাইটতা অদুম লাকপনি। হন্দক্তি বসতা অদুম লাক্কে। যেংঙো.... অদুগনে.... ঐগা হান্না খঙনবা টেক্সি ড্রাইভবদো ..... নং খঙইদনা...?"

- "খঙজে সাব। মাগী মমিংদুবু ....... ও বামলাল সাহু।"

- "যাবে, ফবে, মঙোন্দা পাউ পীখো। ঐখোয় মবি নুংথিলদা শিলোংদা চৎকদবনি। হোটেলগী মমাঙদা ঙাইদুনা লৈনবা হাযখ্রোকো"

- "পুং কযাদনো সাব....?"

- "পুং ৩ তাবা অদুৱাইদা অদুম য়াবে।"

- "ফনি, সাব, ঐ ফনবা অদুম শিঞ্জরক্লগে।"

ৱেটব থোকখ্রে। চা থক্লা থক্লা ডাক্তব অঙমলা, ডাক্তব লোবহো অমসুং লৈনা

- ঐগী ৱাখলদা মথং মথং লাক্লম্মী।

ডাক্তব অঙমলা উখ্রুলদগীনি। ইম্ফালদা মযুম লৈ। মহাক ঐখোযগী হোসপিতালগী খ্বাইদগী সেনিযাব ওইবা এনাষ্টটিষ্টনি। মহাক্কী মচানুপা অনি লৈবে হায়। ঐনা ঐখোযগী হোসপিতালদা ওপরেসন তৌবা মতমদা মহাক যাওদ্রবদি থৱাযসে ঈকম লুপ্লমদে। কবিগুম্বা পুং যাম্না চঙবা অচৌবা ওপবেসন তৌবা তারবদি, ডাক্তব অঙমলা যাম্না দবকাব ওই। মহাক অসি ঐগী চহী লেংগানি। চহী নিফুরোম শুরম্লগনি।

ডাক্তব লোবহো যাম্না নহা ওইবি। লুহোংখিবা চহী অমবোম খরা হেল্লে। মচানুপী অমা পোক্কে। মহাক নাথম হায়বিবা চান্দেলগী খুঙ্গং অদুদগীনি। মহাক এমএস পাস তৌবা চহী অহুমলোদা ঙাইবি। লোবহো ঐগী এসিষ্টেন ওইজরবসু ইমান্নবদৌনা লোয়নৈ। মহাক য়াম্না চম্বা, ফাগী জোগায় যাম্না তৌগনবা সারজন অমনি।

লৈনাসি ঐগী এসিষ্টেন্নি এমবীবীএস পাস তৌরবা মতুংদা ঐগী ইউনিটতা য়াওবশি চহী অমরোম ফারে। মহাক চহী ২৪ রোম শুরম্লগনি। মহাক্না ঐগা য়াম্না নকশিন্নবা মরি অমা, মহাক্না থবক হেক জোইন তৌবদগী, লৈনবা অসি নত্তনা মহাক্কী ইমুং মনুংগী ৱারী কৈদৌঙৈদসু হংউবা তৌদে।

অমুকসু খল্লম্মী। হযেং নিংথৌকাবা নুমিৎকী পুং ১০ তাবা মতমদগী হৌবগা, নুমিৎ হুমনি চত্থগদবা কনিফবেন্সনি। শিলোংগী পুলিস বজারদা লৈবা হোটেল হীল ষ্টাবদা চত্থগদবা মফম কযাদগী অফাওবা সরজন অমসুং এনাষ্টেটিষ্ট কযামরুম লাক্কনি।

অসুম্না ৱাখল মণ্ডল মণ্ডল খল্লিঙৈদা অযুক্কী পুং ৯ তাখ্রে। বাডকমদা চণ্ডদুনা ইকজথোক্লম্মী। ঈরুজবা লোইবদুনা বাডকমদগী থোরকপদা লোরহো মিকপ থোক্লম্লে। ঐনা মঙোন্দা হাযবম্মী,

- হৌগৎলোদনা ফনা যাম্না থেঙলে। ব্রেকফাষ্ট চাবা মতমসু হেনখিদৌবে। চাক্তি লামদ্রা?

- ফনি সার, ঐ লোইশিনজবক্লগে।

লোবহো ফমুংদগী হৌগৎলগা মফি মরোল হোংদোক্লগা বাডকমদা চণ্ডখ্রে।

লোবহোনা বাডকমদা চণ্ডখ্রিঙৈ মতাংদুদা অঙমলা অমসুং লৈনানা লৈবিবা থঙনবা কা অদুদা চৎতুনা থোঙদা "তক তক" থীল্লম্মী। মখোয অনিমক পুন্না "য়েস সাব" লোইজবে হাযনা খুম্লকলম্মী। মখোযগী কাগী থোঙ অদু হাংদোবক্লম্মী। মবানিদি ফিবোল নান্না শেৎতুনা শেম শাবা লোইশিল্লম্লে। লৈনানা ঐঙোন্দা মমিৎ অদু কোইরাওননা মুন্না যেংলগা থীক থীক নোক্লম্মী। ঐনা কবিগী নোক্লিবনো হংলুবি। মহাক্না মখোল থোক্না নোক্না নোক্না ঐগী ইনাক্তা চংশিল্লক্লম্মী। রুমাল অমা লৌথোক্লগা ঐগী মায খৌবিনচিংবা অদু তৈথোক্তুনা শেম- শাবীরম্মী, হায়রক্লম্মী,

- "কেবদি হৈতনা, পাউদব ঙাক্তা থোমজিল্লেসে। মীনা উববদি নোক্তনা শিরনি।" অঙমলানসু। হায়রক্লম্মী, - "তৌবনি, তৌবনি, ঐখোযগী সহেব অচৌবা অসিদি। মবক মরক্তা তাই কাওবা ওন্ন তৈনা পুনবনি।" ঐখোয় অহুম পুন্না, হৌনা নোকমি রম্মী।

ঐখোয়গী কাদা ঐখোয় মবি পুন্না ফমি রম্মী, খরনা ফমুংদা, খরনা চৌকিদা। ব্রেকফাষ্টতি থেঙমল্লে চা অমমম কৌরসি হায়না ডাক্তর অঙমলানা

হাযবকপদগী চা কৌখ্রে। ঐদি হান্নসু থকখ্রে, নখোয় ময়াম হৌগৎখ্রিবঁদা, অনিরক হন্না থকপা হায়দুনি হায়না ঙাংনা ঙাংনা ঐগী ব্রীফ কেস্তগী চেশিং অদু লৌথোক্লগা য়েংলি। ঐনা অমুক হায়রম্মী,

- "অঙমলা, লোরহো, নখোয অনিসু নংনা নংনা পাথোক্কদবা চেশিং অদু খবা মুন্না যেংশিল্লো। হোরেন পুং অহুম তাবদা শিলোংগীদমক খোঙশাল্লসি। টেক্সি রিজার্ভ তৌখ্রবনি। অদুগা অয়ুক্কী চাক্তি বাবোহ্ তাবা অদুৰাইদা চারসি"

ডাক্তর লোরহোনা - "ঐখোযগী সাবদি মতম পুম্নমক্তা থবক খুদিংমক হকচিন্না লৌই, হান্না লোইনা খঙদনা লোইববসিদা.......।"

ৰাবী ৰাতাই ঙাইহাক শারিবঁদা চা য়ৌরক্লে। ৰাবী মখা চৎথ চৎথনা চে- চাংশিং অদু যেংনরি। লৈনানা ঐগী চেশিং অদু মথং মথং নাইনা শেমজিল্লি।

চাক ঈশিং চাববা মতুংদা নুংথিলগী পুং ৩ তাখিবা খঙহৌদে। ঐখোয মবিসু শিলোং চৎনবগী শেম শাবা লোইবে। ঐখোয ইশা ইশাগী পোৎশিং অদু পাযবগা ৰেটব ঙাইবা তৌদনা লিফ তোংলগা মখাদা অদুম কুমথবক্লম্মী। হোটেল মেনেজব ভিন্সি জোবজদা বীল শেংদোক্লম্লগা ঐখোয শিলোং যৌকখিগে, হল্লকপদা অমুক চঙলক্কে হাযবম্লগা টেক্সিদা তোংখৎলম্মী। লোবহোনা মমাঙদা ফম্লম্মী। ঐখোয় অহুম্না মনিংদা তোংলম্মী- অঙমলা ইবান্নিনা মতাইদা লৈনানা মযাযদা গাডী অদু গুৰাহাটি - শিলোং বোডতা থৌবম্মী।

টেক্সি ড্রাইভর অদুনা বেঙ্গোলি মবোলদা হায়বক্লম্মী,

- "ডাক্তব সাহেব শিলোংদা কবি থবক্কী লেংবীগদৌবিবনো?" ঐসু বেঙ্গোলি মবোলদা খুম্লম্মী,

- "ঐখোয ডাক্তর ময়ামগী মিটিং অমা লৈ, মদুগীনি।"

- "শিলোংদদি লম য়েংবা চৎপীবোইদ্রা?"

- "চৎলাবা যাই অদুবু নুমিৎ হুমনিদি শুকশং শংগদবা মান্দে।"

- "সাহেবনা গুৰাহাটিদা লাকপা খুদিংগী ঐবু থিবীরকপসি য়াম্না নুংঙাইজৈ। মরিনিশুবা নুমিৎতা কোয়বা চৎকদৌবা লৈরবদি, ঐ অদুম গুৰাহাটিদগী অয়ুক নোংঙাদ্রিবঁদা য়ৌরক্কে।"

- "নহাক্কী শিলোংফাওবা তোংবীনবা মী লৈতদুনা পৈশা মাঙলবদি।"

- "ফংবসু য়াই, ফংদ্রবসু কবিসু কায়দে। ডাক্তর সাহেবকী সেবা তৌজনিংবগী ৰানি।"

রামলাল সাহু বীহার মচানি। মহাক্কা গুৱাহাটিদা টেক্সি থৌবসি চহী তবারোম শুরে। মাগী ইমুং মনুংগী ৱাবী ঐঙোন্দা লোইনা শাই। মাগী মপা হনুপা অদু মমিৎ অনিমক উদবা মবম্না থবক শুবা অমত্তা ঙমদ্রে। মচা অপিকপা অহুম লৈ। মাগী নুপীসু লাইরিক লাইশু হৈতবা মরম্না ইমুং - মনুংগী থবক শুদুনা লৈ। অদুগীসু মথক্তা মখোয়গী চৎনবীদা যুমগী নুপী অমনা মপান ইপান থোক্নুনা থবক শুবসে চৎনদে। মমাদি লৈখিদবা কুইবে হায়। রামলাল সাহুনা ঐসে, চহী ফনা যান্নবসু পুন্সিগী নিংবা কায়বা অমা লৈখিবদগী যুম পান্দনা লৈ হায়বসু, ঐনা ৱাবী লৈথোকপদগী খঙলম্মী। ইবান্নিতা চৎমিন্নবা মতমদা পুন্সিগী ৱাবী হেক হেক শাই-মাগীসু ঐগীসু। বামলাল সাহুনা অমুক হায়বক্লম্মী,

- "সাহেব, মখোয অহুম অসিসু ডাক্তর ঙাক্তরা?"

- "মানি, মখোয় অহুম্মক মনিপুরগী ডাক্তর অচৌবা ঙাক্তনি।"

- "(যাম্না কিনা) সাহেব ৱাহং অমত্তা হংজগে।"

- "যাই, করিনো? নংনা হংববু চিংনবা লৈতনা হংউ।"

- "মযাযদা ফন্নিবী মেম সাহেব অদু মশক ওন্থোক্লা ফজখ্রে। সাহেবকী ভাবীবা?"

- "হেবা বামলাল.... নত্তেদা, ঐগী এসিষ্টেন্নি। নংশিমা............!"

- "(যাম্না কিনা মমায হাযফেৎ তুংলোমদা ওন্থোক্লক্লগা নোকমি নোকমি তৌনা) অদো ঐদি সাহেবকী ভাবী ওইহন্নিংই, ফজখ্রে। ফজবতা নত্তে মগুনসু যাম্না লৈ।"

- "(খোল কল্লপনা) রামলাল তুমিন লৈয়ু, নংনা খঙপোৎ নত্তে।"

- "ফনি সাব, ফনি সার.......।"

টেক্সি ড্রাইভব বামলাল সাহু তুমিন লৈখ্রে। অঙমলা, লোবহো অমসুং লৈনাদি, বামলাল সাহুগা ঐগা ঙাংনবিবা অদু তাদুনা অসুম লৈবমলিবা জাৎনি। অঙমলানা হায়রক্লম্মী,

- "করিনো নবান্নিনা ঙাংনরিবা অদুবু, ঐখোয়দি অমত্তসু খঙদে?"

ঐনা- "মাগা ঐগা হান্না খঙনৈ। ইমুং মনুংগী ইচম চন্বা ৱারী খরা শাবনিদা।"

গুৱাহাটিগী চাউরবা সহর অদু লাম্থোক্নুনা শিলোংগী চীঙ কাখৎফম অদু য়ৌরম্মী। লম্বীশিং অদু থেক্কোই থেক্কোই লৈ লৈদুনা কারগা শিলোং সহর

যৌগদৌরিবনি। লৈনা লৈনা টেক্সি অদু যৌগৎপা হৌরম্মী। ঐখোয় মসিসু ৱারী ৱাতায় যাম্না শাবনা অমনা ঙাংবা অমনা তারমদে। লম্বী অদু খরা কাখৎপা হৌরকপদা, যেৎলোমদা যেংথোকখিবদা পাকচাউরবা ফজখ্রবা ববাপানী পাৎ অদু উরম্মী। চীঙথক অদুদা, ঈশিং ঈমায় চোন্না লৈবা বরপানী পাৎ অদু উবদা ঐনা হায়রম্মী,

- "য়েংউ ফজদবা শিলোংগী পাৎসে। ববাপানী কৌবনি।"

অঙমলা - "ঐখোয়দি অমুক্তা উদ্রি, গাড়ী খান্নগা যেংখিসিবা....?"

- লোবহো - "য়েংখিশিবা সার, যাম্না ফজখ্রে পাৎসি।"

বামলাল সাহুদা গাড়ী খাম্নবা হায়বদগী খান্নম্মী। ঐখোয মবি গাড়ী দগী কুমথবগা মহৌশাগী ওইবা পাৎকি ফজবশিং অদু যেংলি। হি অমসুং মোটোর বোট কযাসু খামদুনা লৈবা উই। অথাপ্পদা, ঈমাযদা, হি কযা হোল্লি। লৈনাগা ঐগা লেপমিন্নবি পাৎ মপান অদুদা। ডাক্তব অনিদি খরা লাপ্না চৎখিদুনা পাৎকী ফজবা অদু যেংলি। ঈশিং মবিক মরিক পুবা নুংশি শিৎলকলম্মী। মালংবগী ইপোমদা হাইহুমদুনা শান্নবি থাদোক্তুনা থল্লবা লৈনাগী শল্লাংশিংনা। যেংদুনা লৈবম্মী ঐ, ৱা অমত্তা ঙাঙদনা মঙোন্দা। তাঞ্জাদুদা লৈনানা হাযবক্লম্মী।

- "কবিনো তৌবীবিবসিবো, অমুক হৌবব্রা....। পাৎকী ফজবা য়েংগনি হাযদুনা লাক্লগা, পাৎতি য়েংদনা মীঙোন্দা চাগদৌমখৈ যেংলিবা অসিবো.......!"

- "(ইথৌ থৌওইদনা) পাৎকি ফজবদগী অঙাংবা লৈগী ফজবনা শরুক চামা হেল্লি। অঙাংবা লৈ নংগী ফজবদা ঙাওখ্রবা ঐঙোন্দা পাৎকি ফজবগী অর্থ যাওদবগুমখ্রে।"

- "তো...... মাগী হৌনবী হৌবক্লদৌনি চোইবোন লোনবা।

অঙমলা অমসুং লোবহো পাৎকি ফজবা যেংবা লোইবদুনা লাক্রে। ঐখোয মবি অমুক টেক্সিদা কাখৎলমম্মী। গাড়ী অদু অমুক থেক্কোই থেক্কোইবা লম্বীদুদা থৌগৎলম্মী। বামলাল সাহুনা মপুক্লিং হবাওনা নোক্লদুনা 'সাব, গাড়ী কন্না থৌগৎকে, কন্না পাযবীযু' হাযরক্লম্মী। গাডী অদু যাঙনা থৌগৎলম্মী। গোলাই অমুক অমুক লৈবকপদা, মনিঙদা ফল্লিবা ঐখোয অহুম অমুক অমুক ননশিন্নরম্মী। ডাক্তর অঙমলা ইবান্নিদি মতাই থংবনিনান খুৎ পাযফম লৈবনিনা খবা ফরম্মী। অদুবু লৈনাদি পায়ফম লৈতবনিনা ঐঙোন্দা অমুক ননশিন, অঙমলাদা অমুক ননশিন, য়েৎকা ওইগা হাদুনা লৈদুনা লৈরে। খঙহৌদনা গাডী অদু খংচোং চোংলম্মী, গোলাই অদু খঙলৈ লৈরম্মী। লৈনাদু চোংখৎলগা ঐগী তম্পাক্তা পোপ লাউনা তারম্মী।

ঐনা মাবু খংকোন কোনশিল্লম্মী। অদুম কোন্দুনা, চেৎনা কোন্দুনা লৈরম্মী। বামলাল হরাউদুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা গাড়ী থৌরম্মী। ঐখোয় ময়াম মতৌদুদা পুন্না হৌনা নোকমিন্নবম্মী। তপ্না তপ্না ঐনা লৈনাবু কোশিল্লিবা খুৎশিং অদু থাদোক্লম্মী। "অদুম ফমিন্নরো লোন্নরগা, অদুনা হেন্না পকচৈ- " অঙমলানা হায়রক্লম্মী। লৈনা মমায় ঙাংশং ঙাংশিল্লম্মী। ঐগী তম্পাক্তগী শিৎথরগা মাগী ফমফমদা ফমখিরম্মী। হান্নগুম অদুম গোলাই লৈবা খুদিংগী হাইবা হৌবম্মী। উপাই লৈত্রবী লৈবানা, মাগী নৌববা থোৎলবা পাম্বোম অদু লোলশিল্লক্লগা, যেৎকী খুৎনা ওইগী খুৎ অদু কন্না পাযশিন্দুনা খাঙলম্মী। অমোনবা হকচাং কযাৎশিং অদুনা গাডীনা লৈবা খুদিং ঐঙোন্দা ননশিল্লকপদা, পীরি থম্মোযদা নুংশি মৈচাক।

গাডী অদু লৈনা লৈনা থৌরকপনা শিলোং সহব য়ৌবে। নুমিদাংৱাইবম অদু নিংথমথা ওইবনা লৈচীল থাবি। অঙানবা ইলেক্ট্রিক থাউমৈগী শবক অদুদা ৱাউবি ৱাউবি শন্দোকখি। উবদা থম্মোয়দা নুংশিবা পোক্লম্মী।
শিলোংগী পুলিস বজাব য়ৌবে।

'হোটেল ইীলষ্টাব' তম্না গাডীদু থৌনবা ঐনা বামলাল সাহ্দা হাযবম্মী। ইকুই কুইদনা 'হোটেল ইীলষ্টাব' যৌবম্মী। ঐখোযবু ওকপীনবা ঙাইদনা লৈবল্লীবা মীশিং অদুনা পোৎচৈ পুম্নমক গাড়ীদগী লৌথোক্লগা পুসিনখ্রে। বামলালসু চৎখ্রে। ঐখোয মবি লিফ তোংদুনা মথং মথং মঙাশুবা মথোল ফা ওবা কাবক্লম্মী। মঙাশুবা মথোলদা থংননা লৈবা কা অনিদা ঐখোযগী লৈফম পীবম্মী। হান্নগুম্না ঐগা ডাক্তব লোরহোগা কা অমদা অমসুং ডাক্তব অঙলাগা লৈনাগনা থংনবা কা অদুদা চঙনবম্মী।

'হোটেল ইীলষ্টাব' শিলোংগী ষ্টার হোটেলশিংগী মনুংদা, শীঙথাবা যানা ফজবা, মখল খুদিংমক্কী খুদোংচাবা লৈবা হোটেলনি। কাশিং অদু এযাব কন্দিসন হাপ্পী। টেলিফোন অমসুং মচু হাপ্পা টিলিভীজন অমমম থম্মী। কা খুদিংগী ঈকজফম অমসুং খোঙ হামফম যাওই। মতম পুম্নমক্তা ঈশিংগী কোঞ্জিনশিং অদুদা অঈংবা অমসু অশাবা ঈশিং ফংহল্লি। মালেমগী জাতি খুদিংমক্কী চানবা মখল- মথেলগী পোৎশিং ফংবা অচৌবা বেষ্টোরেন্ট অমসু লৈ। খ্বাইদগী মকওইবদি মী ৫০০ রোম চনবা কনফরেন্স হোল অদুনি। কনফবেন্স হোল মচা অমসু লৈ। হোল অনিমক তরেৎশুবা মথোলদা লৈ।

ঈরুজফম কাদা চঙদুনা অশাবা ঈশিংগী কোঞ্জিল অদু লৈথোক্লগা, অঈংবা

খরগা য়ান্নরগা হকচাং শেংদোকপা ঈকমাইথজবা লোইরে। ডাক্তর লোরহোসু লোইশিল্লক্লে। ডাক্তর অঙমলা অমসুং লৈনা হৌরগা ষ্টার রেষ্টোরেন্টতা চৎলম্মী। মখল মথেলগী অহাউবা চাক যেনশাং ফংলম্মী। মানা মানা পাম্বা ওরদর তৌনরম্মী।

চাক ঈশিং চাবা লোইবদুনা মগী মাগী কাদা চংদুনা পোথানবম্মী।

ডাক্তব লোবহো হেক হীপথখিবগা অদুম তুমখ্রে। ঐদি মহৌশাদগী থেঙনা তুম্বগী হৈনবী লৈবনা পাক তুমথবা যাবমদে। টেলিভীজন অদু থাগৎতুনা বীঃবীঃসি গী পাউ তাবম্মী। ফমুংদা হীপ্না হীপ্না মোন্দা ঙাথরগা যেংলম্মী। ঙাইহাক পাউ যেংলম্লগা ঐসু অদুম তুমথবে।

অযুক পুং ৪ তাবা মতমদা মিকপ থোক্লম্মী শিলোং মহৌশাগুম্না থোইনা ঈংদ্রে। ঈক মাইথজবনচিংবা অযুক্কী থবক লেইনা লোইশিল্লে। ব্রীফকেশ অদু হাংদোক্লগা কনফবেন্সকী চে চাংশিং অদু মতেক মতেক পাবি।

অযুক্কী পুং ৬ তাবে। কনামত্তা হৌগৎনবগী মখোল তাবমদে। লোবহো ঐনা হৌদোকপদগী থেঙখ্রমাল্লে হাযদুনা হৌগৎলগা ঈরুজফম কাদা চঙখ্রে। ঐসু ফিবোল নান্না শেৎচিল্লগা অঙমলা অমসুং লৈনা হৌগে হাযদুনা চৎলম্মী।

মখোযগী কাগী থোঙ অদু কাবপ লৈরম্মী। ঐনা থোঙ অদু খংহাং হাংদোকলুবদা লৈনা ফি শেৎপা লোইফাৎতবগী ফিভম অদুদা উবম্মী। ঐনা সোবি, আই এম সোবি হাযনা মপান্দা খঙথোক থোক্লক্লগা থোঙ অদু থিংজিল্লম্মী। ঐখোযগী কাদা অমুক লাক্লম্মী। থম্মোয পীং পীং চোংলম্মী। লৈনাগী ফিভমদু উরুবদা ঐগী থম্মোযসি অঙাওবগুমখ্রে। ইতোমতা খঞ্জরম্মী - "কযাদা ফজখ্রবা, কযাদা নিংথিখ্রবা, মথেক মথেক ইপোম নাইবা লৈনাগী হকচাং, মপান্দদা ফবা নত্তে, মনুংফাউবা ফজবগী চাংদমনিংঙাই লৈরোই। অউবা কনাগী তিল্লাং খযোৎনবোইদৌবগী মবম লৈতে। তেংবানবা মপুগী খুৎশেম অসি অঙকপনি।" ৱাখল খন্ন খন্না মাথা শানা কাগী মযায়চবুক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী।

খঙহৌদনা তুংলোমদগী ঐগী লেংবান্দা খংপায় পাযরক্লম্মী। ঐ খংপ্রেক খংলম্মী। লৈনানি হায়বা ঐ খঙলম্মী। মায় ওম্থোক্লম্মী। লৈনাগা ঐগা মিৎকা মিৎকা চানবম্মী। তাঞ্জা অদুদা ডাক্তর লোরহোশু ঈরুজফম কা মনুংদা ঈশৈ কন্না শক্কৎলম্মী। লৈনানা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা হায়রক্লম্মী,

- "হুরানবা ফারেদনা....।"

- "ঐ লাঞ্জরে হাযখ্রদুদি...।"

- "অদুবুদি য়ারেবা...., অদো... থোঙ থীল্লগা চঙলকপা যাদ্রা, করিগী ঙাউশিন্নরিনোবা...?"

- "কাউইনেহে, ঐসু অদুম থোঙ থিংজিল্লিবদুদি"

- "অদুনা য়াব্রা, লোইনা উথোকখ্রে....., শিংউ য়াদে লোইনা উথোকখ্রগা, কমাই তৌনি ঐদি....।"

- "কমাই শিংদৌরিবা অদুবো.....! ফবে অমুক্তা খল্লকখিগে..... উম হোরেন কনফরেন্স লোইবগা শিংবীবগে।"

- "(থীক থীক লাউনা নোক্লগা), ঈ ! অসিবু শিংবীগেকা হায়শারিযে....।"

নোকখে নোক্লম্লগা লৈনা মখোয়গী কাদা অমুক চৎখ্রে।

কনফরেন্সকী অহানবা নুমিৎনি। ঐখোয় মবি কনফরেন্স হৌগদবা খবা রাৎলিঙৈদা অচৌবা হোল অদুদা থুংলম্মী। অৱাং নোংপোক ভাবতকী হৈশিংলবা ডাক্তব কযামরুম লাক্লম্মী। মখোযশিং অদুগা উন্নদুনা অমনা অমবু শকখঙ মাযখঙনবা হৌবম্মী। ৱেষ্ট বেঙ্গোলদগী কনা কনা যাওবকপগে হাযদুনা ঐনা কোযযেং যেংলম্মী। অথাপ্পা কাচিন অমদা ঐগী থায়নগী ক্লাসমেট ডাক্তব গোপাল বেহবা উবকলম্মী। লৈনাদা ঐনা লাক্লবা ঈঙ্গিৎ তৌরম্লগা ডাক্তব গোপাল বেহ্রাগী মনাক্তা চৎলম্মী। ঐ লাকপা উবদা ডাক্তব গোপালসু ঐঙোনলোমদা কন্না চংশিল্লকলম্মী। ইবান্নি মাযগা মায়গা ওনশিন্নরম্মী, খুৎ শোক্লবম্মী। ডাক্তব গোপাল বেহবানা হায়বক্লম্মী,

- "কুইবেদা উন্নদবা, মোসাই.... করম তৌবি?"

- "ঐবুদি নুংঙাইবি। ঐখোয অনি এমএস পাস তৌবগা থাদোক্লবা নুমিৎ অদুদগী ৱেষ্ট বেঙ্গোল সরকারগী থবক অদুম ফংলে হৌজিক ঐখোয় অনিগী হোসপিটাল এস্এসকেএমদা সরজরিগী মকোক ওইদুনা লৈরি। ..... নংদি......?"

- ফরে, ঐগী ৱাদু থমখো। অঙাং কয়া শুরে,

-"অঙাং অনি, নুপামচা অমা নুপী মচা অমা, নুপা মচাদুদি চাউরে ক্লাস ।। নুপী মচা অদুনা ক্লাস আইট তম্লী"

- "ভাবীদি.....?"

- "কোলেজগী লেকচররনি। ফরে ঐগী মরমদদি মহাক্লা পংহংদা হংলে।

ঐসু কুইনা উন্নদবগী হৌনবা নংগী মরমদা খংনিংই।"

- "(ইকাইবপ তৌনা) ঐসু গোভরমেন্ট হোসপিতাল অমদা হেড ওফ সরজরি ওইনা পুবি।"

- "অদুগা অঙাং কয়া শুবে, ভাবীনা কমদৌরিবা"

- "অদুগা ... ঐ যুম পান্দ্রি.....।"

- "(ঙাইহাক ঙক্লা ঐবু যেংলগা) কবিগীনো...., পুন্সিদা করি নিংবা থুংদবা লৈবগে মোসাই, নংশিমা....। ফবে নুংঙাইবা ৱারী শাশি"

লৈনা খুদক অদুদা ঐগী নাক্তা যৌরক্নুনা লেপ্লবি। ডাক্তব গোপালদা নমস্তে তৌবন্মী। লৈনাবু উবদা ডাক্তব গোপাল ঐঙোন্দা অমুক যেং লৈনাদা অমুক যেং, পুমঙক ঙক্নুনা লৈরন্মী। ঐনা নোক্লগা গোপালদা হায়বন্মী,

- "গোপাল মোসাই, ঐগী ইনাক্তা লেপ্লিবী অসি ঐগী এসিষ্টেন ডাক্তব লৈনানি।"

- "(লৈনাবু মুন্না যেংলগা) ইস! নংগী এসিষ্টেন, .... য়াম্না নহা ওইবি, বেঙ্গোলীদুম মাল্লি।

মশক্তি ওন্থোক্লা ফজখ্রেদা। হেল্লো মিস,

মিস লৈনানা - হেল্লো সাব.... মানি সাব.....।"

ঐনা- "লৈনা মহাক ঐগী ক্লাসমেট ডাক্তব গোপালনি...."

গোপালনা ঐঙোন্দা- "মোসাই হন্দক্তি এম শোযহনবা যাদেকো...."

লৈনানা ঐগী খুদাং কোনশিল্লগা ডাক্তব গোপালদা হাযবন্মী,

- "সাব, যেশ সাব....., ইউ আব ৱান্দবফুল ....।"

ঐখোয অহুম থৱায তানা নোকমিন্নবন্মী। কনফবেন্স হৌবনি হাযনা লাউথোবকপদগী ঐখোয পুন্নমক মাগী মাগী ফমফমদা ফম্লন্মী।

কনফবেন্স অদু অসামগী ডিবেক্তব ডাক্তব হিটেস্বব গোশ্বমীনা হৌদোক্লন্মী। কনফবেন্স হৌদোকপগী মৈবাশিং অদু চুবন্মী, লোযননা ঐখোয মযাম খুবাক খুবন্মী। মযামবু ওকপগী ৱাঙাং অদু অসামগী অফাওবা সরজন ডাক্তব কাকোতিনা ঙাংলন্মী। মহাক্না ঐখোয মযাম্বু তবাম্না ওকপগী ৱাহৈ খবা হায়রন্মী অমসুং কনফরে অদু মপুং ফানা চথনবদা অশোয- অঙাম য়াওদনবা থৌনিরন্মী। মথংদা ঐখোয খুদিংমক অমমমতা ওইনা ইশা ইশাগী শক্তাক ৱা ঙাংলন্মী। শক্তাক ৱা ঙাংবা লোইরবা মতুংদা, ডাক্তর হিটেস্বর গোস্বমীনা কিদনিদা নুঙ লৈবা অমসুং

অব্রাং নোংপোক ভারত্তা খ্বাইদগী মশিং য়াম্লিবগী মরমদা ব্রাঙাং পরেং কয়া শাংনা ঙাংলম্মী। ডাক্তর গোশ্বামীনা ব্রা ঙাংবা লোইরবা মতুংদা ঐখোয় ময়াম খন্না নৈনবা হৌরম্মী। খন্না নৈনবা অদু লোইরবা মতুংদা ঐখোয় ময়াম চা থক্নবগীদমক্তা অতোপ্পা কা অমদা চৎলম্মী।

চা থকপা লোইনরে। মাগী মাগী ফমফমদা অমুক ফম্নরে। অয়ুক্কী সেসন অমুক মখা চথবম্মী। মশা মশাগী থেংনবকপা কেস ষ্টদিগী মরমদা ব্রা ঙাংনবম্মী, ব্রাহং পাউখুম তৌনরম্মী। অয়ুক্কী সেসন লোইশিনখ্রে।

ঐখোয় খুদিংমক ষ্টাব হোটেলগী রেষ্টোবেন্টতা চৎতুনা অয়ুক্কী চাক চান্নরম্মী।

অহানবা নুমিৎকী সেসন লোইবে। ঐখোয় মরি অমুক ঐখোয় ঐখোয়গী কাদা হল্লকলম্মী।

অহীং ফনা য়াম্না থেঙলে। ফমুং মথক্তা হীপ্তুনা লৈবম্মী। টেলিভীজনসু থাগৎলমদে। ডাক্তর লোরহো নিঙঙাযদনা তুমখুন তাল্লি। মিৎ অসি উইশিনবা শুকযা য়াবমদে। ঙসাই অযুক লৈনানা হায়খিবশিম অদু মথং মথং নিংশিংলি,

- "অদুনা য়াব্র...., লোইনা উথোকখ্রে...., শিংউ যাদে লোইনা উথোকখ্রগা, কমাই তৌনি ঐদি। ইস ! অসিবু শিংবীগেকা হায়শাবিযে....। সাব, যেস সাব ... ইউ আব ব্রান্দরফুল....।"

ফমুংদগী হৌগৎলম্মী তপ্না তপ্না কাদগী মপান থোবক্লম্মী। অচিকপা অহীং অদুদা, ইতোমতা ভবেন্দাদা লেপ্তুনা লৈবি। অঈংবা নুংশিৎ শিৎলি। হোটেলগী থাউমৈ অয়াম্বা লোইনা মুথৎখিবনা মল্লি মল্লি তৌরি। খঙহৌদনা মমি অমা ঐ তম্না চঙশিল্লকপা উবক্লম্মী। অসুম নকশিল্লক্লগা মশম মনা ঈথা থাদোকপা নুপীগী শক্তম অমনি হায়বা খঙলক্লম্মী। অহানবদদি কনা ওইবমগদবনো খনবদা পাখৎলুবে। য়াম্না নকশিল্লক্লবা কান্দদি খঙবা ঙমলে - লৈনানি হাযবা। মহাক য়াম্না নকশিল্লকলম্মী, ইবান্নি হকচাংগা হকচাংগা থেংনবম্মী। ঐনা মাগী মতৌদু উবদা চেজেৎ কোনশিল্লম্মী, লৈহী অদু পেন্না থক্লম্মী। থাদোক্লগা হংলম্মী,

- "কবি তৌরে, তুম্বা য়াদ্রববা, অথেংবা অহীং অসিদা....?"

- "নংদি ......, নংগী কাদা য়েংলুবনি, থোঙ খরা কাদুনা লৈরম্মী। চেপথবগা য়েংলুবদা নং লৈরমদে। কদাইদা চৎখ্রবনো হাযদুনা থিরক্লিবনি।"

- "করিগী ঐবু থিরিবা..... । ঐগী চাক্লবা থম্মোয়সিদা অনৌবা মৈচাক

হাপকৎপা লাক্লিবরা?"

- ঐদিনা......, ঐদি নংগী ব্রাখল খনবদা শুকতুম তুম্বা য়ারমদে। নংদি করিমত্তা খনবীদবা মাল্লে।

- "হুম....., করি খন্দনি। খন্দুনবু তুম্বা য়াদদুনা মফম অসিদা লেপ্পমলিবসিনি। ফবে...., নংনা শিংউ যাদে হাযবদু হৌজিক শিংবীখিবা অদুনা য়াদ্রিবরা....?"

লৈনানা ঐবু চেজেৎ কোনশিল্লকলম্মী। মমায় অদু ঐগী থবাক্তা শরু শুক নৈদুনা খাঙলম্মী। হাযরক্লম্মী,

- "যাদে, অদুখক্তনা যাদে, ওকসু ওক্তনা .....।"

ঐনা পুন্সিগী থাদোক্লরোইদৌবগুম্না চেজেৎ অমুক মাবু কোনশিল্লম্মী। হন্না হন্না মাগী থুম্লবগা লৈহী অদু থক্লি। অহীং চুপ্পা থক্তুনসু কংলরোইদ্রবা মাগী মনম নুংশিরবা লৈহীনি।

মথং মথং হৌখিদুনা নুমিৎ হুর্মনিগী কনফরেন্স লোইশিনখ্রে। ঐখোয় মবিমক ইম্ফালদা অমুক হল্লক্তুনা মাগী মাগী মথৌ তৌবা হৌবম্মী।

## (৪) চেন্নাইগী সুনামি

পিক্লিক হোটেল চেন্নাই সেন্ট্রেল বেলরে মনাক্তা লৈবা অচৌবা হোটেল অমনি। হোটেল অদুগী এযাব কন্দিসন তৌরবা অচৌবা কা অমদনি। কা অদু যেংবদা অঙকপা ফংনা ফজে। মথক্তা পিক্লা পিক্লা মহুৎ মহুৎ হুৎলিবা শিলিং অদুদগী লোন্না কাপথবকপা অঙৌবা মচুগী থাউমৈ মঙাল অদুনা কা অদু মঙলৈবাককুমনা ঙালহল্লি। লৈমাযদা থাবিবা মোন মোন লাউবা অঙাংবা কার্পেৎ, খোঙউপ মোজা লৌথোক্লগা চৎপদা হকচাংদা জীঙ জীঙ লাউবা ফাউরম্মী। থোঙনাউশিং অদু অমত্তা হাংদে, ময়েক থোক্লবা পর্দাশিংনা কুপশিন্দুনা লৈরম্মী। থাযনগী মহারাজ অমসুং মহাবানিনা হীপ্লমগদৌবা মানবা, পাকখ্রবা কাংথোল অনি খব্রাংননা কা অদুগী মমাযদা থাবি। ফমুং অনিদুগী মথক্তা থাবিবা মোনপাক অদু মোন মোন লাউবা ঙৌবোক ঙৌবা মোনপাকফিদক্লা কুপ্লি। ফমুং মযাদা সাইড টেবল মচা অমগী মথক্তা টেলিফোন অমা খিন্দুনা থমলি। ফমুং অনিদুদা হীপ্না হীপ্না যেংনবা মচুগী টেলিভিজন অমসু লাপতক্লা খিনবা উরক্লম্মী। কা অদুগী কাচিন মরিদা লেপমুক ৱাংনা পুঙলবা উপাম্বী থাবা গমলা মবি অমসু খিল্লি। লেপ্তগী হেন্না ৱাংলবা শকযেং মিংশেল অমা ফমুংগা মায়ওক্লনা ফক্লাংদা নকশিন্না, দ্রেশিংটেবল য়াওনা খিল্লি। থোংজিল মযাদা অঙ্গংবা অমসুং অশাবা ঈশিং ফংবা ঈকজফম কা অমসু লৈবি।

অযুক্কী ঈক- মায়থজবা লোইরদুনা ঐ ফমুং মথক্তা মোন অদু খাঙগৎলগা হীপ্তুনা টেলিভিজন য়েংদুনা লৈবি। ঙবাং ফ্লাইট খরা থেঙখিবা মরম্না মিৎশি উইরুম উইকুম তৌরি। নুমিদাং পুং ৯ দা য়ৌগদবা কলকতা- চেন্নাই ফ্লাইট অদু, পুং অনি থেংথদুনা নুমিদাং পুং ১১ তাবা মতমদা চেন্নাই এয়ারপোর্টতা তাখি। পোৎ লৌথোক লৌশিন তৌবগা পিক্লিক হোটেল য়ৌবকপা মতমদদি নোংয়াই মতুং পুং ১ অদুম তাখ্রে। নুমিদাংগী চাকসু চাদ্রে। এরোপ্লেন মনুংদা তোংলিঙৈদা চাননবা খরা পীরকপা অদুনা পুক খরা অদুম থনখ্রে।

লৈনা বাডকমদা ঈরুজরি। ঙাইহাক লৈরগা গুলাপ মচুগী গাউন অমা শেৎলগা, চোৎলিবা মশম অশাংবা অদুদা তাউয়েল অমা য়েৎশিল্লগা থোরক্লম্মী। লেপ হেন্না ৱাংবা শকয়েং মিংশেল মমাঙ অদুদা লেপ্লম্মী। মকোক্তা য়েৎশিল্লিবা তাউয়েল অদু লৌথোক্লগা, মঙক পৈরপ তৌনা মিংশেললোমদা ওনশিল্লগা

লেপ্তুনা, মশম অশাংবশিং অদু থাদোক্লম্মী। মশমশিং অদু কংনবা তাউয়েল অদুনা মখুৎ অনি চঙদুনা তৈথোক্লি। টেলিভিজন য়েংলম্বা ঐগী মিৎয়েং অদু মঙোনলোমদা হোংখিবম্মী। মানা শেৎলিবা গাউন অদু কৌতক তৌই। ঙৌরোক ঙৌবা থম্বৌ মানবা খুবোম অনিদু ফজনা উরম্মী। মবক মবক্তা নোম্থখিবদা কলাক অমসুং ফৈগলগী মখা থংবা শরুক অদুসু অমুক অমুক উরক্লি। মশম অদু কংহনবা লোইরদুনা শমজেৎ হাৎলি। শমজেৎ অদু খবা হাৎলগা শম মবক্তা য়েপশিল্লগা ফমুং মনাক্তা চংলক্লম্মী। মাগী উপুদগী সারী, ফুরিৎনচিংবা লৌথোক্লম্মী। অপাকপা অশাংবা ফি অমা লৌথোবক্তুনা ফমুং মযাদা খঞ্জিল্লম্মী। ফি অদুগী মরুমদা, মফি মরোল শেৎচিনবা হৌবম্মী। মানা ঙসাইমখে তৌবিবশিং অদু ঐগী মিৎ অনিশিনা কোইতান তান্নদুনা য়েংলম্বনি। ফিজং মরুমদা লোৎখিবা অদুদদি করিমত্তা উবা ফংদ্রে। লৈনানা মফি মবোল শেৎনা শেৎনা ফিজং মরুমদগী হাযবক্লম্মী,

- "চেন্নাইসিদি যাম্না শাবা জাৎনি। এযাব কন্দিসনগী কা অসিফাউবা অশাবা ফাওই।"

- "(শাওনিং শাউনিংনা) উম যাম্না শাবা জাৎনি, কালেনগা ওইবসিদা। মহৌশাদগী খা- ভাবত অসি অশাবা লমনি, নিংথমথা লৈতবা মফর্মনি।"

- "(মখোল কেনা) ঐ ফি কন্না শেৎলিকো, খল্লিবা ফিজংকাদু হাইদোবক্কনুকো.... "

- "(খবা হেন্না অমুক শাউনিংনা) ঐবু ঙাওববা........... (ফাগী ওইনা অমুক) যেংবুদি যাম্না যেংনিংবা জাৎনি, মতম ব্রাৎলি হাযদুনা তুমিন্না লৈবিবনি।"

- "উম........... নুংঙাইবীবেদা, মাগী হৌনবী হৌবকঅদৌনি।"

খঙহৌদনা খল্লিবা ফিজংগী ফি অদু নাম্থোক্তুনা লৈমাযদা তাখিবম্মী। লৈনা সাবি পুম্নমক লৈমায়দা থাদদুনা লৈরমলি। মথক্কী থাখুমখক্তা লিৎলমলি। মহাক্কী ফিভম অদু মযেক শেংনা উরম্মী। লৈনানা ঈপা পাখৎনা মখুৎ অনিদু কচি কারোং শানা মথবাক্তা থল্লগা হাযবক্লম্মী,

-"ইস..... কমহাইতৌনি। ফিজং নাম্থখ্রে। (খোল খবা কল্লপনা) ফিদো অমুক্তা যানশিনবীবওবা .... ঐ ফি শেৎপা লোইদ্রিয়ে.....।"

- "(ইথৌ থৌওইদনা) ঐ হৌগৎপা য়াম্না তল্লি। নং লাক্লগা অদুম য়ানশিল্লোদনা। ঐনা ফিজং য়ানশিনবা ননাক্তা লাক্লবদি ফজরনি....।"

- "মাই হৌনবী ব্রাচোই ঙাংদুনা লৈরে। ফিদু অমুক্তা য়ানশিনবীরকওবা..।"

লৈনা ফক্লাংলোমদা ময়ায় লৈশিনখিরম্মী। তুংয়ান ফজবী অদু ঐঙোনলোমদা লৈশিল্লকলম্মী। ঐনা অমুক হায়রম্মী,

- "ফি য়ানশিনবগী মহুত্তা, ঐগী মিৎসে উইশিল্লগে। সে.... ফি শেৎপা লোইশিল্লো।"

মহাক ফি শেৎপা লোইশিন্নবা কন্না হোৎনরি ঐসু মিৎ উইশিন্নবা শাশিন্নবগা তুমিন্না য়েংলি। মিৎকী নাকচিদা- মাগী কল্লকনিংঙাই ওইরবা নিংগীরবা হকচাং কয়াৎশিংদো। লাইরৈপাক্তগী কুমথবক পা লাইবেম্বীদগী হেন্না ফজববী মাগী শক্তেমনি। লৈনানা হাথু হাথু ইপা- পাখৎনা হায়বকলম্মী,

- "লোইদৌরে..., লোইদৌরেবা, হুবাল্লগা য়েংগনুকো।"

- "(নোকমি নোকমি) য়েংজবোইদা মিৎ কন্না উইশিল্লিবসিদি ঐদি।"

মহাক্না চেকশিন্না লোৎতুনা থমজরিবা মাগী নিংথীরবা হকচাং কয়াৎশিং অদু মানদি উবল্লোই হাযনা খল্লম্বা য়াই। তুমিন্না হুরান্দুনা লোইনা উখ্রে ঐনা হাযবসিদি নাদি খঙলমলোই।

লৈনা ফি শেৎপা লোইশিনখ্রে। লেপ হেন্না ৱাংবা মিংশেল মনাক্তা চেঙশিন্দুনা কেবা হৌবম্মী। মযাদা শম্ফাবী অদু চীক্লগা, অশাংবা শন্নাংশিং অদু শমজেৎ হাৎনা হাৎনা হায়বক্লম্মী,

- "হৌজিক ফাওবা তুমিন্না হীপ্তুনা লৈরিবা কবিগীনো, হৌগৎলোবা....., ফিরোল শেৎচিনবীরো, থেঙখ্রগনি। লম মযাম অমা য়েংবা চৎকনি হাযবদাইনে।

- কেদ্রগসু ফজবী, কেরগনা অমুক হেনবী স্বগগী লাইরেম্বী মানবী ঐগী লৈনানি। মানা অমুক হাযরক্লম্মী,

- ঐদি লোইরে, নহাক লোইশিল্লুরো। চৎনবা তৌরসি।

ঐসু ফমুংদগী হৌগৎলম্মী। লৈনাগী মমাঙদা লেপ্লগা য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা মাগী শক্তমদো থম্মোয় পেন্না য়েংলি। মহাক্না নোকফেৎ তৌরগা হায়রক্লম্মী,

- "করিনো চাদৌমখৈ য়েংলিবসিবো, অমুক্তা উদবগুম্না .....সে লোইশিল্লুরো চৎলসিবা, লম কোয়বা।"

- "ফরে.... নং ফমুংসিদা ফন্নগা টেলিভিজন ঙাইহাক য়েংলমউ। ঐ য়াম্না থুনা লোইশিল্লকে।

ফমুং অনিগী মতাইগী ফিজং অদু অমুক খনগৎলম্মী। ঐগী ভীআইপী উপু মনুংদগী ফুরিৎ খোঙগ্রাউ লৌথোক্লগা শেৎচিল্লম্মী। খোঙউপকা মোজাগা পুরক্লগা ফমুংদা, মাগী মনাক্তা ফম্না ফম্না উপশিল্লম্মী। ঐসু ফিরোল শেৎচিনবা লোইবে। হোটেল মেনেজরদা ঐখোযগী কাগী টেলিফোন্দগী লমকোয় টেক্সি অমত্তা ফাবীনবা অমসুং ব্রেকফাষ্ট অনিদং থাবীবক্লবা হায়খিরম্মী। ৱেটবনা ব্রেকফাষ্ট পুবক্লম্মী। পিক্নিক হোটেলগী হৌনবী, মনা- মশিং থোংবা নত্তনা শা- ঙাদি অমত্তা ফংদে।

ব্রেকফাষ্ট চাবা লোইরদুনা ঐখোয় অনি মখাদা কুমথনবা থৌবাং তৌরম্মী। এযাব কন্দিসন কাগী থোঙ অদু হাংদোক্তুনা মপান হেক থোক্লকপদা, অশাবা নুংশিৎ খংফাউ ফাউবম্মী। কাদু শো লোনশিল্লগা লিফ তোংদুনা মখাদা কুমথবক্লমী ওকফম কা অদুদা মেনেজরনা নেকপা টেক্সি ড্রাইভব অদুসু ঐখোযবু ঙাইদুনা লৈবল্লে। মহাক অঙৌবা মচুগী ফুবিৎ অমা লিৎলি অমসুং খা ভাবতকী কুঞ্জা যাউদবা ফৈজোম মোন্দু হাযবদু অমা শেৎলি। মানা ঐখোয অনিবু তবাম্না ওক্লগা মাগী টেক্সি তম্না পুশিল্লম্মী। টেক্সি অদু তোংদুনা চেন্নাই সহব য়েংবা চৎপা হৌবম্মী।

টেক্সি অদুনা মাউন্ট বোড ফাওবগা মমাঙ পাংনা হাযগৎখ্রিবা লম্বী অদুদা থৌবম্মী। খঙহৌদনা পাকচাউনা শন্দোক্তুনা লৈখ্রবা শংবানবা সমুদ্র উবা ফংলম্মী। ঐনা টেক্সিগী থোঙনাউদা খুদোম্বীনা থিল্লগা লৈনাদা হায়বম্মী,

- "য়েংঙো....., আদা উবিবসি ...., সমুদ্রনি ফজদ্রা?"

- "অস ! সমুদ্র হায়বদো অসি ওইবে। ঐদি পুন্সিদা অমুক্তা উখিদ্রি, ঙসিগী অসিনা অহানবনি। অদো.... ফদি ফজৈ হায়ববু যাম্না কিজৈবো.....।"

- "কবিগী কিদোইবা.... অসুক নিংথীবা মহৌশাগী খুৎশেম অসিবো।"

'মেরিনা বীচ' হাযবিবা সমুদ্র মপান অদু যৌবম্মী। টেক্সী ড্রাইভবনা গাডী খান্নগা মেবিনা বীচ যৌবে, কুমথবগা চৎতুনা যেংবীবো হাযবদগী ঐখোয় অনি টেক্সিদগী কুমথরগা সমুদ্র তোবর্বান তান্না চংশিল্লম্মী। সমুদ্রগী তোবর্বানগী লৈঙোই মথক অদুদা খুৎকা খুৎকা শম্নবগা চৎমিন্নরি। মচি মচিদা, ঈল্লগা কোয়চৎ চৎপা অচাপোৎ য়োনবা দুকান কয়ামরুম লৈরম্মী। দুকানশিং অদুদা ইদলি, দোশা, ৱাদা, আইস ক্রীমনচিংবা মখল মখলগী অচাপোৎশিম য়োল্লি। মচি খরদনা ঙামীশিংনা সমুদ্রদগী ফাবকপদা ঙায়রিবা ফ্রংফ্রং চোংলিবা ঙাশিং অদু খোমজিল্লগা থুমোক কয়াদা হাপ্লি। সমুদ্রগী ঈৱাই ইনিলনা তোর্ববাল অদু পুমনিল নিল্লি। শাখ্রবা

কালেনগী নুংশা মরক অদুদা ঈশিং মরিক মরিক য়াওবা নুংশিৎ শিৎলি। হকচাংদা অঈংবা খরদি ফাওরি। মানা খুৎ শম্নরিবা অদু থাদোক্তুনা, য়েৎথংবা মখুৎনা ঐগী লেংবান্দা কোল্লগা ওইথংবা মখুৎনা থিল্লগা হায়রক্লম্মী,

- "হায়মা.... আদগীসি উবীদ্র, কৈনো মখোয়না তৌরিবা অসিবো, ঈকায়বা খঙদ্রবা জাৎলো......।"

ঐনা পাক্লা শন্দোকখিবা লৈঙোয় মথক অদুদা য়েংথোকখিবদা, ভারতকী মপান লৈবাক্তগী লমকোয়বা লাকপা কুচু ঙৌবা নুপা- নুপী জুরা জুরা মচি খরদনা ফমিন্নবা, মচি খরদনা তাইবঙ কনা থওইদনা হীপমিন্নদুনা লৈরিবশিং অদু উরক্লম্মী। কুচু ঙৌবা কাংবুশিং অদু, নুপীশিং অদুনা বিকিনি অমসুং নুপাশিং অদুনা অন্দরউয়ার মতৎ অমখক্তমক শেৎম্মী। ইবান্নি চৎমিন্না চৎমিন্ননা ঐনা লৈনাদা মহাক্কী ব্রাহংগী পাউখুম পীবম্মী,-

- "মখোয নোংচুপলোমগী চৎনবীনি। সনবাড তৌরিবা হায়বদুনি। করিসু ইকায়নিংঙাই লৈতেদা।"

সমুদ্র মপানগী লৈঙোই অদুদা চৎপদা তুবোই ঙামলোই তৌরম্মী। ঐদি হান্নদগী হৈনবনিনা থোইদোক্তে। লৈনাদি যাম্না হৈনদবা জাৎনি। মরক মরক্তা তুগে হেক তৌবা মতমদা ঐঙোন্দা ঙাথরগা কোনশিম্মী। ইবান্নি খুৎ শম্না শম্ননা লাকমিন্নবনা অচোৎপা সমুদ্রগী মপান যৌখিবা খঙহৌদে। ইবান্নিমক তোংলিবা খোংউপ অমসুং মোজা লৌথোক্লম্মী, খুৎনা পায়রম্মী। ঐগী খোংগ্রাউ অদু তাখৎ তাখৎনা ঐনা মঙোন্দা সাড়ী তাখৎনবা হাযরম্মী। সমুদ্রগী মপানগী অথেনবা ঈশিং অদুদা কুমথরম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা, ঈথেন থেন্না লৈরম্বা সমুদ্রগী ঈশিং, ইপোম কাখৎলক্তুনা খু ফাওবা থুন্নম্মী। খুদক্তুদা ঈশিংগী ঈমায় অমুক হাইথখিরম্মী। মাগী সাড়িদু তাখৎপা নংহৌদ্রবা মাল্লে, মখা থংবা শরুক অদু পুমচোৎ চোৎলে। অমুকসু অচৌবা ইপোম অমা লাক্লম্মী মদুনা ফৈগল য়ৌরম্মী। লৈনানা ঐঙোন্দা কন্না কোনশিল্লগা খাঙলম্মী অমসুং হৌনা নোক্লগা হায়রক্লম্মী,

- "মসিদি নুংদি নুংঙাই হায়ববু ঐদি কিজেবো। লেপ য়ৌনা লুপশিনখ্রবদি কমহাই তৌনি, কাখৎলসিরা?"

- "উম কাখৎলসি।"

অচোৎপা লৈঙোয় মথক্তগী অকংবা লৈঙোয় মথক্তা অমুক লাক্লম্মী। মহাক্লা সমুদ্রগী ঈশিংনা চোৎলবা মাগী সাড়ি অদু শুমদোক্লি। খোঙউপশিং অদুদি

লৈঙোয ঙাক্তা চঙবনা, কোন্না উপশিল্লসি হায়দুনা পায়রগা টেক্সি তম্না চৎলম্মী। লৈঙোয় মকুপ মকুপ য়াওরবা খোঙউপ মোজাশিং অদু কনথোক্লম্মী। অমুক উপশিল্লগা টেক্সিদা কাখৎলম্মী।

টেক্সি অদু খা মায়কৈ পাংনা থৌরম্মী। লম্বীগী য়েৎ ওইদা উচান পাম্বী মানবা উ কযা হৌবা উমং মচা মচা কযামকম উরম্মী। উমং মচা মচাশিং অদুগী মবক্তা, নাপী হৌদবা অঙাংবা লৈবাক্কী লমহাংশিং শন্দোক্তুনা লৈরম্মী। লমহাংশিংগী অবোইবদা পনখৈ নাইদ্রবা নিম মচু মানবা সমুদ্রগা শম্নরম্মী। তান্নবদা, থাপ্লবদা, তিন্নখি সমুদ্রগা অতিয়াগা অমত্তা ওইনা।

মিনিট কুনমুক থৌরবা মতুংদা ড্রাইভবনা টেক্সি অদু থোং অচৌবা অমা লানদ্রিবৈঙদা থৈজিন্দুনা খাম্লগা হাযরক্লম্মী,

- "সাব মাঙদা উরিবা অসি লমকোযবা লাকপশিংনা যাম্না পামজবা, মহৌশাগী ওইবা অচৌবা পাৎ অমনি। কুমথবীবো, মেদামগা লোযননা মোটোব বোট তোংদুনা মিৎযেং তাবীযু।"

পাকচাউনা শন্দোক্তুনা লৈবিবা, যেংবগী পেনবা নাইদ্রবা পাংনি। নোংপোকলোমদা মাইল কযামকম শন্দোক্তুনা সমুদ্রগী ঈমাযগা অমত্তা ওইনা তিন্নখি। নোংচুপলোমদা কংফালগী শকুক কযামকম হুৎচিল্লগা লৈখি। অপাকপনা মাইল অনিগুম্না ওইগনি। পাৎকী লৈবাই মথা মযাদা যুবী পাম্বী অমসুং মখল মখলগী উ কয়া হৌবিবা অদুনা পাৎ অদুগী ফজবা হেনগৎহল্লম্মী। ঐখোযনা টৌক্লি থৌবক্লিবা লম্বী অদু পাৎ অদুগী মথক্তা লৈবা অশাংবা থোং অমা লাল্লগা চৎকদবনি। থোং অদু ফজনা শাই। মথক্তা কোইলাস থাবা লম্বী অদু শাংনা শন্দোক্তুনা লৈবি। থোং অদুগী মখাদনা মীতোংবা মোটোব বোট কযা ফাওদোক ফাওজিন তৌরি।

লৈনাগা ঐগসু মোটোব বোট অমদা কাখৎলম্মী। মোটোব বোটকী ড্রাইভব অদু হীন্দীসু ঈংলিসসু খঙলমদে। ইবান্নি তামিল লোলদা ৱারী শান্নদুনা পুক্লিংগী অপাম্বা অদু ফোংদোক্লবম্মী। ঐনা ঙাঙবা তামিল লোল অদু তাবগা মহাক নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবম্মী। লৈনানা নংদি লোল য়াম্না খঙই, করি কবি হায়রিবনো হাযনা হংলম্মী। ঐনা কবিসু নত্তেদা, মোটোব বোট অসি খরা য়াংনা থৌ হায়বনি হায়না খুল্লম্মী। মোটোব বোট অদু য়াম্না য়াংংনা সমুদ্র মায়কৈ তম্না থৌরম্মী। কন্না যাঙনা থৌবসি ঐগীদি পামজবনি।লৈনাদি পাখৎতুনা ঐঙোন্দা চেৎনা কোনশিল্লগা হায়রক্লম্মী,

- "তপ্না থৌ হায়যোমি......, ঐদি য়াম্না কিজে, ঈরোইবসু লৈতনা। করিগুম্বা শোয়দনা ঈশিংদা তাশিনখ্রবদি ঐহাক কমদৌনি।"

- "ঐ লৈরিসিদি .....। নংনা ঈশিংদা তাশিনখ্রগা তুমিন্না লৈগদ্রা ঐ। চোংথরগা লৌখৎলগা লোইবেদনা।" মাগী মতৌদু উবদা মোটোর বোট অদু খরা তপ্না থৌনবা ঐনা ড্রাইভবদা হায়রম্মী। লৈনানা ঐঙোন্দা চেজেৎ কোনশিল্লগা মমিৎ উইশিল্লগা খাঙবা অদু উবদা মোটোর বোটকী ড্রাইভরনা হরাউনা নোক্রম্মী। অযাকপা নুংশাগী মৈশা অদুনা হকচাং পুম্বা হুমাংনা পুমচোৎ চোংলম্মী। ঈরুজবগা চপ মান্নবম্মী। মহাক্না ঐঙোন্দা চেজেৎ কোন্সিন্দুনা খাঙবদা, মহাক্কী হকচাংগী নুংশিবা মনম অদু ফাওরক্লম্মী। অযাঙবা হি তোংবগী ঙাওজবা ঐহাকসে, লৈনাগী লৈনমদা অমুক্কা হেন্না ঙাওহল্লম্মী। নুংশিরবা হকনম অদুনা ঐগী নাতোন ফাওদুনা থম্মোয কাথুপ মবিদা চঙলকপা মতমদা ময়াই কাবা ফাওবম্মী। মহাক্কী ইপোম নাইববা থাজশিং অদু ঐঙোন্দা কোনশিনবদা, পুর্নিমা থাজদগী হেন্না পাক্লম্লগনি। অমোনবা লশিংগুম নাক যেৎ ওইদা পেথোক্তুনা ঙাল্লমগনি। থরক ইপোম হৌদুনা পোমশাৎনবী লৈবাংগুম লৈবম্বদু, ঙাইহাক্কী ওইনা পুমশাৎ শাৎকাইবম্মী।

মোটোব বোট তোংদুনা পাৎকী ফজবা য়েংবা লোইববা মতুংদা ইবান্নি পাৎতগী কাখৎলক্লম্মী। টেক্সি ড্রাইভরনা ঐখোযবু ঙাইদুনা লৈবল্লে। গাডী তোংখৎলম্মী। মোটোব বোট তোংবগী নুংঙাইবা বাবী শানা শানা নোকমিন্নদুনা চৎলি গাডী মনুংদা তোংদুনা লৈনাগা ঐগা।

টেক্সি অদু পাৎ মথক্তা শাবা থোং অদু লাম্থোক্লগা মখা পাংনা অদুম থৌবকপনি। খবা থৌববা মতুংদা অমুক থাম্লম্মী। ড্রাইভরনা গুমভীব অমসুং লীল মযাম লৈফম লৈবে, যেংবীবা যাগনি হাযনা হায়রক্লম্মী। গাড়ীদগী কুমথবগা পার্ক অদুগী থোঙ্গালদা ঙাইহক লেপ্লম্মী। চঙফম থোঙ্গালদা থেৎলিবা সাইনবোর্ড অদুদা থাবা উরক্লম্মী,- "সেন্টর ফোর হাবপেতোলেজি, চেন্নাই।"

পার্ক অদুদা হেক চঙখিবদা পুখ্রী অচৌবা অমা থেংনরম্মী। পুখ্রী অদু অবোনবা তারানা ইকোয় কোয়না খাজিল্লম্মী। পুখ্রী মনুং অদুদা অকুৎপা ঈশিং লৈবা শরুক অমসুং অতোঙবা কংফালগী শরুক কয়ামরুম লৈরম্মী। পুখ্রী মনুংদা লৈবা কংফালগী শরুক অদুদা উজাউ কয়া হৌরম্মী। অচৌ অচৌবা উগী মরাশিং অদু ঈশিংগী শরুক্তা তাখিরম্মী। উশিং অদুগী মখোঙদা, মরা অচৌবা মরক্তা, গুমভীরশিং অদু খরনা তুমিন্না তাশিন্দুনা, খরনা কোয়চৎ চৎতুনা লৈবা উরম্মী।

গুমভীর কয়া অমনা ঈশিংগী শরুক্তা ঈরোইদুনা শান্নরি, কোইচৎ চৎলি।

অহানবা পুথ্রী অদুগী মথংদা অতোপ্পা অতোপ্পা পুথ্রী কয়ামরুম অমসু লৈরম্মী। পুথ্রীশিং অদুদা মখল মখল কয়াগী গুমভীর লৈবা থেংনরম্মী। মুসুক মুবা গুমভীরশিং অদুদি যাম্না চাউই। ঙাংতক তৌবা, হংগাম মপান মচু চঙবা, ঙৌরুনবা, মখল মখলগী মচুগী গুমভীবশিং পুথ্রিশিং অদুদা লৈরম্মী আমেরিকা, আফ্রিকা, কানাদানাচিংবা পৃথীবীগী অতোপ অতোপ্পা লমশিংদগী পুরকপা গুমভীরশিম মাল্লি। মশিং লাকঙমদনা তোঙান তোঙানবা মকোন শাবীদুনা থম্বীথ্রিবা গুমভীরগী অঙকপা পার্ক অমনি।

গুমভীব পার্ক অদুগী মনুংদা খ্বাইদগী ঙক্লিংঙাই ওইরিবদি, থোঙ্গাল মযাদা মনিংলোমদা খবা চঙশিল্লগা লৈবা লীলগী যুমজাউ অদুনি। চাউথ্রবা যুমশাং অমদা লীল কয়াবমকুম যোক্কুনা থল্লি। মাগী মাগী জাৎকী লীলশিং অদু লৈবাক্কী চফু অমমমদা হাপ্লী। চফু অমদা লীল কুন্থ্রামুক যাউবি। চাউরাক্লা চফু লীশিং অমরোম লৈবমগনি। পুন্না লীল লীশিংকুন্থ্রাবোম যোকলি। মকুওইনা মহু পুববা লীল মখল মঙানি- লীন্দু, তাংলৈ, হোরাই মযাগুম্না মকু পানবা তাংলৈ, অমুবগা অঙৌবগনা লাংবা ঙামু মকোক মান্না মকোক পানবা লীল, খাবৌ লাবা অমসুং অমোমশিংনি।

লীলগী যুম অদুগী মযাযদা অহাংবা মফম অমদা, মাববল চল্লগা শেম্বা থবাক যৌনা ৱাংবা যুম্বী অমা লৈবম্মী। যুম্বী অদুগী অকোযবদা মাববলগী ফম্বাক অমা ইকোয কোযনা লৈবি। লীল তবামবি মঙামুক্তি মফম অদুদা কোয়চৎ চৎতুনা শান্নবি। মযাযদা যুংলিবা যুম্বী অদুগী মথক্তা লীক্লীগী শেম্পাক অমা লৈ। শেম্পাক অদুগী মযায়দগী খুদুপ অমুক শাংবা লীক্লীগী মতুম তাবা চৈ মচা অমা যুংলি। লীক্লীগী চৈ অদুগী মতোন অদু চম্প্রা মচামুক চাউনা মতুম তানা লোইশিল্লি।

লীল শেন্নবা মীশিং অদু খু- যৌবা রববগী খোংউপ অমমম উপ্লী। মখুৎশিং অদুসু ববগী গ্লোভ অমমম উপ্লী। মতোন্দা তাবাগী কোচি য়াওবা লম্মুক শাংবা চৈ অমমমসু পায়। চৈ অদুনা লীল কোৎখৎপদা শিজিন্নে।

লীলগী য়ুম অদুদা যোক্কুনা থল্লিবা লীলশিং অদুগী খ্বাইদগী কান্নবদি মহু মহী অদু লৌনবনি। চেন্নাইগী হারপেটোলোজি সেন্টর, লীলগী হু মহী লৌফম ওইরিবা, পৃথীবীদা মমিং লৈরবা মফমনি। চফু মনুং অদুদগী লীল শেন্নবা নীপা অদুনা লীল অচৌবা অমা লৌথোক্লম্মী। মখুৎনা লীলগী মকোক অদুগী য়েৎলোম ওইরোমদা পাইরম্মী। অদুগা ঙসাইগী যুম্বীগী মতোন্দা লৈরিবা লীক্লী মতুম অদুদা

চীহল্লম্মী। ওইথংবা খুৎ অদুনা লীক্লীগী চফু মচা অমা পায়রগা লীক্লী মতুম ময়াদুদা লীলগী হু মহী থোরকপা অদু য়ারম্মী। অরুবা ঈশিংগুল্লবা লীলগী হু মহী অদু তপ তপ লাউনা লীক্লীগী চফু মচা অদুদা তারক্লম্মী। অসুম্না লীল তরামুক্কী হু মহী লৌবদা লীক্লী চফু তংখাইমুক্কী হু মহী ফংলম্মী। লীলগী হু মহী য়াওরবা লীক্লীগী চফু মচাশিং অদু নম্বব থাজিল্লম্মী। হীদাক শুংফমদা থানবনি। লীলনা চীকপা মীশিংদা কাপ্পনবা হীদাক এন্টিভেনিন শুংননবনি। পুম্নমক অসি লীল শেন্নরিবা নিপা অদুনা ঐখোয়দা লীল মহু লৌথোক লৌথোক্লা তাক্লকপনি।

লৈনাগা ইবান্নি হারপেটোলোজি পার্ক যেংবা লোইরদুনা মপান্দা থোবক্লম্মী। চৎনা চৎনা লৈনানা হায়বক্লম্মী,

“ঐদি যাম্না কিজেবো, লীলশিংদো। লীল শেন্নবিবা মীশিং অদুদি চীক্তবা জাৎলা?”

- “করিগী কিদৌবিবা ! মখোযসু চিক্তনবা ববরগী অথাবা গ্লোভ অমসুং বুট উপ্লীবদুদি। অদুগা ঐদি লীল যাম্না পামজে। লীলশিংগী মবমদা থীজিনবসু পামজে।”

টেক্সি ড্রাইভবনা ঐখোযবু ঙাইদুনা লৈবল্লে। টেক্সি অদু তোংখৎলগা মমাঙ পাংবা লম্বী অদোমদা অমুক থৌবম্মী।

খবা থৌরগা সোবোক্কী নাকল অমদা খিন্দুনা লৈবা উপু মানবা দুকান অমগী মনাক্তা গাডী অদু খাল্লম্মী। দুকান অদুদা চঙলম্মী। আমেরিকাবোমগী মী মানবা, ব্রাং চাউবা, চহী ৫০ বোম শুববা নিপা অমা লৈবম্মী। ড্রাইভরগা তামিল লোলদা ব্রাবী শান্নরি। ঐনা খলম্মী মহাক অসি চেন্নাইদা কুইনা লৈবদগী তামিল লোল ফজনা খঙলবা জাৎনি। ড্রাইভরনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হায়রক্লম্মী, “সার, দোলফিনগী কুম্মে যেংনবগী টিকেৎ ককফমনি। সাবগা ব্রারী শান্নবীবে। কুম্মে উৎকদবদি পুং ১ বোম ব্রাৎলি হায” ঐনা কুচু অমুবা খরা কাপ্লবা অঙৌবা নুপা অদুদা হায়বম্মী,

- “গুড অফটরনুন, নহাক করি লমদগীনো, করম্না মফম অসিদা লৈরম্লিবনো?” মহাক্লা ঐবু তবাম্না ওক্লা ওক্লা হায়রক্লম্মী,- “ঐগী ইপাদু কেনাদিয়ান্নি। নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা মহাক্লা ইন্দিয়াবু য়াম্না পামজরম্মী। পাখঙ ওইনা ওইনা মহাক চেন্নাইদা লাকখি। চেন্নাইদা তামিল নিঙোল অমা লৌরগা ঐ পোকখিবনি। পোকপদগী হৌনা ঐ চেন্নাইদা লৈরক্লে। মরক মরক্তা ঐ কেনাদাদা

চৎলি। সারহোইনা য়েংবীগদৌবিবা দোলফিনশিং অসি ঐনা কেনাদাদগী পুরকপনি। যাম্না নুংঙাইবনি, মখোয়গী কুম্ফ্রেসে। অমুক্তা উবীরমখিরোই।"

মাগী ব়ারীদু তারগা ইবান্নি নোকমিন্নরম্মী। খুৎ অমুক শোক্লবম্মী। ঐনসু লৈনাগা ঐগা ডাক্তর ঙাক্তনি, মনিপুরদগী লাকপনি হায়দুনা শক্তাক্লম্মী। মহাক্না টিকেৎ অনি লাম্থোক্লককলম্মী। টিকেৎকী মমলসু লৌ হায়বা য়ারমদে। অদুম পাযবীরো যাবনি হাযবম্মী। মঙোন্দা থাগৎ ব়াহে ফোংদোক্লম্লগা লৈনাগা ঐখোয় অনি অমুক কাবদা কাখৎলম্মী।

খরা থৌরগা ওইথংবদা হাইজিল্লম্মী। দোলফিন উৎফমগী লম্বী যৌবদা গাডী খামলম্মী। লৈনাগা ঐগা গাড়ীদগী কুমথরগা চঙমিন্নরম্মী।

হেক চঙখিবগা পাক চাউববা হৈকোল লৈকোল অমা থেংনবম্মী। ফজ - ফজববা উ পাম্বী কযা মফম চানা হৌবি। উশিং অদু লৈ শাৎপা ঙাক্তনি। খবনা হঙ্গাম মপাল মচুগী, খরনা হীগোক মচু, খবনা মঙ্গ্রা মচু, খরা অমদনা অঙাংবা ঙাক্তা লৈশাৎ তল্লি। লম্বী য়েৎলোম ওইবোমদা অশংবা নাপী কযাগী মবক্তা মখল মখলগী লৈ কযামকম শাৎলি। লৈশিং অদু যেংবগী পেনবা নাইবমদে। লৈনাগা ঐগসু অস্তব চনবা অনানবা লম্বী অদুদা চৎপগী মহুৎতা আশংবা গালিচাগুম শন্দোকলিবা নাপী মথক অদুদা চৎতুনা মখল মখলগী লৈশিং অদু যেংলি। পাক চাউখ্রবা লৈকোল অদুগী মনিং ওইবপনা মথোন মথোন শাবা অচৌবা যুম অমা লৈবম্মী। যুম অদুগী মমাংদা ঈংলিস ময়েক্লা "দোলফিন হাউস" হাযনা চাউনা থাবা উরক্লম্মী।

দোলফিনগী কুম্ফ্রে হৌগদবা খবা ব়াৎলিবা মবম্না লৈনাগা ইবান্নি কোযচৎ চৎতুনা কবি কবি লৈবগে হাযবা যেংলম্মী। লমপাক্কী অৱাংলোমথংবা অদোমদা চঙশিলম্মী। অঙকপা ফংলবা খুৎশেমগী ওইবা ইবোই খোং অমা লৈবম্মী। মবাক্তি ফুট চনিবোম পাক্লমগনি। মযুংনা মফম অদুদগী হৌবগা মনিংলোমদা অসুম অসুম শন্দোকখিদুনা সমুদ্রগী ঈমায়গা অমত্তা ওইনা তিনখিরম্মী। ঈশিংনা ঈমায চোন্না লৈবি। খুৎশেমগী ঈবোইফম অদু নুঙনা মপানশিং অদু চনশিন্দুনা য়াম্না ফজনা শেম্লী। খোং অদুগী মপান্দসু লৈ শাৎপা উ কয়ামরুম পরিং নাইনা হৌবি। মতম খবা কোযচৎ চৎতুনা য়েংলগা, মনাপুঙবা উ অমগী মখোঙদা ফমি দুনা লৈনাগা ঐগা ব়ারী শাবী। লৈনানা ঐগী লেংবান্দা কোনশিল্লগা হায়রক্লম্মী,

- "পুন্সি অসি নুংশিদরা ! থাপখ্রবা লমদমসিদা ইবান্নিদা.....!"

- "(ঐনা মঙোন্দা অমুক কোনশিনবীরগা) ই ! সিবু কয়াম থাপ্লা লমনো।

ঙসাই টিকেৎ ককফমদা লৈহৌরিবা নিপা অৱাংবদু নিংশিংদরা? মাগী য়ুম অশেংবদি কেনাদাদনি। হৌজিক্কী চাউখৎলবা য়ুগ অসিদদি পৃথীবী অসি অপীকপা খুঙ্গং মচা অমা ওল্লবনি।"

- "মাবুদি মানিদনা, চেন্নাইসু মমাগী ময়ুমনি। ঐদি শিলোংদা কনফরেন্স চৎপা অদুনা মনিপুবদগী মপান থোকপা অহানবনি। হন্দক্কী চেন্নাইদা লাকপসিনা অনিশুবনি।" "অদো .......... ৱা অমা হংগেবা।"

- "(ইথৌ থৌওইদনা) উম, হংউ কবিনো?"

- "(মানা নোকমি নোকমি ঐঙোন্দা য়েংলগা) নংনা ঐবু অসুক যান্না নুংশিরিসি করিগীনো....?"

- "নুংশিববু করিগীনো হাযনা হংলবদি কমহাই খুমদৌরিবা? অদুদি নংসু ঐবু অসুক যান্না নুংশিবিবা অসিদি কবিগীনো, নং হান্না পাউখুম পীবকউ।"

- "উম ..... অদুবুবা.... খংদেদা। ঐদি নঙোন্দগী হেন্না নুংশিবা অমত্তা লৈতে। নুংশিবদি নংনা তশ্বীবগা।"

ৱাবী শান্নবিঙৈদা দোলফিন কুম্মৈগী মতম যৌশিল্লক্লম্মী। ইবান্নি দোলফিন উৎফম তান্না চৎলম্মী। য়ুমজাউ অদুগী সিড়িশিং অদু মথং মথং কাখৎলম্মী। মনুংদা চঙখিবদা খবা চৎলগা অমুক কুমথবম্মী। ফনা সাংনা সিড়ি মথং মথং কুমথরগা চাউখ্রবা হোল অমা থেংনবম্মী। হোল অদুগী মযাযদা অচৌবা পুখ্রী অমা লৈরম্মী। পুখ্রী অদুগী অকোযবা মপানশিং অদু মাববল মপাক থাবম্মী। অকোয়বদা যোৎকী শম্বল অমা খ্বাংমুক ৱাংনা খাবি। শম্বল অদুদগী মথং মথং ৱাংখৎনা ফমফম পরেং পবেং থাক নাইনা ইকোয কোযনা শেমখ্রি। লৈনাগা ঐগদি মমাংথংবা ফমফম পবেং অদুদা ফমমিন্নবম্মী। হোল অদু মীনা পীক থল্লম্মী।

ঙাইহাক্কী মনুংদা দোলফিন শেন্নবা নিপা অনি থোাবক্লম্মী। নিপা অমনা লম্মুক শাংবা চৈ অমা পাযরম্মী। অতোপ্পা নিপা অদুনা মখ্বাংদা থৌরি কিশিল্লগা কৌতা অচৌবা অমা য়ানবা উবম্মী। নোংচুপ থংবা মায়কৈদগী, তোংঙান তোংঙানবা থোঙ অমমমদগী দোলফিন অনি তপ্না তপ্না মখোংনা চৎতুনা থোরক্লম্মী। পুখ্রী ময়া অদুদা খৱাংননা লেপ্লম্মী। মশাইগুপ অনিদু খুৎ তৌনা লোন্নরগা মকোক অদু নোম্বরগা ময়ামদা 'খুরুমজরি' হায়বগী মওং অদু উৎলম্মী। তিল্লিবা মীয়াম অদুনা যান্না হরাউনা খুবাক খুরম্মী। ঐখোয ময়ান্না খুবাক খুবা অদু দোলফিল অনি অদুসু, মশাইগুপ অনিদু পাক পাক খুদুনা য়াওরম্মী। মদুনা হেন্না নোকনিংবা অমা

ওইহল্লস্মী। মীয়াম অদুনা নোকপদা হোল অদু পুমনিল নিল্লস্মী।

মীয়ামদা খুরুম্বা অমসুং খুবাক খুবা লোইরবা মতুংদা পুখীদুগী অৱাংথংবা মপান্দগী ঈশিংদা মতেক অমা ইন্থোক্লগা শাবা কৈরাক অদুদা দোলফিন অনিদু তপ্না তপ্না কাখৎলস্মী। কৈরাক অদু কাখৎলগা ফুট নিপাললোম ৱাংনা লৈবা ফম্বাক অমদা মবান্নি লেপমিন্নরস্মী। চৈ পায়রিবা নিপা অদুগী ঈঙ্গিৎ য়েংলস্মী। নিপা অদুনা চৈ অদু হেক হাইথরকপদা, দোলফিন অনিদু ফম্বাক অদুদগী ঈশিং তম্না উক উক লৈরগা চোংথরক্লস্মী। ঈশিংদা খবা শাংনা লুপ্তুনা চৎলগা ফাওগৎলক্লস্মী। ঈশিংদগী কংফালদা অমুক কাখৎলক্তুনা নিপা অনিদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা লেপলস্মী। কৌতা যানবা নিপা অদুনা কৌতা মনুংদগী ঙা মচা অমমম অনি অনি লৌথোক্লগা দোলফিন অনিদুদা পীজবস্মী।

ঙা মচা মচাশিং অদু খরা চাববা মতুংদা দোলফিন অনিদু ঈশিংদা অমুক চোংথখ্রে। চৈ পাযবা নিপা অদুনা প্লাসটিক্কী অচৌবা বোল অমা ঈশিং মথক অদুদা লংথবস্মী। বোল অদু কোযতান তান্নবগা মবান্নি শান্নবস্মী। দোলফিন অমনা বোল অদু, অতুম্বা মচীল অদু ঈশিংদগী লীৎখৎলগা পুদুনা চৎলস্মী। অমদুনা তান্নবগা বোল অদু অমুক মুল্লগা মচীন থিনগৎতুনা কোযপু পুদুনা চৎলস্মী। অসুম্না মবান্নি কোযতান তান্নদুনা বোল অদু মুন্নবগা গোল চনবা তান্নবস্মী। মরক মরকতা ঈশিং ঈমায়দগী ৱাংনা চোংখৎলগা ঈশিংদা অমুক লুপশিনখ্রগা কুইনা ফাওগৎলক্তবা ঙমই।

ঐখোয মযাম অদু যা কাথোক্তুনা, খুবাক খুদুনা দোলফিনগী কুম্মৈ অদু য়েংলিঙৈদা, পুখ্রীগী ঈশিংগী ঈমায অদু খংহেন হেনগৎলক্তুনা পাথোবক্লস্মী। মীয়াম পুম্নমক ঈঙক ঙক্লা যেংনরস্মী। অচৌবা য়ুম অদু নিকপা হৌরক্লস্মী। যুহাব হাবে, যুহাব হাবে হাযদুনা মীযাম অদু কোযচেন চেন্নবস্মী। লৈনাগা ঐগসু খুৎ চেৎনা শম্নরগা য়ুম অদুগী মপান্দা চেম্থোবক্লস্মী। যুমজাউ অদুগী মপান্দা থোবক্লবা মীয়ামশিং অদু 'ইমা' লাউদুনা কোযচেন চেন্নবস্মী। ঐহাক ৱাখল ঙাইহাক তৌরস্মী। খোঙলৈ থুনা লৈনাবু মখুৎ পাযদুনা চিংলগা য়ুম অদুগী মনাক অনকপদা লৈবা চীঙদুম অমদা কাখৎলস্মী। অথাপ্পদা অতিয়াদা মুসুক মুনা মল্লবা ঈশিং মপৈ অমা পাইরকপা উরস্মী। ঈশিং মপৈ অদুনা লাউ খোংদুনা পাইরকপদা মালেম অসি পুঙমম মমশিনখিরস্মী। লৈনাগা ইবান্নি কন্না কোনশিন্নরগা চীঙদুম অদুগী লৈমায়দা হীপুনা লৈরস্মী। মথং মথং ঈশিং মপৈ অদু পাইরক্তুনা চাউরবা লমহাং অদু ঈশিংনা

পুমথুম থুমখ্রে। ঈশিংগী শাফুনা কন্না য়েরক্লি, কোনশিন্নদুনা হীগুনা লৈরিবা লৈনাগা ঐগদি। অমুক্কা হেন্না চেৎনা কোশিন্নরম্মী।

নোংয়াই মতুং পুং অনি তারে। খুদক্কী ওইবা ওপরেসন অচৌবা অমা তৌকরবা মতুংদা, ঐহাক ঐগী কাদা ফম্না ফম্না তুমথরুবদগী মীকপ থোক্লম্মী। লৈনানা ঐবু লেংবান পাযদুনা হৌদোকপদগী মিৎ খংশিং শিংলম্মী। ঐনা ঈপা পাখৎনা ইতোমতা, শোঞ্জরম্মী - "ইস ! ওম্বোকপা মঙ অমা মঙলম্মী"। লৈনা ঐগী ইনাক্তা ফমথরগা হায়বক্লম্মী- "সার, কবি মঙনো, ঐঙোন্দসু তম্মুবা।" ঐনা মঙোন্দা মঙদা থোকখিবা চেন্নাইগী থৌদোকশিং অদু অমত্তা চিথদনা লীরম্মী। মহাক থরায় য়াউনা রাবী তাবি।

## (৫) মতমগী খোঙজেল

অঙনবা অয়ুক্তনি। ঐ ঐগী কাদা ঈরুমায়থজবা লোইরদুনা ফল্লি। মরক মরক্তা ইমানা লোল্লকপা চা অদু থল্লি। থক্লা থক্লা ব্রাখল মথং মথং খল্লি।

ঐগী ইচননুপী থোইবী ময়ুম পানখিবা চহী ১৫ রোম শুরে। মচানুপা ঙাক্তা অনি পোক্তুনা য়াম্না নুংঙাইনা লৈবি। মহাক বিএসসি লোইরবা মতুংদা স্কুলগী ওঝা ওইরি। মরক মরক্তা য়ুমদা লাকই। ইনাক্তা হেক হেক চংশিল্লক্তুনা মেমপীশক থোইবীনা "তামো নং য়ুম পাল্লরোইদ্রা? চহী নিফু শুরবাফাওবা অদুম লৈরিবা কবিগীনো। নিংবা থুংদবা করি লৈবগে, ইমাহোই পাবহোইগীসু খরা খনবীবা ফৈদা" হায়। ঐনা পাউখুম পীদনা নোকশিন্নবগা লৈবি। হায়দি হায়নিঙবনি ইচন্নুপীদা, ঐ হন্দক্তি শোইদনা য়ুম পাল্লগনি। মহানমখৈ নিঙবা কায়বম্বা অদো, মহুৎ শিনবীনবা অমা থোরক্লে, মশকসু য়াম্না মান্নে। অদুবু হায়নিং হাইনিং থম্মোযদা অদুম লোৎশিনখি।

অবোকসু অহল ওইবে। থবক ইনখাং কযা শুদ্রে। মহাক্কী হাযববু য়াহৌ ঙন্না হৌগৎলগা শুমাং ব্রাই শিৎপা, নাপী ফোযবদি তোকত্রি। অবোক্কী হৌনবী হেক য়াহৌবগা চবেং চবেং ঙাংদুনা মী মযাম চৈবসু লেপত্রি। ঐখোযগী চেক্কী য়ুম অদু মথোল অহুমনি। মযায়থংবা মথোল অদুদা ঐগী তুম্ফম অমসুং লাইবিক পাফম কা লৈ। মবক মবক্তা মখাগী ফমফম কাদা ফম্মীন্নদুনা, অবোক্কা ঐগা ব্রারী হেক হেক শাই। অবোক্লা হেক হেক হায "ইবুংঙো, অবোকসি ইশুগী মৌ উদনা শিবা তাবব্রা খঙদেদা। চহী তরা হেল্লেদনা নংনা ডাক্তোরা অচৌবা ওইদুনা লৈরিবসি। ইশুগী মৌ ওইহনবীয়ু থাজবগে হায়দুনা মশিং খঙদবমখৈ লাক্লন্নবসু নংনা শুকয়ামক য়াদ্রবনিনা করিদি উপাই লৈবগে...।" অবোক্কী ব্রাদু চুন্নুদি চুম্মী। অদুবু ঐগী পুন্সিগী নিঙবা কাযবগী ব্রাখল অদুদি মানা খংপোৎনত্তে। ঐসু নোকশিন্নবগা অবোক্লা ঙাংলিবা অদু থওইদনা অনাবা লাক্লে হাযদুনা ঐগী লাইযেংশঙদা হেক হেক চৎলম্মী। হন্দক্তি কয়া তোযনা ফমিন্নদবে। ফমিন্নববদি, মতম কুইনা তুমদুনা লৈকববা ঐগী অব্রাবা থম্মোয়দা, হন্দক্তা মঙাল অমা ফংদুনা হৌগৎপসি হাইফেৎ কাঙথোক্লবদি, কয়াদা হরাউজগদবা অবোক্লা। মহৌশা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা, অবোক্লা শোইবম লৈকায়দগী কৌনা লৌরুরগা ফক শাবগা ইমা কৈথেলদা য়োনবা চৎপা, কৌনা ফক অদু য়োল্লগা ঐখোয় ময়াম্না চাননবা পেংবা, খাবক,

ঙাতোন- ঙাহৌনচিংবা হেক হেক লৈরকপদু নিংশিংলকই। হৌজিক্তি মৈতৈগী অহাউবা ঙাশিং অসি অমত্তা ফংখিদরে। রৌ, কুরি, পুক্লাওবী, গ্রাসকাপ্পা মহুৎ শিনখ্রে। মৈতৈগী অহাউবা ঙাশিং অসি লোইনা মাঙখিবগুম তৌরে।

পাবদি ফনা য়াম্না কল্লি। মহৌশা শীঙ চনবা, ই ফানবা, লৌউবা চৎলম্বা লোইনা লেপখ্রে। ঐনা কলকতাদগী হেক হল্লকপগা লোইনা লেপহনখ্রে। মাগী হায়ববু ইংখোল খরা খরা কোইরি। ঐনা পামজে হাযদুনা লৈ- শু খরা থাবি। মরক মবক্তা কৈথেলদা চৎলগা, য়েনশাং- নাপী ঙানচিংবা লৈরুবা অসিনা মথৌ অমা ওইনা নুংঙাইজরম্মী। মশুশিং নিংশিংলকই হায়দুনা অচাপোৎ খরা লৈদুনা পুরগা মেমপীশক থোইবীগী ময়ুমদসু তোয়না চৎলি। অহলদি ফনা যাম্না ওইশিল্লবা জাৎনি পাবসে, কোক্কী শমশিং অদু পোক্লা পুমঙৌ ঙৌবে।

ইমাদি নহা খরা ওইবদৌনা লৈরি। মহৌশা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ইমাগী মতুং ইন্দুনা লৌ কুম্বা চৎপা, ঙা ফাবা য়াওবা, তুংগোল পাযদুনা ঙা হাপচিনবা, মথং মথং নিংশিংলি। লৈবাক্লা শাবা উয়াব্দা ঙা থোংবগী মহাউ, অদুগা হৌজিক্লা অবংবা খাংদা গ্যাসনা থোংবগী মহাউগা য়েংনরুরবদি য়াম্না খেন্নে। থায়নগী চফুদা থোংবগী ঙাগী মহাউনা য়াম্না হেল্লি। অহানবদদি ইমাসু গ্যাসনা চাক থোংবা, গ্রাইন্দরনচিংবা তকপা যাম্না হৈবমদে। হৌজিক্তি যাম্না হৈবে। কোৎতগী ইমানা ফৌ খাইবগা শুম্বলদা শুক অমমম পাইদুনা ইচননুপী থোইবী ইবান্নি ফৌ শুমিন্নখিবা, মথং মথং লোইনা নিংশিংলি।

ঐখোযগী ইনা কুপ্পা, ইলেক্ট্রিক থাউমৈ থান্দবা, পোদোন থাল্লগা লাইরিক পাবা, নোংজুথা লাক্লগা নোং ওরো রো য়ুবা য়ুম নিংশিংলুবদা পুক্লিং নুংশিরকই।

হৌজিক্লা মথোল অহমগী অচৌবা য়ুমনি। নিঙথীনা লৈতেংলবা মী ফমফম কা, লায়েংফম কা, টেলিভিজন, টেলিফোন, কম্প্যুটর, ইন্টবনেট, বেফ্রিজরেটর অমসুং ফি শুবা মেছিন মফম মফম চানা লৈরি। ইমা অমসুং পাবগী তোঙানবা কা, অবোক্কী লাইনিংথৌবা তাইনবা কা, কা খুদিং শিলিং ফেন, অঙানবা ইলেক্ট্রিক্কী থাউমৈ, অঙকপা ফংনা হোংলবা ঐখোয়গী য়ুমনি।

থাগোই, ......... ঐগী থাগোই......, উখিদবা মতম কুইরে। উগে হায়নসু খল্লুদরে। অদুবু নিংশিংলক্লি, মমি- শামি উরক্লি, নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরি। ময়েক শেংনা উরক্লি, থম্মোয় পেন্না নোক্লি। ঐগী থম্মোয়বু ঙাওহনখিবী, পুন্সি লাইমন ওইহনখিবী, ঐগী নুংশিবী থাগোই মাঙদা অমুক হন্না লেপ্পুনা লৈরম্মী।

শক্তম অদু নিংথীবী, লৈশাবী মচা ওইরিঙৈ, ফনেক খোয়খা শেংল্লিঙৈদা হায়খিবা নুংশি ব্লাহৈশিংদু অমুক নৌহৌননা নিংশিংহল্লি।

খুনাইগী অহোংবা অঙকপনি। ইম্ফাল সহর, মতম অমদা ই-গী য়ুম ঙাক্তা লৈরম্মী। হৌজিক্তা মথোন কয়াগী অৱাংবা য়ুমশিংনা মহুৎ শিনখ্রে। ইগী য়ুম অমত্তা উগে হায়বা ফংদ্রে। লম্বী-থোং লৈখোম থোক্লম্মী। হৌজিক্তা কোইলাস থাবা লম্বী ঙাক্তা ঙায়বে। এরোপ্লেন তাফম, মমাংঙৈদা কোইরেঙ্গৈদা ওইরম্বা অদু, হৌজিক্তি তুলহীহলদা ফজনা শেমখ্রে। ইম্ফাল সহরগী য়ুমথোঙ খুদিং, লম্বী খুদিংগী মপান্দা, লমহাংদা উ-ৱা পীক থন্না হৌবম্বদু লোইনা কোকখ্রে। পোরোমপাৎ, লম্ফেলপাৎ, তাকয়েনপাৎ অহাংবা লমহাং খুদিংমক, সরকারগী অমসুং লন্নাইগী অচৌবা অরংবা য়ুম ঙাক্তা ঙায়নখ্রে। লম্বী অমসুং লৈরক খুদিং, ইলেক্ট্রিক অমসুং টেলিফোনগী য়ুম্বীশিং, তিংলিবা তবাশিং, কেবলগী অচৌবা মরিশিং ঙাক্তা ঙায়খ্রে। মহৌশা লন্না লন্না তারম্বা য়ুমদোংপোক ওইবম্বা য়ুমশিংগী মহুৎতা অচৌবা দলালশিংনা কৃক কৃক ইন্ননা লৈখ্রে।

অঙ্গৈং-অশাগী চাং অঙকপা ফংনা হোংলে। নিংথমথাদা ঈংবনা খাঙবা ঙল্লমদবা, অয়ুক্তা লৈচিল থাবম্বা, উন্না ইগী য়ুম, চক ইকুশিংদা ঙৌবোক ঙৌনা কুপ্লম্বা-পুন্নমক লোইনা মাঙখ্রে। ঈংবগী চাং হন্থখবে, অশাবগী চাং হেনগৎলক্লে।

অয়ুক্তা, অহিংদা, খোংলম্বা যেনবালাবগী মখোল তাবা ইফং ফংখিদরে। মৈতৈ ক্বাক্লা 'ক্বাক' 'ক্বাক' হাযদুনা খোংলম্বা অদু তাখিদবা কুইবে। খোইনিং কৌবা চেক্লাগী মখোল তাখিদবে, চোংঙানা শুমাংদা তাখিদবে। ছেন্দ্রাং, উবিৎ, কাতিনাউনচিংবা উচেক মচাশিংগী নোংঙাল্লে হায়দুনা লাংলম্বগী মখোল তাখিদরে।

মী মশিং ঈশিং ঈচাউগুম্বা হেগৎলক্লি। লাইবিক হৈবগী চাংসু অঙকপা ফংনা হেনগৎলি। চাওখৎপা সমাজ অমা হায়বদু ওইরবা জাৎলা?

মনিপুরগী খুনাইদি অমবোমদা যেংলুরবদি মরায় চায়থরবা খুনানাই অমনি। নহারোল লিশিং লিশিং কয়া নম্বব ফোর হিরোইন কাপ্লা হৈনরকপদগী, ইমুং মনুং অমসুং সমাজদা অৱাবা চৈথেং পীরি। নম্বর ফোর হায়রিবা হীদাক অদু অমগা অমগা য়েৎতুম তিন্নদুনা কাপমিন্নবদগী, এডসকী মহীক শন্দোরক্লনা খুনাই অসিদা এডসকী মহীক পক্লবা মী মশিং খঙদনা লৈখ্রে। চুম্না হীদাক কাপমিন্নবা নহারোল মশেলদা নত্তনা মীরোলবী নুপী কয়াসু এডসকী মহীক পকপা য়াম্না য়াওরে। ঐখোয়না ফনা য়াম্না থীংনবা হোৎনরবসু, এডস মহীক পকপা মী মশিং নোংমা নোংমগী

হেনগৎলকলি। লাইনা অসিনা নাদুনা শিখিবা নহারোলগী মমিং য়ামশিল্লক্লে।

মতম অমদা ইম্ফাল সহরগী লম্বীদা মীপুম খুদিংমক নোক-খেদুনা চৎলম্মী। হৌজিক্তি মী খুদিংমক থব্বায় খুবাক্তা হাপ্তুনা চৎনরে। নোংমতা কাংদনা তারি পাউ, হাৎন-শুনবগী, শকখণ্ডদবনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎলম্বগী, মতোমতা থৌবী য়ান্দুনা শিরম্বগী, নুপীদা ওৎ-নৈবীবগী.......। খুনাই অসিনা হিংবদা ৱারবা মতমনি।

অশুম ফমলি। চাদু অমুক থকলি। কলকাতাগী ঐগী হৌখ্রবা পুন্সিগী ৱারী মথং মথং নিংশিংলক্লি।

এমবীবীএস হেক লোয়বগা থা অমা যুমদা লৈরম্মী। ঐ কলকতাদা এমএস তম্বা চৎকে হাযদুনা চপ য়ুংনা লেপখি। লাইববা চুদৎনরবা ইমুং মনুং অদু থাদোক্কুনা কবম্না চৎকনি হায়বগিসু খন্দবা নত্তে। অমবোমদা কলকতাদা চৎলগা কনানা পৈশা থাবীবক্কদৌবিবা অসিসু খন্দবা নত্তে। নুমিদাংৱাইবম নত্রগা অশংবা মতমদা লন্নাই অনাবা যেংফম অমদা যাওবগা পৈশা খবা খবা তাল্লগা ঐগীসু শিজিন্নবা য়ুমদসু থাবক্লবা হোৎনবা হাযবদুনি খঞ্জবম্মী। অমবোমদা ইন্দোজরমন সোসাইতিগী লোনসু মখা চথনা লৌবা যাখিগনি।

চৎননবা ভারাদমক পীবীয়ু, মখা তাবদি ঐনা থোকপা শীঞ্জরুরগে হায়বদা পাবনা য়াবীরক্লে। চৎকদবা নুমিৎ লেপ্লবা মতুংদা এবোপ্লেনগী টিকেৎ ককলুরে। অবোক্কা ইমাগদি কন্না যানিংদবনি। অবোক্লা হাযবম্মী "ডাক্তোরা ওইববসু করি অমুক্ তমখিগদৌরিবনো?" ইমুংগী ফিভম ফৎচিল্লক্তবা অসিদা ঐবু সবকারগী থবক অমা তৌহন্নিংলম্মী। মখোয় অনিনা খঞ্জরিবদি মৌ থিবা, ঐবু লৈতানা য়ুম পালহনবা অসিনি। ৱাখলদো তিংখংগুম্বনি। য়ুম পানবগী আশাদো ঐঙোন্দগী থাপ্না লৈখ্রে। ঐনা খল্লিবদি, পুন্সি চুপ্পা য়ুমকৌবদা পাঞ্জররোই অসিনি। নিঙবা কায়রবা পুন্সি অসিদা য়ুম পানবগী মহাউ য়াওদরে। থাগোইতবু নিংশিংদুনা পুন্সি অসি লেল্লগে হায়না চপ য়ুংনা নিংখি। হায়দোক্তে কন্নাদসু, ৱাখলসে ঐগী, পুরি পোৎলুম অৱাবগী, ইতোমতা। মরু ওইনা মখা লাইরিক তমথবা চৎনিংলিবসু থাগোইগী ৱাখলদু কাউথোক্লবনি।

কলকতা চৎকদবা নুমিৎ অদু য়ৌরক্লে।

ঐহাক এয়ারপোর্টতা চৎনবা শেম - শাবা লোইরে। এরোপ্লেন পাইগদৌবা পুং অমা ৱাৎলিঙৈদা এয়ারপোর্ট য়ৌগদবনি। পাবা অমসুং ইচননুপী থোইবীসু ঐবু

থিন্দোকপা চৎনবা থৌরাং তৌবা লোইখ্রে। জীপ অমা ৱায়রুরগা ঐনা পুগদবা পোৎচৈশিম অদু হাপচিল্লম্মী। অবোক অমসু ইমাদি শুমাং মচি অমদা লেপ্লগা ঐবু মুন্না য়েংদুনা লৈরি। "চহী কয়া মপান্দা লৈরুরগা, থা ফাবাৎত্রিঙৈদা অমুক চৎলগদবা। হন্দক্লা অমুক চহী কয়া লৈরক্কদৌরিবা?" অবোক্লা কপ্না কপ্না ঐঙোন্দা চংশিল্লক্তুনা হায়খিবা ৱাহৈশিংনি। ঐসু অবোক্কী মনাক্তা চংশিন্দুনা মখোঙ শোক্তুনা খুরুম্লম্মী। অবোক্তু মপী চদুম চদুম তানা কপ্পী। "মঙ্গোল ওইরকউকো ইবুংঙো" হায়দুনা ঐঙোন্দা কোক্তা নানবীরম্মী। ইমাবুসু অমুক চংদুনা খুরুম্লম্মী। ইমাদি ৱা শুকঙাং ঙাংলমদে। মপী তৈথোক্লগা তুমিন্না অদুম লেপ্লগা লৈরম্মী। ইচননুপী মেমপীশক থোইবীনা খংহাই হায়রক্লম্মী, -"হাইমা, তামো নংদি লাইনিংথৌ খুরুম্বা কাউরে, ইমুংদা অমুক্তা চংবীযু।" থোইবীগী ৱাহৈদু তাবদা ঐসু ঐখোয়গী ই-না কুপ্পা য়ুম অদুগী সনামহী কাচিন্দা চংদুনা লাইনিংথৌগী থৌজাল নিজববা মতুংদা, মপান থোরক্লম্মী।

মতম য়ৌবক্লদুনা পাবা, থোইবী অমসুং ঐ জীপতা কাখৎলম্মী। এয়ারপোর্ট তম্না গাড়ী থৌবা হৌরম্মী। অবোক্কা ইমাগনা ঐবু য়েংলগা শুমাংদা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈহৌরি।

এরোড্রোম য়ৌবে। ঐগী পোৎচৈশিং অদু লৌথবে। এযাবপোর্টকী যুমজায়গী চঙফম অদু ফাওবা থোইবীগনা পোৎচৈশিং অদু থাংদুনা থিনজিনবীবম্মী। চঙফম থোঙ য়ৌরবদা পাবা অমসুং থোইবীদা ঐ চৎলুখিগে হাযরম্মী। পাবগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মখোঙ শোক্তুনা খুকমলম্মী। মেমপীশক থোইবীনা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা হায়রক্লম্মী, "তামো, হন্দক্তি চিঠিকা য়াম্না থারকউ অদুগা ঐগী বিএসসিগী অৱাৎপা লাইরিকশিং অদু কলকতাদগী লৈরগা থাবীরকউকো,...... কাউনিকো।" ইচননুপী থোইবীনা ৱাহৈশিং অসি হায়না হায়না ঐগী খোঙ শোক্তুনা খুরুম্লম্মী। কপতি কপতে হাযববু, ঐগী মদোম শাৎচবী ইচনদো পেরি পেরি তৌদুনা লৈহৌবে।

পোৎশিং অদু পাযবগা টিকেৎ অদু উৎলগা য়ুমজাও অদুগী মনুংদা চংলক্লম্মী। পাবগা থোইবীবদি চঙবা য়াদবনিনা মপান্দা অদুম লৈহৌরে।

এরোপ্লেন পাইবা মতম য়ৌরদুনা, কলকতা চৎকদবা যাত্রিক খুদিংমক এরোপ্লেন তম্না চৎতুান কাখৎনরম্মী। ঐসু কাখৎলম্মী। খঙহৌদনা মতম য়ৌরক্লদুনা এরোপ্লেন পাইবা হৌরম্মী। এরোপ্লেন অদু য়াম্না ঈংনা তপ্না ৱাংনা নোংমদোন

অতিয়াদা পাইরি। ঐ থোংনাউ ময়াদা ফল্লি। য়েংথোকখিবদা মিংশেলগী থোঙলাউ অদুদা উরম্মী - মপান লৈতনা শন্দোকখিবা শংবাননবা অতিয়া, মওং মওংগী শক্তম লৌরবা লৈচীল মফোনশিং, মখারোমদা পীক্লা পীক্লা উরিবা পাৎ, তুরেল, ঐগী নুংশিবী থাগোইবু নিংশিংলক্লম্মী। থম্মোয়দা অনাবা ফাওরম্মী।

কলকতা য়ৌখিবা খঙহৌদে।

প্লেনদগী কুমথরগা ঐগী পোৎচৈশিং অদু লৌথোক্লগা থোরকপদা ঐগী মরুপ ইবোয়াইমনা ঐবু ঙাইদুনা লৈবম্লে। টেক্সি অমা ফাবগা ইবানি আরজি কাব মেডিকেল কোলেজ তম্লা চৎলম্মী।

লম্বীদা য়েৎলোম ওইরোমদা অমনবা চেক্কী য়ু কযামরুম লৈবা উরম্মী। কলকতা সহর য়ৌশিল্লক্লবদা, লম্বী চৎপা মীশিং অদু য়ামনখিবনা অমসুং বস ট্রক্রচিংবা গাড়ীশিংনা খুরক হাংদনা চেনবা মবম্লা, ঐখোয়না তোংলিবা টেক্সি অদু মবক মবক্তা কুইনা খামদুনা লৈরম্মী। আব, জি, কাব মেডিকেল কোলেজ য়ৌবা মতমদা নুংথিলগী পুং মবি তারে। টেক্সিদগী ঐগী পোৎচৈশিং অদু লৌথোক্লগা মাগী হোষ্টেলগী কাদা চৎলম্মী।

ইবোয়াইমা অঙাং ওইরিঙৈদগী তিন্নরকপা ঐগী মরুপনি। মহাক খোংমন্দগীনি। মী পীক্তক তৌই। লাইবিক লাইশুদা থৱায য়াম্লা য়াওই। ঐগী ক্লাস অমত্তদা স্কুল তম্মীন্নবকপনি। ঐনা খা ভাবতকী মনিপালদা অদুগা মানা কলকতাগী আর, জি, কাব মেডিকেল কোলেদা এমবীবীএস তম্বা হৌমিন্নখিবনি। ইবান্নি চিঠি হেক হেক থানদুনা পাও ফাউনৈ। নোংচুপ বেঙ্গোলদা অন্দলোন য়াম্লা কনবা মবমনা মখোয়গী কোলেজ মতম শাংনা থীংদুনা লৈখি। অদুনা মবম ওইদুনা চহী অনি মাঙখিবা মবম্লা মহাক এমবীবীসএ লোগদবা চহী অনি ৱাৎলি। ঐদি অমরোমদা লাইবক ফরবনি। এনবীবীএস লোইদুনা এম এস তম্বা লাক্লিবনি।

বাডরুমদা চঙদুনা মিৎ- মায় তাথোকপা লোইরবা মতুংদা ইবান্নি ফম্মিন্নরম্মী। ঐনা হংলম্মী,

- "করি করম তৌরে, ভাই? ঐনা থাখিবা টিলিগ্রাম শোয়দনা ফংলমলগনি।"

- "(ইবোয়াইমনা হরাউনা) ভাই, ঐনা লোইনা শিনবা লোইরে। নংনা পামজরিবা এমএসকেএম হোসপিতালদা সরজরিদা পিজি ফংলবনি। থা- খুদিংগী লুপা চামরি চামরিসু ফংগনি য়ুমদা পৈশা তান্দ্রবসু য়ারগনি। ঐনা স্বর মপী

হোন্দোক্লগা ইবোয়াইমদা হায়রম্মী,

- "য়াম্না নুংঙাইরে ভাই, হয়েংদগী হৌবা য়ারব্রা?"

- "অস, নংগী ঙাইঙমদবীসি তোকত্রিনে। হয়েং অসি প্রোফেসার সুবীর সেনগুপ্তা উন্নগনি। মথংদা ডিরেক্টর অমুক উন্নগদবনি। প্রোফেসার সেনগুপ্তা ঐগা হান্না উন্নদুনা ৱারী শান্নরবনি।"

- "ফরে ভাই, হয়েংনা হয়েংগী থবক, ঙসি নুমিদাংৱাইরমসি শ্যামমবজারদা ঙাইহাক কোইথোকলুসিরা?"

- "কোযবুদি কোয়কসি, নহাক ৱাদ্রা, পোত্থানিংদ্র?"

- "অস ভাই, এরোপ্লেন তোংলগা লাকপবু করিগী ৱাগদৌরিবনো।"

ইবোয়াইমনা য়াম্না খঙনিংনা হংলকলম্মী,

- "ঙাইখো ভাই, শ্যামবজারদা চৎত্রিঙৈসিদা ঐ নঙোন্দা ৱা অমা হংগে। নংনা চিঠি ইরকপদা হেক হেক পনবা নুপী মচাদুদি কমদৌবে। হন্দক উন্নবক্ত্রা। মহাক্কী মমিংদুবু......উম..... থাগোই। থাগোই কমদৌখ্রে ভাই? তাশিদনা অমুক্তা তম্মু নংগী থাগোইগী ৱাবীদো।"

ইবোয়াইমগী ৱাহংদু তাবদা ঐ ঙাইহাক তুমিন্না লৈরম্মী। ৱা ঙাওথোকপা ইঙম ঙল্লমদে। ঐগী মতৌদু উবদা ইবোযাইমনা হায়বক্লম্মী,

- "করি তৌরবগে ভাই, তুমিন্না লৈবিবা অদুবু?"

- "(য়াম্না নুংঙাইতনা খোন শোম্থননা) মদুগী ৱাদু অমুক হংলকঅনু ভাই, ঐ খুমনীংদ্রেদা....।

- "করি ৱানোনে হায়রিসিবো, ঐঙোন্দদি হায়বা য়াইদনা.....।"

- (পেরি পেরি তৌনা) মহাক ঐঙোন্দগী লাপথোকখ্রে, মাগা ঐগা উন্নরক্কে।

- "নংগীশি ঐঙোন্দা ৱা লোৎপা মাল্লি। ফরে ফরে ওইজরসনু। হয়েং মতাং চারগা ৱারী অমুক শাশি।"

ঐ ৱা ঙাংলমদে। মায় অসি ঙাইহাক লুকথরম্মী। মিৎতগী পি খঙহৌদনা তাখিরম্মী। হৌখ্রবা পুক্নিগী ৱারীবু নিংশিংলগা নিঙঙমদবনা পীক থল্লম্মী। ইবোয়াইমগী মনাক্তা ফম্না ফম্না হকচাং পুম্নমক নিকপগুম তৌরম্মী। থম্মোয়গী মৈচাক অমুক নৌহৌননা চাকপা হৌরম্মী।

ইবোয়াইমনা ঐগী ইতৌদু উরগা থেমজিন থেমজিন হায়রক্লম্মী,

-"ভাই, নং য়াম্না নিঙবা কায়বা মাল্লি। নুপানবু থম্মোয় অদুক য়াম্না শোনবা হৌনব্রা? কান্নদে কোয়থোক্লুরসি লায়ও।"

বাডরুমদা চঙদুনা মায়মিৎ অমুক হন্না তাথোক্লগা ইবোয়াইমগা ইবান্নি, অরাংথংবা কলকতাগী, বৃটিশনা শাবম্বা চেক্কী য়ুম কযা লৈবা, মীনা চীক্লা চাযনা ঙমদনা তিনবা, শ্যামবজারদা কোযবা চৎলম্মী।

# (৬) এসএসকেএম হোসপিতাল

নোং ঙাল্লে। ইবোয়াইমা ইবান্নি ঈরু মায়থজবা লোইদুনা ফিরোল শেৎচিল্লে। আর.জি. কার মেডিকেল কোলেজগী কান্টিনদা ব্রেক ফাষ্ট চারম্মী।

অয়ুক্কী পুং মাপনলোম তাবে। ঐখোয় অনি এসএসকেএম হেসপিতাল তম্না চৎলম্মী। ইসপ্লানেড ফাওবা ট্রাম তোংলম্মী। ইসপ্লানেডতগী বস ফাবগা লৱার সাবকুলব বোড ফাওবা লাক্লম্মী।

এসএসকেএম হোসপিতাল য়ৌবে। অয়ুক্কী পুং তবা খবা হেল্লে। প্রোফেসাব সুবীব সেনগুপ্তা ৱাডতা বাউন্দ চৎলি, অনাবা য়েংলি হাযবা পাউ ফংলম্মী। মহাক্কী বাউন্দ লোয়বা ঙাইদুনা ইবোযাইমা ইবান্নি, হোসপিতালগী মমাংদা হৌবা, অচৌবা নীম পাম্বী অমগী মখোঙদা লেপ্পুনা লৈবম্মী।

ইবোযাইমনা লেপ্লা লেপ্লা ৱাবী লীরি। এমএসকেএম হোসপিতাল হাযবসি সেট সুখলাল করনানি সেমোরিযেল হোসপিতাল হাযবনি। পিজি হোসপিতাল হাযনসু খঙনৈ। পোষ্ট গ্রেজুযেৎ অমসুং বিছার্চ তৌফম হোসপিতালনি। বেঙ্গালগী অচৌ অশাংশিংগী লাইযেংফমনি। অদুবু লাযববা মীশিংসু মশিং খংদনা লাযয়েংবা লাকই। মানা হাযবিবা অদু তানা তানা, নীম মখোঙদুদা, অচৎ- অওক তৌবিবা মীশিং অদু যেংদুনা মতম লেল্লি। ডাক্তবগী অঙৌবা কোট লিৎপা নুপা- নুপী, নর্সকী ফিজোল শেৎপা নর্স কযা, মশা নানবা অৱাংবা - অনেম্বা, অমোৎপা মী কযা ঐখোযগী ইমাঙদা ঙাইহাক লৈতনা চখোক - চৎশিন তৌবি।

ঙাইহাক পুঙ্গোই লেপ্পুনা হোসপিতালগী দৃশ্যশিং অদু যেংদুনা লৈবিঙৈদা প্রোফেসাব সেনগুপ্তা ৱার্ডকী অনাবা য়েংবা লৌইবদুনা মাগী কাদা চৎখিবা অদু ইবোয়াইমনা ঐঙোন্দা তাক্লম্মী। ঐখোয অনিশু মাগী মতুং ইন্নদুনা পবপ পবপ চৎলম্মী।

প্রোফেসার মাগী কাদা চংখ্রে।

ঐখোযনি মপান্দা লেপ্পুনা ঙাইহাক ঙাইবম্মী। ইবোযাইমনা থোঙ অদু হাংদোক্লগা অমুক্তা চংজরক্কে, সাব হাযদুনা অয়াবা লৌবগা ঐখোয় অনি চংলম্মী। প্রোফেসাব সেনগুপ্তনা ঐখোয় অনিবু তরাম্না ওক্লম্মী। মহাক্কী টেবলগী মমাংদা থাবিবা চৌকিশিং অদুদা ফম্নবা হায়রম্মী। ইবোযাইমা ইবান্নি চৌকি অমমমদা ফম্লম্মী, প্রোফেসাবগা মায়ওক্লনা।

প্রোফেসার সুবীর সেনগুপ্তা মীওই মিতৌ ৱাং চাউই। মনাতোন তুস্মী। নাতোন শুমাঙদা কোই মতেক অমা খাকই। হেক য়েংবদা কিতক চায়। সারজন অমা ওইবগী মগুন চপ চানা চেল্লি।

ইবোয়াইমাদা প্রোফেসারগা বেঙ্গোলী লোলদা ৱারী শান্নবা হৌরম্মী। ইবোয়াইমদি কলকতাদা চহী মঙারোম লৈরবনিনা বেঙ্গোলী লোল ফজনা খঙবা জাৎনি। তশেংবমকসু বেঙ্গোলিশিং মখোযগী লোলদা ৱারী শানবা অসি য়াম্না পামজবা জাৎনি হায়বসি নুমিৎ অদুদগী খঙবা হৌখি। ইবোযাইমগা ৱারী ঙাইহাক শান্নরবা মতুংদা, প্রোফেসারনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্তুনা ঐগী মিং অমসুং করম্বা কোলেজদগী এমবীবীএস পাস তৌরকপনো হায়দুনা ঈংলিসনা হংলম্মী। ঐনা ঐগী মিং তাক্লম্মী অমসুং খা- ভারতকী মনিপালদগী পাস তৌরকপনি হায়না খুম্লম্মী। মনিপাল পনবদা প্রোফেসার য়াম্না হরাউনা উই। করি মরমগীনো হাযবদি খঙদে। প্রোফেসাবনা ঐঙোন্দা অমুক হায়রক্লম্মী।

- "ঐবোযাইমনা মহাক্কী মরমদা হান্না লোইনা তমদুনা ঐ খঙলে। ডিবেক্টবগসু ৱারী শাখ্রবনি। অদুবু অমুক্তং উন্নবদি দবকার ওই। হযেং অদুম জোইন তৌবা যারনি।"

ঐ হবাউবগী ঙমখৈ লৈবমদদে। প্রোফেসাবনা থাগৎ ৱাহৈ ফোংদোক্লম্লগা ইবোযাইমা ইবান্নি মপান থোবক্লম্মী।

ইবোযাইমনা চৎনা চৎনা ৱাবী লীবি।

- "প্রোফেসাব সুবীব সেনগুপ্তা ঐখোয়গী কোলেজ আব.জি. কারদা এসোসিযেৎ প্রোফেসার ওইনা পুরম্মী। মতমদুদা মহাক্না ঐবু য়াম্না লুনা তৌখি। মহাক্না প্রোফেসাব হেক কাবগা এমএসকেএম হোসপিতালদা হোংখ্রে। মবক মবক্তা মহাক্না ঐবু মাগী মনাক্তা কৌবকই। প্রোফেসারনবু য়ারবদি নহাক পিজি অদুম ফংলবনি হাযনা লৌবা য়ারে। অদুগা ভাই, লাইরিক হৈবা ঙাক্তনসু চৎনদে। বেঙ্গালীগী হৌনবী মখোয়গী মবোল ঙাংবা হৈবা তাই। লোযননা তোয়না ওঝাগী মখোঙ শোক্তা খুরুম্বা অসিমদি কাউরোইদবনি।"

ৱাবি শানা শানা লাকমিন্নবনা হোসপিতালগী ওফিস য়ৌরম্মী। ওফিসতা চঙদুনা হৌনবী চে- চাং লৌরগা ইবোয়াইমা ইবান্নি মেনশিনমিন্নরবা মতুংদা ঐনা শোই তৌরম্মী। মহাক্না ঐবু ওফিসতা অদুম ফমদুনা লৈরম্মু ঐ থবক লোইশিল্লুখিগে হায়রম্লগা চৎখিরম্মী। ওফিসকী মচী অমদা ফমদুনা ইবোয়াইমা হল্লকপা ঙাইবি।

ওফিস অদুদা থবক শুরিবা মীশিংদু বেঙ্গোলি ঙাক্তনি। মখোয়গী মরোলদা ৱারী পংশাদা শাই। ঐদি খারা খবা খঙবসু য়াওই, অয়াম্বনদি খংদে। ইতোমতা খঞ্জরম্মী, "মতম খরা লৈববদি বেঙ্গোলি লোল ইবাই লাইনা ঙাংবা ঙমগনি।"

খঙহৌদে ইবোয়াইমা তন্না অমুক হল্লকলম্মী। ঐনা শোই তৌখিবা চে অদুদা প্রোফেসার সুবীব সেনগুপ্তা অমসুং ডিরেক্টবগী শোই লৌরক্লম্মী। ওফিসকী কাগী মমায়দা ফল্লিবা হেড ক্লার্কতু ঙসাইমখৈদি ঐঙোন্দা ৱা ঙাংলমদবনি। চে অদু উবদা মহাক্না হায়রক্লম্মী,

- "অদোম মনিপুরদগী লাকপা ডাক্তববা? চে- চাং লোযনা লোইরে, হয়েংদগী থবক হৌবা যারনি। ঐ ওবডর অনিখক্তা নমথোকহল্লগা মেডিকেল সুপরইন্টেন্দেন্টকী শোই লৌখিগে, ঙাইহাক্তা ঙাইবীযু।

ইবোয়াইমা ইবান্নি ৱারী ৱাতাই শাদুনা লৈবি। ঙাইহাক লৈবগা হেডক্লার্কনা হোসপিতালদা জোইন তৌনবা চে অমা অমসুং ডাক্তবশিংগী ক্বারটবদা লৈনবা চে অমগা ঐঙোন্দা শিন্নবম্মী। হেডক্লার্ক অদুগী মমিং জোতিন বাবু কৌই হায়বসি ইবোযাইমনা ঐঙোন্দা হাযবম্মী। জোতিন বাবুদা থাগৎ ৱাহৈ ফোংদোক্লন্নগা ইবোযাইমা ইবান্নি হৌগৎলক্লম্মী। জোতিন বাবুনা নোক্না নোক্না হায়হৌরি,

- "ডাক্তর মোসাই, কলকতাদা লাক্লবনিনা বেঙ্গোলী হৈতবা য়াদেকো। মথৎ উন্নবদদি বেঙ্গোলীদা ৱাবী শাশি।"

জোতিন বাবু ঙাংনা ঙাংনা লৈহৌবে। অমুক হন্না চৎলগে হাযবম্নগা আর জি কার মেডিকেল তম্না লাক্লম্মী।

হেক য়ৌবগা চাক ঈশিং চাথোক্লগা তন্না অমুক ঐগী পোৎচৈ অদু পুরগা এসএসকেএম হোসপিতালগী ডাক্তবশিংগী ক্বারটবদা লাক্লম্মী। মফম অদুদা লৈরম্বা ডাক্তবশিংগা শকখঙ মায়খঙনবম্মী। ঐগী কাদা পোৎচৈশিং অদু থাংজিল্লম্মী। উরিষ্যাগী ডাক্তর অমনা ঐগী মতেং পাংবীবম্মী। ইবোয়াইমা ঐখোয় অহুম ফমদুনা ৱাবী ঙাইহাক শাবি।

নুমিদাংৱাইবম য়ৌশিল্লক্লে। ইবোযাইমা মাগী কোলেজদা হনখ্রে। ঐনা ডাক্তরশিংগী ক্বারটরদা অনৌবা মরুপ- মপাংশিংগা লৈহৌরে।

নোং ঙাল্লে।

ঙসিদি হোসপিতাল কাবা অহানবা নুমিৎনি অয়ুক্কী পুং ৯ নংনবা থৌরাং তৌবা লোইশিল্লে। অনৌবা লাকপা বেঙ্গোলি ডাক্তর খরা অমসুং উরিষ্যাগী ডাক্তর

ঐগী অহানবা থেংনখিবা মরুপ ঐখোয় ময়াম পুন্না চংমি রম্মী।

মহৌশানা ঐদি ডাক্তর অমগী ফিজোল ফজনা শেৎপা পামজবা মীনি। অঙৌবা খোংগ্রাউ, অঙৌবা ফুরিৎ, অঙৌবা এপ্রোন, অমুবা তাই অমসুং অমুবা খোংউপ ।

- মালেমগী ওইবা ডাক্তরশিংগী ফিজোলনি। তাইমক পুন্দ্রবসু, ঐগী হান্না লৈজবা অঙৌবা ফিশিং অদু শেৎলম্মী। বেঙ্গোলিশিংদি মদোমদা কয়া থব্রায় য়াওবা উরমদে। অরৈবা মচু মচুগী ফুরিৎ খোঙগ্রাউ হেক্তা শেৎচিল্লি। অদুম ওইনমক অঙৌবা এপ্রোন্দি লোইনা লিৎনরম্মী।

পুং ৯ তাফাৎত্রিঙৈদা ঐখোয হোসপিতালগী ৱার্ড য়ৌবম্মী। মথং মথং হংলগা মাগী মাগী ৱার্ডতা চঙনখ্রে। উবিষ্যাগী ডাক্তর, মাগী মমিং গোপাল বেহরা, ইবান্নি প্রোফেসার সুবীর সেনগুপ্তগী সরজরি ৱার্ডতা চঙমিন্নরম্মী। ডাক্তর গোপাল বেহরা ঐঙোন্দগী থা অমবোম হান্না প্রোফেসারগী মখাদা জোইন তৌদুনা থবক হৌরমলে।

সবজরি ৱার্ড অদু যাম্না চাউই। অনাবা য়াংখৈমুক্কী ফমুং লৈরম্মী। অহাঙবা ফমুং অমত্তা লৈতে। অনাবনা পীক থন্না লৈ। ইহান হানবদা নর্সশিংগী দিউটি তৌফম কাদা চংলম্মী। ঐবু হেক উবদা মাগী মাগী মথৌ তৌদুনা লৈবিবা নর্স মঙা অদুনা ঐবু তরাম্না ওক্লম্মী। মখোয় মঙা অদুগী মরক্তা খরা অহল ওইবা অদুনা নর্স মকোকনি হায়বা খঙলম্মী। হন্না যেংলুবদা ডাক্তর গোপাল বেহবা লৈবমদরে। মহাক ৱার্ডলোমদা চঙলমলগনি হায়না খল্লম্মী।

নর্স মকোক অদু মীওই মিতৌ ৱাং চাউই। কুচুদি খরা মুই। চহী ৩৫ রোম শুরমগদবা মাল্লি। মহাক্না নোকমি নোকমি তৌনা বেঙ্গোলী লোলদা করি করিনো খবা হায়বক্লম্মী। ঐনা ঐ বেঙ্গোলী লোল ফজনা খঙদ্রি, ইংলিসতা হাইযু হায়বদগী, মানা ঐবু মুন্না য়েংলগা নোক্লম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী,

- "ও অদোম বেঙ্গোলী মাল্লুরে। ঐদি বেঙ্গোলী ডাক্তর ওইরবোই নিঙদুনা পঙাঙদা ঙাজলুরে। ৱারৌবীবা য়াদে। ঙসি অহানবা যাওবীরবা? অদোমগী মিংনা করি অদুগা করি লমদগী ওইরবনো?"

মহাক্না ঙাঙলিবা অদু মপুং ফাবাৎতবা অর্থদি থোকপা ঈংলিস মতেক মতেকনি। ঐনা ঐগী মিং হায়রম্মী অমসুং ঐহাক মনিপুরদগীনি হায়বা খঙহলম্মী। অদুগা মহাক্কী মমিং হংলম্মী। মহাক্না মহাক্কী মমিং কলপনা দাস কৌই, ৱার্ডকী

ইনচার্জনি হায়না খুম্নক্লম্মী। ইবান্নি শকখঙনরবা মতুংদা মানা অমুক মখা তানা হায়রক্লম্মী,

- "মনিপুরগী মরমদা ব্রাবী য়াম্না তারে, য়াম্না ফজরমগদবা লম মাল্লি।"

- "ফজৈ ফজদে হায়বদুদি উবা খঙগনি। মনিপুরদি অয়াম্বা চীঙ ঙাক্তগী লমনি। ময়ায়দা তম্পাক্কী লম লৈ। কলকতা সহরগুম্না য়াম্না পাক চাউবা, কোল- কারখানা লৈবা লমদি নত্তে। মহৌশাগী ফজবনা লৈতেংদুনা লৈবা লমনি।"

- "(থব্রায় য়াম্না য়াওনা) য়াম্না চৎনিংইবো, যেংনিংইবো ডাক্তর বাবুগী লমদো........।"

- "ফরে, মদুগী ব্রাদু থমখিশি। প্রোফেসাব পুং কযাদা লাক্কনি? অতোপ্পা ডাক্তবশিংদি লাক্লব্রা?"

- "প্রোফেসারদি খবা থেংলপ লাক্কনি। অতৈ ডাক্তবশিং খবদি ব্রার্ডতা চঙখ্রে। ব্রার্ড মনুংদা চঙলসি লাকপীবো। মখোয় ময়ামগসু শকখঙ মায়খঙনবীরো।"

সিষ্টর কলপনাগী মতুং ইন্দুনা ঐ ব্রার্ড মনুংদা চঙলম্মী। অতোপ্পা ইমান্নবা ডাক্তরশিং অদুগা শকখঙ মাযখঙনবম্মী। ডাক্তব গোপাল বেহবাসু ব্রার্ড মনুংদা লৈরম্লে। অদুদগী মথং মথং অনাবশিং অদুগী চে- চাং, এক্সবেনচিংবশিং অদু যেংদুনা মতম খবা লেলম্মী। মবক মবক্তা অনাবশিং অদুগা ব্রাবী শানবা হোৎনবম্মী। মখোয় অযাম্বনা বেঙ্গোলীদা ঙাংলকপনিনা ব্রা ফাওনবদা অব্রাবা অমা ওইরম্মী। অনাবা মী খবদি ঈংলিস অমসুং হীন্দী ফজনা খঙবসু যাওবর্ম্মা। বেঙ্গোলী লোল অসি হৈতবা যাদবনি, য়াম্না থুনা তমগে হাযদুনা চপ যুংনা নিংলম্মী।

প্রোফেসার সুবীব সেনগুপ্ত চঙলক্লে। ঐখোয ডাক্তব ময়ামসু মাগী মনাক্তা চংশিলম্মী। নর্সশিমসু লোইনা লাক্লম্মী। অনাবশিং অদু মথং মথং য়েংবা হৌরম্মী। জেনেরেল ব্রার্ডকী অনাবশিং য়েংবা লোইববা মতুংদা, ওপরেসন তৌখ্রবা অনাবশিংগী লৈফম কাদা অমুক চৎতুনা যেংলম্মী। অরোইবদা অচৌ - অশাংশিংগী অনাবা য়েংফম কাশিংদা অমুক চঙলম্মী। অচৌ- অশাংশিংগী অনাবা লৈফম কা- কা খায়দোক্তুনা লৈরম্মী। কাশিংদু অঙকপা ফংনা ফজৈ অমসুং নাল্লি।

অনাবা য়েংবা লোইববা মতুংদা প্রোফেসার চংখ্রে। নুমিৎ যুংবা মতুংগী পুং অমা খরা হেল্লে। ঐখোযগী ইউনিটকী ডাক্তরশিং অমসুং নর্সশিং অদু প্রোফেসারনা শিন্নরম্বা মাগী মাগী মথৌ তৌবা হৌনখ্রে। ঐসু ঐগী অনাবশিংগী ঈ, যুং, এক্সরেনচিংবা য়েংগদবশিং অদু লেবোরেটোরিদা থাননবা সিষ্টর কলপনাদা

শিন্নরম্নগা ডাক্তরশিংগী কাটরদা লাক্লম্মী। অয়ুক্কী চাক - ঈশিং চাথোক্লগা ঙাইহাক পোথারম্মী।

চয়োল অমগী মতুংদনি।

ঐগী নুমিদাংগী দিউটি থোক্লম্মী। নুমিদাংগী চাক ঈশিং ঙন্তানা চাথোক্লগা হোসপিতালদা লাক্লম্মী। ডাক্তবগী দিউটি তৌফম কাদা ঙাইহাক ফম্নগা ৱাখল তৌদুনা লৈরুরি। ঐগী নুংশিবী থাগোইবু মথং মথং অমুক নিংশিংলক্লম্মী। তৌখিবা পুন্সিগী নুংশি ৱারীশিং অদু নিংশিংলুবগা থম্মোযদা অৱাবা ফাওবম্মী। অসুম ফমদুনা লৈবদি ঐ ঙাওরকপা তারে খন্দুনা অনাবা য়েংফম কাদা চঙদুনা কোয়চৎ চৎতুনা অনাবশিং অদু য়েংলুবগা নর্সকী কাদা চঙলক্লম্মী।

নর্স অহুম ফমদুনা লৈরম্মী। ঐনা চঙখিবা অদুদা মখোয় অহুম ফুক ফুক হৌগৎলম্মী। মখোয় অহুমগী মরক্তগী মকোক ওইরিবী নর্স অদুগা ঐগী মিং চানকরি। ঐ ৱা অমত্তা ঙাঙদবা মখে তুমিন্না মাবু য়েংদুনা লেপ্তুনা লৈবি। মাসু ঐবু মুন্না যেংদুনা লৈবি। মুন্না অসুম যেংশিল্লুবদা মাগী মাযথোঙ অদু থাগোই ওঙ্খোবকলম্মী। মাগী মমিৎতগী পি ... চদুম চদুম তাবা উবক্লম্মী। অশুক কুইবসি নং কদায়দা লৈকুরে, ঐসু নর্স পাস তৌদুনা মফম অসিদা থবক তৌদুনা লৈবম্মীবা অসিনি হাযবগুম তৌরম্মী। বেঙ্গোলী মরোলনা কবি তৌবে, সার... তুমিন্না লেপ্তুনা লৈববদি, সোমদা চৌকি অসিদা অমুক্তা ফম্বীয়ু হাযরক্লম্মী। ঐ মিকপ থোক্লম্মী, থাগোই মাঙখিরম্মী, চৌকিদা ফম্নম্মী। মহাক ঐবু য়েংলগা অদুম লেপ্তুনা লৈবি। ঐনা মুন্না অমুক্তং য়েংখৎলগা মঙোন্দা হায়রম্মী "ফম্বীবো, করিগী লেপলিবনো অনাবশিংগী চে- চাং খরা য়েংমিন্নসি।" মহাক ঐগা মাযয়োক্লনা ফম্মীন্নবি। নর্স মচা অনিদু ইনজেক্সন ট্রে অমমম পায়রদুনা ৱার্ডতা চঙখ্রে।

ইবান্নিদা ঙায়হৌরে।

ঐ ৱা অমত্তা ঙাংদনা অনাবগী চে- চাংশিং অদু যেংলি। মহাক্লা অচিকপা অদু থুগাইদুনা ইংলিসনা হায়বক্লম্মী,

- "কয়াম কুইরে, জোইন তৌবীবা?"

- "চয়োল অমা ফারে, অনৌবনি। ঐ মনিপুবিনি, মনিপুরদগীনি। ঐগী মিং .......।"

- "মিংদো য়াম্না ফজেকো। অদো বেঙ্গোলিদি কয়াম হৈরে?"

- "অপ্পা, অপ্পা (খরা খরা....)। তম্বীনবা মী লৈত্রিবনিনা ঈহে হৈত্রি?"

- "(মানা থৱায় তানা নোক্লগা) অদুবুদি ঐ তাকচগে অদোম্মা মতম খরা কাইথোকপীবা তারেদনা।"

- "অওইবরনে, ঐ য়াম্মা থুনা হৈনিংলবনি"

- "অওইবনি....., ঙসিদগী হৌবগা থা মখায় অমা ঐগী নুমিদাংগী দিউটিনি। অদোমগী দিউতি তারবসু তাদ্রবসু নুমিদাং খুদিং হোসপিতালদা কোযথোকপীরকউ। হীন্দীসু হৈবীবমগনি। হীন্দী হৈরবদি বেঙ্গোলী লোল লায়না খঙবা ঙমগনি।

- "(ঐনা থৱায যাম্না যাওনা মঙোন্দা ওনশিল্লগা) ফবে অদুদি নংগী মিং কবি কৌই হায়বসি বেঙ্গোলীদা কবম হায়না হাযগনি?"

- অদুবুরা....."তোমার নাম কি।"

- "তুমহারা নাম কী।"

-"হুম ......., তোমাব নাম কি।"

- "তোমার নাম কি....... চুম্মেদনা?" অ........."

- "উম চুম্মে।"

- "অদুদি ঐ হংলগে, নং নংগী অশেংবা নমিংদো হাযরক্লো।"

- "ফনি হংবীবক্লো।"

- "তোমার নাম কি?"

- "(নোকমি নোকমি তৌবগা) সপনা বোই........, আমার নাম সপনা রোই (সপনা বোই, ঐগী মিং সপনা রোই কৌই)।"

ৱাহৈশিং অসি হায়বগা সপনা পঙনোক্তা নোক্লম্মী। অদুগা অমুকসু হায়রক্লম্মী,- "অঙকপা ডাক্তবনি দাদাসি (ইবুংসি).......।"

সপনাগী কুন্দো পবেং মানবা যাশিংদু উখিদবে। ঙাশং ঙাংবা চীম্বাল অদু উমশিনখরে। মহাক নোকপা তোকখ্রে। ঙৌবোক ঙৌবা কুচুদা অঙাংবা কাপ্লবা মায়পোং অদু ঐনা মবাল লৈববা মী অমগুম্না যেংদুনা লৈরি।

ঙাইহাক তুমিন লৈনববা মতুংদা ৱারী অমুক শাবা হৌরম্মী। মরক মরক্তা অনাবশিংগী নুংঙাইতবগী পাউ লাকপদা ৱার্ডতা ইবান্নি চৎমিন্নদুনা য়েংমিন্নে। দরকা ওইবা হীদাকশিং অদু ঐনা ইবম্মী। নর্স মচা অনি অদুনা হীদাকশিং অদু অনাবদা পীজরুই। অনৌবা অনাবা খরা খুদক্কী মিং চল্লক্লম্মী। মখোয়শিং অদু সপনা ইবান্নি চঙদুনা য়েংমিন্নে। করিগুম্বা খুদক্কী ওইবা ওপরেসন দরকার ওইরবদি প্রোফেসারদা

পাউ পীবা তাবনি। নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদুদি থোইদোকপা য়াজওরমদে।

নোংয়াই মতুং পুং ১ রোম তারে। নুপী মচা নর্স অনিদু উখিদরে। ঐনা সপনাদা হংলম্মী,

- "মখোয় নুপী মচা অনিদুদি?"

- "মখোয় অনি ঐখোয়গী দিউটি কাদা তুল্লমলগনি।"

- "নহাক্তি তুল্লরোইদ্রা, তুমনিংদ্রা.....?"

- "তুম্লিংদে, তুম্লিংলবসু দিউটি থাদোক্লগা করম্মা তুমগনি। অদোম তুম্লিংলব্রা? পোত্থাবীরুরবসু য়াই। করিগুম্বা ইমারজেন্সি লাক্লবসু ঐ হৌদোকচরক্কে।

- "হুম তুম্লিংদেদা। ঐসু দিউটি তৌরিঙৈদা তুম্বা হৈনদেদা। ৱারী ৱাতাই শাদুনা অদুম মতম লেনসি। নোংঙানখিবসু খঙহৌরোই।

সপনা মহাক্কী মথৌদা পুক্লিং য়াম্না চঙবা মীনি। নুমিদাংগী রিপোর্ট ময়াম অমা ইবি। ঐসু অনাবগী চে-চাং ময়াম অদু য়েংলি। হযেং প্রোফেসারনা হোসপিতালদা বাউন্দ লাকপা মতমদা অনাবশিংগী মরমদা ঐনা লোইনা হায়গদবনি। অসুম্না অহীং অদু হৌখিবা খঙহৌদে।

নোংঙাল্লে। দিউটি লোইরদুনা ক্বাটরদা হল্লক্লম্মী।

ক্বাবটর হেক য়ৌবগা হকচাং শেংদোক্লগা অয়ুক্কী ব্রেক ফাষ্ট চাবা লোইরে। লাইবিক খবা হাংদোক্লগা ঙরাংগী অনাবশিংগী লায়নাশিংগী মবমদা খরা য়েংশিল্লম্মী। খঙহৌদে অয়ুক্কী পুং ৯ তাখিবা। ফিবোল শেৎচিল্লগা, খুৎলাই পাইশিল্লগা হোসপিতাল তান্না অমুক লাক্লম্মী। ইমান্নবা ডাক্তবশিংশু লাক্লুনা লৈরম্লে।

সিষ্টব কলপনা অয়ুক্কী দিউটি তৌরমলি। প্রোফেসার মতম চানা য়ৌরক্লে। বাউন্দ চৎনা চৎনা ঙরাং মিং চনখিবা অনাবশিং অদুগী মরমদা ঐঙোন্দা লোয়না প্রোফেসারনা হংলম্মী। চুম্না অনাবগী মরমদা হংবতা নত্তনা অতোপ্পা ৱাহং কয়ামকমসু হংলম্মী। অমাবশিং অদুগী লাইওং অমসুং হীদাক থাবগী মরমদা নত্তনা ওপরেসনগী মরমদসু খুন্নম্মী। প্রোফেসার সুবীর সেনগুপতনা ঐঙোন্দা চৈরক্কদ্রা খল্লম্বনি অদুবু মহাক্না হংলিবা ৱাহং খুদিংমক ঐনা চুম্না খুম্বা অদুদা মহাক য়াম্না হবাউরম্মী অমসুং ঐবু য়াম্না থাগৎলম্মী।

হয়েং ঐখোয়গী ওপরেসন নুমিৎনি। ওপরেসন তৌগদবা অনাবশিং অদুগী মমিং পরেং অমা শেম্নবা থৌরাং তৌনবা অমসুং লেবোরেটোরিগী চাংয়েং খুদিংমক লোইশিন্নবা ঐখোয়দা পাউতাক পীরম্মী। হোসপিতালগী রাউন্দ লোয়রদুনা

প্রোফেসাব মাগী কাদা চঙখ্রে।

ঐখোয় ডাক্তব মযাম চঙদুনা ওপরেসন তৌগদবা অনাবশিংগী মমিং মথা, ওপরেসনগী মওং লাইওংনচিংবা যাওবা চেশিং অদু শেন্না লোইশিল্লগা সিষ্টর কল্পনাদা পীশিল্লম্মী। ডাক্তব অযাম্বা ক্বাটবদা চৎনখ্রে। ঐদি সিষ্টর কলপনাগী মতুং ইন্দুনা মখোয়গী কাদা চঙলম্মী। মহাক্না ঐখোয়না পীশিনখিবশিং পবেং অদুগী মতুং ইন্না থবক খুদিংমক শিন্দোক্লি। ঐসু চৌকি অমদা ফল্লগা মানা তৌবিবা থবকশিং অদু যেংলি। থবক লোইববা মতুংদা সিষ্টব কলপনানা ঐঙোন্দা হাযবক্লম্মী,

- "হযেংগী থবক্তি লোইবে। অৱাৎপা কবি লৈবিবগে অমুক যেংবীযুদনা।"

ঐ চে-চাংশিং অদু যেংলম্মী। থোইদোকপা অৱাৎপা লৈত্রে হাযদুনা সিষ্টব কলপনাদা খঙহলম্মী। থবক লোইশিল্লক্লবা অদুদা হকচাংদা নুংঙাইবা অমা ফাওবম্মী। ঐদি চৎলগে হাযনা খল্লম্বনি অদুবু সিষ্টব কলপনানা ৱাবী শাবা

- "ঙবাং নুমিদাং দিউটি কমদৌবা?"

- "যাম্না নুংঙাই, থবক অদুম চিল্লি।"

সিষ্টব কলপনাসি ফাগী জোগাই যাম্না তৌগনবা জাৎনি। মানা নোকমি নোকমি তৌবদুনা অমুক্না হংলক্লম্মী,

- লৈশাবী মশক ফজবী অমা থেংনদ্রনে, বেঙ্গোলী লৈশাবীদি মশক ফজববদি যাম্না ফজবনি,

- উম থেংনৈ, মশক যাম্না ফজে। মশক ফজবতা নত্তে থবকসু যাম্না ফৈ।

- "অদুদবনে, ৱাবী শাবসু নুংঙাইত্রনে, মহাক্কী মমিং সপনা বোই কৌবনি। অহানবা উনবা নুমিদাংদুদা মমিং ফাওবা হংলকত্রবা জাৎলা,"

- "হুম হংইদা, ঐসু খঙলে, মাগী মমিং সপনা কৌই হাযবা।"

ইতোমতা খঞ্জবম্মী, কলপনাসি অহল খবদি ওইবে হায়ববু ইবাং খরদি পুবা জাৎনি। অমবোমদা ঐবু নুংশিদুনা, লক্লনিংদুনা ফাগী জোগাই পংতৌ তৌবম্বসু যাই। ঐনা ঙাইহাক তুমিন লৈবা অদুদা মহাক্না অমুক হায়রক্লম্মী,

- "কৈদৌরে, তুমিন লৈরবদি?"

- "কৈসু তৌদেদা, সপনাদু ঙরাংতা খঙনবদা মঙাযরি। বেঙ্গোলীসু তশ্বীনি হায়.....।"

- "অস ঙরাংতা খঙনবতা হৌরগা বেঙ্গোলী তম্বীবা ফাওবা য়ৌনখ্রবা। য়াম্না ফৈনা অদুদি, ওঝা মশক ফজবী অমা ফংলবনিনা নুংঙাইজরমগনি মী মচাদি।"

- "করি হায়বা.....?"

কলপনা দাস করিমত্তা খুন্নক্তরে। ঙাইহাক তুমিন্না ফমলিঙৈদা, প্রোফেসারনা ঐবু মাগী কাদা লাকউ হাযদুনা মী অমা থারক্লম্মী। থীন্থবা তৌদনা ঐ প্রোফেসাবগী মনাক্তা চংলম্মী। কলপনা ইঙক ঙক্লা ঐবু যেংদুনা লৈহৌরে।

ঐনা প্রোফেসাবগী কাদা চঙখিবদা মহাক্লা ঐবু ঙাইদুনা লৈরমলে। ফম্ননবা যাথং ফংবদগী ফম্লম্মী। মহাক্লা নমথোক্লবা চে অমা ঐঙোন্দা পীবম্মী। ঐখোয়না ঙসাই শেমখিবা হযেং ওপবেসন তৌগদবা অনাবগী মমিং অমসুং ওপবেসন মখলশিং অদুনি। প্রোফেসাবনা হাযরক্লম্মী, - ঐ নংবু ঙাইদুনা লৈরমলিবনি। হয়েং তৌগদবা ওপরেসনগী মখলশিং অদু য়েংউ। নংনা অয়াম্বা এসিষ্ট তৌগদবনি।

- সার গেষ্ট্রেকতোমি, হবনিওবাফি....

- ফরে, থব্বায য়াওনা হোৎনৌ। ঙরাং নুমিদাং নথৌ তৌবনিনা ব্রাবল্লগনি, পোথাজরুবো।

- ফনি সাব।

- অদুগা মোসাই, নং খবা ঙন্না হোসপিতাল কারগা ব্বার্ডকী বাউন্দ চংথোক্লম্মু। পুং ১০দা ওপবেসন ঠিযেটবদা যৌবকউ।

- ফনি সাব, ঐ চৎচবে।

- ও কেঃ ও কেঃ

প্রোফেসাবগী মনাক্তগী থোবক্লগা ডাক্তবগী ক্বারতব তম্না লাক্লম্মী। চৎনা চৎনা খল্লম্মী - "কবিনো প্রোফেসার সেনগুপ্তনা ঐঙোন্দা অসুক য়াম্না ইথৌ পীশিল্লিবা অসিবো। অমবোমদা ঐগীদি লাইবক ফবনি।

ডাক্তরশিংগী ক্বাবটব য়ৌবে। ফিরোল হোংদোক্লগা খুৎ শা শেংনা হামদোক্লে। অযুক্কী চাকলেন চারবা মতুংদা ফমুংদা ঙাইহাক তুমথোকলুরে।

হৌগৎলকপদা নুমিদাংব্রাইবম ওইবমলে। ঈরুজফম কাদা চঙদুনা শেংনা ঈরুজথোক্লে। চা গ্লাস অশাবা অমা থকচিল্লগা ফিরোল শেৎচিল্লম্মী। হোসপিতালদা তন্না অমক চৎলম্মী। হয়েং ওপরেসন তৌগদবা অনাবশিং অদুগী ঈ য়েংবগী ফল, ঈ দরকার ওইবা ওইদবা, বিঃপিঃ, থম্মোয়গী ফিভম, এক্সরেনচিংবা লোইনা য়েংশিল্লি।

হয়েং চাকখাউগী ওপরেসন তৌগদবা অনাবা অমগী ব্লড প্রেসর কন্না য়েংলি। অনাবা অদুনা মখুৎ লোন্নরদুনা করিগুম্বা খরা ঐঙোন্দা হায়রক্লম্মী। মহাক্না হায়রিবা অদু বেঙ্গোলিদা হায়বা মরম্না ঐ ভাব তাবা ঙম্লমদে। মরক অদুদা ঐগী তুংদগী ভালো হোবে (ফগনি)" হায়না নুপীগী খোঞ্জেল অমনা হায়রক্লম্মী। হৌগৎলগা হন্না য়েংথোকখিবদা সপনা লেপতুনা লৈরমলে। সপনানা হায়ু হায়দুনা ঐনা বেঙ্গোলীদা নং করিসু তৌবোই, ওপবেসন অসিগী মতুংদা শোয়দনা ফরগনি হায়বম্মী। অনাবা অদু ঐনা ঙাংলিবা অদু খবা মখৈদি খঙবা মাল্লে। য়াম্না মবুক পেন্না নোকচরম্মী।

সপনা রোই ঙসিদি নুংমিদাংগী দিউটি য়াম্না ঙন্না লাক্লম্মী। ইবান্নি মখোয়গী দিউটিকাদা চৎমিন্নবম্মী। ঙবাংগী নর্স নুপী মচা অনি অদুসু কোয়চৎ চৎতুনা মখোয়গী মথৌ তৌবা উবম্মী। সপনা ইবান্নি চৌকি অমমমদা ফমলমই অমসুং ঐনা সপনাদা হংলম্মী,

- "সপনা ঙসিগী নুমিদাংগী দিউটি তাবা ডাক্তর লাকত্রিব্রা?"

- লাকঅনি, ডাক্তব গোপাল বেহবা। অদোমগী ইউনিটকী ডাক্তর গোপাল তাবনি।

- হোয়নে উরিষ্যাগী ডাক্তবদো।

- "ফনা কুইববনি সাব সেনগুপ্তগী মখাদা থবক তম্বা। মথৌদা থব্রায় ইযাও যাওদবনি। সারনা যাম্না চৈবী থবক হৈতবগী। খবসু পঙবা মাল্লি।"

- "হে। সপনা মীব্রা ঙাংনগুমসি, ফত্তেদা।"

- "মীব্রা ঙাংনবগী ব্রা নত্তেদা, অশেংবা হায়বীবনি, কৈনো।"

- "অদু ফরে, হযেংদি প্রোফেসাবনা ঐবু বাউন্দ চৎলম্মু অদুগা অমুকসু ওপবেসন ঠিযেটবদা এসিষ্ট তৌনবা যাম্না থুনা লাকউ হায়বম্মী।

- যাম্না লাইবক ফবগী ব্রানি অদোমগী। প্রোফেসারনা অদোমগী চাংয়েং হৌরল্লবনি।

- "অদো, ঐদি খরদি কিতক চায় হায়বা। থবক য়াওবসু ইকুই কুইদরি, প্রোফেসারনা ঐঙোন্দা অকনবা ইথৌ পীশিল্লকপসিদি।"

- "অদোমগী দাইগনোসিস লোইনা চুল্লমগনি। অদুনা প্রোফেসারনা অদোমবু থাজবা হৌখ্রবনি।"

**সপনাগী ব্রাদু তারগা হরাউজরম্মী ঐ। ব্রাখল তৌনা তৌনা, ব্রা অমত্তা ঙাঙদনা লৈরম্মী। নোকখি নোকখি ঐবু য়েংদুনা লৈরি মাসু। অচিকপা অদু থুগাইরদুনা সপনানা অমুক হায়রক্লম্মী,**

**- "য়াম্নসু ফবনি, য়াম্নসু শাথীবনি প্রোফেসারদি। কন্না হোৎনবীয়ু। দাইগনোসিস য়াম্না হৈববদি ঐখোয়দসু কান্ননিদনা"**

- ই ! ঐনা দাইগনোসিস য়াম্না হৈরগা নঙোন্দা করি কান্নগদৌরিবা?"

- (ঙাইহাক তুমিন লৈরগা), উম.......। করি কান্নগদৌবিবা হায়বদু হেক্তা হায়দোকপা য়াব্রা। ঙবাংদা শকখঙনরিবা মীদা পঙহায হায়দোকপা য়াপোৎ নত্তে।

সপনানা হাযবিবা ব্রাহৈশিংদু ইতা তাশিন্নদদুনা লৈরম্মী। ডাক্তর গোপালসু লাক্লম্মী। মহাক্লা ঐ উবদা য়াম্না হরাউজবম্মী। হয়েংগী ওপরেসন তৌগদবা অনাবশিং খবা যেংমিন্নসি হাযরক্লম্মী। অদুগা সপনা ওনশিল্লগা বেঙ্গোলী মরোলদা করি কবিনো খবা হাযবম্মী। সপনাদু লৈবম্মী ইথৌ থৌওইদনা, মমায শুক্তোক্লগা। ডাক্তব গোপালনা ঙাংলিবা ব্রাহৈশিং অদু তাশিন্নরমদে। ঐনা ডাক্তব বেহবাদা অদোম্না থবক খবা হান্না জোইন তৌবীবনিনা, থবকশিং অসি ঐঙোন্দা খরা তাকপীবা তাই হাযকবি। গোপাল বেহবানা এ কদাইদগী ডাক্তর সাহেবনা হেন্না খঙলিপোৎনি। লাকপীবো হযেং কবি কবি তৌগদবনো য়েংমিন্নরুবসি হাযরকপদা ঐনা খুন্নম্মী,
- হয়েংগী ওপবেসন তৌগদবা অনবশিংগীদমক্তি লোইনা থৌরাং লোইবে ঐনা ঙসাইনা বাউন্দ চৎতুনা য়েংখ্রে। ঈ দবকার ওইবশিংসু ব্লড বেঙ্গতা চে থাজখ্রে। ডাক্তব সাহেবসু অমুক য়েংবীগদ্রা? ডাক্তর গোপালনা য়াম্না হরাওনা এ য়ারে । ঐনা অমুক য়েংদ্রবসু। সপনাদা অমুক ওনশিল্লগা হাইরম্মী

- সিষ্টব ঐ ঐগী কাদা লৈগে, দরকার লৈরবদি পাউ পীবিবকউ।

ডাক্তর গোপাল বেহরা ডাক্তরগী তুম্ফম কাদা চংখ্রে। সপনা ইবান্নিদা ঙায়হৌরবদা মহাক্লা অমুক হায়রক্লম্মী,

**- "উবীরেদনা, ইপা হেক পাখৎলদনা, অন্না অনগল্লিবা.....। মাগী মথৌ পুম্নমক অদোম্না তৌবীরে, অদুগা থাগৎ ব্রাহে অমত্তসু হায়রমদনা তুমিন্না চৎখ্রিসে।"**

**- "সপনা মাগী মথৌ, ঐগী ইথৌ হায়বা লৈতে। ঐখোয় প্রোফেসার সুবীর সেনগুপ্তগী মখাদা পিঃজিঃ তল্লিবা ছাত্র ঙাক্তনি। অনাবশিংগী ফম্নবা পুন্না হোৎনমিন্নগদবনি।"**

- "অদোমগী পুকচেলদুদি অতৈডাক্তরশিংদা ইয়াও য়াওবা উদে, অদুদা হায়জরিবা।"

- "ফরে, হয়েংগী ওপরেসন তৌগদবা অনাবশিং অদুগী নংগী তৌফম থোকপশিং অদু লোইশিল্লুরো, নুমিদাং হীদাক কাপকদৌবা য়াওবনি। ঐনা ঙসাইনা কেস সিটতা লোইনা ইথ্রবনি।"

- "অদোমনা য়াথং তাউথবীবস্বশিং অদো, ঐনা লোইনা শিন্দোকচখ্রে। নুপী মচা অনিদুদা হায়খ্রে।"

ঐনা ফুক হৌগৎলগা সপনা ফবে, ঐ অমুক চৎলগে, হয়েং ওপবেসন লৈবনিনা মতমসু ফনা থেংলল্লগনি হাযবম্মী। সপনানা যাম্না চৎহলনিংদনা, থেংবুদি ফনা থেংলল্লগনি, অদো বেঙ্গোলি ঙাইহাক ঔবাইমিন্নসিবা, ফমখোবা হায়না হায়বকলম্মী।

সপনা, নংশিমা হায়দুনা ঐ অমুক ফমথরম্মী। সপনা চৌকিদগী হৌগৎতুনা থবক খুদিংমক য়াংনা তৌশিনবা হৌবম্মী। নুপী মচা নর্স অনিদুসু কোযচেন চেন্দুনা থবক তৌবা উবম্মী। হীদাক পীজবা, হীদাক কাপ্পা লোইনা লোইশিনখ্রে। চে- চাং মযাম অদুসু মফম চানা শিন্দোকপা লোইবম্মী। ঐনা ফম্না ফম্না অসুম যেংবদা, কদাইদা শোযখিগদগে হাযনা থবক শুবগী মমি সপনাদা তাবম্মী। নর্স মচা অনিদুসু থবক লোইশিল্লল্লগা মখোয়গী তুম্ফম কাদা চঙখ্রে। সপনা ঐগী ইনাক্তা চঙলক্নুনা অমুক ফল্লবে। মহাক্না হায়রক্লম্মী,

- "য়ারে, থবক লোইরে। ওপবেসনগী নুমিদাং অসিদি খবা চিনবগী ব্রানিদা, থবক পংয়াম যাম্বা জাৎ নত্তে।"

- " নংনা ঙসাইমখৈ থবক শুবিবদো ঐসু য়েংলমলিবনি।"

- "করি অশোযবা যাওবগে?'

- "হুম ! কৈসু য়াওদেদা।"

- "অদো......... হোসপিতালগী থবক মযাম অসি অসুম তৌদুনা লৈবশিংদা কলকতা সহবদা লৈবি হাযবসিসু কাউথোক্লবা জাৎনি।"

- "চুম্মীনে নংনা হায়বিদো। ঐসু চয়োল অমত্তা ঙাযরি। কলকতা সহরদা লৈরি হায়বসি কাউথোকলুরে। হোসপিটালগী অনাবশিংগী ব্রাখল ঙাক্ত.......।"

- "খরা কুইরবদি মীগকাসি লোইনা কাউথোকখিদৌ মাল্লি।"

- "করি হাযবা?"

- "হয়েং খরা কুইরদি মীগাসি লোয়না কাউশিল্লকলনি হায়বা ..........,

ফরে বেঙ্গোলি তম্বা হৌরসি।"

সপনানা বেঙ্গোলি তম্বীরি। ঐসু মানা তম্বীরিবশিং অদু অমুক হন্না হায়রি। তম্বী তম্বীনা মানা হায়রক্লমই- "নোংমা শুতি ফংবা নুমিৎতা ঐখোয় অনি কোয়মিন্নসিবা, লাইখুরুম্বসু চৎমিন্নশিবা। "করিনো নংনা ঙাংলিবা অদুবো, শুতি ফংবা নুমিত্তা মাঙমিন্নসি হায়ববা হায়না ঐনা হংলম্মী। সপনানা ইশি শিখৈ নোক্লগা মাঙমিন্নসি হায়বা নত্তে কোয়মিন্নকসি হায়বনি হায়না হায়বক্লম্মী। অসুম্না মানা অমুক ঙাং ঐনা অমুক ঙাং তৌদুনা মতম লেমিন্নরিবা নুমিদাং অদু ঐগী পুন্সিদা নুংশিনা মমি তাদুনা লৈহৌগদৌবা মাল্লি।

নুমিদাং ফনা য়াম্না থেংলে। হয়েংসু ওপবেসন লৈবনিনা ঐ চৎলগে সপনা হায়রম্লগা হোসপিটালদগী মপান থোরক্লম্মী। সপনা ফম্লম্বদগী হৌগৎলগা ঐবু মুন্না য়েংদুনা লৈহৌবি।

নোং ঙানখিবা খঙহৌদে। থবক্কী থবক ঙাক্তা। অয়ুক চেনবোই লাকলোই তৌদুনা ঈক মায়থজবা লোইরগা তল খবা চাবম্মী, চাগী অশাংবা গ্লাস অনি অমগা অমুক থকচিল্লম্মী। চা থকপা অদুদা থুনা থকমনখিবনা ঐ হাবম্মী। বাবু তপ্না থকপীয়ু হায়দুনা ঐখোয়গী চাকথোঙবা অদুনা হায়রকলম্মী। হানা হানা চা থকপা লোয়রে। ঐগী তহা তহাবা, ইপা পাখৎপা মতৌদু উবদা মখোয চাকথোংবা নহা অনিদুদি মচিন খুমজিল্লগা পংনোক্তা নোক্লবম্মী। চাকথোংবা অহল অদুনা বাবুদবু অদুম্না নোকপা যাব্রা তৌহৈদে হায়দুনা চৈহৌরি।

মখোযনা তৌরিবশিং অদু ঐ থওইরুদে। হোসপিতাল তন্না খোঙ কন্না কন্না থাংদুনা চেনবোই লাকপোই লাক্লম্মী। পুন্সিদা করিগুম্বা খবা ফংগে হায়ববনি, অহীং - নুংথিল পোত্থাদনা, নিংহন্নবা লৈতনা হোৎনবা হায়বসি ঈশ্বরনা পীথোরক্লবা মীওইবগী গুন অমনি। অদুবু হোৎনবা ব্রাবা, হোৎনববসু যাদবা অমদি লৈ- মদুদি 'নুংশিবা' ফংবা ঙমদবা, হোৎনফমসু খঙদবা, হায়নখিবা ব্রা ঙাক্লদবা। ব্রাখল খন্না খন্না লাকপনা হোসপিটাল য়ৌবে। অয়ুক্কী পুং ৭ তাদ্রি, সপনা অদুম লৈরমলি। ঐনা মঙোন্দা লাকও য়াম্না থুনা রাউন্দ অমুক্তা চংথোকলুসি হায়দুনা ইবান্নি অনাবশিং অদু মথং মথং য়েংলি। ওপরেসন তৌগদবা অনাবশিং মথং মথং লোয়না থৌরাং তৌবা লোইরে। তানজা অদুদা সিষ্টর কলপনা লাক্লে। সপনাগা কলপনাগা দিঁউটি শিন্নরম্মী। মখা তানা কলপনাগা অমুক রাউন্দ চংমিন্নরম্মী। রাউন্দ লোইরকপা মতমদা পুং ১০ তাগদৌরম্লে।

থুনা যাংনা ওপরেসন ঠিযেটর তম্না চৎলম্মী। প্রোফেসার লাক্লমদ্রি। অহানবা ওপরেসন তৌগদবা অনাবা অদু য়ৌবক্লমলে। অচৌবা ওপরেসন ওইবনা, ঈ দরকাব ওইগনি খন্দুনা, ঙরাং থৌরাং তৌখিবা ঈ লিক্লি অনি অদু লৌরুনবা ওপবেসন ঠিযেটরগী নর্সদা হায়রম্মী। খুৎ- শা হামদোকপা লোইবদুনা ওপরেসন ঠিযেটরগী ফিজেৎ শেচিল্লম্মী। ডাক্তব গোপাল বেহবা অমসুং অতৈ ডাক্তরশিংসু লোইনা লাক্নুনা থৌরাং তৌবা হৌখ্রে।

তানজা অদুদা প্রোফেসাব সুবীব সেনগুপ্তা চংলকলম্মী। মহাক হেক উবদা ময়াম লোইনা 'গুড মোবনিং, সাব', 'গুড মোরনিং সার' হায়দুনা ওক্লম্মী। মহাকসু মখুৎ মশা হামদোক্লগা ফিবোল শেৎচিনবা লোইখ্রে।

খুদক অদুদা ঐনা এনাসঠেসিয়াগী প্রোফেসাব চংলক্লম্মী। ঐখোয় ময়াম্না মাবুসু তবাম্না ওক্লম্মী। এনাসঠেসিযাগী প্রোফেসাব অসি হন্দক্কীসিনা অহানবা উন্নবনি। মহাক্না ঐগা শকখঙ মাযখঙনদ্রি। মহাক ফিবোল যাম্না থুনা হোংদোক্লগা ওপবেসন তৌফমদা চংখ্রে। ঐখোযসু মাগী মতুং ইন্দুনা অদুম চংলম্মী। এনাসঠেসিযাগী প্রোফেসাবনা ওপবেসন ঠিযেটবগী টেবল মথক্তা হীপ্পুনা লৈবিবা অনাবা অদুগী ফিভম যেংশিল্লি।

ঐখোয়গী প্রোফেসাব সুবীব সেনগুপ্তা চংলক্লম্মী। অনাবা অদুগী য়েৎথংবা নাকন্দা লেপলম্মী। প্রোফেসাবনা কোইযেং যেংলক্লম্মী। মমৈথংদা মাগী মিৎযেং অদু ঐঙোন্দা তাবম্মী। অনাবগী ওইথংবদা লেপনবা যাথং পীবক্লম্মী। ঐসু প্রোফেসাব সেনগুপ্তগী যাথং মতুং ইন্না অনাবগী ওইথংবদা লেপলম্মী। ওঃটি টেবল অদু প্রোফেসাবগী খোঙনেৎফম অদুদা নেৎলগা খরা ব্রাংখৎহল্লম্মী। উনসা অদু শেংদোক্লবা যাথং পীবম্মী। ঐনা নর্সতগী খুলাই অমসুং দবকার ওইবা পোৎশিং অদু পীবক্লবা খুৎ তিংথোক্লম্মী। আইওদিন অমসুং স্পিরিৎ লৌদুনা পুক্কী উনশা অদু ^লোইনা শেদোক্লম্মী। প্রোফেসাব সেনগুপ্তনা এনাসঠেসিয়াগী প্রোফেসাররোমদা মায ওনশিন্দুনা মুন্না অমুক্তং য়েংলম্মী। এনাসঠেসিয়াগী প্রোফেসার য়ারে হায়বদুসু উরম্মী। প্রোফেসার সেনগুপ্তনা ঐঙোন্দা 'হৌরো' হায়রক্লম্মী। খুৎ অদুনা থাঙ মচা অদু পায়দুনা প্রোফেসারদা য়েংলম্মী ঐনা। মহাক্না খুৎনা থীন্দুনা লেনগদবা মপা অদু তাকপীরম্মী। ঐসু অকিবা নৈতনা থাঙ মচা অদু পায়দুনা পুক্কী মরোল মরোল অদু উনশাদগী হৌনা লেনবা হৌরম্মী। ঈগী উতোং

মচাশিংদগী থোরকলিবা ঈশিং অদু খক্লনবা প্রোফেসারনা ফাজিল্লম্মী, খুৎলাইগী মতেংনা। মথং মথং লেনবগা মোনবগা তৌবদনা চাকখাউ য়ৌরক্লম্মী, চাকখাউ উবা ফংলম্মী। চাকখাউ অদু প্রোফেসারগী মখুৎ অচৌবা অদুনা পায়রগা ঐখোয় অনি থেংমি রম্মী। ডাক্তর অতৈসু অকোয়বদা য়েংলি। কেন্সর নারবা চাকখাউনি হায়রক্লম্মী প্রোফেসারনা। ঐসু চাকখাউ অদু পায়দুনা য়েংবদা ইকন কনশিনবা ফাউবম্মী। চাকখাউ অদু খাযদোক্লবা মখা তাবা ওপরেসন্দি প্রোফেসারনা চত্থগ্রে। অচৌবা ওমেনটস অমসু অপিকপা ওমেনটম মথং মথং খাইদোক্লবা খোকতোক্লবা হোৎনবি। শেংদোক খোৎতোকপা লোইরবা মতুং চাকখাউ অদু লৌথোক্লম্মী। মবক অদুদা ঈগী উটোংশিংদগী থোরকপা ঈশিং অদু ফানবা হোৎনবদা, হুমাং অনপ্পা কাংলম্মী। প্রোফেসারদি মখুত থুবনিনা ঐসু থুদবা য়াবমদে। অৱাবগী মশক্কি প্রোফেসাবগী মতুং ইনবা। উপাই লৈবক্তদুনা ইলেক্ট্রিক কোতরাইজেসন ফাওবা শিজিন্নবম্মী।

কেন্সবনা নাববা চাকখাউ অদু লৌথোকখ্রগা লেমহৌবা থীরীলগী শকক অদুগা মথক্কী চাক্কী উটোংগী মচিল অদুগা অমুক মচিন অনিদু শমজিন্নদুনা ফোৎচিলম্মী। ইসোফেগো জেজুনেল এনাষ্টোমোসিস লোযরবা মতুংদা ঈ থোকপা অতৈ মফম খবা লৈবিব্রা যেংশিল্লি প্রোফেসার ইবান্নি চংনা। থোইদোক লৈত্রবদা প্রোফেসাবনা ঐঙোন্দা মখা তাবা ওপরেসন লোইশিন্নবা শিন্নরম্মী। ঐনা পুক্কী মবোলশিং অদু মথং মথং ফাজিল্লগা ওপবেসন লেনফম অদু খুমজিল্লম্মী। উনসা ফোৎচিনবা লোইরে। ড্রেশিং তৌশিল্লে। খুৎ অনি অদু পাযশিল্লগা এনাসঠেসিয়াগী প্রোফেসাবদা ঐনা নোল্লুক্লা যেংলম্মী। মহাক্লা চিনখুম মনুংদা নোকফেৎ তৌবগা "ৱেল ডন, মাই বোই (ফজনা তৌরে, নুপা মচা) হায়বক্লম্মী। ঐনা প্রোফেসাবদা যাম্না হরাউনা থাগৎ ৱাহে ফোমদোকচরম্মী অদুগা সিষ্টবদা অনাবা অদু পুথোকখিনবা হায়রম্মী।

খুৎতা উপলিবা ঈ তৈরবা গ্লোভ অমসুং গাউনচিংবশিং অদু লৌথোক্লগা ডাক্তরশিংগী কাদা চণ্ডলম্মী। প্রোফেসার সুবীর সেনগুপ্তা অমসুং এনাসঠেসিয়াগী প্রোফেসার, অনিমক ফমি দুনা ৱারী শাদুনা লৈরমলি। ঐদি কিনা মবান্নিগী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐগী প্রোফেসারনা ফম্মু হায়বদগী থাপলক্লা ফম্লম্মী।

ঐগী প্রোফেসার সেনগুপ্তনা এনাসঠেসিওলোজিষ্ট সারগা শকখণ্ড

মায়খণ্ডনহল্লম্মী। মহাক্কী মমিং অনুপম রোই কৌরম্মী। ঐখোয়গী প্রোফেসারনা অনুপম রোইনা হংলকপদগী ঐগী মরমদা লোইনা ব্বারী শারল্লবা জাৎনি।

ঙাইহাক ফল্লবা মতুংদা ওপরেসন ঠিয়েটর মনুংদা মথং মথং অমুক চঙহখ্রে। অতৈদি ফিরোল হোংদনা অদুম চঙনখ্রি। প্রোফেসার সেনগুপ্তগা ঐগদি অনৌবা ফিজোল অমুক হোংলগা ওঃটিঃ দা চঙলম্মী। মথং মথং ওপরেসন ময়াম অদু তৌরম্মী। লোইশিল্লকপা কান্দা নুংথিলগী পুং ৪ রোম তারে।

ওপরেসন লোইরবা মতুংদা পোষ্ট ওপরেটিভ ক্যার ব্বার্ডদা বাউন্দ অমুক চৎলম্মী। বাউন্দ লোইববা মতুংদা নুমিৎ অদুগী থবক পুম্নমক লোইশিল্লস্লগা ঐ ডাক্তরশিংগী ক্বাটরদা হল্লম্মী।

# (৭) ও ! কলকত্তা

থা তরুক হৌজিনখ্রে।

ইবোয়াইমা মরক মরক্তা লাক্কুনা ঐগা উন্নরম্মী। ঐদি চখোকলুবা ইঙম ঙমদে, থবক চিনমনখিবনা মরম ওইদুনা। ইবান্নি হেক উন্নবগা ইমুং মনুংগী ৱারী শাই। ঐসু য়ুমদা চিঠি য়াম্না থায়, য়ুমদগীসু চিঠি য়াম্না ফংই। ইচন্নুপী থোইবীগী লাইরিকশিংসু লৈবীরগা থাবীখ্রে। য়ুমগী মী খুদিংমক মথং মথং নিংশিংলি।

খল্লুরি মহাক্কী ৱাখল, ফংসু ফংলরোইদবা মহাক অদুবু তৎতনা অসুম নিংশিংলি, ঐগী থেমজিনবা ঙমদ্রবা থম্মোয় অসিনা। থাগোইগী মমি, কোকহনবা ঙন্নমদে, ঐগী থম্মোয়দগী। মহাক্কী ইচম চম্বা মীনোক - খজাই কুৎনা নোকপী, য়াতা পরেং ফজবী, চেংথোরক্কুনা কুন্দো পরেং ওইনা, মথক্কী য়াতাশিংনা কুন্দো পরেং অমা ওই, খাগী য়াশিংনা কুন্দো পরেং অমা ওই, কুন্দো পরেং অনিদু চোংথোরক্কুনা, নৌরবী খুৎচাশিং অদুনা পাইরগা, নুংশিবা ঈশৈ অমসুং পুঙলোনগী তাম্থাদা, নিংথীনা লৈতেংলবা মান্দব ময়াই অদুদা, অরংবা কাপ্পী পোৎলোই শেৎলবী, কোক্তা কজেংলৈ হাপ্পবী, মিৎস্না থম্বাল অনিদা পিরাং শিন্থরবী মানা ঐগী ঙকশমদা হুক্রগদৌবা মাল্লি- ঐগী ৱাখলগী মঙলান্নি ঙাইহাক্কী ওইবা। মহাক্কী নুংশিবা মীৎয়েং, ঐবু কিনা চৎচবী, কাউথোকপা শুকঙম ঙন্নমদে। অচিকপদা, ইতোমমতা লৈবা কান্দা, মাবু অমুক নিংশিংলুবদা, পুক্সি অসি মহাউ যাওদবগুম তৌরম্মী। মহাকপু নুংশিবনা য়ুখিবা, ঐগী থম্মোয়দা লৈবিবা নুংশি তিংখং অসি, লৌথোকপীনবা মী অমমুক লাকখিনি হায়বসি, থাজরমদে হন্দক্কী মপোকসিমগীদি। হোয়......, মীওইবা কৌবনিনা, ঐগী পুক্সিদা থেংনরকলিবা নুপী খুদিংমক, মরুপ মপাংদৌনা ঙাইহাক লোয়নরুবগী ৱাতনি। ঐগী ৱাখলদা মখোয়গী মমি তাফম, মফম লৈতবগুম তৌরম্মী।

সপনা য়াম্না ইনাক খুনবা বেঙ্গোলি ইমুংদগী হৌরকপনি। মথোক কারক্লিবী বেঙ্গোলী নিঙোলনি। শকচুদা ৱাঙাং- শাঙাংদা অৱাৎপা অমত্তা লৈতে। মহাক্কী তোপ - তোপ্পা মগুন অমনা মথৌদা পুক্লিং য়াম্না চংবা, অনাবগী সেবাদা থৱাই য়াম্না য়াওবা অদুনি। মহাক্কী নর্স অমা ওইবগী মগুনশিং অসি উরগা, ফ্লোরেন্স নাইটিংগেলগী ৱারী হেক হেক নিংশিংলকই। ঈংলেন্দগী ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংদা পোকখিবী ফ্লোরেন্স নাইটিংগেল, অৱা অনা তারবা, লালদা অশোক অপন

নংলবা মীওইশিংগীদমক্তা মপুন্সি চুপ্পা কৎথোকখিবী নুপীনি। মরক মরক্তা ঐনা সপনাদা হায়খি, "নহাক অসে ফ্লোরেন্স নাইটিংগেল মাল্লিকো- ! সপনানা ইকায়না খুমখি, "কদাইদগীনো অদুক চাউববী, মালেমদা মিংচৎ উরোং খিল্লবী ইমা অদুগা করম্না চাংদমনবীরিবনো, ঐদি কৈসু খঙজদ্রিবী, পঙলবী বেঙ্গোলী লৈশাবী অমনি।"

সপনাগী মতেংদগী ঐ বেঙ্গোলী ফজনা ঙাংবা ঙমলে, থা তরুক্কী মনুংদা। ইবান্নি ৱারী শান্নবসু বেঙ্গোলি লোলদা ঙাক্তা শান্নবে, ইংলিসতা ৱারী শান্নবা তোক্কে। ঐনা বেঙ্গোলী ঙাংবা তারগা সপনা হৰাউজবম্মী, মথম্মোয় পেন্না নোকচরম্মী।

নুমিৎ অদু নোংমাইজিংনি। অযুক্কী পুং ৯ লোম তাবল্লগনি। দিউটি খবা কোম্বনা, ঐগী ইখাদা লৈবা ডাক্তবশিংদা হোসপিটালগী থবকশিং শিন্নরল্লগা, আবজিকাব মেডিকেল কোলেজদা ইবোযাইমা উন্নবা চৎকে খন্দুনা ঈরু- মাযথজবগা, ফিবোল শেৎচিন্দুনা থৌবাং তৌদুনা লৈবম্মী। তাঞ্জা অদুদা কনাগুম্বা মী অমা লাকই, ঐবু হংলকই, মখাদা ঙাইদুনা লৈবি হায়দুনা দবৱান্না পাউ পীবক্লম্মী। কনা ওইরিগদবনো খন্দুনা ঐ মখাদা কুমথরম্মী।

সপনা বোই লেপ্তুনা লৈবা উরম্মী। মহাক্না মখাদা মমায লৈমায়দা লুকথদুনা লৈবম্বদা খংহৌদনা পুক্লিংদা নুংনাংবা পোক্লম্মী। থাজবমদে মহাক্না অসুম্না লাক্কনি হাযবা ঐগী পুক্লিংসিনা।

মহাক শংবান্নবা সাবি অমা শেৎলি। পাম্বোম যাওদবী সাবি মচুগা চপ মান্নবা ফুরিৎ অমা লিৎলম্মী। মশাংবা মশম অদু ৱাই ৱাই লাউনা নিংদু যৈনা থাদবম্মী। নহান মখৈদি নর্সকী অঙৌবা ফিজোল ঙাক্তা শেৎপনিনা মহাক্কী কেবগী ফজবা অদু খঙলমদে। ঙসিদি অঙকপা ফংনা ফজবম্মী। ঙৌবোক ঙৌবা কুচু, ঙাংলপ তৌবা খজাই, তুমতক তৌবা নাতোন, কোইবাওনবী মিৎস্না থম্বাল, মিৎকী কাজল, লাইবক্কী বিন্দি, চেংলবা খ্বাং, তুম্লবা নিংদু- য়েংবগী পেন্নাইরমদে।

ঐ সপনাগী মনাক্তা কুমথবগা চঙশিন্দুনা লেপ্লম্মী। ইতোমতা হংজরম্মী, "কবিগীনো ঙসি মানা অসুক য়াম্না ফজনা কেবগা ইকাই ইকি পুম্নমক ফিজং মরুমদা লোৎলগা, ঐগী ইনাক্তা লাক্লিবসিবো?"

মহাক ৱা অমত্তা ঙাংলমদে। তুমিন্না অদুম মমায় অদু লুকথরগা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐনা হৌদোক্লম্মী,

- "কৈদৌরে সপনা, কদাইদা চৎকদৌরিবনো?" সপনাগী মমায় অদু

হাইগৎলক্লম্মী। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা ইকাইরপ তৌনা হায়রক্লম্মী

-"ঐ নংগী ননাক্তা লাক্লিবনি। নংনা ব্রারৌবীদ্রবদি কলকতাদা সহর য়েংলুসি, কোয়মিন্নরুসি হায়দুনা।"

ঐ, কনাগুম্বা মী অমনা করিগুম্বা খরা হায়রকপদা য়ানিংদে, চৎনিংদে হায়বসি পুক্সিগী হৈরকত্রবনি। ঙাইহাক লৈতনা লোয়নরিবা সপনানা কোয়মিন্নরুসি হায়বদা করম্না চৎনিংদে হায়গনি। অদুগা ইকাই ইকাই লাকচরিবা বেঙ্গোলি লৈশাবী সপনাদা, ঐদি চৎপা ঙমলোই হায়রুবদা, মহাক্কী ইকাইবগী পনখৈ লৈরোইদবা অদু খনবদা য়াদবা ঙমলোইদৌরি। ঐনা হায়রম্মী,

- "থাজদে সপনা, ঐদি মঙদৌনা থোক্লে, নহাক্লা অদুম্না লাক্কনি হায়বা...।"

- "(য়াম্না তপ্না, নুংশিনা) ঐনা হায়জখিবা অদুদি। ঐখোয় হোসপিটালদা অদুম লৈমন্দুনা, থবক চিনমনখিবনা, কলকতা সহরদা লৈরি হায়বা ফাওবা কাউথোবক্লে। অদুগীসু মথক্তা নহাক্কা কোইমিন্ননিংবগী অচৌবা ইথীল অমসু অযুক্তগী ফাওরকখি। থম্মোয়দা ফাউবদি কুইববনি। অদুবু ঙসিগী অযুক্কী ইথীল অদুনা ইহেন হেল্লি। করম্বা লাইরেম্বীগী থৌইশিন্নো খঙদে। ঐ ভাব মেন অমত্তা তাদনা নংগী ননাক্তা হেক্তা লাক্লিবা অসিনি। কলকতা সহরগী নুংঙাইবসু অদোমদি খঙবীবমখিবোই।"

- "(নোকফোৎ তৌরগা) ফরে ফরে, নহাক লাক্লবনিনা নংনা লমজিংলগা কলকতা সহর য়েংবা তারেদনা। কোয়মিন্নবা তারেদনা।"

- "ঐসু য়াম্না ইকাইনা লাকই পোৎনি, ব্রাখল য়াম্না খল্লগা, নংনা চৈরক্কদ্রা হায়দুনা।"

- "নংগী দিউটিদি লৈতব্রা? ঐগী দিউটি লৈতবা মতমনি হায়বদি নংদি কবম্না খঙলিবা?"

- "ঐগীসু লৈতে, নংগীসু লৈতে হায়বা ঐ খঙই"

- "ফরে অদুদি, ঐগী মরুপ অমা আরজি কার মেডিকেল কোলেজদা লৈ। মহাক্কীদা চৎকে হায়দুনা তৌরমলিবনি। কুইরোইদা....। অদুগী মতুংদদি নংনা চৎসি হায়বা মফমদা চৎলগা লোইরেদনা।

সপনা হরাউবনা মখুৎ অনিদু লোনশিন্নবগা সারি কুঞ্জা ময়াদা থল্লগা মখোল থোক্লা নোক্লম্মী। মশা অদু থক থক নিকপগুম তনিক্লম্মী। মহাক্লা ইকাইবগী

মায়থোংগা হরাউবগী মায়থোঙগা য়েংনবদা ইকাইবগী মায়থোঙ অদুনা হেন্নদুম ফজবা মাল্লি। খোঞ্জেল শোন্না অমগা অমগা স্বর শন্নদনা হায়রক্লম্মী, "ফনি, ফনি সার.... ফনি সার"।

সপনা ইবান্নি তুংথা- মাঙথা থোরক্লম্মী। লব্বার সারকুলর রোড লাম্থোক্লগা চৌরঙ্গী তাবা লম্বী অদুদা বস ঙাইদুনা লৈরম্মী।

কলকতাগী মীয়াম অঙকপনি। ঈশিং ঈচাউগা চপ মান্নে। মী অমনা অমবু য়েংনবা ঙম্লমদে।

বস লাক্লম্মী।

সপনানা খোঙলৈ থুনা ঐগী খুদাং পায়দুনা চিংলম্মী। বস মনুংদা ইন্নবোই লাকপোই তৌদুনা কাখৎমি রম্মী। সপনানবু খুদাং পায়দুনা বস মনুংদা চিংশিল্লমদ্রবদি, ঐদি অদুম লৈহৌরমগনি। খরা খরা চঙশিন্দুনা, লেপ্পা লেপ্পা বস ময়ায য়ৌরে ইবান্নিমক। মী যাম্না চিনমনখিবনা ফমফমদি লায়রদুনা লেপফমফাউবা লৈরমদে। মী অমগা অমগা লোলশিন্নদুনা থেংগাইনরম্মী। বস মনুংদা, সপনা ইবান্নিগী হকচাং অসি নপশিন্নবগা লেপমিন্নরম্মী, মানা মাঙদা ঐনা তুংদা। মহাক্কী হকচাংগী অশাবগী মনিল ফাউরম্মী, মহাকসু ফাওবমগনি। বস অদু অমুক অমুক লেপ্পদা, ইবান্নি তুগে তৌবদা, অমনা অমবু তুদনবা ঙাক্লবি। মহাক্না মমায় অদু অমুক অমুক লৈথোরক্লগা ঐগী ফিভমদু উবদা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবি। তুংলোমদগী মীযাম্না অমুক অমুক ইল্লকপদা ঐনা সপনাদ্দা হকচাং অনি তপ নপ্পনা খঙথেং খঙথেং থেংজিল্লম্মী। মহাক অমুক মশা অদু ওম্থোরক্লগা মমায় অদু ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা লেপ্লম্মী। মহাক্কী নাতোন দগী যাদগী হোন্দোরকপা অশাবা নুংশিবা স্ববগী মনম ফাওবম্মী। হন্দক্তি মীযাম্না ঈল্লকপদা মায়গা মায়গা ওনশিন্ননা থেংগাইনবম্মী মহাক্কী ভৌববা লাইবক্তা ঐগী চীম্বাল অনিসিনা ব্রাইরম্মী। মহাক্কী খুনু অনি অদুসু মশা খপ্পুনা খাঙলম্মী। ঐগী হৈনদবা মতৌদু উবদা সপনানা পংনোক্তা নোক্লম্মী। পুং অমরোম খরা হেন্না বসতা ইন্না ইন্না তোংলবা মতুমদা অব্রাংথংবা কলকতাগী শ্যামবজার য়ৌরম্মী। ঐদি মীয়াম মবক অদুদা মফম অদু য়ৌরে হায়বা খঙলমদে। সপননা য়ৌরে হায়দুনা ঐগী খুদাং পাযদুনা চিংদুনা বসতগী য়াম্না থুনা কুমথরম্মী। কলকতা সহর অসিদা চৎপসিদি য়াম্না থুনা, খোঙলৈ থুনা, চেন্ন চেন্না চৎপা নত্রবদি করিমত্তা নংহৌদে হায়বসি ঐ হান্নদগী খঙলম্মী। অদুবু মদুগী হৈনবী অদু লৈতবনিনা অব্রাবা অমা ওইরম্মী লম্বী চৎপদা।

শ্যামবজারদসু অদুমঙাই, মীগী মী ঙাক্তা। চৎফম ফাওবা লৈবা জাৎ নত্তে।

সপনানা ঐবু ঐগী খুদাং পায়দুনা চিংদুনা চৎমিন্নরম্মী। ইবান্নি থেংগাই থেংগাইনদুনা চৎলম্মী। মহাক্না খুদাং পায়রম্বদগী ঐগী খুবাক্তা খুৎশাশিং অদু লোৎশিন্নরগা চেৎনা চেৎনা পায়শিল্লকলম্মী। করিগুম্বা মী চিনমনখিদুনা চৎফম লৈরক্ত্রবা মতমদা সপনা ঐবু কোনশিল্লগা নম্ফুদা মীয়াম অদু নমথেক্তুনা চৎলম্মী।

আরজিকার মেডিকেল কোলেজগী হোষ্টেল য়ৌরে। ইবোয়াইমগী কা তান্না চৎলম্মী। মাগী কাদু মনুংদগী থোঙ লোল্লম্মী। থোংদু 'তক' 'তক' থীন্দুনা ইবোয়াইমা 'ইবোয়াইমা' হায়দুনা কৌরম্মী ঐনা। থোঙ অদু হাংদোরক্লম্মী। ইবোয়াইমনা ঐখোয় অনিবু উবদা ইঙক ঙক্লা হায়রক্লম্মী,

- "এ ! নং ওইরে..... (সপনাবু মুন্না য়েংলগা) অদুগা নুপীমচা অসিদি ..... কনানো.........?

- "সপনা....... সপনা রোই....। ঐগী মরুপনি। মহাক নর্সনি। ঐখোয়গী হোসপিটালদা ঐখোয় অনি তামিন্নবনি। শুতি ফংবা নুমিৎ অসিদা নংগীদা কোয়কসি হায়দুনা লাকমিন্নবনি।

- "(ইবোয়াইমনা স্বর খরা হোন্দোক্লগা), ফরে, ফরে, চংলকও ! (সপনাদা অমুক ওনশিল্লগা) লেঙশিল্লকউ, ইবেম্মা ফমউ লাউ, লেংশিনলকউ। নুপা ঙাক্তা লৈবনিনা ঐখোয়গী কা অসি মোৎপা জাৎনি।

সপনা ইবান্নি কা মনুংদা চংলম্মী। ইবোযাইমগী কমমেট অদু চৎথোকখিবা মাল্লে লৈবমদে। ফিদা নুংদা থোইনা লৈতবনিনা ঐদি ইবোযাইমগী ফমুংদা হেক্তা ফল্লম্মী। ইবোয়াইমনা চৌকি অমা থাদুনা সপনাবু ফমহল্লম্মী। করি চানি, ঐগীদা লাকপসিদি হায়রম্লগা ইবোয়াইমা কান্টিন্দগী চা অমসুং অচাপোৎ লৌকখিগে হাযরম্লগা চেনবোই লাকপোই চৎখিরম্মী। পাখৎপোই লাকপোই, মথুম মরাং হৌবা, ঐগী মরুপ ইবোয়াইমগী মতৌদু উবদা সপনা ইবান্নি মিৎকা মিৎকা য়েংনবগা খৎনরম্মী। সপনানা ঐঙোন্দা হায়রক্লম্মী,

"ঐখোয় অনি লাকপসিদা, মহাক মতোমতা কোইচেন চেন্দুনা পিজ পীথক তৌনবা হোৎনরি। অদোমগী মরুপসি য়াম্না ফবা জাৎনি। মবুকসু ইচম চল্লমগনি।"

ঐনা সপনাদা অঙাং ওইরিঙৈদগী তিন্নরকপা য়াম্না নুংশিবা মরুপনি হায়রম্মী।

ঐগী মরুপ ইবোয়াইমনা কান্টিন্দা চৎনা চৎনা খল্লম্বা য়াই, ঐগী নিংবা

কায়রবা পুক্সিদা অহোংবা খরা লাক্লে হায়দুনা। ঐগা সপনাগা উবদা মহাক্কী মায়থোঙদা হরাউবগী মমি অমা তাবদু ঐ খঙদবা নেত্ত। সপনানা কোয়বা চংলুসি হায়দুনা ঐগী মাঙদা লেপ্পরবদা, মহাক্কী মায় ঙাক্তবা য়াদদুনা লাকমিন্নবনি হায়বসিদি ইবোয়াইমাদি খঙলমলোই। অমরোমদা সপনানা খল্লিবা ৱাখল ঐবু কোয়বা চংলুসি হায়দুনা হৌররিবা অসি নুংশি ঈথিল খরদি য়াওরমনি হায়বসি ঐ ঙসি খরা মখৈদি উবা ফংই। অমুকসু খল্লুরি, বেঙ্গোলি লৈশাবীশিংগী ইচম চম্বা ৱাখল্লোন ওইরম্বসু যাই। অমবু ওইরবসু, অমবু ওইববসু সপনাবু ইচম চমনা নুংশি। অদুবু ঐবু থাদোক্তুনা চংখ্রবী থাগোইনা ঐগী থম্মোয়সি লোইনা কোনশিন্দুনা থমখ্রে। হৌজিফাওবা অতোপ্পা লমলানবী কনাগী কাইদোংফম পীননবা ঐগী পীক্লবা থম্মোয়দা মফম লৈত্রি হাযবসিদি, কুপত্রেং ইবুংঙো মহাক নত্তনা কনানসু খঙবীরমলোই।

ইবোয়াইমা লাক্লে। কার্ন্টিনগী নুপামচা অদুনা চা হাপ্লবা য়োংকী পোল্লাং অদুদা চা হাপ্তুনা পুবক্লে। ইবোয়াইমনা বসগুলা খবা, জিলেবী খবা য়োমদুনা পুবক্লে। চা- থক্লা থক্লা, অচাপোৎশিং অদু চানা চানা, ঐখোয অহুম হোসপিতালগী, দিউটি তাবগী অনাবশিংগী ৱারী - ৱাতাই শাদুনা মতম লেলম্মী। লন্নাইগী ৱারীদি অমত্তা শান্নবা য়াদ্রে, ইবোয়াইমা ইবান্নি, সপনা য়াওবা মরমনা।

মতম ফনা যাম্না হৌখ্রে। ঐনা ইবোযাইমদা ঐখোয় অমুক চংলুখিগে, সপনানা কদাই কদাইদনো কোয়বা পুবীগনি হাযরিয়ে হায়বম্মী " অদুদি য়াম্না লাইবক ফবগী ৱানিদনা, শকচু - চঙখোল্লবী বেঙ্গোলি লৈশাবী অমনা নহাকপু কলকতা সহরদা কোইবা পুবীগনি হায়বসিদি, কোইমিন্নরুবো, অদো ইবেম্মা ঐখোয়গী নুপাসে খরা কন্না শেন্নবীয়ুকো, লম্বী লম্মওক্লদনবা, করিগুম্বা লম্মাংনদুনা লমলৈমনা পুখ্রবদি ঐদি নঙোন্দা তাইনগনিকো।" ইবোয়াইমনা য়াম্না হরাওনা নোক্তুনা হাযবকপা ৱাহৈশিংনি। "মাংহনজবোই, মাংহনজরোই, ঙসিগীদা নত্তেয়ে আ...... দাদাশিদি, ৱা ঙাংবা যাম্না হৈনা" সপনানা ইবোয়াইমদা ফোংদোকপা ৱাহৈশিংনি নোক্লা নোক্লা।

সপনা ইবান্নিবু আরজিকাব মেডিকেল কোলেজগী কোম্প্লোংফাউবা থীন্দোরক্লম্মী। ইবান্নিনা খুৎ শন্নরগা চংখিবা অদু ঐগী মরুপ ইবোয়াইমা মিৎ কুপ্তনা য়েংদুনা লৈহৌরি।

শ্যামবজারদগী ট্রাম ফারগা চৌরঙ্গী স্কার ফাওবা লাক্লম্মী ইবান্নি। মফম অদুদগী কুমথরগা সপনানা ঐবু চাক চাথোকলুখিসি হায়না মেট্রো সিনেমাগী

অমাংথংবা নাকল অদোমদা লৈবা "হোটেল অনারকালিদা পুশিল্লম্মী। টেবল অমদা ফমদুনা চাক চামিন্নরম্মী। মথেলদি রৌ থোংবনি। চানা চানা সপনানা হংলক্লম্মী ঙাগী মহাওসিবু কমদৌবীগে? "ঐনা খুমলম্মী বেঙ্গোলিগী ঙা খুৎথোংগা মনিপুরশিংগী খুৎথোংগা য়াম্না মান্নে, বেঙ্গোলিশিংসু ঙা য়াম্না পাম্মী হায়না তায়, ঐখোয় মনিপুরশিংসু ঙা থোংবদা থল্লায় লুপচবীনি।"

অয়ুক্কী চাকলেন চারবা মতুমদা, মেট্রো সিনেমা মমাঙদগী বস ফারগা, খাথংবা কলকতারোমদা চৎলম্মী। বস অদু মী খরা কোন্নম্মী। সপনা ইবান্নি ফম- ফম ফংদুনা ফম্মিন্নবম্মী। ব্বারী শানা শানা ঐনা হংলম্মী "কদাইদনো ইবান্নিনা চৎকদৌবিবা অসিনা.........? "মীওইবগী পুন্সিদা মানা নিংজরিবা, পামজরিবা খুদিংমক ফংগনি হায়বগী ব্বাফমদি লৈতে। অদুবু নংগা অমুক্তং কোয়মিন্নবা ফংজগে হায়দুনা ইমা কালিমাইদা নিজরকপা অসি মতম কুইরবনি। ঙসিদি থুংলেদনা ঐগী নিঙজবা। তুংদা লাক্কদবা নিংজবা কয়ামুক থূংজনবা, নংগী ঐগী পুন্সি য়াইফবা ওইনবা ইমাগী মফমদা অপাম্বা অদুম নিজৌ, ঐসু ঐগী অপাম্বা অদুম নিজগে। লাইনিং পরে চেৎপা কনানা হেল্লি হায়বদো য়েংনবা, তারেদনা" - সপনানা বসতা তোংনা তোংনা হায়রকখি। ঐ খুম্ফম খঙদ্রদুনা তুমিন্না অদুম লৈখি।

ফনা শাংনা বস মনুংদা তোংদুনা চৎলবা মতুংদা মন্দির য়ৌরদুনা বসতগী কুমথবম্মী ইবান্নি। কালিমাই মন্দির তম্না চৎলম্মী, সপনানা ঐগী খুৎ পায়দুনা চিংলম্মী।

চাউখ্রবা খা- থংবা কলকতাদা লৈবা কলিমাই মন্দিরনি। লাইনিংবা লাইনিংবশিং, লাইখুকম্বা লাকপা মীয়াম্না চীক্লা চায়নবা ঙমদনা তিল্লি। কালিমাই ইমাগী লাইশঙ অদু য়ৌনবা হোৎনবা অরাইবা থবক নত্তে। সপনানা ঐগী খুৎ পাযদুনা মন্দিব তম্না ঐবু চিংশিল্লি। মীয়াম মরক অদু ইবান্নি লেংগোন- নংগোন্নরগা লাইশঙ য়ৌনবা চৎপা হৌরম্মী। মীয়াম অদুনা ইনশিন্নরকপদা ইবান্নিগী হকচাং অসি চপশিনখিদুনা অমত্তা ওইখিরম্মী। মী অমনা মী অমগী ব্বা- ঙাঙবা তারমদে, মীনিল অদুগী মরক্তুদা। পুং অমরোম অসুম্না চঙশিল্লবা মতুংদা লাইথোঙ য়ৌরম্মী।

কুচু মুসুক মুবা, ঙাংশং ঙাংবা মরৈ শাংনা তিংথোকপা, ঙকশমদা মী মকোক পরেং শিবা, খুৎ য়েৎ থাঙপাক পায়বা, ওইনা মঙক ককথৎলবা মীগী মকোক্কী মশমদা পায়বা, ইমাগী শক্তম অদু উবদা তুজুংবা পোক্লম্মী। অথুবা মতমদা পৈশা খরা কৎলগা, সপনানা পুজারিদগী সিন্দুর লৌরম্মী। সিন্দুর মহী অদুদা,

ঙৌরোক ঙৌবা তুমতক তৌবা, সনা তম্ফা য়াইওইবা শিবা সপনাগী খুনিংথৌ অদুনা লুপ্পগা ঐগী লাইবক্তা নম্বীরম্মী। মানা হায়রকপগী ঐনসু ঐগী খুনিংথৌনা সিন্দুর মহী অদুদা লুপ্পগা মহাক্কী তোংতক তৌবা লাইবক অদুদা নম্বীরম্মী। মহাক্না মমিৎ চেজেৎ উইশিল্লদুনা ঐনা সিন্দুর নম্লকপা ঙাইবগী শক্তম অদুদি থম্মোয় কয়া মহী চেন্নিংঙাইনি।

মীযাম্না অসুম ইনশিল্লকপা হেল্লকপনা, খোঙলৈ থুনা ইবান্নিসু ঈশিং ঈচাউগুল্লগা মীযামগী ঈপাক অদুদা লেংগোন- নংগোন্নদুনা চোংথরম্মী। ঈপাক অদু লাম্থোক্লবা হোৎনবম্মী। হান্দক্না খবা থুবম্মী। উচিন নাচিন্না মীয়াম মরক অদুদগী ইবান্নি ইফুৎকুম্না ফাওদোরক্লম্মী।

সোরোক অচৌবা তান্না খুৎশম্নদুনা লাক্লম্মী। বস ফারগা চৌরঙ্গী স্কার তম্না অমুক চৎলম্মী। চৌরঙ্গী য়ৌরবদা বসতগী কুমথমিন্নরম্মী। বসতগী কুমথবদা নুমিৎ তাখ্রে। নুমিদাং য়ৌরক্লে।

চৌবঙ্গী স্কার কলকতা সহরগী ময়োলনি। অচৌ অচৌবা দলাল কয়ামকম, নোংপোকলোমদা, অৱাংলোমদা, খারোমদা লেপ্পুনা লৈরি। নোংচুপ থংবা মাইগৈদনা পাক চাউববা কলকতা মৈদান, ৱাংলবা সহীদ মিনাব, নিয়োন অমসু মবকুরিগী মিৎ থকনিংঙাই ওইববা ইলেক্ট্রিকী থাউমৈ, নুমিদাং অদু অঙকপা ফংনা ফজরম্মী। মহৌশা উখিবগা হৌজিক্কা থোইনা ইখেন খেন্নদবা মাল্লি। তৌববুদি মতমদুদগী ঙাইহাক যেংলম্বদনি। কদাইদা কবি লৈ হায়বা মুন্না খঙলমদে।

কৃক কৃক ইন্ননা চিল্লবা, মীয়াম মরক অদু ফাওদোক্লগা, খুৎ চেৎনা পায়শিন্নবগা কলকতা মৈদানলোমদা লাক্লম্মী ইবান্নি।

অপুঙবা উ- ৱা কযা হৌবা, লম্বী কয়া থেককোই থেককোই লৈবা, লম্বীগী য়েৎলোম মায়বোমদা, উপুঙ মবক মরক্তা, লেপ হেনলপ্লা ৱাংবা য়ুম্বীশিংগী মতোন্দা থাল্লিবা নিযোম থাউমৈশিং, ফজনা কক্লবা নাপীশিংনা অশংবা কার্পেৎকুম্না শন্দোক্লুনা লৈখ্রিবা, মচি মচি খুদিংদা নুংঙৌনা শাবা মী ফমফম ফানশিং লৈবা, শারবা কালেনগী নুংশাগী মৈশা লাংলুববসু নুমিদাংদা অঈংবা নুমিৎ শিৎপা, খুৎশেমগী ফজবনা লৈতেংলবা কলকতা মৈদান্নি।

সপনা ইবান্নি খুৎশম্নদুনা অসুম লাকপদা মী ফমফম ফালশাংশিং অদু অমত্তা হাংলমদে। নুপা নুপী, জুরা জুরা, নক্ল- নক্ল, থেংনা থেংনা ফমিন্নরগা ৱারী শান্নবা ঙাক্তা উরম্মী। অমনা অমবু য়েংনদে, থওইনরমদে মাগী মাগী নুংশি নুংওন্দা লুপ্নখিবনা।

কলকতা মৈদান অসি নুংশি নুংওনগী লাইরৈপাক ওইরম্লে।

ৱারী শানা শানা অসুম লাকপনা ইবান্নি ইখঙ খঙহৌদনা ভিক্তোরিয়া মেমোরিয়েল য়ৌরম্মী। মফম অদুদা লৈবা নুংঙৌগী বেঞ্চ অমদা, ফমিন্নরম্মী ইবান্নি, ঙাইহাক পোথাখিসি হায়দুনা। অতৈ বেঞ্চশিং কয়াসু পরেং পরেং থারি। থারিবা বেঞ্চশিং অদুসু, নুপা নুপী জুরা জুরা ফমদুনা ৱারী শান্নরি। কনানা কনাবু য়েংলুদে, থওইনরমদে। ঐখোয় মীতৈ লৈপাক্তা ওইরবদি ৱাথোক - লাম্থোক ওইরগদবনি।

মাগা ঐগা বেঞ্চ অমদা ফম্মীন্নবম্মী। ঐনা লাপ্তুক ফম্নবা হোৎনৈ, মানা নকশিল্লকপনা হাল্লি। উপাই লৈবমদে ঐগী পাঙ্গল থোক্লমদে, হকচাং- হকচাংগী ইনিল ফাওনা, থবাক থবাক্কী মীহুল ফাউনা- ফাউনা, অমোনবা খুৎশিং অদুনা ঐগী কল্লবা হকচাংশিংদা ফমিন্নবা নত্তনা। ঐনা য়াম্নদি হেনজিল্লক্কনু সপনা হায়নিংবনি। অদুবু পাংদ্রবা শোল্লবা থম্মোয় পুরবা ঐনা মাগী নিংবা কাইখিগদ্রা কিজবনা, মানা অপাম্বা খুদিং তৌরকপদা অমুক হন্না অথিংবা পীরুদ্রে। মনীং তৌনা ঐগী হকচাংবু মানা অপাম্বা মওংদা শান্নরি। পুন্সিগী পন অমা লৈরমদ্রবদি সপনা নংসে ঐগী ওইবা য়ারবনি.... । অদুবু ঐগী থম্মোয়সে অমম্বা লৈচীলনা কুপথ্রবনি। নশক নতৌদা নঙোন্দগী হেনবা লৈত্রবী বেঙ্গোলী নিঙোল, থাজদে ঐ, নাংনা থুগাইবা ঙমগনি হায়বা, য়োৎহ্লীং পোলাং চনখ্রবা ঐগী নুংগুম্বা থম্মোয়সে।

ঙাইহাক পুঙ্গোই তুমিন্না ফমদুনা সপনাগী নিংবা থুংহল্লবা মতুংদা, ঐনা যাম্না তপ্না হায়রম্মী

- মতম অসি থেংজিল্লক্লে সপনা, হন্নবা তৌরসিরা”

- “উম ঙাইখো.... ফমিন্নখিসি, থেংনিং থেংজসনু”

- করিনো ঙসিনা লোইবা নত্তে, মতম অসুক য়াম্না লৈরিবসিদি...। নুপীগা নুপাগা নুমিদাংদা অসুম্না কুইনা ফমিন্নবা অসিসু অফবা নত্তে.....।

- নহাক ঐবু য়াম্না ৱারৌরব্রা, ঐসে .... নংগী.....

- করি হায়বা.....?

- হুম করিসু নত্তেদা। কলকতাদদি অয়ুক নুংথিল নুমিদাংগী থোইনা খেন্নবা লৈতে হায়বনি। নুপীগা নুপাগা চৎমিন্নবদসু কনানা হন্না য়েংনদবনি।

- “(সপনাগী মতৌদু য়েংলগা) ৱা ঙাংবা হৈবসি নংনা খরা হেল্লে। ঈংলিসকী লমদদি নুপা- নুপী পংলৈদা লৈমিন্নরবসু, করিসু ঙাংনদেদা অদুবুদি। হয়েংগী দিউটি অমুক, ঐদি হোসপিতালদসু অমুক চৎনিংবনি।

- হোসপিটালগী ৱারী অমুক হৌদোরক্লে। পুন্সি চুপ্পা হোসপিতালদা লৈরগদবসিবো। ঙসিদংদি ৱারীদো তোকখিসিবা। কলকতা য়েংবা নুংঙাইহীবীদ্রবরা? য়েংগদবা কয়া অমসু লৈরি- দাইমন্দ হারবর, বোটানিকেল গার্ডেন....।"

- "উম য়াম্না নুংঙাই। নংগা লোয়নবসু য়াম্না নুংঙাই মথং মথং অহাংবা মতম লাকপদা কোয়রগা লোইরেদনা। উম, ঙসিগীসু অঙকপনি, ঙসাই মখে মীয়াম মরক্তা ঙানম নমলুরগা হৌজিক্লা অহাংবা লমহাং অসিদা, অঙাংবা নুংশিং ফংবা মফম অসিদা.....।"

- "নংদি ৱাসু য়াম্না ঙাংদে, ঐনা ঙাংবা ঙাক্তা। অমুক অমুকসু তুমিন লৈ। করি খনবীরিবনো?

- "করিসু খন্দেদা, ঐগী মহৌশাগী হৈনবীনি।"

- "হুম নত্তেদা .... অতোপ অতোপ্পা ৱাখল য়াম্না খনবা মাল্লি....। দাইগনোসিস অদুক যাম্না হৈবগা, সপনা কৌবী বেঙ্গোলি লৈশাবীশি, কবি লাইনা নাবগে হায়বদু খঙবা ঙম্বীদ্রিবরা?

সপনা হংলিবা ৱাহং অদু পাউখুম পীবা ঙম্লমদে। মহাক্কী মপুক্লিংদা খল্লিবা ৱাখল নহান মখে খরা খরা খঙলবসু ঙসিদি ফজনা খঙলে। মঙোন্দা ৱাহৈ অদুদি ফোংদোকপা ঙমদ্রি। ফোঙদোক্তবনা হেন্না ফৈ। মহাক্না তশেংনা ফোংদোরক্লবদি ঐ চেনফম লৈগদৌবা মান্দে। অদুবু ঐগী পুন্সিদা করি ৱাশক লৈ, করম্বা নিংবা কায়রবা, থম্মোয় কাযববা থৌদোক অমা থোকখি হায়বগী ৱাসিদি, মঙোন্দা লিখিদ্রি। লীরবসু অর্থ য়াওদে। মহাক মহাক্কী ৱাখল, নুংঙাইরবা আশাগী ফুবা- দলাল কয়া শাগৎলম্বা য়াই। মদুনা তুংদা করি ওইরক্কদবা, হায়ফম খঙদে।

ঐনা ৱা ইঙাং ঙাংলকত্রবদা, সপনানা চৎলসি হায়বদগী ইবান্নি হৌগৎলম্মী। ভিকটোরিয়া মোমোবিয়েল তুং কোইনা থনম্লগা লৱার সারকুলর বোড লাম্হোক্লগা ঐখোয়গী হোসপিতাল যৌবম্মী। সপনাবু মাগী ক্কারটরফাওবা থিনজিনবীরম্লগা, ঐ ঐগী ক্কাবটবদা লাক্লম্মী।

## (৮) অয়োইবা য়াহীপ

ক্লিনিকেল মিটিং, ক্লাস, হোসপিটাল দিউটি অমসুং ওপরেসন- থবক ময়াম অসিনা ঐ হোসপিটালদগী নাম্থোকপা ঙম্লমদে। অদুগী মথক্তা প্রোফেসাব সেনগুপ্তগী বিছার্চ রাক, ঐগী ঠেসিস। পিজিগী অরোইবা চহী, তুম্বা ফাওবা নিংথীনা ফংলমদে। অমরোমদা হোসপিটালগী রাউন্দ, ওপরেসন ঠিয়েটরগী ওপরেসন খুদিংমক ঐনা লুচিংদুনা তৌবা- পুম্নমক অসি প্রোফেসারনা ঐঙোন্দা লোইনা শিন্নরম্মী। অক অরুবা ওপরেসন কয়া ঐগী খুৎতা থাদোক্লে। দরকার ওইরগনা প্রোফেসার কৌবা, ওইদ্রগনা ঐগী ইখাদা লৈবা ডাক্তরশিং অদুগা লোয়নননা ওপরেসন খুদিংমক ঐনা দাই লৌবা তারম্মী। পোফেসারনা হায়রম্মী, "মোসাই, নহাক হৌজিক এমএস লোইগদৌববনি। অদুনা দাইগনোসিস অমসুং ওপরেসন খুদিংমক, নতোমতা তৌজবা ঙম্নবা, ঐনা নঙোন্দা থাদোক্লবনি। অশোয অঙাম অমত্তা যাওহনবা য়াদে। চেকসিন্না থবক তৌবা তাই। ঈশ্বরনা নহাকপু থৌজানবীসনু (মে গোড ব্লেস ইয়ু)

প্রোফেসারগী পাউতাক লৌরগা ঐসু ঐগী লৈজবী থাদুনা হোৎনরম্মী। তৌক তৌরুবা ওপরেসন খুদিংমক মায় পাক্লম্মী। ঐগী থবক্তা থব্বায় য়াওবা অমসুং ইথৌ মশক খঙনা থবক ফজনা তৌবদু উরগা, ইখাদা লৈবা ডাক্তরশিং অমসুং নর্সশিংনা ঐবু কিনা চৎলম্মী, ইকাইখুম্নবীরম্মী।

মী ওইনা পোক্লগা, মাগী মাগী মথৌদা থব্বায় হকচাং য়াওনা, কখোকপা অমগা লোযননা থবক তৌবা হায়বসি মীওইবগী পুন্সিদা চঙদবা য়াদ্রবা মতীক অমনি। মসিনা মাগী মাগী শিনফমদা মায় পাকপা হায়বদু ওইগদৌরিবনি।

নোংনা জম জম লাউনা চুবা মতম, নোংথাংনা ঙাইহাক লৈতনা কুপ্তুনা অখাক অরাউ খোংবা মতম, কালেনগী শারবা কুমজা, হুমাং ঈরিক্লা হকচাং পুম্নমক পুংলুপ লুপখিবা, খৌরাংবনা খাঙবা ঙমদদুনা অফংবা ঈশিং থকখিবা। নিংথমথাগী ঈংলবা, নুংশি- নুংওন্না থম্মোয় নৌথোরকপা কয়া কলকতা লাইরেন্নীগী মতম্বাক্তা হৌখিবা খঙহৌদে। হৌখিবা মতম পুম্নকসি কলকতাদা লোয়নদুনতা লাকখিবনি বেঙ্গোলি নিঙোল সপনা রোইগা ইবান্নিসি। মহাক্কী অনিংবা অমসুং অপান্দ্রদু ঐ খঙই, খঙদবা নত্তে। অমুকসু খল্লুরি করন্বা কান্দা পেৎলক্কদগে ঐগী থম্মোয়সিবু।

অদুবু কল্লবা ঐগী থম্মোয় অসিদা অতোপ্পা মমি অমত্তা তাউ হায়বা য়ারমদে। ঐ এমএস তম্বা লোইরমদাই য়ৌরক্লবা ফাওবদা, সপনানা নাকোইননা হায়বা নত্তনা, ময়েক শেংনা ফোংদোকপা ঙমদনা লৈরি। করিগুম্বা মহাক্না মহাক্কী পুক্লিংগী অপাম্বা অদু তশেংনা হায়দোক্লম্বা তারবদি, ঐঙোন্দা পোৎলুম অমা ওইগদৌরিবনি। ফোংদোক্তনা অসুম লৈসনু। ফোংদোক্তনা পুন্সি অসিমগী কায়নবা অসিনা ঐগী অপাম্বনি, সপনাগীসু মরাইবক ফবনি। অরোইবা মিকুপতা করি থোক্লগদগে হায়বদুদি ঈশ্বর মহাক্কী মখুৎতা লৈরে।

নুমিৎ অদু হোসপিটালদা ঐগী ইথৌ কন্না তৌরি। নুমিদাংগী পুং ৮ লোম তারল্লগনি। ঈখঙ খঙহৌদনা ঐঙোন্দা অঙকপা পাউ অমা তল্লক্লম্মী। সপনাদু নর্সকী অনাবা কাদা কন্না লাইহৌ হৌবকপদগী লাইকন্নদুনা লৈবে। ঐ খোঙলৈ থুনা অনাবা নর্সগী লৈফম কাদা চৎলম্মী। ডাক্তব অমসুং নর্স ময়াম্না ইকোয় কোযশিন্দুনা সপনা লাইকন্নবা হোৎনবা অদু উবম্মী। ঐসু মাগী মনাক্তা পবপ পরপ চঙশিলম্মী।

সপনা লাইহৌ কন্না হৌবি। মহাক্কী অশাবগী চাং ১০৩ দিগ্রী ফবেনহাইট অমসুং ১০৪ ড্রিগী ফরেনহাইতা কাখৎ কুমথ শান্নদুনা লৈরি। দিউটি তাবা ডাক্তরদুনা পেবাসিতামোল ইনজেক্সন অমা কাপশিলম্মী। সপনাগী অশাবগী চাং শুকহন হন্থবমদে। ঐখোয় ময়াম চংদুনা উন মতুম লৌবগা সপনা হকচাং পুম্নমক্তা থোম্বীদুনা অশাবা লোক্লম্মী। অদুফাওবদা মহাক্কী অশাবগী চাং হনবা কৌবা লৈরমদে।

নুমিদাং পুং ১১ রোম তাবে। অযাম্বা ডাক্তব অমসুং নর্সশিং লোইনা চৎনখ্রে। দিউটি তাবা ডাক্তব অদুগা নর্স অদুগতা ঙাইহৌবে। ঐনা মাগী মনাক্তা ফমদুনা ঙাইহাক লৈতনা মহাক্কী অশাবগী চাং অদু যেংলি। দিউটি তারিবা নর্স মচা অদুগা ঐগনা সপনাদা উন থোম্বা তোকত্রি। সপনানা য়াম্না পীকপা খোঞ্জেলনা ঐঙোনদা হায়রক্লম্মী।,

- "সাব, ময়ামদি লোযনা হন্নখ্রে, নহাক্তি হৌজিকফাওবা ঐবু শঙদুনা লৈরিব্রা। সারদি দাইগনোসিস য়াম্না হৈবনি, ঐগী অনাবগী দাইগনোসিস খঙবা ঙম্বীদ্রিবরা হৌজিকফাওবা?"

ঐনা মাগী মকোক অমসুং মমায়দা উন থোম্না থোম্না হায়রম্মী,

- "সপনা, নহাক্কী অনাবসি কবিনো হায়বসি য়াম্না থুনা খঙলগনি। দিউটি তাবা মেডিচিনগী ডাক্তরনসু কন্না হোৎনরি। মখোয় ইউনিটকী প্রোফেসারদসু পাউ পীখ্রে। থেঙলবসু থেঙনা মহাক শোয়দনা লাক্লগনি। ঐখোয় ময়াম লৈরিসিদি। নং

করিমত্তা ৱাগনু, শোইদনা ফগনি।”

সপনানা মাগী শারবা খুৎশাশিং অদুনা ঐগী খুৎশাশিং অদু পায়রগা, য়াম্না ৱানা স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লগা হায়রক্লম্মী কপ্না কপ্না,

- “সার, ঐনা হায়বদি ঐগী অনাবগী দাইগনোসিস নত্তে, অনাবদি মরাইনা ফজনিদা। ঐ থোইদোক্লা খন্দেদা। অশেংবা থম্মোয়গী অনাবগী দাইগনোসিসতো হায়রোনে সার, মদুতনি ঐনা সারগী চীম্বানদগী তাবা পামজদুনা চহী অহুম চুপ্না ঙাইজরক্লিবা ফোংদোক্লমদনা ঐবু হুন্দোক্লম্লগা নবৈবাক্তা নদোম পায়খিগে খল্লবরা, ঐদি করি ওইহৌগনি। হায়রোনো সার.....।”

সপনাগী মমিৎ অমসুং মমায় অদু পিবাংতনা পুমচোৎ চোৎলি। উন থোম্লম্বা নর্স মচা অদুসু সপনাবু উরগা মপী ঈরা চেন্দুনা কপলি। ঐঙোন্দা সার ঐ ইচেগী অৱাবসি য়েংবা ঙমদ্রে, ঙাইহাক্তো মপান থোকচকখিগে হায়দুনা থোখ্রে। ঐনা সপনাগী মমায় অমসুং মশমদু নানবী নানবীনা হায়রম্মী,

- হোয় ঐ নংগী থম্মোয়গী অনাবগী দাইগনোসিস খঙই, নংগী অপাম্বা লোইনা থুংহনগনি। নং অনাবা ফবোনে সপনা, নং অনাবা ফরো...........
( হায়না হায়না মিৎলুদগী পিবাং শিন্থুখিবা খঙহৌদে)

সপনাগী অনাবসি করিনো খঙদোক্লবা হোৎনগে হায়না নিঙলে। পুক্লিং অসি লৈতারমদে। মেডিচিনগী ডাক্তব নহাদুসু চংলক্লম্মী। মহাক্লা জুনিয়র যাম্না ওইবা মরম্না ঐবু কিনা চৎলম্মী। ঐনা মঙোন্দগী অযাবা লৌবগা মখোযগী ইউনিটকী প্রোফেসারগা ৱারী শান্নরম্মী টেলিফোন্দা। ঐগী খোঞ্জেল তাবদা, প্রোফেসার সুব্রোটো বেনর্জী য়াম্না হরাউবম্মী। ঐনা প্রোফেসার বেনর্জীদা

- “সার ঐনে, প্রোফেসার মেনগুপ্তগী পিজি ছাত্রনি।”

- “য়েশ, য়েশ ঐ খঙলে। সপনাগী ফিফম খরা ফগৎলব্রা? নংনা যাম্না কন্না থৱায় যাওনা হোৎনরি হায়বা, ঐ পাউ ফংলে।”

- “সার, হৌজিকফাওবা অশাবগী চাং হন্থহনবা ঙমদনা লৈরি। ঐখোয়সু হোৎনবা য়াবা মখৈ হোৎনজবি। সারদা করিগুম্বা খরা হঙ্গৎচনিংদুনা টেলিফোন তৌজরকপনি।”

- “(প্রোফেসার য়াম্না হরাউবগী মীনোক নোকপগী মখোল তারম্মী) নংনা করি তৌনিংবা, ঐনা অয়াবা পীরিবা অসিনি, হায়যুনে, হায়যুনে।

- (ঐনা চিংনবা লৈতনা) সার, সার, সপনাগী অসি খুদক্তা লৈসমান

ষ্টেন তৌদুনা মচু শংলগা য়েংনিংই। অদু সারগী অয়াবা য়াওদনদি

- "ও, য়েশ মদু য়াম্না ফবা ৱাখলনি, থুনা ঈ অদু লৌরগা য়েংলো। ফল অদু ঐঙোন্দা খুদক্তা খঙহল্লকউ। থীহ্নবা তৌরগনু।"

- "ফনি সার, থাগৎচরি"

টেলিফোন অদু থম্লম্মী। ডাক্তর মচা অদু কৌরম্মী। মহাক্কা লোইননা সপনাগী ঈ খবা চিংলম্মী। ঈগী লিক্লি মচা অদু পুদুনা ঐগী কাদা চৎলম্মী। মাইক্রোসকোপ লৌথোকলম্মী। ঈগী লিক্লি মচাশিং অদুদগী ঈ মরিক খরা খরা স্লাইডতা হাপলম্মী। ঈগী স্লাইড অদু লৈসমান ষ্টেন শঙলম্মী। ঙাইহাক লৈরগা য়েংবা যারগনি হায়বা মতাং অদুদা মাইক্রোসকোপতা মৈ কাপশিল্লগা ঈগী ছেলশিং অদু য়েংলম্মী। অহানবা শরুক অদু উবমক্তদা ঐ স্বাই লাউরম্মী। কোকচাউবী ফোং লাউনা কাবক্লম্মী। মাইক্রোসকোপতগী হন্দোক্লগা ঙাইহাক ৱাখল তৌদুনা লেপ্তুনা লৈবম্মী। ঐগী লাইবক অমসুং ঙকশমদা কাংলিবা হুমাংশিং অদু তৈথোক্লম্মী, রুমাল অমা লৌথোক্লগা। মাইক্রোসকোপতা অমুক হন্না য়েংলম্মী। মথং মথং ফিল্ড মযামশিং অদু য়েংলম্মী। ঐনা খল্লম্বা ৱাখল অদু চুম্লম্লে। সপনাগী দাইগনোসিস খঙলে। সপনা এক্যুট মাইলোইড লিউকেমিবা - ব্লড কেন্সর .... নারমলে। খঙহৌদনা ঐগী নাকোং শিংজা যৈনা লাইরক্লম্মী, শকখঙদবা খোঞ্জেল অমনা

- সপনা ব্লয কেন্সর, সপনা.... সপনা, ব্লড, ব্লড, ব্লড, কেন্সর..... ক্লেসব .... কেন্সর... খোন্থাং য়েরকপা অদুনা নাকোং য়েশিলম্মী। ঐগী নাকোং অনিমক খুবাম্না মেনশিন্দুনা খাঙলম্মী।

খোঞ্জেল অদুসু মাঙখ্রে, খোন্থাং অদুসু নিনখিদরে। ঐগী হকচাংসে খোঙদগী তোনফাউবা নিক্লি-থক-থক।

ঐ মথক্তা চেনখৎলম্মী, সপনাগী মনাক্তা। ডাক্তব মচা অমসুং নর্স মচা অনিদু সপনাগী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈবমলি।

ফমুং মনাক্তা চঙশিন্দুনা সপনাবু মুন্না য়েংলম্মী। মুন্না য়েংলগা তুমিন্না অদুম লেপ্তুনা লৈরম্মী। খৌনাউদগী ঐগী খোঞ্জেল অমত্তা থোরকখিদরে। ঐগী ইতৌদু উরগা নর্স মচা অদুনা ঈপা পাখৎনা হায়রক্লম্মী, " সার করি তৌরবগে, সারনা তুমিন লেপ্লিবা করিগীনো? ৱা-লান অমত্তা ঙাংদবমখৈ। ইচে সপনাবু কৈদৌরবগে?" ঐ মহাক্কী পাউখুম পীরমদে। অদুবু ঐঙোন্দা পাঙ্গল খজিক্তং

লাকপগুম তৌরম্মী। ঐনা দিউটি তারিবা ডাক্তর মচা অদু কৌথোক্লগা হায়রম্মী, " নং এক্যুট লিউকেমিয়াগী ব্লড পিকচর খঙবা নত্রা? মহাক্না খুম্লক্লম্মী। খঙই সার, খরা মখৈদি অদুম হায়বা ঙমজগনি। ফরে অদুদি লাকও য়েংলুরসি হায়দুনা ইবান্নি ঐগী কা মচা তান্না চৎলম্মী। ঐনা হান্না থৌরাং তৌদুনা থনম্লবা ঈগী স্লাইড অদু মঙোন্দা মৈ থাগৎলগা য়েংহলম্মী। মহাক্না মাইক্রোসকোপ্তা ব্লড স্লাইড অদু য়েংলগা খংলাউ লাউরক্লম্মী, "মনি সার, মানি সার, লিউকোমিয়ানি" ঐনা লাকও চৎলসি হায়দুনা মথক্তা অমুক কাখৎমিন্নরম্মী। ঐনা মঙোন্দা অমুক ইবান্নিদা ঙাইরিঙৈদা হায়রম্মী,

- "য়েংও মোসাই, প্রোফেসার বেনর্জীদা খুদক্তা পাউ অসি হায়দবা যাদবনি। অদুগা য়েংওই, পাউ অসি কনামত্তা খঙহনবা য়াদ্রি। মকুওইনা সপনাগী নাকোং যৌখ্রবদি য়াম্না নিংবা কাযবগনি দিউটি তারিবা নর্স মচা অদুফাওবা খঙহনখিগনুকো। ঐ চৎলে প্রেফেসারগা ৱারী শারুখিগে, ঐ চৎলে, নং অনাবা শঙলম্মু, থুনা লাক্কনিযে।"

ঐনা মেডিচিনগী দিপার্টমেন্টকী মকোক ওইরিবা ইন্দিয়াদা মমিং লৈরিবা প্রোফেসাব সুব্রোতো বেনর্জীদা খুদক্তা টেলিফোন তৌরম্মী,

- "সাব সাব, ঐ সবজরিগী পিঃজি ছাত্র"

- "য়েশ, য়েশ, করি ফল ফংলে, নংনা ঈ য়েংবদু"

- সার, "এক্যুট মাইলোইড লিউকেমিয়া !"

- ও ! মাই গোড । ঐ থুনা লাক্লগে, পেথোলোজিগী প্রোফেসারদসু পাউ পীখ্রগে।

মথং মথং পাউ পীনদুনা সপনাগী দাইগনোসিস তং তাবা অমা খঙলে। মহাক ব্লড কেন্সব নাবে। প্রোফেসাব সুব্রোতো বেনর্জী লাক্কুনা খুদক্তা লিউকেমিয়াগী কেমোথেরাপী হৌনবা মাগী ডাক্তবশিংদা খঙহনখ্রে। ঐবু কৌথোক্লগা থাগৎৱাহে কয়ামরুম ফোংদোক্লম্মী প্রোফেসারনা । ঐনা সারবু মখোঙ পাইদুনা খুরুমজরম্মী। সারনা ঐবু চিংখৎতুনা কোক নানবীরি। অনাবা অদু খরা শেন্নবা য়াউনবা পাউতাক পীরি। নহাক্কী পাইরক্কী লৌশিং লৈবা, দাইগনোসিসগী কেপতেন ওইবসিদা ঐ যাম্না পেল্লে, নংগী পোফেসার সুবীর সেনগুপ্তদা ঐ হৌজিক যুম হেক যৌবগা ৱারী শারুরগনি, ঐ য়াম্না নুংঙাইরে, মাই বোই, ঐ য়াম্না পেল্ল হায়রম্লগা প্রোফেসার বেনর্জী চৎখ্রে।

হুম্নিসুবা নুমিৎকী নুমিদাং পুং ৯ লোম তাবন্নগনি। ঐ সপনাগী মনাক্তা ফমদুনা লৈরি। লাইহৌ খরা হল্লবসু মহাক্কী ফিভম য়াম্না থীনা শোক্লে। হৌজিকফাওবা ঐগী চিন্দগীদি মহাক কেন্সর নারে হায়বসিদি হাযদ্রি অদুবু অতোপ্পা মীশিংদগী তারমগদ্রা হায়বগী চিংনবদি লৈ।

দিউটি তাবিবা ডাক্তর অমসুং নর্স অনিদু ঙাইহাক লৈতনা চথোক - চৎশিন তৌদুনা লৈবি। নর্স মচা অদুনা সপনাগী কাপফম থোকপা হীদাকশিং কাপ্পি। মহাক্কী মিহুন, অশাবগী চাং অমসুং ব্লড প্রেসব ঙাইহাক লৈতনা যেংলি।

সপনা মমিৎ উইশিন্দুনা ঙসাইমখৈ লৈবনি। মমিৎ অদু পাঙথোক্লগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরি। মহাক য়াম্না পীকপা খোঞ্জেলনা ঐবু যেংলগা হাযবক্লম্মী,

- "সাব, ঐগী অনাবসি সাবনা ইহান হান্না দাইগনোসি তৌই হাযনা ...?"

ঐ স্বাই লাউবম্মী। সপনাসি মহাক ব্লড কেন্সব নাবে হায়বসি খঙলবা জাৎলা ! কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা শোযদনা কাংথোক্লমগনি পুক্লিংদা ঐগী নুংনাংবা অমসুং নুংঙাইতবা য়াওনা ঐনা হাযবম্মী,

- কনানা হাযবিবা নঙোন্দা

- "(যাম্না ৱানা নোকফেৎ তৌবগা ঐগী খুৎশাশিং অসি পাযবগা) সাবনা ঐগীদমক্তা হোৎনবীবা অসিগুম্না ঐগী পুন্সিদা কনামত্তনা হোৎনবীখিদ্রি। মসিগীদমক্তা পুন্সিসিমগী লমন তোল্লবনি.... অদুবু ঐ লোইনা খঙলে সাব, নহাক্কী লমন শিংব ঙম্লোইদৌবি, সাব, ঐ হিংলবোই ঐ হিংলবোই.....।

সপনা ৱা ঙাংবা ঙাইহাক লেপখিবম্মী। মমিৎ অদু তরু তরু পাঙলগা ঐঙোন্দা যেংলি। মিৎলুদা নত্তনা মিৎ অনিমক পিবাংতনা থুমহৎলি। তাবকলিবা পিশিং অদুনা মোন অদু পুমচোৎ চোৎলম্মী। ঐনা মগী মোন মযাদা লৈবা অমোনবা ফি অঙৌবা মচেৎ অদু লৌবগা মহাক্কী মিৎ, খজাইদা চোৎলিবা, শীন্থরক্লিবা পিবাংশিং অদু তৈথোকপীবি। সপনানা অমুক হাযরক্লম্মী,

- সাব, ঐ ব্লড কেন্সব নাবে হাযবসি সারনা ইহান হান্না খঙবীবা নত্রা?

- (ঐনা খোঞ্জেল কল্লপনা)সপনা.....।

- (সপনানা মরি মবি ঙাংথবি) সার ঐ ব্লড কেন্সরনা নারবনি, ঐ খঙই....ঐ হিংলবোই হাযবসি ঐ খঙই। অরোইবা ওইনা ৱাহং অমত্তা হংজগে। সাবনা ঐগী নুংশিববু দাইগনোসি তৌরে হায়বদাই.....?

- সার, ঐনা নংবু তশেংনা নুংশিবনি, অদুবু নোংমতসু অশেংবা নুংশিবা অদু নাকোইননা হায়বা নত্তনা সারদা নুংশি হায়না ফোংদোকপা ঙমখিদে। ঙসিদি পুন্সিগী লোইরমদাই মিকুপ অসিদা হায়রিবসিনি, ঐগী পুন্সিদা সারদগী হেন্না অতোপ্পা নুংশিবা অমত্তা লৈখিদ্রি, কালি মান্দিরদা লাইখুরুম্বা চৎমিন্নবা অদুদা ইমা ইবেম্মনা সাক্ষী ওইরগা ঐগী পুন্সিসে নঙোন্দা কখোকখ্রবনি। অদুবু নংনা নোংমতসু ঐবু নুংশি হায়খিদ্রি.... ঐবু তশেংনা নুংশিবা নত্রনে..... নংনা ঐবু তশেংনা নুংশিব নত্রনে....?"

- "উম সপনা ঐ লোয়না খঙই। নহাক ৱা য়াম্না ঙাংগনু। পোত্থানবা হোৎনসিকো।"

সপনানা ঐনা হাযবদু তারমদে। মহাক্না থোকপা হৌখিবা পুন্সিগী ৱাবী কযামরুম পুথোক্কুনা পঙঙাংদা ঙাঙলি। অহানবদদি ৱারীশিং অদু অমগা অমগা শন্নবম্মী। মমৈথংদদি চোইবোল লোনবা হৌবক্লে।

সপনাগী মমা মপা, মবি মতা পুম্নমক পাউ ফংদুনা সপনাগা উন্নখ্রবনি। নুংতিগী লাক্কুনা মহাক্কী ফিভম যেংখ্রবনি। ইমুং মনুংগী ৱারী কযা শাখ্রবনি। ঐগসু কুপ্না ৱাবী শাখ্রবনি- সপনাগী অনাবগী মবমদা। মখোয পুম্নমক লাক্কুনা মপান্দা লেপ্পুনা লৈবি।

সপনা ৱা অসুম ঙাংলম্বদগী ঐগী খুৎশাশিং অসি কন্না পাইশিল্লক্লম্মী। মহাক কবিনো অমা তৌবে হাযবসি ঐ খঙলম্মী। অদুবু অবোইবা অদু ঐনা হোৎনবা যাদবা মবমনা দিউটি তাবিবা ডাক্তর অমসুং নর্স অনিদু কৌশিল্লম্মী। মখোয লোয়না চেনশিল্লক্লে। সপনাগী ফিভম যেংলি। সপনা খঙহৌদনা ৱাম্থখ্রে। মীনা কৌবা খুমখিদরে। ওকসিজেন থাজিনখ্রে। কাপ্পা যাবা হীদাক কাপশিনখ্রে। ৱার্ড ৱার্ডতা তাবা ডাক্তব অমসুং নর্সশিং খবামখৈনা লৈহৌববসু অযাম্বদি চেনশিল্লক্কুনা সপনাবু লাইকন্নবা অমসুং যেংবা লাক্লম্মী। প্রোফেসাব সুব্রোতো বেনর্জীসু খুদক্তা য়ৌবক্লম্মী। সপনাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মহাক্কী ফিভম যেংলি। ঐদি কা অদুগী মচি অমদা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈবি।

সপনাগী মিহুল লেপখ্রমাল্লে। হোল্লম্বা স্বোরসু হোনখিদ্রবা মাল্লে। প্রোফেসাব বেনর্জীনা সপনা শিবে হায়বম্লগা মপান থোকখ্রে। তিল্লম্বা ডাক্তরশিং অমসুং নর্সশিং, সপনাবু অরোইবা মিৎয়েং য়েংলম্লগা লোইনা থোকখ্রে। সপনাগী মনাক্তা মী কনামত্তা লৈত্রে।

মহাক্কী থব্বায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু ফমুং মথক্তা তাদুনা লৈরি। ঐ কা অদুগী কাচিন্দগী থোরক্লম্মী। সপনাগী মনাক্তা চংশিল্লম্মী। থাজদদুনা মহাক্কী মিহুল অদু অমুক য়েংলুরি। থব্বায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু মিহুল হুনখিদরে। থাজবা ঙম্লমদে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা ব্রাবী শান্নবম্বা সপনা, হৌজিক্তি তাইবঙ লোল থোকখিদরে। ঐবু নুংশি অমুক হাযবক্লবোই। কলকতা সহব য়েংলুসি, কোইমিন্নরুসি অমুক হায়রক্লবোই....। অবোইবা ওইনা ঐনা থম্মোয় শোক্লা হায়রম্মী,

-"চৎলোকো সপনা, তাইবঙপানসি থাদোক্তুনা। স্বগগী লৈকোলদা লৈরাংগী লৈনম ওইনা তিনখ্রোকো, ব্রারৌগনুকো ঐবু....।"

মাই লৈথোবকপদা সপনগী মমা-মপা অমসুং মরি মতা পুম্নমক চেনশিল্লকপা উবম্মী। সপনাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা থব্বায যাওদ্রবা হকচাংদু কোন্দুনা কপলি পলেম পন্থৌ অনিনা। মীকপ মীরাওখোলতনা কা অদু পুমনিল নিলহৌরি।

ঐ ব্রা ঙাংদনা কাদুদগী থোবক্লম্মী।

## (১) পোইনু

ঐগী কাদা ফমদুনা ব্রাখল ময়ামশিং অসি খন্দুনা লৈররি। অয়ুক ঙন্তা ঈরুজথোক্লগা লাইরিক লাইশু খরা য়েংগে খন্দুনা কাদা লৈবনি। ইমানা লোল্লকপা চা অদু থক্লা থক্লা কলকতাগী হৌখ্রবা থৌদোক ময়ামশিংদু নিংশিংদুনা ফল্লিঙৈদো মতম হৌখিবা খঙহৌরমদে। এমএস পাস তৌরবা মতুংদা প্রোফেসার সেনগুপ্তনা হায়খিবা ব্রাহৈশিং অদু অমুক নৌহৌননা নিংশিংলি,

- "নহাক এমএস সরজরিদা গোল্ড মেদালিষ্ট ওইরবনি। হয়েংদি মনিপুরদা চংখ্রগনি। নংনা কাউরোইদবদি মতম পুম্নমক্তা নথৌদা পুক্লিং চংবনি। অদুগা কলকতাদা লাকপা খুদিংদা ঐগী ইনাক্তা চঙলক্কদবনি।কাউগনুকো মায় চাইল্ড ! ঈশ্বরনা নহাকপু মতম পুম্বদা থৌজানবীবা ওইসনু।" ঐগী কোক্তা প্রোফেসাব সুবীব সেনগুপ্তনা নানবীখি। ঐনা মখোঙ শোক্তুনা খুরুমখি।

অসুম্না ব্রাখল ময়াম অমা খন্দুনা উংবা লোইরকপদা খঙহৌদনা টেলিফোন লাক্লম্মী। টিলিফোন অদু পাইখৎতুনা হেল্লো হায়রুবদা ডাক্তর লৈনানা হায়রক্লম্মী ,

- সাব, ঙসি ওপরেসন ময়াম অমা লৈবনি পুং কয়াদা লাকপীগদৌবিবনো? থৌরাং লোয়না তৌজখ্রবনি।"

- "করি করি ওপবেসন্নো? ডাক্তর অঙল্লাদি পাউ পীখ্রবরা?"

- "সার, কোলিসিষ্টেকটেকমি, পারসিয়েল গেষ্ট্রেকটোমি, হরনিওরাফি অমসুং অতে মাইনর ওপরেসন খরা...। ঙরাং ঐনা লিষ্ট শেম্লগা শিন্দোকপা লোইজখ্রবনি। মেদাম অঙল্লাসু পাউ পীজখ্রে। ডাক্তর লোরহোদি খরা থেঙনা লাক্লনি হায়রম্মী। সারদা পাউ অমুক্তা পীবীয়ু হায়রম্মী।"

-ফরে, ফবে, ঐ লাক্লবা তৌরগে।

- খরা ঙন্না লাকপীয়ু সার। ঐখোয় ওপরেসন ঠিয়েটরদা থৌরাং লোইনা তৌদুনা ঙাইদুনা লৈরম্লগে।"

টেলিফোন অদু থম্লগা, ঐগী কাদগী মখাদা কুমথরক্লম্মী। ইমানা চাক লোইদুনা লৈরমলে। চাকশঙদা চঙলগা ঐগী চাক থীবীনবা হায়রম্মী। ইমানা চাক য়েনশাং মথং মথং পুথোরক্তুনা চাকচা টেবল মথক অদুদা ঐগী মাঙদা থম্লম্মী। চাক চাবা হৌরম্মী। ইমানা হায়রক্লম্মী,

- "করি করি হাপ্পকখোগে, য়ারদ্রা ইবুংঙো......।"

- "য়ারনি ইমা।"

- "নংগী টেবলদা চাক চাবসি ইমাখোয়দি হৈনখিদ্রে। মখাদা লৈতানা ফল্লগা চাবসিনা খ্বাইদগী পুক্লিং তাজে।"

- "(ঐনা চাক চখোম অদু শায়না শায়না) ইমা মপান্দা মতম কুইনা লাইবিক তম্বা চৎলুবদগী অদুম হৈনখ্রে। মসি চাউখৎপগী খুদমনি। পাবদি কদোমদা চৎখ্রে।"

- "নোইগী নপাদু ইংখোল মতেক অমা লৈবদু করি করিনো খরা থাজিনগনি হায়রম্বনি। ইংখোল শুরমগনি।"

ইমাগা ইবান্নি ৱারী শানা শানা চাক চাবা লোইরে। ফিরোল শেৎচিল্লগা ঐগী কার অদু থৌরগা হোসপিটাল তান্না চৎলম্মী।

ওপবেসন ঠিয়েটর য়ৌবে। ডাক্তবগী ফিবোল হোংফম কাদা চংলম্মী। ওপবেসন হৌনবগী থৌরাং লোইরে হাযবা পাউ ফংলম্মী। নর্স কৌরগা ঐগী গাউন, তুপী অমসু চিনখুম ফি উপশিল্লম্মী। খুৎ শেংনা হামদোক্লগা ওপরেসন ঠিয়েটর মনুংদা চংলম্মী।

ওপরেসন চথনবগী থৌরাং লোইদুনা লৈবমলে। মযাম অদুনা ঐবু গুড মোবনিং সাব হায়দুনা ওক্লম্মী। ঐসু চিংখুম ফি মনুংদা নোকফেৎ তৌরগা ওপবেসন টেবল মনাক্তা চংশিল্লম্মী। ওটি নর্স অদুনা গ্লোভ পীবক্লম্মী। গ্লোভ উপশিনবা লোইরবা মতুংদা ময়ামদুবু কোইনা অমুক্তং য়েংলম্মী। লৈনানা ঐগা মাযযোক্লনা অনাবগী ওইথংবা মায়কৈরোমদা লেপ্পগা এসিষ্ট তৌনবা ঙাইদুনা লৈবম্মী। ডাক্তর অঙল্লানা অনাবা অদু পংথহনবা হৌখ্রে। ওকসিজেন অমসুং নাইট্রস ওক্সাইডকী চাং যেংলি। মিহুল অমসুং ব্লড প্রেসব য়েংলি। ওপবেসন হৌবা য়াবনি হায়বগী ইঙ্গিৎ পীবক্লম্মী। পুক্কী উনশা অদু লৈনানা শেংদোকলম্মী। ঐগী যেৎথংবা খুৎ অদু তিংথোক্লম্মী। নর্সনা থাঙ মচা অদু পীবক্লম্মী। লেনবা হৌবম্মী। পুক্কী মনুং য়ৌবে। লৈনানা ঈগী উতোং মচা মচাশিংদগী থোরকলিবা ঈ- শিং অদু ইলেক্ট্রিক কোতবাইজেসন তৌদুনা খকহল্লম্মী। গোল ব্লেডর য়ৌবে। গোল ব্লেডর অদু য়াম্না চাউথোক্লমলে। মনুংদা নুং কয়ামরুম লৈবসু থেংনবম্মী। কমন বাইল দক অমসুং হেপাতিক দক অমদি সিষ্টিক দকশিং অদু খন্দোকলে। ফজনা শেংদোক্লবা মতুংদা গোল ব্লেডর অদু ককথৎলম্মী। লেমহৌবা সিষ্টিক দক অদু ফোৎচিল্লগা থল্লম্মী।

লৈনানা গোল ব্লেডর অদু লৌথোক্লগা কিদনি ট্রে অমদা হাপ্লগা নর্সতা শিন্নখিরম্মী। সোমদা ডাক্তর অঙমলানা অনাবগী ফিভম য়েংশিল্লি। ডাক্তর অঙমলানা লাউরক্লম্মী "কারডিয়াক এরেষ্ট, হার্ট লেপখ্রে। "ঐনা থবাক্তা কারর্দিয়াক মেসেজ তৌরম্মী। কান্নবা ফংদ্রবদা নর্সতা ঐনা লাউরম্মী," হেভী নাইফ, থুরো মী খুদিংমক পাখৎনরম্মী। থবাক্কী শরু অদু লেনথৎলগা ইন্টরনেল কাবর্ডিয়াক মেসেজ তৌবম্মী। খুদক্তা অনাবা অদু স্বর হোলম্মী। হার্ট অদু মতোমতা থবক তৌবা হৌরম্মী। ডাক্তর অঙমলানা নোকফেৎ তৌরগা হায়রক্লম্মী। "ওঃকেঃ সাব.... অনাবা নোর্মেল ওইরে।" ঙাইহাক য়েংলবা মতুংদা থবাক্কী শক অদু ফোৎচিল্লম্মী। লৈনাদু হুমাং কাংবা মখৈ ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরমলিবা জাৎনি। হৌজিক্তি কবিসু তৌরবোই, পুক্কী মরোলশিং অদু মথং মথং ফোৎচিল্লো হায়না লৈনাদা হায়রম্লগা ঐ মপান্দা থোবক্লম্মী।

মথং মথং ঙাইহাক ঙাইহাক পোখাবগা, ওপরেসন ময়ামশিং অদু লোইশিনবদা নুমিৎ তাগদৌরমলে। ডাক্তরশিংগী ফি হোংফম কাদা ফমদুনা লৈরি ঐ ডাক্তব অঙমলা অমসুং লৈনাসু মখোয়গী কাদা চঙদুনা ফি হোংদোকপা লোইবদুনা ঐগী ইনাক্তা চংলক্তুনা ফম্লবে। ঙাইহাক ৱারী ৱাতাই শান্নরবা মতুংদা ডাক্তর অঙমলা চংখ্রে।

লৈনাগা ঐগা অনাবা ময়ামশিং অদু অমুক য়েংলুবগা ঐগী কাদা চংলক্লম্মী। ঐ ঐগী পোখানবা চৌকিদা ফমদুনা পোখাবি। লৈনাসু ঐগী ইনাক্তা লৈবা চৌকি অমদা ঐগা ওনশিন্ননা ফম্মিন্নবি। লৈনানা হায়বক্লম্মী,

- সার ঙসাইগী খুদক্কী ওইবা থম্মোয মেৎতুনা মী হীংগৎহনবা অদুদি ঐদি পুন্সিগী উদ্রি। সাবনা মদু তৌরমদ্রবদি অনাবা অদু শোইদনা শিবমগনি....। অদো - চা নুং লোইনা হাযখ্রবনি, য়ৌরক্লগনি...."

- ওপবেসনগী ৱারীদো ঙাইহাক তোকখিসি। অতোপ্পা ৱারী শাশি।

- অদো নুমিৎসু তাখ্রে, ঐবু থীনবীদবসু য়ারবোই, ঙসিদি খবা থেঙনা লৈখিসি হায়বা

- উম, নং য়ুমদা চৎনিংদ্রিবরা, ৱাদ্রনে?

- "চৎনিংদেদা, ৱাদেদা, সারগী ননাক্তা অসুম লৈনিংই, লৈরিমখৈ নুংঙাইবা পোকই.... করিগীনো খঙদে.....।"

- ফরে, অদুদি ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী ৱারী তানিংব্রা? তানিংলবদি লীবীগে তৌনিদা"

- "তানিংই সার তানিংই। ঙসি অহিং চুপ্পা তাদুনা লেল্লবসু কৈসু কায়দে, .... সে লীরোবা .... হৌরোবা........।"

ঐনা ঐগী অঙাং ওইরিবৈদগী ডাক্তর অমা ওইরকপগী ৱারী অদু অঙাংবা লৈগী মফমদা লীবা হৌরম্মী।

নোংমগী নুমিদাংৱাইবমনি। নুমিৎনা চীঙগী মরুমদা অসুম অসুম হায়থপ্লি। ইমাগা ঐগা লাঙ্গোল চীঙগী হায়থরকপা চীঙখোং অদুগী ময়াদা লৈবা লৌবুকশিং অদুগী মপান্দা লৈরিবা তু- খোং মচা মচাশিং অদুদা ঙা ফারি। ঈশিংখোংশিং অদু ঐখোযগী লৌবুক্তা তাইনবা ঙাক্তনি। ইমানা লোংথ্রাই পায়দুনা লোং খোল্লি। মরক মবক্তা মৈতৈ ঙামু, উকাবী, ঙশেপ, ঙাক্রোনচিংবা লকপশিং অদু তুংগোল পায়দুনা লৌখোং ময়াদা ঐনা যারি। ঙা অমত্তং অনিদং য়াউবকপদা হৱাউবগী ঙমখৈ লৈবমদে। ফন ফন চোংদুনা লাউবম্মী ঐনা।

মতম ফনা যাম্না থেংজিল্লক্লে। পাবসু চীঙমায়দগী শীঙ কোকথোঙ অমা পুবদুনা কুমথবল্লম্মী। থেঙলে চৎলসি হাযদুনা পবপ পবপ চৎখৎখরে পাবদি। ইমাগা ইবান্নিসু ঙা- ফাবা লোইশিন্দুনা পাবগী মতুং ইন্দুনা পরপ পরপ লাক্লম্মী যুমলোমদা ।

পোইনুগী মতম ওইবনা লম্ফোল পাৎ অদু মচি মচিদা লৈবা খোংশিংদা ঈশিং খরা খবা তুংবা নত্তনা অয়াম্বা মফমদি অশং অশংবা নাপীশিং ঙাক্তা ওইনা উরম্মী।

খুদৈ মচা অচোৎপা অমদু কন্না শেৎশিল্লগা ইমাগী ফিজি পায়দুনা ইল্লি ঐনা। মবক মবক্তা খুদৈ অদু অমুক অমুক নাম্থোবক্তুনা ফৈজোম থোকই। শেৎপা হৈত্রে ইমা হাযদুনা ফৈজোম ইথোক থোকপা মখৈ ইমাদা লাউরম্মী। ইমানা কিশি কিশিল্লগা খুদৈ অদু অমুক শেৎপিবি। ফুবিৎসু লিৎলমমদে। হকচাং পুম্নমক মাই মিৎ যাওনা লৈখোম লৈনাং ইতৈ তৈবম্মী। পাৎথী- কোমথী পুম্নমক নাপীনা পাক্তননা কুপখিবনা মবম ওইবনা অপাকপা লমহাং ওইনা উরি। খঙদদুনা কংফাল ওইরবোই নিংদুনা চংশিল্লুবদা, ঈশিং ওইবম্বদুনা খ্বাং ফাওবা লুপশিনখিরম্মী ঐ। ইমানা ঐবু চিংখৎপিরম্মী। খরা চৎলগা খোঙদা তীনফা ময়াম অমনা পুংয়োম য়োম্বদু, য়োম্না য়োম্না চিকপদু উরগা, ফন ফন চোংদুনা ঐনা কপলম্মী। ইমানা তীনফাশিং অদু অমমমতা ওইনা লৌথোকপীরম্মী। হন্দক্তি কোমজাউ অমদা ইমাগা ইবান্নি চুপ লাউনা লুপসিনখিরম্মী। ইমানা ঐবু থাঙ্গৎতুনা পমখৎলগা কংফান্দা

পুখৎপিরম্মী। ঈশিংদগী কাখৎলগা ইমানা ঐবু কংফালদা লেপহল্লম্মী। ঐগী খোঙদা লীল অমা লৈরম্না অদু উবদা, ঐনা 'ইমা' 'ইমা' হায়দুনা লাউরম্মী। ইমানা পরপ পরপ চংশিল্লক্তুনা লীলগী মকোক অদু মখুৎনা তাপ লাউনা পাইশিল্লম্মী। অশাংবা মশা পুম্নমক অদুদি ঐগী য়েৎথংবা খোঙদা মরৈ মরৈ লৈশিন্দুনা য়েৎতুনা লৈম্রে। ঐনা ইমা ইমা হায়দুনা কপলি। ইমানা লিল অদু লৌথোক্লবা কন্না হোৎনরি। অদুবু যাম্না কন্না য়েৎশিনখিবা মরমনা লীল অদু লৌথোকপা শুকয়া য়ারমদে। পাবদি শীঙ কোকথোং অদু পুদুনা ফনা য়াম্না হেগৎখ্রে, কৌবা পাউবা তাদ্রে। ইমানা করিগী কপ্পি অঙাওবসিদি লীল্লবোবনি কবিসু তৌরোই হায়রম্লগা তুংলোমদগী থাঙ্গোল লৌথোরক্তুনা লীল অদু মতুপ মতুপ ককথৎলম্মী। লীল অদু মতেক মতেক লম্বীদা তাদুনা লৈহৌবে। খোঙনা অমুক হন্না চৎপা ঙমদদুনা ইমানা ঐবু পোবীরগা য়ুম য়ৌরকলম্মী।

য়ুমদা অবোক্লা লালটেন থাউমৈ পাযরগা ঙাইদুনা লৈরম্লে। পীক্লিবা অঙাং অসিবু লৌবুক্তা পুরগা চৎলি হায়দুনা ইমাবু অবোক্লা পংচৈদা চৈবীরি।

অবোক্লা ঈশিং অশাবনা শেংনা ঈকজথোকপীরে ঐসে। ফুরিৎ মচা অমসু লিৎশিনবীরে, খুদৈ অরাংবা অপাবা মচা অমা শেৎচিনবীরে। ফুঙ্গা ময়াদা চঙদুনা মৈ য়াইদুনা লৈরি। নিংথম মতম ওইবনা হকচাং অসি থক থক নিল্লম্মী। মৈনাক্তা ফম্বদগী খবা মখৈদি মফরে। ইমাগা ইবান্নিনা ঙসাই ফারকপা ঙাশিংদু থোংননবা খরা থাইদোকখ্রগা লেমহৌবশিং অদু য়োৎকী খরায় অমদা হাপ্লগা য়োৎশুবী মথক্তা যাইরি। ঐগী ইচননুপী থোইবীসু তুম্মুবদগী হৌগৎলক্তুনা ফুঙ্গা ময়াদা চঙলক্তুনা ফম্লম্মী। মুনফাৎত্রিঙৈদা ঐনা চেগপনা চপলগ ঙা অমা লৌথরগা মচেৎ মচেৎ শেৎতৎলগা চাবা হৌবম্মী। থোইবীনসু তামো ঐগীসু পীয়ু হায়দুনা মচেৎ খরা পীবম্মী, চামিন্নবম্মী। ঐখোয় অনিনা তৌরিবা মতৌ অদু উবদা অবোক্লা খংলাউ লাউরক্লম্মী - "ঙাইখোনেহে নবান্নিবো, থীবোঙজাওশিংসিদি, মুনফাৎত্রিঙৈনা হিংজ্রোং কাইজ্রোং হেক চারদনা, মরুয়ুরনিনা হায়।

চাকখুমদা ইমানা চাক থোংলি। অচাথাউ অমত্তা লৈরমদরে, ঙা থোংদবা তারে হায়দুনা ইমানা হায়রক্লম্মী। ঙসাইনা হায়রকপা য়াদ্র ঙাসি খরা য়োম্থোক্লগা অচাথাউ অদু লৈরম্লবসু ফগদবা। হৌজিক্তি মমসু মমখ্রে, তোকও ইবেম্মা ঙাদু থোমলুরনু, কাংশোইরা কারাংলা খরা হেক্তা থোংজিল্লো হায়না অবোক্লা অমুক ফুঙ্গা ময়াদা ফম্না ফম্না ইমাদা হায়রি। করিগীনো থাউ য়াওদ্রবদি থোংবা য়াদ্রা।

শরেংসু থোংবা, থাউসু থাকপা কদাইদগী লৌরুগনি, অদুম থোংজিল্লো। পাবনা ঙা থোংবা চানিংবা উবদুদা ইমানা মোরোক খরা য়াম্না থাকচিল্লগা ঙারি খরা লৌরগা ঙা থোংবদু উরম্মী। ঙাথোংবদু কযাদা হাউখ্রে। অবোক্কা ইবান্নি চাক চামিন্নরম্মী। মোরোক্তি খরা শাবা মরমনা শি- শা শি- শা তৌদুনা চাক ফনা য়ামনা চাশিল্লম্মী। পি ওরো রো শিন্থবখৈ চারি। নাতোন্দসু নপ মহী চেন্থরক্লম্মী। অবোক্কী ফনেক মচি অদুনা চেন্থবক্লিবা নপ মহী অদু তৈথোক্লি। ঐগী ইচন তোম্বী থোইবীসু "হাউই" "হাউই" হাযদুনা শি শা লাউবা মখৈ ইমাগা চাক চামিন্নরি, থাউ ঙৌদবা ঙারিগা থোংবা ঙা অদু।

ইমানা ইনচিংবা, লোংখোনবা যাওদুনা লেল্লম্মী মতম অঙাং ওইবিঙৈগী। করিগুম্বা নুংথিল পোবোপ্তা খুদে অবাংবা অমা শেৎচিল্লগা পাবগা লৌবুক্তা চৎমিন্নৈ।

নোংমদি পাবগা ইবান্নি লৌবি য়ানবা চৎমিন্নবম্মী। ঐখোয়গী ফৌ পাম্বীশিং অদু লেপ ফংনা ফজনা হৌরি। অশংবা লৌবুক্লা মাযকৈ খুদিংমক শন্দোক্তুনা লৈবি। নুংশিৎনা অমুক অমুক হুল্লকপদা ঈশিংদা ইপোম হৌবগুম্না, ফৌনানা ব্রায় ব্রায লাউনা হাই হুমদুনা জগোয শাবা মতমনি। লৌবি হাযরি পাবনা, ঐনা হেক্লি, হেক্তুনা যোমশিল্লি ঐগী খুদৈ মচি অদুদা, লৌবিদা হৌরিবা য়েলহাং কেংঙোইশিংদো।

অশংবা ফনেক শেৎলম্বী ফৌওইবী লাইবেশ্বী, থোল্লকলে ফিগে মচুগী ফনেক, উপ্লক্লে সনা মচুগী কজেংলৈ। যেংবগী পেনবা নাইদবে, ফজবগী ঙমখৈ লৈতবে। ফৌ চবোং অচুম্বশিংনা। লৌমী খুদিংমক হবাউ মথোইনরে। থাঙ্গোল অদু মযা থৌনা থাংদুনা, লৌবুক মাইকৈ তম্নবক্লে। লৌ খাওবা হৌনরে। পোপতেক লৈনা ফজবম্লবা, ফৌদুম ফৌবেন ফৌঙাংগী পাম্নীশিং অদু, মপৈ মপৈ লৌবুক্কী মচি মচিদা পৈবি। লৌযে মতম য়ৌবদুনা শলগাবী মযাম চৈবোং, হুমাই, লৌয়েফক, বোরা, হুমাই হাপচিন্দুনা লৌবুক লমযাই তম্না থৌজিন্নরক্লে।

ঙসিদি ঐখোয়গী লৌ য়ৈবা নুমিৎনি। ইমানা ঙরাং খ্বাইরমবন্দ কৈথেল কারুদুনা অথুম অহাও কবোক হৈবোক, হৈথা পোৎথা কয়ামরুম লৈরকপা উরম্মী। ফোলা তৌগনিসু হায়বগুম তৌরম্মী। অয়ুক ঐনা তুম্বা হৌগৎলকপা মতমদুদা ইমানা চাক লোইরম্লে। পাবগা ইক মায়থজবা য়াউমিন্নদুনা চাক চামি রম্মী। লৌ য়ৈবা য়াওবা চৎকদৌবিবনি ঐসু। ইমুংগী মী পুম্নমক চাবা থকপা লোয়নরদুনা, লৌবুক্তা চৎনবা থৌরাং তৌনরে। মেমপীশক থোইবীদু চৎকে হায়দুনা নিংঙাই

তৌরি। পীকমল্লি নংদি অবোক্কা লৈহৌ হোরেন তামোনা নংগী ফোলা শরুক পুবীরক্কনি হায়দুনা ঐনা থেমজিল্লি। ঐখোয়গী লৈকাইগী খুরা চাউমচা, ইনে লৈনৌনচিংবা পুন্নমক লৌয়েবা পাংবা লোইনা লাক্লরে। পাবনা হায়রকপা মতুং ইন্না লুখুমদগী চৈরোং, হুমাইনচিংবা শলগারী মথক্তা হাপচিল্লম্মী। ঐখোয়গী শলজাউ অনিদু চিংথোরক্তুনা শলগারী পানখৎখ্রে। পাবনা ঐবু কৌরক্তুনা শলগারী মথক্তা কাখৎলম্মী, থৌবা হৌবম্মী - অব........ অবা.....তি.....তি। পাবহোই, ইমাহোই লৈকাইগী লৌয়েবা পাংবা লাকপা মীশিংদু, খোংনা ইল্লকলম্মী শলগাবী মতুংদা।

মথং মথং মঙাবক কানবী, অসিবোক, পাংঙদেম চীঙজিল লমলাই কোচীল লাম্লোক্তুনা লাঙ্গোল চীঙ্গোল যৌবম্মী।

লাঙ্গোল নিংথৌগী উমং মখাদা শলগারী অদু থাল্লম্মী। শল অমুবা অমসুং অবাংবা অনিদু চীঙগী লম্বী মযাদুদা চুক অমমম যৈবগা পুন্সিন্দুনা থল্লম্মী। ময়াম অদু মহৈ মহৈ লৌবুক্তা কুমথদুনা লৌযৈবা হৌনখ্রে।

ঐদি অঙাং ওইবিবনিনা, পাঙ্গনসু মতিক চাদ্রিবনিনা ফৌবোন হেনবা যাওবম্মী। মবক মবক্তা চৈবোং থাংগৎতুনা ফক মথক্তা তাবিবা ফৌবোনশিং অদুদা পুপ পুপ য়ৈবা যাওবম্মী। মযাম্না তৌনবগী মতৌ অদু তম্বগী ৱাতনি, ফৌ য়ৈবা চৈবোং জগোয শবা হৈবা জাৎ নত্রিদা। উবগা ঐগী ইতৌদু খবা চাউমচানা ফৌ যৈনা য়ৈনা নোক্লদুনা লক্লদুনা হাযবকলম্মী, "উম কন্না যেযু ইবো, ফৌদু পুমতোই তোইনবা ফিভমনেদনা চৈবোংনা হেক ঙম্মদনা।" ঐনা শাউনা খুমলম্মী- "খুবা অদুম হাযনুকো, ঐসু য়াম্না হৈবা জাৎনি। খুবাদি কল্লেনে, নখাং ইকোন কোল্লদনা, নযাসু অমত্তা যাউদ্রবদো, ঙাইহাক যৈবগা ঙাইহাক পোৎথা তৌবদো, খঙদবোই নিংবরা" খুবা চাউমচাদু মাগী অশেংবদু হাযববনিনা খরা শাউনিংবা মাল্লে, ঐঙোন্দা অমুক ওনশিল্লগা হায়রক্লম্মী, "ইয়া মচোংপাক নাইদেদা অঙাংসে ....। (অমুক নোক্লগা) হোয়নে ঐবুদি হনুবে, পাঙ্গল শোল্লে। যাসু লোইনা তেক্লে, নংদি কমদৌবা। নংগী য়ামাঙ অনি য়াওদ্রিদুদি কদাযদা চৎখ্রে। ছেন্দ্রাংনা চেন্দুনা পুরল্লগনি।" খুরা চাউমচনা অসুম হায়রকপদুদা ঐগী নহান তেকখিবা য়ামাং অনিদো নিংশিংলক্লে। খুৎনা মাদুনা ইকাইবপ তৌনা যেংবদা ঐগীসু য়ামাং অনিদু যাওরমদরে। ঐনা খুরাদা অমুক ওনখৎলগা খুল্লম্মী।" মী .... মী ..... ঐগীদি .... ঐগী য়াদি অমুক হৌরক্কনি খঙলব্রা.... হনুবা । অমুক হৌরক্লবা হায়দুনা ফদি

মচেৎনা য়োন্নগা পিথ্রাই খোমদাইবী ইমাদা শিন্নরগা য়ুম মথক্তা লংখৎপ্পবনি। থাজদ্রগা ঐখোয়গী ইমাদা হংজৌনে....।" ঐগী ব্রাঙাংদু তারগা লৌ য়ৈরিবা ময়াম অদু ব্রা লাউনা নোক্লম্মী। ঐসু য়ামাং ইহো হোবা মখৈ মখোয় ময়াম্না নোকপদু য়াওশিল্লম্মী।

লৌমী খুদিংমক কোৎতা ফৌনা চীঙদুম শানা পৈনরে। হরাউ মথোই কাদুনা নুংঙাইনা মতম লেল্লি। খুল্লং ঈশৈ শক্তুনা, থাঙ্গা লৈকাই কোইদুনা লেন্নবা মতমনি পাখঙ লৈশাবীশিংনা । নিংথমথা ওইবনা, চারিমখৈ মহাউরি, মরেক মহাউ থোকলি। নুমিদাং থোংবা ঙানা অয়ুক্তা ঙাবেন হৌবি।

লৱায়দগী লৌশাল কাবকপা ফৌনে, ঐখোয়গী লাঙ্গোল লবুক্তগী লোকচবা ফৌনে, ফৌনা চীঙদুম শানা পৈবে ঐখোয়গী কোৎতু। ব্রাকচিং থা চঙলক্কদৌবে হায়দুনা, ফৌওইবী লাইরেম্বী খুরুম্লগা, অবোক্তা কোৎকী শো লোনশিনখ্রে। ব্রাকচিং থাদা কোৎতগী ফৌ খাইবা তৌহৈদে হাযনৈ। ইমোইনু অহোং অচাউবীনা তাইবঙ যুমথোঙ খুদিংদা লাকপা থানি।

পাবদি ঙাইহাক্তা পোত্থাবা লৈতে। খুদৈ শেগাইবা অমা শেৎলগা, অয়ুক তু উদ্রিঙৈদা, ঈংবনা তবৎ তবৎ চিংশিল্লবা মতমদুদা, লৈচীল মরক থৎতুনা লম্ফেল পাৎয়াই ফাওদুনা লাঙ্গোল চীঙদা শীঙ চনবা হেক্তা চৎখি। লাঙ্গোল চীঙগী চীঙথক্তুদা, শাবমগনি থাঙগী জগোয়, য়াল্লমগনি শিংজাশিং অদু শীংনাংশিং অদু হাইদোক্তুনা। নুংতিগী ঐনা হৌগৎপা মতমদদি, পাবদি শীঙ কোকথোং অমা পুরদুনা যুম যৌবক্লম্মী। ঐখোযগী শুমাংদা দোম লাউনা থাদবম্মী।

ব্রাখল খনবা হৌবম্মী, অঙাং ব্রাখল হাযদুনি। ইমা ইপাগী মতেং খবা খবা পাঙ্গে নিংলম্মী। "কোবৌ নোংনা ব্রাংববা, পন্থৌ ইপানা মহেল্লি, মালেম লৈমনা লুম্ববা পালেম ইমানা মহেল্লি" হাযবা ব্রাহে পবেংশিং অদুনা তৎতনা য়ৈবরি ঐগী নাকোংসিদা। ইমাদা ঐনা বোই লৈগে পৈশা খিৎতা পিয়ু হায়রুবদা, খুল্লকখি ইমানা ইথৌ থৌওইদনা, "হযেং ইতা লাক্কনি, শোইদনা লাক্কনি শম্বুবীদু, ইরাই নুমিৎনি। চেংকুপ লৌবা লাক্কনি। চেংকুপ অদু ইতাদা য়োল্লগা নংগী পৈশাদু পীগে।"

ওম্হোক্লসু লায়রখ্রেদা, ইমুংসে ঐখোযগী ইতোমতা খঞ্জে। লাইরিক লাইশুদা থৱায য়াওবা মী অমত্তসু য়াওদে। ইম্ফাল সহরগী ময়াই চবুক্তা লৈরবসু ঐখোয়গী যুমসে, খুঙ্গংগী চৎনবীনা পীক থল্লি, লৌৱায় ইম্ফাল থোইনা খেন্নদ্রি মতমদো। ঔবাইরি ঐনা লাইবিক ঙন্না হৌগৎতুনা অয়ুক, হৈনিংবনা লাইরিক।

অবোকসু হৌগৎলক্লে মাগী হৌনবী ঐনা লাইরিক পাবা উরগা মথৱায় চাকপদুনি। ঐনা খোন হৌনা লাইরিক পাবা উরগা, মাঙ্গোল মচি অমদা, মানা হেক্তা মচৈরকই,

- "হে রাজা, শুমাঙ ৱাইদি শিংতনা, হান্না লাইরিক হেক্তা পাই। লাইরিক পারগা করি কান্নগদৌরিবা? লাঙ্গোলদদুম চৎলগা নপানা শীঙ চনবসি যাওরুচো চৎলো, মদুনা হেন্না কান্নগনি।"

ঐ খুন্নমদে অবোক্না ঙাংবদু, শাউদি শাউনিংলম্মী। লাইরিক ব্রং ব্রং পাদুনা অদুম লৈরম্মী। ঙাংজসনু ঙাংনিংবমখৈ, খদাং চোক্লগা মরাই তোকচখিনি খঞ্জরম্মী পুক্লিংদা। ঈস্বৰচন্দ্র বিদ্যাসগর, আব্রহম লিংকোন লাইরবা ইমুংদগী হৌরক্লগা পৃথীবীদা অফাওবা মী ওইখিবা ঙাক্তনি। মখোয়গী পুন্সিগী ৱাবী মথং মথং নিংশিংলি। ঐখোয় পাবসু মঙাশুবা ক্লাস ফাওবা তমহৌই হায়। ইংবাজিসু খরা খবা হৈ। মরক মরক্তা ঐগী লাইবিক তাকপি। অবোক্তা ইমার্গাদি লাইবিক তমহৌদবা মবমনা 'অ' মশক খঙপোৎ নৎত্রে।

ঙসিদি নোংমাইজিংনি স্কুল শুতি ওইবা মরমনা পাবগী মতুং ইন্দুনা শীঙ চনবা চৎলম্মী। শুতি নত্তবা নুমিৎতদি চাক পবপ পবপ চাথোক্লগা, খোগ্রাউ মকক অমা শেচিল্লগা স্কুল কাই। স্কুলদগী হল্লকপা মতমদা হকচাং অসি পুমচোক চোকথৈ। চাক লাম্বনা খাঙবা ঙমদদুনা চাবা হেক হেক ৱাল্লি।

মতম ওইরক্লদা লৌবোক মতুংগী, হৌনবে লাম্মে থাবা লাঙ্গোল চীঙশাংশিংদু। চাক্লিবা লাম্মৈশিং নুমিদাংদা, চীঙদোলদা চীঙয়াঙদা, ফজৈ অঙকপা অমা ওইনা যেংবদা।

তুবী লাইরেন মকোক শাবা লমলাই চীঙ্গোল লাম্ছোক্লগা লাঙ্গোল চীঙগোল যৌরম্মী। ঐখোয়গী শলগাড়ীদু চীঙখোঙদা থারম্মী। ঐখোয়গী শল লাবা অমুবগা অবাংবগা অনিদু চীঙখোঙ অদুদা থৌবি লিশাং তিংদুনা মবুক থন্না চাজনবা পুন্সিনলম্মী। চীঙখোংদগী খরা কাখৎলগা ফক্লাংগুম্না ঙম্বা চীঙমায় অদু কাখৎনবা হোৎনরম্মী। চীঙয়াং অদু য়ৌরে, ইকোক কোক্লবা, পাবগা ইবান্নি। অশংবা উনানা লৈতেংলম্বা উপাম্বীশিংদু অমত্তা উবা ফংখিদরে। মরু ইকোক কোক্লবা, মুসুক মুনা হামুক তৈরবা সহী কুহী, উয়ুং পাম্বী কয়ামরুম য়ুংদুনা লৈরি। পাবগা ঐগা থাঙ কমথি অচৌবা অমম পায়দুনা শীঙ য়ানবা হৌরম্মী। লাম্মে চাকথোকখ্রবা চীঙমায়দুদা, নৌনা থিনগৎকলপা তুমনৌ মতোন্না, খোঙউপ তোংদ্রবা ঐগী খোঙয়া অসি, মরক মরক্তা থিনগাইবগী চৈনখোল ফাউরম্মী। ঈ থোক্লম্মী, খুৎনা পায়দুনা

মেনশিল্লম্মী। অয়ো হায়রুবা য়াবা নত্তে, পাবনা চৈরেকনি খনবদা। পোখাবা লৈতনা শীঙ য়াল্লি। হকচাং পুন্নমক হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলে। মৈরিনা ৱায়খ্রবা শীঙশিং অদু ককপদা, হকচাং পুন্নমক অসি হামুক্লা ইমু মুনা তৈরম্মী।

কোরৌ মানা কোকতোন মপাদা থোক্লস্ত্রদগী লম তরামুক নোংচুপ হারম পাংলকপা মতমদুদা, ঐগী নৌরিবা হকচাং অসি পুমচোক চোকথরম্মী। অমুক হন্না শীঙ য়ানবা ঙমদ্রদুনা, খর চৎলগ হৌবা লাম্মে ৱাযদবা অপুঙবা হৈনৌ পাম্বী অমগী মখোঙদা পোখারম্মী। পাবদি পোখাবা লৈতে। য়াঙ্কৎলবা শীঙজাশিংদু উরিনা মপুন মপুন পুন্সিল্লম্মী। শৌরম্বা হুমাং ফখ্রে। অঙ্গংবা খরা ফাওরম্মী। অমুক হন্না হৌগৎতুনা থবক শুবগী পাঙ্গল পাকত্রি ঐঙোন্দা। পাবনা শীঙ মপুন মপুন পুনবা লোইশিনখ্রে। শীঙ মপুনশিং অদু চীঙখাবোমদা থাঙবা হৌরম্মী। শীঙ মপুনশিং অদু থাঙনা থাঙনা পাবদু খরা কুমথখবে

খবা মখৈদি মফবে। পাঙ্গল খব। লাক্লে। ফম্না ফম্না অসুম য়েংথোকখিবদা, ইনক নক্লা শজি অমা চেনখিবা উবম্মী। অমুক্তা উখিদ্রি শজি লাইবিক্তা যাওবা লাই অদু নত্তনা। অমোল্লা লাবরা খঙহৌদ্রে, শজিনি হাযবদি শোয়দবে, শন্নাউ মচা হাযফেৎ মাল্লি। ঐনা কন্না লাউবম্মী - পাবা, পাবা....। ঐগী খোন্থাং যৈবা খোঞ্জেলদু তারমাল্লে, পাবদু চেনখৎলক্লম্মী। "শনাউ মচা মাল্লি, শজি ওইবমগনি, তু আদগী শীঙজা মবকসিদা কন্না চেনখি।" ঐনা পাবদা হায়বম্মী। পাবদু ৱা ঙাঙলমদে। ঐগী খুদাং পাযদুনা, হৈনৌ পাম্বী অচৌবা অদুগী মকমদা ঐবু চিংশিল্লম্মী। পাকথৌ হাযদুনা ইবান্নি পাকথদুনা লৈবম্মী। পাবদি পাকথ- পাকথনা থাঙ কমথী অথৌবদু খুৎপায চেৎনা পাযদুনা কনাগুম্বা অমদা যানগদবগী মতৌগুম্না মিকুপ নাহুম শিংনা লৈবা উবম্মী। তৌবিবা মতৌ অদুদি ঐঙোন্দা পুমঙক ঙক্লা থোক্লম্মী। পাবদা কবিগীনো ঐখোয়না পাকথবিবসিবো, থাঙ য়ানগদবগী মওংদা লৈবিবদু করিগীনো হংনিংলুবনি হংগে খল্লিঙৈদা, প্রেক প্রেক লাউবা মখোল অমা তারক্লম্মী। ঐখোযনা পাকথবিবা মফম অদুদগী ইবাপ লাপতনা, ঙসাই শজি চেনখিবা মপা অদুদা চাউরবা মবাং মবাংবা কৈজাউ অমা চৎপা উরম্মী। পাবনা তুমিন্না হাযরক্লম্মী- "কৈ- - কবিসু কিগনু, তুমিন লৈয়ু।" পুন্সিদা অমুক্তা উখিদ্রি কৈ হায়বদু, লাঙ্গোল চিঙশাং অসি কৈ য়াম্না লৈরি হাযনৈ বামোন হনুবা অমসুং শীঙ চনবা লাকপদা লাঙ্গোলদা, কৈনা চাথোকখ্রে, শরু পোলাং ঙাক্তা ওইনা ফংই হায়না পাবনা ৱারী লীবীখিবা ইকুই কুইদ্রি।

কিনা নিকপা হৌরম্মী ঐদি। হকচাংগী তুশিং অসি কাপ কাপমুক শাংদোরক্লম্মী।

পাবদি থাঙ কমথী অচৌবদু থাঙ্গৎতুনা ঐবুসু চেৎজেৎ কোনশিল্লগা মখা চিক্তুনা ঙাইরি। ঐখোয় লৈ হায়বা খঙদবা মাল্লে, কৈ অদু ঙসাই শজিনা চেনখিবা মাইকৈ অদোমদা চৎখ্রে। ঐখোয়গী মিৎয়েংগী ৱাংমদগী মাঙখ্রে।

কৈ অদু চৎখ্রবা মতুংদা পাবনা হায়রক্লম্মী

- "হেরা ....., থীবাঙদা, করিগী নিক্লিবনো নশাদো, করিগী কিবিবনো, কৈনাও মচা অসিবো, থাঙ অসিনা মতুপ মতুপ ককথৎলগা লোইরেদনা" পাবগী থৌনা ফবগী ৱাহৈশিং অদু তাবদা হুকচাং নিকপা ফখিরম্মী। মবাং মবাংবা কৈ অদুদি মিৎতা শং শং উরি।

অমুক হন্না মফমদুদা লৈত্রে। শীঙ থাঙফম তান্না কুমথরম্মী। পাবনা অমুক হন্না কাখৎতুনা লেমহৌবিবা শীঙ মপুনশিং অদু থাঙবা লোইশিল্লম্মী। মখাতানা শীঙবুলশিং অদু থাঙবদি থোইনা ৱাদে। অঙম্বা চীঙমায় ওইবনা শীঙ মপুনশিং অদু ইন্থখিবদা চীঙখোঙ অদুম যৌখ্রে। অরোইবদা পাবগা ঐগা শীঙ মপুন অমমম তোংলগা নাম্থরকপদা চীঙখোঙ অদুম য়ৌবে। শীঙ মপুনশিং অদু শলগাড়ীদা হাপকৎলম্মী। গাডী মপোৎ ফাবে। শল লাবা অমুবগা অরাংবগদু থৌরি পায়দুনা পুরগা লৌখোংদা ঈশিং পীরকলুবে। শলগাডী পানখৎতুনা য়ুম তান্না থৌবক্লম্মী।

য়ুম হেক য়ৌবগা ইমাদা ঐনা ফি হোংদোকপা নংদনা শজি অমসু কৈজাউ খেংনবগী ৱাবীদু তম্লম্মী। ৱাবী অদু তাবগা ইমাদো পাখংপনা নিক্লম্মী, হাযরক্লম্মী, "হয়েংমখৈদি চৎহল্লবোই, কৈনা চাবল্লবদি কমদৌনি। নোই নংসু চৎহল্লরোই। শীঙগা অমত্তা পামজদ্রে। চক ইকু অমা লৈবিবসিদগী মপুন অমমম শৎতোক্লগা চাক থোংলগা লোইরেদনা।" ঐনা ইমাগী মতৌদু উবদা পাম্বোম তিংলগা অমুক হাযরম্মী, "হেরা ইমা নংশিসু, থম্মোয শোনমনখ্রে। কৈনাউ মচা অদুবু, মানা কৈদৌবা ঙমদৌবিবা, নম্মগা ফাবীগে, নচা চাউরকঅসিদি।" অবোক্কা মেমপীশক থোইবীগসু ইমাগা ইবান্নি লাউনা শান্নবা ৱাবীদু তাবিবা জাৎনি। ঐগী ইনাক্তা চংশিল্লকলম্মী, কোক্তা নানবীবম্মী, লাই শোল্লি। মেমপীশক থোইবীনা ঐবু য়েংলগা পংনোক্তা নোক্লম্মী, হায়রক্লম্মী, "তামো কৈদি নংনা হেন্না মাল্লে, হামুক ও হরাংও, নশা পুন্নমক অদু মরাং মবাংঙদনা, .... অদো তামো..... নং কৈদু কিদ্রা... কিদ্র হায়বা ..... হয়েংমুক চৎপদদি ঐগী কৈনাউ মচা অমত্তা ফাবীরকউ.... কো..... শোয়বা য়াদেকো, ফাবীরকউকো। শঙ্গোম পীথক্লগা য়োক্কেবা।" ইচন্নুপী থোইবীগী ৱাঙাংশিং অদু তাবদা মিহুন চেনখৎনরম্বা ইম্নুং মনুংগী মী খুদিংমক মিহুল হুম্থরক্তুনা ইশি শিনা পুন্না নোকমিন্নরম্মী।

## (১০) মেরা থা

লোইশিনখ্রে ঈংলবা নুংশিববা নিংথমথা। হৌখ্রে শারবা নোংজু- নুংশা থাসু। খঙহৌদে মতমগী ঈচেল,কন্না চেল্লি তুবেলগী ঈচেলগুম্না। নিংথম মকোক অমুক চংলক্লে। লাক্লে মেবা থাদো, থাজনা হবাউ মোমোন নোক্কুনা অতিয়াদা থোকচবা থা। মেবাগী থানিন, কযাদা নিঙথীজখ্রবা, যেংবগী পেনবা নাইরমদে। মেবাগী পুর্নিমানি। থাবুম ওইবম্বদগী নোংমা নোংমা পীকথবক্কুনা খুজি মচেৎ শাখ্রে। খুজি মচেৎ অদুসু মাঙখিদুনা, থাশি নুমিৎ মেবাগী, থুংলরে ঙসিদি।

ঙসিদি জিবানিতানি। যুমথোঙ খুদিং, মাগী মাগী মাগী ময়ুম শেংদোক্লদুনা, লৈ পবেং পবেংনা লৈতেংদুনা, নুমিদাং থাউমৈ পবেং পরেং থানবা নুমিৎনি।

লৈকোলদা ঐগী, চঙলম্মী ঐসু।

থবাল্লে চাবাদু হৌববা যেংলুই। ঐনা নহান ওইনাম বাবাজিহোযদগী পুরক্লগা, ঐগী লৈকোলদা থাবম্বনি, মযোল অমত্তসু চোংলমদবে মনাসু লোইনা কেল্লমলে। মচৈ ঙাক্তা ইকং কংনা যুংদুনা লৈবদু উবদা, ঐ নিংবা কাইবম্মী। সনাবৈ ফৈদোম ফৈদোম হৌবি, হাউ সনাবৈ, মৈতৈ সনাবৈ, সনাবৈগী লৈকোলনি ঐগীসি। অদোব গুলাপ, জাতি কুপ্পী, কুন্দালৈ, মালিকা, কুন্দো লফুবিৎনচিংবা লৈ কযামকুম অমসু শাৎলি, লৈকোলগী মচি মচিদা মধুমতি অমসুং সনাগী উরি ময়ামশিং অদুগা শম্বল্লে মথক অদুদা খৎন- খৎনদুনা যেৎমিন্নবি। সিঙ্গারৈ পাম্বী অমসু পুখ্রি মপান নক্লা হৌবি। মদুদি ঐনা থাবা নত্তে ঐখোযগী লাইওইখ্রবা পুপুনা থাবম্বনি হাযনা ইমানা ঐঙোন্দা হাযখি। লৈকোলগা তাইননা লৈকোলগী মনিংলোম থংবদা লৈবা ঐখোযগী পুখ্রি মচা অদু ঈশিংনা ইমায চোল্লি। থবো থম্বাল থবিকথা লোইনা শাৎলি।

সনাবৈ মযাম অদুগী মবক্তা চংলগা হেক্লিংবা মখৈ হেক্লগা, ঐখোয়গী মাঙ্গোলদা পুবক্লম্মী। ইমাদগী যেতুম - লং লৌদুনা লৈপরেং কয়ামরুম লেংবা লোইবে। লৈ পরেংশিং অদু অমমম লৌদুনা ঐখোযগী ইনা কুপ্পা অমনবা য়ুমগী মাঙ্গোল অদু লৈতেংবা হৌবম্মী। মবক্তা চংশিল্লক্কুনা ইচন নুপী থোইবীসু য়াওররি। মচিন অদু পেদো পেদো ঙাঙলি। অমুকশু ঙাংনা ঙাংনা হায়রক্লম্মী,

- "তামো লৈশিংসি ফজখ্রেদা, কেদৌদোইনোবা সিবো অশুক য়াম্বা সিবো.........?"

- ও ! য়ুমদা লৈতেং ওইনা শেমদৌরিবা, শেম্মীসিদি নংসু খরা য়াওশিল্লকউ, কদাই আদগী লৈ পরেংদু পুরকউ...। হোরেন মোমবতি ময়াম থানগদৌরিবনি।

- অস অদুদি য়াম্না নুংঙাইদৌরিপোৎনি। ঐসু য়াওগেকো তামো..... করম্বা লৈ পবেংনো..... অস তৎথোকখ্রেহে.....।

- (ঐনা শাউনিংনা লাউবম্মী) অস.... মসিগী অঙাংসিদি, লৈ পরেংগা লোয়না থদৎলে, নেৎসু নেৎখাইবে..... তোকও ..... তোকও, য়াওবীবনু............।

- নেৎতেবা, খজিক্তনিবা, সে অদুম থেৎচিন্বা য়ানিবা। তামোসিদি হেক্তা চৈরক্কদৌনি।

- নেৎলিদুদি মিৎলাওবী, তপ্না পীরকউ......

মেমপীশক থোইবীনা লৈপরেং অমা শোরো শোরো চিংলগা পুরক্লম্মী। নুমিৎসু মাঙ্গোল মযাই য়ৌশিল্লক্লে। যুমগী মাঙ্গোল উখোক্তা ব্বাচেৎ অখায়বা কিশিল্লগা শেন্বা পুম্নমক সনাবৈ পরেংশিং অদু য়াম্থবও, লৈশিনবও লৈতেংবা লোইরক্লে- মেমপীশক ইবান্নি চংদুনা। ইমাদি অব্বাংথংবা শঙ্গোয় মচাদুদা ফৌ কন্না শুবি।

লৈকোললোমদা অমুক যেংলুবি। ঐখোয়গী লৈকাইগী নুপী মচা ইমান্নবী ময়াম শম্বল অহোবদা ফাওজিল্লক্লগা ঐগী লৈকোলগী সনারৈশিংদু পৎ পৎ থৎতুনা হেকপদু উবম্মী। থাপ্লপনা যেংবদা, রুহিনি, পতিনাচিংবা ঐখোযগী লৈকাইগী লৈশাবী মচাশিংনি হাযবা খঙলম্মী। হেক্কে হায়রবসু ফজনা ঐঙোন্দা হায়বগা হেকপা যাবশিবু তুমিন্না শম্বল ফাওজিল্লক্লগা লৈ ময়াম অদু লোয়না নৈথৎলগা হেকপদু উবদা ঐ শাউনিংবনা খাঙবা ঙমলমদে। ইমুংদা চেনশিন্দুনা থোংলোনচৈ অদু লৌরগা লৈরম্মু খঙগনি হায়না লাওরা লাউরদুনা ঐ লৈকোল তম্না চেনশিল্লম্মী। ইমানা ফৌ শুনা শুনা করিনো নুপা মচা, অশুক য়াম্না শাৎলিবা নংগী লৈশিং অদুবু খরা হেকচশনু হায়না লাউরক্লম্মী। ইমানা হায়বদু তাবোই তাদবোই লৈশাবী মচাশিং অদু তম্না চেনশিল্লম্মী। মখোয় ময়াম শম্বল অহোবা অদু ফাওদোক্লুনা চেন্নবা হোৎনরম্মী। লোইনা নাম্থোকখিবা তারে খন্দুনা শম্বল মরক্তুদা চোংশিল্লম্মী। রুহিনি,

পত্তিনচিংবা লৈশাবী মচা মখে লোইনা নাম্থোক্তুনা চেনখ্রে। ইকোন কোন্না লৈহৌবা নুপী মচা অমদি ঐনা চোংশিনবা অদুদা তুশিন্দুনা ননশিলম্মী। মহাক্না অয়ো ইমা ঐ শিরে থাদোকও, হীংচাবা ঐ শিরে হায়দুনা লাউরক্লম্মী। ঐ মাবু নমশিল্লম্বদগী হৌগংলম্মী মহাকসু হৌগংলক্লম্মী। মশকসু খরা খরা খণ্ডবগুম তৌই, উখিবগুমসু তৌই.... মমিংদি খণ্ডদ্রে। মুন্না য়েংলম্মী ঐঙোন্দা ইমাগুদা লেপ্লগা। ঐনা মখুদাং অদু তাপ পাইরগা লাউরম্মী, "হুরানবী ফারে, লৈ হুরানবী ফারে" । ইমাদু চেনশিল্লক্তুনা ঐগী ইনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্লে। মেমপিশক থোইবীসু লৈরমলে। নুপীমচা অদুনা ইকাইবোই করিবোই নোকমি নোকমি তৌরদুনা ঐনা কন্না পাইশিল্লিবা মাগী মখুৎ অদু লৈথোক লৈশিন তৌবদুনা নাম্থোক্লবা হোৎনরম্মী। ঐনা চেংনা পায়মনখিবনা নাম্থোকপা ঙমলমদে মহাক। উপাই লৈত্রবদুদা নুপী মচা অদুনা হিক হিক লাউনা মখোন থোক্না কপ্লক্লে। মানা কপ্পদু উবদা ঐসু কিবোই নুংশিবোই মাগী খুদাং অদু থাদোক্লম্মী। ইমানা ঐঙোন্দা চৈরম্মী। নুপী মচা অদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ইমাগী ফনেক মচি অদুনা মপীগা তৈথোকপীরদুনা থেন্নম্মী, - "সে তোকওসে...., নোইগী দাদাসি ফুগেবা। করিগীনো মানা ইচানা লৈ খিৎতং হেকচবা অসিবু। তোকওসে লৈশাবী ফারগা কপ্পী হাযবরা? কনাগী মচানো নংবো, নমিংনা করি কৌবগে।" হীক হীক কপ্না কপ্না নুপী মচাদুনা করাম মচানি মমিংনা আশা কৌই হায়রক্লম্মী। অদুগা অমুক মখা শমথরক্লম্মী, "মীঙোন্দা নংগী নচানুপা অসিনা ননশিলকইবা। ঐগী খুদাংসি মানা কন্না পাযমনখিবনা নাবনা লোইরে। মাগী সনারৈশিংদো শিংবিগেবা ইমা। ঐখোয়দসু পীক থন্না হৌরিপোৎনি।" ইমানা ফরে ফরে, কদাই কয়াম নারগেনে ইচাগী খুদাংদুবো হায়দুনা পায়দুনা নানবীরি। লাকও লাকও চংলসি ঐ নয়ুম তান্না থীনবীরগে হাযদুনা আশাবু পুদুনা চৎখ্রে। মেমপীশক থোইবীগা ইবান্নি তুমিন্না লেপ্তুনা যেংদুনা লৈহৌবে।

নুমিদাংবাইরম য়ৌরক্লে।

ঐখোয়গী ইমা কৈথেলদগী হল্লকত্রি। মেমপীশক থোইবীগা ইবান্নি, শুমাংদা কোইচেন চেন্দুনা ঙাইহাক শান্নমিন্নবমই। খরা খরা মমশিল্লক্লবা অদুদা অবোক্কী মনাক্তা চংহনখিরম্মী। অবোক্তু ফুঙ্গা ময়াদা মৈ তিক্লগা হীদাকপু প্রোক প্রোক চিংদুনা ফমলমগনি।

অশুম অশুম মমশিল্লক্লে। য়ুমথোং খুদিং থাউমৈ থানবা হৌনরক্লে। ঐখোয়গী য়ুমদা ঙায়রে থানদ্রিবা। থবাই নুংঙাইতদুনা কোম্থোংদা থোক্লগা লম্বীদা

হংগৎ হন্দা চৎলি। ঐখোয়গী ইমুংদা অমুক য়েং, মীগী কোম্থোং কোয়া অমসুং মাঙ্গোলদা থাল্লিবা মোমবতি পরেংশিংদা অমুক য়েং, ইমানা সনাকৈথেলদগী হল্লকপা ঙাইরম্মী। ইমুংদা অমুক চংলক্তুনা অবোক্কা থোইবীগগী মনাক্তা, ফুঙ্গা ময়াদা ঙাইহাক অমুক ফন্নম্মী। ইমা লাকপগী মখোন তাবদা, পরপ পরপ মপান্দা চেম্থোক্তুনা মোম্বতি লৈরকপরা হংলম্মী। ইমানা শাউরংননা খুন্নক্লম্মী," কদাইদগী মোম্বতিনো, পোৎকা অমত্তা শিৎতেদা....।"

ইমা ইমুংদা চঙখ্রে। পেহৌ পেহৌ ঐ মাঙ্গোলদা লেপ্তুনা লৈহৌরি। মাঙ্গোলদা লৈতেংলিবা সনারৈ পরেংশিং অদু শাউনিংমনখিদুনা লোয়না থদৎলম্মী। ময়ামদু লোইনা পুরগা কোম্থোং ময়াগী খোংবালদা থাদবম্মী।

ঐগী ইচননুপী থোইবীনা ঐনা ইমুংদা চংলকপদা মৈ থান্দ্রবরা তামো হাযদুনা হংলক্লম্মী। ঐ ৱা অমত্তা খুন্নমদে। ফুঙ্গা মযাদা তুমিন্না ফল্লম্মী। ঙাইহাক লৈবগা ঐগী শাউবা নেমথখিরম্মী। ইচননুপী থোইবী, ঐখোয় ময়াম্না নুংশিদুনা মেমপীশক হায়দুনা কৌবী। ঐখোয় ময়াম্না লুনা তৌবা অদুদা কেথোকচরবিবী ঐগী অমত্তা ঙাইববী ইচননুপীনি। নুমিদাংগী চাক লোইবক্লদুনা চাক চাথোক্লগা অদুম তুমখিরম্মী।

যুমগী থবক ইনখাংদা মতেং পাংনা পাংনা লাইবিক লাইশুদা থৱায় কন্না যাওবা হৌবম্মী। ঐখোয়গী অবোক্কী হৌনবী থবক খরা শুব উদ্রবদি লাইবিক তৌবদা হেক্তা ঙাংলকই। য়ুমগী থবক খবা শুবা যাওববদি মথৱায তানা হীদাকপু অদু চিংলা চিংলদুনা নোকচৈ। অয়ুক খুদিং শুমাং ৱাই শিৎতোক্লগা লাইবিক পাবা হৌই। শুমাংৱাই শিৎলবনিনা অবোক্লসু চৈখিদ্রে।

পরিক্ষা ময়া নকশিল্লক্লদুনা লাইবিক কন্না পাবা হৌরম্মী। ঈংলিস গ্রমাব কন্না ঔরাইরি। মেমপীশক্তু হৌগৎলক্তুনা মমিৎ নোইর নোইবদুনা ঐগী ইনাক্তা চংলক্লম্মী, হায়রক্লম্মী,

- "তামো ঐসু লাইরিক খবা পাগে, লাইবিক খরা তাকপীওবা নংবো...।"

মেমপীশক থোইবী চহী ৩ লোম শুরে। লাইরিক তম্বা হৌদ্রি ঐগা চহী ৫ রোম খেন্নে। ঐঙোন্দা ওইনজবা হায়বসি মাগী হৈনজবীনি। ঐনা মঙোন্দগী নাম্থোকপা য়ানবা হায়দুনা হায়রম্মী,

- "নমায় নমিৎ হান্না তাথোক্লুখো। অদুগা ঙরাং অবোক্লা কৈথেলদগী

লৈরকপা কবোক খোইদুমশিং অদু চারুখো।"

- "হোয় তামো...।"

ঙাইহাক লৈরগা কবোক ময়োম অদু পুরক্লগা ঐগী ইনাক্তা অমুক চংলক্লম্মী। কবোক অদু লৈমায়দা থম্লগা ঐগী ইনাক্তা ফমথরগা অমুক হাইরক্লম্মী,

- "ঙবাংদি অবোক্লা কৈথেলদা কারুই, ঐখোয়গী ইমাদি চৎতরমাল্লে। তামো, তামো মায় তাথোকলুবে। ইমানা কবোকসি ইমান্নি চামিন্নৌ হায়য়ে অদুগা লাইবিকশু খবা তাকপীযোবা ঐবুসু।"

- অস, মসিগী অঙাংসি তৌবকঅদৌনি। (ইমুংলোমদা ওনসিল্লগা) ইমা..... অঙাংশি অমুক্তা লৌথোকখো, মী পবিক্ষা খজিক্তা ঙায়রে হায়বগা

ইমানা ইমুংদগী,

- "যাবোই য়াবোই, ননাক্তা অদু ফম্লগা শান্নহল্লু।

- "যাদেনে.......... মাদি ব্রা অসুম পঙঙাংদা ঙাংলগা .....।"

মেমপীশক থোইবীনা মমিৎ ঈবাও লাওনা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈবম্মী। নোকমি নোকমি হায়রক্লম্মী,

- "চাবসেমি কবোকসি নংবো....., তামো....., ঈংখ্রনেবা , ঈংখ্রদি হাডবোহবা।"

ঐ মাগী মতৌদুদা নোক্লিংবনা খাংবা ঙমদদুনা নোক্লম্মী, হায়রক্লম্মী মেমপীশক্তা,

- "কৈথেলদগী লৈবা কবোকপু নপাদা ঈংই হায়ব্রা ! চাবসি, ঐসু চাবগে কদায, নংসু চারো।"

ময়োম অদু হাংদোক্তুনা কবোক খোইদুমশিং অদু ইচননুপী ইবান্নি চামিন্নরম্মী। ইমানা ঐগা লাউনবা অদু তাবমাল্লে। পাবা চঙলক্তুনা থোইবী পুথোকখ্রে। ঈংনা অমুক লাইবিক পাহৌবে ঐ।

পবিক্ষা মনুং য়ৌশিল্লক্লে। নুমিদাংব্রাইরম লাইবিক অসুম পারম্বদগী কাঙচীকপনা খাঙবা ঙমদদুনা মপান্দা থোরক্লম্মী। ইমুংদা অবোক্লা কাংমৈ কন্না খুবি। চঙউ লাকউবা ঙন্বা জাৎ নেত্ত। থোঙজিল ময়াদা ঙাইহাক লেপ্লুবদা, মিংতা পি ওরো বো তাই। মিৎ থুপ্পনা খাঙবা ঙমদে।

ঙাইহাক হকচিক লাংলিঙৈদা কাঙসু খরা পাথখরে। থাউমৈ লালতেল অদু চুখৎতুনা লাইবিকশঙদা লাইবিক পাবা অমুক .. চঙলম্মী। থাউমৈ লালতেল

অদু ইঙাল ঙাল্লমদে। ইমাদা হংলুবদা পৈশা লৈতদুনা তেরসিং অঙাংবা ওইনা লৈরবনি, অদুনা খরা মন্বা ওইরগনি হায়না খুল্লকলম্মী। তেরসিং অঙৌবা ওইরবদি খরা ঙানগদৌবা, ইতোমতা শোঞ্জরম্মী। মৈ মমজরবসু লাইরিক পাবা অমুক হৌরম্মী, অঙাংবা তেরশিং হানবা লালতেলগী মৈঙাল অদুদা।

ফনা য়াম্না থেংজিল্লক্রে। চাকচা তোকপগী মতুংদদি খরা উইনিংলম্মী। ঙাইহাক লৈরগদি উইনিংবসু ফত্রে। মীচিক মীরাওখোল তাখিদরে। পারিবা পারা খুদিংমক পুক্লিং থিংজিনবা ঙম্লম্মী।

ইখঙ খঙহৌদনা লালতেল থাউমৈ অদু মমথরক্লম্মী। করি তৌরবনো থাউ য়াওদ্রবা জাৎলা হায়দুনা নিক্কুনা য়েংলুবদসু, থাউসু য়াওরি। ঙাইহাক্তং কুপফেৎ- কাফেৎ ফুৎ ফুৎ ঙাল্লম্লগা মুংথোকত্রে লালতেল থাউমৈদো।

ফনা য়াম্না থেঙলবা অদুফাওবা অবোক্তি তুল্লমদ্রি। ফুঙ্গা মন্না অদুদা হীদাকপু প্রোক প্রোক চীংলদুনা মৈ য়াইদুনা ফমদুনা লৈরমলি। ঐনা অমুৎপা লালতেল অদু পায়দুনা চংলকপা উবদা অবোক্লা হংলক্লম্মী,

- "করি তৌরে নুপামচা, তুম্মগে হায়বরা, থেঙলেনে তুম্মুরো। হয়েং ঙম্ভা য়াহৌরগা অমুক পারোদনা নংগী লাইরিক্তো।"

- কাদু পুংমম মমহৌরে। মারা মারগা মৈখেৎ থিদুনা লালতেল অসি চুখৎলবনি, হেক্তা মুংখি ঙাল্লু হায়বা য়াদরে। থাউসু পীক থন্না য়াওরি। খুৎ- শাসু থাউথীনা কালিগনা পুন্নোই লোইরে।

- "ইহে দোসি পুমদুনা তৌবা ওইরিনিদনা। অমা শিন্দ্রবদি য়াররোই। দোসি অহনবা অমা লৈরগা হয়েং শিন্দোক্লগা লোইরেদনা ইশুসিদি।"

অবোক্তি পোদোন থাউমৈ মখোং অদুদা অদুম ফমহৌরি। শাওনিংবা পোক্লম্মী ঐ ঐখোয় ইমুংগী ফিভম অসিদা। মারা মারদুনা চৎলম্মী ঐগী কাদা। লাইরিক্কা অমত্তা খুমজিন্দনা অদুম তুমশিল্লম্মী।

## (১১) রুহিনিদো মাইবীদো

নুমিৎনা কৌবিলিয়া মতোন তম্না থোক্লম্বদগী হাইথরক্লি অসুম অসুম নোংচুপ হারম পাংববোমদা। ঐখোয়গী স্কুলগী মমাংদা ব্রাংনা চাউনা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বীগী মমিসু ইশাং শাংনা তাবি।

স্কুল শুতি থাবে।

ছাত্র পুম্নমক লাইরিকখাউ অমমম য়ান্নদুনা ময়ুম মায়কৈ পাংনরি। মোহোনগা ইবানিসু অসাম রাইফল কংলাগী মনিংদা লৈবা সোবোক অচৌবা অদুদা চৎলি, অব্রাংলোম পাংনা য়ুম তম্না লাক্লি। সোরোক্কী মপান মপান্দা, খোংনাং পাম্বী অচৌবা, বোবোই পাম্বী, শমপ্রকপী কযামরুম হৌরি। ঈশোঙ শোঙই, য়ুমকৈ অমত্তা লৈতে। ভায় মোহোন্না চৎনা চৎনা শাউরপ তৌনা হায়বক্লম্মী,

- "ভায়, নোইগী য়ুমলোন্নবদা লৈবী রুহিনিদো মচিন য়াম্না থীবো। মমিৎনা মমিৎ লাওবিবা, ময়াদি ইপো হেক পোবদনা...।"

- "কবি হাযরকঅগেনে নঙোন্দা?"

- "(মোহোন শাউনিংলম্বদগী খরা হন্থরগা) কৈশুবুদি নত্তেদা অমুকাতোং, অমুকাতোং হাযনা লক্কবিনিনে। কযাম ইকাইরে নহান্দো স্কুল হল্লকপদা। নংসু ঐগা থেংনহৌদ্রে। ইতোমতা লাকপনি। লৈশাবী মযাম অমসু চৎলি। মোই ময়ামদুগী মমাঙদা....। ঐদি শিবনা ফববজাৎনি.......।"

- "হেবা ভায, নং খবা মুজববসু, ব্রাং চাউরদনা রাশি লৈরিদুদি। লাইবিক হৈরগা লোইবে। মীবু শক্লা চানব্রা? ঐবুসু মানা কোকচাউ য়াপাক হায়বীবিবনি। লৈশাবী মচাশিংদুনা হাযববু হাযজশনু কৈদৌরগে, থওইনা তাবীদ্রগা লোইরেদনা।"

- "অদু ওইববসু, নুংঙাইতেনে ভায়। ঙাইখো, মখোয়গীসু ছুটি থাবা মতম যৌরক্লে। ঙসিদি নং যাওরবনিনা থৌনা খবা লাকএ, খারা থিনা চৈখিগে রুহিনিদো। কৌবিলিযা মখোঙ অসিদা ঙাইহাক ঙাইখিসিবা?"

- "(ঐনা শাওরপ তৌনা) হেরা মোহোন মদু ঐ য়াম্না হৈনদে। চৎশি লাকও। রুহিনিদো ঐখোযগী ইমাগা য়াম্না তিন্নবনি। হোরেন য়ুম যৌরগা ইমাদা লোইনা হাইদোকখ্রবদি কমদৌনি। চৎলসি লাকওবা.....।"

মোহোনগা ঐগা অসুম্না চিংনদুনা লৈরিঙৈদা, রুহিনি, পতিনচিংবা লৈশাবী

কাংবু অদু মুল কুন্নকপা উরকলম্মী। ঐখোয়নিগী মায়কৈ তম্না চঙশিল্লক্লম্মী। ঐহাক্তি মীহুল শুদ্রে। নুপী মচা লৈশাবী ময়াম থেংনবসে ঐদি য়াম্না হৈনদে। ইবান্নি অসুম তক্লদুনা লৈরিঙৈদা রুহিনিহোয় য়ৌশিল্লক্লম্মী। নুপীমচা ময়ামশিং অদুদগী চোংথোরক্তুনা রুহিনিনা ঐখোয় অনিগী মনাক্তা চংশিল্লম্মি। মহাক্লা করেম্নমা হায়রক্লম্মী,

- "হায়মা নবান্নি খৎনরিরা, অদুক য়াম্না লুনা তিন্নরগা করিগী ইন্নরিবা, চৎসি লাকও চৎমিন্নগ্রসি।"

- "(ঐনা রুহিনিদা ওনশিল্লগা) হেরা রুহিনি ইবেম্মা, নংসু খিৎ হেনমনগ্রে, খৎনবসু নত্তনা চুম্না অসুম রারী শাবসিবো। (মোহোনগী মখুদাং পাযদুনা চিংলগা) ভায়, মোহোন চৎসি লাকও থেঙগ্রগনি।"

- "(রুহিনি শাওরপ তৌনা) নুংতিগী উন্নবিবা য়ুমলোন্নদুনা লৈমিন্নবিবা ঐবু, চৎমিন্নবসু য়ারিপোৎনি। অদুগা মানা ইপোঙ পোঙলদনা। কোকচাউবা, য়াপাকপা নং খঙগনি। হোরেন য়ুম য়ৌবগা ইমহান্দা লোইনা হায়দোক্কে, নংগী মচানুপা চাউভলসে য়াম্না ফত্তে হাযনা। হোরেনশু নোইদা ফৌ শুবা লাক্কদৌরিনি, খংলেদনা।"

রুহিনিগী বাহৈশিংদু তারগা লৈশাবী মচা মযামদু হৌনা নোক্লম্মী। রুহিনিদু মমায় ঙাক্তুক তারম্মী। মোহোনসু রুহিনিদা মুন্না মুন্না য়েংলগা রা অমত্তা ঙাংবা ঙমদদুনা তোক্লে। মদুদগী ঐখোয পুন্না লাকমিন্নবম্মী। অসুম লাকমিন্নদুনা লৈশাবী মযামশিং অদুগা মোহোনগা ঐগা, মাগী মাগী থোঙ্গাল য়ৌনরকপদা মথং মথং লোইনা চঙহৌরে।

রুহিনিগা ঐগতা ঙায়হৌরে।

ঐনা শাউনা রুহিনিদা হায়রম্মী,

- "রুহিনি ....., নং হায়সি কৈনোবা, কৈ হায়নোবা?"

- "ইস কৈদৌরে ! কৈনো হাযদি কৈনো.......?"

- "কৈদৌবগী মী ময়ামগী মমাঙদা অদুমাইনা ঙাংঙিনো। নুপীগা নুপাগবু লাইরিক তম্বা কাবা কুম্বা চৎমিন্নবা য়াব্রা? মীনা য়েংলগা ফজব্রা? নুপাগীসু নুপাথোকপা নুপীগীসু নুপী থোকপা।"

- "ই ঙকপীরেদো। লম্বী তিন্নবদা চৎমিন্নববু। অদুগীসু মথক্তা ইমুং মনুংদৌনা লৈরিবা ঐবো। হয়েংখৈদি গাড়ীনা শোক্তুনা তক্তুনা তাদুনা লৈরবফাওবা

হন্না য়েংবীরবোইদৌইজাৎলা, ইবুঙোখোয়দি!

- "(ঐনা খুৎ থংগৎলগা রুহিনিদা) হায়হৈদেহে মসিগী নুপীসিদি, মচিন ওম্ভোক্লা থিগ্রে.....।

- "(রুহিনিনা মখ্বাং মেৎলগা ঐগী ইমাঙদা চংশিল্লগা) ই! ঙন্নীরেদা......। থাবোসে, থারোবা খুবাক্তুনা ঙমসু ঙম্লোইদবদা.....।'

মানা সুম হেঞ্জিল্লকপা অদুদা, ঐ বা ঙাংবা তল্লদুনা তুমিন্না অসুম চৎমিন্নরম্মী। অদুদগী অচিকপা অদু থুগাইদুনা ঐনা রুহিনিদা অমুক হংলম্মী,

- "ঙাইখো রুহিনি, বা অমা হংগে। মোহোন্দা নহান নোংমা নখোয় ময়াম চঙদুনা লকনৈ হায়রবু অচুম্বরা? অদুমাইগা তৌ লাক্কনু। ফরবসু ফৎত্রবসু মহাক ঐগা যাম্না লুনা তিন্নবা মরুপনি খঙঙবরা?"

- "(রুহিনিনা মচিন অদু পৈরগা) অস, অদুবু বানি হায়দনা। মানা কবি তৌই হাযবদি খঙসু খঙদনা। মানা লৈশাবী মচা ঐখোয় ময়ামদা, লুম্লগা নুংকুপ চাইশল্লকঅবুদি, অমুকাতোং হাযবদি কবি হাযরুনি, মুসু মুরিদুদি। উতিনদগী মানা খবা হেল্লি মুবা।"

- এ! মানাবু অদুমাইনা তৌব্রনে.....?

- তৌইনে, নুংজ্রেং ময়াম চাইশিল্লকইনিনে। দোশাদি আশাদা হেক্তা তাই। মমিৎতা মমিৎতা উফুল চংখিদুনা ঈশিং চাইরগা লৌথোক্লে। খঙবীরেদনা চাউভল.....!

ইতোমতা ঙাইহাক খঞ্জরম্মী। ঐগী ভায় মোহোনসিবু, ঐ য়াওদ্রবা কান্দা য়াম্না ঙাউশিন্নবা জাৎলা.....! ফরে মাগী বাশি অমুক থমখিগে। অশা হায়রিবা নুপীমচা অসিনা কনানো। তৌববুদি রুহিনিগা চৎমিন্নরিবা ঐখোয়গী লৈকাইগী লৈশাবী মচাশিং অযাম্বনা মশক মমিং খঙদবা ঙাক্তেনি, থওইরুদবনা ঐনা রুহিনিদা অমুক ওনশিন্দুনা হংলুবি.

- "আশা হাযববু কবম্বনো, ঐদি মশক খঙদেবো?"

- "(রুহিনিনা নোক্লগা) খঙজিন্নদ্রিসে, লাইরিক্তা পাদুনা লৈবা নংনা কমহাই নিংশিংগদৌরিবনো। ঐঙোন্দা মঙায়রে নংনা অফাওবা শারিসে। অতৈ অতোপ্পা ওইরদি ঙসাইনা চেনখ্রদৌনি।"

- '"অওইবনি রুহিনি, কনানোবা, করম্বনোবা?"

- "অদুবুরা নহানবাই জিবানিতা নুমিৎতা নংগী লৈকোলদা ঐখোয় ময়াম

সনারে হুয়ানবা চঙলকইদনা...?"

- "উম.....।"

- "মদুদা নংনা ফারগা মখুৎ কন্না পায়শিন্দুনা থম্বা নুপী মচাদো...., নিংশিংলব্রা.....? অদুগী নপীমচাদুনি আশা হায়রিদো।"

- "(ঐনা হৌনা নোক্লগা) ও হো, অদো....., অদু ওইরে....।"

- (রুহিনিনা শুগৎলগা) এ হে, অদুনে, অদুগীদুনে। আশা কৌবনি, খঙবীরেদনা চাউভল। মহাক্না নহাকপু য়াম্না কি। হৌজিকফাওবা নমিংফাওবা পনবা য়াদে...। নখোইদসু ঐগা মরক মরক্তা লাকমিন্নে। নংগী য়ুমদা চংদ্রিঙেদা নঙ লৈব্রা লৈতব্রা হান্না হংই। লৈতে হায়বা খঙলবা কান্দা চঙলকপনি।"

- "ইস ! করিগী ...., ঐবু হিংচাবরা? অঙাং খরা ওইরিঙেদা তৌনখিবা অদুবু হৌজিকফাউবা মলোম থম্মীবা !"

- "অদুবু ঐনা খঙব্রা...., ফরে মাগী ব্রাশি তোক্লসি। ঐ ব্রা অমা হায়গে য়াগদ্রা?"

- "কৈনো...?"

- "হয়েংদি শুতিনি। নোংমাইজিংনি। ইবুধৌ নাওথিংখোং পাখঙবা অমসুং ইমা নোংমাই পেতংঙাগী হরাউবা মতমনিদনা। ঐখোয়গী লৈকাইগী লৈশাবী ময়াম লাইবৌ চোংবা চৎকদৌরি। নংশু চৎলুসিদনা...?"

- "(ঐনা ঙাইহাক ব্রাখল তৌবগা) অস খোগ্রাউফাউবা অহনবা লৈতে ইবেম্ম। কদাইদগী ফেজোম পুময়াৎ লৌরুগদৌরিবা। লৈরবসু ঐদি অমুক্তা শেৎত্রি, ফেজোম শেৎপসু হৈসু হৈতনা।"

- " অদুবুদি ঐনা ইমাহান্দা হায়রগা থিরগা লোইরেদনা। ইপলগী ফেজোম লৈরমগনি। মদু পুথোক্লগা হেক্তা শেৎলগা য়াবদুবু। ইবুংঙো, ফেজোম শেৎপবু অদুক য়াম লাইদুবু, হৈত্রগা ঐ লাকঅগা শেৎপিবগে চাউভল। চাউনা চাউরিবা, পঙনা পঙলিবা।"

ব্রাবী শানা শানা লাকপনা রুহিনি ইবান্নি, ঐখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরে। কহিনিসু ঐখোয়দা চারা ব্রানবা য়াওগনি হায়দুনা ইবান্নি চঙমিন্নরক্লে। ইমানা রুহিনি উবদা হরাউ হরাউ চেম্বোরক্লম্মী। লাকও, লাকও ঙসিদি নবান্নি পুন্না স্কুল কুম্মীন্নরক্লব্রা, ইমহান্না চাক্তা খাকলিবনি, মখুৎ- নশা হামদোক্লগা চামিন্নরো হায়না হায়রক্লম্মী। ইমানা রুহিনিবুদি য়াম্না লুনা তৌই। পীশক পীক্লীঙেদগী ঐখোয়দতা

অদুম লৈরকপনি। ঐগী চাক খাক্লম্বা অদু রুহিনি ইবান্নি চাম্মিনরম্মী। ঐনা মেমপীশক থোইবী কদাইদা চৎখ্রে, মাদি চরা ৱানখ্রববা হায়না ইমাদা হংলুরি। ইমানা মাদি ঙসাইনা চাখ্রে। ইংখোল মতোনদা নবোক্কা নপাগনা নাপী ফোয়বা য়াওখিবনি হায়না খুন্নকলম্মী।

লৈকাইগী হরাউ কুম্হৈ, লীলা ফলা অমত্তা য়াওদনা য়েংদনা লাকপনি ঐ। য়াওনিংবসু থোইনা পোক্লমদে। লাইবিক পাবা, ঔরাইবনা হেন্না নুংঙাইজরম্মী। ইমান্নবা কয়ানা হৌবা লাক্লবসু লৈথোক্কুনা লৈহৌবনা অযাম্বনি।

কুমশি কুমগী লাই হবাউবসি যাম্না চাউনা তৌবি হাযবসু তারম্মী। অদুগীসু মথক্তা রুহিনিনা হায়রকপা অদুদা চৎনিংবা অমা ঐঙোন্দা ফাউবম্মী।

নোংমাইজিং নুমিৎকী নুমিদাংৱাইরম ওইবক্লে। লাইবুংদগী পুং শেল য়ৈরকপা, পেনা খোংলকপগী মখোল তাবম্মী। রুহিনিদু ঐবু হৌবা লাক্লম্বনি। ঐনা মনিংথোংদা ফাওদোক্কুনা চেল্লগা লোৎতুনা লৈখি। ঙাইহাক ঙাইবম্লগা শুইবা ঙম্লক্তদুনা অদুম চৎখ্রে। মহাক চৎখ্রে হাযবা খঙলবা মতুংদা ইমুংদা অমুক চঙলক্কুনা ঐগী ফমুং মথক্তা লোংনা হীপ্তুনা লৈবি ঐ। ফিখোল লৈতবা অদুদা, হবাউবমক যাওদ্রবসু যেংবফাউবদি চৎলগে হাযনা খল্লম্মী। খজিক্তুং মমথবকপা ঙাইদুনা লৈবম্মী।

মমলি মমলি তৌবক্লে। খুদৈ অবাংবা অমা ইনশিল্লগা, কোক খুম্বোই লাকপোই তৌনা, লাইলম্পাক তান্না চৎলম্মী।

লাইবুং অদু মীনা ঙরং ঙবং ঙংনা তীল্লম্মী। অৱাংলোমথংবা শম্বল অদোমদা লিৎশিল্লগা চঙলম্মী। খুদৈ অবাংবা অদু মিৎ মপা মখৈদা ফাৎতোক্লগা মীযাম মরক্তা ফাওজিল্লম্মী। লাইবৌ জগোই কন্না শাবি। পেনা খোংবা পবেং পরেং, মাইবী পবেং, লাইপুবা, পে পায়বা, লাইথাঙ পাযবা, মৌ পবেং, লৈশাবী পরেং, কোয়না কোয়না চৎলি জগোয় শানা শানা, লাইবৌ ঈশৈ শক্লা শক্লা। রুহিনিদো যাওব্রা য়েংগে হায়দুনা কোয়তান তান্নবনি ঐগী মিৎয়েং অসিনা। অদুবু উবা ফংলমদে।

লাইবৌ লোইশিনখ্রে।

অঙকপা ফংনা তিনখ্রবা মীয়াম মরক অদুদা রুহিনি কদাইদা লৈখ্রবনো হায়দুনা কোইয়েং অমুক য়েংলম্মী। উবা ফংলমদে, কদোমদা লোৎখ্রবনো খঙদে। খামেন চৎপা ফৈজোম শেৎপা, বেশমগী ফুরিৎ লিংপা অহল অমনিসু লাইমাঙদুদা

হংগৎ হন্দা চৎলি। মাইবী কাংবু খরসু ফমদুনা লৈরি। ইবুধৌ নাওথিংখোং পাখঙবা অমসু ইবেনধৌ নোংমাই পেতংঙা লৈ পরেং থোল্লদুনা লাইশঙ মনুঙদা ঙাম্বোইরি। মায়কৈ অমরোমদা পুং য়ৈবা, ঈশৈ শকপা, ঈশৈ শকপী, বাসি খোংবা ময়াম ফমলি।

ঙাইহাক্তং মিৎ কুপ্তনা য়েংদুনা লৈরুরে।

হাও জগোয়গী থৌরম লাক্তুনা হাওফি শেৎপা নুপামচা নুপীমচা কযা থোরক্তুনা জগোয় শারি। চোং ফন্দুনা শাবা জগোয়নি। য়েংবদা য়াম্না নুংঙাই। মথংদা মাইবী জগোয়গী থৌরম লাউথোবক্লম্মী। মরি মরি লৈশাবী মচা মবিখক থোবক্লম্মী। মাইবী শাবা মবিদুগী মবক্তা রুহিনিসু য়াওবমলে। মান্দা হাল্লিহাই মাইবী, ফুবিৎ অঙৌবা অদুগা ফনেক অঙৌবা অদুগা, শমজিদা থেৎলিবা লৈ নাচোম অদুগা। ঐদি নোক্লিংখ্রদুনা খুদৈ মচিনা চীম্বাল অসি খুল্লগা ঙাইহাক খাঙলুরে।

মাইবী জগোয় শাবা হৌখ্রে। ফনদুম ফজৈহায় মখোয়গী জগোযসে। কবম্বা কান্দা কদাইদবু তমলুবিবনো, হযেংদি লক্লগে রুহিনিসে- "রুহিনিদো, মাইবীদো," হাযদুনা। ইতোমতা খঞ্জবম্মী পুক্লিংদা।

মথং মথং থৌবম কযামরুম চখ্নহৌরি। ঐদি অমুক হন্না যেংনিংদ্রদুনা অরাংলোমদগী শম্বলদু লিৎথোক্লগা য়ুমদা অদুম হল্লক্লম্মী।

# (১২) লোইতাং খুনৌ

চহী কুমজা অমদগী অমা, অমদগী অমমুক হৌদ্রে।

মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না ঐগী ব্রাখলসু হোংবা নাইরি। করি শেৎচারগা ফজবা অথীবা খঙবা হৌবক্লে। ইমান্নবশিংনা ফজবা অনানবা ফিরোল শেৎপা উরগা ঐসু শেৎনিংলম্মী। অদুবু উপাই লৈরমদে লাইরমচা ওইবা মরমনা। লৈজবা খরদুনা পেন্থোকপা হৈবা তাবম্মী। পরিক্ষা পাস তৌবকপা খুদিংগী, ইমান্নবশিংনা অনৌ অনৌবা ফিরোল লৈবা, লাইরিক অহনবা লৈবগা কয়াদা হরাওনরিবা। ঐগীদি কদায, মিংজলশেনগী পৈশাফাওবা লৈতদুনা অবোক্লা কোইচেন চেন্দুনা মীঙোন্দগী পৈশা পু- হন্দুনা মিং চল্লে। লাইবিক অমনবা খবগা খোংগ্রাউ মতৎ অমগা স্কুল কাবিবনি হাযদুনা, কযাদা ইকাইখ্রবা মতৌনো ঐসে, খল্লুবদা কপনিংবা পোক্লম্মী।

পাবদা লাইবিক লাইশু খবা, খোংগ্রাউ ফুবিৎ মতৎ অমমমখক্তা লৈবীনবা হায়রুবদা, পাবদু ব্রা ঙাংনিংদা ঙানিংদা খুল্লকই, "মীগী শেল খরা তোল্লিবা অসি শিংনবা হোৎনবদা ঈপা করিমত্তা তৌবা ঙমদে। লল্লোন ইতিক খরা তৌরুবসু ইতোং তোংদ্রে, মাঙদুনতা তোক্লে। নবোক্তা হাযযু, লোইনা থোক্কনি।

স্কুল কারমদাই ওইবে, চাক চানিংঙাই লৈতবনা কোঙ্গায়নি। ইমানা লমোং কৈথেলদগী ফৌ ব্রাল্লুবগা, ফৌ অদু শুদোক্লগা চেঙ লল্লোনবদগী ফংলকপা অদুনা নোংমগী চার তম্নরি। অবোকসু ফক শাদুনা কৈথেলদা মরক মরক্তা কাবা ঙল্লি।

পাবনা লঙ্গোলদা লৌ খরা উবদুসু যুগোৎ ইচা চাদ্রে। চহী অমা অনিসি ফৌ ইথোক থোকত্রে। অদুগীসু মথক্তা ঐখোযগী শল লাবা অমুবগা অরাংবগা অনি লৈজবম্বা অদুসু, অবাংবদু নাদ্না শিদোকখ্রে। পাবদু মখুৎ তেক্তুনা, লাঙ্গোনগী লৌ অদু মীঙোন্দা উহনখ্রে। লোইতাং খুনৌদা ঐখোয়গী লৌ খরা লৈজবা অদুদগী কারপপা লৌশালনা অব্রাৎ অপা মেন্নরি।

কুমশিদি পাবদু পৈশা পায়মন্দ্রে, লাইবক চাং য়েংলুখিগে হায়দুনা লংফৈ চথোকখ্রে। পোইনু মতম লোইশিল্লকদৌরে। লোইতাং খুনৌদা লৈবা ঐখোয়গী লাঙ্গোনয়ানবদগী লৌশাল লৌরনবা পাউথারক্লম্মী। পুক্লিংদা হরাউবা পোক্লম্মী ঐখোয়গী ইমুং খরা শাফরগনি খনবদা।পাবসু লংফৈ চথোকখিবনা অব্রাংগী খুরা চাউমচদু অবোক্ল নেকলুরগা ঐগা লোইননা লোইতাং খুনৌ তান্না লৌশাল লৌবা চংপা তারম্মী।

ঐদি অমুক্তা চৎলুদ্রি। ইম্ফালদগী মাইল তরামুক চৎলগা লৈ হায়নৈ। খুরা চাউমচাদি মরক মরক্তা ঐখোয়গী নত্রগা মী অতোপ্পগী লৌশাল চীংবীবা হেক হেক চৎপা জাৎনি। ইমানা ঐঙোন্দা হায়রকপদগী খঙবনি - "নংগী খুরা চাউমচানা লোইনা খঙবনি। মাগী মতেং পাংনবা নং খরা চৎলুচো হায়বনি। নপা চখোকখ্রবদি নংনা মহুৎ শিনবা তারেদনা।"

লোইতাং খুনৌগী মরমদা নোংমা পাবনা ৱারী তৌখিববু নিংশিংলকই।

লোইতাং খুনৌ পিকখ্রবা নুংশিবা খুঙ্গংনি। নং পোকত্রিঙৈদা অনিশুবা লানজাওগী লালজেলবদা, নবোক্না নমাগা ঐখোয় পুন্না খুল অদুদা শৈদাংদুনা থা খরা লেনখি। সনহল লোকচাওগা মায়ওনশিন্দুনা লৈবা খুঙ্গং অদুদা, ঐখোয়গী লৌসু লৈবনি।

নুমিদাং অদু চাক ওন্তা চাথোকতুনা লৱাইদা লৌশান লৌবা চৎনবগীদমক খুবা চাউমচানা কৌবকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী। অবোক, ইমা অমসুং মেমপীশক থোইবী, ঐখোয় মরি ফুঙ্গাগী অকোযবদা ফমদুনা ৱারী অসুম শারি। মেমপীশক্তি ঙাইহাক ৱাবী শাবা য়াওরল্লগা তুমনিংঙে হায়দুনা ফমুংদা অদুম চঙখ্রে। ইমাগা মবান্নি তুমিন্নবনি।

নুমিদাংগী পুং ১১ বোম তারল্লগনি। অৱাংগী খুরা চাউমচানা কোহ্নোংদগী লাউরক্লম্মী। "নুপামচা... ও ইবুংঙো...., থোরকও চৎলসি, থেঙখ্রনি হায়..., অরা অরা, তি তি তি... রো. বো.....। ফি অথাবা পুরকউ হায় ইবো, ঈংখ্রপোৎনি।" ঐনা অবোক অমসুং ইমাদা চৎলুখিগে হায়রল্লগা, ফি অমা হেক্তা ফমুংদগী লৌরগা চেহ্নোরক্লম্মী।

খুরা চাউমচা, কোহ্নোংদা শলগারী মথক্তা ঐবু ঙাইদুনা লৈরমলে। শলগারী অদুদা কাখৎলম্মী। অৱাং পাংনা থৌরম্মী।

ফনা কুইনা শলগারী মথক অদুদা তুল্লুরে। মিৎ পাংথোকপদা কোইরেঙ্গে হাউতাবী লাহ্নোক্তুনা খোঙামপাৎ .... ফৈদিংগা চীংগোল য়ৌরল্লে। মতম অদুদা চীঙগোল অদুদদি, ... অহিংদঙ্গি লাইরদুনা নুংথীল পোবোকতাফাওবা চৎপা কিরিবনি। নিংথম্বনসু খাঙবা ঙল্লমদে। ফিরুক খুমজিল্লিবা মায় অদু হাইদোকলুবদা লিক্লা মরিক মরিক পাইশিল্লকলম্মী। ফৌ হাপ্পবা পোরকপা বোরাশিংদু লৌরগা ফৈজুপ মথক্তা কুপশিল্লম্মী।

খুরা চাউমচাসু উইনা উইনা শলগারী থৌরীবা জাৎনি। খরা চৎলগা তিতি

থংবা শল অদু লম্বী অনানবা অদুদা নাম্বুরমাল্লে, কুম্ভোকপ্রে। " অহিং লিক্লা য়াম্না তামনবনা, লম্বী অসি নাল্লবা জাংনি" খুরানা মরুম মুরুম শোনবদু তারম্মী। শলগারী অদু নাকল নাম্মা পৈথরম্মী। খুরানা শাজে থারগা তি, তি, তি, তি, তিতিনহায় হায়দুনা কন্না লাউরফাওবদা শল অদু হৌগংত্রে। উপাই লৈতদুনা খরাদু শলগারী মথক্তগী সোরোক্তা চোংথখিরম্মী। তিতিদু চিংখংপীরম্মী, ইংগ্রবা অহিং অদুদা। উচিন নাচিন্না তিতিদু হৌগংলক্তুনা শলগারী অদু থৌবা হৌরম্মী।

অহিং অদু য়াম্না চিক্লম্মী। মীচিক মীরাওখোল অমত্তা তারমদে। উচেক ৱায়াফাওবা খোংখিদরে। তুমিন তুমিন তাশিন্দুনা লৈখ্রমাল্লে ঈংমনবনা। পুক্লিংদা অকিবা অমসু ফাওরম্মী। ফিরুক খুমজিল্লগা অদুম তুমথরম্মী।

মিকপ খণ্ডথোক থোক্লম্মী।

ফিরুক খুমজিল্লীবা অদু হাংদোক্তুনা য়েংবদা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরমলে। খুঙ্গংশিংদগী খোংলকপা যেনবালাবগী খোঞ্জেল তারম্মী। অনকপা উমং ৱামংদা খোংবা উচেকশিংগী মখোলদু তাবা ফংলম্মী। চরোই কয়ামরুমনা তে তেৎ তু, তে তেৎতু হায়না খোংলক্লম্মী। কতিনাউশিংনা তিৎ তিৎ, শেন্দ্রামশিংনা চেক চেক খোইনিংনা কোক্রিকো হায়না খোংলক্লম্মী। অসুম অসুম ঙাম্ভোরক্লবদা ক্বাক্লা - 'ক্বাক, ক্বাক' হাযনা খোমলকপগী মখোল তারম্মী। অয়ুক্কী অঙাংবা নুংশিৎ মরক্তুদা, নুংশিবা খোঞ্জেলশিংদু উচেকশিংগী, তারুবদা পুক্লিংদা নুংশিবা ফাওরম্মী।

কোইলাস থাবা লম্বী লাম্হোক্তুনা লৌবুক মরক্তা চুমদ্রিং মনিং পাংনা হাইথখিবা লম্বী অদুদা শলগারী অদু থৌবম্মী। ফনা য়াম্না ঙানথোরক্লফাওবদা, লৈচীল থাবা মরম্না, অনকপদা চেল্লিবা লৌখোং অমসুং লৌরি মচা মচাশিং নত্তনা করিমত্তা উবা ঙমলমদে। নোংপোক মায়কৈদগী নুমিৎ থোরকপগা লোয়ননা লৈচীল থারম্বা অদু মাঙখ্রে। খুঙ্গংশিংদু ইনক নক্লা উবা ফংলম্মী। লৌবুক, মচি মচিদা চরু ইকু কয়ামরুম পৈদুনা লৈবা উরি। খুল অসুম নকশিল্লকপগা লোইননা মীগী মখোল তাবা ফংলম্মী। ঐনা খুরাদা হংলম্মী,

- "খুরা লোইতাং খুনৌ হায়বদু য়ৌরব্র?"

- য়ৌদ্রি ইবো, য়ৌগদৌরে। মাঙদা উরিবা খুল অসিদি লোইতাং খুল্লেন হায়বদুনি। অদু তু অৱাংলোমদা চীঙজাও চীঙমায় অসি উব্রা য়েংউ।

- (ঐনা শলগারী মথক্তা ফম্না ফম্না অৱাংলোমদা য়েংলম্মী) উম খুরা উরে। করি লমনো খুরা অসিদি?

- অসিনিনে সনাহল লোকচাউ হায়রিদো। নংবু অমুক্তা চৎত্রিব্রা..... ।
ইবো, নখোয়গুম্বা পাখঙ মচাশিংদি লৈশাবী মচাশিং পুরগা মফম অসিদা লমচাক তাবা য়াম্না চৎনবনি।

- "হেরা খুরাসিমা...... !"

- "খঙদ্রেদা চাউভল নংনা তৌদৌরিসে, লৈশাবী কোয়বগা হৈত্রিমাগ্নে, খুরাখোয়গী নংদৌ চাউরকপদা লৈশাবী কোয়বা চৎপদা চৈগকা চারিপোৎনি ... হা হা... হা....।

খুরানা মখোল থোক্লা নোকপদু উবগা ঐসু নোকনিংমনখ্রদুনা য়াওশিলম্মী। খুরাগা ইবান্নি হৌনা পুন্না নোমিন্নরম্মী। নোকপা অদু খঙতোক তোক্লগা খুবানা লাউরক্লম্মী। "য়ৌরেহে ইবো য়ৌবেহে। মাঙদা উরিবা খুল অসি লোইতাং খুনৌনি।"

লোইতাং খুনৌ থাপলপ্পা উবম্বদগী খঙহৌদনা খুলজিল য়ৌরম্মী। খুলজিল লানশিল্লক্লগা লম্বী খবা চৎলগা ঐখোযগী লাঙ্গোনয়ানবগী ময়ুম য়ৌবম্মী।

লব্রাইগী ইনেগা মাম্মগদু অযুক গুন্তা অসিদা চন্দোনও চৱাও ইবং লংনা থিল্লগা কোম্থোং তান্না চেম্থোরক্লম্মী। মামবু ঐনা হান্না খঙই। ঐখোয়দা চহী খুদিংগী লৌশাল থীনবা লাক্লমবনি। চহী খবসি লাকখিদ্রে। ঐখোয়গী পাবনা হেক হেক লৌবা চৎলম্মী। ইনেশু ইম্ফাল কাবকপা খুদিং ঐখোয়দা হেক হেক চংলকপনি। ঐবু উবদা খুবাদা মাম্মনা চিংনবপ তৌনা য়েংলগা হায়রকলম্মী - "ইবুংঙোসিবু ... নত্রনে.... মচাইবুংঙো....?" খুবানা, "মানিনে, মানিনে মচা ইবুংঙোনিনে। মপাদু লংফৈ চখোকখিদুনা নুপামচাশি চৎলুসি হায়দুনা পুরক্লিবনি।" ঐবু মুন্না য়েংলগা মামনা থব্রায তানা নোক্লগা হায়বক্লম্মী, ? "ই ! চাউরমলেদনা, পাখঙ ফারেদনা ইমাক্তি। ঐনা নংবু অঙাং ওইরিঙৈদা উখিবদুগা য়াম্না খেন্নরে, লাকও লাকও চংলসি। ইবাই ইবুংঙো গাড়ী থৌজিনবীরকও।"

ইনেশু ঐ লাকপদু উবদা হরাউবগী ঙমখৈ লৈরমদে। নোক্কুনা ঐবু মুন্না চাদৌমখৈ য়েংদুনা লৈরম্মী। ঐ শলগাবী মথক্তগী চোংথদুনা ইনেগী মনাক্তা চংশিল্লম্মী। থব্রায় তানা নোকচদুনা লাকও ইবুংঙো চঙলসি হায়দুনা ঐবু খুদাং পায়দুনা চিংদুনা য়ুমদা চংলম্মী।

মাঙ্গোলদা ফমিন্নদুনা ঐখোয় মরি ব্বারী ব্বাতাই ঙাইহাক শারম্মী। লব্রাই মামনা হায়রক্লম্মী, "ইবাই ইবুংঙো, ফৌগকা ওম্থোকপা লোয়না লোয়রবনি।

শুমাংদা লোয়না থমজরবনি। ঐখোয়দি চাক ঈশিং চাবা থকপা লোইজরে। লৈকাইগী লৌ পাংবা চৎচরুখিগে। চাক ঈশিং থোং থাক্লবা লোইনা থৌরাং তৌদুনা থমজরবনি। নমৌনুপী নুপীমচা অদুসু ইমুংদা লৈবনি। মাগী হৌনবী মী অতোপ্পা লাক্লবদি ইমুংদা হেক্তা লোৎপনি। ইবাইনা থোকপা তৌবীহৌরো। ঝারৌবীবা য়াদে।" ইনেনা ইমুংলোমদা ওনশিল্লগা হায় ইবেম্মা নংগী খুরাগা তাদগী সেবা ফজনা তৌবম্মু হায়বম্মী।

মাম্মগা ইনেগদু ঙাইহাক পুংগোই ফম্মিন্নদুনা ঝারী ঝাতাই শারন্নগা মীগীলৌ পাংলুখিগে হায়দুনা চৎখ্রে। চিক্লবা খুঙ্গংগী, পিক্লবা য়ুমগী মাঙ্গোল অদুদা, খুরা চাউমচাগা ঐগতা ঙাইহৌরে। খুরানা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হায়রক্লম্মী,

- "ইবো...., খুবাদি চাক চাররোইহাই। ইম্ফাল য়ৌরগা ঈরুমায়থজদুনা লাইতীল খুরুন্নগা চাগদবনি। নংনা থোকপা থোংলগা চাবো। নহানিনা চাক লাম্নন্নগনি। ইমুংদা নচননুপী লৈ লাযবনি, কৌথোক্লগা হংনবো ঐদি লৈকাই ঃ ইহাক কোযকখিগে।"

খুবা অবৈবা ঈশিং খরা থিরগা পয়া অমা লৌদুনা মচিন ময়া শেংদোকখ্রে। মমায মমিৎ তাথোক্লগা কোম্হোংলোমদা অদুম থোকখ্রে।

ঐসু হৌগৎতুনা পযা অমা লৌরগা চীন য়া শেংদোকপা লোইরম্মী। ইমুংদা মী লৈবগী মখোলদি তাবম্মী। কৌশিবা হায়না খল্লম্মী, পাঙ্গল থোক্লমদে কৌবা ঙমলমদে। শাউসু শাউনিংলম্মী, মযুমদা মী লাক্লগা ইমুংদা লোৎতুনা লৈবিবসিবু কবি লৈশাবীনো হায়দুনা। চাক লাম্বগা শাউনিংবগা য়ান্নদুনা, ফুম্বংনদুনা শুমাংদা, তুলসীবুঙ ময়াদা লৈরিবা ফৌগী বোরা অমগী মথক্তা ফমদুনা লৈরি।

ইরং লংনা ফেংদোক্লবা সিলভবগী চফু মচা অমা পাযরদুনা লাপতক্লা লেপতুনা লৈবা উবক্লম্মী, - লৈশাবী মচাদু, মামগী মচানুপীদু। অহানবা উবমক্তদা মাযথোঙদ্ মহাক্কী, ফিভমদু মহাক্কী, চফু মচাদু পায়রদুনা হাইরা হাইরাদুনা, ঝাদি ঙাংব' ঙমদনা, ইকাই মিনোক নোকফেৎ নোকফেৎ নোক্লদুনা, ইনাক্তা চঙশিল্লকপসু তৌদ' হন্দোকপসু তৌদা, চন্নবী খুঙ্গংগী লৈশাবীদু, ঐগী হকচাংসে জিং লাউবা ফাওরম্মী। ঙাইহাক্কী ওইনা মালেম অসি উরু উরু উংলম্মী। ঐনা ফল্লিবা ফৌগী বোরা অদুসু কোয়পাই পাইদুনা চৎপদৌনা তৌরম্মী। চংশিল্লক্লম্মী মহাক, লেপ্লম্মী ঐগী মাঙদা। মখোল অদু নিক্লা নিক্লা কৌরক্লম্মী, - "তাদা... ইম্ফালদগী তাদা !"

ঐ ব্রা ঙাওবা থোক্লমদে। খৌনাউ অসি লোইনা ফাজিনখিরম্মী। লোন থোক্তবা মী অমগুম্না লৈরম্মী। অদুম ফমদুনা, য়েংলগা মাবু মুন্না। "কৈনোবা ...., অসুম তুমিন লৈসিবো?" মানা অমুক হায়রক্লম্মী। ঐনা খুন্নমই য়াম্না তপ্না, "হুম করি হায়বা?"

মহাক মথৌনা খরা লাকপদৌনা উরম্মী। চক্ষু অরংবা অদু ঐগী ইমাংদা থম্লগা হায়রক্লম্মী, - "সে চক্ষু অসিদা লৈরে। ঐ শীঙ, খাং, চেঙ,য়েনশাং লৌথোকলুখিগে। ঙাইহাক্তা ঙাইবীরম্মু।"

মানা হাইরিবদু তাবদা ঐ পুঙঙক ঙক্লম্মী। ঐসু থৌনা খরা লাক্লম্মী। ফম্লম্বদগী হৌগৎলগা মঙোন্দা হায়রম্মী, "ঙাইখোনে ....., নংনা হায়সিবু কৈনো, ঐ ভাব অমা তাবা ফংদ্রে।"

মমায় অমুক লৈশিল্লকলম্মী। নোকফেৎ তৌরগা হায়রক্লম্মী, "অদুবুরা ...., নোই ইম্ফালদগী লাকপা মীশিংদি ঐখোয়গী চক্ষু চাবীদেবা। মতোম মতোমতা থোংলগা চাবা ঙাক্তনি।"

মহাক্কী ব্রাহৈশিং অদু তাবগা শাউনিংবদি লাইবদুনা নোক্লিংবা অমসুং নুংশিবা ফাউবম্মী। চপ লেপ্তুনা লৈরি মহাক ঐগী মাঙদা। মুন্না য়েংলি মাবু ঐগী মিৎশিনা কোক্তগী তোনফাওবা। কনাগুম্বা লৈশবী অমদা অসুম্না যেংখিদ্রি, য়েংনিঙবসু ফাওখিদ্রি। মহাক ফজবগী ঙমখৈ লৈরমদে। ঙৌরোক ঙৌবা কুচু, খজাইগী নাকচিদা থুংলিবা শম্বু, চেঙহী মনম নম্লবা শম্লাং, ঙাংতক তৌবা চীম্বাল, ফুবিৎ থোংদ্রবা মহাক্কী হকচাং, ফনেক চিংখৎলগা ফনেক্না থাখুম ওইদুনা শেৎলিবা, পুম্নমক অসি উবদা ঐ হায়ফম খঙদনা থম্মোয়দা অনাবা ফাওবম্মী। মুন্না অসুম য়েংলম্মী, যেংদুনা অসুম লৈবম্মী।

ঐনা মুন্না যেংবদুদা মমায অদু ঙাঙশিল্লকলম্মী, লুকথদুনা লৈমায়দা লৈখিরম্মী। মমায লুকথ- লুকথনা মানা হায়রক্লম্মী,

- "ইম্ফালগী তাদা....., কৈনো....., হায়রোবা... চাক থেঙথ্রনিয়ে।"

- "অদুবুরা ঐ কৈনোমা হায়গেবা....., য়াগদরা?"

- "উম ...., হায়বীরো য়ানি। ইমানসু তাদগী নিংবা থুংনবা তৌরম্মু হায়য়ে।"

মহাক মমায় লৈখৎলক্তুনা ঐঙোন্দা য়েংলম্মী। ইকাইবা খরা ফবগুম উরম্মী। ঙোরোক ঙৌবা মমায় অদুদা ঙাংশং ঙাংবা মচু শঙলিবা অদুদি কোকত্রি।

ঐদি ইকাইবগী ৱাংমা লানখ্রে। হকচাং অসি ইতাউ তাউনা মঙদৌনা অদুম লৈরি। ঐনা অমুক হংলম্মী,

- "নংদি চাক চারব্রা?"

- "চাদ্রি, ঐগী চাকতি চফুদা লৈ। হোবেন তাদগী চাক ঈশিং হোৎনবা লোইরগা কোন্না চাগনিয়ে"

- "(য়াম্না থৱায তানা) ফরে, য়েনশাংদি করি থোংই?"

- "ইকাইজে...., অদুবু মীঙোন্দা হাযদোকপা হৌনব্রা?"

ঐ মাগী মনাক্তা নকশিল্পী। ঐগী থম্মোযগী ঈচেল হেনগৎলকলি, থবাক্তা মীহুন দং দং কাপলি। নকশিল্লগা মাগী ফুইনা ফুইনা হোনবা নিংশাস্বগী মখোল তাবম্মী। নুংশিবা মনম ফাওবকলম্মী। ঐনা অমুক হায়রম্মী,

- "ইঃ অদুবু করি তৌই হায়বগে, কবি য়েনশাংনো হাযবোবা...?"

- "অদুবুবা.... আ... আলু অঙাংবা ইবোনবা...।"

- "অস ! যাম্না হাউনিনা। মোবোক্তি কযাম থাকই...?"

- "যামদেদা কুনমুক্তনি"

- "কুনবু য়ামদে হাযবা...। ফবে নংগী চাক্তু থিদোকউবো, ইবান্নি চামিন্নবসি। হৌজিকপু কনানা চাক থোংই হাযবগে। ঐদি চাকশু থোংবা হৈসু হৈতে। ঐবু লম্বোইবদৌনা ইতোমতা চাক থোংঙগা কৈদৌবৈ চাদৌবিবা, নং লৈনা লৈনা।" মহাক্কী মাযথোঙদা খঙহৌদনা হরাউবগী মমি তাবম্মী, হাযবক্লম্মী,

- "অওইববা তাদা, নং ঐখোয়গী চফু চাগদবা, ঐগী খুৎ চাবীগদবা....?"

- "(ঐনা যাম্না থৌনা ফনা) অওইবনি...., নংনা থোংবা চাকপু চাদ্রবদি কনানা থোংবা চাগনি...।"

হবাউমনখিদুনা মহাক ইমুংদা চেশিনাখিরম্মী। ঐসু মাগী মতুং ইন্দুনা চঙলম্মী।

চাকখুমমাঙ অদুদা ৱাই ফজনা তৈথোক্লগা ফাল অমা থারম্মী। মখুৎ মশা শেংনা হামদোক্লগা চাকখুমদা চঙখ্রগা, অচৌবা পুখম অমদা চাক থিদোরক্লম্মী। ঈশিং খুজাই অমসু থাংদোরক্লম্মী। মানা তৌরিবা থবকশিং অদু, ঐ য়েংলি মিৎ কুপ্তনা লেপ্লগা। মরক মরক্তা ফনেক মচি অদু হাইগৎলগা মখুৎ তৈথোক্লি। মশা অদুদা ফি অমত্তা থোংদে, ফনেক অদু নত্তনা। মহাক্কী মথোক কারকপগী ফজবদু

য়েংদুনা অদুম লৈনিংলম্মী। চাকখুম মমাঙদা লাই লৌবদৌনা, লৈরম্মী ঐহাক লেপ্তুনা। মানা খঙহৌদনা হায়রক্লম্মী,

- "হাইমা! তাদা ঈরু মাইথজবদি কমদৌবা, ঐদি ইকাউ কাউথোক্লুবে, তাদনসু হায়রক্কে।

- "এ! য়াবেদা, ঈংখ্রবা কানসিদা করিগী ঈরুজবা। খুৎ শা শেংনা হামদোক্লগা লোইরেদা"

ঈশিং খুজাই অদু লৌবগা মনিঙথোঙ থোক্তুনা খুৎ হামদোক্লম্মী। অমুক চঙলক্তুনা চাকলুক মপান্দা থাবিবা ফাল অদুদা ফম্লম্মী। চাক অদু খবা খোত্থবগা, যেনশাং অদু তেংকোৎতগী হৈথবগা তোৎলগা, চাখোম অমা হুক্কে তৌবম্মী। চখোম অদু পাযনা পযনা ঐ খংনিং নিংশিংলক্লম্মী মহাক চাক চাদ্রি হাযবা। ঐগা চার্মিন্নসি লাকও হাযনিংবনি অদুবু অহানবা খঙনবা নুমিৎ অসিদা করম্না হাযকুগনি। চখোম অদু পায়না পাযনা ঐনা হাযবম্মী,

- "নংগী শরুক্তি....., নংগী শরুক্তি কদাইদা লৈবিবা....?"

- "ঐদি চাদ্রবসু যাইয়ে। চানিংলবসু অমুক থোংলগা চারগা লোইবে। পুক থন্নবা অদুম চাবীবো।"

- "অসুক যাম্বা চাকসিবু চাবা কদাই ঙমদৌবিবা। চাকসু যেনশাংসু যামনখ্রে, খবা খাইদোক্লক্কে পুখম তেংকোৎ পুথোবকউ।"

- "অদুমনা হাযবীগনু, অদুম চাবীবো। লেম্লগা ঐগী খজিক্তুং খাকপিবম্মু।"

- "এ! লুখাকপু কমহাই চাদৌবিবা?"

- "তাদনা লেম্লম্বা চাববু কৈদৌই হায়বগে? ঙাদুম লৌবক্কে, চাবা হৌবীরো.....।

মানা তকমনবা অদুদা, খঙতপতা থাঙ্গৎতুনা লৈরুবা ইবোম্বা তোৎলবা চাখোম অদু হুচিল্লম্মী। চাক অদু পুখম অচৌবা অমা পীক থল্লি। ঐদি তংখাইদি লায়রদুনা মশুং অমফাওবা চাবা ঙম্লোই। ফুনাক্তা ঙাবৌ খরা লৌবগা, ফু ফু কামথোক্লগা ঐগী পুখম মচিদা থাদরক্লম্মী। চেনশিন্দুনা হাথু হাথু থুম খবা লৌবগা নোম্থরগা হাপলক্লম্মী। খঙহৌদনা ইবান্নিগী কোক অনিদু 'গম' লাউনা থেংগাইনরম্মী ঐদি নাবগা ফাউরমদে, ঙাইহাক্তুং নুংঙাইবগী অউংবা অমা ফাওরম্মী। মহাক্তি নারবা খঙদে 'ইস' হায়রগা তুমিন্না ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈখ্রে।

চাক অমুক হুকপা হৌরম্মী। মহাক ফমথরক্লম্মী, খুরু খুদক কুন্দুনা ঐগী ইনাক্তা লৈরম্মী, হংলক্লম্মী,

- "হৌজিক থেংনখিবা অদুবু নাদবরা....?"

- "নংদি ......?"

- " ঐদি নাদেদা....।"

- "ঐসু নাদেদা....."

ইবান্নি থীক থীক লাউনা নোকমিন্নরম্মী। চাকলুক মপান্দা খু - লৈতানা ফম্না ফম্না মানা হাযবক্লম্মী, হাবা যাবীদ্রববা......?

- "(ঐনা মোবোক শাবনা শিশা শিশা তৌবগা) ঙসিদি য়াম্না চারপোৎনি। ঐদি যুমদদি চাক যাম্না চাদে।"

মোবোক শাদুনা শি শা, শি শা তৌবা ঐগী ইতৌদু উবগা মানা পঙনোক্তা নোক্লম্মী। ঈশিং খবা থকচিনবীযু তাদা হাযবক্লম্মী। মানা নোকপগী খোঞ্জেল অদু তাবগা শাউনিংবদি লাইবদনা থম্মোয়দা তাশোন্ননা থিনবগুম ফাওবম্মী। ঈশিং খবা থকচিনবদগী মোবোক শাবা খবা ফবম্মী। খু লৈতানা ঐগী ইনাক্তা ফমদুনা লৈবিবী, নোকপদগী হন্থবকপদা ঙাইবিবী, মঙোন্দা ঐনা অমুক হংলম্মী,

- "মিংদি কবি কৌবা... নংগী ..... ইবান্নিসে ঙসিখক্তা উন্নবনি, ঙসিখক্তা খঙনবনি। অদুবু ঐঙোন্দদি যাম্না কুইনদগী খঙনবকপা, তিন্নবকপা মাল্লি....।

মাগী মমাযদু ইমক মকশিল্লম্মী। রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা ঙাইহাক তুমিন লৈবম্মী। মিৎলুদা মাগী পিগী ঈবা চেনবা উবম্মী। ফনেক মচি অদু হাইগৎতুনা তৈথোকপসু উরম্মী। খঙশিন্নদবা শাদুনা ঐসু তুমিন লৈরম্মী, মহাক ইকাইখিনি খনবদা। মনাতোন্দু থুৎ থুৎ চিংখৎলগা হায়বক্লম্মী,

- "থা - গোই ... থাগোই কৌই।"

তাঞ্জা অদুদা খুবা চাউমচাদু ইমুংদা হেক চংলক্লম্মী। থাগোইসু পাখৎপোই লাকপোই ফুক হৌগৎখিবম্মী। ঐনা চাক চাবদু উবদুদা খুরানা লময়াইদা চপ লেপ্লগা লাউরক্লম্মী,

- "নহাক্তি কদাইদা চাক থোংলগা চারে...?""

- "(ঐনা কবিমত্তা থৌশাদনা) খুরা ঐদি চাক থোংবসু হৈতনা...। থাগোইনা হান্না থোংলম্বা চাক য়েনশাংদু অদুম চারে, চাক লাম্মনখিদুনা।"

খুরানা খোঞ্জেল কল্লপনা অমুক হায়রক্লম্মী
- মীগী চফু চারব্র..., নমা নপাদা হায়দোক্কে খঙগনি।"
ঐনা চাক চখোম অচৌবা অমা হুক্লগা খুরাদা হায়রম্মী,
- "হাউখ্রেদা খুরা, থাগোইনা থোংবা চাক য়েনশাংসে। পুক্সিদা অমুক্তা চাখিদ্রি।"

খুরা চাউচাদু খরদি শাউনিংবা জাৎনি, ঐগী ব্রাঙাং তাবদা। থাগোইনা ঐখোয় অনিগী মবক্তা লেপ্তুনা লৈবা অদুদা ব্রা য়াম্না ঙাংলমদে। মরুম মুরুম খবা শোল্লন্নগা, মপান থোকখ্রে খুরাদু।

শলগারী মথক্তা ফৌ বোরাশিং অদু থাঙ্গৎপগী মখোল তারম্মী। ইবুংঙো লোইশিল্লকও খুরাগী মতেং খবা পাংলুরাও হায়না খুবানা লাউরক্লম্মী। "খুবাশি ঐনা চাক চাকবগী শাউনিংই হায়না খলম্বনি অদুবু মবুক মনুংদদি ঐখোয় অনিবু নুংশিবা জাৎনি"- ইতোমতা খঞ্জরম্মী।

চাক ঈশিং চাবা লোইশিল্লম্মী। মনিংথোংদা থোক্তুনা খুৎ-শা হামদোক্লগা ইমুংদা অমুক চংলক্লম্মী। থাগোইনা ফদি অমনবা অমা পীবক্তুনা খুৎ-শা তৈথোক্লম্মী। তৈথোক তৈথোক্লা ঐনা থাগোইদা হংলম্মী,

- "থাগোই নংদি ইম্ফালদা লাক্লিংদরো .......
- "(মানা নোকমি নোকমি তৌরগা, লাংতক্লনা) য়াম্না চৎনিংই তাদা....। ইম্ফাল হাযবদো অমৃক্তা উদ্রি.....।"
- "শোযদনা লাকউকো .... ঐ ..... নংবু ...... হুম ...... ঐ খুরাগী মতেং খবা পাংলুখিগে।"

ঐ মপান্দা চেম্থোরক্লম্মী। শলগাবী মথক্তা ফৌ বোরা থাঙ্গৎপা য়াউবম্মী। ফৌ থাঙ্গৎপা লোইরদুনা শলগারী অদু শল লাবা অনিদু চিংশিন্দুনা পানখৎপা হৌরে। থাগোইসু মপান্দা থোবক্তুনা মাঙ্গোলদা লেপ্তুনা লৈবল্লে। খুরানা শলগাডী মথক্তা তোংখৎলগা " নুপী মচা ঐখোয় অমুক চৎলুখিগে" হায়রম্মী। ঐসু গাডী মথক্তা কাখৎলগা ফৌ বোরা মথক্তা গাড়ী মনিংলোমদা ওল্লগা ফম্লম্মী। শলগারী অদু তপ্না তপ্না কোম্থোং তান্না থৌরম্মী। থগোই তপ্না তপ্না গাড়ীগী মতুং ইন্নবক্লম্মী ঐবু মুন্না য়েংলি। ঐসু মাবু য়েংলি। কোম্থোং লাম্থোক্তুনা খুঙ্গংগী লম্বীদুদা ফনা তাম্না থৌরফাওবা, থাগোই কোম্থোংদা লেপ্তুনা ঐখোয়বু য়েংদুনা লৈহৌরি।

## (১৩) ইম্ফাল কারকপা

"ইবান্নিসে ঙসি খক্তা উন্নবনি, ঙসিখক্তা খঙনবনি, অদুবু ঐঙোন্দদি য়াম্না কুইনদগী খঙনরকপা, তিন্নবকপা মাল্লি।"

ঐনা ৱাহৈশিং অসি হায়বগা থাগোইনা করিগী মিৎলুদা পিরাং শিন্থখিবা, ফনেক মচিনা ঐনা উহন্দনা তৈথোকখিবা - পুম্নমক নিংশিংলি।

তশেংবসু নোংমতং অহানবা ওইনা উন্নখিবা মহাকসে চহী কয়াদগী খঙনরকপা মাল্লম্মী। মহাক্কী শক্তমদো নুংশিববী, কাউঙমদবী, হান্নদগী খঙনরকপগুম উখিবগুম, ৱারী শাখিবগুম নুংশি- লনুংওনগী .... তৌরম্মী। ঐগী ৱাখল হায়বদুনি। অশেংবদি অহানবা উন্নবা নুমিৎতুদা ঐগী থম্মোয়সি নৈহৎখি। খাঙঙমখিদে, নিকখি, নুংশিদনা থুমহৎখি।

অসুম্না তৌখিদ্রি পুন্সিদা অমুক্তা।

ৱাখল খন্না খন্না, মতমগী ঈচেল চেন্থখি লেপ্পা নাইদনা. - নোংমদগী নিনি, নিদগী হুমনি হৌখি। মতম্না অসুম ৱাইবগা, হেনগৎলক্লি চাকপা ঐঙোন্দা, নুংশিবী মাগী মৈচাক। কনাদসু তমলুদে, কনাদসু হাযদোকলুদে ঐগী নুংশিববা মরুপ মোহোনফাউবা। খাঙলম্মী ইতোমতা নুংশি মৈচাক্তো, চাবা থকপা থওইদনা অহিং মিশেল খাঙদুনা।

খল্লমদে পুন্সিদা অসুম্না ওইবক্কনি হাযবা ঐগী ফিভম।

মেট্রিক পবিক্ষা মযা যৌশিল্লক্লে। ঐ ঐগী কাদুদা লাইরিক কন্না পাবি মবক মবক্তা থাগোইগী ৱাখলদা উংলি। তুম্বা চাবা খঙদবমখৈ লাইরিক পারি। থাগোইগী ৱাখলনা অমুক হেন্না লাইবিক পানিংবা পোক্লি। চাকখাউ শারপ তৌবি, পুক্লিং মকা লাল্লি।

রুহিনিসু মরক মবক্তা অমুক লাকই। ঐঙোন্দা পবিক্ষাগী মরুওইবা ৱাহং কয়ামরুই হংলম্মী। স্কুল কানদ্রে। অবোইবা পবিক্ষাগীদমক লৈজবী থাদুনা লাইরিক পাবা হৌনখ্রে।

পরিক্ষা লোইরে।

হকচাং অসি ইয়াং য়াংলম্মী। অদুবু ৱাখলদি অরুম্বা পোৎলুম অমনা ননবদৌনা তৌরম্মী। নুমিদাংৱাইরমদু ঐহাক ঐগী ফমুংদা লোংনা হীপুনা লৈরি।

নিংশিংলক্লম্মী মথং মথং- সিলভরগী চফু, ফনেক চিংখৎলগা শেৎপা মহাক্পী শক্তম, ইকাইনা নোকখিবা মাগী মীনোক, ঐনা মোরোক শাবা উরগা থব্রায় তানা নোকখিবা, কংফাৎত্রিবা মাগী শল্লাংগী চেংহী মনম, মাগী ব্রাঙাং, নুংশিবা স্বরগী মনম, অরোইবদা লেপ্তুনা লৈহৌবা মাগী শক্তম কোম্থোংদুদা মখোয়গী তাল্লবা খুঙ্গং অদুদা।

উনিংবনা মহাকপু খাঙবা ঙমলমদে থম্মোয়সে। অমুকসু খল্লুই চৎকে হায়দুনা লোইতাং খুনৌ তান্না, হয়েং নোংঙাল্লগা। লৈরমদে পাঙ্গল, য়ৌননবা মাগী মনাক্তা। ব্রাখলনা য়ৌবতা মঙায়রে, হকচাংদি লেংবা ঙল্লমদে।

মেট্রিক পরিক্ষা হায়দোক্লে।

মীয়াম পুন্নমক খোইরেল পাইবদৌনা চেন্নরম্মী, খবব যেংবা, পরিক্ষাগী ফোল যেংবা। ঐদি কবিসু থৌশাদনা ঐগী কাদা ফমুংদা লোংনা হীপ্তুনা অদুম লৈবি।

রুহিনিদু ঐখোয় য়ুমদা লাকপগী মখোল তাবম্মী। মানা চল্লকপগী স্বব চনিং - চমাং শম্নদনা ইমাদা হাযবসু তাবম্মী,

- "ইমাহান, ইমহান ...., ঐ মেত্রিক পাস তৌরে। খববসিদা য়াওরে। নচানুপা চাউভলদি ফাষ্ট দিভিজন্দা পাস তৌবে। কদাইদা লৈবগে ... চাউভলদুবো....?"

ঐখোয় ইমাগী হৌনবী লাইবিক লাইশু হৈবক্তবী ওইবগী, পরিক্ষা হাযদোকপা খুদিং, পাস তৌবকপা খুদিং "হোয হোয" হাযবদগী হেন্দবীনি। মেমপীশক থোইবীসু চেম্থোবক্তুনা রুহিনিগা মবান্নি হৌনা নোকমিন্নবগী মখোল তারম্মী। ঐখোয়গী তামোদু শ্বাইদা লৈরম্বনি, মাগী কাদা শোযদনা লৈবমগনি, ঐ কৌথোকলুখিগে হায়বা ঐগী ইচননুপীগী খোঞ্জেল তাবম্মী। রুহিনি অদু ঙাইবা ঙমদ্রবা মাল্লে, থোইবীগা মবান্নি খবব অদু পায়বদুনা ঐগী কাদা চেনশিল্লকলম্মী। ঐবু উবদা রুহিনিনা হরাউনা লাউবক্লম্মী, "চাউভল নংদি ফাষ্ট দিভিজন্দা পাস তৌবে, সাইন্সকা মেকর্নিক্সকা লেটব ফংলে....।"

রুহিনিগী মখুৎতগী খবর অদু লৌবগা যেংলম্মী। মহাক থার্ড দিভিজন্দা পাস তৌরে। মোহোনসু থার্ড দিভিজন্দা পাস তৌবে।

ঙাইহাক লাংলন্নগা রুহিনি অমসুং থোইবী খুৎ শম্নরগা ঐগী কাদগী চেম্থোকখিরম্মী।

ইতোমতা ঙাইহৌরবদা।

. পরিক্ষা পাস তৌরকপগী হৱাউববুদি ফাওরম্মী। অদুবু পাস তৌরকপগী হৱাউবা অসি কনাগুম্বা অমগা শরুক য়ামিন্ননিংবদৌনা তৌরম্মী। অঙকপনি মীওইবগী পুন্সিগী অহোংবা। ইচম চম্না নুংঙাইনা অঙাংগী ৱাখলদা তাউদুনা লৈজরম্বা ঐসে, অফা অপুন্না থল্লবা নুংশি ঈপাক্তা ঈরাক্লরব্র ! ইতোমত খঞ্জবনি, কনাদসু হায়দোকলুদে।

ডিএম কোলেজ কাবা হৌবে।

কোলেজগী ছাত্র ওইবগী অনৌবা পুন্সিনি। অনৌ অনৌবা ইমান্নবা ইমান্নবী কযামরুম থেংনরম্মী। অমগা অমগা উন্নদুনা খুৎ শোক্লদুনা শকখঙ মায়খঙনবা হৌবম্মী। ঐখোয় ময়াম অদু কোলেজ কারবনি হায়দুনা হৈবোই হৈতবোই ঈংলিসতা ৱাবী ৱাতাই শাবা হৌবম্মী। স্কুল তন্নিঙৈগা যাম্না খেন্নবা লৈ। ফুরিৎ ফিরোল লুবা নানবা থোইনা খল্লুদে।

লাইবিক খাও অমা য়ানশিল্লগা পঙচৎতা চৎলম্বনি। কোলেজদদি, খোংগ্রাউ অশাংবা, ফুবিৎ ফজবা শেৎপা তান্নবম্মী। বোই মচা অমমম য়েপ্পগা ফিজিক্স, কেমিষ্ট্রি, বাইওলোজিগী ওঝাশিংগী লেকচব তাবা, নোট খবা ইশিনবা অসিনা মপুঙ ওইরম্মী। ক্লাস লোইরগা কোলেজগী কান্টিন্দা চা থকপা, ফমিন্নদুনা ৱাবী ৱাতাই শাবা, ঈংলিস ৱাহৈ থেৎ- থেৎতুনা অফাওবা শানবা- পুম্নমক অনৌবা পুন্সিগী মতাংনি।

থাংজা নুমিংতনি।

কোলেজ শুতি ঙন্না থাদুনা য়ুমদা হল্লক্লম্মী। কোম্থোং হাংদোক্লুনা চঙলকপদা ঐখোযগী মাঙ্গোলদা মী খরা ফমদুনা ৱারী ৱাতাই শাবা উবম্মী। নকশিল্লক্লবদা, লোইতাংগী মামগা ইনেগা, পাবহোই ইমাহোইগা ৱারী ৱাতাই শান্নদুনা লৈবা উবক্লম্মী। মামগা ইনেগা উবদা ঐনা হৱাউ হৱাউ কৌরম্মী। মখোয় অনিনা ঐবু কোক্তুগী তোনফাওবা য়েংলগা হৱাউ হবাউ খুন্নক্লম্মী। লোইতাংগী মাম ইনেগা উবদা, পুক্লিংদা নুংঙাইবা, হরাউবা, চিংনবা, পাখৎপনা পীক থল্লম্মী। ইতোমতা হংজরম্মী, " করি মরমগী লাক্লিবা জাৎনো, থাগোইদি য়াজওরক্তবা জাৎলা?"

পরপ পরপ ঐগী কাদা চংলম্মী।

খোঙকাপ অমা কানশিনবদা মঙাইবি। মাংদা তুং ওম্থোক্লুনা লেপ্লিবী মুর্তি অদু উবদা অমুক হন্না খোঙ থাংজিনবা ঙমদ্রদুনা ঐ লেপ্তুনা লৈরমমী। থম্মোয়দা

মিহুন কাঙলি। স্বর মপী থবেৎ থবেৎ হোল্লগা ঙাইহাক্তংগী ওইনা হকচাং অসি তনিক তনিক খাঙলি। ফক্লাংলোমদা মায় ওনশিল্লগা লেপ্লিবী নুপীগী মূর্তি অদুনা ঐবু শুহৎতুনা থম্বগুমখ্রে।

থাদোক্লিবা শল্লাংশিং অদুনা নিংদু য়েনা শান্নবা অদু উরক্লম্মী। ফনেক ময়েক নাইবা অমা শেৎলগা, ফি মচা অমা লেংবান্দা য়াম্থরগা ফুরিৎ পাম্বোম থুংবী অমা লিৎলিবী, ফিভম অদু য়েংদুনা ব্রা ঙাঙবা থোক্তনা, খৌনাওশি ইফা ফাজিনখিবনা, তুমিন্না অদুম লৈরম্মী ঐহাক।

টেবল মথক্তা লৈরিবা লাইরিকশিং অদু পায়দুনা শান্নরি। তাইবঙ কনা উরোই হায়বগী মতাগুম অমুকসু লাইবিকশিং অদু ফাক্তুনা শান্নরিবা মাল্লে মহাক্কীসি।

অচিকপা অদু থুগাইদুনা খোঞ্জেল নিক্লা নিক্লা ঐনা হায়রম্মী -

, কনা ....... নো...... !

খংবোই লাকপোই মমায় লৈথোরক্লম্মী। ইবান্নি মিৎকা মিৎকা চানকবি। ঙাইহাক য়েংনদুনা লৈরম্মী। মহাক মমায লুকথখিবম্মী। ব্রা অমত্তা ঙাঙদনা লেপ্তুনা লৈরি। ঐগী থম্মোয়দা যেক্তুনা লৈখ্রবা, কবম্বা কান্দা উজবা ফংগদগে খন্দুনা লৈজবক্লবা শকফম অদুনা ঐগী মাঙদা, ঐগী কাদা লেপ্তুনা লৈবি। ঐনা পাঙ্গল পুম্নমক ফুদোক্তুনা হাযবম্মী,- " থাগোই কযাম কুইবে লাকপা? মহাক্লা মমায় অদু হায়গৎলক্লগা খুম্লকলম্মী, " ফনা কুইবে, নহাক্কী লাইরিকশিং অসি মশিং থীরম্লিবনি। যাম্না চাউবসু যাওইনা।"

ঐ মাগী মনাক্তা চংশিল্লম্মী। কোলেজদগী পোরকপা বোই, কোলোমশিং অদু টেবল মথক্তা থল্লম্মী। মঙোন্দা অমুক ওনশিল্লগা হায়রম্মী ,-

- "অদো ......................।"

- "কৈনোবা অদো?"

- "অদো .... চুম্না লাকপ্রা হায়বা?

- "উম ............"

- "উম হায়বদি কৈনো...., ঙসি হন্দোইরা হায়বা য়ুমদা

- "(থাগোইনা নোকমি নোকমি তৌরগা) .....উম ...."

ব্রা মখা তারমদে। ঐগী মাযথোঙ অসি খঙমক মকশিল্লমগনি। পুক্লিং খোয়রাং খোয়শাউনবা পোক্লম্মী। মিকুপা খরদংগী ওইনা ঐগী থম্মোয়দা হৌরকপা নোংলৈ নুংশিৎনি। ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা ফমুং মথক্তা ফমথরম্মী। ঐগী ইতৌদু

উবদা থাগোইনা ইশি শিনা নোক্লম্মী। টেবল মনাক্তা অমুক চঙশিল্লক্লম্মী। মখুৎ মচা অদুনা টেবল মথক্তা নান নান্দুনা শান্নরি, করিমত্তা থৌশাদনা। ৱাদি শুকঙাং ঙাংলমদে।

মপান্দগী মামনা কৌরক্লম্মী, - "ইবেম্ম, থাগোই, নং তাদগা উন্নবত্র, ৱারি ৱাতাই শাবা লোইরত্র, মপান্দা থোরকউ, থেঙথ্রগনি।"

কোকচাউবী ফোং লাউনা কারম্মী ঐ। থাগোইবু মুন্না অমুক্তং নিংবা কায়না যেংলুবি। ঐবু মুন্না যেংলম্লগা, নোকমি নোকমি তৌরগা, ৱা মচেৎ অমত্তা হাযবমদনা মপান্দা থোকখ্রে। চৎলগে ফাওবা হায়রমদনা চৎখ্রে মহাক্তি।

শাউনিংবা অমসুং পুক্লিং নুংঙাইতবনা পীক থল্লম্মী থম্মোয়সে। উন্নরগা খবা ফগদবা থল্লম্বা নুংশি মৈচাকসে, উরগা অমুক হেন্না চাকপা হেল্লম্মী। অমুক চৎখিনি থল্লুবদা, থম্মোয অসি খংশোন শোন্থরম্মী।

খোঙ মোজা ফাওবা লৌথোক্তনা ফমুংদা অদুম হীপচিল্লম্মী পেবি পেবি। মপান্দগী মামহোই ইনেহোইনা লাউরক্লম্মী, - "ইবুংঙো ঐখোয় অমুক চৎলুখিগে।" খোঞ্জেল ইফাই ফাইনা খুল্লম্মী ঐনা "হোয়"। তারমগদ্রা তারম্মোইদ্র খঙদে। কাদগী থোক্তুনা উন্নকবা য়াবনি। পুক্লিং নুংশিবা অমসুং নুংঙাইতবনা পীক থনখিবনা, মপান থোক্লবগী পাঙ্গল লৈবমদে। লোংনা হীপল্লম্বদগী উপশিল্লগা, চোৎলি চোৎলি তৌরবা ঐগী মিৎকী পিবাংশিংসে মোন্দা তৈশিল্লগা, থম্মোযদা অনাবা ফাওদুনা, লৈবম্মী ঐ মঙলানগী তাইবঙদা ককঙাওননা।

ইচননুপী মেমপীশক চঙলকপগী মখোল তাবম্মী। মায় অসি মোন্দা অদুম উপশিন্দুনা লৈরি ঐ। ঐবু উবদা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হকচাং নোল্লগা কৌরক্লম্মী,

- "তামো, তামো...., কৈদৌরবগে নংবো, ফিরোলকা অমত্তা হোংদোক্তনা তুমশিল্লিবা অসিবো..., সে, সেমি.... তামো হৌগৎলোবা, চরা ৱাল্লুরসেবা। ইচে থাগোইশু চাক থিদোক্লগা চাকশঙদা ঙাইদুনা লৈহৌরেবা।"

অমুক হন্না ঐ কোকচাউবী ফোং লাউনা কারম্মী। মঙলা তাইবঙলা ঐনা তৌবিবসিবু থল্লম্মী। মায় অসি লৈথোকপা ইকাইবম্মী। পিরাংতনা চোৎলবা ঐগী মিৎ অনিশি ইচননুপীনা উখিনি খনবদা। থম্মোয়গী ঈচেল- অমুবগী মহুৎতা অঙাংবনা শিনখিরম্মী, অৱাবগী মহুৎতা নুংঙাইবনা শিনখিরম্মী।

ঐনা মায়দি হায়গৎতনা, "উম, উম" হায়দুনা লৈরম্মী। মেমপীশক্লা অমুক হায়রক্লম্মী,

- "সে, হৌগৎলোবা তামো। ইচে থাগোইদো ঐখোয়দা মতম খবা লৈরনেবা, ঐখোয়গী য়ুমদা ! ঐখোয়গী ইয়োংদা ফি শাবা তমদোইনি হায়য়ে, খঙঙবরা?"

মেমপীশক্কী ৱাহৈশিং অদু তাবদা ঐ হ্রাউবগী পনখৈ লৈরমদে। ৱা অমত্তা খুমদনা তুমিন্না, নুংঙাইবগী পিরাংতনা চোৎলবা মোন অদুদা ফুমজিন্দুনা লৈরম্মী ঐগী মায়সে।

মেমপীশক থোইবী হৌগৎখ্রে। পবপ পরপ লাকউ হায়বল্লগা চৎখ্রে।

নোংজুথাগী মতমদা লৈচীলনা মতম কুইনা লোৎতুনা থমলুববা নুমিৎনা, লৈচীল পোমাই হাংদোক্তুনা থোক্লকপদা, থম্মোয় ইয়াং য়াংবগুম, ঙাইহাক্কী ওইনা অৱা নুংশিগী ৱাখলদা লুপলুববা ঐগী থম্মোয়, ইয়াং য়াংলম্মী। ফমুংদগী হৌগৎলম্মী। মিৎকী পিবাংশিং অদু কাবক কাবক তৈথোক্লগা ফমুং মথক্তা অঙাং মচা ওইনবগুম ফমদুনা লৈরম্মী। থাগোই ঐগী কাদা চঙলকলম্মী। ঐগী ইতৌদু উবদা হায়বক্লম্মী,

- "হৌজিক ফাওবা ফিবোল হোংদোকপিদ্রিবরা?"

- "উম হোংদোক্ত্রি......। অদো নং ঙসাইদি য়ুমদা হনগনি হায়বগা চৎত্রববা?"

- "অদুবুবা..., ইমাহোই পাবহোইনা ফি শাবা তম্নবা হায়দুনা থিল্লকপনি। ঐনা কোন্না হায়গে হায়দুনা হায়দোক্তবা...।"

- মামহোই ইনেহোইদি চৎখ্রববা?

- ঙসাইনা চৎখ্রদুদি, চৎলগে হায়না লাউরম্মীদুদি।

- অদো নংদি কয়াম কুইনা লৈদৌবিবা?

- উম খঙদেবো... ফরেসে খুদৈ অরাংবসি হোংদোকপীবো। চাকশঙদা ইবেম্মা ঙাইদুনা লৈহৌবে। চবা ৱাল্লুবসি .... লাকওবা।"

খুদৈ অবাংবা অদু পুবদুনা থাগোই ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লম্মী। ঐগী মাঙদা লেপ্লি লাপতক্লা। ঐসু ফমুংদগী হৌগৎলম্মী। মাগী মনাক্তা চঙশিল্লম্মী। অসুম অসুম নকশিল্লম্মী। মাগী মমায লুকথখিবম্মী। শল্লাংগী নুংশিবা মনম ফাওবক্লম্মী। খুদৈ অদু পীরম্লগা, ঐঙোনদা মুন্না অমুক্তং যেংলম্লগা, ইকাইনা নোক্লম্লগা চাকশঙদা চেনশিনখিরম্মী।

খুদৈ অরাংবা অদু শেৎলগা ঐসু চাকশঙদা চঙলম্মী। মেমপীশক থোইবী,

থাগোই ঐখোয় অহুম হরাউ হরাউ চরা ৱামিন্নরম্মী। ঐগী ইচননুপী মেমপীশক্না হরাউনা নোকচরম্মী মচে থাগোইগা লৈমিন্নগনি খনবদা। অমরোমদা ঐগী থম্মোয়দা ফোং ফোং শানা চেন্থরক্লিবা নুংঙাইবগী ঈচেল। অসুম চাক চামিন্নরম্বদগী থোইবীনা হাযরক্লম্মী,

- ঐখোযগী তামোনা শাউরবদি থেম্বীনবা লৈতবনি। ইচে থাগোই লাকপসিদি যাম্না ফবে। ইচেনবু হাযববদি হেক্তা য়াদৌমাল্লে ঐখোয়গী তামোসে।"

ঐখোয় অহুম পুন্না নোকমি রম্মী।

## (১৪) "চাসি মরু, হন্দোকসি মতোং"

ঐখোয়গী ইমাগী তোপ তোপ্পা মগুন অমা লৈ। লাইরিক হৈতে হায়ববু তৌরুবা শিনফম খুদিংমক ইহৈদা হে। ঐখোয়গী কোল অমা লৈরিবা অদু মাগী অউনপোৎনি হায়। ফিশাকোল অদু ঐখোয়না হেক খণ্ডলকপদগী ঐখোয়গী মাঙ্গোলগী নাকথরোমদা অদুম খিন্দুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক শংবদা ইমানা লংচাক চাক্তুনা ফি হৌদুনা শাই। থোইবীনা চাউবক্লবা অসিদা মহাকসু ফিশা লোনশা য়াওদুনা ইমাগী মতেং খরা খরা পাংবা ঙম্লম্মী। লাইরিক তম্বসু লাইথোকপা য়াদে হায়দুনা ঐনা কন্না তক্লম্মী। চহী খরদি ইয়োং অদু মথৌ লেপ্তুনা তুমিন্না য়ুংদুনা লৈরুরবনি। ইমানা লং লৈনিংঙাই পৈশা লৈতবদগীনি হায়। ফিশা লোনশাদা নত্তুনা অবোক্লা ফক শাবসু ইমানা য়াওশিন্দুনা অদুম হৈবম্মী। হন্দক মরক্তি লাইরমনখিবনা ফৌসু লল্লোনবসু খরা তৌরম্মী। থাগোই লাকপদগী সনা কৈথেনদগী লং লৌরুদুনা ফিশা কোল অদু অমুক পানখৎলম্মী। ফি শাবা হৌরম্মী।

স্বগগী লৈকোলদা, সনাগী থম্বাল শাৎপা লুপাগী থরো পোম্বা, শিমরি উমবি উমংনা লৈতেংবা মফমদা লৈরিববা নত্রগা কল্লকপা মীহৌবা নুংশিবনা থল্লবা সংসাব অসিদা লৈরিবরা- ঐ খণ্ডলমদে। পুন্সিদা অহানবা উন্নবদা নুংশি লইথুঙ পকহল্লিবা, থম্মোয় লাইনা নাহল্লিবা, অমুক্তং উজবা ফংলবদি হায়দুনা খঞ্জরম্বা মহাক অদুনা ঈশ্বর মাগী খুদোলপোৎ ওইনা ঐগী ইনাক্তা, পুন্সিগী মথোক কাখৎলকপা মতাংসিদা লেঙদনা লৈরবা অসিদগী ঐগী পোকচমনগী মহে য়ানবা অদু ওইরব্রা নত্রগা অৱাবা লাক্কদৌরিবনো, হায়ফম খণ্ডদে, তৌফম খণ্ডদে, পুক্নিংসে নুংনাংদুনতা লৈরম্মী। ⁄

নোংমগী নুংথিল পোবোপতনি।

কোলেজদগী ঙন্না হল্লকলম্মী। কোম্থোং হাংদোক্তুনা চঙলকপদা ঐখোয়গী ইমুংগী মী অমত্তা উবা ফংলমদে। থোইবী স্কুলদগী হল্লকলমখিরোই। পাবগা ইমাগসু উরমদে। মনিংগী ইংখোলদা থবক শরুম্বা য়াই। অবোকসু উবা ফংলমদে। ইমুংদা লৈবা জাৎলা নত্রগা কৈথেলদা ফক য়োনবা চৎখিবা অম্রা ওইরমগনি। থাগোইনা ফি শাবগী মখোলসু তারমদে।

মাঙ্গোল কাখৎলকপদা অঙকপা দৃশ্যা অমা উরম্মী। থম্মোয় অসি ঈরাং

লাংলম্মী, ইপা পাখৎলম্মী। হকচাং অসি চেঙ খৈবদৌনা নিক্লম্মী। থাগোই তুম্বক তাশিন্দুনা ফিশাপাল মথক্তা তুমদুনা লৈরম্মী। মহাক্কী ফনেক্কী থাখুম অদু নাম্থদুনা লৈবা উরম্মী। ঙৌরোক ঙৌবা খুনু মচা অনিদু মচিন ঙাংতক তৌরদুনা তুম্বক তাশিন্দুনা লৈবা উরম্মী। চেপ্পা হীপ্লি মহাক। শাংলবা অমুবা শল্লাংশিং অদু ফিশাফাল মথক্তগী হাইথরক্তুনা লৈমায়দা মতোন ফন্দোক্তুনা তাবা উরম্মী। লেপ্তুনা ঙাইহাক য়েংলুরবা মতুংদা, তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লম্মী থাগোইগী মনাক্তা। ফি থোমদ্রবা মরেংবান অদু পায়রগা ঐনা থাগোইবু হৌদোক্লম্মী। অফাইবা খোঞ্জেলনা হায়রম্মী, - "থা.... গুই....... থা...... গুই...... থা ..........থা"

থাগোই মমিৎ পাঙথোরক্লম্মী। থাখুম য়াউদ্রবা মহাক্কী থবাক অদু ফনেক অদু চিংখৎতুনা খংখুম খুমজিল্লম্মী। ফনেক অদু পাইবোই লাকপোয় য়েপশিল্লগা হৌগৎলক্লম্মী। ফিশা- ফালদা অৱাং ওন্দুনা ফম্লগা, শাংলবা শল্লাংশিং অদু তাশিল্লগা, ঙৌরবা পুমবুম তাবা পাবোমশিং অদু হাযগৎতুনা পুনশিল্লি। শল্লাং অদু পুন্না পুন্না ফিশাফালদগী কুমথরক্লম্মী। হেন্না ঙৌবা হকচাং অমসুং পাম্বোমগী মরু মবক্তা মুসুক মুবা শমলাংশিং অদু মকা লাম্না জোম জোম লাউনা হৌবা উরম্মী।

ফিশাফালদগী কুমথরক্লগা ঙাইহাক ঐগী মাঙদা লেপ্লি। হায়রক্লম্মী করিমত্তা তৌদবা শাবদুনা

- "নং কোলেজ হল্লকলব্রা...? ঙসিদি য়াম্না ঙল্লিনা....। নুংথিল নুংশা শামনবা অদুদা ঙাইহাক তুমথোকলুরে, ফিশাফাল মথকসিদা।" ফনেক মচি অদু চিংখৎতুনা, মচিম্বালদা তুম্মুবগী চেম্থরক্লিবা তিল্লাংশিং অদু তৈথোক্লি।

শাউনিংবা অমসুং নুংশিবনা পীক থল্লম্মী, ঐগী থম্মোয়দা। ঐগী নিক্লম্বা হকচাং নিকপা ফখিরম্মী। খোন খরা কল্লপনা ঐনা থাগোইদা হায়বম্মী,

- "নফি নরোল অদুক য়াম্না কোম্না তুল্লিবা করিগীনো

- "অদুবু .... ঐদি খঙহৌদ্রে.... তুম্বদুদা। অদো নংনা লোয়না য়েংথোকখ্রবা হায়বা?"

- "ঐনা য়েংগে হায়না যেংবদি নত্তেদনা, নংনা কোমদুনা লৈজরল্লগা।"

থাগোইনা মথবাক্তা মখুৎ অনিদু থল্লগা ইঙোন্দা অমুক য়েংলগা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরম্মী।

হোরেন মেমপীশক থোইবী স্কুল কুম্নলগা চারা ৱামিন্নসি হায়রল্লগা ঐ ইমুংদা অসুম চঙলক্লম্মী।

ইচননুপী থোইবী চাউশিল্লকপগা লোইননা কেবা মৌবা হেনগৎলক্লি-লৈ লৈতে খঙদনা। মমান্নবশিংদি খোঙউপ খুনিংব্রাংবী, মখল- মখলগী শম্ফাবী, সাইকল লোইনা লৈ। মাগী ফুরিৎ মতৎ অমগা স্কুল কায় হায়দুনা ওইনবি। মহাক্কী মতৌদু উরগা থাগোইনা ব্রাজরম্মী। মহাক্না ফি শাবদা ফংলকপা পৈশা অদুনা থোইবীগী অপাম্বা পোৎশিং অদু হেক হেক লৈবী।

থাগোইগী মঙং মতৌ, লমচৎ শাজৎ অসিদা ইমুংগী মী খুদিংমক্না মাবু য়াম্না লুনা তৌরম্মী। মরুওইবা অবোক হনুবীগী সেবাদি থাগোইনা লোয়না তৌবীখ্রে। অবোক্না মাগসু য়াম্না চান্নজে। কৈরোল লৈকাইগী মীশিংনা ঐখোযদা চঙলকপদা থাগোইবু মশক ফজবতা নত্তনা থবক ইনখাংদা চঙখোল্লি হায়দুনা থাগৎলম্বা ঙাক্তনি। ইমাসু পাবসু থাগোই উদবদা কোয়কৌ কৌই। মেমপীশক থোইবীগীদি মচে মনম্মা অমা ফংবদৌবা নুংঙাইজখ্রে। ঐতা মঙাইবে, নুংঙাইবিবা হায়দুনা নত্রগা ব্রারীবা হায়দুরা মফম মবাং খঙদনা লৈরিবা, চাসি মরু, হুন্দোকসি মতোং হায়দুনি।

নোংমগী অয়ুক্তনি। পাবগী মমান্নবা অহল অনিখক লাক্তুনা মাঙ্গোলদা ফমিন্নদুনা ব্রাবী শামিন্নরিবা অদু ঐনা লাইরিক পাবা ব্রারদুনা ঙাইহাক থোকলুবদা উরম্মী। করিমত্তা থৌশাকদনা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈরম্লগা ইমুংদা, ঐগী লাইরিকশঙদা অদুম চঙলকলম্মী। চৌকিদা ফমদুনা লাইরিক অমুক পাবা হৌরম্মী।

থাগোইদু ইপা পাখৎনা ঐগী কাদা চেনশিল্লকলম্মী। মপান্দা অহলশিং অদু হৌনা নোকপগী মখোল তাবম্মী। থাগোইগী মতৌদু উবদা ঐনা হংলম্মী,

- "থাগোই কৈদৌরে"

- কৈসু তৌদেদা.......(স্বব মপী হোল্লি), পাবনা হীদাক হাল্লকউ হাযবকপা অদুদা হীদাক হাপ্লগা পুথোক্লগা পীরুবনিদা

- "অদুদা কৈদৌরবা..........?"

থাগোই ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লকলম্মী। ঐগী তুংলোমদা চৌকিদা মখুৎ অনিদুনা পায়রদুনা লেপ্লিমাল্লে। ঐনা চৌকিদা ঙাথবদা মখুৎ অনিদু ননশিল্লম্মী। মহাক্না অমুক হায়রক্লম্মী,

- "অহল অনিসে, পাবগী মনাক্তা ফল্লিসে, মখোয়না ঐঙোন্দা মুন্না পংয়েংদা য়েংলিবা, মখোয়গী মিৎয়েংদো ঐ কিজৈবা....।"

ঐনা মাগী মতৌদু উবদা নোক্লিংবা ফাউরম্মী। চৌকিদা ফম্না ফম্না হায়রম্মী,

- "করি করি হায়নরিবা অহলশিংদুনা?"

- "হুম খঙদে......।"

- "চুম্না নংগী নওং নতৌ নশক ফজবা অদুদা পয়েং য়েংবা ওইরিনিদা..........."

- "তু মায়দি অসি হেক্তা হায়রকঅদৌনি।

থাগোই ঐগী তুংদা ঐঙোন্দা হেন্না নকশিল্লকপগী মনিল ফাওরম্মী। চৌকীদা ঐগী নঙ্গন্না ননশিন্দুনা থন্নিবা মখুৎ অনিদু ফারগা ঐগী মাঙদা চাঙশিল্লম্মী। ঐনা মাগী মখুৎ অনিমক পাইহরি, চৌকীদা ফম্না ফম্না। মহাক ঐগী ইমাঙদা লেপ্তুনা লৈরি। শানৌগী মথোক কারকপগী ফজবা খুদিংমক মকা লাম্না উবা ফংলম্মী। ঐনা অমুক হায়রম্মী,

- "থাগোই অশেংবনি, নংসে ওস্থোক্লা ফজব্রেদা... !

- "ইস অসিবু খ্রানেদনা....."

ফম্না ফম্না ঐনা মাগী মখুৎ অনিদু কন্না পায়শিল্লম্মী। ঐনা কন্না পায়শিনবা অদুদা মানা লাউরক্লম্মী, - "অয়ো ইম্মা কৈদৌরে... ঙাওরব্র ! সেবা .... খুৎতো কন্না পাইশিনগনো... নারেবা।" ঐনা মাবু মুন্না য়েংলগা অমুক হায়রম্মী

- "ই !হায়জন্নিরিসে, কন্নসু পায়দনা।"

- "সেম্মি .... থাদোক্লোবা, মীনা উখ্রগা.....।"

- "ঙাইখোবা, খ্রা অমত্তা হায়গেবা।"

- "করি খ্রানোবা?"

- "অদুবুরা, ঐনা হায়দৌবা খ্রাসি য়ারবদি নংগী খুৎ অনিসি থাদোকপীরগেবা....।"

- "হোয়বা..., য়ারগেবা.....।"

থাগোইগী মখুৎ অনিদু পাইশিল্লম্বদগী থাদোক্লম্মী ঐ চৌকিদা ফম্লম্বদগী হৌগৎলম্মী। অমুক হন্না মখুৎ নাম্না পায়দুনা চিংশিল্লগা ফমুংদা ফমহল্লম্মী। ঐনা সেদা ফম্মু, করিমত্তা লেঙগনু, নহাক্কী ফজবী শক্তম অসি য়েক্কদৌরিবনি হায়রম্মী। থাগোইনা ফমুংদা ফম্না ফম্না মমায় অদু মখুৎনা খুমজিল্লগা, ঙস্মোয় ইকাইজে হায়দুনা লৈখিরম্মী। ঐনা ই করিগী কনামত্তসু লৈতনা, ঐনা হায়বমখৈ য়াগনি হারমদাইনে, লেংগনুকো হায়রম্লগা চৌকিদা অমুক হনজিন্দুনা ফম্লম্মী। কোলোম পায়দুনা থাগোইগী মায়থোঙ ফজবী অদু য়েকপা হৌরম্মী। ঐনা য়েক্লা য়েক্লা হায়রম্মী,

- "থাগোই লেঙগনুকো............"

- "(মহাক্না তিংখৎতনা নোকথোরক্লম্মী) য়াম্না নোক্লিংঙেবা, মীবু সুম লেঙদনা লৈয়ু হায়সিবো......।'

- "ও হো...., লোয়না শোয়রেদনা, লেংগনু হায়রগা। হৃদকমুক্তি লেঙগনুকো.....।"

মথং মথং থাগোইগী ফজবা পুম্নমক ঐগী মিংকী মিংশেলদা মমি তারম্মী। মহাক্কী খজাইগী নাকচিদা থুংলিবা শমব্রু অদু অসুক্কী মতীক ফজরম্মী। থাগোইগী রাশি পুম্নমক শমব্রু মচা অদুদা তুংদুনা লৈবগুন্নম্মী। মুন্না অসুম য়েংবদগী পেল্লক্তদুনা চৌকিদগী হৌগৎতুনা থাগোইগী মনাক্তা চঙশিল্লম্মী। হৃদকমুক্তি করিমত্তা লেঙদনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী মহাক। অশাবা মূর্তিগা চপ মান্নরম্মী। মচিন্নাল অদু কাংলপ তৌনা য়েংলি। অমুক্তং নোকফেৎ তৌরকপদা সংসারগী ফজবা খুদিংমক থাগোইগী মীনোক্তা তিনখিগদৌবগুম তৌরম্মী। য়াম্না নকশিল্লম্মী। ঐগী য়েংথংবা খুৎ অসিনা থাগোইগী মমায় অদু অমুক্তং নানবীরম্মী। মতম অদুদা মহাক নোকফেৎ তৌরক্লম্মী। শমব্রু অদুনা খজাই তঙাং তঙাংবা অদুদা ঙা থেংদুনা শান্নরম্মী। মতাং অসিদনি থাগোইগী সংসার পুম্নমকপু শুমহৎনিংঙাই ওইরবা মীনোক উবা ফংলিবসি। ঐগী থম্মোয়গী মিহুল কাংলম্মী। থাগোইবু কোনশিনগে তৌরম্মী। থাগোইনা "ঙাওরব্র নহাকপো" হায়রম্নগা ঐগী কাদগী চেপ্লোকখিরম্মী।

ঐহাক ঐনা লৈরিবা ফিভম অদুদা লেঙদনা লৈরি। থাগোই ঐগী ফমুংদা অদুম ফমদুনা লৈরি। নোকফেৎ তৌবা মীনোক অদু কায়দরি।

## (১৫) "লাইতাং খুনৌদা লুহোংবা"

অঙাওবনি ঐগী ব্রাখল, মায়গৈ খঙদনা পাইরিবা লৈচীলগুম্না।

থাগোাইবু নুংশি, অশুক্কী মতীক নুংশিজৈ। নুংশিজরুবগী মাবু, খল্লুবদা ইতোমতা নুংনাংবা পোকচৈ। নুংশিবগী মৈচাক নোংমা নোংমগী হাপকৎলক্নি - উরগা মাগী শক্তম অদো নুংতিগী।

নুংশি নুংওনগী ঈপাক্তা তাউরবা কয়ানা, নুংশিরিবা মীশক অদুতবু উজবা ফংলবদি হায়দুনা ঙাইবি- মিকুপ খুদিং, পুংজা খুদিং, নুমিৎ খুদিং, থাজা কয়া, কুমজা কয়া। ঐগীদি লৈরি, নুংশিরিবা মীশক অদুনা ইনাক্তা, ইনক নক্না খুৎনা লাম্বা ফংনা। হেকনিংবা মতমদা হেকপা যাদবা, চিন্নিংবা মতমদা চিনবা যাদনা।

মানা ঐখোয়গী যুমদা লাকপা নুমিৎতগী, ঐগী থম্মোয পোত্থাবা খঙখিদবে, মথুম মরাং হৌখবে, ওইবক্লে থম্মোযগী লায়না হায়বদো।

নোং ঙানবতা মঙায়বি। পাউ অমা লাক্লম্মী, লাব্রাইদগী, লোইতাং খুনৌদগী। থাগোইগী মনে অমগী লুহোংবা থোকই, তন্না লাক্তবা য়াদে হাযরক্লম্মী। খরা মাঙজৌননা হাযরক্লবসু ফগদবা, খুদক্কী পাউ খুদক্তা চৎপা তারম্মী।

লব্রাইদগী কনাসু লাক্তে। থাগোইদি কবম হায়না চৎকনি। ঐগা চৎমিন্নবদা মতাবম্মী। কোলেজগা কাদবা মখৈ লব্রাইদা চৎপা হাযনা লেপ্লবে। অবোকহোই পাবহোইনসু ঐগা চৎমিন্নরুবো মহায়বক্লে। মেমপীশক থোইবীদু লাক্লিংবা জাৎনি। অদুবু মাগী স্কুলগী পরিক্ষা লৈবা মবম্না উপাই লৈবমদে।

থাগোই চেঙহী শম্বাল লাংদুনা ইকজবা লোইখ্রে। লাইবক্কী চন্দোন থিল্লগা, মশম অদু কাংমুক নান্না হাৎলম্মী। নিংদু য়ৈনা চোম্বরক্লিবা শম্লাংশিং অদু য়েংবগী পেনবা নইরমদে। ফনেক ময়েক নাইবা অমা শেৎ, ঙৌবোক ঙৌবা কুচু অদুগা চান্নবা অমুবা মচুগী নুপী ফুবিৎ অমা লিৎ, পাখ্রবা অঙাংবা ময়েক থোকপা অঙৌবা ইন্নফি। ইন্নফি অদু ইল্লি হাযবতনি, মিংশেলগুম্বনি। হকচাংগী কয়াৎকী ফজবা খুদিংমক ফাওদোক্তুনা উৎলম্মী। নাপদা তম্ফা অঙৌবা থিনবা নাপপ্পী, মচু শঙদ্রবা ঙাংলবা চীম্বাল। থাগোইনা অসুম্না কেবা ঙসিগী অসিনা অহানবনি। অকে অমৌ য়াওদনা ফজরম্বা অদুদগী ঙসিনা শরুক চামা হেন্না ফজরম্মী। ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লগা হায়রক্লম্মী,

- "লোইদ্রিবরা হৌজিক ফাওবা? থৌরাং তৌবীরুরো থেঙঙনি হায়বা।'

ঐনা ব্রা ঙাঙদনা মুন্না মহাকপু য়েংদুনা লৈবদু উরগা, নোকফেৎ তৌরগ মহাক্না অমুক হায়রক্লম্মী,

- "ঙাওরব্র......, মীনা চৎশি হায়রগা সুম তুমিন য়েংদুন লৈরিসিবো........, ঐবু অমুক্তা উদদৌনা, নুংতিগী সুম যেংনিংব্রা খঙদে।"

- "(ঐনা ইপা পাখৎনা) হুম ....... থাগোই........ চৎসি, চৎসি ঐ থৌরাং লোইশিল্লকগে।"

ঐগী ইতৌদু উরগা মানা পংনোক্তা নোক্লম্মী। অরৈবা ফিবোল খর শেৎচিল্লগা তুংথা মাংথা থোরক্লম্মী যুমদগী - থাগোইগা ইবান্নি।

ইবান্নিমক লম্বীদুদা চৎপদু হৈনদবনা লোইরে। মানা অমুক মাঙ থা, ঐনা অমুক মাঙ- থা, ইন্না কাওনা লাকপনা খঙহৌদে বস থাফম য়ৌবম্মী।

ফৈদিংগা য়ৌরদুনা বসতগী কুমথবম্মী। লৌবুক মবক্তা ফাওরগা মনিং পাৎনা হায়থখ্রিবা খোং লম্বী অদুদা ইবান্নি চৎলম্মী।

অশংবা ফৌনানা, মালংগী তান্থাদা, ইপোম নাইনা, ব্রাই ব্রাই লাউনা, শন্দোকখ্রি। কৌজেংনা, হাবৌনা চোংথোকখ্রি, ফল ফল লাউনা, উবদা ঐখোয় অনিবু লৌরক্কী লম্বী অদুদা। নাক যেৎতা ওইদা চেল্লিবা ঈশিংখোংনা, শক্লি ঈশৈ লাইজা মবোল থোক্লা ত্রোং ত্রোং লাউনা - নুংশি নুংওনগী ঈশৈ। পাইথোকখিবা উবোক কযানা ফৌরক্তগী ফৌনা খেৎনা, পাইশিনখ্রি চীঙ্গোল তম্না।

উবক্লম্মী সনাহল লোকচাও, ইল্লুবদা ঐগী মিৎয়েংনা, পাইরিবা উচেকশিংগী। থাগোইগী মখুৎ পায়বম্মী, ঙাইহাক লেপ্লুনা লৈরম্মী। লম্বী অদুদা লৌবুক মযায়গী, য়েংনা যেংনা সনাহল লোক্তগ চীঙগোলদু ঐনা থাগোইদা হংলম্মী,

-"থাগোই আদগী চীঙ্গোল অসি সনাহল লোকচাও চীঙ্গোল নত্রা .... তু উবোক ময়াম পাইশিনখ্রিবসে।

- "মনি .... কৈদৌববগে....?"

- "নংদি মফম অসিদা চৎলুব্রা.....?" থাগোইনা ঐগী খুৎকা মাগী খুৎকা পায়নরিবা অদু হাইনা হাইনা পুক্লিং পেন্না নোকচরগা খুল্লকলম্মী

- "করিগী চৎলুদনি। মশিংবু খঙদে। ঐখোয়গী খুনগী লৈশাবী পাখং ময়াম হৌনা হৌনদুনা বোন ভোজল" তৌবা হেক হেক চৎলি। নংদি অমুক্তা চৎলুদ্রিবরা?

মাগী মোন মোন লাউবা মখুৎনা ঐগী খুৎশিং অদু চেংজেং পায়শিল্লম্মী। পায়শিল্লগা মথাদা কোনশিন্দুনা থল্লম্মী। মহাক্কী থাগী মনিল অদু ঐগী খুৎনা ফাওরম্মী। ঐবু মুন্না অমুক্তং য়েংলগা মখোল নিক্লা নিক্লা হায়রক্লম্মী,

- "অদুবু চৎলুসিরা হায়বা, সনাহল লোকচাওদা ...?"

- "কনাগা চৎকদৌরিবা.....?"

- "ঐগা ...., ঐখোয় অনি চৎমি রুরগা লোইরেদনা।"

অরাপ্পদা খুঙ্গংলোমদগী কনাগুম্বা অহল অমা লাকপা উরম্মী। ঐনা থাগোই হায়রল্লগা পায়শিন্নরিবা ইবান্নিগী খুৎশিং অদু থাদোক্লরম্মী। খুল তম্মা অমুক চৎলম্মী। অহল অদু নকশিল্লকলম্মী। ঐখোয়গা লেংখৈনবদা থাগোইদা ওনশিন্দুনা মানা কৌরক্লম্মী,

- "নুপী মচা লাক্লিবরা..., ইম্ফালদা নৈবদি নুংঙাইক্লা.....?

- "(থাগোইনা ইচম চম্না) উম ঈশল, লাকএ....।"

ঐঙোন্দদি ব্রা অমত্তা হংলকতরে। মমিৎ শুক্তোকুনা মুন্না অমুক্তং য়েংলল্লগা অদুম হেনগৎখ্রে।

লোইতাং খুনৌগী খুলজিল য়ৌরে। থাগোইগী মমানা খুলজিল তান্না থোরকুনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্লে। ঐখোয় অনিবু উবদা ইনেনা হরাউ হরাউ নোক্লম্মী, হায়রক্লম্মী,

- "ইবুংঙো নুপা মচা নখোয় অনি য়ৌরকএদনা। লাকও, লাকও.... ফনা কুইরবনি ইনেনা ঙাইরল্লিবা...।"

- (মায় ঙাংলপ তৌনা ঐনা) হোয় ইনে..., থাগোই মতোমতা থাদোকপা অদু নুংঙাইতদুনা ঐ য়াউরক্লিবনি.....।"

তুংথা মাংথা থাগোইগী ময়ুম তান্না চৎমিন্নরম্মী ইনেগা ঐখোয় অহুম।

থাগোইগী ময়ুমদা চঙখিবা মতমদদি মী য়াম্না তিনবা উরম্মী। লৈশাবী মৌনহা কয়া মাঙ্গোলদা কবোক শাদুনা ব্রা ব্রা লাউনা নোক্লুনা লৈরম্লে। ঐখোয় অহুম্না চঙখিবদা ময়াম অদু চপ মান্নবা মিৎয়েংনা অমুক্তং য়েংলকপদা ঐদি খোং থাংবা ফাওবা খোক্তরে। হাইমা..., থাগোই লাকএ, থাগোই লাকএ হায়দুনা পুমনিন হেক নিল্লম্মী।

থাগোইদি মখোয় ময়ামগী মরক্তা চঙদুনা ব্রারী ব্রাতাই শাবা য়াউখ্রে। ঐগা ইনেগনা ইমুংদা চৎলম্মী।

ঐখোয়না ইমুংদা চংশিনবদা থাগোইগী মপাদু ফুঙ্গা ময়াদা ফমদুনা হীদাকপু প্রোক প্রোক চিংদুনা লৈরম্মী। মামনা ঐবু হরাউ হরাউ কৌশিন্দুনা ফুঙ্গা ময়া অদুদা ফম্মিনরম্মী। মাঙ্গোলদা লৈশাবীশিংনা ঙাংনবা অদু ইরাউ লাউনা তারম্মী। কনানো অমনা থাগোইদা হংলি,

- "থাগোই হৌজিক্কীদুরা লাইরিক য়াম্না হে হায়বা নখোয়গী ইম্ফালগী ইনেগী মচাদুবো....?" থাগোইনা চাউথোক্না খুম্বা তারম্মী,

- "উম মানি, কোলেজ কারবনি....।" অতোপ্পা লৈশাবীরা মৌরা অমনা করেম্মনা হায়বা তারম্মী

- "এঃ থাগোই, শাউদি শাউনু ব্রা অমা হায়গে। নখোয়গী ইম্ফালগী তাদসিদি হংকোক মাল্লিকো।"

মখোয় ময়াম ব্রা লাউনা নোকপগী মখোল তারম্মী। থাগোইদু মকোয় ময়াম্না নোকপদু য়াওবমলোই। মমায় ঙাংশং ঙাংলগা শাউনিংনা শোয়দনা ময়ামগী মরক্তা ফমদুনা লৈরমগনি। ঐগী ব্রাখলনি। মামদু শাউরমাল্লে, মখোয় ময়ামগী ব্রাঙাঙদু তাবদা। ইনাক্তা ফম্না ফম্না লাউরম্মী,

- "না- শা করিনোনে নখোয়না ঙাংনরিবা অদুবো.... তাবদা নুংঙাইতেদা.....।"

মপান্দা ময়াম নিল্লম্বা অদু চিকখিবগুম তৌরম্মী। মামগা ঐগা ব্রারী ব্রাতাই শাদুনা ফম্লি। থাগোইসু ইমুংদা চঙলকলম্মী। পরপ পরপ চঙশিন্দুনা উপুদগী খুদৈ অরাংবা অমা লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পীবম্মী। পীবা কাদা চঙলগা ফিরোল হোংদোক্লবা হায়রক্লম্মী। মামনসু ঐবু পুখ্রিদা ঈরুজরুরসি ফিরোল হোংদোকলুরো। ঈরুজবা লোইরগা চাক ঈশিং চামিন্নরসি হায়রক্লম্মী।

মামগা ইবান্নি ঈক খুদৈ অমমম য়াল্লগা ইমুংদগী থোরক্লম্মী। মাঙ্গোলদা নুপী ময়াম কবোক শাদুনা ফল্লিবা অদুদা ঐনা লৈদুনা অমুক্তং য়েংববু, লৈশাবী মশক খরা থীবী অমদি মমায় ঙাঙশং ঙাংশিল্লগা লুকথখিরম্মী। ঙসাই ঐবু হংকোক মাল্লি হায়খিবদু মহাক শোয়দনা ওইরমগনি, ইতোমতা খঞ্জরম্মী।

ঐগা মামগা তুংথা- মাংথা পুখ্রি তান্না চৎলম্মী।

থাগোইহোইগী মখা থংবা য়ুমদুগী শুমাংদা মান্দোপ চাউনা খনবা উরম্মী। মখোয়গী মনে হায়জবগী ব্রাতনি খরা লাপ্নবা মরি ওইরমাল্লে। মাম্মনা ঈরুজনা ইরুজনা ব্রারী অসুম তৌবদগী খঙবনি।

চাক ঈশিং চাবা লোইরদুনা মামগা ইনেগদি ফিরোল শেংটিল্লগা লুহোংবা য়াউবা ঙন্তানা চৎখ্রে।

থাগোইহোইগী অব্বাং শঙ্গোইগী য়ুমদু মপান্দা মঙ্গোলগী কা অমা অমসু ইমুংদনা কা অহুমনি। ইমুংদু কা অহুম থোকচরবসু মরক্তা ফক্লাং অমত্তা খাদে, ইহাং হাংই। চাকশঙ কাদুদা মামগী ফমুং লাইনিংথৌ সনামহীগা তাইননা থারম্মী। ময়াই কাদনা থাগোই মমা মচাগী ফমুং অনি, ফুঙ্গাগী মখারোম থংবদা, মমাঙ কাদনা ফমেলদা অম্বারিশিংনা খরা খল্লগা পীবা কাদা ফমুং অমা- ফমুংদুদি কনামত্তা হীপ্পদবা মাল্লি। থাগোই মদোম পেকচবী মমা মপাগী অমত্তা ঙায়রবী মমোমনি। য়ুমথক অদু য়েংখৎখিবদা মৈখু কাবগী মুসুক মুরম্মী।

থাগোই চাকশঙদা মনিংথোঙ হাংদোক্লগা চন্দোন - লুবাক মমাংদা খিল্লগা কন্না কেবা লাক্লরি। তৌফম খঙদদুনা ঐ লময়ায়দা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। পীবা কাদা চঙদুনা ফমুংদা অমুক খোঙ য়াম্থদুনা ফল্লি।

কেবা লোইরদুনা থাগোই ঐগী ইনাক্তা চঙলক্লম্মী ঐগী ইমাঙদা লেপ্লম্মী। ফনেক অশংবা অমা কোমতক শেংলি। খোইদৌ থম্বাল ফজবা অদু উবক্লম্মী। ফুবিৎ অমুবা অদু অদুম লিংলি। মশাদা অতোপ্পা ফি অমত্তা থোংদে। ফম্লম্বদগী হৌগৎলম্মী ঐ। থাগোইবু চেজেৎ কোনশিল্লম্মী। লৈহী পেন্না থক্লম্মী, লৈনাশিংদু নৈখাইরগা। হায়রক্লম্মী মানা,

- "সেঃ..., থাদোকওসে, নুংথিলসিদবো ঙাওবরা....। মীনা ব্রানা কেজরিবা অসি লোইনা কায়রেদো !"

- "অদো... নং কনা অসুক ফজৌ হায়বগে।"

- "তু ! মাইদি অসি হেক্তা হায়রকঅদৌনি। সে লোইশিল্লসেবা..। ইমা ....! ঐদি কাউরে কমহাইতৌনি।

- "কৈনোবা...?"

- "নংদি চন্দোন থিন্দরিয়ে।"

- "ইঃ ঐদি হৈসু হৈতনা, থিন্দ্রবসু য়াইদা।

- ইস ! লাকও চাকশঙদা । ঐ থিনবীরগে।

চাকশঙদা ফাল মচা অমা থারদনা ঐ ফম্লম্মী। থাগোইনা চন্দোন থিনবীরি। তাঙ্গা অদুদা লুহোংবগী ঈশৈ হৌবা তারম্মী। চন্দোল থিনবা লোইরদুনা পীবা কাদা অমুক চংলম্মী। লুখুমদা ঙারিবা কৌনাফক অদু লৌথোক্লুনা থারম্মী। য়ুমদগী

পুরকপা ফৈজোম পুময়াৎ অদু শেৎচিল্লম্মী। থাগোইসু অমুক হন্না শেমজিল শাজিন্দুনা লুহোংবা চৎনবগী থৌরাং লোইশিল্লক্লে। ইবান্নি লোয়ননা লুহোংবা অদু য়াওবা চৎলম্মী।

লুহোংবা অদু যাম্না ঙন্না লোইরম্মী।

ঐ থাগোইগী য়ুমদা ইতোমতা হল্লকলম্মী। ইমুংদা চঙলগা ফিবোল হোংদোকপা লোইশিল্লম্মী। তাঙ্গা অদুদা থাগোইসু হল্লক্লম্মী। ফি হোংদোক হোংদোক্লা মানা হায়রক্লম্মী, - "বোরগী লৈফম অদু পংলাপ লাপতবা মাল্লে। মী লোইনা নুপী থীনবা চৎনখ্রে। পাবগা ইমাগসু য়াওখ্রে।"

থাগোই মফি মরোল হোংদোকপা লোইবদুনা চাকখুমদা চঙদুনা চাক থোংবা হৌগৎখ্রে। খুদৈ অমা শেৎলগা চাকখুমমাংদা ফমদুনা থাগোইনা চাক থোংলিবা অদু য়েংনা য়েংনা ঐনা হংলম্মী,

- "নংদি লুহোংবা থিনবা চত্রবদি করি তৌরে?"

- "(থাগোইনা য়েনশাং শোইনা শোইনা) ঐনা লুহোংবা থিনবা চৎলবদি নংদি কনাগা লৈহৌগনি...? অদো চাক্লা কনানা থোংবীগনি। চাক লাম্মোইদ্রা..., হোরেন থেঙলবদি...।"

- "হেরা নোংমতং থেঙনা চাববু করি তৌই হায়বগে।"

- "হেয়নে...., নয়ুমদদি চাক থেঙলে, চাক লাম্বনা শিগদৌরে হায়দুনা প্রোক প্রোক চাকপদো।"

মরৈ অদুসু থাগোইনা ঙমদুনা তোক্লে।

নুমিদাং ফনা থেঙজিল্লক্লে। ঐদি মামহোই ইনেহোই হল্লকপা ঙাইবা ঙমদদুনা চাক চাথোক্লে। থাগোইনা ফম থাবীদুনা পীবা কাগী ফমুং অদুদা তুমথরম্মী। নোংঙাল্লকপদা থাগোই ইম্ফাল চৎনবগী থৌরাং লোইদুনা লৈরম্লে। ঐসু পবপ পরপ হকচাং শেংদোক্লগা ফিরোল শেৎচিল্লম্মী। থাগোই ইবান্নি ইম্ফালদা অমুক হল্লকলম্মী।

## (১৬) "চাক তাঙবগী লালকমদা"

চাক তাংবনা হা হা কার লাউনরে।

ফৌ শঙবাই অমদা লুপা ৫০ য়ৌগ্রে। লাইরবা ইমুংদি লায়রদুনা ইনাকখুনবা ইমুং ফাওবা পৈশা লৈরবসু চেঙ ৱানবা ফংদবা মতম য়ৌরে। লাইরবা ইমুংদি চার নামা চারগা চারা নামা হেবা মতমনি।

ঐখোয়গী ইমুংশু অঙকপা ফংনা নংলে। মনম নমথিবা অয়েনবা চেঙ নত্রগা য়াম ৱাল্লগা তনগং হৌদুনা চরা লেন্নরি। তরাসু ৱাৎপা তরেৎসু লৈতবা মতমনি।

থাগোইসু ঐখোয়গী অনংবশি য়াওমিন্নরি। মরক মরক্তা য়ুমদা পাউ থাখিদুনা লৌৱায়দগী ফৌ পুহল্লকুনা ঐখোয়গী ইমুংগী মতেং পাংলি। মহাক্তা ঐখোয়গী ইমুংবু নুংশিবা মতৌ অসি উবদা, মাবু ঐনা হান্না নুংশিরম্বদগী শরুক চামা হেন্না নুংশিবম্মী। ঐনা থাগোইবু ঐগী কাদা কৌশিল্লম্মী অমসুং হায়রম্মী,

- "থাগোই নহাক নয়ুমদা চৎতুনা মতম খরা নুংঙাইনা লৈরুবনা ফত্রা? (চৎপুদি চৎহলনিংপোৎতে ঐনা) চারা হেনবা য়াওদুনা ঐখোয়দা লৈবসি ৱাদ্রনে...?"

- "ৱাদে, কবিগী ৱাদৌবিবা, অৱা অনা খাঙমিন্নববু। লৌৱায়দা য়ুমদা চৎলবসু অমহানি লৈবাক্কী ওইনা চেঙ তাঙবনি।"

মহাক্কী পাউখুমদু তাবদা মখা হংনিংঙাই লৈরমদে। মাবু মুন্না য়েংদুনা লৈবম্মী।

চাক তাংবা হেনজিল্লকপগা লোয়নননা মনিপুরগী ঈরাং নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্কী। মনিপুর সবকার করি য়েংলি ? গুদামদা চেঙ পৈশিন্দুনা থল্লিবা অসি য়েঙ্গোকউ, প্রজাশিংদা চেঙ ফংহল্লু হায়দুনা মীপুম তিংনা লাউনরক্লে।

কৈথেল ফম্বী ইমা ইবেলশিংসু অমত্তা ওইনা পুক্তিন্দুনা মীফম ফম্বা হৌনরক্লে। কৈথেল ফম্বা তোক্তুনা, চিফ কমিস্নারগী থোঙ্গালদা পুন্না পুন্না চৎতুনা "চেঙ পীয়ু, চাবা হেল্লে" হায়দু লাউনরক্লে।

ফোং ফোং শারবা ঈ- তনা হকচাংদা চেল্লিবা চারা হেনবগী চৈনা খাঙবা ঙমদ্রবা ছাত্র ছাত্রী কয়ামরুমগী অপুনবা শক্তি শাগৎপা হৌরক্লে। চাক চারক্তনা

কোলেজ কারকপা ছাত্র ছাত্রী কয়া ক্লাসকী কাদা ব্রাষ্টনরকপা য়াওনরে। অসিগুম্বা থম্মোয় শোক্লবা ফীভম অসি য়ৌরবফাওবদা মনিপুর সরকারনা প্রজাশিংবু, ঈশিং কংলবা পুখিদা ফল ফল চোংদুনা লৈবা ঙাশিং য়েংবগুম্না থওইদনা লৈখোল্লি।

মহৈরোই কয়ামরুম ক্লাস রুমদগী চেম্থোরক্লুনা মিটিং তৌবা হৌনরে।

নুমিৎ অদু আগষ্টকী তাং ২৭ নি।

ঐ ফুরিৎ খুদাং তংখাই ককপা অমা লিৎলগা, খোংগ্রাউ মকক অমা শেৎচিল্লগা লবরগী ফেনাৎ অমা তোংলগা চাক চজিক খরা কাবক কাবক য়োৎশিল্লগা কোলেজ কারম্মী। ক্লাস য়াউওবগী মহুৎতা, ছাত্রা ছাত্রী পুম্নমক কোলেজগী লাইব্রেরীগী মমাঙদা লৈবা লম্বী অশাংবা অদুদা মপান কাংজৈবুঙদা চৎনবগীদমক্তা পরেং পরেং লেংদুনা লৈরম্লে। ঐহাকসু ঐগী মরুপ মোহোনগা লোয়ননা পরেং লেংলিবা অদুদা য়াউওরম্মী। প্রোসেসন অদু চৎপা হৌরম্মী। চৎনা চৎনা মহৈরোইশিংগী অপুনবা খোল্লাউনা লাউরম্মী,

“সবকারগী শুদাম থুগাইগদবনি, দিমাপুরদা মৈতৈ চেঙ থাদোকপা থিংগদবনি, প্রজাশিংবু চেঙ ফংহনগদবনি।”

কোলেজ অমসুং হায়স্কুলগী ছাত্র ছাত্রী কয়ামকম লোইনা তিল্লরে। মপান কাংজৈবুঙ অদু ছাত্র ছাত্রী লিশিং লিশিং কয়ানা পীক থনখ্রে। সনা কৈথেল কাবী ইমা ইবেলশিংসু ছাত্র ছাত্রীশিংনা শাগৎলিবা ঈহৌ অদু য়াওনবগীদমক্তা মপান কাংজৈবুংদা থুংলবে। জেনরেল সেক্রেটরিনচিংবা মচী তোংবা ছাত্র কয়ানা ভাষন পীরি। ঐসু ঐগী মরুপ মোহোনগা লোয়ননা কাংজৈবুঙগী মতাই অমদা ফমদুনা ব্রা - ঙাংবা অদু তারি। নুংশাগী মৈশা কনবা হেনগৎলক্লি। মরক অদুদা ব্রাষ্টরকপা ছাত্র ছাত্রী খরা য়াওবক্লুনা সিভিল হোসপিতাল তম্না পুসিন্নখ্রি। ঐখোয় পুম্নমক অফংবা ঈশিং থক্লুনা খাঙনরি।

মপান কাংজৈবুঙদা মিটিং তৌবা লোইরবা মতুংদা, ছাত্র ছাত্রীশিং অমসুং ইমা ইবেলশিং পুন্না ইনক নক্লা নিতাইবাদ চুথেক্তা চিফ কমিস্নারগী বঙ্গলো তম্না চৎলম্মী।

চিফ কমিস্নারগী কম্পাউন্দ মনুংদা ঐখোয় ময়াম ফমদুনা ঙাইহিরি। কম্পাউন্দ মনুংদু মীনা পীক থনখ্রে। ঈহৌ অদুবু লুচিংলিবা ছাত্র খরনা ওফিস মনুংদা চঙদুনা চিফ কমিস্নারগা উন্নখ্রে। চরা হেন্দুনা লৈরিবা প্রজাশিংবু খুদক্তা চেঙ ফংহন্নবগীদমক ব্রারী শান্নরি। খুদক্তা চেঙ পীবা ঙম্লোই, মতম খরা চঙগনি হায়না পাউ তাবদগী

গুদাম হাংদোক্তুনা চেঙ য়েনগদবনি হায়না লাউশিল্লম্মী।

নুংথিলগী পুং ৩ তাশিল্লক্লে। মতম অদু ফাওবা মায়কৈ অনিমক্তা করিগুম্বা ফল অমত্তা তানবা ঙমদ্রি হায়বা পাউ ফংলম্মী। চিফ কমিস্নারগী ওফিস অদু পুলিস অচৌবা মচা ময়াম্না ইকোয় কোয়শিন্দুনা ঙাক্লি। মতম অসুম থেংজিল্লকলবদা খোইশাওনরবা ছাত্র মখৈনা কন্না কন্না লাউশিল্লম্মী। অফংবা নুং অমসু উশা মতেক খূঙ্গৎতুনা ওফিস বঙ্গলো তম্না লংশিল্লম্মী। ঙাক্লিবা পুলিসশিংদু পানবা য়াওরম্মী। মমৈথংদা নুঙনা লেন তাবদৌনা থাজিল্লক্লবদা, চিফ কমিস্নারগী য়াথং ফংলবা মাল্লে, পুসিসশিং অদুনা মমাঙ থংলিবা অসুম অসুম চঙশিল্লিবা ছাত্রশিং অদুদা লাঠী চার্জ তৌবা হৌরম্মী। ছাত্রশীং অদু খবানা চেনবা য়াওরম্মী, খরানা পুলিসকা চৈ মুন্নবসু য়াওরম্মী। তান্না তান্নদুনা ছাত্রশিংবু চৈনা কনথৎপা হৌরম্মী। ছাত্র ময়াম অমুক ঈশিং ঈচাউগুম্না থোমজিল্লক্লম্মী। পুলিসনা টিয়ার গ্যাস কাপ্পা হৌরম্মী। টিয়ার গ্যাস অদু খুনগৎলগা ছাত্রশিংনা পুলিসরোমদা লংশিল্লম্মী।

অসুম্না মায়কৈ অনিমক্তা চমম্নবিঙৈদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তারম্মী।

ছাত্র ছাত্রীশিং, ইমা ইবেলশিং মিপাইনবদুনা চিফ কমিস্নারগী কম্পাউন্দগী অৱাং অমসুং মখাথংবদা ফাৎলিবা মমাঙ ওনবা কোম্হোং অনিদু তম্না চেম্হোকনরম্মী। কোম্হোং অনিমক ছো লোনশিন্দুনা লৈরল্লে। মীশিং অদু মপান্দা চেম্হোকপা য়াদদুনা ঙানম নম্বগুম কৃক ইন্ননা লৈরম্মী । য়েংহৈদ্রবা দৃশ্যনি। পাঙ্গলশোনবী কয়াদি লৈমায়দা তুখিবদগী হৌগৎপা ঙমখিদরে। খরা অমনা শেৎলিবা ফিজোল ফাওবা নাম্থখরে। ইকাইবনা ফমথখিবদা তুরেলগী ঈচেলগুম চেনশিলক্লিবা মীয়াম্না নেৎথৎখ্রি। উফুল্লক্তা তাবা লৈগুম খোংনেৎনখ্রে। কনানা তুমিন্না য়েংদুনা লৈবা ঙমগনি অসিগুম্বা মতৌ অসি।

মাঙদা পুলিসকী নোংমৈ গুলিগা নুংগা লম্বা পাদুনা লালথেংনরিবা ছাত্র খরদি নোংমৈনা পান্দুনা লৈমায়দা হায়থখিবা উরম্মী।

মোহোনগা ইবান্নি ঙাইহাক চমম্নদুনা তৌফম খঙদনা বঙ্গলোগী মমাঙদা লৈরিবা পুখ্রি অদুগী মপানদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মোহোন্দি ফনা য়াম্না চোংশিন্দুনা লালথেংনবা অদু য়াওরুরবনি। ঐনা খাম্মনবদগী ঐগী ইনাক্তা অদু লৈমি রি। নোংমৈ কাপশিল্লকলবা অদুদদি উপাই লৈত্রদুনা ঐনা মোহোনগী মখুৎ পায়রদুনা কম্পাউন্দ মনুংগী লৈকোল অদু ফাওদোক্তুনা মমাঙগী শম্বল তান্না লাক্লম্মী। অহোবা নালা অমা লৈরম্বদুনা উপ্রাংনা শিৎলগা ফাওদোরক্তুনা শোরোক অচৌবা য়ৌরক্লম্মী।

চিফ কমিস্লারগী কোম্প্লোং অনিমক হৌজিক ফাওবা ছো লোন্দুনা অদুম লৈরম্মী। চেম্প্লোরক্লিবা মীয়ামশিং অদু তৌফম খণ্ডনা লাউ খোংদুনা অদুমলৈরম্মী। মপাঙ্গল কনবা ছাত্রশিং খরদি য়োংকী কোম্প্লোং অদু কাখৎতুনা লাম্প্লোক্লকলম্মী। উপাই লৈত্রবা নুপীশিং অদু লাউ খোংদুনা কপতুনা লৈরি। ঙাইহাক লৈতনা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তারি। ঐখোয় মপান্দা লৈবা ছাত্র খরা চঙশিন্দুনা য়োংলিবু ফাদুনা থমলিবা অচৌবা ব্রায়খু অদু মনাক্তা তাবা অফংবা নুঙ খুনগংলগা থুগাইনবা হোৎনরম্মী। থুগাইবা শুকণ্ডম ঙম্লমদে।

মমৈথঙদা, উপাই লৈরক্ত্রবদা ঐখোয় ছাত্র নিফু য়াঙ্খে চঙদুনা য়োংলি তাবা খারিবা তিংখং নমথীবীনা কোয়শিল্লিবা চিফ কমিস্লাবগী শম্বল অদু চোংশিন্দুনা লম্বী ফাৎলম্মী। মিকুপ খরগী মনুংদা খুৎশেমগী ওইবা লম্বী শেমদুনা ইমা- ইবেনশিং অমসুং ছাত্রীশিং অদু থোকহলম্মী।

পল নমখাইরগা ঈশিং চেম্প্লরকপগুম মীয়াম অদু শম্বল অহোবা অদুদা থোরক্লম্মী। খোঙফম অমতং শোয়খিবদা মীয়াম্না নেৎশিন্দুনা শিরগদবা তানফমনি। মখোং থাংবা থোক্ত্রবা, অপাইবগুম চৎলিবা ইমা- ইবেলশিং অমসুং ছাত্রীশিং, ঐখোয় ময়াম চোংশিন্দুনা ওক্লি, থাঙদোক্লি সোরোক অচৌবদা। মবক্তা ঈতনা পুমচোৎ চোৎলবা মীওই কয়াসু থাংদোক্লি।

কাইনথংদা কম্পাউন্দগী কোম্প্লোংশিং অদু ছাত্রশিংনা থুগাইদুনা হাংদোক্লম্মী। মনুংদা লৈবিবা মী খুদিংমক লোইনা চেম্প্লোকনরক্লম্মী।

নুমিদাংব্লাইরম য়ৌশিল্লক্লে। মনুংদা, লৈমাযদা তাবিবা অশোকপশিং অদু সিভিল হোসপিটালগী এম্বুলেন্স লাক্তুনা লৌখৎলি। মী মবি শিরে হায়বা পাউ ফংলম্মী। মরি অদুগী মনুংদা ছাতী লৈশাবী অমা য়াওবম্মী। মহাক্তি তুশিনখিবদগী ময়াম্না নেৎখায়দুনা শিবনি ঙাংনরি।

মরক মরক্তা নোংকৈ কাপ্পগী মখোল তারি। ঐখোয় ছাত্র খরদি সোরোক অচৌবগী নাকলদা নালাদা পাকথদুনা লৈবি। নুমিৎ তাখিবগা লোয়ননা মী ইতাক তাকপ্রে।

ঐগী হকচাং পুম্নমক শম্বল্লে নমথীবীগী তিংখংনা য়ুখিবগী য়োংলি তারাগী তিংখঙনা খোৎখিবগী অনাবা ফাওবক্লম্মী। মোহোনসু অদুমঙায়। ইবান্নি হৌনদুনা সিভিল হোসপিটালদা চঙদুনা অশোক অনাশিং অদু য়েংলম্লগা য়ুমদা হল্লক্লম্মী।

নুমিদাং ওইরে, পুঙমম মমখ্রে। মোহোন ময়ুমদা চঙহৌরে। ঐনা য়ুমদা

চংলকপা মতমদা পাবসু ঐবু থীবা চৎখি হায়দুনা লৈরমদরে। অবোক, ইমা, থাগোই অমসুং থোইবী, মাঙ্গোলদা থাউমৈ লালতেল চুখৎলগা ঐ হল্লকপা ঙাইদুনা লৈরম্লে। অবোক্লা ঐ চঙলকপা উবদা ইশু লাক্লেদনা, করিসু তৌদ্রেদনা, লাকও লাকও” হায়দুনা ইমুংদা পুল্লপ চঙশিন্নরম্মী।

ফিরোল পুম্নমক উফুল উবাং ঙাক্তা তৈরে। ফুরিৎ লৌথোকপা কান্দা, য়োৎলি তারা অমসুং তিংখংনা খোৎখিবা মফমশিং অদু শাংনা ঙাংশং ঙাংশং ঙাংনা হকচাঙদা পাম্বোমদা লৈরম্মী। নাবনসু খাঙবা ঙম্লমদে। খুদৈ অমা হোংদোক্লগা ফদিগা লোয়ননা মনিঙথোঙলোমদা থোরক্লম্মী।

থাগোইনা ঈশিং লুম্বু লুম্বু শাবদু চফু অমদা পুথোরক্লগা বালটিন্দা হৈনা হৈনা হায়রক্লম্মী,

- “সে...., ঈশিং অশাবা সিদা লৈরে। করি তৌবগী নোংমৈ কাপ্লবা মরক্তা য়াওরুরিবনো, শিরবদি কম্মাইতৌনি।”

- “হু ! শিববু করি তৌই হাযবগে। মী খুদিংমক শিদৌবা লৈরসিবু।”

- “অদু ওইরবসু ঐদি কপ্পা তল্লিনে।”

- “নং কনা কপ্পীয়ু হায়গে, ঐনা শিবগা....। সে.... ফদিসে ঈশিং অশাবদুদা থাদরগা অমুক্তা তকথোকবকউ। তপ্পা তৌকো য়াম্না নাখ্রজাৎনি। ”

থাগোই চফুদু থম্লগা ঐঙোন্দা মুন্না যেংলগা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐনা ফদি অকংবা অদু পীরম্মী। পীনা পীনা হায়বম্মী,

- “লাকওবা......, সে.... বা....., ইবৈবাক্কীদমক্তা থব্বায় থাবা ফাওবা কিদনা লালথেংনরুবিবা ঐবু নুংশিদববরা.....?”

- “নুংশিদবগী ব্রা নত্তে....। ইমাহোয় থোক্লকঅদি....

- “থোরকওইবা... লাকওবা....।”

থাগোইনা ইল্লিবা ফি অদু লৌথোক্লগা য়েন্নখাদা থম্লম্মী। ফদি অদু ঈশিং লুম্বু লুম্বু শাবদুদা লুপশিল্লগা ঐগী হকচাং অদু জোম জোম থাদোকপীরম্মী। থুপ্পনা খাঙবা ঙমদদুনা ঐনা অমুক অমুক লাউরি। মানা ফদিদু ঈশিংদা অমুক লুপ হকচাংদা অমুক নান্দুনা মুরুম মুরুম শোল্লি,

- “হয়েংখৈ চংলবিদি ঐদি য়ারোইদৌনি।”

## (১৭) "মৈরি থোক্লমদাই মৈথু"

ঙবাংগী থৌদোক অদুগী মরমদা খল্লুবদা নুংঙাইতবনা চাক হুকপা ফাওবা য়ারমদে। মনিপুরগী ফিদমনিংঙাই ওইরবা ইমা ইবেলশিং, ইচল- ইচেশিংনা তরা খরগীদমক ইকাইবা নংখিবা, পৃথীবীগী করম্বা জাতিনা অসুম্না ইকাইবা নংখিবগে হংনিংই। হিংহৌবা কাংবুশিংদি মরাইবক ফরবনি। শিখ্রবা মরি অদুদি মনিপুর জাতিনা মতম পুম্নমক্তা নিঙশিংদুনতা লৈরগনি। অপোকপা পলেম পম্মৌশিংনদি, তেংথাবগী পোলোই লৈররোইদবনি। পুন্সিগী মথোক কাখৎলকপদা, চাক চরা খবগীদমক নোংমৈ গুলিনা থব্রায পোম্থা ওইহনখিবা, করম্বা লৈবাক ঙাক্লোন্নো হংনিংই।

মনিপুব জাতি, থবক শুবা- নোম্বা কনবা, মশাগী লৌশিং লৈজবা, পৃথীবীগী মনুংদা থোদোক হেন্দোকপা জাতিনি। মশাগী চানবা চীঞ্জাক চপ চানা থোকপা অহাউবা লৈহাউ চেনবা লমনি।

লৈবাক ঙাক্লোন ওন্নবদগী থোক্লিবনি থৌদোকশিং অসি।

মী খবা শিববা অদুদদি তৌদবা যাদে হায়বগী মতাগুম, চেঙ- চাক লোইনা ফংনবে। লৈবাক্কী ইবাংসু খবা নেমথখ্রে।

মতম খবা লৈবগা কোলেজগী পরিক্ষাসু হায়দোরক্লে।

মনিপুবগী, মকোক থোংবা মী মঙাগী মনুংদা অহানবা ওইনা ঐ য়াওক্লে তাবদা, থাগোই অমসুং মেপীশক থোইবীনা হরাউজবগী ঙমখৈ লৈরমদে। অবোক, পাবা অমসুং ইমাদি হামু হামু নুংঙাইবা অমদি নুংঙাইতবা উৎপা লৈরমদে।

পরিক্ষা পাস তৌবকপগী নুংঙাইবগী মরক অসিদা অব্রাবগী ব্রাখলনা ফুম্বংনরিবদি ঐনি। ঐগী থৌনা লৈ, আশা চাওই অদুবু লায়বকোন্দা পোকপনা নিংজরিবা পুম্নমক অসি অবেম্বদা তারগদ্রা খনবদা ব্রাদবা ঙন্নমদে।

ইমান্নবা পুম্নমক পরিক্ষা পাস তৌরকপগী নুংঙাইবা ফোংদোক্লরি। খরনা ডাক্তব, খবনা ইঞ্জিনিয়াব তম্বা চৎকনি হাযদুনা থৌবাং তৌনরি। অঙাং ওইরিঙৈদগী ঐগী অপাম্বসু ডাক্তর তম্বনি। ডাক্তর অমা ওইরগা মীওইবগী সেবা তৌবা অসিনি।

ঐনা ডাক্তর তম্বা চৎকনি হায়রুবদা অবোক্না হায়বি,

- "ইশুসিদি খরা তম্লবদি ওক্লেদা নংগী লাইরিক্তু। থবক ইনখাং মচা অমা তৌদুনা ইমুং মনুংগী লৈত- লাইরা মতেং পাংনবা হোৎনরে"

ইমানা অমুক হায়রি,

- "ময়াং লৈবাক্তা লাইরিক তম্বা চৎকদবগী শরুকপুদি য়ুমদা অসুম তম্বা য়াদ্রা নংগী লাইরিক্কুবো।"

পাবদি ব্রা শুকঙাং ঙাংলমদে। ব্রাখলনা ফুম্বুংনদুনা অদুম লৈরম্মী।

নুমিদাংব্রাইবম য়ৌশিল্লক্লে, নুমিৎ অদুগী নুমিৎকী মশেক্লা ঐগী কাগী নোংচুপ থংবা থোঙনাউ ফাওদোক্কুনা ফমুং মথক্তা য়েররি। পোন মনুংদা ছো লোন দুনা থল্লিবা উচেক মচানা অব্রাংবা অতিয়াদা চেক্লা মমান্নবা কয়ানা পাইবা উরগা, ময়ামগী মরক্তা তিন্নিংদুনা তোযনা তোয়না খোংবগুমখ্রে, ঐগী পুন্সি।

অবোক অমসুং ইমা কৈথেল কাখ্রি। মেমপীশক থোইবী য়ুমজাওদা লৈহৌবনি। থাগোইদু য়ুমগী থবক ইনখাং তৌদুনা লৈহৌবা উরম্বনি। লোইরমাল্লে ঐগী কদা তুমিন্না চঙলকলম্মী। ঐনা কৌরম্মী,

- "থাগোই...।"

- "কবি হাযগে...?"

- "ফক্লাংদা যাল্লিবা থাউমৈ লালতেল অসি খরা চুখৎলকউ, ফজনা শেংদোক্লগা, মমশিল্লক্লে।"

- "(থাগোইনা হবাউ হরাউনা) হোয়।"

লালতেল অদু চুখৎতুনা পুরক্লগা টেবল মথক্তা থম্লম্মী। থাগোইনা মখোল শোম্থাংননা হাযরক্লম্মী,

- "কৈনোমা .......?"

- "কৈনো......?"

- "ঐ ঙসিদি ব্রা অমা হংগে, নং শাউরোইদ্রা?'

থাগোইগী নুংশিরবা মাইথোঙ অদু লালতেলগী মৈঙাল অদুনা থক্তোবকপদা অমুক্কা হেন্না নুংশিরম্মী। মাবু মুন্না য়েংলগা হায়রম্মী,

- "কবিগী শাউগদৌবিবা, ঐনা নঙোন্দা করম্বা কান্দা শাউবা যাওখ্রবগে?"

- "ই ! হায়জিন্নবিসে, নহানসু ঐনা ব্রা অমা হংবদা, নংনা শাউদুনা লৈখিবা নাদু হৌজিক ফাওবা নাবি। থাজদ্রগা য়েংউনেসে.....।"

থাগোই ঐগী ইনাক নক্লা চঙশিল্লকলম্মী। য়েৎথংবা নাপদা কুপল্লিবা শম্লাংশিম অদু হায়গৎলগা মকোক অদু নোম্থরক্লম্মী। মোন মোন লাউবা মনাদু

পায়দুনা য়েংলম্মী। মমায় অদু নানবীরম্মী। য়াম্না ঈংনা ঐনা হায়রম্মী,

- "থাগোই শাউরোইবা, সে......, নংগী ব্রাদো করিনোবা, হায়রোবা।"

-"(থাগোইনা মমায় হাইগৎলক্লগা) তু....., হায়সু হায়দ্রিঙৈনা, কিজে চৎলগে হায়দা হায়জররোই।"

থাগোইনা ফৎ লৈথোক্তুনা চৎকদবগী তৌরম্মী। চৌকিদা ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা, মতুংলোমদগী থাগোইগী যেৎথংবা খুৎ অদু তাপ লাউনা পায়দুনা ফারম্মী। মখুৎতু লৈথোকসন্নদুনা নাম্থোক্লবা হোৎনরম্মী। অমুকসু ব্রাউরবা খোঞ্জেলনা হায়রক্লম্মী,

- "সে .... থাদোকওবা......, মীনা উখ্রগা করি খনগনি। থাদোকওমি ....... সে........।"

ঐনা কন্না পায়শিনখীবনা মহাক নাম্থোকপা ঙম্লমদে।

তুংযান তারকপী নুজাগী শম্লাংশিংনা ঙাওহল্লম্মী ঐগী শোল্লবা থম্মোয়বু। মুক্লরম্বদগী তোকথোক্লগা চপ লেপ্লগা ওনশিল্লকলম্মী। ঐঙোনলোমদা নকশিল্লক্লম্মী হকচাং অনি থেংনবম্মী। ঙাইহাক চেৎজেৎ কোনশিন্নদুনা লৈরম্মী। মায়থোঙ অদু হাইফেৎ হাযগৎলগা নোকফেৎ তৌরম্লগা ঐগী থবাক্তা লোৎতুনা লৈখ্রে।

নুমিদাং থেঙজিল্লক্লবদা পাবসু যুমদা হঞ্জিল্লক্লে। থাগোইনা চাকখুমদা চাক থোংবা হৌখ্রে। চফু শৌবগী মখোল তারম্মী। ইমানা কৈথেলদগী লৈবকপা য়েনশাংশিং অদু শেমদুনা থাগোইদা পীশিল্লম্মী। মেমপীশক থোইবীনা লময়ায়দা, ফুঙ্গা ময়াদা ফক অমা থারগা লাইবিক ঔবাইবি। ফুঙ্গা অকোয়বদা ফম্না ফম্না পাবগা অবোক্কা চিন্দা পাউদানরি। পাবনা অবোক্তা হায়বম্মী,

- "ইমা, নশুনুপাসি ডাক্তর তম্বা চৎকনি হায়দুনা চপ য়ুংনা লেপখ্রে। ঐখোয়না পৈশা লৈতবা অসিদা লাংগোলদা লৈরিবা লৌ পরি অমদু যোম্থোক্লগা তমহল্লসি। ইমা কবি খনবীবগে?"

অবোক্তু পাউখুম পাক পীরমদে। শাউরপনা পেরি পেবি তৌনা হায়বক্লম্মী,

- "ইচানুপা ওইনা নং পোকপগী করি কান্নরিবগে? নচানুপা পাখঙ ফারক্লবফাওবা লাইরা চুদৎননা লৈরি। অহল- লমন্না থম্বীরম্বা লৌ অদু য়োম্থোক্লবদি ঐখোয়দি করি চাদুনা হিংগনি।"

তংঙাই ফদ্রবদি অদু মঙাইরেদনা... ঈশুগী মহে মশিম তম্লবগীদকনি....।"

পাবনা নহানমখৈ উংদুনা লৈরম্লিবা অসিদি ৱাখল য়াম্না খল্লমলিবা জাৎনি। মহাক্লা ঐবু শোয়দনা ডাক্তর তন্বা চৎহল্লগানি খনবদা ঐ নুংঙাইবগী ওমখৈ লৈরমদে। অদুগীসু মথক্তা অবোক্লসু য়াবীরে খনবদা অমুক্তা হেন্না নুংঙাইরম্মী। থাগোইনা চাক - ঈশিং লোইশিল্লক্লদুনা ইমুংগী মী খুদিংমক চাক চান্নবা লোইনখ্রে।

নুমিদাং পুং তাররোম তারম্লগনি। ঐ ঐগী কা মনুঙদা তুমিন্না ফমদুনা লৈবি। ইমুংগী মী লোয়নমক তুম্নখ্রে পাবদি তুমদ্রিবা মাল্লে খৌদেম্বা তারম্মী। ঙাইহাক লৈবগা ঐগী কাদা চংলক্লম্মী। পাবনা হায়রক্লম্মী,

- "নুপামচা নংবু তুমদ্রিববা, হৌজিক ফাওবা করি খল্লিবগে? তুম্লোদনা থেঙলে....।

- "পাবা লাইবিক খরা য়েংশিল্লিবনি, তুম্লগনি। ইমাহোয়দি তুমখ্রবরা?"

- "লোইনা তুমখ্রে। ঈপানা লাইরবা অসিদা ইচাগী নিংবা থুংহনবা ঙমগদ্রা খঙদ্রেদা। হয়েং নোং হেক ঙানবগা নংগী ডাক্তব তন্বা হাযদো চৎননবা থৌবাং তৌশিনবা হৌবে। ঈস্ববগী থৌজাল হায়রদুনি। ইবুংঙো মহাক্লা তন্বা অমা শোইদনা লৈবমলনি।"

- "পাবা ..., অদুগীদি করিমত্তা চিংননিংঙাই লৈতেদা। ঐখোয় ছাত্র মঙাদি দিল্লিদগী খল্লক্লবনি। ইমান্নবশিংদি শেম শাদুনা চৎননবগী থৌবাং লোইনা লোইনখ্রবনি।

- "থা থা খুদিংগী লুপা হুমফুবোম চঙগনি হায়বদাইনে।"

- "হোয পাবা...., থা খুদিংগী চাউরাক্লা লুপা হুমফু - হুমফুতবা মুক্তি চঙলবা য়াই। খ্বাইদগী ৱাগদবা মতাং হাযববু চহী হৌগৎলকপা মতাংদনি। য়ামদ্রবদা লুপা চামবি - চামঙাবোম চৎলবা যাই। সবকারগী বৃটিসু ফংগদবনিনা থোইনা ৱানিংঙাই লৈতেদা।"

- "(পাবনা ঙাইহাক ৱাখল তৌরগা) শাংবু শাংখ্রেনে মতমসে। ডাক্তব তন্বা লোইবদা চহী কুইনা চংবা মাল্লে। নংনা অদুম ফনবা হোৎনৌ ইচাশিদি। ঈপাহোযদি নিঙথীনা লাইরিক তমহৌদবনিনা মঙগুম্না থোক্লে। তুম্নবা তৌরো নুপা মচা ফনা যাম্না থেংলমলগনি।"

পাবসু য়ুমজাউদা চঙখ্রে।

ফম্লম্বদগী হীপথদুনা খবব অমনবা খবা পারুরি। তুম্লিংবা শুকপোক পোক্লমদে। ৱাখল অসি ঈরাং- লাংলম্মী। নুংশিজরবা অবোক, পাবা,ইমা,

মেমপীশক অমসুং থাগোইবু থাদোক্তুনা চৎকনি খনবদা, থাপ্লবা ময়াংলৈবাক অদুদা।

অয়ুক মীকপ থোক্লকপা মতমদদি য়াম্না থেঙলম্লে। ঐগী কাদা মমাঙগী থোঙনাউদগী নুংশা মঙাল ফাওজিল্লক্লে।

থাগোইনা ঐগী কা ব্রাই শিংৎতুনা লৈবা উরম্মী। ফৈজুপ অদু খজিক্তুং মিং মপাদা হায়দোক্লগা, তুমশিন্নবা শারগা থাগোইবু য়েংলি। মহাক্কী ফজবী শক্তমদু উরাগা থম্মোয়দা কল্লকপা অমসুং নুংশিবা পোক্লম্মী। টেবল মখা, কাচিন- কোইয়ানচিংবা ব্রাই শিংপা লোইবদুনা, ঐগী ফমুং ময়াদা চঙলক্লম্মী। খুরখুদক কুন্দুনা পাকথবগা ঐগী কাংখদা ব্রাই শিংলিঙৈদা মহাক্কী মশম অদু ঐনা ফৈজুপ মনুংদগী খুৎ তিংথোক্লগা কন্না চিংলম্মী। থাগোইনা খঙলাউ লাউরক্লম্মী,

- অয়োমা......, হিংচাবা ঙাউরব্রা? মীগী মশম্বু অসুক কন্না চিংলিবসিবো...।"

ঐনা 'থাগোই' থাগোই হায়দুনা হন্না হন্না কৌরম্মী। মহাক্লা ঐনা কৌবদু থওইদনা, খুরখুদক কুল্লম্বদগী হৌগৎলক্লম্মী। শুমচিৎ অদু পায়না পায়না থাগোইনা "লেংখৎপীরো...., নুংশানা কং থোক্লবা ফাওবা ফম্মুংদা সুম তুমদুনা লৈরিবসিবো" হায়রল্লগা মপানা থোখ্রে।

হয়েংদি অমুক্তসু চৎত্রিবা থাপ্লবা লম অমদা য়ুম থাদোক্তুনা লাইরিক তম্বা চৎলগদবনি।

থাগোই অমসুং মেমপীশক থোইবী অব্রা- নুংঙাই য়ান্ননা য়ুমগী থবক কুপনোম নোল্লি।

থাগোইগী মমা ইনেশু, ঐ মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎপগী পাউ অদু তাবদগী ঐখোয়দা লাক্লম্মী। মী ময়াম অমা ঐবু উন্নবা লাক্লম্মী। "মাঙ্গোল ওইরকউ ইবুংঙো, হয়েং ডাক্তর ওইরগা ঐখোয়গদি কাউথোক্লনুকো অসিনচিংবা কয়ামরুম হায়রি। লৈকাইগী অহল ললমনশিং লাক্তুনা লুপা অমমম অনি অনি পীবসু য়াওরম্মী। ফনদুম নোক্লিংই খল্লুবদা। অবোক্লা বৃন্দাবোন চৎলমদাইদা লৈকাইগী মী কয়ারুম লাক্লগা লাইদা কৎননবা হায়দুনা পৈশা খরা অবোক্তা পীরল্লগা খুরুম্বা অদুগা য়াম্না মান্নরম্মী।

নুমিদাং ওইরক্লে অমুক। মতমনা ঙাইহাক লেপতুনা ঙাইবা লৈতে।

চঙগদবা ফিরোল পুম্নমক য়োমজিন্দুনা থৌরাং তৌবা লোইরে।

নুমিদাংগী চাক চাবা অদু ময়াম পুন্না চামি রম্মী। থাগোইগী মমাসু ঐখোয় ময়াম্না লাংবদু য়াওরম্মী।

ময়াম্না হরাউ হরাউ লাংবদু থাগোইদি ইয়াও য়াওদবগুম তৌরম্মী। নোকপসু শুকয়াউ য়াউরমদে। ৱাখল অমদা ফমুম্বংননা লৈবদৌনা উরম্মী। ফনেক অদু খোয়জিখাদা তপ নপ্পা শেৎলগা, গমশা অমা মকোক্তা য়েৎশিল্লগা ঙা থোংবা থোংবা অদু অসুম হাপ্লি। ঐগী তেংকোৎতা ঙা থোংবা অদু খরা হাপ্লগা লৈথোরকপদা থাগোইগী মমানা "এঃ ইবুংঙোদা খরা য়াম্না হাপ্পু হেক হায়রম্মী। থাগোইনা ইকাইরপ তৌনা ফৎ অমুক লৌশল্লক্কুনা ঐগী তেংকোৎতা খরা অমুক হাপলি।

অহল লমন থোইবী চাকচা তোকপা মতুং ঙাইহাক পুংগোই ৱারী ৱাতাই শান্নরল্লগা লোইনা তুমখুন তানখ্রে।

ঐদি য়ুম থাদোক্কুনা চৎপগী ৱাখল, অমবোমদা অমুক্তা চৎত্রিবা অচৌবা সহর অমদা লাইবিক তম্বা চৎকনি খনবগী নুংঙাইবা অমসুং লাংতক্লবা, ঐগী থম্মোয়দা যোকখ্রবী শীঙেল অমবু হুন্দোক্কুনা চৎপা, পুন্নমক অসি খল্লুবদা তুম্বা শুকযা যারমদে।

থাগোইদু কোল্লিক ফেংবা লোইবদুনা চাকখুম লাইশিল্লিবা মাল্লে। মখোল তাবম্মী। ফমুংদা ইদোম ফম্লম্বদগী হৌগৎলম্মী। অশুক থেঙলবা পাউবা কবি তৌবিবনো, মী লোইনমক তুম্নখ্রফাওবা মহাক্তি তুমদ্রিমাল্লে খন্দুনা চাকশং তান্না চৎলম্মী।

মহাক ফুবিৎ লৌথোক্লমলে। ফনেক অদু থাখুম্না চিংখৎতুনা মপী চদুম চদুম তানা কপতুনা লৈবা উরম্মী। মরক মবক্তা ফনেক মচি অদুনা শিন্থবক্লিবা পিবাংশিং অদু তৈথোক্লি। মাগী মতৌদু উবদা ঐ মাবু পাক কৌবা ঙল্লমদে। ঙাইহাক তুমিন্না চাকখুমমাঙদা লেপ্লবা মতুংদা ঐ য়াম্না তপ্পা খোঞ্জেলনা হাযবম্মী, "থাগোই নহাক হৌজিকফাওবা তুমদ্রিবরা..... করি তৌরবগে। থাগোইনা ঐগী খোঞ্জেল অদু তাবদা ইপা পাখৎনা "হা ! .... করিসু তৌদে, চাকখুম লোইশিল্লিবনি।" হায়রল্লগা মমায় অদু অমুক লুকথরগা লৈখবে। ঐনা "লাকও..... ঐগী নাক্তা লাকও, ঐ ৱা হায়গে" হায়রম্মী।

থাগোই মমায় লুকথদুনা লৈরিবা অদু হায়গৎলক্কনা কপ্পুনা অদু লৈথোকখ্রে। মাগী মবুক্লিং ঐ খঙলম্মী। ঐনা চংশিন্দুনা লাকওনে ঐ ৱা হায়গে হায়দুনা মখুৎ অদু পায়দুনা চিংলম্মী। মনিংথোঙ হাংদোক্কুনা য়ুমগী মনিংদা হৌরিবা লফু পাম্বীশিংগী মখোঙ য়ৌনবা ইবান্নি তুংথা- মাংথা থোরক্লম্মী।

লফু মখোঙ য়ৌরে। ইবান্নি চেংজেৎ কোনশিন্নদুনা ঙাইহাক্কী ওইনা

লৈরম্মী। মাসু ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংলমদে। ঐসু ঙাংলমদে। ঙাইহাক্কী ওইনা ইবান্নিতগী ওইবা সংসার অমদা তাউদুনা লৈরম্মী। পাক চাউরবা মালেম অসি কনামত্তা লৈতবগুম, ইহাঙ হাঙবগুম উরম্মী। থাগোইগী পুল্লিবা শন্নাংশিং অদু নাম্বোক্তুনা ৱাই ৱাই লাউনা তারক্তুনা ঐগী খুদাং অনিমক কুপশিনখিরম্মী। অদু ফাওবা মানা ঐবু থাদোক্লমদে। থাগোইনা খোঞ্জেল ইফাই ফাইনা হাযবক্লম্মী,

- "নংদি মীরেবাক্তা লাইরিক তম্বা চৎখ্রগনি, ঐদি ইতোমতা কনাগা লৈহৌগনি।"

- "ইহৈ তম্বগীদমক চৎপনি, থুনা লাক্কনি...."

- "অদো.... কয়াম কুইনা লৈবক্কদৌনোবা.....?"

- "খঙদেদা থাগোই, ডাক্তর তম্বা হাযবসি মতম য়াম্না চঙই। চৎকনি হায়নদি লেপ্লে। হয়েং যুমদগী পৈশা থাবকপা ঙমদ্রবদি ৱাদৌবিপোৎনিদা....।"

- "(থাগোইনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা) অদো...., পৈশাদু ঐনা ফি শারগা থাবক্লগা লোইরেদনা.....।"

থাগোইগী ইচম চম্বা ৱাঙাংদু তাবদা অমুক্কা হেন্না নুংশিমনখিদুনা চেজেৎ কোনশিল্লম্মী। ঐনা থাগোইদা হংলম্মী, "থাগোই নং ঐবু কয়ামুক য়াম্না নুংশিবগে....?"

- "যাম্না নুংশি, পুন্সিচুপ্পা থাদোকপা ঙমগনি হাযবা থাজদে।" হায়বল্লগা ঐগী থবাক্তা মমায অদু নৈশিন্দুনা খাঙলি।

তাবমদাই থাজগী মঙালদা লফুগী মমি শাংনা তাবি। ৱাখোঙ লোল্লবা থাজগী মঙাল অদু পুর্নিমাগুম নিঙথীদ্রবসু মযেক শেংনা ঙাল্লি। নুংশিৎনা অমুক অমুক হুমলকপদা, উথক্তা য়াতাবিবা উচেকশিংনা যাহীপ কাযরদুনা" চীক 'চীক' লাউনা খোংলক্লম্মী। অহিংগী লিক্লা তাবগী মখোল তারি।

নোংঙালমদাই য়ৌববদা, তুংথা- মাংথা থাগোইগা ইবান্নি, তাইবঙ কনা উদ্রিঙৈদা যুমদা চংলকলম্মী।

## (১৮) "খোঙশানবা"

অয়ুক্কী পুং ১০ তারে।

চাক - ঈশিং চাবা লোইরে।

ঐগী সুইট কেস, তবং উপু বেদিংনচিংবা লৌথোক্তুনা মাঙ্গোলদা থম্লে। ইমাগী ফনেক মচেৎ অমদা চেঙ মচং খবা, য়াইঙং খরা, সৈতাল খরা অমসুং চনম খরা যোম্লগা তবং উপু মনুংদা ইমানা হাপচিনবীখ্রে। লাইতিন ফৎতবা চঙদনবনি হায়।

খোঙশাল্লমদাই মতমসিদা লৈকাইগী মরুপ- মপাং কয়াসু ঐবু উন্নবা লাক্লম্মী। মোহোন অমসুং কহিনিসু য়াউরক্লম্মী। ঐগা বারী বাতাই শান্নদুনা মতম খরা লেল্লম্মী।

চৎকদৌবা পুংফম য়ৌশিল্লক্লবদা লাইনিংথৌ সনামহী অমসুং ইমা লৈমরেল সিদবীদা ইকোক নোন্দুনা খুরুমজরম্মী। অহল ওইরবী অবোক্কী মনাক্তা চঙশিন্দুনা অবোক ঐ চৎলুখিগে, মাঙ্গোল ওইজরক্কে হায়দুনা খুরুমজরম্মী। যুমদা লৈমিন্নবিঙৈদা মতম অয়াম্বদা চিন্দা- পাউদানদুনা লেল্লকলবসু, অথাপ্পা লমদমদা চৎলমদাই মতমসিদদি অবোক্কা মিৎতগী পি শিন্থদুনা কপ্লি। কপ্পা কপ্পা ঐগী কোক্তা নানবীদুনা হায়বক্লম্মী, "মঙ্গোল ওইবকউ নুপামচা নতু তুবুম নামা তেক্তুনা লাইরিক তম্বা লোইদুনা য়ুমদা হল্লকউকো। ঈশ্বরনা থৌজানবীদুনা লেম্না মাঙদবা হাযবদু ওইজৌকো ইশুসিদি।"

ঐগী থম্মোয় নৌথোক্তবা ঙল্লমদে।

মথং মথং পাবা ইমা অমসুং লৈকাইগী লাক্লিবা অহল লমনশিম খুরুমলম্মী। মেমপীশক থোইবীসু চেশিনল্লক্তুনা ঐগী খোঙশোক্তুনা খুরুমলম্মী। অদুগা পেরি পেরি তৌনা হায়বকলম্মী, "তামো নং চিঠী য়াম্না ইরকউকো। নংনা হল্লকপা কান্দা ঐগী অচাপোৎকা যাম্না লৈবীরকউকো।"

রিক্সো অমা পুবক্তুনা কোম্থোংদা ঙাইদুনা লৈবা উরে। ঐগী পুগদবা পোৎচৈ পুম্নমক পাবনা থাঙ্গৎপীদুনা রিক্সো মথক্তা হাপ্পীখ্রে।

চৎলগে হায়দুনা খোঙ থাংদোরকপদা, ময়াম্না লাংবদু ইয়াও য়াওদনা মতোমতা নুংশুক - নুংজাননা মপি চদুম চদুম তানা থোঙজিল ময়াদা কপ্পুনা

লেপলিবী থাগোইবু উরক্লম্মী। অরোইবা ওইনা অমুক্তং চিংনা য়েংলম্লগা, খোঙ অসি ঈরুম লুম্না কোম্মোং পাংনা থাংবা হৌরম্মী।

কোম্মোংদা ঙাইদুনা লৈরম্লবা রিক্সো অদু তোংখৎতুনা সহরগী এরোপ্লেন ওফিস তান্না চৎলম্মী। মতমনা খুৎয়ৌনখিবনা ইন্দিয়ান এয়ারলাইনগী বসতা পোৎচৈশিং অদু থাঙ্গৎলগা অদুম তোংখৎলে। এরোড্রোম তম্না বস অদু থৌরম্মী। পাবদু কদোমদা চৎখ্রবনো হায়দুনা হাইফেৎ য়েংলম্বনি, অদুবু উবা ফংখিদরে। এরোড্রোম য়ৌবা মতমদদি মহাক্না হান্না সাইকল তোংদুনা লাক্লগা মফম অদুদা লৈরম্লে।

ঙাইফম কাদা ঐখোয় কলকতা চৎকদৌবা খোঙশাল্লোই ময়াম ফমিন্নদুনা ৱাবী শাদুনা লৈরি। পাবা ঐখোয় অনি থংননা ফমিন্নরি। এরোপ্লেন অমুক্তা তোংদ্রি। ঙসিগী অসিনা অহানবা তোংগদৌরিবনি। পুক্লিং অসি ইরাং লাংবগুম ফাওরম্মী। ঐখোযনা অসুম ফম্লিঙৈদা প্লেন পাইখৎকদৌবা মতম য়ৌরক্লদুনা মাইকতা লাউথোরক্লম্মী- ইম্ফালদগী কলকতা চৎকদবা খোঙশাল্লোই খুদিংমক চেকশিন- থৌবাং য়েংবা কারোমদা চংবীরো।" পাবদা অমুক হন্না খুরুমলগা চেকশিন থৌরাং কারোমদা চঙলম্মী।

এবোপ্লেন্দা কাখৎলম্মী। ঐগী ঐগী ফমফমদা ফম্লম্মী। এরোপ্লেনগী ইঞ্জিন ঙংবা হৌরকপদা ঐখোয় পুম্নমক লশিংনা নাকোং মেনশিলম্মী। খ্বাংগী পেটি ফাজিন্নবা লাউথোরকপদগী পেটি ফাজিল্লম্মী। প্লেন পাইখৎলম্মী।

এবোপ্লেন্না অৱাংবা অতিয়া য়ৌরক্লবদা পুক্লিংদা অকিবা অমসুং নুংশিবা ফাওবম্মী। অঙকপা পুন্সিগী লানফম হায়বদুনি। প্লেন্না অমুক নেমথরকপদা হকচাং অসি ইযাং য়াংবগুম, মঙদা উদগী তাগুম্লম্মী। অচৌবা অৱাংবা চীঙদোলগী মথক্তা ৱাংনা পাইখৎতুনা, লৈচীল মপৈ কয়াগী মরক্তা ফাওদুনা পাইরি। থোঙনাউগী মিংশেলদা যেংথোকখিবদা, য়ুম, উ- ৱা, লম্বী লমহাং পুখ্রি- পাৎ পুম্নমক পীক্লা পীক্লা উরি। ঙাইহাক লৈরগা মশক মতৌ ফজবী এয়ার হোসতেস খরা থোরক্লুনা মোমোন মোমোন নোক্লুনা অচা- অথক কয়ামরুম য়েল্লম্মী।

খঙহৌদনা খ্বাংগী পেটি-ফাজিনবীয়ু কলকতাগী দমদম এরোপ্লেন তাফম য়ৌগদৌরে হায়দুনা লাউথোরক্লম্মী। ৱাংনা পাইরম্বদগী অসুম নেমথরক্লম্মী এবোপ্লেন্দু। মতম অদু নুমিদাংৱাইরম ওইরে, মম্লি মম্লি তৌরে। প্লেনগী থোঙনাউদগী য়েংখিবদা, পাক চাউরবা এরোড্রোম অদুগী মচি মচিদা, মতাইদা

ময়ায়দা, পরেং পরেং নাইনা লৈমায়দা, ইলেক্ট্রিক বল্ব অঙাংবা অশংবা পরেং পরেং থানবা উরম্মী। এরোপ্লেন অদু খঙহৌদনা দমদম এরোড্রোমদা তারম্মী।

প্লেন্দগী কুমথরক্লগা ঙাইহাক ঙাইরগা ঐগী পোৎচৈশিং অদু লৌথোক্লগা বসতা হাপকৎলম্মী। বস অদু কলকতা সহর তম্না থৌরম্মী।

কলকতা সহর ভারতকী খ্বাইদগী চাউবা সহরনি। লম্বীদা বসতা ফম্না ফম্না মিৎ কুপ্তুনা য়েংলি কলকতা সহর। ইলেক্ট্রিক থাউমৈ পরেং পরেং, কয়া থাল্লি। খঙহৌদনা ট্রাম গাড়ী কয়া লাম্থোক্লি। ৱারী তাখিদবগী ট্রাম গাড়ীনি হায়বা অদুম খঙলম্মী। অনেম্বা বস অশাংবা মানবা, মরি মরি শম্নবা, তালিদা চেনবা ট্রাম গাড়ীশিং, ঙসিগী অসিনা অহানবনি পুক্নিদা উবা। ট্রামগী মথক্তা ইলেক্ট্রিক তারাগা ট্রামগা তারা মতেক অমা শমনৈ। বসতগী য়েংথোকখিবদা ইলেক্ট্রিক তারাশিং অদু মরক মরক্তা মৈরিক হৌবা উরম্মী।

সহর ময়ায য়ৌশিল্লক্লে।

হৱাগাড়ী, ট্রামগাড়ী, ফোক্তরিশিংগী মখোলনা পুমনিল নিল্লি। লম্বীগী যেৎলোম মায়রোমদা অচৌ- অচৌবা, অৱাং- অৱাংবা দোলাল কয়ামরুম লৈরি। অচৌবা কুম্মৈ থোকপদৌনা মীনা চীক্লা - চায়না ঙমদনা তিল্লি। বসতগী হেক কুমথবগা সমুদ্রগী ঈপাক্তা চোংথকবগুমখ্রে। পাক চাউখ্রবা সহর ওইবনা মাগৈ সলাই খঙখিদবে। টেক্সি কযা পরেং পরেং থাদুনা লৈবা উরম্মী।

বসতগী ঐগী পোৎচৈ লোইনা লৌথরগা টেক্সি অমা ফারগা হাপচিল্লম্মী। ডাইভর অদু সুর্য্যসেন ষ্ট্রিংতা লৈবা 'আইদিয়েল হোম' কৌবা হোটেল অদুদা চৎনবা খঙহল্লম্মী। 'আইদিযেল হোল হোটেল অমুক্তা উখিবা নত্তে, সুর্য্যসেন ষ্ট্রিংসু খঙবা নত্তে। য়ুমদগী ইমান্নবশিংনা মেপ য়েক্তুনা তাক্লকপনি।

কলকতা সহরগী টেক্সি ড্রাইভরশিং অসি অঙকপা ফংনা নমথাক তৌই হায়নৈ। মিটর কাবগী মতুং ইন্না ভারা লৌবনি। অদুবু অনৌবা লাকপা মী খুদিংমক লম্বী কোইনা পুথোক্লগা ভারা হেন্না লৌবগী হৈনবী অমা মখোয়দা লৈ হায়বনি হান্না তারবনি।

অহানবদদি মকোই মরাং চোম্বা টেক্সি ড্রাইভরশিং অদু উবদা য়াম্না কিরম্মী। অমুক্তা মনিপুরদগী মপান থোকত্রিবগী হৌনবা, পুক্লিং, লাংতক্লবা অমসুং চিংনবনা পীক থল্লম্মী। উচিন নাচিন্না আইদিয়েল হোম হোটেল য়ৌরে।

সুর্য্যসেন ষ্ট্রিংতা লৈবা আইদিয়েল হোম হোটেল য়ৌবদা নুমিদাংৱাইরমগী

পুং তরেৎলোম তারে। ঐগী কা অমা লৌরগা অহিং অদু লেন্নবা থৌবাং তৌরম্মী। হোটেল হায়বদু পুক্সিগী লৈখিদরি। ঙসিগী অসিনা অহানবনি। য়ুমদা লৈবিঙেদা, হান্না লম কোয়রুবা মীশিংদা হংলমদ্রবদি ইঙাও ঙাওদনা তোক্লমগদবনি।

ঈরুজবা লোইরকপা মতমদা নুমিদাংগী পুং নিপাললোম তারে। ঐগী কাগী নম্বর ৭ নি। হোটেলগী মেনেজবনা ঐঙোন্দা পীরকপা ঐগী কাগী ছোগী নম্বর ৭নি। কলকতা সহর য়েংনিংমনখ্রদুনা, কা অদু লোলশিল্লগা ছোজৈ অদু ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লগা মেনেজবদা ঙাইহাক কোইথোকলুখিগে হায়বল্লগা থোবক্লম্মী।

য়াম্না থাপ্না চৎকদৌবসু কিরম্মী, লম্বী মাঙথোকখিগদ্রা চিংনদুনা। হোটেলগী মমিং থাবিবা সাইন বোর্ড, মনাক্তা যেৎলোম- ওইরোমদা থেৎলিবা দুকান অহুম মরিগী মমিংশিংসু ঐগী দাইবিদা ইশিল্লগা অৱাং পাংনা হায়গৎলম্মী।

সোবোক অচৌবা অদু মীনা কৃক ইন্নরি। হৱাগাডী, ট্রামগাড়ী কয়া চেল্লি। খ্বাইদগী অঙকপা অমনা রিক্সোবু মীনা চিংলগা চেল্লি। বিক্সো চিংলগা লম্বীদা মখোঙনা চেল্লিবা মীশিং অদুগী খনবদা পুক্লিংদা নুংঙাইতবা অমদি ফাওরম্মী। খরা চৎলবা মতুংদা লম্বী লম্মুক্লগদ্রা খন্দুনা তুং হন্না অমুক্তং যেংলম্মী। ঐগী দাইরিদা মমিং ইশিন্দুনা থল্লিবা দুকানশিং অদু তাম্না উরম্মী।

পঞ্জাবীগী চাক হোটেল অমদা নুমিদাংগী চাক চাথোক্লগা ঐগী হোটেলদা অদুম হল্লক্লম্মী। চঙলকপদা হোটেল মেনেজবগা ফমিন্নদুনা ৱাবী ঙাইহাক শারম্মী। ঐনা মঙোন্দা মদ্রাজ য়ৌনবা অমসুং মফম অদুদগী মেঙ্গলোর তান্না চৎনবা ট্রেন টিকেৎ ককপগী মবমদা হংদুনা লোইনা খঙজিল্লে। তুম্মুবগে হায়দুনা মেনেজরদা হায়রল্লগা ঐগী কাদা চঙলকলম্মী। চৎমদাইদা হাথু হাথু লৈরকপা খুদাং ঘড়ী অহনবা অদু অমুক্তং য়েংলুবদা নুমিদাংগী পুং তাবা তাগদৌবল্লে।

হিপ্পা হিপ্পা কোয়েং য়েংবদা হোটেলগী কা অদু য়াম্না ফজরম্মী। ইলেক্ট্রিক থাউমৈ ইঙান ঙান্না থাল্লি। ঈকজবসু টোটি ঈশিংনা ঈরুজৈ। ঈকুজফম কাদা ঈশিং অদুম তাই। য়ুমদনা লালতেল থাউমৈ থাল্লগা লাইবিক পাবা, পুখ্রিগী ঈশিংনা ঈরুজবা খেন্নবা অদু খল্লুরি ঙাইহাক্কী ওইনা। ঐহাক নিংথৌ মচাগুম নুংঙাইরম্মী। তুমথবা শুকয়া য়ারমদে।

য়ুমগী মী ময়াম মথং মথং নিংশিংলক্লি। অবোক্লা য়াইফমঙ্গোল পীরকপা, থাগোইনা পেরি পেরি থোঙজিল মপান্দা কপ্পুনা লৈহৌবা, ইমা অমসুং মেমপীশক

থোইবীনা ঐবু চিংনা চিংনা য়েংদুনা লৈহৌবা, পাবনা ব্রাখল চাউনা হরাউনা এরোড্রোমফাওবা থিন্দোরকপা- মথং মথং উরক্লম্মী।

হয়েং মদ্রাজ চৎকনি খল্লুবদা তু চুংবা পোক্লম্মী।

ট্রেন হায়বদু করম তৌবা, করি মওং মানবা, ভাবনা শাজিনবগী ব্রাতনি, ইমানা পোকপদগী উখিদ্রি। ইশা ইতোমতা থৌনা হাপচরি- "হেরা নিপামচা ওইনা পোক্লগবু করিগী কিগদৌরিবনো। মদ্রাজদি কদাই থা ফাওবা রোকেৎতা তোংদুনা কানরবা মতমসিদবো।"

অবোক্লা বৃন্দাবোন চৎলুরগা হল্লকপদা লীখিবা ব্রারীশিং অদু নিংশিংলি, - "ইবুংঙো রেলগাড়ী হায়বদু অঙকপনি। ঐখোয়গী য়ুমদগী খ্বাইরম্বন্দ কৈথোলফাওবা শাংলমগনি। ইসটেসন য়ৌরমদাইদা" টু.টু.... উ... হায়দুনা অমুক অমুক খোংবনি। তোংবসু য়াম্লা নুংঙাই। নাউশুমদা শুমগুম্বনি - দক দক...., দক দক.... দক... দক...., অবোক্তি হেক্তা উইনিংই। অদুগনে রেলগাড়ী মনুংদদি হুরানবা যাম্না লৈবনি, য়াম্না চেকশিনগদৌবনি।

অযুক্কী পুং ৪ তাবে। অহীং অদু নিংথীনা তুম্বা য়ারমদে। নোংঙাল্লমদাই ঙাইহাক উরোল উরোল তৌরুরগা, অমুক হন্না তুম্বা যাদদুনা হৌগৎলম্মী। ফমুঙ ময়ায়দা ফমদুনা ঙাইহাক ব্রাখল তৌদুনা লৈরম্মী।

খঙহৌদনা ঐগী কাগী থোঙ অদু থীল্লক্লম্মী। হৌগৎতুনা হাংদোক্লম্মী। হোটেলগী অঙাং অমা চা পুদুনা চংলক্লম্মী, হায়রক্লম্মী, "বাবু, চাই গোরোম গোরোম (অশাবা চা)।" চাদু ঐগী টেবলদা থনম্লগা অঙাংদু থোকখ্রে। মসি মখোয় বেঙ্গোলিশিংগী চৎনবী ওইরাল্লে খন্দুনা চীন - য়া শেংদনা চা অদু লৌরগা অদুম থকচিল্লম্মী।

অযুক ফনা যাম্না থেঙজিল্লক্লে। ঙবাং হোটেল মেনেজরনা ট্রেনগী টিকেৎ ককপগী মওং, ইসপ্লানেডতা চৎপা, রিজার্ভেসন তৌবা, ট্রাম নম্বর ১ ফাবা, লোইনা ঐঙোন্দা তাকপীখ্রবনি।

ঐ ফিবোল শেৎচিল্লগা টিকেৎ ককপা চৎলম্মী। ট্রাম নম্বর ১ লাক্লম্মী। খামফাও খামফাৎত্রিঙৈদা থৌদোকখ্রে। অসুম্না ঙাইনা ঙাইনা ট্রাম নম্বর অমবা অহুমলক নাম্থোকখ্রে। কলকতাদা অনৌবা লাকপা মী অসিদি তোংঙান হেক তাবা জাৎনি, ইতোমতা খঞ্জরম্মী। কলকতা সহরগী মীপুম খুদিংমক চেন - চেন্দুনা চৎপা উরম্মী। মথংগী ট্রাম নম্বর অমা লাকপদদি ঐসু চেন্দুনা চোংখৎলগে খন্দুনা শেম

শাদুনা লৈরম্মী। ট্রাম নম্বর ১ লাক্লম্মী। হেক য়ৌরকপগা চেন্দুনা তান্নরগা চোংখৎলম্মী। অচেনবা ট্রামদা চোংখৎপা তাহৌরমগদবা শম্নাদা লিংলি। মীয়াম মরক্তা ব্রাইশিনবদা, ময়াম অদুনা ঐঙোন্দা মুন্না মুন্না য়েংলক্লম্মী।

ইসপ্লানেড য়ৌবে। য়ৌরে হায়বা লাইনা খঙলম্মী। মমায় লৈথোক্লগা তোংগদবা মীশিং ঙাইহাক ঙাইরগা অমুক হনগদবনি হায়বসি হোটেলগী মেনেজরনা ঐঙোন্দা হায়রকপ্রবনি।

ট্রামদগী কুমথরম্মী।

ঐ মায়কৈ লেপফম খঙদদুনা ইঙাঙ ঙাওনা ঙাইহাক্তং লেপ্পুনা কোয়যেং য়েংদুনা লৈরম্মী। অঙকপা ফংনা ব্রাংবা য়ুম্বী অমা উরক্লম্মী। অনকপদা লৈবা মী খরদা হংবদা সহীদ মীনাব কৌই হায়রক্লম্মী। মখোয়দা অমুক খা- নোংপোক রেলব্রেগী টিকেৎ ককফং হংলগা মফম অদু তান্না লাক্লম্মী।

উচিন- নাচিন্না বিজার্ভেসন ফংলম্মী। থব্রায় খরা নুংঙাইনা আইদিয়েল হোম হোটেলদা অমুক হল্লক্লম্মী।

নুমিদাংগী পুং মানপমখাই তাবদা টেন থাগদবনি। ঐনা লৈরিবা হোটেলদগী হাউরা রেলব্রে ষ্টেসন থোইনা লাপ্লমদে। মেনেজরনা টেক্সি অমা ফাবিবগা খরা ঙন্না ষ্টেসন তান্না চৎলম্মী।

অঙকপা ফংনা ব্রাংবা অমসুং শাংলবা য়োৎকী থোং অদু হাউরা ব্রিডজনি হায়বা লাইনা খঙলম্মী। থোং মথক্তা লৈরিবা কোইলাস থাবা লম্বী অদু লানবফাওবা ফনা কুইনা চঙলম্মী।

হাউরা থোং হেক লাম্থোকপগা বেলব্রে ষ্টেসন য়ৌরম্মী। ঐগী টেক্সিনা রেলব্রে ষ্টেসন মমাংদা খংখাম খাম্বা উবদা, অঙাংবা ফুরিৎ লিৎপা কুলি ময়াম চেনশিল্লক্লম্মী। মযাম অদুনা ঐগী সুইটকেস অমসুং বেদিং অদু পুগদবগী মুন্নরি।

হাউরা রেলব্রে ষ্টেসন মনুংদা হেক চংলকপদা পুক্লিংদা থুক লাউবা অকিবা পোক্লম্মী। মীনা চিক্লা- চায়না ঙমদনা তিল্লি। যাত্রিক কযামরুম পোৎয়োম পোৎয়োম পুদুনা থুংলরি। কয়া অমনা নংহৌবোই হায়বগী মতাগুম রেলগাডী থাফম তান্না চেনশিল্লি। রেলগাড়ী ময়াম খাম্বা অদু উরক্লম্মী। খরানা থৌদোকখ্রি, খরনা থুংলরি। ঙসি অসিনা অহানবনি পুক্সিদা বেলগাড়ী উবা।

মীয়ামগী মীনিলনে, রেলগাড়ীগী ইঞ্জিনগী মখোলনে পুম্নমক অসি পুমতিন তিন্নখিদুনা রেলব্রে ষ্টেসন অদু পুমনিন নিল্লম্মী।

টিকেৎ কক্ফম, রেলৱে ওফিস, অচাপোৎ য়োনবা দুকানশিং, চা য়োনবা দুকান মচি মচিদা লৈরি। চা য়োনবা কাওবু অমনা মখুৎতা চাগী কেটলি অমসুং চফুনা শাবা চাগী গ্লাস মানবা কয়ামরুম পায়রদুনা "চাই গরম (অশাবা চা)" চাই গরম (অশাবা চা)" হায়না লাউরদুনা কোইচৎ চৎলি।

"মদ্রাজ চৎকদৌবা ট্রেন লাক্লি। ঙাইহাক ফমদুনা ঙাইবীরম্মু" হায়দুনা ঐগী পোৎচৈশিং অদু থনম্লগা ঐগী কুলি অদু চখোকখ্রে। চৎলমদাইদা মহাক মতম চানা লাক্কনি করিমত্তা চিংনবীগনু হায়রম্মী।

পুক্লিংদা নুংঙাইতবা অমদি ফাওরম্মী। ঐগী বেদিং অমসু সুইটকেশ মনাক্ অদুদা লেপ্লা লেপ্লা রেলৱে ষ্টেসনগী ফক্লাংদা, অৱাংবা য়ুম্বীশিং থেৎলিবা ট্রেন চৎথোক চৎশিনগী মতম তাকপা চে, সিনেমাগী পোষ্টর ময়ামশিং অদু মথং মথং য়েংলুরি।

মতম ফনা য়াম্না থেংজিল্লক্লবফাওবা ঐগী কুলি অদু লাক্লমদে। ঙাইহাক্তংগী ওইনা হুমাং অনপ্লা কাংলম্মী। ইতোমতা কপনিংবা পোক্লম্মী। ট্রেনগী ট্রেনঙাক্তা, কবম্বা ট্রেন্দনো ঐনা তোংগদবা, ঐ খঙলমদে। পুং ৯.৩০ তাগদৌবা মিনট ১০ রোমদা ঙাযবে। করমহাইনা তৌনি হায়দুনা চমমনদুনা লৈরিঙৈদা রেলৱেগী থবক তৌবা, মীয়ায় ওইবপ চনবা, ফুরিৎ খোঙগ্রাউ অঙৌবা শেৎপা, বোই অশাংবা অমা পায়বা নিপা অমা থেংনরম্মী। ঐনা মঙোন্দা চেনশিন্দুনা ঐনা তাবিবা দশাগী মবমদা হায়রম্মী।

ঐগী লাইবক ফবা অমনা নিপা অদু ঐনা চৎকদৌবিবা ট্রেন অদু শেম্লবা মী ওইবম্মী। ঐগী মিংনচিংবা মাগী বোই অদুদা লোইনা ইদুনা লৈরম্লে। ঐগী ইতৌদু উবদা মহাক্লা হায়রক্লম্মী। "মিষ্টব, নহাক মপান অমুক্তা থোক্লিবা মী মাল্লি, ঐগী তুং ইল্লকউ।"

ঐ ৱা অমত্তা ঙাংদনা ঐগী পোৎচৈ অদু চিংবোই থাংবোই পুদুনা মহাক্কী মতুং ইল্লম্মী। মহাক্লা ঐবু ট্রেনগী কা অমদা পুসিনবীদুনা ঐগী হিপফম হিটতা ফমহল্লম্মী।

বেলগাড়ী মনুংদা ঐগী হিপফম অদুদা বেদিং অদু শন্দোক্লুনা থম্লে। সুইটকেশনচিংবা পোৎচৈশিং অদু ফমুং মখাদা ইনশিন্দুনা থম্লম্মী। খুদক অদুদা কাংশি খিংলকপগী মখোল তারম্মী অমসু হুইসেল খোংলকপগা লোইননা ট্রেন অদু চেনবা হৌরম্মী।

থোঙনাউ ময়াদা ফমদুনা ঙাইহাক পোংথারম্মী। মপান্দা য়েংথোকখিবদা পুংমম মন্নম্মী। অরাপ্পদা থানবা বিজুলি থাউমৈ নত্তনা করিগুম্বা অমত্তা উবা ফংলমদে। ঐগী মায়ওক্লবদা লৈবা হীপফম অদুদা মীয়ায় ওইরপ তৌবা মকোই মরাং চোম্বা নিপা অমা লাইরিক পাদুনা ফম্লম্মী। থংনবা কাশিংদা অমগা অমগা পুন্সিন্দুনা মানা মানা থোকপা ৱারী - ৱাতাই শাবগী মখোল তারম্মী। মতম থেংজিন্নক্লবদা ঐসু অদুম তুমথরম্মী।

টেন অদু খংলেপ লেপ্পদা মীকপ খংথোক থোক্লম্মী। হৌগৎলগা থোঙনাউদা করম্বা মফমনো য়েংলুবদা য়াম্না পীকপা ষ্টেসন মচা অমা ওইরম্মী। ঙাইহাক য়েংলম্লগা অমুক তুমথরম্মী।

নোংঙাল্লকপদা উরিষা য়ৌবল্লে।

বেলগাড়ীনা য়াম্না য়াংনা লাউ খোংদুনা চেল্লি। হৌগৎতুনা ট্রেনগী থোংনাউ অদু হাংদোক্লম্মী। অযুক্কী অঙৗংবা নুংশিং শিৎচিন্নক্লম্মী। ঐগী তুম্ফম অদু লোইশিন- খোমজিন তৌরম্লগা চীন - য়া শেংদোক্লম্মী। অমসুং মিৎ মায তাথোকপা লোইশিল্লম্মী। অঙৗংবা নুংশিংনা ফুদোংলবা ট্রেনগী থোংনাউ ময়াদা ফমদুনা মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা কয়ামরুম য়েংলি।

অশংবা লৌবুক লমহাং কয়া পাক্লা তাম্না শন্দোক্তুনা লৈরি। নৌনা লিংবতা ঙাইরিবা ফৌ পাম্বী মচা- কয়া পবেং পবেং হৌবদু উরগা, অঙাং ওইবিঙৈদা পাবা অমসুং ইমাগা লৌবুক কুমদুনা, লৌবিদা চৎতুনা লেল্লকপা পুন্সি অমুক নৌহৌননা নিংশিংহল্লি। অনকপদা হৌবম্বা অৱাংবা উপালশিং, ইলেক্ট্রিকী পোষ্ট কয়া লৈনা লৈনা জগোয় শাদুনা লৈহৌরি। খঙহৌদনো পাক্লবা তুরেল কয়া লাল্লী। মহানদি, গোদাবরিনচিংবা পাক্লবা চাউরবা তুরেল কয়া তুংওইননা থনল্লে।

নুমিদাং অমুক ওইশিল্লক্লে।

ঐগী রেলগাড়ীনা অচৌবা সহর, শুক্লবা জঙ্গল পাক্লবা লমহাং, নুংগী চীঙশিং, চীঙনুঙহুৎ কয়া, অপাকপা তুরেল কয়া ফাওদুনা ‘টু’ ‘টু’ লাউদুনা চেল্লি। নুমিদাংদা অচৌবা সহর য়ৌরমদাইদা বিজুলি থাউমৈ পরেং পবেং উবা ফংলম্মী। সহর নকশিল্লকপগা লোয়ননা মথং মথং মথোন কয়ামরুম ৱাংবা দোলাল কয়াদা নিওনগী থাউমৈ থানবা উরম্মী।

লমদম অসুম তাম্না তাম্না, পুথোরক্লি ঐবু ঐগী রেলগাড়ীনা, নুংশিজরবা পোক্লফম লমদম মনিপুরদগী, চীঙলোন মাপন্না কোয়শিনবা, লৈময়োন ইম্ফালনা

লৈতেংবা লমদগী। নিংশিংলি য়ুমগী মীওই খুদিংমক মথং মথং হান্না নুংশিরম্বদগী শরুক চামা হেন্ন নুংশিবক্লম্মী, লমদম তাম্না লৈহৌরবা ঐগী য়ুমদো।

হুমনিগী নুমিদাংৱাইরমদা মদ্রাজ রেলৱেষ্টেসন্দা থুংলম্মী।

মেঙ্গলোর তান্না চৎকদৌবা বেলগাগাড়ী হয়েংগী অয়ুক্তা লৈবা মরম্না নুমিদাং অদু মদ্রাজ রেলৱে ষ্টেসন্দা লেকপা তাখি । সেকেণ্ড ক্লাস টিকেৎকী ৱেটি রুমদা চঙলুবদা, ঐগী থার্ড ক্লাসকী টিকেৎ অদু উবদা থোঙশঙবা অদুনা তাম্থোবক্লম্মী। থার্ড ক্লাসকী ঙাইনবা কাজাউদুদা অমুক চংলম্মী। মীনা কৃক ইন্নে। নমথীবনসু খাঙবা ঙল্লমদে। উপাই লৈতদুনা রেলৱে প্লেটফোরমদা খবর খরা শন্দোক্তুনা থাবে। খববগী মথক অদুদা বেদিং অদু থারম্মী। অহিং অদু লেন্নবা বেদিংগী মোনপাক মথক্তা খোংগ্রাই চন্দুনা ফম্লগা অচৎ অওক খুদিং য়েংদুনা মতম লেল্লম্মী। ঐগী তুম্ফমগী য়েৎলোম ওইরোমদা ভিক্ষারি, খোঙতেকপা, মিৎতাংবা কয়াসু অমোৎপা ফি অমমম শন্দোক্লগা নুংঙাইনা তুম্লি।

ফনদুম নুংঙাইবম্মী। ৱাখল অসুম তৌরুবদা য়ুমগী লাইরবা পুন্সি অদু নিংশিংলক্লম্মী। কলকতাগী আইদিযেল হোমদা নিংথৌ মচাগুম লেনখি। ঙসিনা মদ্রাজ বেলৱে ষ্টেসনদা ভিক্ষাবিগুম লেনবা তারম্মী। মীওইবগী পুন্সিগী খেন্নবা অসি ইশামক্তা উজবদা নোক্লিংদবা ঙমলমদে।

ৱাখল খন্না খন্না তুমথখিরম্মী।

মিকপ থোবকপদা বেলৱেষ্টেসনগী য়াংকোকমুক পাকপা ফক্লাংদা যাল্লিবা ঘডী অদু যেংলুবদা অযুক্কী পুং ৪ তারম্লে। অয়ুক্কী অঙনবা রেলগাড়ীদা চৎকদবা যাত্রীক মযাম ঈরাংলাংদুনা, হঙ্গৎ হন্দা কোয়চেন চেন্দুনা চৎপা উরম্মী। ঐগী বেদিং অমসুং পোৎচৈশিং অদু লোইশিল্লম্মী। অনকপদা লৈবা কোফি দুকান অমদগী কোফি গ্লাস অমা থক্লগা মেঙ্গলোব তম্না চৎকদবা রেগাডী ঙাইদুনা লৈবম্মী।

অয়ুক্কী পুং ৬ লোম তাবদা মেঙ্গলোর চৎকদবা রেগাড়ীদা কাখৎলম্মী। মথংগী নুমিৎকী পুং ৭ তাবদা মেঙ্গলোব য়ৌরম্মী। হেক য়ৌবগা মেঙ্গলোর রেলৱে ষ্টেসন্দগী টেক্সি অমা ফারগা মনিপাল তান্না থৌরম্মী।

## (১৯) "মনিপাল"

টেক্সি মনুংদা তোংনা তোংনা মনিপাল য়ৌনিংবগী অশানা পীক থল্লম্মী।

অচৌবা দোলাল খরা উবদা মনিপাল ওইরমগদবোই হেক মনিংই, অদুবু ঐগী টেক্সিনা লাম্থোক্তুনা হেক মথৌখি। খরা থৌবগা চীঙওই- মানওই তৌবা লম ঙাক্তা থেংনরম্মী। ইতোমতা পুক্লিংদা খঞ্জরম্মী, অসিগুম্বা চীঙদুম মরক অসিদবু করম্বা মেডিকেল কোলেজ লৈরমগদৌরিবনো।"

ঐগী টেক্সি অদু অঙম্বা লম্বী অমদা থৌগৎলম্মী। খঙহৌদনা অচৌবা সাইনবোর্ড অমা উরক্লম্মী। মদুদা থারম্মী, " ৱেলকম টু মনিপাল।"

কোলেজ য়ৌবে খনবদা পুক্লিং অসি খংয়াং য়াংলম্মী। অদুম ওইনমক অমবোমদা লাংতক্লবসু পোক্লম্মী।

টেক্সি অদু ছাত্রশিংগী লৈফম হোস্টেল যৌনা থৌজিল্লম্মী। ঘড়ীদা যেংলুবদা অযুক্কী পুং ১০ তাবম্লে। হোস্টেল অদু ইহাং হাংনা উবম্মী। টেক্সিদগী কুমথরগা ঐগী পোৎচৈশিং অদু লৌথরগা হোস্টেল চংফমদা ঙাইহাক চমম্লনা লেপ্লিঙৈদা মৈতৈ মচা মানখ্রবা ছাত্র অমা থোরক্লম্মী। ইবান্নি হেক উন্নবদা নোকমিন্নরম্মী। খুৎ শোক্ল দুনা ঐনা মৈতৈলোন্দা হায়বম্মী,

"নঙ মৈতৈ নত্রা?"

মহাক্লা পাউখুম অমত্তা পরিক্তনা ঐবু মুন্না ঙক্লা য়েংদুনা লৈবদু উবদা ঐনা ঈংলিসতা অমুক নহাক মনিপুরদগীবা হায়না হংবনি হায়রুবদা মহাক্লা খুম্লক্লম্মী,

- "ঐগী মিং চিযা কুই সেং কৌই, ঐ মলয়াসিয়াদগীনি। ঐসু নংসে মলয়াসিয়ান ওইরবোই নিংলুবে।"

- (ঐনা ঐগী মিং হাযবম্মী ) ঐ মনিপুরদগীনি। কোলেজ অসিদা অহানবা মিং চনবা লাকপনি। কবম্লা মিং চনগদবা কনা উন্নগদবা কবিমত্তা খঙদে। নংনা ঐবু শোয়দনা লমজিংবীগনি হাযদুনা আশা তৌই।

চিয়ানা ঐবু হোস্টেলদা মাগী কাদা পুশিনবীরম্মী। ঐগী পোৎচৈ পুম্নমক ইবান্নি চঙদুনা মাগী কাদা থাংজিনমি  রম্মী। মহাক্লা হায়বা মতুং ইন্না ঐ ঈরুজফম কাদা চঙদুনা ঈরু- মাইথজবা লোইথোক্লগা ফিরোল অনৌবা শেৎচিল্লম্মী। মিং চনবদা চংগদবা ভারত সরকারগী চিঠীনচিংবা য়াওবা ফাইল অদু লৌথোক্লম্মী।

চিয়াগা লোয়ননা কোলেজগী প্রিন্সিপাল উন্নবা চৎলম্মী।

প্রিন্সিপাল উন্নদুনা ঐগী মিং চনবগী থবক লোইশিলম্মী।

চিয়াশি ঐগা ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নগদৌবা ওইরম্মী। মহাক থা অমগী মমাংদা মিং চন্দুনা ক্লাস য়াওবা হৌরন্নবনি। প্রিন্সিপালনা চিয়াগী কাদা ইবান্নি পুন্না লৈমিন্নবসু য়াবীরক্নে।

কোলেজগী অকোয়বদা পুদুনা, চিয়া কুই সেংনা ঐবু মথং মথং, এনাটোমি ব্লোক, ফিজিওলোজি ব্লোক, পেথোলোজি অমসুং মাইক্রোবাইওলোজি ব্লোক অমদি মনিপাল মেডিকেল কোলেজ হোসপিতালনচিংবা লোইনা য়েংমিন্নরম্মী।

হোষ্টেলদা অমুক হল্লক্লম্মী। মেসতা চঙদুনা চাক চামিন্নরম্মী।

নুমিদাংগী পুং ১০ রোম তাবল্লগনি। ঐগী মকপ চিয়া নুমিদাংৱাইরমদগী চৎথোকখিবা অদু হঞ্জিল্লক্ত্রি। মনুংদা ইতোমতা অসুম লৈরম্বদগী টেবলদা চংশিন্দুনা য়ুমদা চিঠি ইবা হৌবম্মী।

মনিপাল

তাং ১৩।৮।১৯৬৭ ইং

ঐগী নুংশিজববা পাবা,

ঐহাক লম্বীদা খুদোংথীবা অমত্তা য়াউদনা মেডিকেল কোলেজ, মনিপাল য়ৌবে। হেক য়ৌবগা ওজা মকোক অদু উন্নদুনা মিং চনবা খোৎপা লোইনা লোইরে।

য়ুমদগী অসুম অসুম লাপথোবকপা বেলগাড়ীনা ঐবু থাপ্লা তাম্লা অসুম অসুম পুথোরকপা অদুদা পুক্রিং অসি যাম্না নুংশিখি। নুমিৎ কয়ানি চংনা লম্বী লমশাং চৎলকপা অদুদা ঐগী ৱাখল পীকশিল্লক্লম্মী। অদুবু মেডিকেল কোলেজ হেক য়ৌবদা ঐগী থম্মোয় খংচাউ চাউখৎলক্লম্মী। মতম অমদা ঐ অচৌবা ডাক্তর অমা ওইরক্কনি হায়বগী ৱাখলনা পীক থল্লম্মী, পৈশা যাম্না চঙলগদবা অসি খল্লুরবদি নুংঙাইতবা খরদি ফাওই। ফরে পাবা, ঈশ্বরগী নোংদম হায়বদুনি, চঙশিল্লুরবা লানফমনিনা, নিঙহন্নবগী আশাদি থাদোক্নে।

ঐগী নুংশিজরবী অবোক, ইমা অমসুং মেমপীশক থোইবীবু নিঙশিংলকই তম্বীয়ু। য়ুম থাদোরকপা হাপ্তা অমরোম ফাগদৌরে। কোকহল লইহন ওইরবা ঐগী অবোকপু অথাপ্পা লমদম অসিদগী খুরুমজরকই তম্বীয়ু।

নহাক্কী নচা অহল ।

চিঠী অসি অৱাৎপা অমা ইয়াওদা য়াওবগুম্লম্মী। ঐগী নুংশিজববী থাগোইগী মরমদা খরা ইনিংবনি। অদুবু ইবা ঙমদ্রে, পল্লুবদা ইতিক ওইদ্রে। লঙজরুবা ইরান্নরা হায়ফম খঙদে।

চিঠী ইবা লোইরদুনা চেখাউ অমদা হাপচিল্লগা য়ুমগী লৈফমনচিংবা থাজিল্লম্মী।

অহিং কয়া নিংথীনা তুম্লক্তবগী হকচাং অসি ইমুন মুল্লদুনা য়াম্লা কন্না তুমনিংবা ফাওরম্মী। তুমথগে হায়না থৌরাং তৌবমক্তদা থোঙদা 'তক' 'তক' লাউনা থীল্লক্লম্মী। ঐগী মরুপ চিয়া হল্লক্লমাল্লে খন্দুনা থোঙ হাংদোকলুবদা, শকখঙদবা মী অহুম লেপ্পুনা লৈবল্লে। মখোয় অহুমগা ঐগা ঙাইহাক্তং মুন্না য়েংনরম্মী। ঙাইহাক য়েংনরবা মতুংদা, মখোয়গী মবক্তগী মকোয মরাং চোম্বা নিপা অদুনা মমিৎ খানা য়েংলগা ঐঙোন্দা হায়রক্লম্মী,

- "হেলো......, নহাক ঙসি অনৌবা লাকপা নত্রা? ঐগী মিং সেটি, মখোয় অনিগীনা মেথিয়ু, বেদি...., নংগী মিংদি?"

-"হেলো....., য়াম্লা নুংঙাইজবে ময়াম উন্নবা, ঐগী মিং.......................।"

সেটিনা হৌনা নোক্লগা হায়বক্লম্মী,

- "ও ! অঙকপনি, অমুক্তা তাখিদ্রিবা মিংনি, কবি লমদগী......?"

- "মনিপুর, ঐ মনিপুবদগীনি।"

- "মেনিপুর, মেনিপুবা...... ফোরেন লৈবাক্লা?"

- "নত্তে.... ! মনিপুবি দান্স, মনিপুবি দান্স.... খঙবীবেদনা....।

- "ও ! মনিপুবি দান্স, ভাবতা ন্যাতম, কথক্কলি ......। ফবে, নহাক্কী মরুপ চিয়াসু ঐখোয়গী কাদা লৈহৌই। অতৈ অতোপ্পা ইমান্নবশিংনসু নহাক্কা উন্নবা পাম্মী। শকখঙ মায়খঙনসি হায়দুনা ঙাইদুনা লৈহৌই। চৎসি লাকওদনা।

মহাক্কী ৱাঙাং তারগা ঐসু মখোয় অহুমগী মতুং ইন্দুনা চৎলম্মী। হোষ্টেলগী কা অমদা চঙমিন্নরম্মী।

থোং হেক হাংদোক্লগা কা অদুদা চংবা কান্দদি মখোয় তবামুক ফমদুনা লৈরল্লে। ময়াম অদু উবদা ঐ মায় হায়ফেৎ ঙামলম্মী। ইকোয় কোযনা অসুম য়েংবদা ঐগী মরুপ চিয়াদি য়াওবমদ্রে।

ময়াম অদু য়েংদুনা লেপ্পুনা লৈরি। কনানসু ঐবু ফম্মু হায়রমদে। ঐবু

কৌবা লাকপা অহুম অদুসু ফমুং মথক্তা খোঙ য়াম্বদুনা ফমগ্রে। কাগী থোং অদুসু কনানো অমনা গম লাউনা থিংজিনখিরম্মী। ঐদি অসুম লেপ্তুনা লৈরি।

ময়ামগী মবক্তগী খরা শাথিবা মানবা নিপা অমনা লাউরক্লম্মী,

- "নংগীদি ফমফম লৈত্রবরা....? ফম্মুনে, হে নং ফম্মুনে....।"

যেংখিবদদি ফমফমসু অমত্তা লৈরমদে। ঐসু পাখৎপোই করিবোই খংলাউ লাউরম্মী,

- "কদাইদা ফমদোইনো, ফমফমদি লৈতনা ....,"

মখোয অহুম মরি চঙদুনা অমুক লাউশিল্লক্লম্মী

- "ইয়ু ফ্রেসি, লৈমাযদা ফম্মু। মদু নংগী ফমফমনি, হে... নং ফম্মুনে লৈমায়দা।"

ঐ শাউনিংবা পোক্লবসু ফোংদোক্লমদে অমসুং খৌ খরা পোংলপ্লা হায়বম্মী,

- "ওইথোক্তবা ৱানি, ঐ লৈমায়দা শুকফম ফমলোই....।"

মতাং অদুদা কাগী থোঙ অদু 'তক' 'তক' থীল্লক্লম্মী। হাংদোকলুবদা ঐগী মরুপ চিযা কুই সেং চঙলক্লম্মী। চিযানা হাযবক্লম্মী,

- হায মরুপ ... করিনো মফমসিদা। ও...হেলো... সেটি, সুব্রামানিযম, মেথিয়ু, বেগিং তৌবগুমসি।"

অদুদগী মখোয মশেল ৱাবী ৱাতাই খরা শানরবা মতুংদা, ঐবু মযামগা শকখঙ মাযখঙনহল্লম্মী। ফম্মিন্নদুনা ঐখোয ঐখোযগী ইরমদমগী মরমদা ৱারী ৱাতাই শান্নরম্মী। নুমিদাং ফনা যাম্না থেঙলিল্লক্লবদা চিযাগা ইবান্নিসু ঐখোয়গী কাদা হল্লক্লগা তুম্লম্মী।

অনৌবা পুন্সিগী ৱাখলদা মতম খরদি য়ুমগী অৱা অনা পুম্নমক কাউথোকলুবে। ইমান্নবশিংগা নোক- খেদুনা কোলেজ কাবা, লাইব্রেরিদা চৎতুনা লাইরিক পাবদনা ঐগী ইথৌ ওইবম্মী। ডাক্তর তম্লবনি, মতম অমদা মতিক চাবা অচৌবা ডাক্তব অমা ওইবক্কনি হাযবগী ৱাখলদা তাউবম্মী।

অথাপ্পা চীঙনুংদা মদোম পোৎশাৎনহৌরিবী ঐগী থাগোইবু নিংশিংলক্লম্মী। কয়াদা লাপ্পা, লমদম তাম্না লৈহৌরবনো শানৌ নহাকসে। নহাক্কী নুংশি মপাউ লৌগদবসু, লংজকবা ইবাল অমা লৈবনা কনাদসু ইবা হংবা ঙমলমদে। খুঙ্গংদা পোকপী, খুঙ্গংদা চাউরকপী, লাইরিক লাইশু ময়েক খঙদ্রবী চনুরা

ওইজরবসু, ঐগী থম্মোয় অসি শোকশ্রবনি, খিনবদা মহাক্কী তিংখংনা, খুঙ্গংদা শাৎপী অঙাংবা গুলাপ মাগী। ঙন্নরোই, ঙমগদৌবা মান্দে তাইশিন্নবা থম্মোয়গী অশোকপা অসে, নুংশি চৈনা ফংলবা ঐসে। মরোল থোকপা উচেক ওইরম্নবদি নংনা,। পাইরক্কনি চাঙলোন মাপন লান্না, শাখপ তোইনা খপ্পুনা। তন্ননি নুংশি নপাউখোল ঐঙোম্দা। তাবদা নংগী নুংশি নপাউখোল, থম্মোয় ঈচেল হেনগৎলমগনি, পুক্নিগী খোঙজেল য়াংলমগনি। পম্বুংফমসু খঙদা পল্লেপফমসু লৈতা, লৈদুনা লৈরি, নুংশিংনা হুম্বা মাইগৈদা।

অসুম্না থা ৫ রোম হৌখিবা পক্নিগী খোঙচৎ খঙহৌদে। মতমনা অসুম অসুম হৌজিনখিবগা লোয়ননা ঐগী অৱাবগী পোৎলুপ লাইরবগী পোমাই হাংবা হৌবক্লম্মী।

মফম অসিদা লাইরিক তম্বা লাক্লিবা ছাত্রশিং অসিদি নিংথৌ মচাগুম্বা ঙাক্তনি হাযবদা হায়মনবা থোক্লোই। থা খুদিংগী পৈশা জোম জোম খরচ তৌবা ঙাক্তনি। ফুবিৎ খোংগ্রাউ মরোল মরোল লৈদুনা অযুক্কী নুমিদাংগী হোংদুনা শেৎলি।

ঐসু ঐগী লৈজবা খবদু লুনা নান্না শেৎনবা হোৎনৈ। লৈজবা ফুরিৎ অমা- অনি হন্না হন্না শুদোক চামথোক্তুনা লিৎমন্দুনা ইকাইবা অমসু পোক্লক্লে। কনাগুম্বা ইমান্নবা খরনা নখোয়গী বাবা কবি থবক তৌই হায়না হংলকপদা ঐনা খুম্ফম খঙদদুনা ঐখোয়গী বাবাদি অচৌবা কারবার তৌই হাইদুনা খুল্লম্মী। নখোয়গী কার কয়া লৈ, য়ুম্না মথোন কয়ানো হায়ন হংলকপদা ঐনা ঐকোয়গী একাগারী হম্বর অমনবা চিতেকপী অমখক লৈ হাযদুনা খুম্নিংলুবনি, অদুবু অদুম্নদি খুম্বা য়াদবনিনা নোকশিন্নরগা পাউখুম পীদদুনা অদুম তোকপনা কোঙ্গাযনি। ঐখোয়গী ইমান্নবশিংগী স্কুটব, মোটোব সাইকল নত্রগা কার লোইনা লৈদুনা শিজিন্নৈ- লাইরিক তম্না তম্না, ছাত্র ওইনা ওইনা।

থা খুদিংগী লুপা চামা চামা থারক্লম্বদুসু থা অনিদি শুকফম ফংলমদে। য়ুমদা চিঠী ফনা য়াম্না ইখ্রবসু থারকপা কৌবা মরৈবমদে।

টেলিগ্রাম ফনা য়াম্না থাখিবম্মী অদুবু পৈশাদি লাক্লে। লাইবিক লৈগদৌবসু ফনা য়াম্না ৱাৎলি। ফিরোলসু শেৎনিংঙাই অমত্তা লৈশিল্লক্তরে।

হোষ্টেলগী ৱার্ডেন্দগী চিঠী অমা ফংলম্মী। মরোন্দি তাং ১৫ ফাওবগী মনুংদা চাবা থকপগী পৈশা পীদ্রবদি মেশতগী তাম্থোক্লগনি।

তাং ১৫ য়ৌগদবা নুমিৎ খরনিতা মঙাইরে। পরিক্ষা অহানবসু

নকশিল্লক্লম্মী। পোষ্টমেন লাকপা খুদিংগী ঐগী চিঠী য়াওব্রা, পৈশা পুরকপ্রা হংবদসু য়াওবা কৌবা মরৈরমদে।

ব্রাখল অসি য়াম্না নুংঙাইরমদ্রে। চাবা থকপা নিংথীনা চাদবা অমসুং নিংথীনা তুমদবা মরম্না হকচাং অসি নোংমা নোংমগী কংশিনবগুম তৌরম্মী, ইয়াং য়াংলম্মী। ইতাউ তাউদুনা চৎপগুম্লম্মী। থবাক্তা অনাবা ইতৎ তৎতনা ফাওরম্মী। 'ইমা' হায়না ইতোমতা শোঞ্জবা নত্তনা উপাই লৈরমদে। অহিং নোংয়াই কয়া হৌগৎতুনা, ইমম মম্বা কোলেজগী লমহাংদা ইতোমতা ফমদুনা ব্রাখল কয়া তৌবম্মী। অউবা কনা য়াওরবদি ঐবু শোয়দনা শোন্নরমগনি, অঙাওবনি হায়না।

তাং ১৫ য়ৌবে। নুমিৎ অদুপাওবদা য়ুমদগী পৈশাদি লায়রদুনা চিঠী ফাওবা ফংখিদরে।

নুমিৎ অদু ঐ ক্লাস য়াওবা চৎলমদে থোঙ লোনশিল্লগা ইতোমতা ফমুংদা হীপ্তুনা ব্রাখল তৌদুনা লৈরমমী। ঈতিক ইপা চাদনা অরেম্বদা ঐ ডাক্তর তম্বা লাক্লমলে খন্দুনা কপ্তুনা লৈবম্মী। ঐগী মোন অদু ঐগী পিতনা পুমচোৎ চোৎলম্মী। য়ুমদা পোৎচৈ যোমদুনা হল্লসিরা হাযবগী ব্রাখল ফাওবা খনবা হৌরক্লম্মী।

মতাং অদুদা থোঙদা 'তক' 'তক' থীল্লকপগা লোয়ননা 'মকপ' 'মরূপ' হাযদুনা চিয়ানা লাউরকপগী মখোল তারম্মী। ঐ ফুক লাউনা হৌগৎলগা ঈরুজফম কাদা চংলগা মায়- মিৎ তাথোক্লম্মী। খোন ইফাই পাইনা 'য়েশ চিয়া' হায়দুনা ঐখোযগী কাগী থোঙ অদু হাংদোক্লম্মী। মহাক কা মনুংদা চঙলক্লম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী- "ঙসিদি ক্লাস ঙন্না লোইশিল্লে। নংদি লাক্কনি হায়রম্লগা লাকসু লাকত্রে। মেশ ফি পীদবগী নংগী মিং থেৎলে। করিগীনো য়ুমদগী পৈশ পংদবরা? ফংদ্রগা ঐঙোন্দা হাযবা য়াদ্রা। লাকও নফি শেৎচিল্লো, ওফিসতা চৎশি। হৌজিক থীদ্রবদি নহাক মেশ যাওবা য়াববোই।"

ঐ হোয় - মাই হায়বা ব্রাহে অমত্তা হায়দনা ফিরোল শেৎচিল্লগা চিয়াগী মতুং ইন্দুনা ওফিস তম্না চৎলম্মী। মহাক্লা পৈশা পুথোক্লগা ঐগী মেশকী ফি অদু থীদোক্লম্মী।

নুমিৎ খরনি লৈববা মতুংদা য়ুমদগী চিঠী অমা ফংলম্মী। চিঠী অদুদা পৈশা শোয়দনা থারক্লগনি, খুদোং চাদবা খবা লৈদুনা তৌবনি হায়রক্লম্মী। নুমিৎ খুদিংগী মথং থাদনা করম তৌবা হায়বগী ব্রাখলদা ঐ লাইরিক লাইশুদা পুক্লিং চংবা ঙল্লমদে।

ঙসিদগী হয়েং, হয়েংদগী হংচিৎ হৌখিদুনা মতম ফনা য়াম্না হৌজিনখ্রে।

অদু ফাওবদা য়ুমদগী পৈশা থারকপা মরৈরমদে। চিয়াগী মমাঙদশু ঐ ইকাইবনা মায় অসি পুবা ঙন্নমদে।

খরা লৈরগা উপাই লৈরক্তুনা, প্রিন্সিপালগা উন্নরগা ঐগী শেলগী অৱাবা পুন্নমক তন্নম্মী। প্রিন্সিপালনা কোলেজগী বেঙ্কতগী পৈশা পুবা য়াগনি হায়বীরম্মী, অমসুং মহাকনা পৈশা পুবা য়ানবা চিঠী অমসু ইবীবম্মী। বেঙ্কতগী পৈশা খরা পুদুনা চিয়াগী পৈশা শিংদোকখ্রে। থা অনিবোম লৈবগা মনিপুর সরকাবগী বৃতিগী পৈশানি হায়দুনা খরশু থাবক্লম্মী। অসুম্না অৱাং অপা মেন্নবা উচিন- নাচিন্না কোন্নবম্মী।

থৌদোক অসিগী মতুংদা অসিগুম্বা পৈশাগী খুদোংচাদবা কায়মকম থোকখ্রে।

নোংমদি ঐহাক এমবীবীএস অসি মপুং ফানা তম্বা ঙম্লরোই হায়বগী ৱাখলদা পুক্নিঙ অসি য়াম্না ৱারম্মী। য়ুমদগী চিঠী তোয়না লাকই। চিঠী তোযনা লাক্লিবগী মতিক পৈশাদি অমত্তা থারক্তে। বেঙ্ককী শোনদোইদি থা খুদিংগী হেনগৎলক্লি। ৱাখল পুম্নমক অসিনা চমমম্নখিবনা ঐগী পুক্নিং অমসুং হকচাং য়াম্না শোন্থরম্মী।

লাইবিক অমুক হন্না তম্লবোই, যুমদা থোক্লগে হায়দুনা পুক্নিং চপ যুংনা লেপ্লম্মী।

ঐগী পুগদবা পোৎচৈশিং লোইশিল্লম্মী। ইমান্নশিংনা, মকুওইনা ঐগী মকুপ চিয়া কুই সেংনা হংলগা কবি পাউখুম পীগনি খন্না খন্না পোৎচৈ লোইশিনবা লোইরকপদা চিয়া চঙলক্লম্মী, হাযবক্লম্মী,

- "মকুপ করিগীনো, পোৎচৈ যোমশিল্লগা কদাইদা চৎকদৌরিবনো?" ঐনা ইৱাল লৈনা খুম্লম্মী, "মেঙ্গলোর ফাওবদা চৎলুগে। মকুপ অমত্তা উন্নরুগে, থুনা হল্লক্কনিদা।"

পুক্সি অসি অরেম্বদা তাবেকো, হোৎনজমনগী মহৈ য়ানবা ঙমদ্রেকো খল্লুবদা পুক্নিং নুংশিবা পোক্লম্মী। ডাক্তর হায়বদো অমুক হন্না ওইবা ফংলরোই খনবদা থবাক্তা অনাবা ফাওরম্মী। মিৎলু নাপোম মবিসি পুমচোৎ চোৎলম্মী। ঐগী মেডিকেল কোলেজগী বিল্ডিংশিংদু চিংনা অমুক্তং য়েংলম্মী, মপোকসিমগী অমুক হল্লকলোইদবনি খনদুনা। টেক্সি মনুংদা ঐগী পোৎ- চৈশিং অদু হাপচিল্লম্মী।

মেঙ্গলোর তম্না টেক্সি তোংদুনা লাক্লম্মী

লম্বীদা, পুংখাই অমবোম থৌববা মতুমদা টেক্সি মনুংদা ফম্না ফম্না ঐগী কোক অসি য়াম্না কন্না ঙাওরক্লম্মী। ওনিংবা ফাওরক্লম্মী। টেক্সিগী মিংশেল লৈথদুনা

ওথোক্কে খল্লম্বনি, নংলমদে। টেক্সি মনুংদা পংওদা ওরম্মী। ঐ পুক পায়দুনা খাঙলম্মী। ঐগী হকচাং অসিসু অঙকপা ফংনা শাগৎলক্লম্মী। শাগৎপদা নত্তনা নিকপা অমুক য়াওরম্মী।

উপাই লৈরক্লদুনা ঐনা ঐগী টেক্সি ড্রাইভরদা মনিপাল তম্না হন্দুনা থৌনবা হায়রম্মী।

টেক্সি অদু মমায় লৈথোক্লগা অমুক হল্লা থৌরক্তুনা মনিপাল য়ৌরম্মী। মনিপাল হোসপিতাল তম্না থৌজিল্লম্মী। টেক্সি ড্রাইভর অদুনা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনবীরম্মী। হোসপিটাল মনুংদা ময়াম চংদুনা ঐবু থাংজিনবীরম্মী।

হোসপিটাল মনুংদা অনাবা খাঙলি ঐহাক।

হকচাং পুম্নমক চাকখেকপগুম শাগৎলি। মরক মরক্তা ওনিংবা পাউরম্মী।

কা অদু ঈচিক চিক্লম্মী। শিলিংগী ফেন অদু তপ্না তপ্না উংলি। ফমুংগা মায়য়োক্লনা পাল্লিবা থোঙনাও অদু হাংদোক্লি । ফমুং মনাক্তা থারিবা অনেম্বা টেবল মচা অদুদা অরুবা ঈশিং য়াওবা লিক্লি গ্লাস মচা অমসু থল্লি। ইলেক্ত্রিকী থাউমৈ মচা অমসু লুখুমদা ঙাল্লি।

যাওনগে হোৎনরুবদা হকচাং পুম্নমক নাবনা লেংবা ঙম্লমদে। ওনিংবা অমুক পাওবক্তুনা হোসপিটালগী নর্স অদু কৌবম্মী ঐনা, "সিষ্টর, সিষ্টর....।" নর্স অদুনা ওশিন্নবা পাত্র অদু পরপ পরপ পুশিল্লক্লগা ঐবু শৌগৎপীরম্মী। মহাক্লা ঐগী নংগনদা তপ্না তপ্না নানবীবি। খঙহৌদনা খংও ওথোরকপদা পাত্র য়াবা নংহৌরমদে। সিষ্টরগী মখুৎ অমসুং ফিরোল অদু ঐগী অওবনা পুংতৈ তৈরম্মী। ঐনা "সোবি সিষ্টব" হায়বগা লোইননা নুংঙাইতবা মিৎয়েংনা মঙোন্দা য়েংলম্মী। মহাক্লা চোংজসনু হায়বগী মীনোক অমগা লোয়ননা নোক্লম্মী। ৱার্ডকী এটেন্দেন্ট অমা লাক্তুনা অওবশিং অদু শেংদোক্লম্মী। হকচাং অসি শোনমনবনা ঐ ঙক ফাওবা হাইগৎপা ঙম্লমদে। সিষ্টরনা মখুৎ মশা শেংনা হামদোকলুরগা ইনজেক্সন অমা পুরক্তুনা ঐঙোন্দা কাপ্পিরম্মী। হকচাংগী অনাবনা হেনমনখিবনা, ইনজেক্সনগী য়েৎতুম্না পান্বোমদা থিংজিনবগী অনাবা অদু থোইনা ফাওরমদে।

ইমান্নবা কয়া অনাবা হংবা লাক্লম্মী। চিয়া কুই সেংনা ঐগীদমক্তা চা অমসুং শঙ্গোমনচিংবা পুবক্তুনা নুংতিগী ঐগী সেবা তৌররি। ঐবু হংবা লাকপীরিবা ইমান্নবশিং অদুগা ৱারী - ৱাতাই কন্না শাবা ঙম্লমদে, হকচাং অসি শোনমনবনা।

অহিং অনি হৌগ্রে। হমনিশুবগী অয়ুক্তা লাইহৌ লৈত্রে। চিন্দা অখাবা

পোক্লম্বদু খরা ফত্রে। ঙরাং অহিং নোং কন্না তারম্বা অদুসু অয়ুক অদুদদি অতিয়া অদু ঈশেং শেংলম্মী। থোংনাউ হাংদোক্লুবদা অঙ্গৈংবা নুংশিংনা ঐগী চোকথরবা হকচাংদা য়বদা, অনৌবা অশাবা পীক থল্লম্মী। চিন- য়া শেংদোকপা, মায়মিং তাথোকপা লোইরদুনা, ফমুং ময়াদা থারিবা অরাম চৌকি অদুদা ঙাইহাক ফমদুনা লৈরি।

নর্স অদু চংলক্লম্মী। ঐনা ফমদুনা লৈবদু উবদা মহাক্না মোমোন নোক্লদুনা হায়রক্লম্মী,

- "গুড মোর্নিং, খরা ফবীরব্রা........? ঙসিদি য়াম্না কনবা মাল্লি।"

ঐনা সিষ্টরনা হংলিবা ৱাহং অদুগী পাউখুম ওইনা নোকফেং তৌরগা ঙক হায়রম্মী। অদুদগী মহাক্না গুলি অঙৌবা অনিখক পীরম্মী। ঈশিং খরগা লোয়ননা য়োংশিল্লম্মী।

চৌকি মথক্তা ফম্না ফম্না ৱাখল তৌরি।

পুন্সিগী অনৌবা আশানা অমুক পীক থল্লম্মী। ওলাংথাগী মতমদা খুইথরুরবা হৈপাল- লৈপাল কয়ানা, নোংজুথা চংলকপদা তেকখংলক্লুনা অনৌবা ময়োল চোমলকপগুম ঐগী ৱাখলসু অনৌবা ময়োন চোংলি। হিংবু হিংলবদি অনৌবা ময়োল চোংবা শোয়দ্রবনি, কুমগী নোংনা খিক্লবদা। নিংখাইখিদ্রা অমুক খঙহৌদনা ৱাখলগী যুহা হারকপদা- চিংনরি পুক্লিং অসিনা ঐগী।

মনিপালগীদমক্তা খোঙশাল্লমদাইদা অবোক্লা মমিংতগী মপি শিঙ্কুদুনা কপ্পা কপ্পা হায়খিবা ৱাহৈশিংদো নিংশিংলি- " মঙ্গোল ওইরকউকো, নতু তুবুম নামা তেক্তনা লাইরিক তম্বা লোইদুনা য়ুমদা হল্লকউকো। ঈশ্বরনা থৌজানবীদুনা লেম্না মাঙদবা ওইয়ুকো ইশুসিদি।"

ইমা অমসুং ইচননুপী মেমপীশক থোইবীনা চিংনা চিংনা য়েংদুনা লৈহৌবা, থাগোইনা থোংজিন মকমদা লৈশিন্দুনা মমিংতা মপি চদুম চদুম তাদুনা লৈহৌবা, ঐনা চঙাঙ্গৈদগী এরোপ্লেন তোংদুনা পাইখংখিবা মতমদা পাবনা চাউথোকচরমগদবা, এয়াপোর্টতা লেপ্পা লেপ্পা, য়েংনা য়েংনা লৈচীল মরক্তা পাইখংতুনা মাঙখিবা এরোপ্লেনবু য়েংজরমগদবা। থোইবীনা ইরকখিবা চিঠীদা ফাগী তৌরকখিবা- "তামো ঐখোয়গী অবোক্লা ইমাগসে জাং অমনি, উরপেন পাইরকপা খুদিংগী শুমাংদা থোক্তুনা য়েংই। ইশু অসিদা য়াওরমগনি, ইচা অসিদা তোংলমগনি হায়দুনা।

পুন্নমক অসি নিংশিংলুরগা ঐ নুংঙাইবা অরাবা য়ান্নবগী মিৎতগী পি তাখিবা খঙহৌদে। যুমদা হল্লন্নবদি অমুক হন্না ডাক্তর ওইবগী আশা লৈরমদ্রবনি। করিগুম্বা খঙহৌদনা নারক্কুনা হল্লক্লমদ্রবা, মনিপাল হোসপিটালদা নাদুনা লৈরমদ্রবদি শোয়দনা এমবীবীএস তম্বা তোক্লমগনি। হৌজিক্তি ঐ নিংহন্নবগী ৱাখল থাদোক্লবনি। অচৌবা ডাক্তর অমা ওইনবা হোৎনরগনি। পুন্সিদা খুদোংথিবা কয়া লাক্লবসু অকিবা লৈতনা থেংনবা তাবনি।

## (২০) "ইন্টরনেসনেল ছাত্রশিংগী মীতিন"

নারুবা হৌগৎলকপদা ওইবনা হকচাং অসি ইশোন শোল্লি।

নুমিদাংবাইরম ঙাহৌ ঙাহৌ কোয়থোকলুগে খন্দুনা, মনিপালগী টাইগর সার্কল তান্না চৎলম্মী। ইতোমতা। মনিপালগী টাইগর সার্কল মীয়াম তিনফমনি। মচি অমদা লেপ্পুনা অচৎ অওকশিং য়েংদুনা লৈবি।

নুমিৎকী সনা মচু মানবা মশেক্না অচৌবা দোলাল, অরাংবা উপাল রাপাল কয়াদা য়েরিবা অদু উরুবদা পুক্লিং শুমহৎনিংঙাই মশক ওইরি। যুবী অশংবা য়োনফম দুকান অদুগী ময়াদা পাখণ্ড লৈশাবী কয়ামরুম পুন্সিন্দুনা 'বোন্দা' হায়না কৌনবা যুবী অশংবগী মহী অদু থরুবি। ঙাইহাক লৈতনা চেল্লিবা বসশিং অদু অমুক য়েংলুবি। বস খামফমদা মী কয়া ঙাইদুনা লৈবি। বস লাক্লুবদা পরপ পরপ কাখৎনখ্রি। টিকেৎ শেৎপা নিপা অদুনা 'রাইট' হায়না লাউবদা বসতু অমুক থৌখিবম্মী।

ইন্দিয়ান নত্তবা অতোপ অতোপ্পা ফোরেন লৈবাক্তগী লাকপা ছাত্র - ছাত্রী কয়া জুরা জুরা খুৎ শম্না শম্নদুনা হোটেল লা - সংগ্রীলাদা চঙনখ্রি।

ঙাইহাক লেপ্পুনা টাইগর সার্কলদা মীয়ামগী কুম্মৈ য়েংলবা মতুংদা অমুক চৎপা হৌরম্মী। চৎনা চৎনা ঐ ইশানা ইশাবু য়েংজরম্মী- পাম্বোমদা, খুদাংদা, খুবাক্তা। তাবমদাই নুমিৎকী মশেক্না য়েবদা, তাইফেৎ তাইরবা হকচাং অসি, সনা মচু হাইফেৎ চংবগুম্নম্মী। সমুদ্রগী ঈশিং মরিক মরিক পুরবা অঙৗংবা নুংশিৎনা অমুক অমুক হুম্নকপদা, মায়থোঙদা হকচাংদা য়েরবদা, অনৌবা পাঙ্গল হাপকৎলক্লি।

নেহেরুলাইব্রেরিরোমদা মনিং পাংনা হায়থখ্রিবা লম্বী অদোমদা চৎলি। নাইতোম তারবা উচেককুম চৎপসি ফনদুম নুংঙাইবা পোক্লি। অকনবা নুংগী চীদুম কয়ামরুম তুম্বক তুম্বক তাশিন্দুনা লৈবা উরম্মী। ফনা শাংনা শোল্লি শোল্লি চৎলবা মতুংদা খা পাংনা হায়থখ্রিবা খোঙলম্বী মচা অমা উরক্লম্মী। লম্বী মচা অদুদা চৎনিংবা ফাওরম্মী। চৎলম্মী, কুমথরম্মী অঙম্বদুদা তাইবঙ কনা য়াওদনা ইতোমতা। অচিকপা লম্বী অদু কুমথবদা শোৎ প্রেক লাউবা ঐনা লম্বীদুদা কুমথবগী মখোলগী মথক্তা ট্রোং ট্রোং লাউবা মখোল অমা তারক্লম্মী। খঙহৌদনা উরক্লম্মী শাফু কন্না চেল্লিবা ঈশিং খোং অমা, অরোইবদা ঐনা চৎলিবা লম্বী অদুগী।

ঈশিংখোং অদুগী খোঙবালদা চৎতুনা চেষ্টুরিবা ঈশিং অদুগী খোঙ্গুল লীরুরি। চেল্লিবা ঈশিংগী ঈচেল অদু য়েংখিবদা, খঙহৌদনা লেপখিবগুম তামলপনা উরি। অসুম অসুম চঙশিন্দুনা য়েংবদা, ঈশিংখোঙগী ঈশিংসিং অদু ফক্লাংগুম খংঙম ওল্লবা চীঙমায় অমদা হাইথখিদুনা, মখাদা থাব্রিবা নুংপাকশিংদা য়ৈদুনা নিঙথীরবা ঈশিংচাইবী ওইখিরম্মী। তারমদাই নুমিৎকী মশেক্লা অতিয়া তেমশিংননা পাইখৎলক্লিবা ঈশিং মরিকশিং অদুদা য়ৈবদা, য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা চুমথাঙ খল্লি, অরংবা মনিমুক্তা কয়া চাইথোক্লুনা লৈবগুম নিংথীজরি।

নিঙথীরবা দৃশ্যশিং অদু ঈশিংখোঙবাল অদুদা নুংপাক অমগী মথক্তা ফমদুনা, হৌরবা নিল্লবা ঈশিংচাইবীগী খোঞ্জেল মরক্তুদা য়েংদুনা ঙাইহাক পুক্লোই পোখারি।

লেপ্তুনা লৈরুরি ঐ, ঐগী নুংশিবী থাগোইগী বাখলদা, মঙলান্দা ঙাইহাক তাউরুরি।

নুমিৎ তাপ্রে। ঐসু তপ্না তপ্না হল্লকলম্মী ঐগী হোষ্টেল তম্না।

নোংমা নোংমগী তেকখৎলক্লিবা ঐগী আশাগী মতেং লৌদুনা, তিংখংনা থল্লবা মল্লবা পুন্সিগী লম্বেলদা খোঙশানবা হৌরম্মী..... ঐ।

অৱাবা কয়া থেংনরবা মতুংদা প্রিমেডিকেলগী চহী অমা লোইখ্রে। ঙসিদি ঐ এমবীবীএসকী অহানবা চহীগী ছাত্র অমনি খনবদা পুক্লিংদা নুংঙাইবা ফাউজরি।

এনাটোমিগী ক্লাস হৌবা নুমিৎনি।

অয়ুক পুং ৮ দা হৌগদবনি। অয়ুক ঙন্না হৌগৎতুনা মী লেনফম শঙদা চৎননবগী থৌরাং তৌবম্মী। ঐগী মরুপ চিয়াসু থৌরাং তৌবা লোইরে। নহান মহাক্লা ফুবিৎতুফংদগী লৌরুবা এপ্রোন অঙৌবা অমমম লিংশিল্লম্মী। ঙাইহাক য়েংনবগা মানা হায়বক্লম্মী

- "ডাক্তর মাল্লেহে নংদি, ঐদি কমদৌই।" ঐনা খুল্লম্মী, "নংসু মাল্লে।" হৌনা নোকমিন্নরম্মী চিয়া কুই সেংগা ঐগা।

ইবান্নি ফি শেৎপা লোইবদুনা ঐখোয়গী কাগী থোঙ লোলশিল্লম্লগা মেশতা চৎলম্মী। কোফি অমসুং মশলাদোসা অমম চারগা এনাটোমি হোল তম্না চৎলম্মী।

এনাটোমিগী অচৌবা হোল অদুগী মনুংদা, লেপ ফংনা শাংবা টেবল কয়ামরুম থাম্মি। টেবলশিং অদুগী মথক্তা, পুমথদনবা হীদাক চাইরবা মী অশিবা অমমম থল্লি। মী লেনফম কাদুগী অচৌবা উখোং অমসুং ফক্লাংদা হুকচাং কয়াৎশিং

উৎগা ফোটো কয়ামরুম থেৎলি। মিংশেল চনবা অম্বাবি কয়াদা মীগী শরু পোলাং, হকচাং কয়াৎকি শরুকশিং কয়ামরুম থল্লি। মী অশিবা ময়ামশিং অদু টেবল মথক্তা থল্লিবা, কোয়চৎ চৎতুনা য়েংলুরি ঐখোয় ময়াম্না। খরা অমদি মখোং নামা য়াওদবসু য়াওরম্মী। পুক্লিংদা থুক লাউবা ফাওরম্মী, অহানবা নুমিৎ ওইবনবা খঙদে।

ঙাইহাক লৈরগা ওজাশিং চঙলক্লম্মী। লাংলম্বা ময়ামদু তুমিন তুমিন লৈরম্মী। ওজানা টেবল অমমমদা তাগদবা ঐখোয় ছাত্র মরি মরিগী মমিং লাউথোরক্লম্মী। লাইবক ফদুনা ঐগী কাংবুদা চিয়া অমসুং অতোপ্পা ছাত্র অনি অমগা তামিন্নরম্মী। ঐখোয় মরিগী ওইনা অহুমশুবা টেবলদু ফংলম্মী। ওজানা কনিংঘামগী লাইরিক অদু পার পারগা মী লেনবা হৌনবা য়াথং পীরম্মী।

ঐখোয় মরি শকখঙ মায়খঙনরম্মী। হান্নবুদি লোইনা উন্নরবা ঙাক্তনি অদুবু নকশিন্নরুদবা মরম্না লৈফম মিং ফজনা খঙনদবগী ব্রাতনি। ঐনা ঐগী মিং লৈফম হায়রম্মী, চিয়া কুই সেংনা মাগী। নংগীদি অশোক মেহতা, - মহারাষ্ট্রদগী, অদোমগীদি, রাধামোহোন রাও অন্দ্রপ্রদেশতগী।

ঐখোয় মরি অমগা অমগা তান্নদুনা খোঙযাগী শকক্তগী মী লেনবা হৌরম্মী।

ওজা কৃষ্ণননচিংবা ওজা মযাম ঐখোযনা তৌরিবশিং অদু কোযয়েং য়েংশিল্লি।

ওজা কৃষ্ণননদি ঐগা হান্না প্রিমেডিকেল তল্লিঙৈদগী খঙনৈ। নুমিদাং ব্রাইরমদা, কোলেজদা, চখোক চৎশিন তৌবদা শকখঙ মায়খঙনখিবনি। ডাক্তর কৃষ্ণন ঐখোয়গী টেবলদা লাক্লম্মী। ঐখোয মবিমক মী লেনবা ঙাইহাক্কী ওইনা লেপ্পুনা তুমিন তুমিন লেপ্পুনা লৈবমম্মী। ওজা কৃষ্ণননা টেবল মনাক্তা লেপ্লগা মতৎ মতৎ খায়দৎলবা ঐখোযগী টেবলদা তারিবা অশিবা অদু য়েংলগা ঐখোয়দা করম্না হকচাংগী উনশাদগী হৌবগা, মতোং, শিংলি নাউরি খঙদোক্কদগে হায়বদুগী মবমদা তাকপীবি। ঐখোয় মরিবু মুন্না য়েংলগা মহাক্লা ব্রাহং অমা হংলম্মী

- "খোঙয়াগী উনশাগা অতোপ্পা হকচাংগী কয়াৎশিং কুপ্লিবা উনশাগা করি খেন্নবগে?"

ঐখোয মরিমক তুমিন তুমিন লেপ্পুনা অমগা অমগা য়েংনদুনা লৈবম্মী। মমৈথংদা অশোক্লা পাউখুম পীরক্লম্মী,

- "সার, খোঙয়াগী উনশাদা তু হৌদে।"

-"চুল্লে, নহাক য়াম্না শিংই" হায়রল্লগা ওজা কৃষ্ণন অতোপ্পা টেবল অমদা অমুক চৎখ্রে ঐখোয় মরি অমুক টেবলদা মায় ওনশিন্দুনা অশিবা হকচাং অদু লেনবা হৌরম্মী।

নুমিদাংবাইরম অমুক লাক্লে।

টাইগর সার্কলদা কোয়থোকলুগে খন্দুনা থোরকপদা অশোক থেংনরম্মী। কদোমদা, কদায়দা শুম কোয়থোরকপনি হংনরবা মতুংদা, মহাক্না হোটেল লা - সংগ্রীলাদা কোফি থক্লুসি হয়দুনা চঙমিন্নরম্মী। ঐদি অমুক্তা চঙউদ্রি চহী অমা খরা হেন্না উরক্লবা লা সংগ্রীলা হোটেল। ঙসিনা অহানবনি।

কোফি থক্লা থক্লা অশোক্লা মহাক্কী ইমুং মনুংগী ব্রারী অমসুং মানা পামজবা পুন্সিগী পান্দমগী মরমদা ব্রারী লীরি। কোফি থকপা লোইরদুনা মনিপালগী গীতা মন্দির তম্না চৎমিন্নরম্মী। চৎন - চৎনা মহাক্কী ব্রারী মখা শমথরি।

গীতা মন্দির য়ৌববদা মহাক লাই খুরুম্বা হৌখ্রে। খোংগ্রাই চল্লগা ফমদুনা লাইমাঙদা, মমিৎ উইশিল্লগা লাই নিংবা হৌখ্রে। মাগী মতৌদু উবদা ঐ অঙকপা পোক্লম্মী। তুমিন্না মাবু যেংলগা ফমদুনা লৈরি মন্দিব মনুংগী কাচিন অমদা ।

লাই খুরুম্বা লোয়রবা মতুংদা হোষ্টেলদা অমুক হনমিন্নরক্লম্মী ইবানি। মানা মাগী কাদা - ঐনা ঐ কা তম্না লাক্লম্মী।

লোল্লিবা শো হাংদোক্লম্মী। ঐগী কাকুপ চিয়াদু কদাইদা চৎখ্রিবনো ঐ খঙলমদে। ঐ ঐগী চৌকিদা টেবল ময়াদা ফমদুনা লৈরি । অশোক্লা ঙসাই লীখিবা ব্রারীশিং অদু নিংশিংলি। নোংমা নোংমাগী অসুম তিন্নখিবনা অশোক ঐগী খ্বাইদগী নক্লবা মরুপ ওইরম্মী।

অশোক য়াম্না ইনাক খুনবা ইমুংদগী লাকপা গুজরাতি মচানি। মহাক মহারাষ্ট্রগী জলগাও হায়রিবা সহব মচা অদুদগীনি। মহাক্কী অশেংবা ধর্ম্মদি জৈন ধর্ম্মনি। অদুবু মঙোন্দা ধর্ম্মগী থোইদোকপা খেন্নবা থম্বা মানদে। জৈন ধর্ম্ম চৎপদগী মহাক শা- ঙা চাদে, চুরুপ বীড়ীনচিংবা নিশা অমত্তা শিজিন্নদে।

মনিপালদা হেক লাকপদগী মহাক গীতা মন্দিরদা নুংতিগী লাইখুরুম্বা চৎপা জাৎনি। ঐগী লুনা তিন্নবা মরুপ ওইখিবদগী, মকওইনা নোংমা টাইগর সার্কলদা থেংনবা নুমিৎ অদুদগী হৌনা, নুমিদাংবাইরম খুদিংগী মানা হৌরক্লুনা মনিপালগী গীতা মন্দিরদা লাই খুরুম্বা চৎমিন্নরম্মী।

নুমিৎ অদু নোংমাইজিংনি। ঐ নুংথিল শামন্দুনা ফমুংদা অসুম ওন্দুনা

লৈরম্বদগী ঙাইহাক তুমথরুরবা জাৎনি। মিকপ থোবকপদা অশোক ঐগী কাদা ঐগী ফমুং ময়াদা থরিবা চৌকি অদুদা ফমদুনা লৈবা উবম্মী। চিয়াদি মহৌশানা কাদা লৈগন্দে। নুমিৎ অদুসু মহাক অয়ুক্তগী মফি মরোল নান্না শেৎতুনা অদুম চৎথোকখ্রবনি। ঐনা ফমুংদগী ফুক লাউনা হৌগৎলগা অশোক্তা হংলম্মী,

- "কয়া কুইরে অশোক নং লাকপা?"

- "পুং ১ ফারে, কুইদ্রিদা"

- "পুং ১ ফারে, কুইদ্রি হাযবা, - অস অঙকপনি নংসে, ঙসাইনা হৌদোরকপা য়াদ্রা?"

- "নুংঙাইনা তুমদুনা লৈরম্বা অদুদা নহাক্কী তুম্বা কায়গনি হায়দুনা হৌদোক্তবনিদা।"

- "ও ! অশোক নং অসিদি ... !"

মতম অয়াম্বদা অশোক্না কোইতান তান্নদুনা ঐগা লোয়নবা পাম্মী। করি মরমগীনো হেক হেক খনবসু যাওবকই। তিন্নবসু ইকুই কুইদ্রি- মাগা ঐগা। চহী অমা হেন্না কাকপ ওইদুনা কা অমত্তা লৈমিন্নবক্লবা চিযা কুই সেংদগী অশোক্না যাম্না হেন্না নকশিন্নবা মরুপকুম উরম্মী।

চিযা কুই সেং মলবাসিয়গী কুলালমপুবদগীনি। ঐনা মাবু লুনা তৌবগুম মানসু ঐবু লুনা তৌরম্মী। চিয়াগী পুন্সিদা লাইরবা হায়বসি কবিনো হায়বা খঙদবগুম তৌরম্মী। নুমিদাং অথেংবদা হোটেল ইন্টরনেসনেলদা চৎতুনা পার্টি তৌরুবা, হুইসকি থকপা চিয়াগী অপাম্বনি। লাইরিকসু অদুম মপাই, পবিক্ষাসু অদুম পাস তৌই।

অশোকতি, ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংদগী হৌজরক্লবসু লাইরবা পামজবা মীনি। মহাক্কী পুন্সিদা ময়ামগা মান্নদবা তোপ- তোপ্পা পান্দম অমা লৈবা মাল্লি। মহাক থাঙ্গৈশেংনমক সধুরা হায়বসু হায়মনবা থোক্কনি। সংসারগী অপাম - নুংশিগী ব্রাখলদি মঙোন্দগী য়াম্না থাপ্না লৈবা মাল্লি। অমরোমদা চিয়াগা ইবান্নিদি কোইনদে, অপাম নুংশিগী ব্রারীসু পংশাদা শাই।

অশোক্কী ব্রাখল অঙকপনি। লাইরিক পাবদগী লাই নিঙবনা হেন্না লুনা লৌই। ঐনা নোংমা মঙোন্দা হংখি,

- "অশোক নংনা ঈশ্বরগী ব্রাখলদা অসুক য়াম্না খল্লবদি, মহাকতবু নিংজরবদি, করি মরমগীদমক্তা ডাক্তর তম্বা লাক্লিবনো? হিমালোয়দা চৎতুনা লাই

নিংলুবনা হেন্না ফত্রা?"

অশোক্কা ঐবু মুন্না য়েংলগা নোকফেৎ তৌদুনা লৈরম্মী। অদুগা য়াম্না চীওলেম্না হায়রক্লম্মী,

- ঈশ্বরবদি মফম খুদিংমক্তা লৈবনি। মহাকপু থিনবগীদমক্তা হিমালোয়দা চৎতুনা লাই নিংলুবগী করি দারকার লৈবগে।

ঐনা ইচম চম্না অমুক হংলম্মী,

- "ফরে ঈশ্বর লৈ হায়বসিদি নং করম্না খঙই? লাই হায়বদুবু মশক উরব্রা?"

- "উদ্রি....., উদ্রবসু ঐগী আত্মাদা ফাওই। আত্মা হায়রিবা অসিসু ঈশ্বরগী শাইওন অমনি। ঐখোয়না মীওইবা ওইনা পোক্লবদা আত্মাবু মশক খঙনবা হোৎগদবনি। অত্মা হায়বসি ঐখোযনা নুংতিগী শিজিন্নরিবা ৱাহৈ 'ঐ' হায়বদুনি। ঐনা 'ঐ' মশক খঙগদবনি। 'ঐ' মশক খঙলবা মতুংদা 'মহাক' মশক খঙগদবনি। 'মহাক' অদুদি কনাসু নত্তে, ঐ পুম্নমকপু শেম্বীরিবা পরম আত্মা- 'প্ররমাত্মা' হায়বদুনি। অত্মা অমসুং পবমাত্মা হায়বশিংসি মশক মওং নাইবা নত্তে। লৈগী লৈনমগুম্বনি। লৈগী নুংশিবা মনমদি নাতোন্দা ফাওবা ঙমই, মনম নম্বা ঙম্মী। অদুগা লৈনম অদুবুদি ঐখোয়গী মিৎশিনা উবা ফংদে। খুদম অমরোমদা এনাটোমিগী মীবেনশঙ মনুংদা টেবল খুদিংমক্তা তাদুনা লৈবিবা অশিবা হকচাংশিং অসি মশক মমিং লৈত্রবা পোৎশকশিংগা পাংখকনি। অশিবা হকচাংশিং অসি হিংলিঙৈ মতমদা মশক মমিং নাইবা পোৎশক অমমম ওইরম্মী। নংগা ঐগসু অমহানি। ঐনা 'ঐ' ওইবিবা, নংনা নং ওইবিবা অসি আত্মা লৈবগীনি। হয়েং আত্মা অসিনা লেংথোকখিদুনা পরমাত্মাদা তিনখিবা মতমদা, নংগা ঐগগী হকচাং অনিসি করিসু খেন্নবা লৈরোইদবনি।"

ঐনা অশোক্কা ঙাংলিবা ৱাবী অদু মুন্না তারগা হায়রম্মী।

-"বাপবে বা, অশোক নংগী ৱাখললোল অদুদি অঙকপনি। ৱাঙুলোন তম্লগা লাইনিংদুনা লৈগদবা নুপা নহাক্লা ডাক্তর তমনি হায়দুনা লাক্লিবা অসিসু অঙকপা ময়ামগী মনুং চল্লি।"

অসুম্না ৱারী শানা শানা ঐ মায়মিৎ তাথোক্তুনা ফি শেৎচিনবা লোইরম্মী। অশোক্কা ইবানি ঐগী কাদগী মপান থোরক্লম্মী।

নুমিদাংৱাইরমদু গীতা মন্দিরদা লাই খুরুম্বা লোইরদুনা কাদা অমুক হল্লকপা

মতমদা, ঐগী মারুপ চিয়াদি মফি মরোল নান্না শেৎতুনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্লে। ঐনা ইঙক ঙক্লা হংলম্মী,

- "কদাইদনো, কদোমদনো চিয়া?"

- "(চিয়ানা ঙাইঙমদনা) অস কাউগনখরে নংশিমা। ঐনা নহান হায়বদো। নহাক্কী টেবল মথক্তসু বার্তোন লৈরবসিদি। ঙসিসে ইন্টরনেসনেল ষ্টুডেন্টস নাইটনি। (চিয়ানা অশোক্তা অমুক ওনশিল্লগা) মরুপ অশোক্কী ব্রাখলদি ঐ খঙই। নহাক্তি অসিগুম্বা কুম্মে অসি হৈনরমলোই। অদুবু বার্তোন ফাওবদি পীজখিবনি।"

চিযাদা অমুক য়েং অশোক্তা অমুক য়েং তিঙক- মায়ঙক্লনা ঐ লৈরম্মী। চিয়ানা অমুক হায়রক্লম্মী,

- "চত্তবা য়াদবনি....,চৎলো, ফিরোল অনানবা শেৎচিল্লো, গার্লস হোষ্টেলদসু যৌগদবনি।"

ঐনা অশোক্তা অমুক য়েংলুবদা, মহাক্লা চৎমিন্নরুরো হায়বগী ঈঙ্গিৎ ফংলম্মী। অশোক্লা চিয়া অমসুং ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা, "হেপ্পি ইন্টরনেসনেল ষ্টুডেন্টস নাইট" হাহযরম্লগা ঐখোয়গী কাদগী মাগী কাদা চৎখিরম্মী।

ঐ থৌবাং লোইশিল্লম্মী। মথং মথং হোষ্টেলগী ইমান্নবা ময়াম কৌনবা তাবম্মী।

চিযাগা ইবান্নি "সবোজ সদান" হায়না মিংথোনবা নুপীগী হোষ্টেল অদু তম্না চৎলম্মী। চিয়াগী নুপীকপ মিস ব্রুব্রাংলি মহাক্কী মরুপ সোনিযা সেটিগা লোযননা ঐখোযবু ঙাইদুনা লৈবম্লে। মিস ব্রুব্রাংলি অমসুং সোনিয়া সেটি ঐখোযগা ক্লাস অমত্তদা তম্মীনবা মরুপ ঙাক্তনি। হান্না খঙনরবসু অদুক হাক্লা নকশিন্না তিন্নরুবদি লৈখিদ্রি। ঙসিদি খংনক নকশিন্নগুম ফাওরম্মী।

ঐখোয়না চংলকপা উবদা মিস ব্রুব্রাংলিনা মোমোন নোক্লগা হায়রক্লম্মী,

- "হেলো, লেংশিনবীরকউ, ঐখোয় ঙাইদুনা লৈজরম্লিবা।"

চিয়ানা সোনিয়াদা মুন্না য়েংলম্মী অদুগা ঐঙোন্দা অমুক যেংলগা হায়রক্লম্মী,

- "সোনিয়া সেটিসি ঙসিদি অদোমগী পার্টনর ওইবা তাইনে। ঐনা হায়রিবশিংসি য়ানিংব্রা সোনিয়া ইন্দিয়া মচাগা ইন্দিয়া মচাগা, চাইনিজগা চাইনিজগা

- "করিগী য়াদনি (সোনিয়া হৌনা নোক্লম্মী), ঐগীদি লাইবক ফবনি...।"

ঐখোয় মরি ৱারী ৱাতাই ঙাইহাক শান্নরবা মতুংদা "চৎলসি হায়দুনা খোঙনা ইন্টরনেসনেল হোটেল তম্মা লাক্লম্মী। চিয়াগা বুৱাংলিগদি মখোয়গী মরোলদা ৱারী শানা শানা হেনগৎতুনা চৎখ্রে। মশা মশাগী ৱারীদা লুপখিবনা করিনো সোনিয়াগা ঐগা য়াওরি হায়বফাওবা কাউথোকপা মাল্লম্মী।

সোনিয়াগা ইবানি ঙাইহাক্তংদি ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা তুমিন্না চৎমিন্নরম্মী। অমুক অমুক য়েংনরগা নোকমিন্নরম্মী। মিস সোনিয়া সেটিনা অচিকপা অদু থুগাইদুনা ৱারী শাবা হৌরক্লম্মী। ৱারী শানা শানা খোঙনা অসুম লাকপনা "হোটেল ইন্টর্নেসনেল" য়ৌখিবা খঙহৌরমদে।

অঙাংবা অশংবা মচুগী বল্বশিংনা লৈতেংলবা অচৌবা দোলালগী য়ুমজাওনি- "হোটেল ইন্টরনেসনেল"। দোলাল অদুগী ময়াইদা, মমায়দা ৱাংলপ্পা, কাতু কারন চেনবা, অমুক ঙানবা অমুক মম্বা থাউমৈ বল্ব মচা মচাশিংনা পুন্সিনবা ময়েক থোক্লা থারি, ঙাল্লি মুৎলি- "ইন্টরনেসনেল ষ্টুডেন্টস মিট"।

মফি নান্না শেৎপা মরুপ খবনা ঐখোযবু তারাম তরাম ওক্লমই, লেংশিনবীযু মনুংলোমদা তাকপীরি। তোঙান তোঙানবা লৈবাক মরুওইবা জাভা, সুমাত্রা, কোরিয়া, মলয়াসিযা, থাইলেন্দ, সিঙ্গাপুর, সাউঠ আফ্রিকা, নাইজেরিয়া, কোঙ্গো, রাইওদিজেনরিওশিংদগী লাকপা ছাত্র ছাত্রীশিংনা পীক থল্লম্মী।

অচৌবা হোল অমদা চংলম্মী। হোল অদুগী মতাই মতাইদা লৈতেংলবা টেবল চৌকি কয়ামকম থারি। ময়ায অদু ইহাং হাংনা লৈ। মনিংথংবা শরুক্তা নিংথীনা লৈতেংলবা ফম্বাক অমসু উবম্মী।

নুংশিবা ঈশৈগী শৈশক্তা খোংবা মিউজিক্কী মখোল তারক্লম্মী। মথং মথং অমমম অনি অনি অসুম লাক্কুনা, নিংথীনা লৈতেংলবা হোল অদু ছাত্র ছাত্রীশিংনা পীক থনখ্রে। টেবল টেবল খুদিংদা মাগী মাগী তিন্নবা মরুপ মপাংশিংগা লোইননা কোযশিন্দুনা ফম্লগা ৱারী ৱাতাই শান্নদুনা লৈনবি। চিয়া, লি, সোনিয়া, ঐ, ঐখোয মরিসু টেবল অকোয়বদা ফমদুনা ৱাবী ৱাতাই শান্নদুনা অঙকপা সংসারগী নুমিদাং অদুদা লুপ্তুনা লৈরি।

হুইসকি, বীয়াব অমসুং থক্লনবা হৈ মহী কয়ামকম টেবল টেবলদা থম্লরি। চিয়াদি ফজখ্রবা লিক্লিগী গ্লাস অদুদা হুইসকি হৈদুনা থকপা হৌপ্রে। বুৱাং লি অমসুং সোনিয়া সেটিসু বীয়ার অদু অচৌবা গ্লাস অমমমদা হৈরি। চিয়ানা ঐবু হুইসকি খরা থক্লবা হায়রি। ঐনা য়ামন্দ্রবদা লিগা সোনিয়াগনা বীয়ার ফাওবদি পায়বীয়ু হায়রম্মী।

মদুসু ঐনা য়ারমদে। কোকা কোলাগী লিক্লি অদু হাংদোক্লগা ঐগী গ্লাস অমদা সোনিয়ানা হৈবীরম্মী। মাগী মাগী গ্লাস থাঙ্গৎতুনা চিয়ার তৌনরগা থকপা হৌনরম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা নুংঙাইনা, লাংনা থারম্বা ঈশৈগী মখোল লেপখ্রে।

নিংথিনা লৈতেংলবা ফম্বাক অদুদা ছাত্র অমা থোরক্তুনা ময়াম্মু ওকপগী ব্রাহৈশিং ঙাংলম্মী। ব্রাঙাংলোই অনি থোরক্তুনা মথং মথং লৈবাক অমগা লৈবাক নুংশিনবা, তিন্নবা, মরুপ- মপাং ওইবসি তুংগী য়ুম্বীরেল ওইগদৌরিবা নহারোলদগী হৌগদবনি। ঐখোয়না মালেম অসিবু ঐখোয়গী অপিকপা খুঙ্গং অমনি হায়না লৌগদবনি। জাতি বিজাতি, ইরৈপাক মীরৈপাক খায়দনা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবা তমগদবনি। লৈবাক অমগী অমগী অন্না অনা নংলবা মতমদা অমনা অমবু মতেং পাংগদবনি। অসুম্না মালেমগী মীওই খুদিংমক অসি চপ মান্নে, খেন্নবা লৈতে হায়বনচিংবা ব্রাহে কয়ামরুম ঙাংলি।

মথংগী থৌরম অমুক লাউথোবক্লম্মী,

- "দিন্নর অমসুং ইন্টরতেনমেন্টগী থৌবমশিং"

চাবা থকপগী থৌবম চথ- চৎথনা মযামগী কুহ্মেগী থৌরমসু হৌবম্মী। ঈশৈ, ফাগী জোগাই, মতৌ তম্বা অসিনচিংবা থৌরমশিং ষ্টেজ ফম্বাক্তা মথং মথং পাংথোক্লি। খঙহৌদনা সোনিয়াবু ঈশৈ অমা শক্লবা কৌথোরক্লম্মী। সোনিয়া সেটি ইপা পাখৎলম্মী। চিয়া, লি অমসুং ঐনা পাখৎকনু ঈশৈ ফজনা শক্লকউ হায়দুনা থৌনা হাপ্পীরম্মী।

সোনিয়া পুল্লে কুচু চংবী, চংখ্রি ফম্বাক তম্না হংগাম মপান নোকখাইবী সারি অদুনা কুপ্লিবা তুম্লবা নিংদু অদুদা অবোনবা বেনিগী শন্নাংশিংনা হাইহুমদুনা, থেংদুনা ঙাদুনা। ঐগী মিৎযেংগী মমাঙদা ফম্বাক মথক্তা কাখৎতুনা ঈশৈ শক্লম্মী হিন্দিদা - "মেরে দিলনে পুকারে আজা, মেরে গমগী সাহাবে আজা....।"

ঈশৈ শক্লা শক্লা মহাক, ফনেক ময়েক নাইবা ফজবা অমা শেৎলিবী, শন্নাং চোইনা থাদোক্লিবী, মখুৎ নামনা মাক্রোফোন পাইবিবী, নামনা থেক্লা খোয়না জগোয় শারিবী, লমদম তাম্না লৈহৌববী ঐগী থাগোই ওইনা উবক্লম্মী। মুন্না য়েংলি তঙাংলবা চিম্বালশিংদু লেংলিবা- থাগোইগী চিম্বালনি।

ঈশৈ শকপা লোইরদুনা ময়াম খুবাক খুরকপদা ঐ মিকপ খংথোক থোক্লম্মী। থাগোই মাঙখিরম্মী, সোনিয়া অহৌবা খুবাক মখোল মরক্তা ফম্বাক্তগী

কুমথরক্কুনা ঐখোয়গী ইনাক্তা অমুক লাক্লম্মী।

নুমিদাংগী থৌরম পরেংশিং মথং মথং চখবগা লোইননা 'বোল দান্স' কী থৌরম লাউথোরক্লম্মী। ঐদি হৈতবনিনা মচি অমদা লেপ্পুনা লৈবদু ইকাইগদৌরিবনিনা, হোষ্টেলদা চঙনিংবা অমা কন্না ফাওরম্মী। অদুবু সোনিযানা মাগী পার্টনবনি হায়দুনা কন্না হায়মনবদগী ঐ লেংবা য়ারমদে।

নুংশিনা ঈংলবা অতপ্পা ঈংলিসকি ঈশৈগী মিউজিক অমা থারক্লম্মী। ময়াম অদু টেবলদগী হৌগৎনদুনা মাগী মাগী লোয়নরুপশিংগা লোয়ননা তপ্পা ঈংনা বোল দান্স তৌবা হৌবম্মী। ঐগা সোনিয়াগদা ঙাইহৌরে। সোনিয়ানা খুদাং পায়দুনা ঐবু অচৌবা হোল অদুগী ময়ায়দা চিংলম্মী। মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা জগোয় শাবা হৌরম্মী। হৈবোই হৈতবোই মাগী মতুং ইল্লম্মী। নক্লা নক্লা খুৎ পাযনদুনা লেংবান্দা কোন্দুনা খ্বাঙদা কোন্দুনা শারম্বদগী, অসুম অসুম নকশিন্নদুনা, হকচাংগা হকচাংগা থেংনদুনা জগোই শাবম্মী। সোনিয়াগী মমায়দু ঐগী নুংশিবী থাগোই ওইনা উবক্লম্মী। ঐ মঙলান অমদা মহাকপু চেৎজেৎ কোনসিন্দুনা জগোয় শাবি। মঙফাওনবকপা মতমদদি সোনিয়াদি মমিৎ চেজেৎ ওইশিন্দুনা ঈশৈগী নুংশিববা ইবোইননা ঐবু কোনশিন্দুনা লৈবা উরম্মী।

নোং ঙাল্লে। নোংমাইজিং নুমিৎ ওইরম্মী।

অযুক্কী পুং ৮ তারে। অদু ফাওবদা হোষ্টেল অদু ঈচিক চীক্লি। ছাত্র অমত্তা হৌগৎনদ্রি। চিযাসু কন্না নাখোক্কুনা তুম্লি। ঙরাং নুমিদাংগী ইন্টর্নেসনেল ছাত্রশিংগী নাইট অদু লোযবা কান্দা নোংঙাল্লমদাইগী পুং মবিরোম তারম্লগনি।

ঐ মিকপ থোক্লম্মী। হকচাং শেংদোকপা লোয়বদুনা অশোক্কী কাদা চৎলম্মী।

মাগী কাগী থোঙ অদু কারপ লৈরম্মী। ঐনা থোঙ অদু হাংদোক্কুনা চংশিনবা মতমদা, কা অদুগী মচি অমদা, ফিদা অমদা ফম্লদুনা মমিৎ চেজেৎ উইশিল্লগা, মখুৎতা মালা চৎলগা লাই নিংদুনা লৈবা উরম্মী অশোক। ব্রা অমত্তা ঙাংদনা মাগী ফমুংদা চঙশিন্দুনা হীপ্লগা মানা লাই নিংবা লোইরকপা ঙাইরি।

হীপ্লা হীপ্লা মানা হায়খিবা ব্রাহৈশিং নিংশিংলি,- " মীওইবগী হকচাং অসিদি লৈবাক মতুম অমগা চপ মান্নে। ঈশ্বরবু মশক খঙলবা মী অমদদি লৈবাক মতুম অদুগা চপ মান্ননা লুপ্না সনা মতুম অমগা খেন্নবা লৈতে, চপ মান্নে।

অশোক লাই নিংবা লোইরদুনা মমিৎ পাঙথোরক্লম্মী। ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা

নোকফেং তৌরগা হায়রক্লম্মী,

- “কয়াম কুইরে নং লাকপা?”

- “ঙাইহাক ওইবে। নং লাইনিংবা লোইবা ঙাইদুনা লৈরিবনি। অস ! ঙরাংগী থৌরম অদুদি য়াম্মা থেংনা লোইশিল্লি। নোংঙালমদাই ওইবে। হল্লক্লগা হোষ্টেলদা ইতুম তুমদ্রে। হৌজিকফাওবা তুম্লিংবা ফাওবি।

অশোক ব্রা মখা অমুক তারক্লে। ফবে অদুদি চা থক্লুবসি হায়দুনা হোষ্টেলগী মেশ তান্না চংমিন্নরম্মী।

## (২১) "অনিশুবা য়েন্নিংথা"

নুংথিল অমদি ক্লাস লৈরমদে। শুতি ঙন্না থারম্মী। হোষ্টেল তম্না ইতোমতা পরপ পরপ লাক্লম্মী।

ঐগী কা অদু সো হাংদোক্কুনা চঙলকপা মতমদা উরম্মী চিঠী অমা তাদুনা লৈবা লৈমাযদা য়ুমদগী থারকপা চিঠী ওইগদ্র হায়না লৌখৎলুবদা ওইরমদ্রে, মনিপালদগী বেঙ্কতগী থারকপা ওইরমলে। বেঙ্ককী চিঠীনি হায়বা খঙবদা হকচাং পুম্নমক তুং খ্যাও চুংলম্মী, কোকচাওবী কারম্মী। মমাংদা বেঙ্ককী মেনেজবনা ব্রারনিং কয়াসু পীবকখ্রবনি। লুপা লিশিং ১০০০ পুখিবা অদু শোন্দোইগা লোয়ননা শিংলকত্রবদি প্রিন্সিপালদা চিঠী ইরগনি হায়বসি চিঠীগী মরোলনি।

ঐগী ব্রাখল মমশিল্লকলম্মী। ফিবোল হোংদোক্কনা ফমুংদা ফমদুনা লৈরম্মী। খল্লমই ইতোমতা- হৌজিকপু লুপা লিশিং অমা খরা হেনবসি কদাইদগী লৌরুগনি। য়ুমদগী থারক্লবা চিঠী কয়া ইখিবনি, থাবকপা কৌবা মবৈবমদে। কনাদা হায়কদুনা কদাইদগী লৌকগনি।

খঙহৌদনা ঐগী কোক অসি ফুক্তোক্লুনা পুখিগদৌবগুম চিক্লম্মী। মিৎতগী পি মতুপ মতুপ তারক্লম্মী। করিনুংগী লাইরবা ঐনা মপান্দা লাইবিক তম্বা লাক্লমলিবনো হায়না ইতোমতা নিঙঙমদবগী মৈবিগী মৈশা ফাওবক্লি। মমৈথংদা তৌফম খঙদদুনা হীক হীক লাউনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লি ইতোমতা কাদুদা।

মথং মথং অথাপ্পা তাল্লবা মনিপুবদা, লাইবকোন্দা লৈহৌবিবা- অবোক, পাবা, ইমা নিংশিংলি। থাগোই অমসুং মেমপীশক থোইবীনা ঐনা চৎলমদাইদা যেংদুনা লৈহৌবদু নিংশিংলি। শিন্থবল্লিবা পিরাংশিং অদু পোপ পোপ তাবি, শেৎলিবা ঐগী ফি মথক্তা।

নীঙখাযববা আশাগী দোলালগী পোৎলুম পুরদুনা ফমুংদা হীপথবম্মী। মথং মথং ফত্তবা ব্রাখল কযানা ঐগী থোপ অসি নৈখাইবা হৌবক্লম্মী। নহানমুক্তি লাইবক ফদুনা য়ুমদা চৎহৌদরে। হন্দকমুক অমুক চেনবা তাবব্রা ! অসুক য়াম্না ব্রানা লাইরিক তম্বগী মহুৎতা, থবক মচা অমা তৌরগা য়ুমদা নুংঙাইনা লৈবনা হেন্না ফরম্বা জাৎনি। অমরোমদা হৌজিক্তি ঐনা য়ুমদা লাইরিক তম্বা ঙমদদুনা হনখিবদা, কৈরোল লৈকাইনা ঙাংনবীগনি "লাইরবা মচা, মতিক মপা চাদনা ডাক্তর তম্বা

চৎলুবা ঙমদদুনা হল্লকলেনেসে।" কনানসু ঐখোয়গী ইমুংবু নুংশিবীরোই। ইকাইখুম্নরন্বা লোইনা মাঙখিগনি। সংসার অসিদা লাইরবগী মরুপ কনা লৈতবনি।

থোঙদা 'তক' 'তক' থীল্লকপগী মখোল তারম্মী। অশোক শোয়দনা ওইরমগনি হায়বা ঐ খঙলম্মী। চিয়াসু হল্লক্ত্রি।

অশোক্কা ইবান্নি অশুক য়াম্না লুনা তিন্নরবা ফাওবদা ঐনা মঙোন্দা নোংমতফাওবা ইমুং মনুংগী লৈতা লাইরগী মরমদা ৱারী শাখিদ্রি।

য়াম্না থুনা মিৎ মায় তৈথোক্তুনা মায় ফক্লাংরোমদা ওনশিল্লগা, তুমশিন্নবা শাদুনা লৈরম্মী। অশোক চঙলক্তুনা চৌকিদা ফমখিবগী মখোল তাবম্মী। টেবল মথক্তগী চে খরা লৌখৎপগী মখোলসু তারম্মী। বেক্কী চিঠী অদু পাখিবা তাবে খন্দুনা ঐনা ফুক হৌগৎতুনা লামলমই, টেবল মথক্তা তারিবা চিঠী অদু। অদুবু মানা হানখ্রে। চিঠী অদু হাংদোক্তুনা পাথোকখ্রে।

অশোক ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা, ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈবম্মী। ঐগী মায়মিৎ ঈপোম পোমনা লৈবদু মহাক খঙবগুম তৌবম্মী। মহাক্না যাম্না ঈংনা তপ্না হাযবক্লম্মী,

- "নহাক বেক্কী পৈশা তোনবা কযা কুইরে, নহানমখৈ ঐঙোন্দা হায়দ্রিবা করিগীনো? ঐনা ঐগী দাদাদা (ইপুদা) নহাক্কী ফিভমগী মরমদা চিঠী ইরবদি, মহাক্না শোযদনা মতেং পাংলক্কনি।"

ঙাইহাক্তুংগী ওইনা ঐ ৱা ঙাংবা থোক্লমদে। খোল ইফাই ফাইনা ঐনা হাযম্মী,

- "অশোক নঙোন্দা কবি হাযগদৌবনো ঐ খঙদে। ঐনা ঐগী পুন্সিগী ৱাবী কযামকুম তল্লবসু লাইরবা ইমুং অমদগী হৌবকপনি হাযবসিদি লোৎতুনা থমলকপনি।"

- "কবিগীনো.....? লাইরববু পাপ্লা? ঐগী দাদাসু য়াম্না লাইবনা হৌবকপা মীশক অমনি। পুন্সিদা অৱা- অনা কযা নংলবা মতুংদা হৌজিক ইনাকখুনবা মী অমা ওইরিবনি। নহাক্কী ইমুং- মনুংগী অশেংবা ৱাবী ঐঙোন্দা লোইন তম্মু। কবিগী লোৎতুনা থল্লিবনো?"

মানা ঙাংলিবা অদু ইথৌ থওইদনা ঐনা হাযরম্মী," কান্নদে অশোক, ঐ লাইরিক মখা তম্বগী আশা থাদোক্লবনি। যুমদা হল্লগে হায়দুনা খল্লি।

- "করিগী ঐ লৈনা লৈনা যুমদা হনগনি, লাইবিক তম্বা তোক্কনি। ঐসে

নংগী অশেংবা মরুপ অশোক নত্তবরা?"

- "নহাকপু কনানা ঐগী মরুপ অশোক নত্তে হায়রবগে? অদুবু ইনাকখুনবা তারানা লাইরবা অমা শৌগৎপা ঙমদে হায়বা ঐখোয় মৈতৈগী পাউরৌ লৈ। ঐ পুন্সিগী লম্বেল অসিদা, ঐনা পামজরিবা পঙ্গুংফম অসি য়ৌনবা চৎপা ঙমগনি হায়বসি থাজরক্তরে।

- "করিগী ঙমদনি....., কনা লৈত্রবসু পাংথীনবা মতেং নংবু, তাইবঙ শেঙ্বা মপু ঈশ্বর অমা লৈবি হায়বসে কৈদৌঙৈদসু কাওরোইদবনি। ইবুংঙো মহাক্না মতম চুপ্পদা নঙোন্দা থৌজালগী মিৎয়েং য়েংদুনা লৈরিবনি। লাকও নহাক্না লোৎতুনা থম্লিবা নংগী ইমুং মনুংগী ৱারী লীরো। ঐ য়াম্না তানিংলে।

মথং মথং অশোক্তা, ঐনা ঐগী ইমুং মনুংগী অৱা- অনা লৈত- লাইরগী ৱারী লীরম্মী। ৱারী লোইবকান্দা নুমিদাংৱাইবমগী পুং মঙারোম তারে। নোংচুপ থংবা ঐখোয়গী কাগী থোঙনাও অদু নুংশিৎনা খংহাং হাংদোরক্নুনা সমুদ্রগী ঈশিং মবিক মবিক পুরবা অঙৈংবা নুংশিৎ অদু শিৎচিল্লক্লমই। অশোক্না মমায়দা কারিবা হুমাং অনপ্পশিং অদু কমাল অমনা তৈথোক্লি. হায়বক্লম্মী,

- "মেডিকেল ছাত্র অমনা অশুক যাম্ন লাইররমগনি হায়বসে ঐ থাজবমদে। ইনাক- কৈবাক খুনবা, লাইরিক লাইশু হৈবা মচা ঙাক্তনা ডাক্তৰ তম্বা লাক্কনি হায়না খল্লম্বা ঐগী ৱাখল অরানবনি। মকওইনা ঐখোয়গী কোলেজ অসিদা তম্লিবা ছাত্রশিং অসিদি নিংথৌ মচাগুম্বা ঙাক্তনি। নহাক্কী উইল কনবা অসি উবদা থাগৎতবা ঙমদে, নংবু ঐনা।"

ঐনা শোম্থাংননা খুল্লম্মী,

- "হৌগৎলকপদা মঙাইবি অশোক। মাঙগী লম্বী য়াম্না শাংলি। করমনা চৎপা ঙমগনি, খনবদা মম্মী। ইশাগী থাজবা পুম্নমক মাঙখিবগুমখ্রে। ঐ য়ুমদা চৎলসিবা হায়না খল্লে। নংদি খঙলমলোই, প্রি- মেডিকেল তম্বা হৌগৎলকপদা, ডাক্তর তম্লরোই, লাইরবা মচা ঐনা ঙম্লরোই, খন্দুনা য়ুমদা হল্লগে খন্দুনা চৎপা হৌরুরবনি। মেঙ্গলোব য়ৌদ্রিঙৈদা, লম্বীদা, টেক্সি তোংনা তোংনা লাইহৌ হৌরকপদগী, মনিপালদা অমুক হল্লক্তুনা হোসপিটালদা লৈখি। খরা খরা ফরক্তুনা ঙসিগী ফিভম অসি য়ৌরক্লিবনি।"

ৱাহৈশিং অসি ঙাংনা ঙাংনা ঐ কপ্লি, মিৎলুদগী পিরাং শিষ্করি। অশোকশু মপি ঈরা চেল্লি। য়াম্না নুংশিবা ৱাহৈনা ঐঙোন্দা হায়রক্লম্মী ,

- "নত্তে....., নহাক অচৌবা ডাক্তর অমা ওইগনি হায়বগী আশা পুদুনা লাক্লবনি। করিগী নিংবা কাইগদৌরিবনো। নংগীদমক্তা নংগী মরুপ অশোক লৈরি হায়বসে কৈদৌনুংদা কাউরোইদবনি। ঐগী দাদাদা ওশিমক চিঠী ইগনি। নহাক্কী ৱারী তারবদি, মহাক শোইদনা থম্মোয় শোক্কনি। দাদানা নংগী মতেং শোয়দনা পাংলক্কনি। মহাক অৱা- অনা য়াম্না খঙবা মীনি। ঐগী পৈশা খরসু বেঙ্কতা লৈ। নহাক্কী তোল্লিবা পৈশাশিংদু হয়েং পীথোকলুসি। লাকও হৌগৎলো, চা থকপা মতম যৌরে। অদুগা গীতা মন্দিরদসু চৎলসি।"

অশোক্না ঐবু ফমুংদগী চিংখৎলম্মী। ঈরুজফম কাদা চংদুনা মায়মিৎ- তাথোক্লগা অদুম থোকমিন্নরক্লম্মী।

ওলাংথাগী য়াক্লবা নুংশাগী মৈশাদা, খুইথরুরবা থম্মোয় লৈয়োল, নুমিদাংৱাইবমগী শংবানবা সমুদ্রগী, ঈশিং মরিক- মরিক পুরবা নুংশিৎ শিৎলকপদা, অমুক হন্না নৌহৌনবা পুক্নিগী থৌনা হাপকৎপগুম তেকখৎলম্মী। পুক্লিং নংশু অঙকপনি, তাংবরা নংনা আশাগী মপাল, ওনবরা উনবী নংসু, লৈরাংগী লৈনম খেন্নবগী তুংইন্না, মতমগী খোঙজেল খোঙলৈননা, খুনাইগী শক্লোন তুংইন্ননা। উনবী নংনা থৌনা ফবিমখৈ, নুমিৎকুম ঙানগনি পুক্নিসে, কোরৌগুম্না মশেক- মঙাল লৈনা। উনবী নংনা শোম্বরক্লবদা, তম্দনগুম ঙানগনি পুক্নিসে, মুৎশি- মুৎশি পোদোনগুম, অঙাংবা তেরশিংনা থানবা।

অশোক্না ইবান্নি চা থকপা লোইরবা মতুংদা গীতা মন্দিব পাংনা লৈরিবা লম্বী অদুদা চৎলম্মী। লম্বী চৎনা চৎনা পুক্নিগী অৱা - নুংঙাইগী মরমদা ৱারী কয়ামরুম শাবম্মী।

খঙহৌদনা ঈশ্বরগী মতিক ময়াইবু থাগৎতুনা শকপা নুংশিরবা ঈশৈগী খোঞ্জেল তাবক্লম্মী। মন্দিব নকশিলক্লে হায়বা খঙলম্মী। ঈশৈগী খোঞ্জেলশিং মন্দিব নকশিল্লকপগা লোয়ননা হৌবা হেনগৎলকলম্মী।

মন্দির য়ৌরে।

অশোক্ক ইবান্নিসু খোংউপ লৌথোক্তুনা থনম্লগা, ময়াম অদুগা লোইননা লাইশোল ঈশৈ শকপা য়াওরম্মী।

ঈশৈ লোইখ্রে। তিল্লম্বা ভক্তশিং অদু মন্দির মনুংদা, মথং মথং চৎনখিদুনা অশোক্কা ইবানিদা ঙাইহৌরে।

অশোক লাইমাঙদা খোংগ্রাই চল্লগা ফমদুনা মমিৎ চেজেৎ উইশিল্লগা

লাইনিংবা হৌখ্রে। ঐসু মন্দির মনুংগী মচি অমদা ফমদুনা, ফল্লাংদা য়েক্লিবা লাই ময়ামশিং অদু য়েংদুনা লৈরি।

মহাভারতকী লাল থেংনগনি হায়দুনা কুরুক্ষেত্রগী লালবুংদা থোরক্লবা অর্জুন্না, মায়কৈ অমরোমদা মপা মপু, শাশৈ নাতৈ, মরুপ মপাং কয়ামরুম য়েক্লবনি হায়দুনা লেপ্তুনা লৈবা উরক্লবদা, লাল শোক্লবগী মহুৎতা সন্যাসি ওইজগ্রগে হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জবগী মওং, শ্রী কৃষ্ণনা অর্জুনগী মতৌদু উবদা লাল থেংননবা পাউতাক পীখিবগী মওং- পুম্নমক অদু য়েক্তুনা লৈরি ফল্লাংদুদা। অশোক্লা গীতাগী পাউতাক্লি হায়দুনা ঐঙোন্দা হায়খিবদো নিংশিংলি- " পুন্সি অসিদা ঐগী তৌফম থোকপা ইথৌ তৌগদবনি, মহৈ ফংগদ্রা ফংলোইদ্রা হায়বনা ঐগী ইথৌগী নুংঙাইববু মাঙহল্লোইদবনি।"

লৈ কয়ামরুম পুজাগী শেম্পাক্তা চৈথাইদুনা তারি। অচাকপা ধুপকী নুংশিবা মনম ফাওরক্লি। মিৎ চেজেৎ উইশিল্লম্মী ঐ। তেংবানবা মপুবু খুরুমজরি, পুক্লিংদা নিংজবি থম্মোয় লকানুংদা চিংশিনজরি। খঙহৌদনা কাংশিগী খোঞ্জেল তাবক্লম্মী। অশোক লাইখুরুম্বা লোইখ্রে হায়বা ঐ খঙলম্মী। ঐনা মিৎ পাংথোরকপদা মহাক্তি মন্দিরগী থোংদা লেপ্তুনা লৈরম্লে। পরপ পবপ হৌগৎতুনা, শিম্থরিবা পিরাংশিং অদু তৈথোক্লগা হৌগৎলম্মী।

অশোক্কা ইবানি হোষ্টেল তম্না লাক্লম্মী।

## (২২) "মণ্ডলানগী মায়থোঙ"

মনিপালগী এনাটেমিগী মিউজিয়ম খা- ভারতকী মেডিকেল কোলেজশিংদা লৈরিবা মিউজিয়মশিংদগী খরা হেন্না পুক্লিং চিংশিন্নিংঙাই ওইবা জাৎনি। শুতি নুমিৎ খুদিংগী য়েংবা লাক্লবা মীশিংনা কৃক কৃক ইন্নে।

মিউজিয়মগী চংফম থোঙ ময়াদা, অচৌবা লাইরেল অনিখক শারং মনুংদা য়োক্তুনা থল্লি। লাইরেন অমমমনা ফুট তবামঙাদগীনা কুনফাওবা শাংলমগনি। নোংমদা উচি তরাফাওবদি লাইরেন অমমমনা চাই হায়দুনা মচিঞ্জাক থাক্লিবা মোরগান্না নোংমা ঐঙোন্দা হায়খি।

খজিক্তং কাখৎলকপদা, ফম্বাক অমগী মথক্তা, অমুবা মচু তৈরবা মী অকংবা অমা মীয়ামশিংদা সলাম তৌবগী মওংদা লেপহন্দুনা থল্লিবা অদু উবদা মিউজিয়মদা চংলক্লিবা মী খুদিংমক্কা অকি- তুজুংনা য়েংনবি। ফিভম অদু উবদা অঙাংশিংনা মমা মপাদা কোশিন্দুনা কিবদগী কপ্লসু যাওবি ।

মিউজিয়ম অদুগী মনুংদা, থোলা থোলা শেমদুনা, থোলাশিং অদুগী মথক্তা মিংশেল চনবা উপু মচা কযামকম কাখল নাইনা থমলি। লিক্লিগী উপুশিং অদুদা মা ওইবগী হকচাংগী মনুং অমসুং মপানগী শককশিং পুমথদনবা মহীদা হাপ্তুনা তোংঙান তোজান্না থল্লি। খ্বাইদগী যেংবা নুংঙাইবদি তংখাই তানা খাইদোক্লবা মা ওইবগী থম্মোয় অদুনি। কা মবি অদুগী ওইথংবা মখাথংবা কাজাউ অদুদগী ঈগী উতোং অমা মথক্তা হাইগৎখ্রগা কোল্লগা মখাদা অমুক হায়থখ্রি। মীওইবগী থোপকি শরুকশিং যাওবা, ফিবাক অমসুং ফিরাক মহী খাউ যাওবা, থবোম্বী য়াওবা, কিদনি যাওবা তোংঙান তোংঙানবা উপু কযামরুম লৈবি। অঙাংনা মমা পুক্লুংদা লৈরিঙৈগী মওং মতৌ য়াওবা উপু, অঙাং অনি মবুক্কা মবুক্কা শম্লবা, অঙাং অনি মকোক্কা মকোক্কা পুন্সিন্নবা মশামখৈদি তোঙান তোঙান লৈবা উপুশিং কয়ামরুম মথং মথং লৈখ্রি।

পরিক্ষা ময়া নকশিল্লক্লে, ডাক্তব তম্বগী অহানবা চহীগী। অশোক্কা ইবানি মিউজিয়মদা তোয়না চৎতুনা এনাটোমিগী শককশিং অদু ঔরাইবা হোৎনরি। চিয়াসু মরক মরক্তা লাকই। ফোরেন লৈবাক্তগী লাকপা, মলয়াশিয়াগী চিয়া কুই সেংগী পুন্সিগী অতোপ্পা মওং অমা লৈজরবসু, লাইরিক ঔরাইবা মতমদদি ঐখোয় অহুম

হেক হেক পুল্লি। লাইরিক পামিন্না পামিন্ননা অমুকসু নিংশিংলি,

- অশোক্কী তোংঙানবা ময়ামগা মান্নদবা পুন্সি, মহাক্কী তৌবীমল খঙবা মিনুংসি চাউবা। ঐগী বেক্ককী তোল্লিবা পৈশাসু মানা শিংদোকপীখ্রে। অসিদসু নত্তনা থা- থা খুদিংগী চংগদবা পৈশা ফাওবা মানা মতেং পাংলি।

পরিক্ষা ময়াগী নুমিদাং অথেংবফাওবা লাইরিক ঔরাইনবা মতমনি। নুমিৎ অদু ঐগী কা মনুংদা নোংয়াই মতুং পুং অমা তারবফাওবা ঐ লাইরিক কন্না পারি। ঐগী লুখুমদা যান্দুনা থম্লিবা শরু পোল্লাংগী শরুকশিং অদু কন্না য়েংলি। মমিংশিং অদু নিংশিংনবা হোৎনরি। তোংঙান তোংঙানবা শরু মতেক- মতা ময়ামদু অমুক লৌথোক, অমুক পানশিন তৌদুনা য়েৎ- ওই খাইদোক্লবা হোৎনরি।

মতম অদু ফনা য়াম্না থেংলম্লগনি। পুং অমুক য়েংলুবা তৌদনা, তুম্লিংবা ফাওবক্তুনা ফমুংদা হীপথরম্মী।

নুংশিৎনা অমুক অমুক হাংদোলিবা থোংনাউদগী হুমজিল্লকপদা, শরু পোল্লাংগী শরুকশিং অদু অমগা অমগা ক্রোক ক্রাক থেংগাইনবগী মখোল তারম্মী। অঙাং ওইবিউঁদা ইমান্নবশিংগা ৱারী শামিন্নবদা, ডাক্তর তম্বা হায়বসিদি শরু পোলাংগা হীপমিন্নে হায়বদু খংনিং নিংশিংলকলম্মী। খল্লুরগা নোক্লিংদবা ঙমদে, ৱাখলদো নাৱা ওইরিউঁগী। অমুকসু খুল্লুরি- "ঐগী লুখুমদা য়াল্লিবা শরু পোল্লাং অসি নুপীগী শরুপোল্লাংনি। মতম অমদা মশক মতৌ চংখোল্লবী চনুরা অমা ওইরম্বসু যাবিপোৎনি। অদুবু ঙসিদি নুরাগী শরু পোল্লাং অসি ঐগী তম্নবা খুৎলাই ওইন শিজিন্নবি।

তুমথবা পাক য়ারমদে। হীপ্না হীপ্না ইচন- নুপী মেমপীশক থোইবীনা ঙসাই থাবকপা চিঠী অদু অমুক হন্না পাগে খন্দুনা মোন মখাদা খুৎ লামশিন্দুনা লৌথোক্লম্মী। অমুক হন্না পারম্মী।

ইম্ফাল,

তাং ৫।৭।১৯৬৯ ইং

ঐগী নুংশিজরবা তামো,

তামো নহাক পাবনা থাখিবা লুপা চামা অদু শোয়দনা ফংলমলগনি। ফংলবদি চিঠী অমা থাবীরকউ।

নহাক্কী ডাক্তর তম্বা লোইগদবা কয়া য়াম্না ৱাৎলিবগে হায়দুনা অবোক্লা তৎতনা হংলি। অবোক মশা য়াম্না কল্লি। মতম পুম্নমক্তা তামোবু শোন্দুনা লৈ।

করিগুম্বা কান্দা নংবু নিংশিংলগা মপি তানা কপ্পগা তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকপসু য়াউই , " ইশু অদুবু করম্বা কান্দা লাক্কদৌরিবনো, উখিদবা কুইরেদকো।

ইমাসু নংগী চিঠী লাকত্রবদি য়াম্লা ৱায়। অদুনা য়ারিবমখৈ খরা তোইনা ইরকউ।

ঐসু লাইরিক কন্না পারি। অদুগা তামো নংনা খুজি থারক্কনি হায়দুনা চিঠীদা ইরক্লগা শুকথা থারকত্রিবা করিগীনো। তামোহোইনা লৈরিবা লম অদুদদি খুজি য়াম্লা হোংই হায়বদাই। শোয়দনা থাবীরকউকো।

খ্বাইদগী নুংঙাইতবা পাউ অমনা, ইচে থাগোই ঐখোয়গী য়ুম থাদোক্লুনা লৱায়দা, মাগী ময়ুমদা চৎখিবা থা মরিবোম ফাবে। মহাক চৎনিংদা চৎনিংদা চৎখিবনি। লোইতাংগী ইনেগা মামগা লাক্লুনা পুখি। চৎলমদাইদা ঐখোয় অনি নংগী কাদা চঙদুনা য়াম্লা কপমিন্নখি। ঐদি চুম্না নুংঙাইতবতনি মাগী যাম্না থম্মোয় শোক্লা কপখি। কবিগুম্বা খবা ঐঙোন্দা কপ্পা কপ্পা হায়নিংবগুম উখি। মচিন্বালদু লেংলি লেংলি তৌনা, মখোনদি থোকপা ঙমদনা অদুম কপ্পুনা লৈখি। করিগীনো খঙদে। হংল্লববসু ফোংদোরকতবে। নহাক্কী চিঠী লাকপা খুদিংগী মহাক্লা নংগী মরমদা খঙনিঙবনা ঐঙোন্দা মুন্না মুন্না হংখি। হৌজিক্তি ইতোমতা ঙায়বা অসিদা যাম্না নুংঙাইতরে। য়ুমগী থবকসু ইতোমতা তৌই। ইমানা নোং হেক ঙানবগা লম্মোংদগী ফৌ ৱানবা হেক্তা চৎখি। অবোক্তা ইবান্নি খৎনা খৎনদুনা চাক থোংমিন্নে। য়াম্না নুংশিখিদ্রে মসিগী হনুবীসে, থবক তৌবা খুদিংগী ঙাংবসিদা।

তামো নখোযনা লৈরিবা লম অদুবু ময়াংঙাক্তা লৈব্রা? অদুগা ঐখোয় মৈতৈ চেঙগা চাবা ফংজব্রা?

থোইদোকপা ইনিংঙাই লৈত্রে। ইচে থাগোইনা চৎলমদাইদা নহাক্কী কাদগী নংগী ফোটো অমা পুখি। কনা অমত্তদা হায়দোক্কনু হায়রম্মী। নংবু য়াম্না নুংশিবা মাল্লে। অদুদা হায়বীবনি। অদু অদা খঙদে, খুজি থারক্লুবদি মথংগী চিঠী ইরক্লরোইদবনি।

তামো নহাক্কী মঙ্গোলগীদমক্তা ঈশ্বরগী মফমদা নিজরি।

নহাক্কী নচন,
থোইবী।

চিঠী অদু পাবা লোয়রে। পুক্লিং অসিদা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা অনিমক্কী মথি ফোংলম্মী।

অবোক্কী, পাবগী ইমাগী অমসুং ঐগী অমত্তা ঙাম্নরবী নুংশিজরবী ইচনুপী মেমপিশক্কী খল্লুবদা মখোরবু নুংঙাইহনগে পুল্লিদা শোরদনা হুয়েং ঐনা ডাক্তর ওইরগা হায়বসি ঐগী হীক্তোকপা য়াম্রবা থৌদাংনি নিংলি।

থাগোই ময়ুমদা চৎপ্রে তাবদা নুংঙাইতবা অমসুং পুক্লিং লাংতক্লবা ফাওরম্মী। মতম কুইরে মহাক্কী মশক উখিদবা, অখিদবা নুংশিবী মাগী খোয়থুন্নবা খোঞ্জেল লমদম তাম্না লৈখিবনা। মথং মথং হৌখিবা পুলিগী নুংশি য়ারীশিং নিংশিংলি। ইত্তোমত্তা খঞ্জরি "থাগোই হৌজিক্তি অমুক হেন্না মশক ফজরন্নগনিকো।" অসুম্না খন্না খন্না তুমথখিরম্মী।

নিংদু য়ৈনা ফজরবা নুজাগী শন্নাংশিং অদু নুংশিংনা অমুক অমুক হন্নকপদা য়ায় য়ায় লাউনা লেঙলি। অমুকসু হুমদোকখিদুনা চেংলবী থ্বাং অদু উবা ফংলম্মী। তুন্নবা নিংদু, নুজাগী খোঙথাং খুদিংদা হায় হুমদুনা লেংলি। নুমিৎ তাখিবনা হানবা তারে হায়বগী মতাগুম, মাঙদা উরিবা খোঙলম্বী অদুদা চেনবোই লাকপোই পরপ পরপ চংলি নুজাদু। য়েংনিংবগী আশানা মহাক্কী মায়খোঙ, তান্নরি ঐনা মাবু, লাপতক্লা, তুংওইননা খোংলম্বী অদুদা। হকচাং অসি ইম্মাং য়াংবগুম পাক্সল ইখোক খোক্লমদে। হন্নমুক্তা ফাওবা য়েংলমদনা মানা ঐঙোন্দা অথুবা খোঙলম্বী অমরোমদা ফাওদুনা চংখিবা উরম্মী। হানখিদুনা মহাক্লা, মাঙখিবা তারবদি, মায়খোঙ অদু উবা ফংহৌররোই খন্দুনা, থুনা য়াংনা অথুবা লম্বী অদুদা চঙশিল্লম্মী। খরা চংলগা লম্বী লম্মুক্লরম্মী। নুজা অদু উবা ফংখিদরে, খঙমাঙ মাঙখোকপ্রে। কদোমদা চংকদনো হায়দুনা ঙাইহক খঞ্জাল্লদুনা লৈরিঙৈদা, নুংশিরবা কাংশিগী খোঞ্জেল অমা তারক্লম্মী। অনকপদা লৈবা মন্দির অমগী মাল্লি। কাংশিগী খোঞ্জেল মতুং ইন্না খোঙলম্বী অদুদা চংশিল্লম্মী। চিক্লবা শুক্লবা উমং অমা থেংনরম্মী। চঙশিলম্মী অমুক হন্না ঐ উনারক্তা উরক্তা, মোংশোংদা, য়ৌননবা হৌরকফম, খোঞ্জেল অদুগী কাংশিগী। শুক্লবা উমং অদুগী ময়ায় চবুক য়ৌরন্নগনি। পিকতং চেংতক তৌবা, অমনবা লাইশঙ অমা থেংনরম্মী। কাংশিগী খোঞ্জেল অদু লাইশঙ অদুদগী লাকপা ওইরমগনি হায়বা খঙলম্মী। মন্দিরগী অকোয়বদা মখল- মখেলগী লৈশু কয়া শাংপা উরম্মী। ঈশিং ইমায় চোল্লবা পুত্রি মচা অমসু উরক্লম্মী। পুত্রি অদুদা থরো, থম্বাল, থরিকথা কয়া পুন্না নুংশিননা শাংলি। লাইশঙ অদু য়ৌবা কান্দদি, ঙাইহাক পুংগোয় মনুংদা, সংসার পুন্নমক অমঙ্কনা পুংকুপ কুপশিনপ্রে।

ঙাইহাক চিংননা লাইশঙগী য়েংলোম মায়রোমদা য়েংলুরি। লাইশঙ

মনুংদগী থক্তোরকপা থাউমৈগী মঙাল নত্তনা অত্তোপ্পা মৈঙাল অমত্তা উবা ফংলমদে। মঙ্গোল মতেক অদুদা কাখৎলম্মী।

ঐনা তান্নরক্লিবা নুপীমচা অদু মমায় লুকথদুনা লাইরোমদা ওনশিন্দুনা লাই খুরুমদুনা লৈবা উরক্লম্মী। লাই খুরুম্বা লোইরদুনা, হৌগৎতুনা লেপ্লম্মী। মমায় অদু তপ্পা তপ্পা লৈথোরক্লম্মী। লৈথোরক্লীবা মাইথোং অদু উবদা ঐহাক খংপ্রেক খঙলম্মী, কোকচাওবী কাখি। কোক্তগী খোঙ ফাওবা তু চুংখি, অঙকপনা পীক থনখি। হকচাং অসি তনিক তনিক্লা ঙাইহাক খাঙখি। লৈথোরকপদা উরক্লিবা মায়থোং অদু কনাসু ওইরমদরে, ঐগী নুংশিজরবী থাগোই ওইরল্লে। থাগোইনি হায়বা খঙলকপদা ঐনা খোঞ্জেল হৌনা কৌরম্মী, থাগোই....., থাগোই......

লাইশঙগী কাচিন অমদগী থাঙপাক পাইবা, মকোই মরাং চোম্বা নিপা অমা থোরকপা উরক্লম্মী। মহাক্লা খংলাউ লাউরগা থাঙ অদু থাগোইগী ঙকশম তম্লা হাইথবক্লম্মী। ঐসু খংলাউ লাউরম্মী - "ঙাইখো, ঙাইখো, .... থাগোই .... থাগোই।

ঐনা মঙদা লাউবদু তাইবঙদসু লাউরমাল্লে। মীকপ থোরকপদা চিয়ানা ঐবু হকচাং পায়দুনা নোমদুনা হৌদোক্লুনা লৈরমলে। ঐ ফুক লাউনা হৌগৎলম্মী। হকচাং পুম্নক হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলম্মী। অয়ুকী মতম যৌফাৎত্রি, অহিংগী মমৈ বাইরক্লম্মী। চিয়ানা করিগী অদুক য়াম্না কন্না লাউরিবনো, মঙ নুংঙাইতবরা হংলম্মী। ঐনা মঙদা থোকখিবা থৌদোক অদু চিয়াদা তল্লম্মী।

মিং - মায় পাংবা ঙমদবা মখে লাইরিক পাদুনা- অশোক, চিয়া অমসুং ঐ ঐখোয় অহুম এমবীবীএসকী অহানবা পরিক্ষা থাপ্রে। পরিক্ষা লোইনরক্লবদা, ছাত্র ছাত্রী খুদিংমক মাগী মাগীময়ুমদা চৎনবা থৌরাং তৌনপ্রে।

অনকপাদা লৈবা কাংবুনা বস তোংদুনা অরাপ্পদা লৈবা কাংবুনা রেলগাড়ী নত্রগা এরোপ্লেন তোংদুনা চৎনপ্রি।

ঐগী মরুপ চিয়াসু মমা- মপা অমসুং ময়াম্বা, মতম কুইনা লণ্ডন্দা লৈখিবা অদু থোরক্লে। উনদবা য়াদে হায়দুনা চৎপ্রে।

মথং মথং চৎনখিদুনা মনিপাল ইহাং হাংহৌরে। অবাংবা দোলালঙাক্তা লেপ্তুনা লৈহৌরে।

কনা অমনা মমা মপা উনিংবনা, কনামনা থা কয়া উন্নরক্রবা মরুপ মপিজাশিং উন্ননিংবগী ঙাইঙমদনা চৎনপ্রি। ঐসু ঐগী নুংশিজরবী অবোক, ইমা পাবা অমসুং ইচম্নুগী থোইবী উননিংবনা খাঙবা ঙম্নমদে। মথং মথং নিংশিংলি।

মতম কুইনা উন্নখিদ্রবা ঐগী নুংশিবী থাগোইবুসু মিৎ অসিনা শং শং উরক্লি। মপোকসিমগী উবা ফংলরোইদবগুন্না থম্মোয়দা অনাবা ফাউরম্মী।

য়ুমদা থোরক্লবগী পৈশা থারক্লবা ইখিবনি। থারক্কনি হায়বা থাজরমদে। নুংতি নুমিৎ খুদিংগী পোষ্টমেন লাকপা য়েংদুনা ঙাইদুনা লৈবনি। ঙাইবগী কান্নবা লৈরমদে।

অশোক ঐগী ফিভম মুন্না খঙবনিনা চৎলমদাইদা মঙোন্দগী পৈশা খরা লৌরগা য়ুমদা চৎলুচো হায়রম্বনি। ঐনা য়ুমদগী পৈশা শোযদনা থারক্কনি, ঐ ঙাইখিগে হাযবদুদা মহাকসু তৌফম খঙদদুনা নুংঙাইতা নুংঙাইতা মযুমদা অদুম চৎখ্রে।

## (২৩) " মিস রোজি"

হোষ্টেলগী অচৌবা দোলালশিং অদু তুমিন তুমিন লেপ্তুনা লৈরি। নুমিদাং ওইশিল্লক্লবদা থাউমৈ থানবীদবনা হোষ্টেলগী কাশিংদু ইমম মল্লি।

অয়াম্বা মতমদা কাদা, ঐগী ফমুংদা হিপ্তুনা, তুমদুনা মতম লেল্লম্মী। অয়ুক নুংথিলদা লাইব্রেরিদা চৎতুনা অনৌ অনৌবা লাইবিকশিং খন্দোক্লগা পাদুনা শান্নে। মবক মবক্তা মনিপালগী টাইগর সার্কলদা চৎতুনা যুবী অশংবা মহী থক্তুনা মতম লেল্লম্মী। এনাতোমি মিউজিয়মদসু মবক মবক্তা চৎতুনা অচৎ- অওকশিং মযামদু যেংদুনা মতম লেনবসু যাওবম্মী। নুমিদাংৱাইরম মনিপালগী পাৎ মপান্দা ফমদুনা পাৎকি ফজবা যেংবা, কবিগুম্বা কান্দা গীতা মন্দিবদা চৎপা অমসুং টাইগব সর্কলদা ঙাইহাক লেপ্তুনা মতম লেনবনা ঐগী ইথৌ ওইবম্মী।

মমশিল্লকলদুনা হোষ্টেলদা হনজিল্লকপা মতম খুদিংদা চঙনিংবা পোক্লমদে, ইচিক চিক্লবা, ইমম মল্লবা কাশিংদু উবদা। চঙদবদি য়াদবনিনা চঙলম্মী।

ঐগী কাগী থাউমৈ মুথৎলগা, নোংচুপ থংবা থোঙনাও হাংদোক্লগা যেংথোকখিবদা, সমুদ্রগী ঈশিং মবিক মবিক পুববা অঙৗংবা নুংশিৎ শিৎচিল্লক্লম্মী। হকচাং অসি খরা তেকখৎপগুম তৌবম্মী।

নোং ফুং ঙানবগা, মিকপ থোক্লকপগা, ফমুংদা হীপ্না হীপ্না, ঙসিদি কবি তৌসিগে হায়বসিনা ঐগী ৱাখল ওইবম্মী। পাবিক্ষা অসি খবা থুনা হায়দোক্তুনা, মরুপ- মপাংশিং অসি মযুম ময়ুমদগী লাক্লদুনা, ক্লাস হৌহননিংবনা খাঙবা ঙল্লমদে। পরিক্ষা হায়দোকহন্নিংবনা ঙাইঙমদনা লৈবি ঐহাক।

নুমিৎ অদুদি য়াহৌবগা, মায়মিৎ তাথোক্লগা হোষ্টেল বোইনা মেশতগী পুবকপা কোফি গ্লাস অমা থক্লগা, খবব অমনবা খরা পাদুনা ফমুংদা ফমদুনা লৈরম্মী।

মতম ফনা য়াম্না থেংজিল্লক্লে। থোঙদা কনাগুম্বা অমনা কৌবগী মখোল তারম্মী। কৌরক্লিবা খোঞ্জেল অদুদগী ঐগী পোষ্টমেন প্রভুনি হায়বা ঐ খঙলম্মী। হৌগৎতুনা থোঙ হামদোক্লম্মী। পোষ্টমেন প্রভুনা চিঠী অমা ঐঙোন্দা পীরম্মী। মহাক্লা হায়ফেৎ নোক্লগা হায়রক্লম্মী, "পৈশাদি য়ৌরক্তে, নং য়াম্না নুংঙাইরমলোই, লাকপু লাক্লবদি ঐনা হেক্তা থিল্লক্লনি।"

পোষ্টমেন প্রভু চৎখ্রে।

থোঙ অদু থিংজিন্দুনা চিঠী অদু কনাদগী থারকপনো য়েংলুবদা অশোক্তগী থারকপা ওইরমাল্লে। চিঠীখাউ অদু শেগায়দুনা পাগে হেক তৌবা মতমদা, য়াম্না বাং চাউবা, খদাং কোই শাংনা খাকপা, মীয়ায় ওইরপ তৌবা নিপা অমা লেপ্তুনা লৈবা উরম্মী। অমুক্তা উখিদ্রিবা মী ওইবদুদা ঐ ঙকচান্নরম্মী। ঙাইহাক য়েংনরবা মতুংদা মহাকপু কৌশিন্দুনা ঐগী কাদা চৌকিদা ফমহল্লম্মী। মহাক্না হায়রক্লম্মী

- "ঐগী মিং স্যেইক আবদুলাহ...., আবদুলা হায়না অদুম কৌবীরবসু য়াই। নহাক্কী মরুপ অশোক্কা য়াম্না মুন্না খঙনজে। মহাক্না ৱারী শান্নবদগী অদোমগী মরমদা য়াম্না খঙজরে। অদোম মনিপুরদগীনি হায়বসু তাজরে। কোলেজ শুটি থারিবা মাল্লে। কনামত্তা লৈরমদবা অদুদা অদোমসু শুটি শোয়দনা চংলমগনি হায়দুনা খল্লম্বনি। মখাদা লৈবা মেশতা চঙদুনা হংজবদা মনিপুরদগী ছাত্র অমদি লৈ হায়বা পাউ ফংবদা, অদোম শোয়দনা ওইরমগনি খঞ্জদুনা থীজরকপনি। লাইবক চান্নবা হায়গদ্রা হেক থেংনরে। অদোমগী মিং......। মনিপুরদগী....?

আবদুলাগী ৱাহৈশি অদু তাবদা ঐ পুমঙক ঙক্লা থোক্লম্মী। মহাক্না ঐগী মরমদা লোয়না খঙলমলিবসি অশোক্লা শোয়দনা তম্বা ওইবমগনি হায়বা ঐ খঙলম্মী। আবদুলাগা ঐগা হান্না খঙনখিবগুম্না ৱারী শান্নরম্মী।

স্যেইক আবদুলানা মখা তানা অমুক হায়রক্লম্মী

- "ফরে...., ঐ করিগুম্বা খরা হাযজগে হাযদুনা লাকচর্বনি। কনাগুম্বী অমনা অদোম্বু উন্নসি হায়রকপদগী পাউ পীজবা লাকচর্বনি। করিমত্তা চিংনবীগনু। ঐ পীজরমলিবা ঠিকানা অসিদা নুংথিল পুং মবিবোম তাবদা অমুক্তা লেংবীরকউ।"

ঐ তিঙঙক মায়ঙক্লনা, হাযফম খঙদনা ঙাইহাক লৈবম্মী। মতাং অদুদা পুন্সিগী অমুক্তা উন্নদ্রিবা আবদুলনা চে মচেৎ অমা লানশিল্লক্লম্মী। চে মচেৎ অদুদা ছাপা ময়েক্লা ইরি,-

"মিস রোজি ডিসোজা এম, এ, পি, আইচ, ডি (সাইকোলোজি) উদীপী।"

স্যেইক আবদুলাহনা অদুদি ঐ অমুক য়ৌজরগে, শোয়দনা লেংবীরকউ হায়রল্লগা ঐগী কাদগী থোকপ্রে।

স্যেইক আবদুলাহ চংখ্রে। মাঙদা টেবল মথক্তা তারিবা চে মচেৎ অদুদা ইরিবা ঠিকানা অদু মুন্না য়েংলগা ইতোমতা খঞ্জক্লরি। কনা ওইরমগদবগে মিস রোজি হায়রিবা অসিবো, করি মরমগীদমক মানা ঐবু উন্নসি হায়দুনা কৌরিবা?

ঐবু চৎসিরা চংকনুসিরা ! মিস রোজি ডিসোজাগী ঠিকানা য়াওবা চে মচেৎ অদু ঐগী ডাইরিগী লমাই অমা ফাক্তোক্লগা হাপচিল্লম্মী।

অশোক্না থারকপা থৌরাংনা পানিংদুনা লৈরিবা চিঠী অদু হাংদোক্তুনা পারম্মী।

তাং ৩।৯।১৯৬৯ ইং
জলগাউ,
মহারাষ্ট্র ।

নুংশিজরবা মরুপ,

সপ্রেম নমস্কার ।

ঐ য়ুমদা খুদোংথীবা অমত্তা য়াওদনা থুংলে। দাদানা রেলৱে ষ্টেসন্দা ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐবু উবমক্তদা মহাক খোঙলৈ থুনা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লম্মী। ঐনা দাদাগী মখোঙ শোক্তুনা খুরুম্বদা মহাক মমিৎতগী মপী তাদুনা মখোল থোকনা কপ্লম্মী। কপ্লা কপ্লা ঐবু কোনখৎপীরম্মী।

নুমিদাং অদু দাদাগা লোয়ননা চাক চামিন্নরম্মী। চাক চারিঙৈ মতমদা, নহাক্কী মরমদা দাদাগা ইবান্নি ৱারী য়াম্না শাই। নহাক্কী উইল কনবা অমসুং আশা চাউবা অদু খঙবদা দাদানা নহাকপু য়াম্না থাগৎলি। ঈশ্বরনা নহাক্কী নিংজবা খুদিংমক থুংহনবীবা ওইসনু হায়দুনা দাদানা শোল্লি। ঐনা হান্না তোয়না ইখিবা চিঠীশিংদা নহাক্কী ৱাবীশিং য়াওবা মবম্না দাদানা নহাক্কী নগুন, নশক উদ্রবসু খঙখ্রবনি।

নহাক শোযদনা য়ুম চংলমলোই হায়বা ঐ খঙই। নহাক্কী য়ুমদগী পৈশা থাবক্লমলোই, ফংলমলোই। ঐনা ঐঙোন্দগী নংগী নয়ুমদা চংনবা পৈশা খবা লৌহৌ হাযবসু নহাক্না য়াখিদে। নতোমতা মনিপালদা লৈবা য়াম্না নুংঙাইরমলোই। য়ারিবমখৈ ঐসু থুনা লাক্লবা হোৎনগে।

দাদাগা লোইননা তীর্থ যাত্রা চৎপা তারি। মহাক অহল ওইশিল্লকপা অসিদা দ্বারিকা, হরিদ্বার, ঋাশিকেশ, পুরিনচিংবা লাইফমশিংদা চৎনিংই।

থোইদোকপা ইনিংঙাই লৈত্রে নুংশিজরবা মরুপ। ঐনা হাযজগদবা হায়ববু, ৱাখল পীকথবীগনু, আশা চাউনা লৈবীয়ু। করিগুম্বা শুতি মনুংদা শিজিন্ননবা পৈশা- নুংশা দরকার ওইরবসু ঐঙোন্দা খঙহল্লকউ। ঈশ্বরনা নহাকপু থৌজানবীবা ওইসনু।

নহাক্কী মরুপ,
অশোক।

চিঠী অদু পানা পানা মিৎতগী পি তাখিবা খণ্ডহৌদে। চিঠীগী লমায় অদু ঐগী মিৎতগী শিঙ্গুরকপা পিরাংশিংনা পুমচোৎ চোৎলম্মী। ঈরুজকম কাদা চঙগা মায় মিৎ তাথোক্লগা মেশতা চাক চাবা চৎলম্মী।

নুমিদাং পুং অহুমমখায়রোম তারম্লগনি। মিস রোজিগী মনাক্তা চৎসিরা চৎকুমসিরা হায়না, খঞ্জানাদুনা লৈরম্মী। ঐবু করি মরমগী কৌরিবনো হায়বসিদি খণ্ডনিংবা পোক্লম্মী।

চৎলগে হায়না লেপ্লে ঐ, মিস রোজিগী মনাক্তা। মনিপালগী টাইগব সার্কলদগী বস ফাদুনা তোংলগা উদীপী তান্না লাক্লম্মী। উদীপীগী বস থাফমদগী কল্পনা টোকিজ তান্না খোঙনা চৎলম্মী। অনকপদা লৈবা দুকান অমদা মিস রোজিগী ময়ুম হংলম্মী। হংবা ফাওবা হংফাৎত্রিঙৈদা লৈফম তাক্লক্লে। মীনা য়াম্না মশক খঙবা মমিং চৎপা নুপী অমা ওইবমগনি হায়বসি ঐগী ব্রাখলনি।

কল্পনা টোকিজগী অৱাংথংবদা লৈবিবা লম্বী অদুদা খরা চঙশিল্লগা অচৌবা দোলাল অমা উবক্লম্মী। দোলাল অদুগী কোম্ঘোংদা মিংগী কোম্পাক অমা থেৎতুনা লৈবম্মী। কোম্পাক অদুদা মিস রোজিগী মমিং ইবম্মী। কোম্ঘোং চংফমদুদা অহল অমসু তুল অমদা ফমদুনা লৈবা উবক্লম্মী। অহল অদুদা হংবদা মিশ রোজিগী ময়ুমনি হায়রক্লম্মী অদুগা মহাক্না থোংশংবনিসু শক্তাকচবম্মী। মহাক্না কোম্ঘোং অদু হাংদোকপিদুনা যুমজাও অদুদা ঐবু থিনজিনবীরম্মী। অহল অদুদি মপান্দা অদুম লেপ্তুনা লৈহৌরে।

য়ুমগী থোঙ অদু হাংলি। অশাংবা চৎফম অদুগী য়েৎলোম মায়রোমদা কা কয়ামরুম লৈবা উরম্মী। অহানবা য়েৎথংবা কা অদুদা মিস রোজিগী মমিং থাবা কোম্পাক মচা অমা অমুক থেৎপা উরক্লম্মী। থোঙ অদু থিংজিল্লি অদুবু সোদি লোন্দে। ঐনা 'তক' 'তক' থীল্লবদা কাগী থোং অদু হাংদোরক্লম্মী। ঙসাই ঐগা থেংনখিবা আবদুলা লেপ্তুনা লৈবা উরম্মী। মহাক্না ঐবু হরাও হরাওনা কৌশিল্লম্মী। ওফিস মানবা কা অদুদা চৌকিদা ফমদুনা লৈরিবী নুপী অদু মিস রোজি শোয়দনা ওইরমগনি হায়বা ঐ খঙবা ঙম্লম্মী। ঐনা হংলম্মী,

- "অদোম মিস রোজি ওইবীরব্রা?

- মানি, ঐ রোজি ডিসোজানি

- ঐ মনিপালগী মেডিকেলগী ছাত্র অমনি। ঐগী মিৎনা ....। অদোম্না অযক্তা সোইক আবদলাহদা পাউ থাবীরকপা অদু ফংজদুনা লাক্লিবনি।

- ঐ নহাকপু খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈজরমলিবনি, লেংশিনবীরকউ, চৌকিদা ফম্বীয়ু। (আবদুলাদা ওনশিল্লগা) আবদুলা নং নংগী নখৌ চৎলুরো, হৌজিক্তি য়ারনি।

সোইক আবদুলানা ফনি মিস হায়রল্লগা ঐঙোন্দা হায়ফেৎ নোক্লল্লগা মপান থোকখ্রে।

ঐ মিস রোজিগী টেবলগী মমাঙদা থারিবা চৌকি অদুদা ফম্লম্মী। মিস রোজিগা ঐগা মায় মায ওনশিন্নদুনা ঙাইহাক য়েংনরম্মী। মহাক ফম্লম্বদগী হৌগৎলগা তুংলোম থংবা অম্বারি হাংদোক্লুনা চে চাং খরা থিরি।

মিস রোজি ডিসোজা চহী কুম্লালোম শুরম্লগনি। মায়থোঙ অদু তনৌ তনৌবি। রাশি য়াম্না লৈ। ফিজেৎ ইচম চম্মী, অঙৌবা পাম্বোম চোনবী ফুবিৎ অমা লিংলি, অঙৌবা মচুগী অথাবা সারী অমা, শেংলি। মহাক্কী চল্লবী ফিজোল অদুনা মহাক্কী নহা ওইবগী ফিভম অদুদি লোৎতুনা থম্বা ঙম্লমদে। তুং ওম্থোক্লগা অম্বারিদগী ফাইল থিরিবী মহাক্কী শাওং শাদা অদু য়েংবদা কল্লকনিংঙাই মশক ওইরম্মী। অশাংবা মশম অদু শম্বাংদোং ফজনা শেম্লগা পুনখৎলি। মিনিট খরগী মতুংদা অম্বারি অদুদগী ফাইল অমা পুথোবক্লগা মহাক্কী ফমফমদা অমুক ফম্লম্মী। রোজিনা হায়বক্লম্মী,

- "নহাক্কী পুক্নিগী মরমদা অশোক্তগী লোয়না খঙলে। নংগী থৌনা ফবা অমসুং উইল কনবা অদু থাগৎতবা ঙমদে। কবিমত্তা হংগোইবীগনু। ঐ সমাজগী থবক তৌরিবী নুপী অমনি। নহাক্কীদমক্তা কবিগুম্বা মতেং খরা পাংজনিংদুনা কৌজবনি।"

ঐনা য়াম্না ইকাইনা রোজিদা হংলম্মী,

- "করিনো....? করম্বা মতেংনো মিস....?"

- " ইন্দো জরমন সোসাইটিদগী চে অমা লাকই। সোসাইটি অসিনা লাইব্রিক তম্লিবা লাইববা ছাত্রশিংদা চহীগী ওইনা লুপা লীশিং অনি অনি ওইনা পীনিংই। হায়বিবা শেনফম অসি চহী খুদিংগী লাইবিক তম্বা লোইদ্রিফাওবা পীগনি। ছাত্র অদুনা লাইরিক তম্বা লোইবদুনা থবক তৌবা হৌরবা মতুংদা, শেন্দোয় য়াওদনা শিংগদবনি। নহাকপু য়াম্না হস্তনা খনবগী ব্রাফমদি নংচদে। মতেং খবা ওইগদরা খঙবগী ব্রাফমতনি।"

মিস রোজিনা নোকমি নোকমি তৌনা ফাইল অদু ঐঙোন্দা পীরম্মী। ফাইল অদু হাংদোক্লুনা চেশিং অদু পাদুনা হাইফেৎ য়েংলম্মী। ঐগীদমক্তদি য়াম্না

ফবা ব্রাফমনি হায়রগা ফাইল অদু রোজিদা অমুক শিন্নরম্মী। রোজি য়াম্না হরাওনা উরম্মী হায়রক্লম্মী,

"করি চাগনি ঐগীদা লাকপদি (রোজিনা টেবল মথক্তা খিল্লিবা মী কৌননবা কোল্লিং বেল অদু ঙৌরোক ঙৌবা খুৎশাশিং অদুনা নল্লগা খিঙলম্মী), কোরগপা........, কোরগপা..........।"

মপান্দগী খুন্নক্লম্মী,

"মেদাম, করি তাকপীগদৌবা?"

ঙসাইগী গেটতা লৈহৌবা হনুবা অদু চঙলক্লম্মী। মাগী মমিং কোরগপা কৌবা জাৎনি। মিস রোজিনা য়াথং পীরম্মী,

- "কোরগপা, চা অনিখক্তা পুরকউ, কোফি ওইরবসু য়াই।"

কোফি কপ অমমম থকমিন্নরবা মতুংদা ঐহাক মিস রোজিদা চংলগে হায়রম্লগা মনিপাল যৌরকখি।

শুতিগী মতম লোইশিল্লক্লদুনা ময়ুম ময়ুমদা চংনখিবা ছাত্র ছাত্রী খরা খরা লাক্লবা হৌরে। পরিক্ষা হায়দোক্কদৌরে হায়বগী পাউ ফংলম্মী। উন ব্রাইমুক চিক্লম্বা মনিপাল খরা খরা নিনবা হৌরক্লম্মী।

অহানবা এমবীবীএসকী পরিক্ষা হায়দোক্লে। চিয়া অশোক অমসুং ঐ- ঐখোয় অহুম পাস তৌরে। মথং মথং চিয়া অমসুং অশোক পরিক্ষা পাস তৌবে হায়দুনা চিঠী ইখ্রে।

চিয়া কুইসেং অমসুং অশোক মেহতা থুংলবা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

খঙহৌদে অশোক থুংলরে। চিযাসু য়ৌবক্লে। ঐখোয় অহুম অমুক উন্নবদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈবমদে। অশোক্কী কাদা ঐখোয় অহুম পুন্দুনা ঙাইহাক পুঙ্গোই ব্রারী শান্নরম্মী। চিয়া পোৎ- চৈ লোইশিল্লুখিগে হায়দুনা ঐখোয়গী কাদা চংখ্রে। অশোক্কী কাদা ঐ অদুম লৈহৌরি। ইবানিতা ঙায়হৌরবদা মহাক্না অমুক হায়রক্লম্মী। মহাক্কী দাদা (মপুবোক) মশা য়াম্না কল্লি। থীর্থ পুম্নমক চংলুবদগী অমুক্তা হেন্না কনখৎখরে।

ব্রারী লীনা লীনা মহাক্না ময়ুমদগী পুরকপা পোৎ- চৈশিং অদু মথং মথং পুথোরক্তুনা ঐঙোন্দা উৎলি। মমৈথংদা চেগী উপু মচা অমা ঐঙোন্দা পীরম্মী। ঐনা হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা য়াম্না ফজবা ষ্টেঠোসকোপ অমা য়াওরম্লে। মাগীসু চেগী উপু অমদগী লৌথোরক্তুনা ঐঙোন্দা উৎলম্মী। হরাউমনখিদুনা হৌনা নোকমিন্নরম্মী।

নুমিদাং অদুসু, অশোক্কী কাদা ফমিন্নদুনা মতম অদুম লেল্লম্মী। মতম খরা উন্নরুদবগী হৌনবা ৱারী ৱাতাই য়াম্না শারম্মী। অশোক্না মিস রোজিগী মরমদা ৱা হৌদোরক্লম্মী, "মহাক শোয়দনা উন্নবল্লগনি। ঐনা য়ুমদা শুতি চৎলমদাই মতমদা থবক খরা মঙোন্দা শিন্নরম্বনি। হান্নসু, মঙোন্দা ঐনা নংগী মরমদা ৱারী লোইনা শাখ্রবনি।"

অসুক কুইনা চহী অমরোম তিন্নবকপা অসিদা অশোক্না নোংমতা ঐঙোন্দা মিস রোজিগী মরমদা পনখিদে। নুপী পনবা য়াদবা অশোক্না করম্না মিস রোজিগা অশুক নক্না তিন্নবম্বগী মওংদা ৱারী শাবকপসি তাবদা অঙকপা পোক্লম্মী। হৎনিংবা পোক্লম্মী। অদুবু হংলুদ্রে।

ৱারী শানা শানা লৈবনা মতম হৌখিবা খঙহৌদে। নোংয়াই মতুং পুং অমরোম তারে। থেঙলে হাযদুনা অশোকী কাদগী ঐগী কাদা লাক্লম্মী।

নোংঙাল্লকপদা মঙাইহিরি। পবিক্ষা পাস তৌবগী নুংঙাইবা ফোংদোকপা ওইনা মিস রোজিগী মনাক্তা চৎলুসি হাযদুনা অশোক ঐগী কাদা লাক্লম্মী। ঐসু লোইশিল্লগা উদীপী তান্না বস তোংদুনা অশোক্না ইবান্নি চৎমিন্নবম্মী।

লম্বীদা চৎনা চৎনা ঐনা অশোক্তা মিস রোজিগী মরমদা হংলম্মী। মহাক্না কবম্না খঙনরকপা হায়বদুদি শুকহংবু হংলুদ্রে। অদুগী মহুৎতা, মশক মতৌ অসুক য়াম্না চংখোল্লবী রোজিনা হৌজিক ফাওবা যুম পান্দনা লৈবিবা করিগীনো হংলম্মী। অশোক্না মিস রোজিগী পুন্সিগী ৱারী মতেক অমা লীবম্মী।

রোজি ইনাক খুনবা ইমুংদা পোকপীনি। মমা মপাগী মদোম পোকচবী মমোম্নি। য়াম্না হাযবা ইনবী, মরম ওকপী নুপী মচা অমা ওইনা হৌরক্লম্মী। ধর্ম্মদা লুপখিবনা, পুন্সিগী ৱাহন্থোক থীবদা, মথোক কাবকপগী অকে অমৌদা থৱায় কয়া য়াওবমদে। লাইরিক লাইশুদসু যাম্না থৱায় ষাওবম্মী। লাইরিক তম্না তম্না সমাজগী থবক কয়ামরুম তৌবা হৌবকখি। সাইকোলেজিদা এমএপিআইচদি লোইববা মতুংদা কোলেজগী লেকচবব ওইনা থবক তৌবি।

রোজিগী লুহোং খোংদোংবা মতম যৌবক্লদুনা মমা- মপানা মতিক চাবা নুপা অমা হায়নরম্মী। মহাক্না লুহোংবা অদু শুকযা যাখিদে। ইমুং- মনুংদা উংখৎনবা, খৎন- চৈনবা য়াম্না থোকখি। অদুবু রোজিনা ঙমদুনা মহাক লৈশাবী ওইনা লৈরিবা অসিনি।

রোজি খৃষ্টন ধর্ম্ম চৎপা ইমুংদা পোকপী, খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপী ওইজরবসু,

ধর্ম্ম খুদিংমক চপ মান্নবা লৌই, ধর্ম্ম খদিংমক্তা করি লৈবগে হায়না থিজিল্লিবা নুপীনি। হিন্দু ধর্ম্মদসু অঙকপা ফংনা থরায় য়াওই। পুক্নিবু মশক খঙননবা হোৎনবদা ৱাহং কয়ামরুম ঐঙোন্দা হংখি অমসু হংলি। মহাক্না ঐবু অৱাংবা থাক্তা থম্মী। ঐদি ইচম চম্না লাই নিংজবতনি।

য়ৌখিবা খঙহৌদে উদীপী। বসতগী কুমথরগা অশোক্কা ইবান্নি। মিস রোজিগী ময়ুমদা চৎলম্মী। চৎনা চৎনা, ঙাইহাক্কী ওইনা ঐনা খল্লম্মী,

- ঐখোয়গী অশোকসে রোজিগী ধর্ম্ম গুরুনি অদুগা রোজিনা অশোক্কী চেলা তারে।”

মিস রোজিগী ময়ুম য়ৌরে।

নহানগী হনুবা কোরগপাদু থোং ময়াদা ফমদুনা লৈবা উরম্মী। অশোক উবদা মহাক্না লেপখৎতুনা সলাম তৌরম্মী অমসুং হরাউ হরাউ কৌরক্লম্মী। মহাক্না হায়রক্লম্মী। মেদামদি থবক অমা চৎথোকখি। লাকপুদি লাক্লগনি, লেংশিনবীয়ু হায়দুনা হনুবা কোরগপনা ঐখোয় অনিবু মী ঙাইফম কাদা ফমহল্লম্মী।

অশোক্তি কানাদা মরোল য়াম্না হৈরবা জাৎনি। মহাক্না হনুবা অদুগা করি করিনো খরা ঙাংনরি। ঐসু য়াম্না মুন্না খঙবা ঙমদ্রবসু খরা মখৈদি মখঙঙী।

মিস রোজি য়ৌরক্লে। ৱেটিং রুমদা চংলক্তুনা অশোক্কা ইবান্নিদা নমস্তে হায়দুনা নোকমি নোকমি তৌদুনা লেপ্লরে। অশোক্কা ইবান্নিসু মঙোন্দা ওনশিন্দুনা ‘নমস্তে’ তৌরম্মী। তুংথা মাঙথা ঐখোয় মাগী ওফিস কা মনুংদা চঙলম্মী। মহাক্না চৌকিদা, অশোক্কা ইবান্নিনা মাগী টেবল মমাঙদা থারিবা চৌকিদা ফম্নম্মী।

ৱারী ৱাতাই ঙাইহাক শান্নরবা মতুংদা অশোক ঐখোয় অনি এমবীবীএসকী অহানবা চহীগী পরিক্ষা অদু পাস তৌরে হায়দুনা হায়রম্মী। মিস রোজিনা ঐখোয় অনিদা থাগৎ ৱাহৈশিং ফোংদোরক্লি।

নহানগী ইন্দোজরমন সোসাইতিগী লোন লৌবগী ৱারী অদু লোইশিন্নদুনা শোই শাং পুম্নমক তৌরম্মী। অশোক্না শাক্কি ওইদুনা শোয় তৌরম্মী।

অশোক্কা ইবান্নি মিস রোজিদা তৌবীমল খঙবা উৎলম্লগা মনিপাল তান্না লাক্লম্মী।

নুমিৎ অদু নোংমাইজিংনি।

হোস্টেলগী ছাত্র অয়াম্বদি মোর্নিংসোগী সিনেমা য়েংবা চৎনখ্রে। চিয়াসু মাগী লৈশা মরুপ বুৱাংলিগা উন্নগনি হায়দুনা সরোজ সদান লেডিজ হোস্টেলদা চৎখ্রে।

অশোক ফিরোল অঙৌবা ঙাক্তা শেৎলগা ঐগী কাদা লাক্লম্মী। লেপ্পা লেপ্পা ঐঙোন্দা হায়রক্লম্মী

- "ঙসিদি জৈন মন্দিবদা বাবা উন্নবা চৎকনি। মিস রোজিশু ঐগা লোয়ননা লাক্কনি। নহাক লাক্কদ্র? লাক্কদৌবা ওইরবদি থৌরাং তৌরো তৌবদবু ঙসি অহিং লেক্লকপা য়াই। বাবানা লৈবিবা লম অদু খরা থাক্লী"

অশোক্কী ৱাঙাং তাবদা ঐ বাবা উন্নবদু য়াওনিংলম্মী। অদুগীসু মথক্তা মিস রোজিসু লাক্কনি হায়বি। ঙসিদি গুক চেলা অনিসে করম্মা লোয়নবগে হায়বদু য়েংবা তারেদনা। অশোক্তি এয়ার বেগ অমদা করি করিনো খরা পীক থক্লা হাপচিল্লগা পুবক্লম্মী। ঐদি করিমত্তা থওইদনা খোংগ্রাও ফুরিৎ লিৎশিল্লগা চৎলসি লাকও হায়দুনা অশোক্কা ইবান্নি থোকমিন্নবক্লম্মী।

লম্বীদা মিস বোজি ঙাইদুনা লৈবন্লে। হান্না হান্নগীগুম মহাক্কী ফিজেৎ ইচম চম্মী অঙৌবা সারি, অঙৌবা ফুরিৎ, মশম অদুদি শম্বাংদোং শাদুনা পুৎখৎতরে। বেনি লোল্লগা তুংলোমদা থাদরম্মী। বেনিদগী ফন্দোরকপা শগোল মমৈ মানবা মতোনশিং অদুনা তুল্লবা নিংদু অনিদুদা ঙা থেংদুনা, ফল ফল চোংদুনা, খেৎতুনা শান্নরি। য়েংবদা চহী তরানিপানগী লৈশাবী মাল্লম্মী। মিস রোজি ফনা য়াম্মা চমজববসু, ইচম চম্বা অঙৌবা ফিজোল শেৎচববসু, মহাক্কী হকচাংগী কয়াৎকী ফজবশিং অদুদি লোৎতুনা থম্বা ঙল্লমদে। অতোং অকুৎশিং অদু, অথেক অকোয়শিং অদু অমমমতা ঐগী মিৎশিনা মথং মথং উবক্লম্মী। নুপীবী বেগ অমসু লেংজুমদা, নংগন অমসুং থবক নপ্পা যাল্লি। ঐখোযবু হেক উবদা নমস্তে হায়রক্লম্মী। অদুদগী ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা অমুক হাযবক্লম্মী,"

- "ও ! নহাকসু য়াওবক্লি। যাম্মা নুংঙাইবগী ৱানি। ঐখোয়গী গুরুগী মতুং ইমিন্নবা তাবনি।"

- "হোয মিস ঙসিদি ঐসু অশোক অমসুং নহাক্কী নতুং ইল্লক্লিবনি। বাবাগী মনাক্তা ঐসু চৎনিংদুনা লাক্লিবনি।"

- "য়াম্মা ফৈ ! নং বাবাবু অমুক্তা উবমখিরোই হেক উবদা অঙকপা পোক্কনি। মহাক মশাগী চহী ১০৫ (চামগা মঙা) শুরে। যোগ্যগী শক্তিনা হৌজিকফাওবা মশাদা অনাবা অমত্তা পক্তনা লৈরি। মহাকপু উন্নবা লাক্লিবা মী খুদিংমক বাবাগী নুংগী ওইবা তেংবানবা মপুনা পীবীবা পুক্লিংগী পাঙ্গলনা চিংশিন্দুনা য়েংলগা অৱা অনা কয়া কোকহনবা ঙম্মী। ঐনা হায়জবদি খবতনি, বাবাগা উন্নরগা হেন্না খঙবীগনি।

মিস রোজিগা অশুম্না ঙাইহাক ৱারী শান্নরিঙৈদা বস থুংলরে। অশোক্না বসতা কাখৎলসি হায়রকপগী মতুং ইন্না ঐখোয় অহুম বস তোংলম্মী। মমাঙথংবা অহাংবা ফমফম অমদা অশোক ফমগ্রে। মিস রোজিগা ইবান্নিদি মনিংথংবা সিট অনি হাংলম্না অদুদা ফম্মিনরম্মী।

রোজিগা ইবান্নি ৱারী শানা শানা লাকপনা পুং অহুম হৌখিবা খঙহৌদে।

ঐখোয় অহুম বসতগী কুমথরম্মী। খোঙনা মতেক খরা চংলম্মী। খরা চংলগ সমুদ্রা মপান য়ৌরম্মী।

মতম অদু নুংথিলগী পুং অনিরোম তারম্লগনি। নুংশা য়াম্না শামনখিবনা হুমাং মরিক মরিক শিন্থুরি- লাইবক্তগী, খৌরিদগী, শেগ্রাক্তগী হকচাং পুম্নমক্তগী। রোজিগী অখাবা অঙৌবা ফুরিৎ লিংলিবা সেগ্রাক কারক অনিদু হুমাংনা পুংলুপ লুম্না উরম্মী। সমুদ্র মপাল য়ৌরকপদা খরা ঈংবগুম্লম্মী। যুবী অশংবা য়োনবা দুকান মচা অমদা চগুদুনা ঐখোয় অহুম যুবী মহী থক্লম্মী। রোজিগা ইবান্নিদি নোকখেদুনা ৱারী শারি। ফুরিংখাউ হুমজিন্দুনা য়েংলুবদা রুমাল য়াজ্রওরমদরে। রোজিনা মহাক্কী বেগ মনুংদগী রুমাল অমা লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পীরি। রুমাল অদু দরকার ওইরবনিনা ঐসু লৌরি। লৌরগা ঈরুজবগুম চোংলবা মায় অমসুং ঙকশম তৈথোক্লি, ঐনা মিস রোজিদা য়েংনা য়েংনা, নোক্লা নোক্লা সমুদ্র মপান অদুদা ঙাইহাক পোখাৎলবা মতুংদা মোটোর বোট লাকপগী মখোল তারক্লম্মী। হিথাংফম তান্না চংশিল্লম্মী। মিকুপ খরগী মনুংদা মোটোর বোট অদু য়ৌরক্লম্মী। ঐখোয় অহুম মোটোর বোটতা কাখৎলম্মী।

অঙকপা খোংচৎ হায়বদুনি। পুন্সিদা অমুক্তা মোটোর বোট তোংখিদ্রি, সমুদ্রদসু হি হোন্দুনা চংখিদ্রি। মোটোর বোট অদুনা ঐখোয়বু সমুদ্রগী তোর্ববান্দগী লাগ্না পুথোকখিরম্মী। অনকপদা লৈহৌবা খুঙ্গংশিং, চাউরবা ৱাংলবা যুবী পাম্বীশিং হিনা লাপথোরকপগী মতুং ইন্না শিশক শিশক শিক্লা উরক্লম্মী।

মায়কৈ মরিমক্তা শংবানবা ইপোম নাইরবা ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তা শন্দোক্লুনা লৈরি। রোজিগা ইবান্নি সমুদ্রগী ফজবা অদু মিৎ কুপতনা য়েংলি। মরক মরক্তা খুৎ নামনা সমুদ্রগী ঈশিং অদু শোক্লগা চাইশিন্নরি- রোজিগা ঐগা। ঐনা ঈশিং চাইশিনবা অদুদা মহাক্না চোংলবা মায়খোঙ অদু পুরদুনা ঈশি- শিনা নোক্লি, য়াতোন ইরং লংনা। ঐসু নোক্লি, মহাক্না নোকপদু উরগা থম্মোয় পেম্না। মহাক্কী মতৌ অসিদগী, মিস রোজি সংসারগী অপাম নুংশিগী ৱাখল লৈ হায়বসি খঙবা ঙম্লম্মী।

ঈশিংগী ঈমায় খেংনা উচেক কয়ামরুম অরাপ্পদা পাইরি। ঙামীশিংগী হি কয়ামরুম, অনকপদা, অরাপ্পদা হোন্দুনা লৈরি উরি। মিস রোজিগী থম্মোয়দা হৌরক্লিবা নহা ওইবগী ঈথিলনা শংবানবা সমুদ্রগী পাক্লবা ঈমায়দা ঈপোম নাইনা, ঈরায়- ঈনিল য়াওনা শন্দোক্লুনা লৈরিবা অদুদা ঐগী রাখলগী লেমলৈনা ইরোইদুনা ঙাইহাক শান্নরিঙৈদা, অশোক মোটোর বোটকী মনিংদা তুমিন্না ফমদুনা লৈরি হায়বা কাউথোকলুরে। অশোক্তি ঙসাইমখৈ ঐখোয় অনিনা শান্নরিবা লিলা অদু মিং কুপ্তুনা য়েংলমলিবা জাৎনি। ঐনা অশোক্তা কিনা য়েংলুবদা, মিস রোজিগা ঐগা ইকাইখিনি হায়বী মতাগুম উশিন্নদবা শাদুনা মমায় লৈথোকখিদুনা, থাপখ্রবা মালেমগা অতিয়াগা শম্নফমদা অশোক্কী মিৎয়েং থমখ্রি।

হিথাংফম য়ৌখিবা খঙহৌদে। সমুদ্র মপান্দা থৌজিন্দুনা মোটোর বোট অদু খান্নম্মী। ঐখোয় অহুম তোর্ববান্দা কাখৎলম্মী।

মতম ফনা য়াম্না থেঙজিল্লক্লে।

অয়ুক্কুগী চাক চাদনা লাকপনিনা, চাক লাম্বনা শিগদৌরে। লম্বীদা চানবা করিগুম্বা অমত্তা য়োনবা উরমদে। অশোক্তি বাবা উন্নদ্রিমখৈ চাক চারোই হায়রক্লে। মিস রোজিশু অদুমঙাই, অশোক্কী চেলানিনা। ঐ ইতোমতা কদাইদগী চারুগনি। লান্নবসু লাম্না বাবগী আশ্রম য়ৌদ্রিফাবা খাঙবা হায়বদুনি খল্লক্লে।

অশোক্তি বাবাগী আশ্রম য়ৌদ্রিঙৈদা নুমিৎ তাখিবনা হানবা তারে হায়রম্নগা পরপ মাঙ থাগৎখ্রে। মিস রোজিগা ইবান্নি অশোক্কী মতুং ইন্দুনা চৎলম্মী। সমুদ্রগী খোঙবান অদুদা লৈবা খোঙ লম্বী অদুদা অসুম লাকপদা, ঙা ফাবা মী কয়ামরুম ময়ুম ময়ুমদা হল্লকপা থেংনরম্মী। ঙল্লিঙৈদা রা পঙঙাংদা ঙাংনরম্বা রোজিগা ঐগা, চাক লাম্বগী মৈচাক্লা হেনমনখিবনা, হকচাং হকচাং পুরদুনা, চোকথনা তুমিন তুমিন চৎলি। খরা চৎলগা রোজিনা হায়রক্লম্মী, - "ঙাইহাক পোত্থাখিসিবা, রাবনা শিগদৌরে . . . ।"

উম পোত্থাখিশি হায়দুনা খোঙলম্বী অদুগী মপান্দা হৌবা য়ুবী পাম্বী অচৌবা অমগী মখোঙদা ফমথরম্মী ইবান্নি। ফিদা য়াওদনা। মাঙগী লম্বীদা য়েংখিবদা অশোক উবা ফংখিদরে। ঐনা রোজিদা হায়রম্মী,

- "অশোক্তি উবা ফংদরে, করম্না চৎকনি বাবাগী আশ্রম য়ৌনবা . . . ?"

- "লম্বীবুদি খঙই, য়ৌনবা বাবাগী আশ্রম। অদুবু মহাক্তি লেপ্পরোই, য়ৌদ্রিফাওবা বাবাগী আশ্রম।"

মিস রোজিনা অশোক্কী ধর্ম্মগী পুক্লিগী মরমদা ঐঙোন্দগী হেন্না খঙবদুদা, নুংঙাইত্তবা অমদি ফাওরম্মী পুক্লিংদা। মতম পুন্নমক্তা রোজিনা অশোকপু থাগৎতুনা ঙাংবা অদুদা মবান্নি অসিবু অতোপ্পা মরি লৈনবা জাৎলা হায়দুনা পুক্লিংদা চিংনবা অমা হেক হেক পোক্লম্মী। ঐনা অমুক,

- "মিস ....., চৎলসি থেঙখ্রগনি। নং বাবা খর ফরব্রা...?"

ফরে চৎশি হায়দুনা ইবান্নি তুংথা মাংথা চৎলম্মী।

সমুদ্র মপানগী লম্বেল অদু থাদোক্লম্লগা খুল্লক্তা হাইজিনন্ত্রিবা লম্বী মচা অদুদা রোজিগা ইবান্নি চৎলম্মী - মানা মাঙ থা, ঐনা তুংথং। লম্বেল অদু অসুম অসুম চংশিল্লগা অহাংবা লমহাং অমা থেংনরম্মী। লমহাং অদুগী অরোইবদা শুক্লবা উমং বামংনা পীক থল্লবা চীঙ অব্রাংবা অমা উরক্লম্মী। চীঙ অদুগী মতোন্দা লৈবা ঙৌরোক ঙৌবা মন্দিব অদুশু উবা ফংলম্মী। রোজিনা মখুৎনা থিন্দুনা ঐঙোন্দা তাক্লম্মী,

- "তু.... আদগী মন্দির অমা চীঙদোল্দা উরিবা অসি বাবাগী অশ্রমগী মন্দিবনি। মন্দির অসিগী নাকলদা ধর্ম্মশালা অমা লৈ। মনিংলোম থংবদা পুত্রি মচা অমসু লৈ।"

মিস রোজিগা ইবান্নি চীঙখোঙ য়ৌরম্মী। বাবনসু লোইরে। পুক অসিসু থবৎতংলে, চাক লাম্বনা। চীঙদোল করম য়ৌগনি। মিকুপতুগী বাখলনি। রোজি লাকও, বাবা উন্নবা উন্নদবা ঐ খঙদে, চাক লাম্বনা শিগদৌরে হায়দুনা মহাক্কী মখুৎ পায়দুনা চীঙ অদু কাখৎলম্মী। চীঙয়াঙ য়ৌরক্পা কান্দা রোজি খঙহৌদনা খুদি থীদুনা তুশিনখিরম্মী। ঐনা মাবু কোকখৎলগা চিংখৎপিরম্মী। চীঙদোল তম্না অমুক কাখৎলম্মী।

উচিন নাচিন্না বাবাগী আশ্রম য়ৌবে।

আশ্রম য়ৌবা মতমদদি অশোক্তি অঙৌবা মচুগী পুময়াৎ পাইজমা শেৎতুনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈবমলে। মন্দিব অদুগী মমাঙদা লৈবা মন্দব অদুগী মচি অমদা খোঙগ্রাই চল্লগা ফমদুনা পুজাবি ময়ামশিং অদুগা ব্রাবী শাদুনা লৈবমলি।

মিস রোজিবু উবদা ময়াম অদুনা হরাউ হরাউ কৌরি। ঐখোয়গী থুংফম কাদুদা চঙদুনা ঙাইহাক পোখারি। রোজিসু নুপীগী থুংফম কাদুদা চঙখ্রে। ইকুই কুইদনা ফিরোল খরা পাইরদুনা ঐবু কৌবা লাক্লম্মী। মহাক্না হায়রক্লম্মী,

- "হৌজিকফাওবা ফি হোংদোকত্রিবরা, হোংদোকপীরো। মনিংদা লৈবা পুত্রি অসিদা ঈরুজবা চৎলসি।"

- "হুম ঐদি যাবেদা ! ঈরুজববোই, মায়মিৎ তাথোক্লগা তোক্লগে।"

- "এ.... য়ারোই, অশোক্কা শাউরক্কনি। ঈরুজদ্রবদি বাবাগী মনাক্তা চঙবা য়ারোই লোইশিনবীরে।"

রোজিনা হায়বা অদুদা উপাই লৈত্রদুনা অশোক্কী বেগ অদু হাংদোক্লগা য়েংলুবদা ফিরোল লোইনা য়াওরম্লে। থোঙ অদু হায়ফেৎ ঙাশিল্লগা ফিরোল হোংদোক্লগা গমশা অমা য়ানশিল্লগা রোজিগী মতুং ইন্দুনা পুখ্রি তান্না চৎলম্মী।

নুমিদাংবাইবমগী তারমদাইগী নুমিৎকী মশেক্কা চীঙমাই অদুদা য়ৈররি। চীঙদোল অদুদগী য়েংখিবদা ইরাপ্ লাপ্তুনা সমুদ্র উবা ফংলম্মী। সমুদ্রগী ঈরাওখোল্ তৎতনা তাবি, নুংশিংনা হুন্নক্পদা অমুক্কা হেন্না হৌনা নাকোংদা য়ৈররি। মিস রোজিগী ফুবিৎ থোংদ্রবা, অপাবা সারি অমখক্তনা কুপ্পবা হকচাংগী কুচুঅদু কোরৌ মশেক্কা য়ৈবদা সনা অহিংবা মচুগুম নিংথীজরি। ঙসিগী অসিনা অহানবনী মহাক্কা অপাবা সাড়ী অমা শেৎলগা হকচাংগী অকুৎ অতোঙ খুদিংমক নিংথীনা উবা ফংলিবা। মতম কুইনা অথাবা ফিজোলতনা কুপতুনা থমখিবনা কুচু অদু চেরৈ অঙৌবদৌনা ঙৌরোক ঙৌনা উরম্মী। পুখ্রিদা লুপলুরগা অমুক কাখৎলকপদা নুপী ওইবীগী হকচাংগী কয়াৎ খুদিংমক ফন ফন লাউনা চোমথোরক্লম্মী। ঐবু মুন্না য়েংলগা, মরাল লৈরবা মী অমগুম্না, কুন্দো পরেংগুম ঙৌরোক ঙৌববা য়াতাশিং অদু উৎলগা নোক্লম্মী। লংত্রিক লংনা ইকুৎ কুৎনা উরি, অপাবা সাড়ীগী মরুমদা লোৎলম্বা, চোৎলবা সাড়ীনা খুম্বা থুংদ্রবা মহাক্কী খোইদৌ মতা ফজবী। পুম্নুম তাবক্লিবা পাম্বোম, থাবুম ফাববা থা অনি - পুম্নমক অসি উরুবদা ঙাইহাক্কী ওইনদি তরং- মালংদা হি হোন্দুনা অঙাওবা সংসার অমদা তাউররি। অসিগুম্বা কামগী মনি- মুক্তানা লৈতেংলবী কামিনি অসিনা, সংসাবগী অপাম নুংশি থওইদ্রবা অশোক্কা করম্না শঙ্কা ওইরুরিবনো খনবদা ঐ চিংনবা অমুক হেনগৎলক্লম্মী। ঙসি অশোক্কী মগুন খংদোক্কে হায়দুনা চপ য়ুংনা পুক্লিংদা নিঙলম্মী।

বোজি ঈকুজবা লোইবদুনা মফি হোংদোকখ্রে মচি অমদা। ঐবু থুনা লোইশিল্লকউ হায়রম্লগা কাখ্রে। পুখি অদুদা চোংথরগা লুপলম্মী। ঈরুজবা লোইরদুনা কাখৎলকপদা, পাপ পুম্নমক কোকপদৌনা হকচাং অসি খংয়াং য়াংলম্মী। খা ভারতকী মোন্দু অমা হোংদোক্লগা হকচাং অদু কাবক কাবক তৈথোক্লগা ঐখোয়গী কা তান্না লাক্লম্মী। কাদা লৈরম্বা অশোক্কা পুরকপা ফিবোল খরা শেৎচিল্লগা রোজিগা ইবান্নি বাবাগী মনাক তান্না চৎলম্মী।

মন্দিরগী নাকলদা লৈবা লৈনুং তম্না চঙবা লম্বী অদুদা চঙশিল্লগা থোঙ

মচা অমা হাংদোক্লম্মী। থোঙ অদু হেক হাংদোকপগা শুরুংগুম ইমম মম্বা লম্বী অদু থাক থাক মথং মথং অসুম কুমথখি। ঐদি মম্বদুদা কুমথবা হৈতদুনা ঙাইহাক চমমননা লেপ্পুনা লৈরম্মী। রোজিনা ঐবু খুদাং পায়দুনা লমজিংলি। খঙহৌদনা খোঙথাং চাদদুনা মাংলোমদা তুশিনগে তৌবদা রোজিনা ঐগী ঙাক্লৌ ওইরি। মমৈথংদা মঙাল খরা খরা ফাওরক্লম্মী। ঐখোয়না চঙশিনবগা লোয়ননা অসুম অসুম ঙাঙ্খোরক্লম্মী। মঙাল অদু থাউমৈগী মঙাল নংলমদে। মপান্দগী লাকপা মাল্লি, শুরুংগী অহোবা অমদা।

পুমহাং হাংবা অচৌবা কা অমা উবক্লম্মী। কা অদু অয়ুক নুংথিলগুম্না পুমঙান ঙাল্লম্মী। কা অদুগী মতাইদা ফমুং মচা অমা থাবি। ফমুংগী মনাক অদুদা ফক অনিসু থাদুনা লৈবা উই। ফমুংগা তাইনবা ফক অমদা বাবা ফমদুনা লৈবা উবক্লম্মী। বাবাগী মমাঙদা ফক অমদা অশোক বাবাগা ৱাবী শান্নদুনা ফমদুনা লৈরম্লে।

বাবাগী মশাদা ফি অমত্তা থোংবা উদে। মহাক্কী হকচাংগী শকক খুদিংমক ইঙান - ঙান্না উবা ফমলম্মী। মশম অদু জটা ওইনা তাবি। খদাংগী কোই অদু ঙৌরোক ঙৌরে। কোই অদু থবাক মখাফাওবা চোম্থবি। মিৎস্না অনিদু বাবাগী, ঈরং লংনা পাঙদুনা অশোক্তা পাউতাক কযামকুম পীদুনা লৈরম্বা উবম্মী। চহী চামগী মথক ওইজরবসু বাবাগী হকচাংদা অকাইবা ফিভম অমত্তা উবা ফংলমদে।

রোজিগা ইবান্নিসু বাবাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মখোঙ পাযদুনা খুরুম্নগা বাবাগী মনাক্তা ফক অমদা ফম্লম্মী।

বাবানা অশোক্তা ওনশিল্লগা অমুক হাযবা তাবম্মী,

- "অশোক নহাক্কী মপোক অতাংবনি। মীওইবগী সেবাদা নংগী পুন্সি অদু কখোকউ। কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ- মঙা অসিবু জয তৌনবা হোৎনৌ। মঙা অবু মাযথীবা পীবা ঙম্লবদি আত্মা মশক খঙগনি। আত্মাবু মশক খঙলর্বদি পরমাত্মা খঙগনি।"

অশোক মমিৎ উইশিল্লগা বাবানা হাযবদু তাবি। বাবানা নোকফেৎ তৌরগা রোজিগা ইবান্নিদা ওনশিল্লক্লম্মী। পুন্সিগী অৱা- নুংঙাইগী মরমদা বাবানা হংলি। রোজিদা পাউতাক কয়ামরুম পীরি। ঐগী মরমদসু অশোক্লা বাবাদা হান্না তম্বা জাৎনি। বাবানা ঐবু হান্না খঙবদৌনা ঐঙোন্দা হায়রক্লম্মী।

- "করিসু ৱাগনু। পুন্সি হায়বসিদি অচৌবা লানফম অমনি। নংনা নিংজরিবা পান্দম অদু শোয়দনা য়ৌগনি। নুপা থোকউ, নংগী আত্মাদা লোৎতুনা

লৈরিবা ঈশ্বরগী শক্তি অদু ফুদোকউ।”

অশোক, রোজি অমসুং ঐ, ঐখোয় অহুম বাবাবু মখোঙ শোক্লুনা হন্না খুরুম্লম্মী। বাবানা ঐখোয়গী কোক পায়দুনা নানবীবি। বাবাবু খুরুম্লমলগা মথক্তা কাখৎলক্লম্মী।

পুজারিশিংনা চাক এনশাং থৌরং তৌবা লোইবল্লে। ঐখোয় মযাম ফমিন্নদুনা চাক ঈশিং চারে। চাকচা তোল্লগা পুজারিশিংগা ফমিন্নদুনা ঙাইহাক ৱারী ৱাতাই শান্নরবা মতুংদা মতম থেঙজিল্লক্লদুনা মাগী মাগী তুম্ফম কাদা চঙনখ্রে।

বোজি মাগী কাদা চঙখ্রে। অশোক্ক ইবান্নিসু ঐখোযগী কাদুদা চঙলক্লুনা ঐগী ঐগী তুমফমদা তুম্লনবা থৌরাং তৌরম্মী। অশোক ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংলমদে। অদুম তুমথখ্রবা মাল্লে। হকচাং অসি ঙসাই ৱারকপনা চোকথবগী হায়রুরবদি ফমুংদা হেক তাবগা তুম্লগদবনি। অদুবু ঐ তুম্বা শুকযা য়াবমদে। ফমুংদা লোংনা হীপ্তুনা লৈবম্মী, মীৎ কবাক খল্লগা। ৱাখল ময়াম্না কোক অসি নোংলৈ নুংশিৎ শিৎপগুম্না নৈখাযবি।

মিস বোজিগী ঙসাই ঈকুজবা কাখৎলকপগী ফিভম অদু মিৎতা শংশং উবক্লম্মী। অমবোমদা অহল ওইরবা বাবানা ঐখোয়দা ঙাংখিবশিং অদু মথং মথং নিংশিংলি।

নোংয়াই মতুং পুং অমবোম তারে। ঐ তুম্বা য়াদদুনা ফমুংদা তুমিন্না হীপ্তুনা অদুম লৈবি। অশোক তুম্লম্বদগী ফুক লাউনা হৌগৎপা উরম্মী। হৌগৎলগা থোঙ হাংদোক্লগা মপান থোকখিরম্মী। মহাক্লা হেক থোকখিবগা ঐসু ফুক লাউনা হৌগৎতুনা মাবু তান্নবম্মী। থোঙ হাংদোকপদা কদোমদা চৎখিবনো হাযবা খঙহৌদ্রে।

খুনিং কাঙনা কাঙনা বোজিগী তুমফম কা তান্না চৎলম্মী। রোজিগী তুমফম কাগী থোঙ অদু তংখাই অমা হাংদুনা লৈবা উবম্মী।

পুক্লিংদা চিংনবনা পীক থল্লম্মী।

থোঙ মকুম অদুদা তুমিন্না লৈশিল্লগা চেপথদুনা মনুংলোমদা অমুক্তং য়েংলম্মী। কাগী থাউমৈ মুৎত্রি। ইঙাল ঙান্না থাল্লি। বোজিগী হকচাং কযাৎকী ফজবশিং অদু অথেংবা অহিং অসিদসু কায়দনা লৈবি। অশোক্তি লৈবা উবমদে।

অশোক অমসুং রোজিগী মরমদা ঐনা চিংনরম্বা খুদিংমক খুদক অদুদা লোইনা মাঙখিবম্মী।

অশোক্তি কদাইদা চৎগ্রে। ঐখোয়নিগী তুমফম কাদা অমুক হল্লক্কুনা য়েংলম্মী। অশোক লৈরমদে। অথেঙবা অহিং অসিদা মহাক কদাইদা চৎলিবনো, খঙনিংবা পোক্লম্মী।

মন্দিরগী নাকন্দা লৈবা শুরুং অদুদা তপ্না তপ্না কুমথদুনা বাবাগী মনাক তান্না চৎলম্মী। অথেঙবা অহিং ওইবনা তাইবঙ কনাগী খোঞ্জেল তারমদে। বাবাগী লৈফম য়ৌরমদাই় লৈপল মরুম অদুদা লৈশিন্দুনা য়েংবদা, অশোক বাবাগী মনাক্তা খোংগ্রাই চল্লগা ফমদুনা লৈবা উরম্মী। বাবাদি হান্না ফল্লন্বা অদুদগী শুকলেং লেংলমদে। ধ্যান তৌদুনা মমিৎ উইশিন্দুনা লৈবা উরম্মী।

ঐ কুইনা পল্থদ্রে। তুম্ফম কাদা হল্লক্লম্মী।

নোংঙাল্লকপদা অশোক অমসুং মিস রোজি হন্নবগীদমক্তা থৌরাং তৌবা লোইবল্লে। মিৎ মায পরপ পরপ তাথোক্কুনা, ঐগী ফিরোল শেৎচিন্দুনা অশোক অমসুং রোজিগী মতুং ইন্দুনা চীঙ অদুদগী কুমথরক্লম্মী।

- ঐখোয় অহুম।

## (২৪) আত্মাগী মরী

ঙসিদি ইহান হান্না মেডিকেল ছাত্র অমা ওইনাএপ্রোন লিংলগা, ষ্টেঠোস্কোপ পাইরগা চঙবা নুমিৎনি। অনাবা লায়েংবা তমগদৌরিবনি খনবদা পুক্লিংদা লাংতক্লবা ফাওরি।

এপ্রোন অঙৌবা অমমম লিং, ঙক্তা ষ্টেঠোস্কোপ অমমম য়ানশিন, ঐখোয ইমান্নবা মশেলমক্তা য়েংনবদা নুংঙাইবা, মযাইকাবা অমসুং ইকাইবা ফাওবন্মী।

অয়ুক্কী পুং মাপললোম তাগদৌবে। অশোক, চিয়া অমসুং ঐ ঐখোয অহুম হৌনদুনা হোসপিটাল তম্না চংলন্মী পরপ..... পরপ। বুব্রাংলি অমসুং সোনিযা সেটিসু লম্বীদা থেংনদুনা হৌনবগা চংমিন্নরন্মী। ঐখোয় ঐখোয়গী অতাবা ব্রার্ডশিং অদু হোসপিতালগী নোটিশ বোর্ডতা থেংপা উরন্মী। ঐগা লিগা, সোনিয়াগা ঐখোয় অহুম মেডিকেল ব্রার্ডতা তাবন্মী। অশোক অমসুং চিয়াগনা সরজরি ব্রার্ডতা তারন্মী। মাগী মাগী ব্রার্ডতা চংনবন্মী।

প্রোফেসাব শ্রীনিব্রাস বাওবু ঙাইবা ওইনা ব্রার্ডশিং অদু ঙাইহাক য়েংলি।

অনাবা মী কয়া পবেং পরেং ফমুংদা হীপতুনা লৈরি। খরনা নাবা ফগৎলকপগী হিংনিংবগী আশানা পীক থনবগুম মায়থোং মকা লাল্লি। খরা অমনা নাহেদুনা খাঙলি। অনাবা খরনা ওক্সিজেনগী মতেং লৌদুনা স্বর হোলহনলি।

অঙৌবা এপ্রোন শেৎপা ডাক্তরশিং, ছাত্র- ছাত্রীশিং ব্রার্ড তম্না লাক্লরি।

সেনিয়াব ছাত্র খবনা ঐখোয়বু অনাবা করম্না য়েংগদগে হায়বদু ফমুং খুদিংদা পুশিন্দুনা তাকপীরি। ঐখোয়সু মখোয়না তাকপীবগী মতুং ইন্না মমিং খর ফাক মবুক খরা মেৎতুনা যেংলি।

প্রোফেসার শ্রীনিব্রস বাও চংলক্লন্মী।

মফম অদু তুমিন তুমিন লৈরন্মী। প্রোফেসার য়াম্না চীঙলেম্না অতোপ্পা ডাক্তর তরামুক্লা মাগী মতুং ইল্লদুনা ব্রার্ডতা চংলক্লন্মী। ব্রার্ডতা তারিবা সিষ্টরশিংসু হৌগৎতুনা মাগী মনাক্তা চঙখিবন্মী। ঐখোয় ছাত্রা ছাত্রী ময়ানসু চংশিন্দুনা সারদা 'গুড মোরনিং' হায়বন্মী।

পোফেসাব বাওনা অনৌবা ক ারকপা ছাত্র ছাত্রী মখৈ অনাবা অমগী ফমুংগী অকোয়বদা মাগী মমাঙদা লেপহল্লন্মী। ঐখোয় অনৌবা কাংবুশিং ইশানা

ইশাবু শক তাকচরম্মী। প্রোফেসারনা অনাবগী মনাক্তা লেপ্প লেপ্পা অনাবা অমা করম্না য়েংগনি হায়বদু তাকপীরম্মী। অনাবা মী অদুদা পায়রদুনা, থিল্লদুনা তাক্লি।

ঙাইহাক তাক্লম্নবা প্রোফেসার রাউন্দ অমুক চঙখ্রে। অতোপ্পা ডাক্তর অমনা ঐখোয়বু ফমুং খুদিং পুসিন্দুনা মখা তানা অমুক তাকপীরি।

'মতম' ............. হৌখিবা খঙহৌদে। খামদুনা থম্বা য়ারমদে। নোংমনা সরজরি ৱার্ড, নোংমনা মিংকী, নাকোংগী, শরুগী, নোংমনা ওপরেসন ঠিয়েটরদা তাদুনা মথং মথং ফনা য়াম্না হৌজিনখ্রে।

নোংমগী নুমিৎ অমদনি।

মপান্দা নোংশু থিংলি থিংলি তারি। শুতি নুমিৎ ওইবনা হোসপিটালসু চৎত্রে। ঐগী কা মনুংদা, ফমুংদা ফমদুনা লাইরিক খরা য়েংদুনা লৈরি। চিয়াদি মাগী হৈনবী, শুতিবু লৈরবদি অয়ুক য়াহৌবগা অদুম কোইথোকখ্রে।

অশোক খঙহৌদনা চঙলক্লম্মী। নোংগী মচুম ওরো- রো তাববা অমুবা ছাতিন অদু থুপচিল্লগা থোঙজিন ময়াদা থম্লী। মফি মরোল অদুসু ইচোৎ চোৎনা উরি। ঐনা হায়বম্মী,

- "অশোক চঙলকউ। কদাইদা চৎলুবিবনো, ফিরোলশিং অদুসু নোংনা পুমচোৎ চোৎলে । চঙলকউ, ফম্মুলাউ। ঐসু ইতোমতা লৈরমলিবনি। ঙাইহাক লৈরগা নংগী কাদা লাক্কে খল্লমলিবনি।"

অশোক চৌকিদা ফম্লম্মী। ঐগী গমশা অদু লৌরগা নোংনা চোৎলবা মফিমরোল অমসুং মখুৎ মশাশিং অদু তৈথোক্লি। তৈথোক তৈথোক্লা হাযবক্লম্মী,

- "নহাক্কী চিঠি অমা ফংই। মিস বোজিনা মীগী খুম্থাংদা থাবকপনি। মহাক সোক আবদুলানি। মহাকপু থিন্দোকপা চৎলুবনি। হাংদোক্কুনা যেংউ। বোজিনা নংবু উন্নসি হায়বা ওইরমগনি।"

চিঠী মখুম য়াওবা চিঠী অদু অশোক্লা ঐঙোন্দা পীরম্মী। নোংলিক্লা খবা খরা চোৎলবা চিঠিগী মখুম অদু হাংদোক্লগা চিঠী অদু লৌথোক্কুনা পারম্মী। নুমিদাংৱাইরম ঐগা উন্নসি, লোন অদুসু য়ারক্কে হায়না ইবা ওইরম্লে। চিঠী অদু য়েংলগা ঐনা তুমিন্না অসুম লৈবদু উবদা অশোক্লা অমুক হায়রক্লম্মী,

- "করি তৌরে, ইন্দো জরমন সোসাইটিগী লোন অদু য়ারে হায়ব্রা?"

- "উম ! য়ারে, হোরেন উন্নসি লাকও হায়"

- "ফরে, করি কায়বা লৈবগে। মখোয়গী সোসাইটিগী লোন অদুদি নংনা

হয়েং থবক তৌরগা শিংগদবা ওইরমগনি। লৌরুরো, হোরেন রোজিগা উন্নরুরো।

- "উম, ফয়ে হোরেন উন্নরুবগে।

- "ফরে, ঐসু চৎলগে। ফিরোলশিং অসি ইচোং চোংলে। অমুক্তা হোংদোকলুখিগে। ঐ য়াওদ্রবসু য়ারেদনা।"

অশোক ঐগী কাদগী থোকখ্রে।

নুংথিল অদু নোংশু খরা হাংলম্মী। মিস রোজিগী মনাক্তা চংলম্মী মহাক্তি ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্লিবা জাৎনি। হেক চঙখিবগা হরাও হরাও কৌশিল্লক্লম্মী। হায়রক্লম্মী,

- "ঐ নংবু ঙাইদুনা লৈরম্লিবনি, চঙবীরকও, নহাক্কী লোন অদু য়ারে। মচিং খরা লৌবা হৌবা য়ারগনি।

- "ঐসু লৌজরগে হায়দুনা লাক্লিবনি।"

ঐখোয় অনি থরায় তানা নোকমিন্নবম্মী। মহাক্কী টেবল মমাঙদা থাবিবা চৌকি অদুদা ঐ অমুক ফমলম্মী, বোজিনা মাগী চৌকিদা। চিঠীখাউ অমা মহাক্কী টেবলগী দ্রোৱাবদগী পুথোবক্লম্মী। অদুগা ঐঙোন্দা পীরম্মী। ঐনা হাংদোক্লুনা য়েংলুবদা লুপা লিশিং অনিগী চেক মনা অমা য়াওবা থেংনরম্মী।

রোজিগী ফজবদি মযেং তাবা লৈতে। অহোয়নদুম নোংমা নোংমগী হেনগৎলকপগুম উরম্মী। ইতোমতা খল্লুবি- "অঙৌবা সাড়ি অমসুং ফুরিৎ অনিসি অঙাংবা মচু ওইবন্নবদি রোজিগী ফজবগী পনখে লৈরম্লোইদবনি।" ঐনা মঙোন্দা মুন্না য়েংবা মহাক খঙবা মাল্লে, নোকফেৎ তৌরগা হায়রক্লম্মী,

- "ঐ ইশাগী থম্মোযবু খুদুম চন্দুনা থম্বা ঙমদ্রি। মরক মরক্তা সংসারগী অপাম নুংশি, অব্রা নুংঙাইদা শরুক যাবী। অশোক্লদি ঐঙোন্দা হায়- "নংগী পুন্সিদি সংসারগী নুংঙাইবা ময়াইকাবা পুম্নমক অসিগীদমক্তা পোকপা নত্তে। করিগুম্বা সমাজগী অচৌবা থৌদাং অমগীদমক পোকপনি। অদু খঙনা নংনা নংগী পুক্লিংবু খুদুম চনগদবনি।'অশোকপু ঐনা ঐগী ঈশ্বরনি হায়বা খল্লি। ঐনা মাবু থাজবদি ঈশ্বরবু থাজবনি। মী অতৈনা হায়বদি ইমা ইপা ওইরবসু, ঐ ইন্দবা ঙমগনি অদুবু ঐগী ঈশ্বরগুম্নবা অশোক্কী য়াথংদি হীক্তোকপা ঙমগদৌবা মান্দে।"

ঐগা অশোক্কা ইহান হান্না, চহী অনিগী মমাঙদা মনিপালগী টাইগর সরকলদা থেংনখি। থেংনবা নুমিৎ অদুদগী, মহাক্কী তোপতোপ্পা মগুন অমা লৈবনরা খঙদে, ঐনা মাবু কোয়তান তান্নবা হৌখি। মহাক্কী মনাক নকশিলম্মী, উন্নরগতা

নুংঙাইরম্মী। তশেংনমক নোংমদি মানা কোইরুসি রোজি হায়দুনা মনিপালগী পাং মপান্দা পুরম্মী। য়েংকা ওইগা ফম্মিন্নরগা ৱারী শামিন্নরম্মী। ঐনা মাবু তশেংনা নুংশি পুক্নিংগী থাদোকপা ওল্লোই হায়দুনা ফোঙদোক্লম্মী। অশোক থম্মোয়দা করিমত্তা ফাওদবগুম ঐঙোন্দা ঐগী পুক্নিংগী ৱাৰী হংলম্মী। ঐনা ঐগী পুক্নিংগী অৱা নুংঙাইগী ৱারী অদু লীবম্মী।

অশোক্না ঐবু মুন্না য়েংলগা শুকনোক নোক্তুনা হায়রক্লম্মী। রোজি নুংশিনবা মখল য়াম্মী। নুপা নুপী নুংশিনবা অসিদি খ্বাইদগী অনেম্বা থাক্কী নুংশিনবনি। মশাগী ওইজবনা পীক থল্লবা অপাম্বা যাওবি। মসিসু লৈতবা য়াদবনি। লৈত্রবদি মালেম অসিদা লৈবিবা জীবা খুদিংমক মুৎখিদৌরিবনি। অনিশুবদা মমানা মচাবু নুংশিবা অসিদি থাক খবা ৱাংলবা নুংশিবনি। মমাগী ওইজবা পুন্নমক থাদোক্তুনা মচাবু নুংশিবা ঙম্মী। মসিদা ত্যাগকী ৱাখল য়াওরি।

খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কী নুংশিবদি আত্মানা অত্মাবু নুংশিবনি। অত্মানা অত্মাবু নুংশিবদগী পরমাত্মা ফংগদৌবিবনি। পারমাত্মাবু ফংবা ঙন্নবদি পোকপগী মহৈ যাম্নবনি।

নংনা ঐবু নুংশিরিবা অদু নংগী আত্মানা ঐগী আত্মাবু নুংশিবদা ওম্বোক্লুবা হোৎনৌ।”

মিস বোজিগী ৱাবীদু তাবগা ঐ ৱাখল ফুম্বুংননা লৈবম্মী। মিস বোজি মপী ঈরা চেল্লি, তুমিন্না লৈরি। অচিকপা অদু থুগাইদুনা ঐনা হায়বম্মী,

“অশোক অমসুং নংগী ৱাখল য়াম্না ৱাংই। নং অশোক্কী মঙাল ফংলবী নুপী অমনি ঐদি অশোক্কা লোইনদুনা লৈমিন্নরবসু মহাক্কী মগুন মচেৎ অমত্তা য়াওদ্রিবনি।”

- “মদুসু হাযমনবা থোক্কনি। অশোক্নদি নংবু পুক্নিদা কম্মগী লাল থেংনবিবা লালমীগী মকোক্লি হায়রি।”

বোজিগী ৱাহৈশিং অদু তারগা ইবান্নি অমুক খাম্বা ঙমদবমখৈ নোকমিন্নবম্মী। মহাক নোক্লা নোক্লা মিৎতগী তাবকপা পিরাংশিং অদু তৈথোক্লি। ঐসু তৈথোক্লি। ঐনা মখা তানা অমুক হায়রম্মী,

- “ফরে মিস, ঐনা নঙোনদা হংনিংবা ৱাহং খরসু লৈ। নোংমসু ঐনা অশোক্তা হংখ্রবনি। অদুবু মহাক্কী ৱাখলনা ৱাংমনখিবনা ঐ ভাব তাবা ঙমখিদে।”

- “ঐনা খঙজবা ওইরবদি শোযদনা খুমগনি।”

- "ফরে অদুদি ঐ হংলগে। হিন্দুশিংনা কৃষ্ণবু লাইনি হায়না লৌনরি, খৃষ্টানশিংনা যীশু খৃষ্ট অমসুং পাঙলশিংনা অল্লা। পুম্নমক অসি লাইনি নত্রগা লাইপোক্কি হায়না লৌনরি। তশেংনমক লাই লৈ লৈতে হায়বসি করম্না খঙগনি।"

- "(মিস রোজিনা নোকফেং তৌরগা) ব্রাহং অদুমক ঐনা অশোক্তা হংখিবনি। মহাক্কা পীরকপা পাউখুমশিং অসি তারবদি, নংনা খঙনিংলিবা অদুগী মঙাল খরদি শোয়দনা ফংগনি। নংনসু হংগ্রে হায়, পাউখুম মান্নব্রা য়েংসি। অশোক্কা অসুম্না হায়খি,

"রোজি ঈশ্বরবু মী খুদিংদা লৈব্রা নত্রগা লৈতব্রা হায়না হংগদবা নত্তে। মহাক নশানা পুক্নিংবু খুদুম চল্লগা থিগদবনি, নিঙগদবনি। নিঙবু নিঙদবদি করম্না ফংগনি। বাইবলদা হায়রিবশিং অদু নহাক নিংশিংদ্রবরা- "থোঙ অদু থীল্লু, শোইদনা হাংদোরক্কনি।"

থিববু কল্লবদি, নোংমদি ফংবা হায়বসি শোয়দ্রবনি। অমরোমদা ঈশ্বরবু মকোক মমৈ পান্দুনা উগদবা নত্তে। ঐখোয়গী পাপ চেল্লবা মিং অসিনা ইবুংঙো মহাকপু উবা ফংগদৌবা মান্দে। তাইবঙ মীওইবা হায়বসি মিং অনি তাংলবগুম্বনি। মমিং তাংবা মীবু মৈনাক্তা পুশিনবা মতমদা, মহাক পুক্সিগী মৈ অমুক্তা উদ্রবসু, মৈগী মৈশা অদুদি ফাওবা ঙমগনি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়সু ঈশ্বর লৈ হায়বা ফাওবা ঙমগনি। তাইবঙপান অসিদা, ঐগীনি হায়বা কনা লৈরক্কবা মতমদা, ইমা ইপা, শাগৈ- নাতৈ, মরুপ- মপিজা খুদিংমক্লা ঐবু থাদোক্কুনা চঙখ্রবা মতম অদুদা, নংনা কনাগুম্বা অমবু শোয়দনা নিংশিংলক্কনি। মরমদি মহাক্তি পুক্সিগী লেংদ্রবা মরুপনি। মহাক অদু কনাসু নত্তে, - ঈশ্বরনি। অব্রাবা নুংঙাইবা মতম পুম্নমক্তা লোয়নদুনতা লৈরিবনি।"

অশোক্কা মঙোন্দা লীখিবা ব্রাবী অদু তম্বা লোইবদুনা রোজিনা মখা অমুক তারক্লম্মী।

নোংমা ঐ ইতোমতা দিল্লী তান্না ট্রেন তোংদুনা পুক্সিগী অহানবা ওইনা চংলম্মী। অথেঙবা অহিংদা, অকিবগী মশক ফংনা ঈংলবা মতমদুদা, মীপুম খুদিংমক তুমখুন তাল্লিঙৈদা, ঐদি তুম্বা য়াদদুনা বেলগাড়ীগী থোংনাওদা য়েংথোকখিবদা, অহাংবা অতিয়াদা থব্রানমিচাক পবেং পরেং থোকপদু নত্তনা অতৈ করিসু উরমদে। মতম অদুদা ইমা- ইপা, মকপ- মপাং পুম্নমক থাপ্না তাম্না লৈহৌরে। ঐগীনি হায়বা কনা, হন্না য়েংবদা উরক্কবা মতমদুদা পুক্নিং নুংশিবা পোক্লম্মী। মিং চেজেং

উইশিল্লগা ঈশ্বরবু নিংশিংলম্মী। ঐগীনি হায়বা কনা লৈত্রবসু, ইবুংঙো মহাক্তি ঐগী ইনাক্তা লেংদনা লৈরি হায়না খল্লুবদা পুক্লিংদা নুংঙাইবা ফাওরম্মী। মহাকপু অমুক্তং খুরুমজরগা তুমথখিবদা নোং ঙানখিবা খঙহৌদে। নোংঙাল্লকপদা দিল্লী য়ৌরল্লে।

রোজিনা বারী লোইরদুনা স্বোর শাংনা হোন্দোক্লগা অমুক হয়রক্লম্মী,

- "অসি মঙায়রে, ঐনা খঙজবা হায়ববু। য়াম্না হেন্না খঙবীনিঙলবদি ননাক্তা লৈমিন্নরিবা মীশক অদুদা হংবীরো। ঐদি মহাক্কী সেবীকানি। মহাক্কী লৌশিংগী মঙাল খজিক্তনি ফংজরিবা।

মতম ফনা য়াম্না থেঙলল্লবা জাৎনি। নুমিৎ তখিদনা থাউমৈ পবেং পরেং থানবা উরক্লম্মী। রোজিগী বারীদু তাবদা ঐ পুক্লিংদা নুংঙাইবা ফাওরম্মী। ফরে অদুদি ঐস্ চৎলগে হায়দুনা রোজিগী ময়ুমদগী থোরক্লম্মী।

## (২৫) সমাজগী সেবাদা রোজি

চহী কুমজা মঙারোম করম্না হৌখিবা খঙহৌদে।

ঐগী হৌখিবা পুন্সিবু হন্না অমুক্তং য়েংলুবদা তুংজুংবা পোক্লম্মী। ঈশ্বর লৈতবা নত্তে। অশোক অমসুং রোজিনা হায়বশিংদু অচুম্বনি। মখোয় অনিগী মতেং নত্তনদি ঐনা ঙসি য়ৌরক্লিবা পুন্সিগী তাক্কক অসি যৌবা ওইথোক্তবনি। মাঙগী লম্বী তেনশিল্লক্লে, তুংগী লম্বী তামহৌরে।

এমবীবীএসকী অবোইবা পবিক্ষা থাগদবা থা অমত্তমক ঙাইশিল্লক্লে।

ছাত্র- ছাত্রী খুদিংমক মিংমায় পাঙবা ঙমদবমখৈ লাইবিক পাবা হৌনবে। কাঙবু খরনা মশা মশাগী কাদা অহিং মিশেল খাঙদুনা লাইরিক পাবি, খবনা লাইব্রেরিদা চৎতুনা কন্না পানবি।

হন্দক্কী এমবীবীএসকী অবোইবা পবিক্ষা অসি পাস তৌরবদি মিংগী মমাঙদা ডাক্তর হায়বা ৱাহৈ অদু হাপ্পগদবনি। অদুগীসু মথক্তা পুন্সিচুপ্পা হোংনজমনগী মহৈ য়াল্লগদবনি খনবদা পুক্লিং অসি তপথবা - ঈংথবা লৈরমদে।

চিয়া কুই সেংগা ঐগসু ইকোক ইমৈশিং খঙদবা মখৈ লাইবিক পাবি, ঐখোয়গী কা মনুংদা। অশোক্তি হান্নগী হান্নগুম্বনি। মপুক্লিংদা থোইদোকপা খেন্নবা লৈতবগুম উবম্মী। নুংতিগী মাগী তৌগদবা মথৌ - অয়ুক ঙন্না হৌগৎপা, ঈরু মায়থজবগা লাইনিংবা, নুমিদাংৱাইরম গীতা মন্দিবদা চৎপা লেপ্পা লৈতে।

লাইবিক পানা পানা যুমগী ৱাখল অমুক খল্লুবি। খল্লুবদা পুক্লিং অসি নুংশিদবা ঙন্নমদে।

মতম অশুক কুইবসি, ইমা ইপাগা উন্নবা ফংদে, ঈশ্বরনা থৌজানবীদবনা। ইচন নুপী মেমপীশক থোইবী শোয়দনা লৈশাবী ফারম্লগনি। নিংঙাইচাওবী ওইনচাউবী ঐগী অমত্তা ঙাইজবী ইচন্নি। নুংশিজরবী অবোক শোয়দনা শোল্লন্নগনি। শোনবনা ইমুংদগী মপাল থোকপা ঙন্নমগদৌবা মাদ্দে। ঐগী ৱাখলগী ৱানী, ইকন কন্না লৈরম্বসু য়াই। অবোক্না ঐবু নিংশিংলগা মমিংতগী মপি শোয়দনা তাবমগনি। ইমা অমসুং পাবনা ইচা অদু উখিদবা কুইবে, পৈশাগাসু থোইনা থাবকউ হাযবক্লে হায়দুনা শোয়দনা শোলমগনি। মকওইনা ইমানা নুংতিগী চেঙ তাইবা হন্নকপা কান্দা ঐবু নিংশিংদুনা মমিংতা মপি তাদুনা কপ্পমগনি। চাবা থকপা মতম য়ৌবক্লবদা

ইমানা ঐগীদমক শরুক শোয়দনা তন্নমগনি।

পুন্নমক অসি খল্লুরগা পুক্লিং ইনৌ নৌথোক্লম্মী। তাইবঙশেন্না মপু মঙোন্দা তাইনজরি। অদুবু উন্নগদৌবা কুইশিল্লকত্রে, ঐগী নুংশিজরবা অবোক, পাবা, ইমা অমসুং ইচনতোম্বী- খল্লুবদা পুক্লিংদা, থম্মোয়দা নুংঙাইবগী ইথীল অমদি ফাওরম্মী।

শীক্লবা খুঙ্গংগী চিদাইদা নাইতোম পোমশাংনহৌরিবী ঐগী থাগোই, হৌজিক্তি লৈকা যন্না শাংলমলগনি, ঐবুতা ঙাইদুনা লৈরম্নগনি- খল্লুবদা পুক্লিংদা নুংশিবা, অব্বাবা, চিংনবা খুদিংমক্তা শীক থল্লম্মী। মিংতা - শঙ শঙ উরক্লি- মহাক্কী নুংশিবী শক্তমদো। "শোইদনা উন্নগনি, নংবু ঙাইদুনা লৈরমগনি, করিমত্তা খল্লুনু" পুক্লিংনা ঐবু থেমজিনবীরি।

অশোক ঐগী কাদা চঙলক্লগা ইনাক্তা লেপ্তুনা ঐনা ব্রাখল য়ুংলিবা অদু তুমিন্না য়েংলম্লিবা জাংনি। নংগন্দা পোপ পোপ ফুরকপদা ঐ খংপ্রেক খঙলম্মী। মহাক্না হায়রক্লম্মী,

- অয়ুক্কী পুং তরানিথোই মথায়বোম তাগদৌরে। নংগীদুবু লাইরিক পারিব্রা নত্রগা অতোপ্পা ব্রাখল অমদা উংলিব্রা?"

ঐনা খঙদেদা অশোক, চংলসি, মেশতা চাক চাররসি, চিয়াসু চংগ্রমাল্লে লৈরমদরে হায়দুনা ইবান্নি হোষ্টেলগী মেশ তম্না চংলম্মী।

এমবীবীএসগী অবোইবা পরিক্ষা শীখ্রে।

পরিক্ষা হায়দোক্লগনি হায়বা পাউ ফংলম্মী। চহী খুদিংগী পরিক্ষা লোইরক্লবদা ময়ুমদা চংনখিবা ছাত্রশিং থেঙনা থেঙনা লাক্লবনি। হন্দক্তি ঙন্না ঙন্না চেন্নরক্তুনা হোষ্টেল অদু ঈবাং লাংখ্রে।

পরিক্ষা হায়দোক্লে।

অশোক, চিযা অমসুং ঐ লোইনা পাস তৌবে। বুব্রাংলি অমসুং সোনিয়া সেটিসু পাস তৌরে।

মীওইবনা মপুক্সিদা নিংজবিবা অদু ফংগে হায়না খল্লবদি হোংনবগী মথা পোল্লি। অদু ঈশ্বর অমা লৈ মহাক্কী থৌজালসু দরকার ওই হায়বসি কাউরোইদবনি।

ঙসিদি ঐ ডাক্তর অমা ওইববনি হায়দুনা ইহান হান্না হোসপিতালদা খোঙ থাংজিনবা নুমিংনি। পুন্সিগী হোংনজমনগী মহৈ য়াল্লে খঙ্গরম্মী। ইমা-পাবা অবোক্না পাউ অসি তাবদা কয়াদা নুংঙাইজরমগদবা, ইচন থোইবীসু হরাউবগী পনখে

লৈরম্লোই। অসুক নুংঙাইরবা পাউ অসি খুঙ্গংদা তাম্না লৈপ্রবী থাগোইগী য়ৌরম্লোই খনবদা পুক্লিংদা নুংঙাইতবা ফাওরম্মী ।

অহানবা নুমিৎকী অয়ুক অঙনবা অদুদা অশোক, চিয়া অমসুং ঐ- ঐখোয় অহুম পুন্না হোসপিটালদা চৎমিন্নরম্মী। নহানমখৈ ছাত্র ওইনা হোসপিতালদা চঙবগা ঙসি ডাক্তর ওইনা চঙবগা খেন্নবা য়াম্না লৈরম্মী। হোসপিতালদা হেক চঙখিবদা সিষ্টরশিংনা "গুড মোরনিং, ডাক্তর" হায়না হায়রকপদা পুক্লিংদা থুক লাউবা পোল্লম্মী। ঐখোয়সু "গুড মোরনিং সিষ্টর" হায়বগা হরাউ হরাউ ৱার্ড তম্না চঙলম্মী।

নুমিদাংৱাইরম অমুক যৌরক্লে। অশোক্না ইবান্নি মিস রোজিগী মনাক্তা চৎলম্মী। ঐখোয় অনিবু উবদা মিস রোজি ময়ুমদগী চেপ্পোরক্তুনা ওক্লম্মী অমসুং হায়রক্লম্মী - "কনগেচুলেসন......, ডাক্তরস্"

রোজিদি হান্না পাউ খংলম্না ঙাৎনি অশোক্না ইবান্নি পাস তৌবে হায়বসি। অহাউ অথুম কয়া পুথোরক্তুনা রোজিনা ডাক্তর অশোক্না ইবান্নিবু পীজরম্মী। ৱাবী ৱাতাই কুইনা শান্নদুনা লেমিন্নববা মতুংদা অশোক ঐগা মনিপাল তম্না অমুক লাক্লম্মী।

ইকুই কুইদে।

রোজিনা ঐবু অমুক কৌরক্লম্মী। থাংজা নুমিৎকি নুমিদাংৱাইরমদনি, মাগী কাদনি।

"উল্লাল হাযবিবা খুঙ্গং অদুদনি। সমুদ্রগা হেক তাইননা লৈরে। ঐখোয়গী খৃষ্টান মিসন্নবিগী ডিসপেন্সরি অমা লৈ। ইটালিনাচিংবা ইউরোপকী লৈবাকশিংদগী থাবকপা হীদাক কয়ামকম পৈদুনা লৈ। ডাক্তর লৈতবগী ৱানী । ডাক্তর সাহেব হয়েংসি নোংমাইজিংনি। লাইববা, অনংবা পৈশা লৈজদ্রবা অনাবশিং অদু লাইয়েংবা লেংউসি। অয়ুক্তগী চৎকদবনি, চাক ঈশিং লোয়নমক মফম অদুদা শিল্লম্লগনি"- রোজিনা ঐঙোন্দা হাযবকপা ৱাহৈশিংনি।

রোজি সমাজগী থবক্তা লুপশিন্দুনা পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই কয়া কাউবি। মহাক্ন অমুকসু হায়বক্লম্মী,

- "ডাক্তর অমগী পুন্সিনা সমাজদা খ্বাইদগী হেন্না যৌদাং লৈ। মীওইবগী পুন্সিবু শিবগী খয়াৎতগী কনবীবিবা মহাক অদু ঈশ্বরগী ঙমথংনি।"

নোংমাইজিংনি ।

অয়ুক পুং তারা অদুৱাইদা রোজিগা ঐগা বস তোংমিন্নদুনা উল্লাল হায়রিবা খুঙ্গং অদুদা চৎমিন্নরম্মী।

উল্লাল য়ৌরে।

বসতগী কুমথবগা সমুদ্র উরম্মী। সমুদ্রগী লৈঙোই মরক্তা, য়ুবী পান্থীশিংগী মরক্তা রোজিগা ঐগা চৎমিন্নরম্মী। ঐগী ডাক্তরগী বেগ অদু পায়না পায়না লৈঙোই মরক্তা চৎপদুদা মঙম ইশাল - শাল্লমদে। বোজিসু অদু মঙাই, লৈঙোই মরক অদুদা পুৎথরিবা খোঙ অদু ফুক্ল ফুক্লদুনা ঐগী মাঙ থানা চৎলি।

উল্লাল ডিসপেন্সরি য়ৌরে।

ডিসপেন্সরিদা খুঙ্গংগী প্রজা কযামরুম ঙাইদুনা লৈরম্লে। রোজিনা ঐগা উবদা ময়াম অদুনা হরাউ হবাউ ওক্লম্মী। ডাক্তব সাহেব লাক্লে, মিসনা পুবক্লে হায়দুনা ময়াম অদুনা শোন্নবা অদু তারম্মী। য়ুবী মনা অকংবনা কুপ্পা ডিসপেন্সরিগী শঙ অদুগী কা অদুদা রোজিগা ইবান্নি চঙমিন্নরম্মী।

অনাবশিং অদু মথং মনাউ নাইনা অমমম ওইনা কৌশিলম্মী। লাইয়েংবা হৌরম্মী। লাইয়েংবা লোইববা অনাবশিংগী চে অদু লৌবগা বোজিনা মদুদা ইরিবা হীদাকশিং অদু মহাক্কী ডিসপেন্সবিদগী পীবম্মী। কবম্বা মতমদা করি হীদাক চাগদগে হায়বদুসু ময়েক শেংনা তাক্লি।

অনাবা ময়ামদু য়েংনা য়েংনা মতম খঙহৌদে। চাক চাবগী মতম ঙাইহাক কাইথোকপা নত্তনা পোখানবগী মতম ফংলমদে।

নুংথিলগী পুং মরিরোম তাবা অদুরাইদা উচিন- নাচিন্না অনাবা য়েংবা লোইশিল্লম্মী। খুৎশা শেংনা হামদোক্লগা কোফি অমমম থক্তুনা বোজিগা ঐগা ফমিন্নদুনা ঙাইহাক ৱাবী শারি। কোফি থক্লা থক্লা বোজিনা হায়রক্লম্মী,

- "ৱারৌবীবা যাদে। ফম শেন্নদুনা লৈরবা, ইমুংদগী মপান থোকপা ঙমদ্রবা অনাবা খরসু চৎতুনা য়েংবাদবা যাদে। ঙসি চৎহৌদ্রবদি মথংগী নোংমাইজিংদা য়েংবা তাবনি।

ঐনা চৎসি, য়েংলুসি হায়বদগী রোজিগা ইবান্নি অমুক চৎপা হৌবম্মী - উল্লাল খুঙ্গংগী লম্বী মচা অদুদা, সমুদ্র মপান অদুগী। মহাক্লা লমজিং লমজিং লম্বী মচা কয়া ফাওদুনা লাক্লম্মী। মফম অদু য়ৌদ্রিঙৈদা নুমিৎ তাখ্রে।

লৌরিওই করিওই তৌবা লম্বী অমদা চৎলম্মী। রোজিনা মাঙ থারি, ঐনা তুং ইল্লি। ঐদি চৎপা হৈতদুনা খরা চৎলগা খুদি থীদুনা বোম লাউনা তুশিলম্মী। রোজি পাখৎতুনা চেন্নশিল্লক্লম্মী। ঐগী খুৎ পায়দুনা চিংখৎলম্মী। অমম্বা অদুদা ঐ ফুক লাউনা হৌগৎলম্মী। লৈমায়দা লংথোক্তুনা তাখ্রবা ঐগী বেগ অদু খুনগৎতুনা

মানা পায়রম্মী। তুংথ- মাংথা অমুক চৎমিন্নরম্মী।

ফনা য়াম্লা চৎলবা মতুংদা য়ুবী মনানা কুপ্লা খাঙপোকশং অমদা চংলম্মী। অনাবা অমনা লোক খুবগী মখোল তারম্মী। লোক খুনা খুনা খোঞ্জেল হৌনা লাউবল্লম্মী, - "হে ঈশ্বর- - - - অহু .... অহু.... অহু.., ঐবু ..... ঐ.... বু .... অমুক্তদি লানবীয়ু..... অহু...... অহু.... অহু......., খাঙবা ঙমদ্রে থবাক অসি চেকখায়গদৌরে।

রোজিনা ডাক্তর লাক্লে হায়দুনা অমম্বা অদুদা লাউবম্মী। পুংকক পুংকক চাউববা লৈশাবী মচা অহুম থাউমৈ পুদুনা থোরক্লম্মী। ইমুংদা ঐখোয় পুন্না চঙমিন্নরম্মী।

মীয়ায় চল্লবা, শরুদা উনশাতনা কুপ্লবা নিপা অমা ফমাংদা মাগী নুপীনা ফমশেন্নদুনা হিপ্তুনা লৈরি। অনাবা অদুনা মমিৎ অদু ওনখৎলগা ঐবু মুন্না য়েংলগা হায়বক্লম্মী, ডাক্তর সাহেব .... ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু..... ঈশ্বরদা ঐবু লানবীনবা নিজবগা কনবীনবা ওইনা ইবুংঙো মহাক্লা থাবীরক্লে। ঐ হিংনিংবগী আশা ফাওরক্লে। ঐ শিগ্নবদি ইচানুপীশিং অসি কনানা থাকপীগনি.... অহু..... ....অহু... অহু..।"
হিপ্লম্বদগী মাগী নুপীনা শৌগৎলগা হৌগৎলক্লম্মী। অমসু ঐগী খোং শোক্লবা মখুৎ অদু ফংবোই ফংদবোই লামদুনা নিক্লবা মখুৎ অদুনা শোক্লগা মরাইবক্তা কৎলম্মী। মচানুপীশিং অদুনা নুংশিজববা মপা অদু ইকোয় কোয়শিন্দুনা লেপ্লি। খুদক অদুদা অনাবা অদু লোক্ কন্না খুবা হৌবক্লম্মী। লোক খুবাগা লোয়ননা ঈ ওরক্লম্মী। মমা অমসুং মচানুপীশিং অদু ঈরাং লাংলম্মী। নুপীমচাশিং অদুনা অপ্লা অপ্লা কৌবদুনা কপখৎলক্লম্মী। বোজিনা চেনশিন্দুনা অনাবা অদু কোনখৎপিদুনা থবাক অমসুং মনমগন্দা নানবীবম্মী। ঈ ওবা লেপখ্রবা মতুংদা অনাবা অদু হীপথহল্লম্মী। অনাবা অদু খুলাই থাদুনা ঐনা মুন্না য়েংলম্মী। টিবীগী অনাবনি হায়বা ঐনা খল্লম্বা অদু চুল্লম্মী। ঐগী বেগতগী ঈ খক্লবা হীদাক্ অদু লৌথোক্লগা অনাবা অদুদা কাপশিল্লম্মী।

বোজিনা ঐঙোন্দা মুন্না যেংলক্লম্মী। ঐনা ইমুং মনুংগী মীশিং অদুদা করিমত্তা ব্রাগনু নখোযগী অপ্লা শোযদনা ফগনি হায়রগা রোজিদা ওনশিল্লগা,

- "মিস...., অনাবা অসি টিবী সেনিটোরিয়মদা পুনবা হোৎনসি। মদু পুম্নমক্কী দাইত্বা অদু ঐ লৌজগে।

- "ডাক্তর, টিবী নাবা মী লাইয়েংবা অসি চহী কুইনা চঙই হায়। করম্না চথবীগদৌরিবনো।

- "অচুম্বনি মিস, চহী অমগা থা তরুকলোমদি চঙগনি। থা অহুম ইনজেক্সন কাপ্লবা মতুংদা মশা শোয়দা ফগৎলক্কনি। মদুগী মতুংদা ময়ুমদা লাক্কুনা লৈবা য়াগনি। তৌবতবু মাগী মতম শুদ্রিফাওবা গুলিশিং অদু চাং নাইনা চাগদবনি। মতাং অদুদা মিসনা হীদাক চাং নাইনা চানবা শেন্নবীগদবনি।

মিস রোজিনা ইমুং মনুংগী মীশিংদা নখোয়গী অপ্পা শোয়দনা ফগনি, হয়েং অয়ুক থৌরাং তৌবা লোইরম্লো। থা অহুমদি টিবী সেনিটোরিয়মদা লৈরুগদবনি। ঐনা লোয়না শিনগনি। নখোয় করিমত্তা ব্লাগনু হায়রম্লগা, রোজিগা ঐখোয় অনি য়ুম অদুদগী থোরক্লম্মী।

মথং মথং য়ুম অহুম মরি চঙদুনা অনাবা খরা অমসু য়েংলম্মী। মখোয়গী মরক অদুদা টিআইএ হান্না তৌরম্বদগী গেংগ্রীন তৌরক্কুনা মখোঙ কক্তবা য়াদবা অনাবা অমসু য়াওরম্মী। অনাবা অদুসু বোজিদা ঐখোয়গী হোসপিটালদা পুরক্লবা হায়রম্মী।

রোজিগা ইবান্নি উল্লালগী বস খাম্ফমদা লাক্লম্মী। নুমিদাংগী পুং মাপনলোম তারম্লগনি। বস লাক্কুনা তোংখৎমিন্নরম্মী।

রোজিবু ময়ুমদা থীনজিনবীরম্লগা হোস্টেল য়ৌরকপা মতমদদি নুমিদাংগী পুং তারামথোই তারে।

ডাক্তর অশোক ঐগী কাদা ফমদুনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরমলি। চিয়াদি তুম্নমলে। ঐ চঙলকপা উবদা ডাক্তর অশোক্লা হায়রক্লম্মী,

- "ঙসাই অয়ুক্তি য়াম্না ঙন্না হল্লক্কনি হায়বদাই। লম্বীদা খুদোংথীবা য়াওদেদনা, মিসতি ময়ুম য়ৌহৌরব্রা?"

- "উম, খুদোংথীবা করিমত্তা য়াওদে। মিসসু ময়ুমদা থিনজিনবীরম্লে। ঙল্লিঙৈদা হল্লক্কদবদা ময়ুমদগী চৎথোকপা ঙমদ্রবা অনাবা খরা য়েংলুবদা থেংদোকখ্রে।"

- "ফরে, হকচাং শেংদোকলুরো মেসসু থীংখ্রে। ঐনা নংগীদমক্তা অচাপোৎ খরা লৈদুনা ঐগী কাদা থম্লী। মদু চারগা ঙসিদি লেপ্লো।

হকচাং শেংদোক্লবা মতুংদা ডাক্তর অশোক্লা ইবান্নি, মাগী কা তম্না চৎলম্মী।

## (২৬) কায়নবা

কায়নবনা নুংশিবগী চং হেনগৎলি হায়বদু অশেংবনি। মতম অসুক কুইবসি, ঐগী রাখলদা খল্লুদে, নুংশিরবা মরুপ মপিজাশিং অসি থাদোক্তুনা চৎকনি হায়বা। কায়নরমদাই মতম য়ৌরকলবা অসিদদি হান্না নুংশিরন্বা অদুদগী শকক চামা হেন্না নুংশিরক্লম্মী।

মনিপাল - , অৱাবা নুংঙাইবা কয়া নহাক্কী নতম্বাক্তা লেল্লক্লবনি। অচৌবা বিল্ডিংশিং, অপাকপা লমহাং, নিংথীরবা পাৎ, পুম্নমক অসি পুন্সিসিমগী ওইনা অমুক হন্না উবা ফংলরোইদবনি খল্লুবদা পুক্নিং অসি য়াম্না নুংশিরম্মী।

নুংশিববা মরুপশিং- অশোক, চিয়া, লি সোনিয়া কয়াবু পুন্সিগী ওইনা কায়নরগা, অনৌবা পুন্সি অমা হৌনগীদমক্তা য়ুমদা চৎপা মতম য়ৌরক্লে।

অমবোমদা চহী কুমজা তকক চুপ্পা উরক্তুবা অবোক, ইমা- পাবা, মেমপীশক থোইবী অমসুং থাগোই পুম্নমকপু উনিংবনা থম্মোয় অসি মথুম মরাং হৌবম্মী।

হয়েংদি শোযদনা য়ুমদা চৎলগনি হায়বা নুমিৎ অদু য়ৌরক্লে।

মিস বোজিগী মনাক্তা চৎলম্মী। মহাক মতোমতা মাগী ওফিসকী কাদা ফমদুনা লৈবম্মী। বোজি হান্নদগী হেন্না চীঙলেম্না উরম্মী। ঐনা হেক চঙখিবগা মানা হাযবক্লম্মী,

- "হেলো ডাক্তব, লেংশিনবীবকউ। ঐসু নহাক্কী ননাক্তা লাকসিবা হায়না খল্লমলিবনি। নহাক্কী 'হাউস সাবজন' তৌবা লোয়রে হায়বদাই। য়ুমদা চৎনবগীদমক্তা থৌবাং শোযদনা তৌরম্লগনি।"

- "মিস অশেংবনি, থৌবাং তৌবা পুল্লোই লোইরে। হয়েং নুমিদাংগী ট্রেন্দা চৎকদবনি।"

রোজিগী মমায় অদু খঙমক মকশিলম্মী, হায়রক্লম্মী,

- "হয়েংমক চৎলগদবা, অশুক য়াম্না থুনা !

- "অদুনা মিস উন্নবা লাক্লিবা অসিনি। অশোক্লচিংবা মরুপ মপাং অতৈদি খরা থেংথনা চৎকনি হাযবি। মখোয লোইনমক ঐবু থীন্দোকপা রেলরে

ষ্টেসন তান্না লাক্কনি। ঐগীদি মিসনা খঙবীরিবা অদুনি, ডাক্তর হেক তম্বা লাকপদগী ঙসিফাওবা য়ুমদা চৎত্রি।"

- "অশেংবনি ডাক্তর, নহাক য়ুমদা য়ামনা থুনা য়ৌনিংলমগনি। অমরোমদা নহাক্কী খাঙবা কনবা অসি থাগৎতবা ঙমদে। হয়েংগী পুং কয়াগী ট্রেননো?"

-" নুমিদাংগী পুং নিপানগীনি।"

- "ফরে, ঐসু নহাকপু থিন্দোকপা রেলৱে ষ্টেসন্দা শোয়দনা লাকচগে।"

রোজিবু হয়েং উন্নবসি হায়রম্লগা ঐ হোষ্টেলদা লাক্লম্মী।

রেলৱে ষ্টেসন্দনি।

প্লেটফোর্ম অদু চংকন্দবা যাত্রিকশিংনা পীক থন্না লৈরি। ঐগী কম্পাটমেন্টতা পোৎচৈ থমজিল্লগা প্লেটফোর্মদা লেপ্তুনা ইমান্নবশিংগা ৱারী শাবি। অশোক, চিয়া, লি, সোনিয়া লোইনা য়াওরে। অতোপ্পা ইমান্নবা কয়াসু লাক্তুনা ঐখোয়গী কাংবু ঙাক্তনা প্লেটফোর্ম অদু পুমনিল নিল্লি। ময়াম অদু কাউনগুমশিকো, চিঠি ইনশিকো হায়নদুনা পুকমেন পাউমেন্নরি। তাঞ্জা অদুদা মিস রোজিশু লাক্লম্মী। ময়ামগী মবক্তা চঙলক্তুনা ঐগী ইমাঙদা লেপ্পরি।

ট্রেন থাগদবগী কাংশি খিংগ্রে। ময়াম অদু অমমতা ওইনা খুৎ শোক্লবি। বোজি খুৎ শোক্ল শোক্লনা য়েংলুবদা মমিৎতগী মপী ঈরা চেনবা উবক্লম্মী। চৎলগেকো হায়রম্লগা ট্রেন মথক্তা কাখৎলম্মী।

রেক্রি খোংলক্লম্মী। ট্রেন চেনবা হৌরম্মী। ট্রেনগী থোঙ ময়াদা লেপ্পা লেপ্পা খুৎ হায়বি। ময়ামসু ঐঙোন্দা খুৎ হায়বক্লি।

ময়ামদগী তোংঙাল্লা, য়াম্না চীঙলেম্না, মমায়দা অৱাবা নুংঙাইবা অমত্তা উৎতনা, খুৎ হায়বসু য়াওদনা ডাক্তর অশোক ঐনা খুৎ হাইবদু য়েংদুনা বেলৱে প্লেটফোর্ম মথক্তা লেপ্তুনা লৈহৌরি।

অহিং অহুম ট্রেন তোংদুনা চৎলবা মতুংদা অয়ুক্তা কলকতাদা য়ৌবম্মী। চহী তকক্কী মমাঙদা উখিবা কলকতা য়াম্না অহোংবা লৈরম্লগনি। কলকতা তুং কোইনা লৈহৌরে। অনৌবা ট্রেন অমা তোংলগা দিমাপুর তান্না চৎপা হৌরম্মী।

নুমিদাংগী পুং তারা তারে। নবদ্বীপ য়ৌরম্মী। মফম অদু য়ৌবদা নুংশিজববী ঐগী অবোক্লা শ্রীধাম নবদ্বীপ হায়বদু অমুক্তং য়ৌবা ঙমজরবদি পূল্লি অসি শিরবসু পেল্লগনি হায়না হায়খিবদু নিংশিংলি। অবোক্লা মখা তানা হায়খি, "- ইচানুপা

অসিনদি শ্রীধাম নবদ্বীপ য়ৌহনবা ওন্নরোই। হয়েং ইশুনা চাউরগা, তোলোব চারগা শ্রীগোরাঙ্গ প্রভুগী দর্শন ফংবা ঙমজবা অদু ঙাইদুনা লৈবা হায়বদুনি'। হৌজিক্তি ঐসু মতিক চাবা মী অমা ওইরবনিনা অবোকপু শ্রীধাম নবদ্বীপ তান্না পুদুনা লাক্কে খনখি।

মতম য়ৌরক্লবদা ট্রেন অদু নবদ্বীপ থাদোক্লম্মী। ট্রেন মনুংদা হীপ্না হীপ্না অহিং অদু অবোক, ইমা- পাবা, ইচনতোম্বী অমসুং থাগোইবু নিংশিংদুনা বাখলগী ঈপাক্তা তাউদুনা চৎলি।

দিমাপুর য়ৌরে।

রেলবে ষ্টেসনদগী এমএসটি তান্না ঐগী পোৎচৈশিং অদু থাংবোই চিংবোই তৌনা খোঙনা লাক্লম্মী। কনাগুম্বা অমনা তুংলোমদগী ইমারোলনা কৌরকপা তারম্মী। মতম কুইনা তাখিদ্রবা মৈতৈরোল তারকপদা পুক্নিংদা থুক লাউবা পোক্তুনা হন্নমুক্তং য়েংথোকখিবদা চহী কুনমুক শুববা মৈতৈ মচা অমা উরম্মী। মহাক ঐগী ইনাক তান্না চেনশিল্লক্লম্মী। ইমাঙদা চপ লেপ্লি। স্বর ফুইনা ফুইনা হোল্লগা হায়রক্লম্মী,

- "তাদা নত্রা, হৌজিক থুংলবা বেলগাড়ীদা য়াউবীরকপ্রা, লাইরিক তম্বা লোইরবা নত্রা?

- "উম লোইবে, লোইদুনা য়ুমদা লাক্লবনি। উম....... অদুবু নংবু কনানো....? ইয়াম্বনদি মতম কুইনা য়ুমদা হল্লক্তবা অসিদা ইনাওগী শক্তম লাকশিনবা ঙমদ্রে।"

- "তাদা ঐ তাদহোইগী মনিংগী তখেল্লম্বম তোতোনি।"

- "ইসে ! কনানা খঙগনি। ঐনা লাইরিক তম্বা চৎপা মতমদদি নহাক্তি পিশক পিক্লা লৈহৌবি। হৌজিক্তি পাখঙ ফাবে। ইমাহোয় কমদৌরি?

- "লোইনা নুংঙাইবি। ঐসু ইম্ফাল চৎতবা চহী অমরোম ফারে।"

- "দিমাপুব অসিদনা নংদি কবি তৌরিবা?"

- "য়ুগোৎ চাবা থবক নত্তেদা। হোটেল ফম্বনি হায়দুনা তৌজরি। নুপী ওন্না থীজিল্লুবনা লাইবিক লাইশু নিংথীনা তমহৌদ্রে। হিংননবা হায়দুনা পংলৈ লৈরি। তাদগী পোৎ- চৈশিং অসি ঐ পুজরগে। মনিপুর হোটেলদা চৎলসি।"

ফরে হায়দুনা ঐসু মতুং ইল্লম্মী। দিমাপুর য়ৌরকপা অসিদি মৈতৈ খুল্লক য়ৌবগা চপ মান্নে। মনিপুর হোটেল যৌবদা ফনেক শেৎপী মৈতৈ নুপী খরা উবদা

পুক্লিংদা নুংশিবা পোক্লম্মী। মৈতৈগী ইরোম্বা, মতম কুইনা চাবা ফংলক্লবা এনসাং অদু, ঙসিদি মনিপুর হোটেলদা চাবা ফংলম্মী।

দিমাপুরদগী যুম য়ৌখিবা খঙহৌদে।

নুমিদাংবাইরমদুদা বসতগী কুমথরগা রিক্সো অমদা ঐগী পোৎচৈ ময়ামদু হাপচিল্লগা তোংদুনা যুম তান্না লাক্লম্মী। সোরোক অচৌবা লাম্থোক্লগা লৈরক মচা তম্না থৌজিল্লম্মী। লম্বীদা থেংনবা ঐখোয়গী লৈকাইগী মী অমত্তনা ঐবু মশক খঙলমদে। চহী তরুক অসিদা কয়াদা থীনা হোংখ্রবা অঙকপনি।

লম্বী লৈশিল্লকপগী অদুবাইদা ঐখোয়গী খুরা চাউমচাদু চৎতুনা লৈবা উরম্মী। ঐনা খুরা.... খুরা... হায়না কৌরম্মী। খুরা চাউমচানা রিক্সো মথক্তা ফম্লিবা ঐবু মুন্না য়েংলগা, কনানোনে অহল ওইরকপা অসিদা মিংকা নিংথীনা উদ্রে হায়বগী মতাগুম লেপ্তুনা লৈরি। রিক্সো অদু খামহল্লম্মী। খুরা চাউমচা অহল য়াম্না ওইশিল্লমলে। মশম পুম্নমক পুমঙৌ ঙৌরে, মস্বাং কোল্লে। অদুঙৈ ঐনা পাখঙ মচা ফাগৎল্লকপা মতমদা লোইতাং খুনৌদা চৎপা মতমদদি মহাক মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি। মমিৎ চোৎলি চোৎলি ঐবু য়েংদুনা লৈরি। ঐ রিক্সো মথক্তদগী চোংথরগা মনাক্তা চংশিল্লম্মী। ঐনা খুরাবু নুংশিনা মুন্না য়েংলগা হায়রম্মী,

- "ঐনিনে খুরা, নংগী চাউভলদো, নখোয়গী মখাথংবগী ডাক্তর তম্বা চৎখিবদো......।"

- "অতো... নংদি অচৌ অশাং হায়বদো মাল্লেহাই। কুচুসু ঙৌবোক ঙৌথোক্লল্লে। কদায় ....নংগী ডাক্তোরা হায়বদো তম্বা লোইরব্রা...?"

- "খুরা লোইজরে,

"ইস ফরেদা, চো ... চো..... নমা নপানা খৌরাংনা ঙাইবল্লগনি। অহল লমনগী সেবা ফজনা তৌকো। মরুওইনা নবোক অদু য়াম্না ৱাজরক্লবনি, মীরাইগনুকো। কয়াদা নুংশিখ্রনোসে ইচাশি।"

রিক্সো মথক্তা অমুক তোংখৎতুনা যুম তান্না লাক্লম্মী।

ঐখোয়গী কোম্থোং য়ৌরবদা রিক্সোদগী কুমথরম্মী। পোৎচৈ ময়ামদু থাংথরগা কোম্থোং ময়াদা থল্লম্মী।

কোম্থোং হাংদোক্লগা যুমলোমদা য়েংখিবদা মতম কুইনা উখিদ্রবা ঐখোয়গী যুমজাও অদু পীশক পীক্লা থাংপোকশঙগুম উরম্মী। মঙ্গোলদা উখোক্তা ঙাদুনা লেপ্তুনা লৈরিবী নুপীমচাদু ঐগী ইচননুপী থোইবীনি খঙলম্মী। কয়াদা চাউরল্লবা

ঐগী ইচনতোম্বীসে- ইতোমতা খঞ্জবি। ঐনা কোম্থোংদা লেপ্না লেপ্না 'মেমপীশক ' 'মেমপীশক' হায়না কৌবম্মী। কোম্থোংলোমদা মুন্না য়েংলম্লগা "ইমা.... ইমা' তামো লাকএ" হায়দুনা লাউরগা ইমুংদা চেনশিনখিবম্মী।

ঐগী হকচাংসি থক থক নিকপগুম তৌবম্মী। অবোক ইমা, পাবা লোইনা ইমুংদগী চেম্থোবক্লম্মী। অবোক্লা মৈবা অমা মখুৎতা পাযদুনা লাক্লগা কোম্থোং কানফমদা ঐগী ইমাগুদা থম্লম্মী। মৈবা অদু কাম্থোক্লগা অবোক্কী মখোঙ পায়দুনা খুকম্লম্মী। নংদি অসুক কুইবসি কৈদৌবি' নবোক লৈবি হায়বসি কাউথোক্লব্রা হায়দুনা অবোক্লা মমিৎতগী মপি ওবো বো তানা কপ্লি। অবোক্লা ঐবু নঙ্গন্দা শিং শিং নানবীবি। ইশ্বু নাদযেক্তনা হল্লকপা অসি ঈশ্বর মাগী যৌজালনি হাযদুনা শোল্লি। ইমা অমসুং পাববুসু চংশিন্দুনা খুকমলম্মী।

মেমপীশক থোইবীদি ঐবু মুন্না যেংলগা মপি ইবা চেন্দুনা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈবি। অবোক্লা মশুসনা কবিনো নংনা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈবিবদুবো, নবুংগী মখোঙ শোক্তুনা খুকম্মু হায়বদগী ইকাই ইকাই মমাই অদু হাইগৎলগা, মনাতোন্দু থুৎ থুৎ চিংলগা, মমিৎতগী তাবক্লিবা পিবাংশিং অদু তৈথোক্লগা, ঐবু মুন্না য়েংলগা নোকমি নোকমি তৌবগা 'তামো' হায়দুনা ঐগী খোঙ শোক্তুনা খুকম্লম্মী। ঐগী নুংশিজববী ইচনতোম্বীবু ঐনা কোনখৎপীবম্মী। মহাক্লা তুমিন্না ঐগী খুৎতা খুজিন্না শিক্লগা হাযবক্লম্মী,

- "তামো..... ঐগী খুজি যাওবকপ্রা, নংদি অশুক কুইবসি থাবক্তনি হাযবগা শুকথাসু থাবক্তনা"

- "লৈবকই, তুমিন লৈযু। ইমাহোই তাববদি পাখৎকনি, মমল য়াম্বা পোৎনি। ঐগী কা যৌবগা যেংউ।"

মতম কুইনা উন্নকুদ্রবা, অবোক, ইমা পাবা অমসুং মেপীশক উন্নবা ফংবদা, অনৌবা পুন্সি অমা ফংবগুম পুক্লিং ৱাখল ইনৌতা নৌবম্মী। কুইনা উন্নকুদবগী হৌনবা ৱাবী ৱাতাই কযামকুপ শাদুনা মতম লেল্লি। লৈকাইগী অহল- লমন, মকুপ - মপাং কযাসু ঐবু উন্নবা লাক্লম্মী।

নুমিদাংগী চাক চাববা মতুংদা ঐগী কাদা ফমুংদা ঙাইহাক হীপ্লি। ইমুং মনুংগী মী পুম্নমক অমুক হন্না উন্নবগী নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউবম্মী। হংনিংবনা খাঙবা ঙমদ্রবনি অদুবু ইচননুপী থোইবীদা নত্তনা থাগোইগী মবমদা কনাদা হংলুগনি।

মেমপীশক থোইবী কোললিক ৱাইবম শেংবা লোইবদুনা ঐগী কাদা

চঙলক্লম্মী। নাশোন পীক্লা হায়রক্লম্মী।

- "তামো নং শোয়দনা খঙনিংলমগনি। ইচে থাগোইদো লব্রাইদা হেক চৎখিবগা মমা- মপানা হায়নদুনা অদুম লুহোংখ্রে।"

মেমপীশক থোকখ্রে, ব্রাহৈশিংশি হায়রম্লগা।

ফমুংদা লোংনা হীপ্লম্বদগী ঐ ফুক লাউনা হৌগৎলম্মী। কোক অসি উরু উরু লৈরম্মী, মিৎ তন্দন পাইরম্মী। শাগৎলম্বা আশাগী দোলাল ময়াম মথং মথং নিংখাইবা উরক্লম্মী। অমুক ফমুংদা হীপথরম্মী। মিৎলু নাপোম মরিদা তরং লাইজ শিন্থুরি।

খল্লম্বনি হয়েং নোংঙান্দ্রিঙৈদা হৌগৎতুনা ইচননুপীগী সাইকল ব্রাইরগা লোইতাং খুনৌ তান্না চৎকে হায়না, ঐগী নুংশিবী থাগোইবু উন্নবা নিংশিংদুনা হানৌনা লেংলেং চৎপা লৌবুকশিং অদু, চেল্লিবা ঈচেল লৌবুক্কী লৌখোংগী লাইজনা ত্রোং ত্রোং লাউনা, ফল ফল চোংলিবা কৌজেংশিং, থাঙ্গোল লেন্দুনা খোংলিবা হারৌশিং, নোংথক্তা পাইরিবা উরোক পরেংশিং ফৌনা খেৎনা পাইখৎখ্রগা সনাহল লোকচাও তম্মা পাইশিনখ্রিবা, ব্রাশাংনা লোনবা থাগোইগী কোম্থোং, মল্লবা অব্রাং শঙ্গোইগী য়ুম, নুরানা হরাউ হরাউ চেম্থোবকপা, মতম কুইরবগী তুংদা ঐবু উবদা, মপুং মরৈ ফারবী লৈশাবী থাগোইনা ইনাক্তা পাক চঙশিনবা ঙমদনা ইকাইনা লেপ্তুনা লৈবা, ঐনা মনাক্তা চংশিন্দুনা পুকমেন পাউমেন্নবা, নুংশি পম্থুং য়ৌরনি খঞ্জরম্বা অতোপ্পা ময়াগী সংসার অমদা তাউকবদু, অবেম্বদা তাখ্রে। অহিং অদু তুম্বা শুকযা য়াখিদে। মখোল থোক্রবসু থম্মোয়দু কপ্তুনা লেনখি।

## (২৭) পিরাংলক্তা অঙাংবা লৈ

শিষ্টবিবা পিবাংশিংদো ঈশিং ঈচাউগুম্না, লৈনাগী মিংলু নাপোম মবিগী, উবক্লম্মী ঐনা ৱাবীদু লীবা লোইশিল্লকপদা, ঐগী হোসপিটালগী কাদা ফমিন্ননা।

যেংনা যেংনা মহাকপু থম্মোযদা তাশোন্না থিনবগুম তৌবম্মী। কবিগী ঐগী হৌখিবা পুক্সিগী নিঙবা কায়বগী ৱাবী তাবগা কপ্লিবনো। ৱাবী অদুদা কাযনবগী মৈশা লাংদুনা নুংশিবগীদমক্তা কখোল্লকপা পুক্সিগী তাংকক্পু নুংশিদুনা কপ্লিব্রা। অমবোমদা নুংশি নুংওনগী ৱাবীবু তাবগা থম্মোযদা ৱামন্দুনা তেংথাবিব্র! ইতোমতা মাবু যেংদুনা হংজবা ৱাহংশিংনি।

মতম অদু থেঙজিল্লক্লে।

মপান্দা অঙকপা ফংনা নোং চুবি। নোংজুগী মখোলদা তাইবঙ কনাগী খোঞ্জেল তাবমদে। ঐগী কাগী ঘড়ীনা নোংগী মখোল মবক অদুদা নোংযাই মতুং পুং অমা তাবে হাযদুনা কাং হাযনা খিংলকপগী মখোল তাবম্মী।

অমুকসু নিংশিংলি হৌখ্রবা পুক্সিগী ৱাবী। মতম অদো ঐ ডাক্তব ওইদুনা থোবকপদা মঙাইবি। থাগোই কাইনবগী নুংশি মৈশা লাংলবদা, অহিং কযা কপ্পুনা লেনখি। অমুক হন্না যুম পাল্লবোই খনখি।

কায়নবসু নুংশিবগী পন্থুং অমনি। কাযনবগা হেন্না নুংশিবগী মগুন হেনগৎলি। হান্না নুংশিবম্বদগী শকক চামা হেন্না হেনগৎলি। কাইনা নুংশি মৈচাক্কা, থুংনা নুংশি মৈচাক্কা কবি খেন্নবা লৈবগে। নুংশিবদি নুংশিবনি। কাযনববসু অদুম মুৎতনা লৈগনি, থুংনববসু লেংদনা লৈগনি।

থাগোইগী নুংশিবগী মমি অদু অঙাংবা লৈদা তাবি। মতম কুইনা চোংলুদ্রবা ঐগী থম্মোযগী নুংশি মযোল চোংহনখিবী নুজানি লৈনাসে।

মপানগী মিৎযেংদদি খেন্নবা অমত্তা লৈতে

- থাগোই অমসুং অঙাংবা লৈ। শক্তা চুদা, মিৎয়েংদা নাযেংদা, ফিভমদা মুর্ত্তিদা চপ মান্নে।

মীওইবগী পুক্সিদা নুংশিববু অনিবক নুংশিনবা য়াব্রা? য়াব্র যাদ্রবা হায়বগী পাউখুম তরায়বা নত্তে। অদুবু নুংশিবিবা মীশক অদুগা চপ মান্নবা, খেন্নবা কবি

অমত্তা লৈতবা মীশক অমা ফংলবদি নুংশিদবা ঙমগদরনে? থম্মোয়দা নুংশি ময়োল চোংলোইদরনে, কাইনা নুংশিগী মৈচাক খরদা ওইরবসু কোক্লোইদরনে?

ইতোমতা ব্রাখল তৌরুরগা অঙাংবা লৈদা অমুক য়েংলি। মহাক কপ্পুনা অদুম লৈরি হীক হীক লাউনা।

নোং চুবগী মখোল হেনগৎলক্লম্মী। নুংশিৎসু কন্না শিংলক্লম্মী। ঐগী কাগী থোঙদু মতোমদা গম লাউনা থিংজিনখিরম্মী। নোং খোংবগী মখোল তারক্লম্মী। নোংথাংসু কুপ্পি।

অঙাংবা লৈগী শিম্বুরক্লিবা পিরাংশিং লেপ্পুরি। হীক হীক লাউনা কপ্পা কপ্পা ঐগী ইনাক্তা চংশিল্লক্লম্মী। ঐবু মুন্না য়েংলি। য়েংল- য়েংলগা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পি।

জম জম তারিবা নোংগী খোঞ্জেল্লক্তা, "নুংশি, নুংশি, নংবু নুংশি, পুন্সিগী থাদোকপা ঙল্লোই" হায়বা মখোল অমা তারি।

নোংগী মখোল অমুক হন্থখিবগা লোয়ননা অঙাংবা লৈনা হীক হীক লাউনা কপ্পগী খোঞ্জেল হেনগৎলক্লম্মী । থম্মোয় শোক্লা,নুংশিনা কপ্পি ঐগী ইনাক্তা লেপ্পুনা।

কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা কপ্পদা, থম্মোয় শোকলুদ্রবা, পি তারুদ্রবা, খোংজোম তুরেলগুম ইকংলবা ঐগী মিংকী পিগী ঈরুশিংসে ঈফুৎ হৌরকখি, উবদা অঙাংবা লৈনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পা।

মহাক্লা কপ্পিব অদু কবিগীনো হাযদুনা হংবসু হংলমদে। চঙশিল্লগা ইনাক্তা লেপ্পুনা কপ্পিবী মাবু থেমজিল্লবসু তৌরমদে। ব্রাখলনা ফুম্বংনা ফমদুনা অদুম লৈরম্মী। শিম্বুরি, লেপ্পুরি মিংলুদগী পিরাংশিং।

নুংসি কায়না মৈশা নংদ্রিবী অঙাংবা লৈনি। বসন্তগী নুংঙাইরবা অয়ুক্তা শাৎচবিবী, ওলাংথাগী মৈশা নংদ্রিবী, নিংথম উলেল খাঙদ্রিবী অঙাংবা লৈনি।

নিংশিংলি হৌখ্রবা পুন্সিগী নুংশি ব্রাবীশিং মথং মথং ............ ।

পুন্সিচুপ্পা থাগোই কাইনবগী নুংশি মৈচাক্লা চাকখিবনা, কনা হন্না য়েংদনা, তাইবঙ য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদাজররোই খন্দুনা খাঙলকপনি। অঙাংবা লৈবু অহানবা উরুবা মক্তদা ঐগী পুক্লিং ফাথবা ঙমখিদে। নৌহৌননা অমুক লৈকংলাগুম কংলুরবা থম্মোয়দা নুংশি ময়োল চোংলকখি। লেপলুরবা নুংশি থম্মোয় অমুক হন্না চোংবা হৌরকখি, ঐগী থবাক মনুংদা, নুংশিবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা। হকচাং পুম্নমক

চেনখি নুংশি ঈচেলনা অঙাংবা লৈগী।

অহানবা খঙনখিবা নুমিৎতুদা পীক্লবা খুঙ্গংগী লমদমদুদা নিংথম অয়ুক্কী চাকলেন চানা চানা মোরোক শাদুনা শি, শা-শি-শা তৌবা ঐগী ইতৌদু উরগা থাগোইনা পক্লোক্তা নোকখিবা। নোক্লা নোক্লা হায়খি, "ঈশিং খরা থকচিনবীয়ু তাদা"। মানা নোকপগী খোঞ্জেলদু তারগা শাউনিংবদি লাইরদুনা থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম ফাওখিবা। ঐনা মঙোন্দা হংখি,- "মিংদি করি কৌবা নংগী? ইবান্নিসে ঙসিখক্তা উন্নবনি, ঙসিখক্তা খঙনবনি। অদুবু ঐঙোন্দদি য়াম্না কুইনদগী খঙনরকপা তিন্নরকপা মাল্লি।

কোলেজ শুতি ঙন্না থাবা থাংজা নুমিৎকী নুংথিলদুদা, য়ুমদা পরপ পবপ চংলকপদা লোইতাংগী মামগা ইনেগা মাঙ্গোলদা ফংদুনা লৈরম্বা উবদা, নুংঙাইবা, হরাওবা, চিংনবা, পাখৎপনা পীক থনখি। ইতোমতা হংজখি, "*করি মবমগী লাক্লিবা* জাৎনো, মামগা ইনেগসে। থাগোইদি য়াওরক্তবা জাৎলা?" পরপ পবপ ঐগী কাদা চঙখিবদা, তুং ওম্থোক্তুনা লেপ্লিবা মুর্তি অদু উবদা অমুক হন্না খোঙ থাংজিনবা ঙমদদুনা লেপ্তুনা লৈখি। থম্মোয়দা মিহুল কাংলি, স্বর মপী হোনখি। হকচাং পুম্নমক তনিক তনিকখি। ফক্লাংলোমদা মায় ওনশিল্লগা লেপ্লিবী নুপীগী মুর্তি অদুনা ঐবু শুহংখি।

নিংদু য়ৈনা ফজরবা শম্লাংশিং থাদোক্লিবা অদু উবকখি। ফনেক ময়েক নাইবা অমা শেৎলগা, ফি মচা অমা লেংবান্দা য়াল্লগা, ফুবিৎ পাম্বোম থুংবী অমা লিৎলিবী, নুজাগী ফিভম অদু উরগা ৰা ঙাঙবা থোক্তনা তুমিন্না লৈখিবদো ঐনা, ..... মথং মথং নিংশিংলি।

নুংতিগী য়েংলি, নুংতিগী য়েংনিংলি। উদবগা লৈবা ঙমখিদে। শোযদনা থেংখি মহাক্কী থোৎলবা পুকনোপতা। ঐনা পায়রিবা খুৎতগী কোলোম অদু লৈমায়দা খঙহৌদনা তাখি। তু চুংখি হকচাং পুম্নমক খঙহৌদনা, মিহুল কাংখি নুংশিবগী মিকুপ অদু ঙাইহাক পুমচীক চীকখি। নিল্লম্বা খোঞ্জেল পুম্নমক লেপখিবগুম তৌখি। মিংস্না থম্বাল অনিদু মুন্না যেংখি। হান্না ঙাংদুনা লৈরবা অঙাংবা লৈদা, অঙাংবগী ঈচেল অমুক হাপচিল্লম্মী। মায়থোঙ অদু ঙাংশং ঙাংশিল্লম্মী। ফজদুনতা লৈরবা মায়থোঙ, অমুক্কা হেন্না ফজবগী ঙমখৈ লৈরমদে।

নহানমখৈদি ঐনা যেংলু য়েংলুবা খুদিংদা লৈথোকখিবনি মহাক্কী মায়থোংদু। অদুবু লৈথোকখিদবে নুমিৎ অদুদদি। ঐনা মুন্না য়েংদুনা লৈবদু, অয়েকপা

লাইগুম ঐঙোন্দা মমিং কুপতবমখৈ য়েংদুনা লৈখি। য়েংনরিবা মিং মরিদ চেল্লবা ঈচেলশিংদু থম্মোয় থম্মোয় য়ৌখিবগুম্লম্মী। ঙাংথোরক্লিবা ৱাঙাং খুদিংমক লৈহেংগুম্না থুমখি। অমুক ৱা ঙাংথোকখ্রগা মতোমদা থীক থীকশু নোকখি। অঙাংবা লৈগী নোক্লকপগী খোঞ্জেল তাবদা থম্মোয় অসে তনিক তনিকখি। মহাক্কী কংদ্রিবা লিক্লা ৱায়রবা শমলাং ফজবগী ঙমখৈ লৈখিদে। ঐনা হংখি, "কদোমদা হান্না চৎসিগে? "মহাক্লা খুন্নকখি" "লাইখুরুম্বা হান্না চৎসি। মদু লোইরবদি অদোমনা পুবীনিংবা মায়কৈদা পুবীবদা য়েংচররোই।"

লাঙ্গোল নিংথৌ অমসুং লাইরেম্বীগী লাইশং য়ৌরবদা ঐনা হায়খি, - "নং চৎলো, কার মনুংদা নংনা ঙসাই পুরকপা হে লৈ, মোমবতিনচিংবা য়াওরিবশিং অদু অদু পুখৎলকলো। ঐ লাইশঙগী মাঙ্গোল অসি শেংদোক্লমগে।"

খুরু খুদক কুম্লগা য়াম্না থৱায় য়াওনা লাইথোঙলোমদা ওনশিল্লগা হৈবাং লৈরাংশিং অদু লা লাতোন অদুগী মথক্তা শীন্দোকপা হোৎনবি। লাইমাঙদা লেপ্পগা মহাক্লা শিনজরিবশিং অদু য়েংলি। মহাক্কী তুংয়ানগী ফজবশিং অদু উরক্লম্মী। চোৎলম্বা শমলাংশিং অদু কংলদুনা ঋাই ঋাই লাউনা নিংদু য়ৈনা হাইথিখ্রি।

ঐনা মীরৈবাক্তা লাইবিক তম্বা চৎলমদাইদনি।

নুমিদাংদুদনি। থাগোইদু কোল্লিক ফেংবা লোইরদুনা চাকখুম লোইশিল্লবা মাল্লে। মখোল তারকখি। ফমুংদা ইদোম ফম্লম্বদগী হৌগৎখি। অশুক থেংলবফাওবা করি তৌরিবনো। মী লোইনমক তুম্নখ্রফাওবা মহাক্তি তুমদ্রিমাল্লে খন্দুনা চাকশং তান্না চঙলকখি।

মহাক ফুরিৎ লিৎলমদে, লৌথোক্লম্লে। ফনেক অদু থাখুমননা চিংখৎতুনা মপি চদুম চদুম তানা কপতুনা লৈবা উখি। মবক মরক্তা ফনেক মচি অদুনা শিম্ভবক্লিবা পিরাংশিং অদু তৈথোক্লি। মাগী মতৌদু উবদা , ঐহাক্ মহাকপু পাক্ কৌবা ঙম্লমদে। ঙাইহাক্ লেপ্পবা মতুংদা ঐনা য়াম্না তপ্পা হায়খি।" থাগোই নহাক্ হৌজিকফাওবা তুমদ্রিবরা, করি তৌরবগে? থাগোইনা ইপা পাখৎনা করিসু তৌদে চাক্খুম্ লোইশিল্লিবনি হায়দুনা লুকথদুনা লৈখি। ঐনা মাবু ইমুংগী মী কনা খংহন্দনা মনিংলোমদা থোকমিন্নদুনা লফু মখোঙ্ তান্না পুথোকখি। লফু মখোঙ্ য়ৌরবদা ইবান্নি চেজেৎ কোনশিন্নদুনা লৈখি। মাশু ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংখিদে, ঐশু ঙাংখিদে। ঙাইহক্কী ওইনা ইবান্নিতগী ওইবা সংসারদা তাউখি। পাকচাউরবা মালেম অসি কনামত্তা লৈতবগুম ইহং হাংনা উখি। থাগোইগী পুল্লিবা শম্লাংশিং অদু নাম্থোক্তুনা

ৱাই ৱাই লাউনা তাবক্কুনা ঐগী খুদাং অনি কুপশিনখি। অদুফাওবদা মানা ঐবু থাদোকখিদে। মানা হায়খি,"

- "নংদি মীবৈবাক্তা লাইবিক তম্বা চৎখ্রগনি। ঐদি কনাগা লৈহৌগনি !"

- "ইহৈ তম্বগীদমক চৎপনি। থুনা হল্লকনি।"

- "অদো কয়া কুইনা লৈবক্কদৌবিবনো হায়বা?"

- "খঙদেদা থাগোই, ডাক্তব তম্বা হায়বসি মতম য়াম্না চঙই। চৎকনি হায়নদি লেপ্লে। হযেং যুমদগী পৈশা থাবকপা ঙমদ্রবদি ৱাদৌবিপোৎনি।"

- "অদো পৈশাদো ঐনা ফি শাবগা থাবক্লগা লোইবেদনা।"

থাগোইগী ইচম চম্বা ৱাঙাংদু তাদবা অমুক্তা হেন্না নুংশিমনখিদুনা চেজেং কোনশিল্লম্মী। ঐনা হংখি- " থাগোই নং ঐবু কযমুক য়াম্না নুংশি," ৱাহৈশিং অসি হায়বল্লগা ঐগী থবাক্তা মমায নৈশিন্দুনা খাঙখি। তাবমদাই থাজগী মঙালদা লফুগী মমি শাংনা তাবি। ৱাখোঙ লোল্লবা থাজগী মঙাল অদু পুর্নিমাগুম নিংথীদ্রবসু মযেক শেংনা ঙাল্লি। নুংশিৎনা অমুক হুন্নকপদা উথক্তা যাতাবিবা উচেকশিংনা যাহীপ কাইবদুনা চীক চীক খোংলকখি। অহিংগী লিক্লা তাবগী মখোল তাখি।

থাজনা থোকত্রিঙৈদা, নুমিদাংৱাইবমগী অমম্বা মবক অদুদা, হান্না নিংথীনা উবমদবা মায়থোঙ অদু, থাজগী মঙাল ফাওবকপা অদুদা মযেক শেংনা উবা ফংখি। অঙাংবা লৈনা হায়খি, "ৱাবীসু শাদনা অসুম ফমদুনা লৈগদবা? নংদি ৱা য়াম্না ঙাংগনবদাই, তুমিন্না অসুম লৈবিবা কবিগীনো?" ঐনা খুমখি,

- "খল্লিবনি ঐসু, কবি ৱাবী শাসিগে হায়না ঙসাইমখৈ। অদুবু ৱাখল ইথোক থোকউ হাযবা য়াদে।"

- "অদো ঙসাইমখৈ নিংথীনা উবমদবা লৌবুক লমহাং উপাল ৱাপাল, মযেক খবা শেংনা উবক্তবনে, থাজগী মঙালসিদা....?

- "উম......।"

- "অঙৈংবা নুংশিৎ শিৎলিবা অসি হকচাংদা নুংওন্দবা?"

- "উম......।"

- "কবিনো .... উম......উম, ৱা ঙাংগনখ্রবা নংনা উমদগী হেন্দ্রিবা কবিগীনো। কবি লাইনা লৌখ্রবা জাৎনো !"

- "কবি লাই ওইগনি, অঙাংবা লৈনিদনা ।"

খুবাম্না চীম্বাল খুমজিল্লগা ইবান্নি নোকমিন্নখি থীক থীক লাউনা, নুমিদাং

অদুদা মী তাখিগনি হায়বগী মতাগুম। মালং ঈচিক থেম, থাজ ইপান লাং ফমিন্নবন্ত্বদগী অসুম অসুম নকশিন্নরম্মী ইবানি। থম্মোয় অনিগী মিহুল অনিদু ফাওনরম্মী। অঙাংবা লৈগী লৈহী অদু পেন্না থকখি। মানা হায়রকখি," ওকএ, থাদোকওসে, য়ুমদা চৎলসি ঙাইনরন্নগনি, ঙাওরব্রা নংবো!"

রাখল খল্লম্বদগী মিকপ থোক্লম্মী। নোং কন্না অদুম চুরি। নুংশিৎ কন্না অমুক শিংচিল্লক্লম্মী। অঙাংবা লৈগী সাড়ী অদু হায়দোকখিরম্মী। সারী অদু অমুক হায়গৎলুবা তৌদনা হীক হীক কপ্পা কপ্পা ঐগী ইনাক্তা চংশিল্লক্লম্মী। ঐ ফন্নম্বদগী হৌগৎলম্মী। অঙাংবা লৈবু চেজেৎ কোনশিল্লম্মী। মহাকসু কপ্পা কপ্পা পুন্সিসিমগী থাদোক্লরোইদৌবা মতাগুম্না ঐবু চেজেৎ কোনশিন্দুনা খাঙলি। কপ্পা কপ্পা হায়রক্লম্মী,

- "থাগোইদু ঐগী ইনেগী মদোম পোকপী মমোমদু সংসার অসি থাদোক্তুনা চৎখিবা কুইরে। লাইগী খুয়া তানখরে। ঐবু পুন্সিগী ওইনা লৌশিনবীরো..........।"

মথং মথং ............



অইবগী হান্না ফোংগ্রবা লাইরিকশিং ঃ-

১। শীঙেল ইনুঙ- ঙানবী (শৈরেং), চৈচৎ - ২০০১

২। ইরম লৈশিনায়া (শৈরেং), চৈচৎ - ২০১১




ISBN No. 978-93-81800-33-1

মনিপুরি লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল।